ওঁ

# মণিপুরী মহাভারত

## ১৯শুবা খণ্ড

### শান্তি পর্ব্বগী শরুক খরা

বেদব্যাসগী শ্লোকাবলী মহাভারতকী
পর্ব্ব—অধ্যায়—শ্লোক মথং মনাও
কায়দনা মরক মরক্তা
পীদুনা মৈতৈরোন্দা
মথং মথং
হন্জোকচরকপা

পদ্মশ্রী কালাচাঁদ শাস্ত্রী
ইং কুমজা ১৯৭৩

# হীরম লামায়

## মতাং অধ্যায় লামায় মপা তাকপা

# "মণিপুরী মহাভারত"

## ষট্‌পঞ্চাশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

(চাময়াথৈতরুকশুবা অধ্যায়)

### অজ্ঞান-লোভ অনীতনা দোষ-পাপ পুন্নমক্তী হৌফম্নি হায়না তাকপা

যুধিষ্ঠির উবাচ।

অনর্থানামধিষ্ঠানমুক্তো, লোভঃ পিতামহ। অজ্ঞানময়ী বৈতাত, শ্রোতুমিচ্ছামি তত্ত্বতঃ ॥১॥

ভীষ্ম উবাচ।

করোতিপাপং যোঽজ্ঞানান্নাত্মনো বেত্তিচক্ষয়ম্। প্রদ্বেষ্টি সাধুবৃত্তাংশ্চ, স লোকস্যৈতিবাচ্যতাম্ ॥২॥

অজ্ঞানান্নিরয়ং যাতি তথাজ্ঞানেন দুর্গতিম্। অজ্ঞানাৎক্লেশমাপ্নোতি তথা পৎসু নিমজ্জতি ॥৩॥

যুধিষ্ঠির উবাচ।

অজ্ঞানস্যপ্রবর্ত্তিংচ স্থানং বৃদ্ধিক্ষয়োদয়ৌ। মূলংযোগংগতিংকালং কারণং হেতুমেবচ ॥৪॥

শ্রোতুমিচ্ছামিতত্ত্বেন যথাবদিহ পার্থিব। অজ্ঞানপ্রসবংহীদং যদ্‌দুঃখমুপলভ্যতে ॥৫॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হংঙি :— ঈবুধৌ! ঈবুধৌনা অমাঙবা পুন্নমক্তী হৌকম ওইবা (অপাম্বা) হায়বত্থুগী মরমদদি ননাই ঐঙোন্দা তাকপিরে। হৌজিক্তি "অজ্ঞান" হায়বত্থুগী মরমদা তাকপিরো। মাগী পরিণাম (পোলোই) না করি ওইগদৌরিবা মাথু তাক্‌পিয়ু ॥১॥ ভীষ্মনা হায় :— যুধিষ্ঠির! অজ্ঞানগী অবস্থাদা পাপকী থবক তৌখিবা মী অত্থুনা মাথুগী মহৈ (পরিণাম) করি ওইরক্কদগে হায়বত্থু থঙবা ঙমদে। অত্থুগা অত্থুগুম্বা মতাক অত্থুনা গুণী ওইবা অথোইবা মীশিংগা য়েংথিনৈ। অত্থুগুম্বা মথোয় অত্থুদি সংসারদা অদুগা লোকসমাজদা নিন্দা য়াম্না চায় ॥২॥ অজ্ঞানগী অবস্থাদা তৌরুবা পাপ অত্থুগী মহৈনা নরকতা তাই। অরাবা থুদোংথীবা কংলিবা পুম্বদি অজ্ঞানদগী থোকখিবা পোকখিবা ঙাক্নি। অজ্ঞানদা তারুবগী মহৈনা অরাবা থুদোংথীবগী ঈপাক্তা লূপচৈ ॥৩॥ যুধিষ্ঠিরনা হায় :— ঈবুধৌ! অজ্ঞান্ হায়বসিগী হৌরককম, চৈরিবা মরৈ, চাওখৎলকপা, মাঙথরকপা, মথং মথং কাখৎলকপা, মরু, মাসিগা তিন্নথিবা মতাং, খোঙচৎ, মতম পোকখিবগী মরম (কারণ) পুন্নমক অসি মথং মথং তাকপিয়ু ॥৪॥ চৈপাক্‌পুম্বসিগী থাঙ্গৎশংবা মপু! ঈবুধৌ! হায়জরিবসে ঐ তত্ত্বগা লোয়ননা কুপ্না তাজনীঙিঙ। মরম ঐগী থম্মোয়দা হৌজিক অরাবা অমা কংলিবা অসে অজ্ঞানদগীনি হায়বসি ঐ খঙজে ॥৫॥

## ভীষ্ম উবাচ।

রাগো দ্বেষস্তথামোহো হর্ষঃ শোকোঽভিমানিতা। কামঃ ক্রোধশ্চদর্পশ্চ তন্দ্রী চাপলমেব চ ॥৬॥
ইচ্ছা দ্বেষস্তথা তাপঃ পরবৃদ্ধ্যুপতাপিতা। অজ্ঞানমেতন্নির্দ্দিষ্টংপাপানাং চৈব যাঃ ক্রিয়াঃ ॥৭॥
এতস্য বা প্রবৃত্তেশ্চ বৃদ্ধ্যাদীন্যাংশ্চ পৃচ্ছতি। বিস্তরেণ মহারাজ শৃণু তচ্চ বিশেষতঃ ॥৮॥
উভাবেতৌ সমফলৌ সমদোষৌ চ ভারত। অজ্ঞানং চাতি লোভশ্চাপ্যেকংজানীহি পার্থিব ॥৯॥
লোভ প্রভবমজ্ঞানং বৃদ্ধং ভূয়ঃ প্রবর্ত্ততে। স্থানেস্থানং ক্ষযে ক্ষৈন্য মুপৈতিবিবিধাংগতিম্ ॥১০॥

---

ভীষ্মনা হায় :—নিংথৌ ! অশাউবা, কল্লকপা, যেংথরুবা শুমহৎপা, হরাওথোকপা, অরাবা, থোয়বা, বিষয়াদা অপাম্বা পোকথিবা, নাপল, তনবা উইনিংশানিংবা, করিগুম্বা আশা ফংগে হায়বহ থম্মোয়দা হোৗরকপা, কনাগুম্বা অমগা য়েক্রবা শীংরুবা, পুক্নীংদা মৈশা লাংবা অতোপ্পা অমগী চাকপা হোরগা থম্মোইদা প্রোক্ প্রোক্ চাকপা, পাপকী থবক তোগে থল্লকপা অসিনচিংবসি অজ্ঞান হায়বহুগী শায়োনমক্তনি ॥৬-৭॥ মহারাজ। হায়বিবা "অজ্ঞান" হায়বসিগী হৌকম অমদি মথং মথং শন্দোক-চাওথংখিবগী নহাক্না ঐগোন্দা হংলি মাসিগী মরমদা ঐ শন্দোরা লাগে যাম্না পুক্নীং চঙনা মুন্না তাও ॥৮॥ ভরত বংশদা পোকপা। নিংথৌ, যুধিষ্ঠি ! যাম্না কাহেন্না পামশিনবা হায়বসিগা "অজ্ঞান" হায়বসিগা তনী অসি মশা অমত্তনি হায়বাসি থওঙ। মরমদি মথোয অনীগী তারকপা পোলোই অমদি মহৈ অসি মশা অমতগুম চপ মান্নবনি *॥৯॥ লোভগী মখুংদা থুপতুনা লৈরম্বা অজ্ঞাননা মতম চাবা ফংলগা মশক লায়না চোংথোরকহ। অজ্ঞাননা মাত্রা লাহনা মথং মথং হেনগৎলকপা অদুগা লোয়ন লোয়ননা লোভগী শরুক অদুসু মপা চপ চপ চানা অদুম হেনগৎলকপানি। লোভ হায়বদুনা মচেৎ থাজক্তং লৈরিমথে "অজ্ঞান" হায়বদুসু অদুম মবৈবনি। লোভ হায়বদুনা মথং মথং অসুম অসুম হন্নবকপদুগা লোযননা "অজ্ঞান" ( পঙথবা ) হায়বহ অসুসুম তাকশিল্লকপনি। হায়রিবা অজ্ঞান অদুগা লোভ হায়রিবা অনীসিনা লৈবব অদুপকী মথৈ জীবসিনা তোঙান তোঙানবা দেহ ( হকচাং মওডদা ) দা হেক হেক চংঙউ ॥১০॥

---

* টীকা :—পেংনজ্রগা থবক অনীগী মান্নবা থন্নবা হায়বসিগী অনীদুগী তারকপা মহৈ অনী অদু য়েংলগতা লেপ্পগদবনি। মাদু উাদাওনা মপানগী মওং মমং মনচি বডতা য়েংলগা পেন্নেম ম্নে হায়না লেপ্পরিগিমক অজ্ঞানগী অবস্থাদা লৈরিঙেদনি। মুংঙাইরবগী মহৈ ( পোলোম ) অদুনা হারুবদগী মহে। পোলোই, গা চোমাংরাদি তনাংগা মুঙাংবা হায়বসিগা অনী অমি পোংলক অমতগী মমিংনি। তিন্নবা ( যোগ ) হায়দুগী মতেগা ( চ গ ব য়নবা ) হায়দুগী মহগা অমতা ওইরবদি অনী অসি পোংলক অমতনি। মপামগীত উরগা পেন্নেমান্নে হায়না হায়বিবা মদু। মদু ম্না থাক তোংরবাশিং তদুতনা সংসারদা অশান্তি পীরী। মশানা কম্না লাউথওঙা জগৎপুম্বা কপহল্লি লাংহল্লি, হরা হান অশান্তিদ তহল্লি।

মূলং লোভস্য মোহোবৈ, কালাত্মগতিরেব চ। ছিন্নেভিন্নে তথা লোভে,কারণং কাল এব চ ॥১১॥
তস্যাজ্ঞানাদ্ধি লোভোহি লোভাদজ্ঞানমেবচ। সর্ব্বদোষাস্তথালোভাৎ তস্মাল্লোভংবিবর্জ্জয়েৎ ॥১২॥
জনকো যুবনাশ্বশ্চ বৃষাদর্ভিঃ প্রসেনজিৎ। লোভক্ষয়াদ্দিবং প্রাপ্তাস্তথৈবান্যে নরাধিপ ॥১৩॥
প্রত্যক্ষং তু কুরুশ্রেষ্ঠ ত্যজলোভমিহাত্মনা। ত্যক্ত্বালোভং সুখং লোকে প্রেত্য চানুভবিষ্যতি ॥১৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তি পর্ব্বণি আপদ্ধর্ম্ম পর্ব্বণি অজ্ঞানমাহাত্ম্যে ষট্‌পঞ্চাশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—:( ০ ):—

"মোহ" ( শুদ্ধংখিবা ) হায়বসি "লোভ" ( অপাম্বা ) হায়বত্থগী ঈহান হানবা মরুনি। মাসিদা করিমতা চিংনকম হংকম করিমতা লৈত্রবনি। কাল হায়বত্থগী চপ্‌ চাবা মুর্ত্তি পুরিবা, মোহগী মশক ওইরিবা অজ্ঞান হায়বত্থনা, তাইবং মীওইবগী দুর্গতিগী অহানবা কারণ ( মরম-মরু ) নি। লোভ হায়বসিগী মরু কংনা মুংখিবা হায়বসিগী মরম-মরুনা কাল ( মতম ) হায়বত্থনা ওইবনি ॥১১॥ মোহদা তারবা, মূঢ় ওইরবা মহাক্ অত্থগী মকমদা অজ্ঞানদগী লোভ, লোভদগী অজ্ঞান অত্থুম্ থোমনু নাউমনু পোকপনি। হায়রিবা লোভত্থদগী দোষপুম্বা পোক্‌পি। মরম অত্থনা দোষ পাপ পুম্বগী পোরুফম লোভ হায়বসিবু অশিংবশিংনা থাদোকদবনি ॥১২॥ জনক, যুবনাশ্ব, বৃষদর্ভি, প্রসেনাজিৎ অত্থগা অতৈ অতোপ্পা নিংথৌশিংনা লে ভবু মরু কংনা কক্‌থৎ থদংলম্লগা লাইবৈবাক্ ফাখি ॥১৩॥ কুরুশাগৈগী আথাইবা,! নংনশামক্ য়াম্ন চেক্‌শিন্না, থৈঙ্গেশেংনা মশক্ নাইনা উরবা লোভ হায়বসিবু থাদোকউ। লোভ হায়বসিবু থাদোক্লগা ইহলোকতা মুংঙাইববু ভোগ তৌবম্মগা, শিববা তুংদা পরলোকতা মুংঙাইনা লৈরু চংলুগনি। ১৪॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তি পর্ব্বদা আপদ্ধ ধর্ম্মগী মতাংদা "অজ্ঞান-মাহাত্ম্য বর্ণণ" গী চাময়াঙ্খোতরুকশুবা অধ্যায় লোইরে।

—:(০):—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## সপ্তপঞ্চাশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

( চামগা য়াঙৈতরেৎশুবা অধ্যায় )

"পুক্লীং" অমদি ইন্দ্রিয়শিং লাকশিন্নবগী মশক্ ওইবা

"দম" হায়বতুগী মাহাত্ম্য

যুধিষ্ঠির উবাচ।

স্বাধ্যায়ে কৃতযত্নস্য নরস্য চ পিতামহ। ধর্মকামস্য ধর্মাত্মন্ কিংনু শ্রেয় ইহোচ্যতে ।।১।।
বহুধা দার্শনে লোকে, শ্রেয়ো যদিহ মন্যসে। অস্মিন্লোঁ কেপবে চৈব তন্মে ব্রুহি পিতামহ ।।২।।
মহানযং ধর্মপথো বহুশাখশ্চ ভারত। কিংস্বিদেবেহ ধর্মানা মনুষ্ঠেয় তমম্ মতম্ ।৩।
ধর্মস্য মহতোরাজন্, বহুশাখশ্চ তত্ত্বতঃ। যন্মূলং পরমং তাত, তৎসর্ব্বং ব্রূহ্যশেষতঃ ৪

ভীষ্ম উবাচ।

হন্তুতেকথয়িষ্যামি যেন শ্রেয়ো হ্যবাপ্স্যসি পীত্বামৃতমিব প্রাজ্ঞো জ্ঞানতৃপ্তো ভাবিষ্যসি ।।৫।।

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ— ধর্মচেল্লবা ঈবুধৌ! বেদশাস্ত্র তত্ত্ব-তত্ত্বিবদা পুক্লীং চঙলিবা অহুগা ধর্মগী আচরণসু তৌনিংলিবা অহুগুম্বা মী অহুগীদমক্তি তাইবংসিদা থাইদগী হেয়া কান্নবা করম্বা ধর্ম অমদি লম্বী অমা হায়রম্বগে? ।।১।। ঈবুধৌ! সংসার অসিদা মঙ্গল ওইগদবা কান্নবা রাহুবু তাক্লম্বা, তাক্লিবা ধর্ম শাস্ত্র দর্শনশাস্ত্র নচিংবা কয়া কয়া লৈরি। মাহুবু ঈবুধৌ অকবা ঙাক্তনি হায়না তাকৃপিরি ইহলোক পরলোক অনীমক্তা থাইদগী কান্নগদবা মার্গদা ঐঙোন্দা তাকৃপিয় ।২। ভরত বংশদ পোকপিরবা ঈবুধৌ! ধর্মগী লম্বী অসে ওম্বোক্লা পাক চাউব্রে! অহুগী মথক্তা পাক চাউরবা ধর্ম হায়বতুগী শাখা প্রশাখা ( মশামরেং ) কয়া কয়া লৈথ্রি। হায়রিবা ধর্মশি অহুগী মহুদা থাইদগী হেনবা ধর্মসিদ করিনো? ঙাক্তবা য়াত্রবা থাইদগী হেনবা ধর্মগী লম্বী আসদ করিনো? ।৩। লমদম পুম্বসিগী মপু! ঈবুধৌ! তোঙাল তোঙাল্বা ধর্ম থিবিকসিগী অমত ওইবা মরু ধর্ম অহু করিনো? ঈবুধৌ! মহাজ্ঞনী! মাসি মপুং ফা০। ঐঙোন্দা তাকৃপিয়ু ৪। ভীষ্মনা হায়ঃ—যুধিষ্ঠীর! য়াম্ম হরাউ শুংঙাইনা, মাসি ঐ নঙোন্দা তাক্কে। মাসি তারগা নংাক মপোক্সিমগী মহামঙ্গল ওইব হায়বতু ফংগনি! অমৃতবু থিত্তং থক্লে হায়রগা ঈপেন পেম্ব হুগুম্না জ্ঞানামৃত অসিবু থকলগা (তারগা) নহাক মপুং ফানা অপেনুবা হায়বতু ফংবা ঙমগ'ন ।৫।। মহর্ষিশিংনা

ধর্ম্মস্য বিধয়োনৈকে যে বৈ প্রোক্তা মহর্ষিভিঃ। স্বং স্বং বিজ্ঞানমাশ্রিত্য দমস্তেষাং পরায়ণম্ ॥৬॥
দমং নিঃশ্রেয়সং প্রাহুর্বৃদ্ধা নিশ্চিতদর্শিনঃ। ব্রাহ্মণস্য বিশেষেণ দমো ধর্ম্মঃ সনাতনঃ ॥৭॥
দমাত্তস্য ক্রিয়াসিদ্ধি যথাবদুপলভ্যতে। দমো দানং যথা যজ্ঞানধীতং চাতিবর্ত্ততে ॥৮॥
দমস্তেজো বর্দ্ধয়তি পবিত্রং চ দমঃপরম্। বিপাপ্মা তেজসা যুক্তঃ পুরুষোবিন্দতে মহৎ। ৯॥
দমেন সদৃশং ধর্ম্মং নান্যং লোকেষু শুশ্রুম। দমোহি পরমো লোকে, প্রশস্তঃ সর্ব্বধর্ম্মিণাম্ ॥১০॥
প্রেত্য চাত্রমনুষ্যেন্দ্র পরমং বিন্দতে সুখম্। দমেন হি সমাযুক্তো, মহান্তং ধর্ম্মমশ্নুতে ॥১১॥
সুখং দান্তঃ প্রস্বপিতি সুখং চ প্রতিবুধ্যতে। সুখং পর্য্যেতি লোকাংশ্চ মনশ্চাস্য প্রসীদতি ॥১২॥
অদান্তঃ পুরুষঃ ক্লেশমভীক্ষ্ণং প্রতিপদ্যতে। অনর্থাংশ্চ বহূনন্যান্ প্রসৃজত্যাত্মদোষজান্ ॥১৩॥

মাগী মাগী রাখল (জ্ঞান) গী মতুং ইন্না অমত্তসু নত্তনা ধর্ম্মগী তত্ত্ব অমদি বিধি কয়া কয়া তাকলম্মি (হায়রম্মি)। তাক্‌লমলিবা ধর্ম্মশিং অদুগী আধার ( তুংনকম ) দি "দম" তনি ।৬। ধর্ম্ম পূন্নমক্কী লেপ্পরম্ব। মমাঙৈগী জ্ঞানী অহল্লমনশিংনা "দম" (ইন্দ্রিয় খুতুম চনবা) তনা ধর্ম্ম পূন্নমক্কী মরুনি, মরুওইবত নত্তনা মপামঙ্গলগী মশক্কি হায়রম্মি। অতেগীদি লায়রদনা ব্রাহ্মণশিংগীদি বিশেষ ওইনা মাসিতনা অথোইবা অদুগা লেঙত্রবা ধর্ম্মনি ।।৭।। দম হায়বসিগী পান্থেতনা তাইবং মীনা মাগী মাগী শুভকর্ম্মশিং অদুবু নীঙথীনা পাঙথোকপা ঙম্মি, সিদ্ধি ফংঙি। দান, ধর্ম্ম, যজ্ঞ, স্বাধ্যায় ( বেদশাস্ত্র নৈনবা তম্বা ) দগীসু মাসিনা থাইদগী অহেন্‌বা অ.থাইবনি ।।৮। দম ( ইন্দ্রিয় খুতুম্ চনবা ) না তেজবু হেনগৎহল্লি, ইন্দ্র খুতুম চনবনা খান্দগী শেংলবা সাধন (উপায়] নি ইন্দ্রিয় খুতুম চন্‌বনা, পাপ পুম্বদগী লাপ্পোক্লুনা থাইদগী শেংলবা পদবীবু ফংবা ঙম্মি ।৯ হায়রিবা "দম" অসিদগী হেনবা ধর্ম্ম অমত্ত ঐথোয়না তাবা লৈত্রি। সংসারগী ধর্ম্মগী তত্ত্ব খঙলবশিংনা মাসিনা থাইদগী অহেন্‌বা ধর্ম্মনি হায়না লেপ্‌লয়ে। পূন্নমক্তা "দম" কৌবা ধর্ম্মসিবু হন্না হন্না থাগৎখি ।।১০। নিংথৌ! "দম" না হায়বদি ইন্দ্রিয়শিং অদুগা পূক্নীংগা অনীবু লাকশিনবনা, তাইবংমীনা অথোইবা ধর্ম্মবু ফংবা ঙম্মি। মাসিতনা ইহলোক পরলোক অনীমক্তা থোইদোক কেন্দোক্‌পা নুংঙাইববু পী ১১॥ ইন্দ্রিয়বু অদুগা পূক্নীংবু খুতুম চল্লবা মী অদুতনা, নুংঙাইনা খুম্না তুম্শিংনা তুম্মি, নুংঙাইনা য়াহৌই, নুংঙাইনা অকিবা চিনবা লৈতনা কোয়চৎ চৎলি। মহাকী পূক্নী হু মত্তম পূম্বদা ইপেনত পেন্দুনা লৈ ।।১২।। ইন্দ্রিয়শিংবু অদুগা পূক্নীংবু মাগী খুতুম মথাদা থমত্রবা মী অদুদি অরাবা থুদোংথীবতা ফংঙি। থুদোংথীবদুগ লোয়ন লোয়ননা অতোপ অতোপ্পা অনৌ অনৌবা অরাবা থুদোংথীননবা থোদোক ( ঘটনা ) পু মশা মথন্তুনা শেমজে ।।১৩।। ব্রহ্মচর্য্যানচিংব আশ্রম মরিমক্তা দম হায়বসিতনা অথোইবা ব্রত-তপস্যানি হায়নৈ ঐ হৌজিক-

আশ্রমেষু চতুর্ষ্যাহুর্দমমেবোত্তমং ব্রতম্ । তস্য লিঙ্গানি বক্ষ্যামি যেষাং সমুদয়ো দমঃ ॥১৪॥
ক্ষমা ধৃতিরাহিংসা চ, সমতা সত্য মার্জবম্ ইন্দ্রিয়াভিজয়োর্দাক্ষ্যং মার্দবং হ্রীরচাপলম্ ॥ ৫॥
অকাপর্ন্যমসংরম্ভঃ সংতোষ প্রিযবাদিতা । অবিহিংসানুসবা চাপ্যেষাং সমুদয়ো দমঃ ॥১৬॥
গুরুপূজা চ কৌরব্য দয়া ভূতেষ্বপৈশুন্যম্, জনবাদং মৃষাবাদং স্তুতিনিন্দা বিসর্জনম্ ॥১৭॥
কামং ক্রোধং চ লোভং চ দর্পং স্তম্ভং বিকত্থনম্ রোষমৃষ্যাবমানং চ নৈব দান্তো নিষেবতে ॥১৮॥
অনিন্দিতোহ্যকামাত্মা নাল্পেষ্বর্থ্যনসূযকঃ । সমুদ্রকল্পঃ সনরো নকথঞ্চন পূর্য্যতে ॥১৯॥

---

ইন্দ্রিযশিংবু লাকশিনবা অদুগা পক্নীংবু খুদুম মথাদা থম্বগী লক্ষণশিংদু হায়গে। হায়রিবা লক্ষণ ( খুদম-মওং মতৌ ) শিং অদুগী পুক্নীংদা ফাওবকপা-থোরকপদুমকপুনি দম হায়রিবসি ।১৪॥ মীগী দোষ মরালবু কনবি-ডাকপিবৈব', তপথবা তহাতহাদবা ; হিংসা তৌরুদবা, চপ মান্ননা লৈবা-উবা, অচুম্বত ডাণ্ডবা পূকচেল খোয়দবা, ইন্দ্রিয়বু জয় তৌবা, হৈশিংবা-পাইরকশিংবা, পূকচেল থোংপা, ঈকায়বা অচোপ-অরেম থঙবা তহা-তহাদবা, পূকচেল চাউবা, অশাউবা লৈত্তবা, ঈপেন্তু-পেন্না লৈব', অথুম্বা রাডাং খোম্দাত শীক্তিন্নবদা হৈনগ্রবা, করিগুম্বা অমদা অরাবা চৈনাখোল থক পীরুদব', মীগী অরানব হুমা-হুমা থক থীরুদবা—হায়রিবা সংগুণ অসিনা ফাওবকপত্তবু "দম" কৌবতনি ।১৫-১৬। কুরু শাগেগী মুংডাইননবগী মশক ওইরবা! ইন্দ্রিয়শিংবু দম ( দমন ) তৌরবা অদুগুম্বা মী মহাক অদুদি মীগী পুক্নীংদা থম্মোইদা—অহল্লমন লাইগুরুগী মফমদা মরু লৃকপা নীঙথিনা ব্যবহার তৌবা, জীব পানবা পুম্নমকপু মুংশিব', অদুগা চীরোল-থারোল তৌনি'দবা অসিনচিংবগী প্রবৃত্তি ( চঙশিনবা ) অসি হেক্তা পোকচরকই। মহাক্না করিগুম্বা মতমদা, মীবু তুংদা থীনা ডাণ্ডবা, ঈচুম চুমদবা অমগী মরমদা য়াম্না ডাণ্ডবা শকপা, মাগী স্বার্থতা য়েংথিত্তুনা, থাগৎপা নিন্দাগী থবক্তদা পুক্নীং চঙথিবা, কল্লকপা, অশাউবা, অপাম্বা, মিহৌবা, নাপল, পঙথবা, রারেম থোরেমত্ত ডাণ্ডত্তুনা মতম মাঙহনবা, মী অংবু লায়না চোপ্প-ঈকায়বা নংহনব'— হায়রিবা রাথলশিং অসিদা মহাক্কী পুক্নীং অদু চঙহল্লুদে ॥ ৭-১৮'। ইন্দ্রিয় অমদি পুক্নীংবু লাকশিনবা ভল্লবাশিংগীদি করিগুম্বা মকম মতমদা নিন্দা লৈতে। মীনা থীনা ঙাংনবা লৈতে। মখোয়গী পুক্নীংদা লেমজ-খোচ্চনিংবগী করিগুম্বা কামনা অমত্তা লৈতে। করিম্ভ লৈতবা পোং মচা-মশূ অমগীদমক মীডোম্দা হারৌ-হারৌ থক হায়জরুদে। অতৈ কনাগুম্বা অমত্তগী দোষ ( অবানবা ) থক থিরুদে। মখোয়ত্তুগী থম্মোয়দি মবুক তল্লবা, ঈথক্ হৌদ্রবা ঈপাক্কী মশাক্কি। তুরেল কয়াগী ঈশিংনা তত্তুনা হৈথ চেন্নরক্লবস্তু সমত্রনা থনবা কোবা লৈতবত্তুগুম্ন', ইন্দ্রিয় খুদুম চল্লবশিংগী থম্মোয়দা দান ধর্ম্মগী আচরণ তৌরিমথৈ পেনবা লৈতে ।১৯॥ "ঐবু মুংশি, অদুগা মুংশিরবনিনা নংজনু ঐবু

অহং ত্বয়ি ময়ি ত্বঞ্চ ময়িতেতেষুচাপ্যহম্ । পুর্ব্বসম্বন্ধি সংযোগং নৈতৎদান্তো নিষেবতে ॥২০॥
সর্ব্বা গ্রাম্যাস্তথা রম্যা যাশ্চলোকে প্রবৃত্তয়ঃ। নিন্দাং চৈব প্রশংসাং চ যোনশ্রয়তি মুচ্যতে ॥২১॥
মৈত্রোঽথ শীল সম্পন্নঃ প্রসন্নাত্মাঽত্মবিচ্চ যঃ। যুক্তস্য বিবিধৈঃ সঙ্গৈ স্তস্য প্রেত্য ফলংমহৎ ॥২২॥
সুবৃত্তঃ শীল সম্পন্নঃ, প্রসন্নাত্মাঽত্মবিৎ বুধঃ। প্রপোঽ লোকেসৎকারং, সুগতিং প্রতিপদ্যতে ॥২৩॥
কর্ম্ম যচ্ছুভমেবেহ সদ্ভির্বাচরিতং চ যৎ। তদেবজ্ঞানযুক্তস্য মুনেবর্ত্ম ন হীয়তে ॥২৪॥
নিষ্ক্রম্য বনমাস্থায় জ্ঞানযুক্তো জিতেন্দ্রিয়ঃ। কালাকাঙ্ক্ষী চরত্যেবং ব্রহ্মভূয়ায় কল্পতে ॥২৫॥
অভয়ং যস্যভূতেভ্যো ভূতানামভয়ং যতঃ। তস্য দেহাৎ বিমুক্তস্য ভয়ং নাস্তি কুতশ্চন ॥২৬॥

---

লুংশিযু। মানা ঐবু লুংশিরবনিনা ঐনসু মাবু লুংশি অমদি লুংশিগদবনি” অসিগুম্বা মমল নাইবা সম্বন্ধ অসি ইন্দ্রিয় থুত্নম চনবশিংগী থম্মোযদা থক লৈতে। অদুগুম্বা সম্বন্ধদু পামসু পাম্মুদে।২০॥ মফম মরাং খঙ্‌দনা উমং রামংদা লৈবা, অশেং অমাং খঙ্‌দনা চীংয়া তময়া লরায় থরাইদা লৈবশিংনা চৎলিবা ধর্ম্ম আচরণ ব্যাবহাববু থোইনা তম্মুদবা মথোয়বুসু নোক্ক-রুদবা, মথোযনা থাগৎলকপা নিন্দা তৌরকপবুসু থোইনা তাকদবা অদুগুম্বা ইন্দ্রিয থুত্নম চনবশিংতনা মুক্তি ( অরানবা থুভম ) ফংস্তি ॥২১॥ লমচৎ ফজবা থাইগা ইচানত চান্নবা, হুমিৎ চুপ্পা ইপেন্ত পেঞ্জবা, অমদগী থোইদোকপা অমা পাম্মুদবা, মশা ( আত্মা ) গী তত্ব ( থাঙ্গৈশেংবা মশক ) বু তত্তনা খঞ্জবা খঙজবা অদুগুম্বা মীতনা অস্তুগী মত্তমদা, পোকচমনগী চাউরবা মহৈবু ফংবা ভম্মি।২২। থকসি-খাসি খঙবা, লমচৎ ব্যাবহার ফজবা ইপেনত পেঞ্জবা আত্মাতত্ত্ব ( মশাগী চপচাবা মশক ) বু খঙবা অদুগুম্বা বিদ্বান্ বুদ্ধিমন্ ওইবা মীনা ইহলোকতা সম্মান মর্য্যাদা ফংতনা পরলোক্তসু অথোইবা গতি ( ধাম-মফম ) বু ফংথি।২৩। মী থাইগী অফবত ওইবা অদুগা মঙ্গলগী মশক্তা ওইবা বর্ম্ম অদু, অদুগা জ্ঞানী মহাপুরুষশিংনা তৌনরম্বা কর্ম্ম অদুতনা অম্মিংবশিংগী লম্বীনি। অদুগুম্বা লম্বীবু অশিংবশিংতনা পোকপদগী মহৌশাদগী অদুম মপাম্মকই। মাদুদগী থুভৈ নামত্তা লাম্মোকনীংদে-লাম্মোক্তে।২৪॥ অশিংবা জ্ঞানী ওইবা মীশিংনা সাসারগী বিষ পূম্বদগী লাম্মাকথিতনা, অচৌকপা মফমদা চৎথিত্নুনা পুস্মিচুপ্পা শাস্তিগা লোয়ননা মতম লেপ্লি অবোইবা মতংতা ভাইদুনা লৈ। মশানা ব্রহ্মভাব (ব্রহ্ম স্বরূপ) হায়বদো অদুম মরাকচরে।২৫। করিগুম্বা কনাগুম্বা অমতগী মফমদগী মাগী অকিবা লৈতবা, সভোন্দগীসু কনা অমতগী কিনিঙাই লৈতবা, মপানগী হকচাংসিবু “ঐ” নি খন্দবা অদুগুম্বা জ্ঞানীতনা করিগুম্বা অমদগী অকিবা অথুকপা লৈতন', ঈংনা মপুস্মি লেপ্লি।২৬॥ অদুগুম্বা মীশক্তী কর্ম্মগী মহৈদি নিষ্কাম ওইবা উপভোগনা মথং মথং অসুম মাঙথজরকই।

অবাচিনোতি কর্ম্মাণি ন চ সম্প্রচিনোতি হ। সমঃ সর্ব্বেষু ভূতেষু মৈত্রায়ণগতিশ্চরেৎ ॥২৭॥
শকুনীনামিবাকাশে জলেবারিচবস্তে চ যথাগতির্ন দৃশ্যেত তথা তস্য ন সংশয়ঃ ॥২৮॥
গৃহানুৎসৃজ্য যে বাজন্ মোক্ষমেবাভিপদ্যতে। লোকাস্তেজোময়াস্তস্য কল্পন্তে শাশ্বতীঃ সমাঃ ॥২৯॥
সংন্যস্য সর্ব্বকর্ম্মাণি সংন্যস্য বিধিবত্তপঃ। সংন্যস্য বিবিধাবিদ্যাঃ সর্ব্বংসংন্যস্য চৈবহ ॥৩০॥
কামেশুচিরনাবৃত্তঃ প্রসন্নাত্মাত্মবিচ্ছুচিঃ। প্রাপ্যেহ লোকে সৎকারং স্বর্গ সমভিপদ্যতে ॥৩১॥
যচ্চ পৈতামহং স্থানং ব্রহ্মরাশিং সমুদ্ভবম্। গুহায়াং পিহিতং নিত্যং তদদমেনাভিগম্যতে ॥৩২॥
জ্ঞানারামস্য বুদ্ধস্য সর্ব্বভূতাবিবোধিনঃ। নাবৃত্তিভয়মস্তীহ পরলোকভয়ং কুতঃ ॥৩৩॥

ইহলোক অসিদা মহৈ পামদনা কর্ম্ম তৌবনা মথংগী মপোক য়াম্নবা কর্ম্ম অমুক খোমজিন্দ্রে। জীবপানবা পুম্বদা মিত্রতা ভাব থমজুনা হকচাংগী অভিমান থাদোকতুনা কর্ম্ম তৌনা তৌনা মীপুম্বদা অভয়দান তৌই। হায়বদি, করিগুম্বা হীরমদা অকিবা লৈকতনবা পাউতাক পীডম্মি ॥২৭॥ নোংমদোম্দা পাইবা উচেকশিংগী অতুগা ঈশিংগী মনুংদা কোয়চৎ চৎলিবা জলজন্তুশিং খোঙ্গুল তাদবা, চৎখিবা লীক্রম উদবতুগুম্না জ্ঞানীশিংগী পুক্রীংগী গতিসু খঙবা লুই-খঙবা ঙম্রদে। হায়রিবসিদা করিস্যু চিংনক্কম লৈত্রবনি।২৮॥ নিংথৌ! সংসারগী বিষয় অমদি পরিবারবু থুদক্তা থাদোকতুনা অচীকপা মক্কমদা ধ্যান তপস্যা তৌতুনা অরানবা খুভম ফংগ্রবা জীবতুদি মশীং লাকঙমদবা চহি কয়া কয়া চুপ্না অমম্বগী শরুক য়াওব্রবা মঙালগী মশক্ক ওইবা লোবতা লৈখি।২৯। মী মহাক অতুগী আচারবিচারনা পুমশেং শেংব্রবা, থম্মোযদা অমোৎপগী শরুক য়াওব্রবা মহাক্না পাম্মকপা নীংঙকপ পুম্বা অমকপা লৈত্রবা জগৎকী উপকারগী মশক্ক ওইবা, সংসারগী ফত্ত্রবা বিষয় ভোগতগী মমায় লৈথোক্রবা মহাক অতুদি ব্রহ্মযোগসাধন ইতৌ তৌদনা ব্রহ্মপদবীবু ফংবা ঙম্মি ॥৩০॥ অতুম ওইবা, আত্মজ্ঞানী ওইবা মহাপুরুষনা কর্ম্ম পুম্নমকপু, তপস্যাবু অতুগা মথল মথা অযাম্বা বিদ্যাবু হাযবদি নাপল তৌবা ঙম্বনচিংবা উৎননবা ওইবা বিদ্যাবু, তপস্যাবু অতুগা মথল মথা অযাম্বা বিদ্যাবু বিধি কায়দনা সন্ন্যাস সর্বত্যাগী (পুম্নমক থাদোকপা) সন্ন্যাসী হাযবতু ওইতুন, অতুগুম্বা মী অতুনা ইহলোকত মানমর্য্যাদা অতুগা সম্মান ফংতুনা অমাঙ অতা লৈত্রবা ব্রহ্মধামবু ফংবা ঙম্মি ৩১॥ মক্কম মক্কম পুম্বদা, মশক উদবমখৈ পীক্রবা ব্রহ্মাগী মরীকশিংতুগী মপৈ (ব্রহ্মরাশি) অতুদগী পোকপা ব্রহ্মাগী অথোইবা ধাম (মক্কম) দি থম্মোয়দা পিগুগী থুপ্লবা কুপ্লবা (হৃদয়গুহা) অতুনা ওইরিবনি। জীবসিন মাতুদা য়োৎবাদ, মাতুবু ফংবদ, "দম" (ই ন্দ্রিয় পুক্রীংবু লাকশিনবা) হাযবতুগুনা ঙম্নরিবনি।৩২। মাতুদা লৈব জীবদি কনাগুম্বা কবিগুম্বা জীব অমতগা বিরোধী ওইদে। জ্ঞানতগী মশক ওইবা আত্মাদা, তুংনা হুংঙাইনা লৈ। অতুগুম্বা জ্ঞানী জীবাত্মাতুদি লোক অসিদা অমুক পোক্লকনি

এক এব দমে দোষো দ্বিতীয়ো নোপপদ্যতে। যদেনং ক্ষময়াযুক্ত মশক্তং মন্যতে জনঃ ॥৩৪॥
একোঽস্য সুমহাপ্রাজ্ঞ দোষঃ স্যাৎ সুমহান্ গুণঃ। ক্ষময়া বিপুলা লোকাঃ সুলভাহি সহিষ্ণুতা ॥৩৫॥
দান্তস্য কিমরণ্যেন তথাদান্তস্য ভারত। যত্রৈব নিবসেদ্দান্ত স্তদরণ্যং স চাশ্রমঃ ॥৩৬॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

এতৎ ভীষ্মস্য বচনং শ্রুত্বা রাজা যুধিষ্ঠিরঃ। অমৃতেনেব সংতৃপ্তঃ প্রহৃষ্টঃ সমপদ্যত ॥৩৭॥
পুনশ্চ পরিপপ্রচ্ছ ভীষ্মং ধর্ম্মভৃতাংবরম্। তপঃ প্রতি স চোবাচ, তস্মৈ সর্ব্বং কুরূদ্বহঃ॥৩৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণ আপদ্ধর্মপর্ব্বণি
দমকথনে সপ্তপঞ্চাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

---

হায়বগী কিবা লৈতে। ইহলোক্তী অকিবা ফাওবা লৈত্রবদা পরলোক্তী অকিবদ করম হায়না লৈগনি? ।৩৩ দম হায়বদি অশাউবনা চংবা পুম্নমকপু নমহৎপা হায়বসিগী লৈব দোষ শ্রীমতং হায়ববু, "দম" হায়বসিগী মশ দ মীনা চৈবা থাংবা ফুব পুম্নমকপু খাঙবা অমাদ মীগী মরাল ভাক-পিবা হায়বসিমদি লৈবা তারবিনা মী পুম্নংক্তা দমী ওইবা হায়বদি ভাকপিহৈবা মহাকপু পাঙদবনি, কিগনবনি হায়বা ফত্তবা মিংচৎ (বদনাম) অসিমদি মহায়নরে। অসিতনি দমগী মশাদ লৈবা দোষ হায়ববু অতে অত্তোপ্পা অনীশুবা দোয শুমা লৈত্রে। ৩৪॥ থোইনা শিংলবা নিংথৌ যুধিষ্ঠির! দোষ অসে অমরোমদা হায়রবদি মহা চাউত্রবা গুণ অমনি। হায়রিবা দোষগী মশক ওইরবা গুণ অসিমতনা দমী ওইবা মহাক্তা পুণ্যলোক মথঙ মথা কয়া ফংবদা য়াম্না লায়না থোকই। হায়রিব ক্ষমা (ভাকপি হৈবা) হ য়বা গুণ অসিদগী "থাঙবা কনবা" হায়বা গুণচুমসু পোক্লকই ৩৫। ভরতবংশদা পোকপা হে ভারত! যুধিষ্ঠির! ইন্দ্রিয় থুতম চনবা, দমী ওইবা, ক্ষমাশীল ওইবা মীনা বন্দা চৎতুনা লাইনিংবগী করিসু কাম্নবা (দরকার) লৈতে। অদুগা হায়রিবা ক্ষমানচিংবা গুণশিং অসিবু য়াওত্রবদা বনদা চৎতুনা লাইনিংবগীসু করিদি কাম্নরি? সংযমী ওইবা ইন্দ্রিয় থুতম চনবা মীগীদি চৎলু চৎলুবা মফমদা বনগী বনমক্তনি, আশ্রমগী আশ্রম মক্তনি ॥৩৬॥ বৈশম্পায়ননা হায়:— জনমেজয় মহারাজ॥ ভীষ্মদেবগী অসিগুম্বা পাউতাক অসি তাবদা নিংথৌ যুধিষ্ঠির অম্না ওম্বোক্তা পেনখ্রে অমৃত পাম তৌরুরগা পেনবাস মঙাহখ্রে।।৩৭। কুরু শাগৈগী অথোইবা নিংথৌ। অসিগী তুংদা ধর্ম্মাত্মা ওইবশিংগী মতুংদা অথোইবা ভীষ্মগী মফমদা অমুক হন্না নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা তপস্যাগী মরমদা হংথি। ভীষ্মনসু তপস্যাগী মরমদা জ্ঞান তাকপা হৌথি।।৩৮।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা লাখ লিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তি পর্ব্বদা আপদ্ধর্মগী মতুংদা দমবর্ণন কৌবা চামগা য়াঙ্খৎতরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে।

অযাচিনোক্তি কর্ম্মাণি ন চ সম্প্রচিনোতি হ। সমঃ সর্ব্বেষু ভূতেষু মৈত্রায়ণগতিশ্চরেৎ ॥২৭॥
শকুনীনামিবাকাশে জলেবারিচরস্তে চ যথাগতির্ন দৃশ্যেত তথা তস্য ন সংশয়ঃ ॥২৮॥
গৃহানুৎসৃজ্য যো'ব জন্ মে ক্ষ.মবাভিপদ্যতে। লোকাস্তেজোময়াস্তস্য কল্পন্তে শাশ্বতীঃ সমাঃ ।২৯॥
সংন্যস্য সর্ব্বকর্ম্মাণি স ন্যস্য বিধিবৎপঃ। সংন্যস্য বিবিধাবিদ্যাঃ সর্ব্বংসংন্যস্য চৈবহ। ৩০।
কামেশুচিরনাবৃত্তঃ প্রসন্নাত্মা'হত্মাবিচ ছুচিঃ প্রাপ্যেহ লোকে সৎকারং স্বর্গ সমভিপদ্যতে ॥৩১॥
যচ্চ পৈতামহং স্থানং ব্রহ্মরাশি' সমুদ্ভবম্। গুহায়াং পিহিতং নিত্যং তদ্দমেনাভিগম্যতে ॥৩২।
জ্ঞানারামস্য বুদ্ধস্য সর্ব্বভূতাবিরোধিনঃ। নাবৃত্তির্ভযমস্তীহ পরলোকভয়ং কুতঃ। ৩৩।

ইহলোক অসিদা মহৈ পামদনা কর্ম্ম তৌবনা মথংগী মপোক য়াম্নবা কর্ম্ম অমুক খোমজিন্ত্রে। জীবপানবা পুম্বদা মিত্রতা ভাব থমহুনা হকচাংগী অভিমান থাদোকতুনা কর্ম্ম তৌনা তৌনা মী পুম্বদা অভয়দান তৌই। হায়বদি, করিগুম্বা হীরমদা অকিবা লৈতনবা পাউতাক পীভম্মি ॥২৭॥ নোংমদোল্দা পাইবা উচেকশিংগী অহুগা ঈশিংগী মহুংদা কোয়চৎ চৎলিবা জলজন্তুশিং থোঙ্গুল তাদবা, চৎখিবা লীক্লম উদবহুগুম্না জ্ঞানীশিংগী পুক্রীংগী গতিসু থঙবা লুই-থঙবা ঙম্মদে। হায়রিবসিদা করিস্ন চিংনক্ষম লৈত্রবনি। ২৮॥ নিংথৌ! সংসারগী বিষয় অমদি পরিবারবু থুদক্তা থাদোকতুনা অচীকপা মক্ষমদা ধ্যান তপস্যা তৌহুনা অরানবা খুভম ফংগ্রবা জীবহুদি মশীং লাকঙমদবা চংহ কয়া কযা চুপ্পা অমম্বগী শরুক য়াওত্রবা মঙালগী মশক্ত ওইবা লোবতা লৈথি ।২৯। মী মহাক অহুগী আচারবিচারনা পুমশেং শেংথ্রবা, থম্মোয়দা অমোংপগী শরুক য়াওত্রবা মহাক্না পাম্মকপা নীংঙকপ পুম্বা অমকপা লৈত্রবা জগৎকী উপকারগী মশক্ত ওইবা, সংসারগী ফত্ত্রবা বিষয ভোগতগী মমায লৈথোক্লবা মহাক অহুদি ব্রহ্মযোগসাধন ইতৌ তৌদনা ব্রহ্মপদবীবু ফংবা ঙম্মি ॥৩০॥ অহুম ওইবা, আত্মাজ্ঞানী ওইবা মহাপুরুষনা কর্ম্ম পুম্নমকপু, তপস্যাবু অহুগা মখল মথা অযাম্বা বিদ্যাবু হায়বদি নাপল তৌবা ঙম্বনচিংবা উৎননবা ওইবা বিদ্য বু, তপস্যাবু অহুগা মখল মথা অয়াম্বা বিদ্যাবু বিধি কায়দনা সন্ন্যাস সর্বত্যাগী (পুম্নমক থাদোকপা) সন্ন্যাসী হায়বহু ওইহুন, অহুগুম্বা মী অহুনা ইহলোকত মানমর্য্যাদা অহুগা সম্মান ফংহুনা অমাঙ অতা লৈত্রবা ব্রহ্মধামবু ফংবা ঙম্মি ৩১॥ মক্ষম মক্ষম পুম্বদা, মশক উদবমথৈ পীক্লবা ব্রহ্মগী মরীকশিংহুগী মপৈ (ব্রহ্মবাশি) অহুদগী পোকপা ব্রহ্মগী অথোইবা ধাম (মক্ষম) দি থম্মোয়দা পিগুগী থুপ্লবা কুপ্লবা (হৃদযগুহা) অহুনা ওইরিবনি। জীবসিন মাহুদা য়োবাদ, মাহুবু ফংবদি, "দম" (ই ন্দ্রয পুক্লীংবু লাকশিনবা) হায়বহুতনা ঙম্নরিবনি ।৩১। মাহুদা লৈব' জীবদি কনাগুম্বা কনিগুম্বা জীব অমতগা বিরোধী ওইদে। জ্ঞানতগী মশক ওইবা আত্মাদা ক্তুংহুনা মুংঙাইনা লৈ। অহুগুম্বা জ্ঞানী জীবাত্মাহুদি লোক অসিদা অমুক পোক্লকনি

এক এব দমে দোষো দ্বিতীয়ো নোপপদ্যতে। যদেনং ক্ষময়াযুক্তমশক্তং মন্যতে জনঃ ॥৩৪॥
একোঽস্য সুমহাপ্রাজ্ঞ দোষঃ স্যাৎ সুমহান্ গুণঃ। ক্ষময়া বিপুলা লোকাঃ সুলভাহি সহিষ্ণুতা ॥৩৫॥
দান্তস্য কিমরণ্যেন তথাদান্তস্য ভারত। যত্রৈব নিবসেদ্দান্তস্তদরণ্যং স চাশ্রমঃ ॥৩৬॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

এতৎ ভীষ্মস্য বচনং শ্রুত্বা রাজা যুধিষ্ঠিরঃ। অমৃতেনেব সংতৃপ্তঃ প্রহৃষ্টঃ সমপদ্যত ॥৩৭॥
পুনশ্চ পরিপপ্রচ্ছ ভীষ্মং ধর্ম্মভৃতাংবরম্। তপঃ প্রতি স চোবাচ, তস্মৈ সর্ব্বং কুরূদ্বহঃ॥৩৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি আপদ্ধর্মপর্ব্বণি দমকথনে সপ্তপঞ্চাধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

---

হায়বগী কিবা লৈতে। ইহলোক্তী অকিবা কাওবা লৈত্রবদা পরলোক্তী অকিব'দ করম হায়না লৈগনি ? ।৩৩ দম হায়বদি অশাউবনা 'চংবা পুম্নমকপু নমহৎপা হায়বসিগী লৈব দোষ অমত্তং হায়বনু. "দম" হায়বসিগী মশ'দা মীনা চৈবা থাংবা ফুব পুম্নমকপু থাওবা অমাদ মীগী মরাল ভাক-পিবা হায়ব'সমদি লৈবা তারবনিনা মী পুম্নংক্সা দমী ওইবা হায়বদি ভাকপিহৈবা মহাকপু পাওদবনি, কিগনব'ন হায়বা ফন্তবা মিংচৎ (বদনাম) অসিমদি মহায়নরে। অসিতনি দমগী মশাদ লৈবা দোষ হায়বনু অতে অত্তোপ্পা অনীশুবা দোষ অমা লৈত্রে। ৩৪।। থোইনা শিংলবা নিংথৌ যুধিষ্ঠির ! দোষ অসে অমরোমদা হায়রবদি মহা চাউপ্রবা গুণ অমনি। হায়রিবা দোষগী মশক ওইরবা গুণ অসিমতনা দমী ওইবা মহাক্সা পুণ্যলোক মথল মথা কয়া ফংবদা য়াম্না লায়না থোকই। হাযরিব ক্ষমা ( ভাকপি হৈবা ) হ য়বা গুণ অসিদগী "থাওবা কনবা" হায়বা গুণচুমসু পোক্লকই ৩৫। ভরতবংশদা পোকপা হে ভারত ! যুধিষ্ঠির ! ইন্দ্রিয় থুচম চনবা, দমী ওইবা, ক্ষমাশীল ওইবা মীনা বনদা চৎতুনা লাইনিংবগী করিসু কাম্নবা ( দরকার ) লৈতে। অদুগা হায়রিবা ক্ষমান'চিংবা গুণ'শিং অসিবু হাওত্রবদা বনদা চৎতুনা লাইনিংবগীসু করিদি কাম্নরি ? সংযমী ওইবা ইন্দ্রিয় থুচম চনবা মীগীদি চৎলু চৎলুবা মফমদা বনগী বনমক্তনি, আশ্রমগী আশ্রম মক্তনি ॥৩৬॥ বৈশম্পায়ননা হায় ঃ— জনমেজয় মহারাজ ।। ভীষ্মদেবগী অসিগুম্বা পাউতাক অসি তাবদা নিংথৌ যুধিষ্ঠির অম্ভি ওম্মোক্সা পেনগ্রে অমৃত পান তৌরুরগা পেনবসি মত্তাংগ্রে ।।৩৭। কুরু শাগৈগী অথোইবা নিংথৌ ! অসিগী তুংদা ধর্ম্মাত্ম ওইবশিংগী মনুংদা অথোইব' ভীষ্মগী মফমদা অমুক হন্না নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা তপস্যাগী মরমদা হংখি। ভীষ্মনসু তপস্যাগী মরমদ' শুান ভাকপা: লৌথি ।।৩৮।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদ' শ্লোক লিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তি পর্ব্বদা আপদ্ধর্মগী মনুংদা দমবর্ণন কৌবা চামগা য়াঙ্খৈতরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে।

# "মণিপুরী মহাভারত"

## অষ্টপঞ্চাশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

( চামগা য়াঙ্খৈনিপালশুবা অধ্যায় )

তপস্যাগী মরমদা ওাঙবা

### ভীষ্ম উবাচ

সর্ব্বমেতত্তপোমূলম্, কবয়ঃ পরিচক্ষতে। ন হ্যতপ্ততপা মূঢ়ঃ ক্রিয়াফলমবাপ্নুতে ॥১॥
প্রজাপতিরিদং সর্ব্বম্ তপসৈবাসৃজৎ প্রভুঃ। তথৈব বেদানৃষয়স্তপসা প্রতিপেদিরে ॥২॥
তপসৈবসসর্জান্নং ফলমূলানি যানিচ। ত্রীঁল্লোকাংস্তপসাসিদ্ধাঃ পশ্যন্তি সুসমাহিতাঃ ॥৩॥
ঔষধ্যগদাদীনি ক্রিয়াশ্চবিবিধাস্তথা। তপসৈব হি সিদ্ধ্যন্তি তপোমূলংহি সাধনম্ ॥৪॥
যদ্দুরাপং ভবেৎ কিঞ্চিৎ তৎ সর্ব্বং তপসোভবেৎ। ঐশ্বর্য্যমৃষয়ঃ প্রাপ্তা স্তপসৈব ন সংশয়ঃ ॥৫॥
সুরাপোঽসম্মতাদায়ী ভ্রূণহাগুরুতল্পগঃ। তপসৈব সুতপ্তেন নরঃ পাপাৎপ্রমুচ্যতে ॥৬॥

---

**ভীষ্মনা হায় :**—মহারাজ! উরিবা বিশ্বজগৎ মপুম্ অসিগী মরুদি তপস্যা নি। অসুম্না বিদ্বান্ যোগীশিংনা হায়নৈ। তপস্যাবু তৌত্রবা অপঙবা মীনা মহাক্না তৌরিবা শুভকর্ম্মংগী শুভ ওইবা মহৈবু ফংবা ঙম্দে ॥১॥ ভগবান্ প্রজাপতিনা তপস্যাগী শক্তিনা জগৎ পুম্ন-মক্সিগী সৃষ্টি তৌখি। ঋষিশিংনা তপস্যাগী পাঙ্গৈনা বেদ পুম্বগী জ্ঞান লৌইনা ফংখি ॥২॥ মহৈমরোং মরুনচিংবা অচাথক্ পুম্নমক্তা বিধাতানা তপস্যাগী শক্তিনা মহাউ মচু তোঙাল্ তোঙাম্না শেম্থি। থম্মোয় হকচাং অমত্ত ওইনা তপস্যা তৌগ্রব মুনিশিংনা মরোল অহুম্দা ভৌরিব পুম্নমকপু মতম অমত্তদা মমীৎ সক্না, উবা ঙম্মি ।৩। হীদাক্ অতুগা হক-চাং দ লায়না পক্তনব নাদ-যেক্তনবা ফংনবিবসি তপস্যাগী মহৈনি। অতুগা লায়নাশিং অতুগী কোক্কবগী দমক্ত তৌরিবা থবক্-থবাং পুম্বসি তপস্যাগী শক্তিতনা তৌনরিবনি। মরুমদি সাধন পুম্নমক্কী মরুদি তপস্যানি ॥৪॥ সংসারসদা ফংবদা থাইদগী লুবা পোৎশক্ অতু তপস্যাগী শক্তিনা ঈবায় লায়না ফংঙি। তপস্যাগী শক্তিনা ঋষিশিংনা অণিমা-গারিমা নাচিংবা অষ্টসিদ্ধ ফংখবনি হায়বসিদা হরিমত চিংনলায় লৈতে ।৫॥ মযায় কাবা য়ুনচিংবা থকপা, অমগী (মপুগী) মরা তাদনা লোম্ন লৌবা (হুরানব), গর্ভগী জীব মাঙহনবা ( মচা য়ৈথবা-হাৎপা ), ওঝা গুরুগী হূপীদা নত্তবা কর্ম্ম তৌবা অসিংচিবা শাথিনা কর্ম্মগী পাপস্নু

তপসো বহুরূপস্য তৈস্তৈর্দ্বারৈঃ প্রবর্ত্ততঃ। নিবৃত্ত্যা বর্ত্তমানস্য তপো নানশনাৎ পরম্ ।৭॥
অহিংসা সত্যবচনম্‌. দানমিন্দ্রিয়নিগ্রহঃ। এতেভ্যোহি মহারাজ, তপো নানশনাৎ পরম্ ! ৮॥
ন দুষ্করতরম্‌ দানান্নাস্তি মাতরমাশ্রয়ঃ। ত্রৈবিদ্যেভ্যঃ পরং নাস্তি সন্ন্যাসং পরমং তপঃ। ৯॥
ইন্দ্রিয়ানীহ রক্ষান্তি স্বর্গধর্ম্মাভিগুপ্তয়ে। তস্মাদর্থে চ ধর্ম্মে চ, তপো নানশনাৎ পরম্‌ ।১০।
ঋষয়ঃ পিতরোদৈবা মনুষ্যা মৃগপক্ষিণঃ। যানি চান্যানি ভূতানি ; স্থাবরানি চরানি চ ।১১।
তপঃ পরায়ণাঃ সর্ব্বে সিদ্ধ্যন্তি তপস্যা চতে। ইত্যেবং তপসা দেবা মহত্ব' প্রতিপেদিরে ॥১২॥
ইমানীষ্টাবিভাগানি ফলানি তপসঃসদা। তপসা শক্যতে প্রাপ্তুং দেবত্বমপি নিশ্চয়াৎ ।১৩।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতাযাং বৈযাসিক্যাং শান্তিপর্ব্বনি আপদ্ধর্ম্মপর্ব্বনি তপঃ প্রশংসায়ামষ্ট পঞ্চাশদ'ধকশততমোঽধ্যায়ঃ ।।

তপস্যাতনা কোক্‌হনৃবা য়াই ॥৬॥ তপস্যাগী মওং অসি মথল্‌ য়াম্মি, তোঙাল্‌ তোঙানৃবা মও'দা লৈ। অদুবু নিবৃত্তিমার্গদ.* চৎলিবা মথোয়গীদমক্তি উপবাস ( চয়াহেনৃবা ) দগী হেন্‌বা তপস্যা অতৈ অমা লৈত্রে ॥৭॥ মহারাজ ! নিংথৌ যুধিষ্ঠির · হিংসা তৌদবা, অচুম্বত ঙাঙবা, মীঙোন্দা পীথোক্‌পা, ইন্দ্রিয় থুদ্দম্‌ চন্‌বা. হায়রিবশিংসিদগী হেনবা তপ (তপস্যা) অতৈ লৈ। অদুগ. উপবাসদগী হেন্‌বা তপস্যা অমাদ লৈত্রে ॥৮॥ দান (পীথোক্‌পা) দগী হেনবা কর্ম্ম অতৈ অমা লৈত্রে মাতৃসেবদগী হেনবা আশ্রয় ( চঙ্‌ভফম্‌ ) অমা লৈতে বেদ অহুমগী বিদ্বান দগী হেনবা অতৈ বিদ্বান অমা লৈত্রে। অসি পুম্নমক্‌ অসি থাদোক্‌পা মক্ত ওইবনা সন্ন্যাসনা থাইদগী চ উবা তপস্যা অমনি ॥৯॥ সংসার অসিদা ধর্ম্ম চেন্‌বা মীনা, স্বর্গ ফংননবগী সাধনগী মশক্‌ ওইবা ধর্ম্ম হায়দুবু ঙাক্লনবগী দমক ইন্দ্রিয়শিংবু য়াম্ন নীঙথিনা ঙাকশেন্দুনা থম্মি। অদুবু ধর্ম্ম অমদি অর্থ অনীগী সিদ্ধিগী দমক্তদি তপস্যা না থাইদগী হেনবা সাধন অমনি। অদুগা তপস্যাদগী হেননা অতোপ্পা সাধন অমত লৈত্রে ॥১০॥ ঋষি, পিতৃলোককী গুরুজনশিং, স্বর্গগী লাই, মর্ত্ত্যলোককী মী, শা উচেক, অচৎ চত্ত' জীব পানবা হায়রিবা পুম্বসে মাগী মাগী তপস্যা অমমম তৌদুনা লৈরিবা ঙাক্নি। তপস্যাতনা মানা মানা নিংবদু থুংনরি। মতৌসুম্না দেবতাশিংনা তপস্যাগী পাম্বৈতনা দেবলোকতা মাগী মাগী মহাত্মা ফংদুনা লৈনবি। ১১-১২। মানা মানা নিংনরিবা মহৈ তোঙাল তোঙাল ফংনরিবসে তপস্যাগী মহৈমক্তনি য়াম্না দুর্লভ ওইবা. ফংঙমদবা পোৎ পুম্বা তপস্যাতনা সুলভ ( লায়না ফংবা য়াবা ) পোৎ ওইহল্লি। অাইবং মীনা দেবত্ব ফংবা ঙমখিবা অসি তপস্যাতননি। ১৩

মক্কম অসিদা শ্রীমহাভারতদ', শ্লোক লিশি' চামনা শ্রীব্যাসনা লোংবা সংহিতাদা শান্তি পর্ব্বদা আপদ্ধর্ম্মগী মনুংদা "তপঃ প্রশংসা" গী চামগ য়াঙ্খোনিপালশুবা অধ্যায় লোইবে।

—(০)—

*টীকা :— মার্গ অনীনি, প্রবৃত্তি মার্গ হায়বা অমা, নিবৃত্তি মার্গ হায়বা অমা। সংসারগী বিষয় কর্ম্মদা লৈনা লৈনা মহৈ পামদবা, আসক্তি থমদনা কর্ম্ম তৌদুনতা লৈবা লম্বী ( মার্গ ) অদুবু প্রবৃত্তি মার্গ কৌই। সংসারগী বিষয়দগী নানথোকখিদুনা বিষয়শিংদা মহৈ লৈনিংদনা, ভগবানগী কর্ম্মক্ত মতৌবা অদুনা নিবৃত্তি মার্গ কৌই। অদুগুম্বা নিবৃত্তি মার্গদা চৎনা চৎনা উপবাস তৌবা মাসিদগী হেনবা তপস্যা অতৈ লৈত্রে হায়বা বানি।

# "মণিপুরী মহাভারত"

## নবপঞ্চাশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

( চাময়াখৈমাপলগুবা অধ্যায় )

### "সত্য" গী লক্ষণ, স্বরূপ অমদি মাহাত্ম্য তাকপা মতাং

### যুধিষ্ঠির উবাচ।

সত্যং ধর্ম্মং প্রশংসন্তি, বিপর্ষিপিতৃদেবতাঃ। সত্যমিচ্ছাম্যহং শ্রোতুং, তন্মে ব্রূহি পিতামহ। ১॥
সত্যং কিংলক্ষণং রাজন্। কথম্বা তদবাপ্যতে সত্যং প্রাপ্য ভবেৎ কিঞ্চ, কথং চৈব তদুচ্যতাম্। ২

### ভীষ্ম উবাচ।

চাতুর্বর্ণস্য ধর্ম্মাণাং সংকরো ন প্রশস্যতে। আবকাবিতমং সত্যং সর্ব্ববর্ণেষু ভারত ।৩।
সত্যং সৎসু সদাধর্ম্মঃ, সত্যং ধর্ম্মঃ সনাতনঃ। সত্যমেব নমস্যেত, সত্যং হি পরমা গতিঃ ।৪।

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়।— ঈবুধো। ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, পিতৃলোক, দেবতা পুম্নমক্না "অচুম্বা ভাংবা" গী মশক ওইবা ধর্ম্ম অসিতগী প্রশংসা তৌনৈ। অদুনা ঈবুধো, অদুগুম্বা সত্য অদুগী মরমদা তাজনীংঙি সত্যগী স্বরূপ ( থাংজাশবা মওং ) অসি করিনো? মাদু নশুদা তাকপিরম্মু ।১॥ ঈবুধো। সত্যগী লক্ষণ করিনো? মাদুবু করম হায়না ফংগনি? হায়রিবা "সত্য" অসিবু পালন তৌরবদি শীজিন্নরবদি করি তোংঙৈ? অদুগা মওং মতৌ কমদোই? অসিনচিংবসি তাকপিয়ু। ২। ভীষ্মনা হায়ঃ—ভরতনন্দন। ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়নচিংবা বর্ণ মরিগী লৈনরিবা ধর্ম্মশিং অসিগী অমগা অমগা যানশিন্নবসে ফবা নত্তে। য়ানশিন্নদবা লেঙদবা সত্য অমমমদি মাগী ধর্ম্মদা লৈনরিবা ভাক্তি। ৩ হায়রিবা বর্ণ মরিসিগী সৎপুরুষশিংতদা সত্য হায়বসিগী চপ চানা ভাকবা হায়বা ধর্ম্মদু লৈ। সত্য হায়বসিনা সনাতন* ধর্ম্ম হায়বসু ওইরিবনি। "সত্য" গী মফমদা মতম পুম্বদা কোক্ নোনগদবনি। মরমদি সত্যতনা তাইবংমীগী অথোইবা অরোইবা গতিনি ৪। সত্যতনা ধর্ম্মনি, তপনি, যোগনি। সত্যতনা ব্রহ্মনি†

---

*টীকা।— লৈশেমঙেনগী লোঁদনা মশক হোংদনা লাইরিবা ধর্ম্ম অদু সনাতন ধর্ম্ম কোই। 'সনা' হায়বদি 'সদা' হায়বনি "তন" হাইবনা লৈবা হায়বনি।

† 'ব্রহ্ম' হায়বসিবু করিনো হায়বদুবু য়াম্না শূনা হংনৈ। অদুবু অরায় লায়না ভীষ্মনা হায়রিঃ— সত হায়বদুতনা ব্রহ্ম ওই। মশক উবা উদবা অচৎ চত্ত পুম্বা মাগী মমুংদা লৈবা মতম মরম পুম্বদা লীনথুংনা লৈবা অদু ব্রহ্মনি। মশক হোংলিগদবা উম্নিবা চদু অদুগী মমুংদা মশক উদবা হোংবা য়ারোইদৌবা অমা লৈবনি। মতাক অদুদি ফিদম্ন লৈবনি। উদম্ন য়াদম্ন লৈবনি। মশক হোংলিবসে চুমদনা হোংলিবনি। অদুগুম্বা অচুম্বা মা মশক্তগী মথক্তা অচৎ-চত্ত মফম অসি মতম থর থরদং লৈবা য়াজরিবনি। মাদু উবদুবু ব্রহ্ম উবা কোই। উরবদি ফংলবগুম্বনি। মাদু উদদুনা ফংনত্রিবনি।

সত্যং ধর্ম্মস্তপোযোগঃ সত্যং ব্রহ্ম সনাতনম্। সত্যং যজ্ঞঃ সর্ব্বং সত্যে প্রতিষ্ঠিতম্ ॥৫॥
আচারানিহ সত্যস্য যথাবদনুপূর্ব্বশঃ। লক্ষণং চ প্রবক্ষ্যামি, সত্যস্যেহ যথাক্রমম্। ৬।
প্রাপ্যতে চযথা সত্যং তচ্চ শ্রোতুমিহার্হসি সত্যং ত্রয়োদশবিধং সর্ব্বলোকেষুভারত ॥৭॥
সত্যং চ সমতাচৈব দমশ্চৈব ন সংশয়ঃ অমাৎসর্য্যং ক্ষমাচৈব, হ্রীস্তিতিক্ষানসূয়তা ॥৮॥
ত্যাগো ধ্যানমথার্য্যত্বং ধৃতিশ্চ সততং স্থিরা অহিংসা চৈবরাজেন্দ্র, সত্যাকারাস্ত্রযোদশ ॥৯॥
সত্যং নামাব্যয়ং নিত্যমবিকারি তথৈবচ সর্বধর্ম্মাবিরুদ্ধেণ যোগেনৈতদবাপ্যতে ॥১০॥
আত্মনীষ্টে তথানিষ্টে রিপৌ চ সমতা তথা। ইচ্ছাদ্বেষক্ষয়ং প্রাপ্য, কামক্রোধক্ষয়ং তথা। ১১॥
দমো নান্য স্পৃহানিত্যং গাম্ভীর্য্যং ধৈর্য্যমেবচ। অভয়ং রোগশমনং, জ্ঞানেনৈতদবা প্যতে ॥১২॥

---

সত্যত্তবু অংগোইবা যজ্ঞনি হায়নৈ। অদুনা সংসার লেংভি পাল্লিবা পুম্বা সত্যগী মথক্তা নম্দুনা। লৈবনি ॥৫॥ হৌজিক্তি, অদুম্ওইবা সত্যগী অশেংবা মওং অমদি লক্ষণ ঐ নঙোন্দা হায়গে ॥৬॥ অদুগা অসিমসু নঙোন্দা ঐনা হায়নীঙিঙ, মাদুদি অদুগুম্না সত্যদু করম্ হায়না ফংবা ঙম্বগে হায়বদু। য়াম্ন পুক্নীং চঙনা তাও। ভরত শাগৈদা পোক্পা নিংথৌ যুধিষ্ঠির। বিশ্বজগৎ অসি সত্য হায়বসে মথল্ তরাহুম্দোই থোক্লা লৈ। ৭॥ নিংথৌ! অচুম্বা ঙাঙ্বা, চপ্ মন্ননা উবা (খাইদা চপ্ মান্নবা উব-চৎপা), ইন্দ্রিয়বু লাকশিন্বা, কল্লকয়েংথিবা লৈহন্দবা, মীগী অৱানবা ঙাকপিবা, কবি হায়থিগদগে হায়না ঈকায়বা খঙ্বা, খাঙ্বা কনবা, মীনা পীথিবা সুংঙাইতবা কাউথোকপা (মলোম্ থম্দবা), মীগী ফগনিতবু হায়বদি ঐগীনি হায়রিবত্ত থাদোকপা, খাইমকসিদগী তোক্তোক্পা পরমাত্মা লৈরি হায়না থম্দুনা মাবু ধ্যাণ তৌবা, হৌনবা খঙ্বা য়াম্ন তপ্থবা পাখত্তবা, অহিংসা (পুক্নীংনা, থবক্না, ৱাহৈনা মীবু থম্মোয় শোক্ন রাহন্দবা) হায়রিবা তরাহুম্দোই অসি সত্য হায়বদুগী মথল শায়োন্ মক্তনি। মসিদা থক্ চিংনগনু ॥৮-৯॥ মহাউ (রস) অমতদা লেঙ্দনা লৈবা, অযাঙ্বা লৈতবা, মশক হোংবা লৈবা লৈতবা, হায়রিবা অদুম্ অসি সত্যগী লক্ষণনি ধর্ম্ম পুম্নমক্কী অনুকূল ওইবা (বিরুদ্ধ ওইদবা) মথৌ পাঙথোকপা কৌবা যোগ অদুদনা সত্য (অচুম্বা) হায়বদুবু ফংবা ঙম্মি ।১০। চান্নবা মক্লপ অদুগা য়েংথিনবা য়েক্লবদা চপ মান্নবা উবদুবু সমতা কৌই। হায়রিবা সমতা অসি অপাম্বা, কল্লকপা, অশাউবা, মীহৌববু মুথৎলবদি মশানা অদুম্ মরাক্চৈ। সমত্তাবু মতম অদুদা লায়না ফংবা ঙম্মি ॥১১॥ কনাগুম্বা অমতগী পোৎপু লোগে থনদবা, চীঙলেম্না লৈবা চনীঙত্তবা-তপ্থবা, অকিবা মিপাইবা থমদবা, অপাম্বা মিহৌবনচিংবা পুক্নীংগী লায়না পোকহন্দবা ইন্দ্রিয় থিবিক্পু থুদুমচনবা মথোয় অসিনা “দম” হায়বদুগী লক্ষণনি। হায়রিবা “দম” হায়বসিবু ফংবদি জ্ঞাণ তানা ওইবনি ॥১২॥ দান অমদি ধর্ম্মগী থবক্তা পুক্নীং ফাজিন্বা, হায়বদি,

অমাৎসর্য্যং বুধাঃ প্রাহুর্দ্দানে ধর্ম্মে চ সংযমঃ। অবস্থিতেন নিত্যং চ সত্যেন মৎসরী ভবেৎ ॥১৩॥
অক্ষমায়াঃ ক্ষমায়াশ্চ প্রিয়াণীহাপ্রিয়ানি চ ক্ষমতে সম্মতঃ সাধুঃ সাধ্বাপ্নোতি সত্যবাক্ ॥১৪॥
কল্যাণং কুরুতে বাঢ়ম্ ধীমান্ ন গ্লায়তে ক্বচিৎ প্রশান্তবাঙ্মনা নিত্যং হ্রীস্তু ধর্মাদবাপ্যতে ॥১৫॥
ধর্ম্মার্থহেতোঃ ক্ষমতে তিতিক্ষাক্ষান্তিরুচ্যতে লোকসংগ্রহণার্থং বৈ, সাতু ধৈর্য্যেনলভ্যতে ॥১৬॥
ত্যাগঃ স্নেহস্য সং ত্যাগো বিষয়াণাং তথৈব চ রাগদ্বেষপ্রহীণস্য ত্যাগোভবতি নান্যথা ।১৭।
আর্যতা নাম ভূতানাংযঃ করোতি প্রযত্নতঃ শুভং কর্ম্ম নিরাকারো, বীতরাগস্তথৈবচ ।১৮॥
ধৃতিনাম সুখেদুঃখে যথা নাপ্নোতিবিক্রিয়াম্। তাং ভজেত সদা প্রাজ্ঞো য ইচ্ছে প্রতিমাত্মনঃ ১৯

ঐনা তৌরিবা দান অমদি যজ্ঞনচিংবা ধর্ম্ম কর্ম্ম অসি মানা তৌবদগী হেন্না যজনা তৌবা উৎনবগীদমক্তি অসুম্ হায়না অহেনবা ত ন্নবগী থবক্ ওইহন্দবা, মীবু কল্লকতুনা শীংন্দুনা তৌবা থবক্ ওইহন্দবা অসিগুম্বা পুক্নীংগী অচুম্বা মওং অসিবু বিদ্বানশিংনা "মৎসরতা লৈত্তবা" হায়না কৌনৈ। অসিগুম্বা "মৎসরতা লৈত্তবা" হাযবসি সত্য হায়বদুবু পালন তৌরবতদা ফংবা ঙম্মি।১৩। খাঙতুনা লৈবা য়াবা-য়াদবা ব্যবহার পুম্নবু অতগা তাবা হুংঙাইবা-হুঙাইতবা য়া পুম্নমক্পু, চপ্ মান্ননা উহ্নুনা-তাহনা খংঙতুনা লৈবা ঙম্বা মহাক্ অদু, মপুমক্না য়াবা খাইদগী হেন্না খাঙহৈবা মী হাযবদুনি। হাযবদি গুণ অসিমক্ সত্যবাদী ওইবা মীওংতনা ফংবা ঙম্মি।১৪। মীগী ফনুনবা, মীগী মঙ্গল লৈনবতা থনবা, পুক্নীংদা লেমহৌবদগী পেলহৌদবগী অরাবা-হুংঙাইতবা লৈতবা রাখন্দা হাযদোরকপদা যান্না শান্তি ওইবা মহাক্ অদু "লজ্জাশীল" হায়বদুনি হায়নৈ হায়রিবা লজ্জ কৌবা গুণ অসি, ধর্ম্মগী আচরণ তৌরবতদা ফংনৈ ॥ ১৫ ॥ ধর্ম্ম অর্থগীদমক অবাবা খাঙলবদি মাদু "তিতিক্ষা" কৌই। লোক সমাজদা আদর্শ (থুদম-ফিদম উৎনবগীদমক্তা হায়রিবা তিতিক্ষা হায়বা গুণ ধর্ম্ম অসিবু পালন তৌগদবনি তিতিক্ষা হায়বা গুণ অসি "ধৈর্য্য" (তপ্থবা ফিংগত্তবা) হাযবা অদুত্তুনা ফংবা ঙম্মি। অতোপ্পা অমগীদমক থিবিদববু অনন্তুযা) কৌই। ১৬। সংসারগী বিষয় (বিষয়) শিংদগী আসক্তি থাদোকপতবু থাঙ্গেশেংবা "ত্যাগ" (থাদাকপা) কৌবনি অসিগুম্বা "ত্যাগ" দি অপাম্বা বল্লকপা অনীসি থাদোক্লবত্তদা ওইবনি। অতৈনা থক্ ওইরোই ॥১৭। মী খঙহন্দনা, তুমিন্না মীগী সমাজগী জগৎকী মঙ্গল ওইননবগী, বাল্লনবগীদমক্তা তৌরিবা অদুদা লৈরিবা গুণ অমদি আচরণ অদুবু "আর্য্যতা" (আর্য্য ওইবগী মতৌ) কৌবনি। মসিদি, "আসক্তি" হায়বদুবু থাদোক্লবত্তদা ওই ॥১৮॥ অরাবা হুংঙাইবা অনীমক্তা পুক্নী দা করিগুম্বা বিকার অমতা পোকহনবা অদুবু ধৃতি কৌই। পুনসিদা মশাগী চাওখৎপা পাম্বা অমনা ধৃতি কৌবা গুণ অসিবু ঙাক্শেন্দুনা থমগদবনি। মতম পুম্বদা শীজিন্নগদবনি ১৯। মকম অয়াম্বা ক্ষমাবান্ (ঙাক্লিল হৈবা) অদুগা কচুম্বতা

সর্ব্বথা ক্ষমিণাভাব্যং তথালভ্য পরেণচ　বীতহর্ষভয়ক্রোধো ধৃতিমাপ্নোতিপণ্ডিত ঃ ।২০॥
অদ্রোহঃ সর্ব্বভূতেষু কর্ম্মণামনসা গিরা।　অনুগ্রহশ্চদানং চ, সত্যং ধর্ম্মঃ সনাতনঃ ॥২১॥
এতে ত্রয়োদশাকারাঃ পৃথক্ সত্যৈকলক্ষনাঃ।　ভজন্তে সত্যমেবেহ বৃংহয়ন্তে চ ভরত ।।২২।।
নাস্তঃ শক্যোগুণানাং চ বক্তুং সত্যস্য পার্থিব।　অতঃ সত্যং প্রশংসন্তি বিপ্রাঃ সপিতৃদেবতাঃ ॥২৩॥
নাস্তিঃ সত্যাৎ পরোধর্ম্মো, নানৃতাৎ পাতকং পরম্।　স্থিতির্হি সত্যং ধর্ম্মস্য তস্মাৎ সত্যংনলোপয়েৎ ॥২৪॥
উপৈতি সত্যাৎ দানংহি যথা যজ্ঞাঃ সদক্ষিনাঃ।　ত্রেতাগ্নিহোত্রং বেদাশ্চ যে চান্যেধর্ম্ম নিশ্চয়াঃ ॥২৫॥
অশ্বমেধসহস্রং চ সত্যং চ তুলয়াধৃতম্　অশ্বমেধসহস্রাদ্ধি সত্যমেববিশিষ্যতে ॥২৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি আপদ্ধর্মপর্ব্বণি সত্যপ্রশংসায়াং একোনপঞ্চাশদধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥

—(•)—

পূক্নিং চঙবা মীশক ওইগদবনি, অদুগা ওইননবা হোৎনগদবনি। হরাউ তয়াম্ থাদোক্লবা, অকিবা অশাউবা থাদোক্লবা অদুগুম্বা মীশক্তনা ধৈর্য্যবু ফংবা ঙম্মি ॥১০॥ পুক্নীংনা, রাহৈনা, থবকনা ওইরবস্যু জীব পানবা থিবিক্কী মকমদা য়েংথিনবা হৌরুদবা, জীবপুম্বদা দয়া-দান-নচিংবত মতৌবা—মাসি সৎপুরুষ ওইবসিংগী সনাতন ধর্ম্মনি ।।২১।। হায়ম্বিবা মথল তরা হুমদোই পুরিবা ধর্ম্ম অসিগী উদ্দেশ্যদি সত্যতবু কংননবনি। মথোয়সিনা সত্যগী আশ্রয়দা লৈহনা সত্যহুমকপু চাওথৎহল্লি, নোযপেলহল্লি। ২২॥ নিংথৌ! সত্য হায়বসিগী গুণগী ঙমথৈ কনানস্যু য়োবা ঙমদে। মরম অদুনা পিতৃলোকনা অমদি দেবতাশিংগা লোয়ননা ব্রহ্মণশিংনা সত্যবুত প্রশংসা তৌনৈ ।।২৩। সত্যদগী হেনবা ধর্ম্ম অমত্তা লৈত্রবনি। মিথ্যাবচনদগী হেনবা পাপ অমত্তা লৈত্রবনি। সত্যতনা ধর্ম্মগী যুমফমনি, তুংফমনি। অদুনা সত্যবু থক মাঙহনবা মুৎহনবা চুমদে ।।২৪। দানগী দক্ষিণ'গা লোয়নবা যজ্ঞগী, অগ্নি অহুমদা হোম তৌবগী বেদবু পাঠ অধ্যয়ন তৌবগা অদুগা অতৈ অতোপ অতোপ্পা ধর্ম্মগী মীমাংসা তৌরিবা শাস্ত্রগী অধ্যয়ন তৌবগী মহৈদো সত্য কৌবা মহাক অমত্তবু পালন তৌবত্তমা ফংবা ঙম্ম ।।২৫।। খলগী নাকল অমদা অশ্বমেধ যজ্ঞ লিশিং অমা তৌবগী মহৈ অদুগা নাকল অমদা সত্য অমত্তবু হাপত্তুনা ওল্লবদি সত্য মহাক অমত্তনা লুম্বা হেল্লি ।২৬।।

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তি পর্ব্বদা আপদ্ধর্মগী মনুংদা সত্যপ্রশংসাগী চাময়াথোমাপলগুবা অধ্যায় লোইরে।

—(•)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## ষষ্ট্যধিকশততমোহধ্যায়ঃ

( চামগা হুমফুশুবা অধ্যায় )

( কাম, ক্রোধনচিংবা দোষ তরাহুমদোইগী লক্ষণ মখোয়বু মাঙহন্নবগী উপায় তাকপা )

### যুধিষ্ঠির উবাচ।

যতঃ প্রভবন্তি ক্রোধঃ কামো বা ভরতর্ষভ। শোকমোহৌ বিধিৎসা চ পরাসুত্বং তথামদঃ ॥১॥
লোভো মৎসর্য্যমীর্ষ্যাচ কুৎসাসূয়া কৃপা তথা। এতৎ সর্ব্বং মহাপ্রাজ্ঞ! যাথাতাথ্যেন মেবদ ॥২॥

### ভীষ্ম উবাচ

ত্রয়োদশৈতেঽতিবলাঃ শত্রবঃ প্রানিনাং স্মৃতাঃ। উপাসন্তে মহারাজ সমন্ত্যা পুরুষানিহ ॥৩॥
এতেপ্রমত্তং পুরুষমপ্রমত্তাস্তুদন্তি চ। বৃক ইব বিলুম্পন্তিদৃষ্ট্বৈব পুরুষং বলাৎ ॥৪॥
এভ্যঃ প্রবর্ত্ততেদুঃখমেভ্যঃ পাপং প্রবর্ত্ততে। ইতি মর্ত্ত্যো বিজানীয়াৎ সততং পুরুষর্ষভ ॥৫॥
এতেষামুদয়ং স্থানং ক্ষয়ং চ পৃথিবীপতে। হন্ত তে কথয়িষ্যামি ক্রোধস্যোৎপত্তিমাদিতঃ ॥৬॥

---

**যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ**— ঈবুধৌ! ভারতশাগেগী অথোইবা! অশিংবগী মনুংদা অথোইবা! অশাউবা, অপাম্বা, অরাবা, শুমহৎপা, শাস্ত্রগী বিরুদ্ধদা থবক তৌগে থনবা, অতোপ্প অমবু ফুগে হাৎকে থনবা, মযায় কাবা, মিহৌবা, বল্লকপা, তাথবা, মীবু থীনা ভাঙবা, ( নিন্দা তৌবা ), মীগী মরাল য়ান্না য়েংবা, লীবপা মীঙোন্দ হায়জবা—পূম্নমকসে কদায়দগী পোকপগে? মাসি শেংনা অমুক্ত হায়াংয়ু। ১-২॥ ভীষ্মনা হায়:— নিংথৌ যুধিষ্ঠির! নহাক্না হায়খ্রিবা দোষ তরাহুমদোই অসে তাইবং মীওইবগী থোঙনা কল্লবা য়েক্লবা মক্লনি। চৎলু চৎলুবা মাঙৈগেদা, মতমপুম্বা মখোয়সিনা মীওইববু কোয়থৎ থৎতুনা হেক্ত কায় ৩। মখোয়সিনা লুমহুনা, চোকশিন্না তুমিন্না ভাজ য়েংহুনা লৈ। জ্ঞান তাদনা ঈভাও ভাওনা, মন্নায় কাহুনা লৈরিঙৈদা মীবু মখোয়সনা থাঙহৈদবা চৈনা পী। কৈশালগী মতৌশুম্না চোংশিল্লকতুনা মী অহবু নমথই ৪ নিংথৌ! মখোয়সিতনা হরম ওইহুনা তাইবংমীনা অরাবা ক্বংবনি। মখোয়সিতনা ঈনশিন্দুনা তাইবং মীওইববু পাপকী থবক্তা পুক্নীং চঙহনবনি। মী পূম্নমক্না মক্কম মতম পূম্নমক্তা মাসিবু খন্দুনা লৈগদবনি, কাউরোইদোবনি ।৫। পৃথীগী মপু নিংথৌ! ঐনা হৌজিক নঙোন্দা হায়গদৌরিবা—মখোয়সি কদাই কদাইদগী পোক্লকপগে, কদাংদ য়ান্না

যথাতত্ত্বং ক্ষিতিপতে তদিহৈকমনাঃ শৃণু।
লোভাৎ ক্রোধঃ প্রভবতি পরদোষেরুদীর্য্যতে ॥৭॥
ক্ষময়া তিষ্ঠতে রাজন্ ক্ষময়া বিনিবর্ত্ততে।
সংকল্পাজ্জায়তে কামঃ সেব্যমানো বিবর্দ্ধতে ॥৮॥
যদাপ্রাজ্ঞেষ্বিরমতে তদা সদ্যঃ প্রণশ্যতি।
পরাসুতাক্রোধলোভা দভ্যাসাচ্চ প্রবর্ত্ততো ।৯।
দয়য়া সর্ব্বভূতানাং নির্বেদাৎ সানিবর্ত্ততে।
অবদ্যদর্শনাদেভি তত্ত্বজ্ঞানাচ্চ ধীমতাম্ ।১০।।
অজ্ঞানপ্রভবো মোহঃ পাপাভ্যাসাৎপ্রবর্ত্ততে।
যদা প্রাজ্ঞেষু রমতে তদাসদ্যঃ প্রণশ্যতি ।১১।
বিরুদ্ধানীহশাস্ত্রা'ণ যেপশ্যন্তি কুরূদ্বহ।
বিধিৎসাজ্জায়তে তেষাং তত্ত্বজ্ঞানান্নিবর্ত্ততে ।১২।
প্রীত্যাশোকঃ প্রভবতি, বিযোগাৎতস্য দেহিনঃ।
যদা নিরর্থকংবেত্তি, তদা সদ্য প্রণশ্যাত ।।১৩।

লেঙদনা লৈবগে. মতৌ করম্না মখোযবু মাঙহনগদগে ?—অ'সনি অদুন', ঐ ঈহান হান্না "ক্রোধ" (অশাউবা) হায়বদ্গী হৌরকপা অর্মাদ হৌরকফমদু নঙোন্দা হায়গে। য়াম্না পুক্নীং চঙনা তাও ।।৬ই। নি থৌ! ক্রোধ (অশাউবা) হায়বসে লোভদগী পোকই। মীগী মরাল উ্শনবগী মাত্রোনা অৎপকী মতীক অশাউববু অদুপকী মতীক হেনগৎলি। "ক্ষমা" (মরাল য়েংবিদনা ভাকপিবা) না "অশ উ।া" হায়বদুবু মুৎহল্লি ।৭ই। কামনা স'কল্পদগী পোকই * হায়রিবা কাম হায়বসিদি অদুক্কী মথৈ সেবন তৌরগা অদুক্কী মতীক হেনগৎলকই। অদুগুম্বা কামবু মাত্রা হম্বহনগে হায়রবদি অশিংবশিংনা মঙোন্দা বিরক্ত ওইরগা হায়বদি করিম্নু কায়দবগুম পান্মুদ্রগা মশানা অদুম মাঙজখি।৮। ক্রোধ লোভ অনীদগী পরাসুতা হায়বদু পোকই। অশাউবগা অপাম্বগা অনীদগী হিংসাগী রাথল অমা পোক্লকই। মাদু পরাসুতা হায়বীদুনি। মাসিদি জীব পানবা পুম্নমক্ত দয়া তোরে হায়রগা অতোপ্পগী অদুগা বৈরাগ্য ভাব লৈরে হায়রগা হেক্ত' মশানা কোকই। মাসিদি তত্ত্বজ্ঞানতনা মাঙহনখিবা য়াই'৯-১০।। মোহ (শুক্সৎপা) হায়বসি অজ্ঞানদগী পোকপনি। পাপকী থবক চম্ন হন্ন তৌবদগী হেনগৎলকই। বিদ্বান্'শংগী প উত্তাকত হৈনিংবগা লোযননা নুংশিবা অমা পোকলকপা মতমদদা মী মহাক অদুগী "মোহ" কায়বদু হেক মা'ঙিঙ ॥১১॥ কুরুশাগৈগী অখোইবা। ধর্ম্মগী বিরুদ্ধ ওইবা শাস্ত্রবু য়েংলিব', থরায় যাওনা পারিবা, মী অদুগী পুক্নী'দা নবো নর্ম্ম তৌনবগী অপাম্বা অসুমসুম পো'ক্লকই। মাদু তত্ত্বজ্ঞান ফংলগা অসুমসুম কোক্লকই'১২।। (প্রম প্রীতি) হাপখিবা হায়বদি নুংশিরুবা, নুংশিরুবিবা মীশক অদুগা থায়নরগা কায়নবগী অৱাবা মৈচাক ফংত্তি' অদুবু অৱাবা ফংলুরিবদু হায়বদি রাক্নরিবদু বান্দবনি—অর্থ লৈতবনি হায়না থনবা হেক হৌরকপদা অৱাবদু মশানা অদুম মূচ্ছখি ॥১৩॥ অশাউবদগী অপাম্বদগী মাদুগ হৈন'খবদগী

*টীকা:— অসিমতং মঙ্কংলগে হায়মা পন্নী'দা চপ য'না লায়া অাশা তৌনা শাগৎতুনা থমখিবদুবু সংকল্প কৌই। অদুগা সংকল্প অদুদগী কাম (অপাম্বা) হায়বদুনা মুঠি নাইনা চোংথোরকই। মাদুদগী অশা-বা মিংই বনচিংবসি পোকনিবনি।

পরাসুতা ক্রোধলোভাবভ্যাসাচ্চপ্রবর্ত্ততে। দয়য়া সর্ব্বভূতানাং নির্বেদাৎসা নিবর্ত্ততে ॥১৪॥
সত্যত্যাগাত্তু মাৎসর্য্য মহিতানাং চ সেবয়া। এতত্তু ক্ষীয়তেতাত সাধুনামুপসেবনাৎ ॥১৫।
কুলাজ্জ্ঞানাত্তথৈশ্বর্য্যান্মদো ভবতি দেহিনাম্। এভিরেবতুবিজ্ঞাতৈঃ স চ সন্থঃ প্রণশ্যতি ॥১৬॥
ঈর্ষ্যা কামাৎপ্র ভবতি সংহর্ষাচ্চৈব জায়তে। ইতরষাংতু সত্ত্বানাং প্রজ্ঞয়া সা প্রণশ্যতি। ১৭॥
বিভ্রমাল্লোকবাহ্যানাং দ্বৈষৈবর্বাক্যৈবসম্মতৈঃ। কুৎসাসঞ্জায়তেরাজল্লোকান্ প্রেক্ষ্যাভিশাম্যতে ।১৮॥
প্রতিকর্ত্তুংনশক্তা যে বলস্থায়াপকারণে। অসূয়া জায়তেতীব্রা কারুণ্যাৎবিনিবর্ত্ততে ।।:৯।
কৃপণান্ সততং দৃষ্ট্বা ততঃ সঞ্জায়তে কৃপা। ধর্ম্মনিষ্ঠাংযদাবেত্তি তদা শাম্যতি সা কৃপা ।২০॥

মী অমবু ফুনীংবা হাৎনীংবগী ইচ্ছা অসি হেক পোল্লকই। অসিগুম্বী যত্রবী ইচ্ছাসজীব খুদিংমক্তা দয়া ( থৌজাল ) অহুগা বিষযশিংদা বেরাগ্য ভাব হেক পোক্লবপদা মরাইনা মুচ্চখি ॥১৪॥ অচুম্বা ( সত্য ) বু থাদোকতুনা যত্রবশিংগত তিম্নরুবদগী মাৎসর্য্য কোবা দোষ অসি পোক্লকই। ইবুঙো! সজ্জন ওইবা, সাধু মহাত্মা ওইবশিংগতা তিম্নরগা হায়রিবা মাৎসর্য্য ( মীগী অফনুংঙাই উরগা চাকপা ) হায়বা দোষ অসি হেক কোকই ॥১৫॥ মশাগী শাগৈজাৎ চাউবা, বিদ্যা অমসুং ঐশ্বর্য্যগী থোয়বা-নাপন্নচিংবা হেক লাকপদা ময়ায় কাবা শুমহৎপা হায়বহুনা মী অহুগী মথক্তা তোংথৎতুনা থোই। হায়রিবা অচৌব'নি হায়রিবা শাগৈজাৎ অহুগী ঐশ্বর্য্য মরল মথুম অহুগী থাঙ্গৈশেংবা মশক মুন্না হেক থগুবদা হায়রিবা ময়ায় কাবা শুমহৎপহু খুদক্তা হেব কোক্ই ॥১৬॥ পুক্নীদা কামনা ( অপাম্বা ) অম লাকপদা অহুগা অতোপ্পা অমগী নুংঙাই য়াইফ উবদা খঙ্হৌদনা ঈর্ষ্যা ( বল্লকপা ) হায়বহু হেক্ পোক্লকই। অহবু কুপ্লবা বুদ্ধিগী মিৎয়েংনা হেক্ যেংবদা বল্লকনীভায় করিমতা লৈরমদহুনা ঈর্ষ্যা কোবী যত্রবীদো হেক মাঙ্খি ।১৭॥ নিংথৌ। সমাজদগী তাম্নোকথ্রবা তোল্লবা জাতিগী মীশিগী মচীন্দগী কল্লকপা লঙ্নবা নিন্দাগী রাহৈশিংহু তাবগা মথোয়াশংহুবু নিন্দা তৌননবগী নোক্লবগী অভ্যাস অমা লাকই। অদুগুম্বা যত্রবা অভ্যাস অতাদি সজ্জন ওইবা সৎপুরুষ পুরুষশিংগী সঙ্গদগী হেক মাঙ্খি। ১৮॥ মাবু লাকচখিবা. মাভোন্দগী দি হেম্না কনবা মী অহুগী মথক্তা লমন থুম্বা ঙমত্রবদা তাইবংমীগী থম্মোয়দা ওমুথ ( মরাল থিরকপা শোয়বা ভাইবগী রাথল ) হায়বসি হেক পোক্লকই। অহুবু দযাগী ভাবনা মাগী থম্মোয়দা হেক পোক্লকপদা অসূয়া হায়বীহু হেক মাঙিই ॥১৯। অরীকপা মীগা সঙ্গ তৌরুরবদি মত্রগা উনরুরবদি মশাদা দৈন্যভাব হায়বদি য়াম্না লীকপা মীঙোম্দা পীথোননীংদবগী রাথল হেক্ পোক্লকই। অহুবু ধর্মনিষ্ঠ ওইবা মীগা তিম্নবদগী মথোয়পী পুকচেল চাউবা মত্তৌহু উরগা, লীকপা অমদি পীথোক্লীংদবগী রাথল হেক মাঙখি ॥২০॥ অতোপ্পশিংগী সম্পত্তি অমদি ভোগ বিলাসবু উরগা অপাম্বা হায়বা অমা হেক

অজ্ঞানপ্রভবোলোভো ভূতানাংদৃশ্যতে সদা। অস্থিরত্বং চ ভোগানাং দৃষ্ট্বাজ্ঞাত্বানিবর্ত্ততে ॥২১।
এতান্যেন জিতান্যাহুঃ প্রশমাশ্চত্রয়োদশ। এতে হি ধার্ত্তরাষ্ট্রাণাং সর্ব্বে দোষাস্ত্রয়োদশ ॥২২॥
ত্বয়া সত্যার্থিনা নিত্যং বিজিতাশ্রেষ্ঠসেবনাৎ ॥২৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি আপদ্ধর্ম্মপর্ব্বনি লোভনিরূপনে ষষ্ট্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥

—(০)—

লাকই। মচু অজ্ঞানগী কারণ অমা হেক ওইরকই। ভোগবিলাসশিংচুগী অনিত্য ওইবা, নোংমনীনিগী ওইবা মতৌচু মুন্না উশিল য়েংশিল্লগা লোভ অচু হেক মাভিঙ ॥২১॥ হায়রিবা দোষ তরাহুমদোই অসি পূর্ক্নীংদা শান্তিবু হেক থম্বদা শান্তিচুনা হায়রিবা দোষশিংসিবু খুদক্তা ঙম্মি। ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংদা হায়রিবা দোষ তরাহুমদোই অসি অমতা রাস্তনা লৈরম্বনি। অচুগা নহাক্তি নুমিৎ চুপ্পা সত্য (অচুম্বা) গী আশ্রযতদা লৈরম্মি, লৈরি। অচুনা সজ্জন ওইবশিংগী সঙ্গ অমদি পাউতাক্না মরম ওইচুনা মখোযবু নহাক্না ঙমখিবনি ॥২২-২৩॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তি পর্ব্বদা আপদ্ধর্ম্মগী মফুংদা লোভনিরূপণ কৌবা চামহুমফুশুবা অধ্যায় লোইবে।

—(০)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## একষষ্ট্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

( চামগা হুমফুমাথোইশুবা অধ্যায় )

শাথিনা নুংশিহৈতবা অতোনবা মীগী লক্ষণ

### যুধিষ্ঠির উবাচ।

আনৃশংস্যং বিজানামি দর্শনেন সতাং সদা নৃশংসান্ন বিজানামি তেষাং কর্ম্ম চ ভারত ॥১॥
কণ্টকান্ কূপমগ্নিং চ বর্জয়ন্তি যথানরাঃ। তথা নৃশংসকর্ম্মাণং বর্জয়ন্তি নরানরম্ ॥২॥
নৃশংসো দহ্যতে নিত্যং প্রেত্য চেহ চ ভারত। তস্মাত্ত্বং ব্রূহি কৌরব্য তস্যধর্ম্ম বিনিশ্চয়ম্ ॥৩॥

### ভীষ্ম উবাচ

স্পৃহা স্যাৎ গর্হিতা চৈব বিধিৎসা চৈব কর্ম্মণাম্। আক্রোষ্টা ক্রুশ্যতেচৈব বঞ্চিতো বুধ্যতে স চ ॥৪॥
দত্তানুকীর্ত্তির্বিষমঃ ক্ষুদ্রো নৈকৃতিকঃ শঠঃ। অসংবিভাগ্যে মানী চ তথা সঙ্গীবিকত্থনঃ ॥৫॥

---

**যুধিষ্ঠিরনা হংঙিঃ**— ভরতনন্দন, ঈবুধো! সজ্জন ওইবা, সাধু মহাত্মা ওইবশিংগী সংসঙ্গদগী অতুগা মথোয়বু সেবা তৌজবদগী, অথোৎপা রাহৈ করম্না ভাঙগদগে হায়বত্থদি ঐ খঙজৈ। অতুগা, তমথিনা ফত্রবশিংগী মফমদদি অতুগুম্বা অথোৎপা অমেংবা রাহৈশিং অতু করম হায়না শীজিন্নদগে হায়বত্থদি খঙজাত্রি ॥১॥ লম্বীদা লৈরম্বা তিংথং, বোম্বুং, কুতা অদুগা মৈনচিংবদগী থৈদোক হন্দোকতুনা চংনবগুম্বা, তমথিনা থবক তৌঙম্বা মীবু উরগা অশিংবেনা মথোয়দগী লাপ্না হন্দোকই ॥২॥ ভরত শাগৈদা পোকপা! কুরুনন্দন ঈবুধো! যন্ত্রবা, তমখিরবা মীশিংনা ইহলোক পরলোক অনীমক্তা অরাবত খাঙচনা লৈরিবান অদুম ওইবা হিংসা কৌগন্নবা তমখিরবা মীশিংগুনা তৌরিবা ধর্ম্ম অমদি কর্ম্মগী পান্চয় অতু করম্না খঙগদগে, মাহু ঈবুধোনা তাকপিয়ু ৩॥ ভীষ্মদেবনা হায়ঃ— মপুরুমীংদা মায় তুক্কচবা থবকপু তৌগে খল্লিবা, হিংসানা মরু-ইনা য়াওবা যন্ত্রনা থবকপু পায়খৎলিবা, মীবু নিন্দা তৌরিবা অদুগা মাবুস্ম মীন নিন্দা তৌরিবা, লাইবক্তা বিধাতানা তম্মৎত্রবান হায়না তম্বনা থম্মবা, [illegible] তৌথিবা দানগীদমক মথাং মথাবু খাগচরবা, মী মঙ্গাকতুগী পুরুমীংদা মামধরগী হাথম্ম [illegible] অতোনরা কর্মত মতৌবা, অতোম্নগী জীবিকাবু মাঙনমবা তৌবা, মরৈমবা, [illegible]

আত্মানেভ্যঃ প্রদায়াগ্রং যাসুহৃদ্ভিঃ সহাশ্নুতে। সর্বোপাক্ষ্যতে [illegible]
এষ তে ভরতশ্রেষ্ঠ নৃশংসঃ পরিকীর্তিতঃ। সদা বিবর্জনীয়োঽপি [illegible]

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্বণি আপদ্ধর্মপর্বণি নৃশংসাখ্যানে একাষষ্ট্যধিকশততমোহধ্যায়ঃ ॥

—(•)—

চারিবা মী অদুদি ইহলোকত সুখসম্পত্তি ফংডি। অদুগা শিরবা তুংদসু স্বর্গগী তুংজাইদ্রি ফংদ্রি ।১২।। ভরত শাগৈগী অথোইবা! মহাক্না হংলকপা ম্রাহংশিংদুগী মতুংইনা, ঐনা নৃশংস ( তমথিবা মী ) গুইবগী পরিচয়দু পীরবনি। অসিগুম্বা তমথিরবা মীগী লাংবা তাক্নমনবনি কন্না হোৎনগদবনি ॥১৩॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা লাখোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তি পর্বদা আপদ্ধর্মগী মতুংদা নৃশংসবর্ণন ৎকোবা চামহুমফুমাথোইগুবা অধ্যায় লোইরে ।।

—(•)—

যস্য ত্রৈবার্ষিকং ভক্তং পর্য্যাপ্তং ভৃত্যাবত্তয়ে অধিকং যোপি বিদ্যেত স সোমং পাতুমর্হতি । ৫।।
যজ্ঞশ্চেৎ প্রতিরুদ্ধঃ স্যাদং শেনৈকেন যজ্বনঃ । ব্রাহ্মণস্য বিশেষেণ ধার্ম্মিকে সতি রাজনি ।৬।
যে বৈশ্যঃ স্যাৎবহুপশুঃ হীন ক্রতু রসোমপঃ কুটুম্বাৎ তস্য তং বৃত্তং যজ্ঞার্থং পার্থিবো হরেৎ ।৭।
আহরেদর্থনো কিশ্চিৎ কামং শূদ্রস্য বেশ্মনঃ নহি যজ্ঞেষু শূদ্রস্য কিঞ্চিদস্তি পরিগ্রহঃ ।৮।।
যোহ নাহিতাগ্নিঃ শতগুরযজ্বা চ সহস্রশঃ তযোবাপি কুটুম্বাভ্য মাহরেদবি কারয়ন্ ।৯।।
অদাতৃভ্যো হরেৎবিত্তং বিখ্যাপ্য নৃপ ত সদা তথাচরতো ধর্ম্ম নৃপতেঃ স্যাদথাখিলঃ । ১০।।
তথৈব শূদ্রমেভক্তং [illegible] শ্বস্তনবিধানেন হর্ত্তব্য হীনবর্ম্মণঃ ॥১১॥
খলং ক্ষেত্রং তথারামাৎ মতে বাপ্যাপপদ্যতে । আখ্যাতব্যাং নৃপস্যৈতৎ পৃচ্ছাতেহ পৃচ্ছাতেহ পিবা ॥১২

সোমপান তৌননবগী অহুগা সোমযাগ লিংশৎননবগী অধিকার লৈরে । অহুগুম্বা সম্পত্তি লৈরবা ব্রাহ্মণনা সোমযাগ তৌফম থোকই ৫। ধর্ম্ম চেনবা নিংথৌনা লৈন লৈনা, যজ্ঞকর্ত্তা ওইরিবা কনাগুম্বা অমগী, বিষেশ ওইনা হায়রবদা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমগী যজ্ঞ অহনা করিগুম্বা ধন রাৎপদগী মপুং ফানা তৌবা ঙমদ্রবদি অহুগা যজ্ঞ অহুগী শরুক অমা তৌগদবা লেমহৌরবদি লৈপাক অহুদা লৈরিবা, মরল য়াম্না লৈবা, অহুগা সোমযাগনচিংবা তৌদনা লৈরিবা বৈশ্য অহুদগী অহুগা মহাক্কী পরিবারদগী নিংথৌনা লল্ অহু লৌথোক্লগা যজ্ঞ মপুং ফানা তৌবা ঙমদ্রিবা অহুদা দান তৌথোক্কদবনি ; মাসি নিংথৌগী মথৌনি । ৫-৭। নিংথৌনা মাগী নীংবা মতুংইন্না শূদ্রগী ঈমুংদগী করিগুম্বা লিকোল খুজিং অমত্ত লৌফম থোক্কে। মরমদি যজ্ঞগী করিগুম্বা বিষয়দা শূদ্রগী অধিকার লৈতে, হায়বদি মথোয়গী মরল অমতা যজ্ঞদা শীজিন্নফম থোক্কে ৮। কনাগুম্বা বৈশ্য অমগী যুমদা শন্বী চামা লৈরবদি, অহুগা মহাক্না করিগুম্বা যজ্ঞ অমত্তসু তৌদ্রবদি অহুগা শন্বী লিশিং অমা ফানা লোইরিবা বৈশ্য অহুনা অচোবা নীংথিবা যজ্ঞ অম ফাওবা মতৌদ্রবদি মথোয়গী মফমদগী নিংথৌনা মরলশিং অহু মৎলগা, লৌথৎলগা কনাগুম্বা দানধর্ম্ম তৌজনীংবা প্রজা অদা দান তৌথোক্কদবনি ৯। দান তৌথোকপা য়ানা ধন অহু মপুন্থনা দান ধর্ম্মনচিংবা শীজিন্নদনা থম্নবদি, নিংথৌনা মাগী দোষ অহু ময়ামদা খঙহল্লগা, মাগী মরল অহু লৌথৎকদবনি। অসুম্ন তৌবা নিংথৌ অহুদি পুণ্য ফল মথল মখল ফংই ।।১০।।

যুধিষ্ঠির ! মতৌ অসুম্না অমগী বিষয়দসু ঐ হায়গে, মুন্না তাও। অম ( চানীঙাই ) লৈত্তবদগী কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমনা চরা তরুক লক হেল্লব্রবদি, মহাক্না কনাগুম্বা য়াম্না হম্বনা কর্ম্ম ( মথৌ ) তৌবা মী অমগী ময়ুংদগী, নোংমতগী চরা অমা কোম্লগদবা শরুক অহুক্তে লোম্ন লৌবা য়াই মাহদগী লেমহৌবা চাবা ঙমদবা শরুক্তি লেমুহল্লৌদবা তাই ॥১১॥
মহৈ মরোং পৈকমদগী লৌবুক্তগী, হৈকোল লৈকোম্দগী নত্রগা করিগুম্বা অকংবা মফম অমদগী

নতস্মৈ ধারয়েৎদণ্ডং রাজা ধর্ম্মেণ ধর্ম্মবিৎ ক্ষত্রিয়স্যাতুবালিশাৎ ব্রাহ্মণঃ ক্লিশ্যতেক্ষুধা ।।১৩।
শ্রুতশীলে সমাজ্ঞায বৃত্তিমস্য প্রকাল্পয়েৎ অথৈনং পরিরক্ষেত পিতাপুত্রমিবৌরসম্ ।।১৪।
ইষ্টিং বৈশ্বানরীংনিত্যং নির্ব পৈদব্দপর্যয়ে অনুকল্পঃ পরো ধর্ম্মো ধর্ম্মবাদৈস্তু কেবলম্ ১৫।।
বিশ্বেদেবৈশ্চ সাধ্যৈশ্চ ব্রাহ্মনৈশ্চ মহর্ষিভিঃ আপৎসু মরনাদ্ভীতৈর্বিধিঃ প্রতিনিধিঃকৃতঃ ১৬
প্রভুঃ প্রথমকল্পস্য যো'হনুকল্পেনবর্ত্ততে । ন সাম্পরায়িকং তস্য দুর্মতে বিদ্যতেফলম্ ।।১৭।
ন ব্রাহ্মণে নিবেদেত কিঞ্চিংরাজনি বেদবিৎ স্ববীর্য্যাৎ রাজবীর্য্যা চ্চ স্ববীর্য্যং বলবত্তরম্ ১৮।
তস্মাৎ রাজ্ঞঃ সদ তেজে, ও সহং ব্রহ্মবাদিনাম্ । কর্ত্তা শাস্তা বিধাতা চ ব্রাহ্মনো দেবউচ্যতে । ১৯।

ফুমিত্তুগী চাবা ওক্রবগী শরাক্ অত্তক্তা লোম্না লৌরুবা য়াই। অদুগী তুংদা নিংথৌগী নাক তাম্ন চৎখিত্নুনা, নিংথৌত্নুনা হংলম্নবসু, লোম্ন লৌরুবনচিংবা থবক্ নিংথৌদা তম্থোকউবা তাই ॥১২॥ অসিগুম্বা অবস্থাদা অচুম্বা ভাণ্ডবা ধর্ম্ম অদু তৌবগী ধর্ম্মগী তত্ত্ব খঙবা নিংথৌনা মভোম্দা দণ্ড থক পীবোইদবনি। করিনমো হায়বদু অসিগুম্বা ধর্ম্মগী তত্ত্বদু খঙদবা নিংথৌগী লৈপাক্তা ব্রাহ্মণ কযা কযা চরাম্ চত্তুৎননা লৈরি ॥১৩॥ মহাক্কী শাস্ত্র জ্ঞান, স্বভাব অদুগা পুকচেল্ তিংবদুগী পরিচয় খঙলগা মাগী পুঞ্জি চুম্না চানমবা নিংথৌনা শীম্বিগদবনি। মপানা মচাবু যোকপি থাকপিগদবনি ॥১৪॥ চহী থুদিংগী তৌগদবা আগ্নিয়ননচিংবা যজ্ঞ অদুবু তৌবা ঙম্দ্রবদি, মাগী মহুত্ত ফুমিং থুদিংগী বৈশ্বানরী হায়বা যজ্ঞ অদু তৌগনি। মরুওইনা তৌগদবা থবক অদু তৌবা ঙমদত্নুনা মাদুগী মহুত্তা অমা তৌবা তারবদি, মদুবু অনুকল্প কৌই। ধর্ম্মগী তত্ত্ব খঙবা মাশিংনা হায়বম্না অনুকলপ ওইবা যজ্ঞ অদু তৌরবসু অর্থোইবা পুন্যলোক অত্তম মফংভি ॥১৫॥ করি মরমননো হায়বদু, বিশ্বেদেব শীংনা, সাধ্য ব্রাহ্মণ মহর্ষিশিংনা, শিব কিবদগী অরাবা থুদোংথীবদা তারব মতমদা তোঙানবা প্রায়শ্চিত্ত প্রতীকার বিধি মথল মথল তাক্লম্মি ॥১৬॥ মরু ওইব থবক অদু তৌবা ঙম্না-ঙম্না গৌণ ওইবা (হন্থবা) থবক্তা থবক্ অদু পাঙ্থোক্রবদি, দুবুদ্ধি ওইরবা মীত্নুনা পরলোক্কী ফংভাইবা মহৈ অদু ফংবা ঙম্দে ।১৭। বেদজ্ঞ ওইবা ব্রাহ্মণনা করিগুম্বা মতমদা মাগী অরাৎপা অপাম্ব অদু নিংথৌগী মফমদা নিরুরোইদৌবমি মরমদি ব্রহ্মণগী শক্তিনা ক্ষত্রয ( নিংথৌ ) গী শক্তিদগী য়াম্না হেল্লি অকনবনা অশোনবগী মফমদা থক্ নিরোইদৌবনি ॥১৮।। ব্রাহ্মণদা ওইববা ব্রহ্মতেজ লৈরবা ব্রাহ্মণগী তেজদি ক্ষত্রিয় নিংথৌশিংনা খাঙবা ঙম্বা নত্তে। ব্রাহ্মণদি জগৎ অসিগী হর্ত্তা কর্ত্তানি, ভাক্লিবা মীশক্তি। জগৎ অসিবু য়োক্থাক্লিবা মীশক্তি। অদুনা; ব্রাহ্মণ ভূদেব, ( মর্ত্তালোকপু য়োক্লবা ) হায়না কৌনরিবত্নুনি ।১৯। অদুনা, অদুগুম্বা ব্রাহ্মণগী মফমদা অমঙ্গল ওইবা, অশীবা য়া থক শীজিন্নরোইদৌবমি। অয়াকপা অথিবা য়া থক ভাংলোইদৌবনি।

তস্মিন্না কুশলংক্রিয়াম শুষ্কমীরয়েৎ গিরম্ ক্ষত্রিয়ো বাহুবীর্য্যেণ তরেদাপদমাত্মনঃ ॥২০॥
ধনৈ বৈশ্যশ্চ শূদ্রশ্চ মন্ত্রৈর্হোমৈশ্চ বৈদ্বিজঃ। নৈব কন্যা ন যুবতির্না মন্ত্রজ্ঞো ন বালিশঃ ॥ ২১ ॥
পরিবেষ্টাগ্নিহোত্রস্য ভবেন্না সংস্কৃতস্তথা। নরকং নিপতন্ত্যেতে জুহ্বানাঃ স চ যস্য তৎ
তস্মাৎ বৈতানকুশলো হোতা স্যাৎবেদপারগঃ ॥ ২১ ॥
প্রাজাপত্যমদত্ত্বাশ্বমগ্ন্যাধেয়স্য দক্ষিণাম্। অনাহিতাগ্নিরিতি স প্রোচ্যতে ধর্ম্মদর্শিভিঃ ॥ ২৩ ॥
পুন্যানি যানি কুর্ব্বীত শ্রদ্দধানো জিতেন্দ্রিয়ঃ অনাপ্তদক্ষিণৈ র্যজ্ঞৈর্ন যজেত কথঞ্চন ॥ ২৪ ॥
প্রজাঃ পশূংশ্চ স্বর্গং চ হন্তি যজ্ঞো হ্যদক্ষিণঃ ইন্দ্রিয়াণি যশঃ কীর্ত্তিমায়ুশ্চাপ্যপকৃন্ততি ॥ ২৫ ॥
উদক্যামাসতে যে চ দ্বিজাঃ কেচিদনগ্নয়ঃ হোমং চাশ্রোত্রিয়ং যেষাংতে সর্ব্বে পাপকর্ম্মিণঃ ॥ ২৬ ॥
উদপানোদকেগ্রামে ব্রাহ্মণো বৃষলীপতিঃ। উষিত্বা দ্বাদশ সমাঃ শূদ্রকৈর্মব গচ্ছতি ॥ ২৭ ॥

ক্ষেত্রিয়না পাম্বোমগী পাঙ্গম্না, বৈশ্যশূদ্রনা লল্গী পান্বৈনা, ব্রাহ্মণনা মন্ত্রগী শক্তিনা অরাব থুদোং-থীবদগী লান্থোকপা ঙমনৈ ॥২০॥ কন্যা, যুবতী, মশামক্না মন্ত্র অমদি মন্ত্রগী অর্থ খঙদবা, মর্থ ( কৱিমত্তা হৈথি-খঙথিদ্রবা ), অতুগা মশাগী সংস্কার করিমত্তা লৈথিদ্রবা অমদি তৌথিদ্রবা মথোয়সিগী আগ্নিদা হোম তৌবগী অধিকার লৈতে ॥২১॥ মথোয়সিনা পুরোহিত ওইনা হোম তৌববদি মশা মশামকপু নবক্তা তাবত্তা নত্তনা, মাগীদমক্তা হোম তৌবিরিবা অতুস্তু হায়বদি যজমান অতুস নরক্তা অতুম তাবে। অতুনা মজ্ঞ কর্ম্মদা হৈশিংবা বেদগী মন্ত্রবু মুন্না খঙবা অতুগুম্বা বিদ্বান ব্রাহ্মণতনা হেক্তা ওইগদৌবনি ॥২২॥ আগ্নিহোত্র তৌবগা প্রজাপতিগী মফম্দা সগোলগী মশক্ ওইবা দক্ষিনাতুবু দান তৌদ্রবদি ধর্ম্মগী তত্ত্ব খঙবা মহাপুরুষশিংনা মহাক্ অতুবু "অনাহিতাগ্নি" হায়না কৌনৈ ॥২৩॥ করিগুম্বা পুন্যকর্ম্ম অমত্তং হেক্ তৌবদা য়াম্না ভক্তি শ্রাদ্ধগা লোয়ননা ইন্দ্রিয় থুতুম চম্না* তৌগদবনি। মতীকচানা দক্ষিণা দাণ তৌবা ঙম্মোইদৌবা মজ্ঞ অতু থক তৌবোইদৌবনি ॥২৪॥ দক্ষিণা যাওদবা যজ্ঞদি শা-শল প্রজা পুম্নমকপু মাংহন্নবগী মশক ওই। স্বর্গগী লম্বীদা হৈথায়বা ওই। অসিত নত্তে; ইন্দ্রিয়গী শক্তি, মিংচৎ অমদি পুন্সিবুসু মযেং তাহল্লি ॥২৫॥ নজস্বলা ওইরিবী নুপীগা তিন্ন-থোৎনরুরিবা ব্রাহ্মণ, মযুমদা মৈগী পুজা-অনুষ্ঠান তৌদবা বেদগী বিধি বাযনা হোম তৌবা—মথোয়সি লোইনা পাপীমক্তনি ॥ ২৬ ॥ কুহা অমত্তগী ঈশিংদা ময়াম্ চংহৃনা থক্রিবা খুল অদুদা চহী তরানিথোই চুপ্না লৈরুবা অতুগা

*টীকা— দান-সকনহিংবা পক্ম কর্ম্ম অমত্তং তৌদা হৌগৎলকপদা করিগুম্বা মাই অমত্ত হেক ফংনিংঙকপনি। হাৎল অদুনা তৌরিবা কর্ম্ম অদু সকাম কর্ম্ম ত হনগদৌবগী হোৎনয়বপনি। হাৎল অদুবু অদুগা পাম্মুরিবা পোৎ অতুবু ইন্দ্রিয় থুতুম চম্মুনা শিংনবা হোৎনগদবনি।

অভার্য্যাং শয়নে বিভ্রচ্ছ্ত্রং বৃদ্ধং চ বৈদ্বিজঃ অব্রাহ্মণং মন্যমানস্তৃষ্ণাসীত পৃষ্ঠতঃ।
তথা সংশুধ্যতে রাজ এণ্শৃণু চাত্রবচোমম ॥ ২৮॥

যদেকরাত্রেণ করোতিপাপং নিকৃষ্টবর্ণং ব্রাহ্মণঃ স্থানাসনাভ্যাং বিহরনব্রতীস ত্রিভিবর্ষৈঃ শময়েদাত্ম-
সেবমান : পাপম্ ॥ ২৯॥

ন নর্ম্মযুক্তমনৃতং হিনস্তি ন স্ত্রীষু রাজন্নবিবাহ—ন গুর্ব্বর্থং নাত্মনো জীবিতার্থে পঞ্চানৃতান্যাহুর
কালে পাতকানি। ৩০॥

শ্রদ্দধানঃ শুভাং বিদ্যাং হীনাদপি সমাপ্নুযাৎ। সুবর্ণমপি চামেধ্যা দাদদিতাবিচারয়ন্ ॥৩১॥
স্ত্রীরত্ন দুষ্কুলাচ্চাপি বিষাদপ্যমৃতং পিবেৎ অদূষ্যাহি স্ত্রিয়ো রত্ন মাপ ইত্যেব ধর্ম্মতঃ ॥৩২॥
গোব্রাহ্মণ হতার্থং চ বর্ণানাং সংকরেষু চ বৈশ্যো গৃহীতশাস্ত্রানি পরিত্রানার্থমাত্মনঃ ॥৩৩॥
সুরাপানং ব্রহ্মহত্যা গুরুতল্পমথাপিবা। অনির্দেশ্যানি মন্যন্তে প্রাণান্তমিতিধারণা ॥৩৪॥

শূদ্রজাতিগী মুপীগা বিবাহ তৌরুবা ব্রাহ্মণ অদুসু শূদ্রমক্কি ॥ ২৭। মশাগী লোয়নবী নঙ্কবী অতোপ্পী মুপী অমসু ফমুং ফমুহনবা ব্রাহ্মণ, শূদ্রবু অদুগা ব্রাহ্মণ নত্তুবু মাগী আসনদগী হেন্না রাংবা আসনদা ফমহন্দুনা সম্মান তৌবা মশানা মথাদা ফক্তা কন্বা ব্রাহ্মণ অদুগী ব্রাহ্মণত্ব অদু লৈখা তারবনি। নিংথৌ! অসিগুম্বা দোষ-পাপকী প্রায়শ্চিত্ত অদু ঐ হায়গে মুন্না তাও ॥ ২৮॥ অহিং অমতং ফাওবা অতোনবা শূদ্রনচিংবা জাতিগী সেবা তৌরুরবা নত্রগা আসন অমতদা ফম্মিন্নদুনা চাব থকপনচিংবা তৌরুরবা অদুগুম্বা ব্রাহ্মণ অদুগী দোষ পাপ অদুদি চহী অহুম চুপ্প ব্রত উপাসনা তৌনা তৌনা পৃথিবীগী মফম পুম্বদা কোংচৎ চত্তুনা লেল্লগা কোকই ॥ ২৯॥ নিংথৌ। ফাগ জুগাই তৌদুনা নোকমন্নবদ, মুপীগী মনাক্তা বিবাহগী মতমদা গুরুগী কান্নবগীদমক্তা, মশাগী থবায কন্নবগীদমক্ত, চুমদবা ঙাঙথিবগী থোইদোক্না অমাঙবা লৈতে। হায়রিবা বিযয মঙাঅসিদা ঙাঙথিবা অসত্য (মিথ্যা) অদুগী পাপ থোইনা পুনশীঙাই লৈতে। ৩০॥ অতোনবা, অমদি হম্বা জাতিগী মী ওইরবসু মভোন্দা অকবা বিদ্যা, লোননীঙায় ওইবা পাউতাক লৈরবদি ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়ননা লোগদবনি। অমাংবা অমোৎপা মফমদা তাদুনা লৈরবা সনা অদু চিংনবা লৈত্তনা লোগদবনি ॥ ৩১॥ অতোনবা জাতিমক্কী ওইরবসু মগুণচেনবী, সতী ওইগদৌবী মুপীবু লোবা য়াই। হুমরক্তুগী অমৃতবু লোথোক্লগা থক্পা য়াই—থক্কদবনি। মরমদি মুপী, রত্ন (সনা-মনি) অদু ঈশিং করিগুম্বা মতমদা মাংদে ॥৩২। শল ব্রাহ্মণগী কান্নবা লৈরবদি, বর্ণসংকরবু ঙাকথোক্লনবগীদমক্ত ওইরবদি অদুগা মশাবু কন্নবগীদমক্ত ওইরবদি ক্ষত্রিয় নত্রবসু বৈশ্যনা থুৎলায় পায়বা য়াই ॥৩৩॥ যুথকপা, ব্রাহ্মণদা হিংসা তৌবা, গুরুগী লোয়নবীদ মত্তনা কর্ম্ম তৌরুবা, হায়রিবা মহাপাপশিংসিগী কোক্লনবা প্রায়শ্চিত্ত অমতা শাস্ত্রদা

সুবর্ণহরনং স্তৈন্যং বিপ্রধ্বং চেতি পাতকম্। বিহরন্ মদ্যপানাচ্চ অগম্যাগমনাদপি ॥৩৫॥
পতিতৈঃ সম্প্রয়োগাচ্চ ব্রাহ্মণীযোনিতস্তথা অচিরেন মহারাজ পতিতো বৈ ভবত্যুত ॥৩৬॥
সংবৎসরেণ পতন্তি পতিতেন সহাচরন্ যাজনাধ্যাপনাৎ যৌনাত্তু যানাসনাশনাৎ ॥৩৭।
এতানি হিত্বাতোঽন্যানি নির্দ্দেশ্যানীতি ভারত নির্দ্দেশ্যানেনবিধিনা কালেনা বাসনীভবেৎ। ৩৮।
অন্নংবীর্য্যং গ্রহীতব্যং প্রেতকর্ম্মন্যপাতিতে। ত্রিষুত্বেতেযু পূর্ব্বেষু ন কুর্বীতবিচারনাম্ ॥৩৯।
অমাত্যান বা গুরূন্ বাপি জহ্যাংধর্ম্মেন ধর্ম্মীকঃ প্রায়শ্চিত্তমকুর্বানৈ নৈতৈবর্হতি সংবিদম্ ॥৪০।
অধর্মকারী ধর্মেন তপস হন্তি বিল্বষম্ ব্রুবন্ স্তেন ইতি স্তেনং তাবৎপ্রাপ্নোতিকিল্বিষম। ৪১।

হ্রবমত্রে কবিগুম্বা উপ য অমমা মশা মথত্তবু লোইথোকচবা অহুতদ পাপশিংসিগী প্রতীকার অহুম্ মওইরে। অসুম্বা বিম্বাম্নশি না হায়রে ।৩৪। সনা হূরানবা, অহোঙ্গা পোংশক বয়া লোম্ন লৌবা,ব্রাহ্মণগী মরল মুন্দুনা লৌবা—মথোয়সিসু চাউথ্রবা পাপ মঙ্কনি। নিংথৌ! যু থক্পা, ফম্মিন চামিন্নবা য়াদবী সুপীগা তিম্ন-খোংনরুবা, জাং তাববশিংগা ফম্মিন চাম্মিন্নবা, ব্রাহ্মণ নত্তবনা ব্রাহ্মণীদা চঙঙ্বা, মানাংোক্পত তৌবা অহুগুম্বা মহাক্ অহু পতিত ওইরবদি জাং তারবনি ৩৫—৩৬॥ জাং তারবা মীগা লৈমিন্নবা, মাবু যজমান্ ওইনা যজ্ঞ তৌহল্লরবা. অহুগা মাবু তম্বিঙ্করবা মী অহুদি চহী অমগী মতুংদা পতিত ওই। অহুগা হায়ন্নিবা মীশক্তুগী মচা মশূগা নহাক্কী নচা নশুগা চারোল মোরোল্লুববদি লুহোং খোংদোংলুরবদি পুথম্ অমতদা চামিন্নকববদি চহি অমগী মতুংদা ককা চত্তে, থুদক্তুদা মী মহাক অহু পতিত ওইরবনি ॥৩৭। ভরতনন্দন, যুধিষ্ঠীর। হৌজিক হায়খ্রিবা পাপ কর্ম্মশিং অসে অনির্দেশ্যনি হায়বদি, প্রায়শ্চিত্ত নির্দ্দেশ তৌবমন্তবনি। হাযবিবা পাপশিং আস নত্তবা অতৈগীদি প্রায়শ্চিত্ত প্রতিকার অসিনি অসিনি হায়বত্ত শাস্ত্রদা হাযবম্মি। শাস্ত্রনা তারম্লিবা বিধি-বিধানহুগী মতুংইন্না প্রায়শ্চিত্ত তৌথোক্লগা পাপশিংহুদগী কোক্লনবা তৌগদবনি। ॥৩৮॥ হৌজিক হায়খ্রিবা পাপী অহুম অসিগী হায়বদি য়ুথক্পা, ব্রাহ্মণ হিংসা তৌবা, গুরুগী গুপীগী ফৌজি ফিনা নেংলুরবশিংহুগী শিরবা তুংদা, মশা অহুবু সংস্কার ঈত্তৌ তৌদনা, মাগী শাগৈ-নাতৈনা লনথুম্ অহু থুদক্তা মুন্দুনা লৌথোক্কদবনি। মবল হথুং ফাওবা মংকদবনি। মসিদা অতোপ্পা বিচার অমা তৌননবগী কান্নবা (দরকার) লৈতে ৩৯। মন্ত্রী, আচার্য্য গুরুফাওবা পতিত ওইরবদি ধর্ম্মচেনবা, অশিংবা নিংথৌনা মথোয়বু থুদক্তা থাদোক্কদবনি। মানা মানা তৌক্লরিবা পাপ কর্ম্মশিং অহুগী মতিক্ চাবা প্রায়শিত্ত অমহেক্ তৌত্রিমথৈ মথোযগা ফমিন্নহুনা য়ারী-য়াতাই কাওবা শাগ্নোইদোবনি ॥৪০॥ পাপাচারীশিংনা ধর্ম্মচারী ওইরক্তুনা তপস্যা তৌরবদি মথোয়গী পাপশিং অহু কোকই। হুবাম্দববু "মসি হুবানবা মীনি" হেক হায়রুবদা হায়রুবা মহাকপু হুবানবগা চপ মান্নবা

অন্তেনং স্তেন ইত্যুক্ত্বা দ্বিগুণং পাপমাপ্নুয়াৎ। ত্রিভাগং ব্রহ্মহত্যায়াঃ কন্যা প্রাপ্নোতি দুষ্যতি ॥৪২॥
যস্তু দূষয়িত্বা তস্যাঃ শেষং প্রাপ্নোতি পাপ্মনঃ। ব্রাহ্মণা নবগর্হেহ স্পৃষ্ট্বা গুরুতরং ভবেৎ ॥৪৩॥
বর্ষাণাংহি শতং তাবৎ প্রতিষ্ঠাং নাধিগচ্ছতি সহস্রং চৈব বর্ষাণাং নিপাত্য নরকং বসেৎ ॥৪৪॥
তস্মান্নৈবাবগর্হেত নৈব জাতু নিপাতয়েৎ শোনিতং যাবতঃ পাংশূন্ সংগৃহ্নীয়াৎ দ্বিজক্ষতাৎ ॥৪৫॥
তাবতীঃ স সমা রাজন্, নরকে্য প্রতিপদ্যতে ভ্রূণহা হরমধ্যেতু শুদ্ধ্যতে শস্ত্রপাততঃ ॥৪৬॥
আত্মানং জুহুয়াদগ্নৌ সমিদ্ধে তেন শুদ্ধ্যতে সুরাপো বারুণী মুষ্ণাং পীত্বা পাপাৎ বিমুচ্যতে ॥৪৭॥
তথা স কায়ে নির্দ্দগ্ধে মৃত্যুংবা প্রাপ্য শুদ্ধতি লোকাংশ্চ্য লভতে বিপ্রে মান্যথা লভতেহি সঃ ॥৪৮॥
গুরুতল্পমধিষ্ঠায় দুরাত্মা পাপচেতনঃ। স্ত্র্যাকারাং প্রতিমাং লিখ্য মৃত্যুনা যোঽভিশুদ্ধ্যতি ৪৯॥
অথবা শিশ্নবৃষ র্ণাবাদায়াঞ্জলিনা স্বয়ম্ ॥৫০॥

পাপভোগী ওই ॥৪১॥ কুমারী কন্যা ওইরিবিনা মশানা থগুনা, কামুকী ওইরুবদগী মরমচৎ মাংহজ্জবদি ব্রহ্মহত্যাগী পাপকী শরুক্ মরিগী শরুক অহুম্ পুই।৪২॥ অদুগা কন্যাদুবু মাং-থোকপিরুরিবা নিপাদুনা লেমহৌরিবা শরুক মরিগী শরুক অমা অদু পুবা তাই। সংসারসিদা ব্রাহ্মণবু য়াম্না থীনা চৈদুনা, ঙাঁশিং থোওইদবনা ঈল্লবদি কুরবদি তাইবং মীনা হায়নিঙাই লৈতনা চাদ্রবা পাপ পুই ॥৪৩॥ অদুগুম্বা পাপী অদুদি চহী চাম চুপ্না পোথাবফংদনা কোয়চং চতদুনা লৈগনি। ঙহাক্তং চঙজফম করিমত ফংলোই। অদুদগী চহি লিশিং অমা চুপ্না নরকী অরাবা থাঙগনি ॥৪৪॥ মরম অদুনা ব্রাহ্মণবু হাকথি হাক্ ওইনা থক্ চৈরোইদোবনি। মথোয়বু ফুদুনা ঈন্দুনা লৈমায়থক্তা থক্ তুহল্লোইদোঝনি। ব্রাহ্মণগী মশাদা ফুরু-চৈরুবদগী তারকপা ঈদুনা চোংহলথিবা উফুল মরীক্‌শিং অদুগা মশীং চপ মান্নবা চহী অদুক্ ফুরুবা মী অদু নরক্তা অরাবা থাঙ ঙ ।৪৫২॥ গর্ভগী জীবদুবু মাঙহনবা, ভ্রূণহত্যা তৌবা মহাক অদুনা লান্দা থুংলায়না পান্দুনা শিজথরবদি আত্মাতগী শুদ্ধ ওই। নত্রবদি মশানা থাগচ্চবা মৈদুংদা চোংশিন্দুনা মথায় থারবতদা ভ্রূণহত্যাগী পাপতগী নাম্নোকই ॥৪৬২॥ যু থকপা ব্রাহ্মণনা যু অদু মৈহোবমথৈ শাহন্দুনা থক্রগা মদুনা মশা চাকতুনা পোকতুনা শিথরবদি মাগী আত্মাতগী শুদ্ধ ওই। অদুম্না শুদ্ধি ওইরবা তুংদা আত্মাদুনা শুদ্ধ ওইবা মপোক্তা হায়বদি দেবদা চঙথি, অদনত্তুনা পাপ অদু কোক্লনবা অতোপ্পা উপায় অমত্ত লৈতে ॥৪৭—৪৮॥ মহাপাপকী পুকচেল চেল্লবা পাপী অদুনা নত্তবা অমাংবা রাখল্দগী ওঝাগী গুরুগী লোয়নবীগা তিন্নথোংনরুবদি মৈ ঈক্রবা. তুপীগী যোংকী মুত্তিদা চেংনা কোম্দুনা মথায় থাজরবতদা মহাপাপ অদুদগী কোকই ॥৪৯। নত্রগা মথুংহক্তা লিঙ্গবু অদুগা অণ্ডকোষ অদুবু কক্থংচগদবনি ॥৫০। করুবা লিঙ্গ অণ্ডকোষ অদু থুজোক শানা পুরগা

অগ্নে বাপ্যর্শোচেত পৃথক্ সংবৎসরং ভবেৎ শ্রীনিশ্রোত্রিয়ভার্য্যায়াং পরদারে চ দ্বে স্মৃতে ৬০॥
স্থানাসনাভ্যাং বিহরেৎ ত্রিরহ্নাভ্যুপয়ন্নপঃ এবমেষ নিরাকর্ত্তা যশ্চাগ্নিনপবিধ্যতি ।৬১॥
ত্যজত্যকারণে যশ্চ পিতরং মাতরং গুরুম্ । পতিতঃ স্যাৎ স কৌরব্য যথা ধর্ম্মেষু নিশ্চয়ঃ
গ্রাসাচ্ছাদন মাত্র তু দদ্যাদিতি নিদর্শনম্ ।৬২।
( ব্রহ্মচারী দ্বিজভ্যশ্চ দত্বাপ্রণান্ প্রমুচ্যতে ) ভার্য্যায়াং ব্যভিচারিণ্যাং নিরুদ্ধায়াং বিশেষতঃ
সং পুংসঃ পরদারেষু তদেনাং চারয়েৎব্রতম্ ।৬৩।
শ্রেয়াংসং শয়নং হিত্ব যান্যং পাপং নিগচ্ছতি শ্বভিস্তামর্দয়েৎ রাজা সংস্থানে বহুসংস্তরে ।৬৪।
পুংমাংসমুপরে প্রাজ্ঞঃ শয়নে তপ্তআযসে অপ্যাদধীত দারুনি তত্র দহ্যেৎ পাপকৃত ।৬৫।

কাঙ্ হাংদনবা পোক্রবদি অনুতাপ তৌগদবনি। অনুতাপকী মৈদা ঈক্লগা আত্মাসগী শুদ্ধি ওইবনি [illegible]বধ ( শল হাংবা ) ত নত্তন অতে অতোপ্পা উপপাতক কয়া লৈবি। উপপাতক অমমর্ষী [illegible] অমসম চুপ্পা ব্রতউপাসনা তৌগদবনি। শ্রোত্রিয বৈদিক ব্রাহ্মণগী লুপীদা [illegible] অহুম চুপ্পা, অতোপ্পী পবস্ত্রীদা সংসর্গ তৌকবগনা চহী অনি চুপ্পা ব্রহ্মচারী ওইদুনা [illegible] থুদগী যুথক মবাশূবদা চরা অমুমুক্তা চ'দুনা লেনগদবনি। চাবা থকপা পুম্বা [illegible] শীজহনা, হায়রবা মতম্ অ'স কোয়চৎ চত্তুনা লৈনগদবনি থুমিৎ থুদিং স্নান অহনপক তৌগদবনি। অসুম্ তৌববতদা চঙ্হৈদবা মফমদা চঙ্ঙ্বগী দোষ অমদি পাপ অত্ত যোবই অগ্নি দেববু মাংথোকউবা মহাক্তীসু হাযবিবা প্রায়শ্চত্তশিং অসি তৌগদবনি ॥৫৯–৬০॥ বুরুনন্দন। মবম ঈবৈ লৈতনা, মমা মপাবু, গুরুবু থাদোক্লিবা মহাক অদে পতিত ওইববনি। অহুগুম্বা মহাক্ অহুদা শেংন চানধা থাজক্তংদি পীবিগদবনি। অহুগা পিতৃসম্পত্তিদা মাগী অধিকাব লৈহল্লোইদোবনি অহুগী মৎক্তা ব্রহ্মচাবী ওইহন্দুনা ব্রাহ্মণদা দান তৌহনগদবনি। মতুংদা মমা মপাত্তবু লুনা বিনা তৌবত্ববদি, মহুতদা মাগী পতিত ওইরুবগী দোষ অদো লোকই। অসুম্ দোগনা ধর্ম্ম শাস্ত্রনা বিধান তৌবি ।৬২॥ মপুবোইবা লৈবী লুপীনা ব্যাভচাবিনী ওইনবদ অহুগা অতোপ্পা নিপা অমগা ভিন্ন খোৎনরিভৈদা ফারবদি মতোপ্পগী লুপীদা চঙ্ঙ্বগী প্রায়শ্চিত্ত প্রতীকাবনচংবা শাস্ত্রনা তাক্লিবহগী মতুং ইনা লুপীহুগীসু তৌহনগনি ॥৬৩॥ ধর্ম্ম কাযদব অফবা মপুবোযববু থদোক্তুনা নত্রগা থত্তহন্দনা লোম্না অতোপ্পা পাপী অমগী ফমুদা করুরবী অহুগুম্বী বুলটা ( বেশ্যা ) অহবু থাইনা ঈত্তাল গুম্না উবা পাক্লবা লমপাক অমদা লেপহন্দুনা সন্দুনা থম্লগা হুই মযাম থাজিন্দুনা চীকহনগদবনি ॥৬৪॥ মতৌ অসুম্না ব্যভিচাবী ওইব নীপা অহুবুসু অশিংবা নিংথৌনা মৈ ঈক্লবা য়োৎকী ফমুং মথক্ত হীপহল্লগা মথক্তা শীং উতুপ্ ননশিন্দুনা মথারোমদগী

এষদণ্ডো মহারাজ স্ত্রীনাং ভর্ত্তৃব্যতিক্রমাৎ সংবৎসরাভিশস্তস্য দুষ্টস্য দ্বিগুণে ভবেৎ। ৬৬।
দ্বে তস্য ত্রীণি বর্ষাণি চত্বারি সহ সেবিনি কুচর পঞ্চবর্ষাণি চরেৎভৈক্ষ্যং মুনিব্রতঃ। ৬৭।
পরিবিত্তিঃ পরিবেত্তা যা চৈব পরিবিদ্যতে। পাণিগ্রহাস্তু ধর্ম্মেণ সর্ব্বে পতিতাঃ স্মৃতাঃ। ৬৮।
চরেয়ুঃ সর্ব্ব এবৈতে বীরহা যৎ ব্রতং চরেৎ চান্দ্রায়ণং চরেৎ মাসং কৃচ্ছ্রং বা পাপশুদ্ধয়ে। ৬৯।
পরিবেত্তা প্রযচ্ছেত তাং স্নুষাং পরিবিত্তয়ে জ্যেষ্ঠেন ত্বভ্যনুজ্ঞাতো যবীয়ানপ্যনন্তরম্
এবঞ্চ মোক্ষমাপ্নোতি তৌ চ সা চৈব ধর্ম্মতঃ। ৭০।
অমানুষীষু গোবর্জ্যং মনাবৃষ্টীর্ন দুষ্যতি। অধিষ্ঠাত্রেবসন্তারং পশূনাং পুরুষং বিদুঃ ॥৭১।
পরিধায়োর্দ্ধবালং তু পাত্রমাদায় মৃন্ময়ম্। চরেৎ সপ্তগৃহাণ্যস্তাং স্বকর্ম্মপরিকীর্ত্তয়ন্ ॥৭২॥

---

দৈর থাগৎকদবনি। চাক্তুনা পাপী অদু উং ওইনা তুংথিগনি। নিংথৌ! মপুবোয়বু থৌ-ওইদতনা অবানবা লমচৎ চৎপী নুপীদুবু মাসিগা চপ মান্নবা দণ্ড অদু পীগদবনি হায়রিবা দণ্ড মপী অসি চহী অমগী মগুংদা তোহোত্রবদি, দ্বিগুণ হেন্না ওন্নকপা চহীদদা তোগদবনি। অসিগুম্ব পতিত ওইবা পাপীশিংসিগা চহী অনী অহুম মরি মং চুপ্না চামিন্ থকামিং রুবা মতাক অহুদি মানা তিমরুরিবা চহী অহুপ মুনি শিংনা তৌনবা ব্রত অদু তৌদুনা পৃথিবী আসদা মফম পুম্বদা কোইচৎ চত্তুনা ভিক্ষা তৌদুনা মতম্ লেন্গদবনি ॥৬৫—৬৭॥ ময়াম্বগী লুহোংত্রিদৈদা মনাও অহনা ধর্ম্ম কায়না লুহোংলবদি, ময়াম্বদুনা "পরিবিত্তি" কৌই। মনাওদুবুনা পরিবেত্তা হায়ন খঙনি। মনাওদুনা লৌরুরিবী নুপীদুবুনা "পরিবেদনীয়া" হায়না খঙনগনি। হায়রিবশিং অসি লোইনা পতিত ওইরবনি হায়না লৌগনি ॥৬৮॥ মজ্জহীন ওইবা ব্রাহ্মণ-শিংগীদমক শাস্ত্রনা তাক্লিবা দণ্ড প্রায়শ্চিত্তশিং অদু হৌজিক হায়রিবা পরিবিত্তি পরিবেত্তা পরিবেদনীয়া মখোয় অহুমসিগী থুদিংমকপুম্ব তৌহনগদবনি। নত্রগা মখোয় অহুম্মক চান্দ্রায়ণ নত্রগা কৃচ্ছ্রচান্দ্রায়ণ হাযবা ব্রতদু থা অমা চুপ্না তৌহনগদবনি ॥৬৯॥ পরিবেত্তা ওইরিবা মনাওদুনা নুপীদবু মতৈমগুম্না ময়াম্বদা শিন্নথোকনি। মদুদা ময়াম্বগী য়াথং মতুং ইন্না নুপীদুবু অমুক্ মাগী নুপী দোনা লৌগদবনি। অস্নুম্ তৌরবদি মখোয় অহুম্মক্ পাপতগী নাম্বোক্ৎ। মাদুনা প্রায়শ্চিত্ত অদুম্ মওইরে ॥৭০॥ শাগী মনুংদা শম্বী নত্তনা কাবগুম্বা শা অমদা থঙহৌদনা হিংসা তৌত্রবদি মদু দোষ লৈতে। মরবদি তাইবং মীওইবা হায়বসি শ-উ চক পুম্নমক্কী তাকসেনবা য়োকপা মপুনি হায়না শাস্ত্রনা য়ানগ্রে ৭১॥ শম্বীদা হিংস তৌরুরবা, শম্বীবু হাংদুরবা পাপী অদুদি, শম্বীগী মমৈদু মদুনা মথকলোমদা ওন্থত্তুনা লেবা মওংদা পায়-থত্তুনা লৈগদবনি। অদুগী তুংদা চযু মচেৎ নত্রগা কেগাম্ মথুংনা পায়দুনা য়ুমথোং ভিক্ষা নিগদবনি। অদুগা য়ুমথোং থুদিংদা মানা তৌরুবা পাপ কর্ম্মদু তম্থোকউগদৌবনি য়ুমথোং তরেত্তা থর ফংঙকপদুতনা মাগী জীবিকা ওইগদবনি। অস্নুম তৌদুনা য়ুমিৎ তরা-

তত্রৈব লব্ধভোজী স্যাৎ দ্বাদশাহাৎ সশুদ্ধ্যতি। চরেৎ সংবৎসরং তৎব্রতং যেনকৃন্ততি ॥৭৩॥
ভবেত্তু মানুষেষেবং প্রায়শ্চিত্ত মনুত্তমম। দানংবা দানশক্তেষু সর্ব্বমেতৎ প্রকল্পয়েৎ ॥৭৪॥
অনাস্তিকেষু গোমাত্রং দানমেকং প্রচক্ষতে শ্ববরাহ মনুষ্যাণাং কুক্কুটস্য খরস্যচ ॥৭৫॥
মাংসং মূত্রং পুরীষ চ প্রাশ্য সংস্কার মর্হতি ব্রাহ্মণস্তু সুরাপস্য গন্ধ মাদায় সোমপঃ ॥৭৬॥
অপস্ত্র্যহং পিবেদুষ্ণং ত্র্যহমুষ্ণং পয়ঃ পিবেৎ। ত্র্যহমুষ্ণং পয়ঃ পীত্বা, বায়ু ভক্ষোভবেৎ ত্র্যহম॥৭৭॥
ত্রবমেতৎ সমুদ্দিষ্টং প্রায়শ্চিত্তং সনাতনম্। ব্রাহ্মণস্য বিশেষেণ যদজ্ঞানেনসম্ভবেৎ ॥৭৮॥

ইতিশ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি আপদ্ধর্মপর্ব্বণি প্রায়শ্চিত্তীয়ে দ্বিষষ্ট্যধিকশততমোऽধ্যায়ঃ ॥

---

নীথোইনিগী মতুংদা মচাক্কী শুদ্ধি ওইগনি। মানা শম্বীগী মফমদা তৌরুরিবা পাপ অদুনা যাম্ন কাহেনবা ওইরবদি হায়রিবা অনুষ্ঠান অসি চহী অমা চুপ্পা তৌহনগদবনি। মাদুত্তদা পাপ অদু কোক্কনি ॥৭১-৭৩॥ মতৌ অসুম্না তাইবং মীনা তৌরুবা পাপ মখল্ মখল্গী প্রায়শ্চিত্ত প্রতীকার মখল কয়া শাস্ত্রদা বিধান তৌদুনা লৈগ্রবনি। তৌথিবা পাপ অদু কোক্নবগীদমক্তা দান তৌবা ঙম্বা মীশিংগী দানগী বিধিসু শাস্ত্রদা হায়রি মরম অদুনা প্রায়শ্চিত্ত পূর্নমকসি য়াম্ন বিচার তৌনা তৌগদবনি ॥৭৪॥ নাস্তিক নত্তবা মীগী প্রায়শ্চিত্তদি শগী অমতং দান তৌরগা হেক্তা ময়ারে হায়নসু শাস্ত্রদা বিধান তৌরি। হুঈ, ওক, তাইবং মী, য়েল্ লোলাগী মাংস (শদুম-মশা) নত্রগা ঈ-নাই ফত্ত-হৌদী চারুরবদি ব্রাহ্মণ-ক্ষত্রিয় বৈশ্য অহুম্মকীসু প্রায়শ্চিত্ত সংস্কারনচিংবা তৌথোক্কদবনি ॥৭৫ই॥ সোমরসবু পান তৌরিবা ব্রাহ্মণনা কনাগুম্বা য়ু থকপা মী মুংশাশোর মনম্ খিত্তং নম্মুরবদি মহাক্ হুমিৎ হুম্নি চুপ্পা ঈশিং থক্কনা লেনগদবনি। অদুগী তুংদা শঙ্গোম্ অশাবা হুমিৎ হুম্নি চুপ্পা থক্কুনা লৈগদবনি। হুমিৎ হুম্নি শঙ্গোম্ অশাবা থক্লবাদুগী তুংদা হুমিৎ হুম্নি নুংশিত্ত চাদুনা লৈগদবনি। মাদুত্তদা হায়রিবা দোষ অসিদগী কোকই ॥৭৬-৭৭॥ মতৌ অসুম্না মতম্ কুইদনগী চৎনরক্লবা প্রায়শ্চিত্তকী বিধিশিং অসি দোষ পাপ তোঙাল্ তোঙান্নগী ওইনা তাকপ্রবনি। মাসি বিশেষ ওইনা ব্রাহ্মণগী দমক্তা হায়প্রবনি। খঙহৌদনা তৌথিবা পাপ অদুগীসু প্রায়শ্চিত্ত প্রতীকার লৈ ॥৭৮॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তি পর্ব্বদা আপদ্ধর্ম্মগী মসুংদা প্রায়শ্চিত্তীয়গী চামহুমফুনিথোইশুবা অধ্যায় লোইরে।

—(০)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## ত্রিষষ্ট্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

(চামহুমফুহুমদোইশুবা অধ্যায়)

(থাঙশাংগী হৌরকফম, অদুগা মথং মথং ফংনরকপগী বারী)

--(০)—

বৈশম্পায়ন উবাচ।

কথান্তরমথাসাদ্য খড়্গযুদ্ধাবিশারদঃ নকুলঃ শরতল্পস্থ মিদমাহাপিতামহম্ ।।১।।

নকুল উবাচ।

ধনুঃ প্রহরণং শ্রেষ্ঠমতীবাত্র পিতামহ মতস্তু মম ধর্ম্মজ্ঞ খড়গ এব সুসংশিতঃ ।।২।।
বিশীর্ণে কার্ম্মুকে রাজন্ প্রক্ষীনেষু বাজিষু। খড়্গেন শক্যতে যুদ্ধে সাধ্বাত্মা পরিরক্ষিতুম্ ।৩।।
শরানসধবাংশ্চৈব গদাশক্তিধরাংস্তথ। একং খড়্গধরোবীরঃ সমর্থপ্রতিব'ধতুম্ ।৪।।
অত্র মেসংশয়শ্চৈব কৌতুলমতীবচ কিংস্বিৎ প্রহরণং শ্রেষ্ঠং সর্ব্বযুদ্ধেষু পার্থিব ৫
বাথঃ চোৎপ দত্তঃ খড়্গঃ কস্মৈ চার্থ্যকেনচ। পূর্ব্বাচার্য্যংচ খড়্গস্য প্রব্রূহি প্রপিতামহ।৬।।

---

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ—জনমেজয়! ভীস্মনা ঙাঙ্বা লোইরকপগী তাঞ্জাসিদা, থাঙ্গী লালদা হৈরবা নকুলনা তেলগী শয্যাথক্তা লীপুনা লৈরিবা পিতামহ ভীষ্মদা অস্নুম্না হায়রকই॥১॥ নকুলনা হায়ঃ—ধর্ম্মগীতত্ত্ব পুম্বা খঙ্গবা ঈবুধো! খুৎলায়গী মনুংদা লীরুং হায়বসিনা খাইদগী অথোইবনি হায়নৈ। অদুমকপু ঐগী রাথম্দদি থাঙ্শাং হায়বসিনা খুৎলায় পুম্ব-দগী অথোইবনি হায়নিঙ্ঙি॥২॥ ঈবুধো! লালফমদা লীরুংবু ববপ্রবা অদুগা শগোলসু লৈত্রবা মতমতদা থাঙশাংতনা থরায় কন্নরিবনি॥৪ থাঙ্শাং পায়বা নিপা অমতনা; মতম অমত্তদা লীরুং পাযবা, গদা পায়বা, পায়বা পুন্নমকসু মথন্তনা লাম্বা ওইতুনা ঙাকথোকপা ঙম্মিবনি।৪।। লৈপাক্কী মপু! ঈবুধো! লাল্ মথল্ পুন্নমক্ খাইদগী হেন্না মন্না ওইবা খুৎলায়সি করি ওইরিদগে হাযবসিদা ঐ ওন্থোক্না চিংনরে।৫।। অদুগা ঈবুধো। থাঙশাং হায়বসিগী হৌরকপা অদুগা মাগী কান্নবা অসি পুন্নমকসি ইবুধোনা অমুক্না তাকপিয়ু।৬।।

## বৈশম্পায়ন উবাচ।

তস্য তদ্বচনং শ্রুত্বা মাদ্রী পুত্রস্য ভীমতঃ  স তু কৌশল সংযুক্তং সুক্ষচিত্রর্থ মম্মতম্ ॥৭॥
ততস্তস্যোত্তরং বাক্যং স্বরবর্ণো পপাদিতম। শিক্ষায়া চোপপন্নায় দ্রোণশিষ্যায় ভারত ॥৮॥
উবাচ সন্তু ধর্ম্মজ্ঞো ধনুর্ব্বেদস্য পারগ্য  শরতল্প গতো ভীষ্মো নকুলায় মহাত্মনে ॥৯॥

## ভীষ্ম উবাচ।

তত্ত্বং শৃণুষ্ব মাদ্রেয় যদেতৎ পরিপৃচ্ছসি। প্রবোধিতোহ স্মিভবতা ধাতুমাশনিপর্ব্বতঃ ॥১০॥
সলিলৈকার্ণবং তাত পুরাসবমভূদিদম্।  নিষ্প্রকম্প মনাকাশ মনির্দেশ্য মহীতলম ॥১১।
তমসাবৃতম স্পর্শমতি গম্ভীরদর্শনম।  নিঃশব্দং চাপ্রমেযং চ তত্র যজ্ঞে পিতামহঃ ॥১২।
সোহসৃজৎ বাতমগ্নিংচ ভাস্করং চাপি বীর্য্যবান্। আকাশমসৃজচ্চোর্ধ্বং মধোভূমিঞ্চ নৈর্ঋতীম্ ॥১৩॥
নভঃ সচন্দ্রতারংচ নক্ষত্রাণিগ্রহাং স্তথা  সংবৎসরানৃতূন্ মাসান্ পক্ষানাথলবান্ ক্ষণান্ ।১৪।

---

বৈশম্পায়ননা হায়:—ভরত নন্দন, জনমেজয় ? মাদ্রীগী মচা শিংলবা নকুলনা হায়রিবা রাসে ফকূপ্পা অর্থনা তিল্লবা অত্তুগা যুক্তিযুক্ত ওইবা রানি। রাসি তাবদা তেলগী ফমুংথক্তা লোংনা তাহুনা লৈরিবা, ধনুর্ব্বেদবু লোইনা শিং শিংনা খঙ্‌ল হৈরবা, ধর্ম্ম চেল্লবা ভীষ্মনা, ওঝা নাইনা তমহুন হৈরবা, জ্ঞান মরিল ংথৌনা লৈরবা দ্রোণাচার্য্যগী শিষ্য নকুলগী মফমদা, নীংথিজরবা খোম্লোক্ শ্বর ব্যঞ্জন মহেক্রা তিল্লবা রাহৈনা অস্নুম্না হায়বা হোরকই ।৭৯। ভীষ্মনা হায়:—মাদ্রীনন্দন! নহাক্ হংলিবসিগী পাউথুম্ তত্ত্বগা লোয়ননা তাও ঐদি হকচাংসি ঈহং শারহুনা, ভাঙ্‌লৈনরবা ধাতুগী মঙালনা থল্লবা কূপ্লবা চৌংহুম অমগুম্ লেঙবা য়াদনা তাহুনা লৈরবনি। অহুবু নংগী রাহং অসিনা ঐবু অমুক ঈতেক্ তেকৃথংহল্লে ॥১০॥ ঈবুঙো! নকুল! মতম্ অমদা জগৎ পুম্বসে অমত ওইবা ঈপাক্ ঈশিংতগী মশক্ ওইরম্মি। মতম্ অহুদা ঈপাক্ অহু থিত্ত ফাওবা লেঙঙমদে। কদায়দা আকাশ কদায়দা লৈথা। ভূতল হায়বা মিং অসি ফাওবা লৈরমদে ॥১১॥ মায়গৈ পুম্বদি পুম্মম্ মমৃথি। শব্দ অহুগা স্পর্শ (থেংবা-শোকপা) গী অনভূতি (পুক্লীংদা ফাওবা) লৈরমৃদে ঈপাক্ অহু মহা অকিবগী মশক্ ওইনা গম্ভীরসু ওইবা মতৌনি হায়। চাংজৌ লৈতনা পাক্ চাউবনি। হ্রায়রিবা ঈপাকতুদগী লোক্ পিতামহ ব্রহ্মা পোকখি ॥.২॥ শক্তি লৈরবা ব্রহ্মানা বায়ু, অগ্নি, সূর্য্য অহুম অসি শেম্মি। অহুগী তুংদা আকাশ, থক্-থা, ভূমি অহুগা রাক্ষসশিংগী সৃষ্টি তৌখি।৩। থা থরানমিচাক লোয়নবা আকাশ, নক্ষত্র গ্রহ,

ততঃ সলিলং লোকস্থং স্থাপয়িত্বা পিতামহঃ। জনয়ামাস ভগবান্ পুত্রানুত্তম তেজসঃ। ১৫॥
মরিচিমৃষিমাত্রিংচ পুলস্ত্যং পুলহং ক্রতুম্। বসিষ্ঠাবঙ্গিরসৌ চোভৌ রুদ্রঞ্চ প্রভুমীশ্বরম্ ॥১৬
প্রচেতমস্তথা দক্ষঃ কন্যাষষ্টী মজীজনৎ। তাবৈব্রহ্মর্ষয়ঃ সর্বাংপ্রজার্থং প্রতিপেদিরে ॥১৭॥
তাভ্যো বিশ্বানি ভুতানি দেবাঃ পিতৃগণস্তথা গন্ধর্বপ্সরসশ্চৈব রক্ষাংসি বিধধানি চ ॥১৮॥
পতত্রি মৃগমীনাশ্চ প্লবঙ্গশ্চ মহোরগা। তথ পক্ষিগনাঃ সর্বে জলস্থল বিচারিণঃ ॥১৯॥
উদ্ভিদঃ স্বেদজাশ্চৈব সাণ্ডজাশ্চ জরাযুজাঃ যাজ্ঞ ত ত জগৎসর্বং তথাস্থাবরজংগমম্ ॥২০॥
ভূতসর্গ মিমং কৃত্বা সর্ব্ব লোকপিতামহ, শ্বাশতং বেদ ঠিতং ধর্ম্মং প্রযুযুজেততঃ ॥২১॥
তাস্মিন্ ধর্মে স্থিত দেবাঃ সাহাচার্যাপুরো হত ঃ আদিত্যবসবা রুদ্রাঃ সসাধ্যা মরুদ্বশিনঃ ॥২২
ভৃগ্বত্র্যঙ্গিরসঃ সিদ্ধাঃ কাশ্যপশ্চ তপোধনঃ বসিষ্ঠ গৌতম গস্ত্য স্তথা নারদপর্বতৌ ॥২৩॥

সংবৎসর, ঋতু, মাস, পক্ষ, লব, ক্ষণ অসং চ। পূন্নমবনি সৃষ্টিস পিতামহ ব্রহ্মানা তৌখিবনি। ১৪। অদুগী তুংদা ভগবান্ ব্রহ্মানা, অলৌকিক শরীর থাদোক্তুনা লৌকিক শরীর পুত্থনা লৌকিক শরীর পুবা মরীচি, অত্রি, পুলস্ত্য, পুলহ, ক্রতু, বসিষ্ঠ অহিংবা অদুগা ঐশ্বর্য্য শক্তি পুম্বনা তিল্লবা রুদ্র মচাশিং অসিবু পুথোকখি, মচা ওইনা শেমখি ।।১৫-১৬।। প্রচেতাশিংগী মচা দক্ষনা মচানুপী হুম্ফু পোকখি। প্রজাগী সৃষ্টিগীদমক্, মচানুপীশিং অদুবু মহর্ষিশিং অসিনা মাগী মাগী লোয়নবীগুম্ লৌখি। ১৭। কন্যাশিং অসিদগী জীবপানবা কয়া কয়া, দেবতা, পিতর, গন্ধর্ব্ব, অপ্সরা হিংচাব মথল্ মথল্, শাউচেক মথল্ মথল্, ভা জাৎ জাৎ, য়োং মথল্ মথল্, চান্ডৈর চাউরবা শামু, ঈশিং-কংকাল্ অনীমক্তা পাইধাচৎপা উচেক্ কয়া কয়া, লৈনুংদগী থিন্দোরকৃপা পাম্বী কয়া কয়া ফত্তহৌদিদগী পোক্পা নাওয়োম্-কুয়োম্দগী পোক্পা, মক্নমদগী পোক্পা জীব মথল্ কয়া-কয়া পোক্খি। ১৮-২০।। লোক পুন্নমকী পিতামহ ব্রহ্মানা অচচত্ত জীব পূন্নমকপু শেমগা, বেদনা তাকৃপা মাগী মাগী সনাতন ধর্ম্মবু ভাকচনবগী ভার অসি মশা মশাবু পূহনখি ॥২ ॥ আচার্য্য অমদি পুরোহিতশিংগা লোয়ননা দেবতাশিং, আদিত্যশিং, বসুদেবতাশিং ময়াম্, সিদ্ধসাধ্যশিং, মরুৎশিং (নুংশিৎ নিফুমাপল্) অদুগা অশ্বিণীকুমার হায়রিবশিং অসি মগী মাগী সনাতন ধর্ম্মদা প্রতিষ্ঠা ফংহুনা হৈব্রে ॥২১॥ সিদ্ধ ওইরবা ভৃগু, অত্রি, অঙ্গিরা, তপস্যতমা মরল ওইরবা কশ্যপকী মচা কাস্যপশিং, বসিষ্ঠ, গৌতম, অগস্ত্য, দেবর্ষি নারদ, পর্বত, বালখিল্য, প্রভাস সিকত্ত, ঘৃতপ (ঘীত থক্তুনা লেনবা), সোমপ (সোমরস ত মথকৃপা), বায়ব্য (নুংশিত্ত চাহুনা মপুনৃশি লেনবা), মরীচিপ (নুমিৎকী মঙান্ত থক্লগা হিংব), বৈশ্বানর, অকৃষ্ট

ঋষয়ো বালখিল্যাশ্চ প্রভাসাঃ সিকতাস্তথা　ধৃতপা সোমবায়ব্যা বৈশ্বানরমরীচিপাঃ ॥২৪॥
অকৃষ্টশ্চৈব হংসাশ্চ ঋষয়ো বাগ্নিযোনয়ঃ　বানপ্রস্থাঃ পৃশ্নয়শ্চ স্থিতাব্রহ্মা নুশাসনে ॥২৫॥
দানবেন্দ্রাস্ত্বতিক্রম্য তৎ পিতামহশাসনম্।　ধর্ম্মস্যাপচয়ং চক্রুঃ ক্রোধ লোভসমন্বিতাঃ ॥২৬॥
হিরন্যকশিপুশ্চৈব হিরণ্যাক্ষো বিরোচনঃ　শম্বরো বিপ্রচিত্তিশ্চ বিরাধো নমুচির্বলিঃ ।।২৭।
এতে চান্যেচবহবঃ সগনা দৈত্যদানবঃ।　ধর্ম্ম সেতুমতিক্রম্য রেমিরে হধর্মনিশ্চয়া ।।২৮।।
সর্ব্বেতুল্যা ভিজাতীয়া যথা দেবস্তথাবয়ম্　ইত্যেবং ধর্ম্মমাস্থায় স্পর্ধমানা সুরর্ষিভিঃ ।।২৯।।
ন প্রিয়ং নাপ্যনুক্রোশং চ ক্রুর্ভূতেষু ভাবত।　ত্রীণুপায়ানতিক্রম্য দণ্ডেন রুরুধু প্রজাঃ ।।৩০।।
ন জগ্মুঃ সংবিদং তৈশ্চ দর্পাদসুরসত্তমাঃ।　অথ বৈ ভগবান্ ব্রহ্মা ব্রহ্মর্ষিভি রুপস্থিতঃ। ৩১
তদাহিমবতঃ শৃঙ্গে সুরম্যে পদ্মতারকে।　শতযোজনবিস্তরে মনিরত্ন চয়াচিতে ।।৩২।

( থোইদনা ; মরু হুন্দনা লিংদনা মশা মথন্তনা হৌজরকপা মহৈ মরোংনা জীবিকা ওইবা ) হংসমুনি, অগ্নিদেবদগী চোংথোবকপা ঋষি ময়াম, বানপ্রস্থ অমদি পৃশ্নিশিং— মখোয় পুম্নমক অসি মহাত্মা ওইরব ব্রহ্মগী যাথং মতুং ইন্না মখা পোন্না লৈদুনা সনাতন-ধর্ম্মবু ঙাক্তুনা মাগী মাগী অাশ্রমদা লৈথি ॥২৩—২৫॥ অদুবু দৈত্যদানবশিংদি "অপাম্বা" "অশাউবা" অনীসগী মথা পোনখিদন, ব্রহ্মাগী য়াথংবু হীত্তাক্তুনা, ধর্ম্মগী লম্বীদা য়ৈথায়বা অমদি অমাঙবা পীবা হৌনবকৃলে ॥২৬॥ হিরণ্যকশিপু, হিরণ্যাক্ষ, বিরোচন, শম্বর, বিপ্রচিত্তি, বিরাধ নমুচি অদুগা বলি— অসি নত্তবা অতৈ দৈত্য-দানব কয়া কয়ানা ধর্ম্ম কর্মগী মান মর্য্যদা পুম্বা থুগাইদুনা, হরাউ তাযান্না নোক খেতনা ; মখোয়না থোকপদা তৌদুনা মপুনশি লেনবা হৌরকলে ॥২৭—২৮॥ "ঐখোয়সু লাইয়ামশিংগা স্বজাতিনি। লাইশিং অসিগা ঐখোয়গা থোইদোক্লা খেন্নবা লৈতে" অসুম হায়না ধর্ম্মবু থুগাইরক্রবা দৈত্যশিং অসিনা স্বর্গগী লাইয়ামগা অদুগা মহর্ষিশিংগসু শীংনবা হৌরক্লে ॥২৯॥ ভরতনন্দন ! জীব অতৈ অতৈ হেক লৈরিবশিং অসিগী মনুংদা কনা অমতবু মখোয়ন নুংশিদে। মখোয়গী মশাদা দয়া ধর্ম্ম লৈতে। সাম—দাম ভেদ নীতি অহুম অসিবু হুন্দোক্লমদুনা দণ্ড বৌবা নীতিদা থংজোং চোংদুনা জীবপানবা পুম্নমকপু নৈব হৌবক্লে হিংচাবা অথোইবশিংদুনা নাপন্না লুত্তোন্ কাথিদুনা প্রজাশিং জীবশি দুগা রারোল ফাওবা ঙাঙননীংথিদ্রে। অদুগী তুংদা ব্রহ্মর্ষিশিংদুগা লোয়ননা ভগবান্ ব্রহ্মানা হিমালয়গী নীংথিজরবা চীংদোম্দা থুঙলে। চীংদোল অসি কয়াগী মতীক রাংবগে হায়ববু— নোংমদোল্লক্কী লংলবা থরাননিচাকশিংনা অমমম্না থম্বাল অমমমৃগী মতোগুম্না নীংথিজরম্মী। মাদুগী পাক চাউবা মরাক ময়ুংনা য়ুথক চামনি। চীংদোল অদু মনিরত্ন মথল মথলগী মশেক্না পুমথল থল্লম্মি ॥৩১—৩২॥

পেতুরুল্কা মহোৎপাতাঃ শাখাশ্চমুমুচুদ্রুমাঃ। অপ্রশান্তা দিশঃ সর্ব্বাঃ পবনশ্চাশিবোববৌ ॥৪১॥
মুহু মুহুশ্চভূতানি প্রাবথ্যন্ত ভয়াত্তথা। ততঃ সতুমুল দৃষ্ট্বা তং চভুতমুপস্থিতম্ ॥৪২॥
মহর্ষি সুরগন্ধর্ব্বা শুবাচেদং পিতামহঃ মযৈব চিন্তিতং ভুত মসির্নামৈষ বীর্য্যবান্ ॥৪৩॥
রক্ষনার্থায় লোকস্য বধায় চ সুরদ্বিষাম্ ততস্তদ্রুপ মুৎসৃজ্য বভৌ নিস্ত্রিংশং এব স ॥৪৪॥
বিমলতীক্ষ্ণধারশ্চ কালান্তক ইবোদ্যতঃ। ততং স শিতিকণ্ঠায় রুদ্রয়ার্ষভকেতবে। ৪৫॥
ব্রহ্মা দদাবসিং তীক্ষ্মমধর্ম্মপ্রতিবারণম। ততঃ স ভগবান্ রুদ্রো মহর্ষিজনসংস্তুতঃ ॥৪৬॥
প্রগৃহ্যাসিমমেয়াত্মা রূপমন্যচ্চকারহ। চতুর্বাহুঃ স্পৃশন্ মুধ্না ভুস্থতোঽপিদিবাকরম্ ॥৪৭
কিংকুর্ব্বন্ বহধ বর্ণান্ নীলপাণ্ডুর লোহিতাম্ উর্দ্ধ দৃষ্টি মহালিঙ্গেন মুখাজ্জ্বালাঃ সমুৎসৃজন্ ॥৪৮

---

ওস্থোক ওস্থোকপা উপদ্রব উৎপাতমক্ত। মথং মথং থোকখি। রাং চাউরবা উ পাম্বীশিং অসি মশা মশানা মাগী মাগী মশা মরেংবু মথুংনা পায় পাযতুনা থাদরবপগুম তৌই। মায়গৈ তবা আসি মহাশ্মশাস্থিগী মশক্তি পূম্নিল নিল্ল। মহাঅংঙ্গলগী মশক ওইরবা নুংশিংনা উরুরু শীৎচিল্লকই। ৪১ জীবপানবা পূম্নমক কিমর্নাথিবনা চনীংতানা লৈব ঙমথিদে। কিবনা থক্ থক্ নীন্থখি। অতুম ওইবা, অকিবগী মশক ওইবব। ভূত অংবু উবদা পিতামহ ব্রহ্মানা মহর্ষিশিং, দেবতাশিং অতুদা অসুম্না হাযরকই ॥৪২ ঐনা ঙসাইমথৈ থল্ল স্মবদি ভূত অসিবু পুথোক্রবনি। মাসি অসি হায়ন থোবা বল্লবা খুংলায় অতুনি। ঐনা মাসিবু জগৎ পুম্বগী ঙাক্লনবগীদমক্তা অতুগা দৈত্যদানব ময়াম্বু হাৎনবগীদমক্তা পুথোক্পনি ॥৪৩॥ ই। অতুগী তুংদা ভুত অতু মাগী মওং মতৌ অতু থাদোক্তুনা হৌক্লিক্ হায়নদবা উনরিবা থাঙশাং অসিগী মশক লৌথি ময়া যাম্ন থৌই, মাগী মঙোম্না মাংগৈ পুম্বা পূমলং লংঙি। য়েংবদা থাঙশাং অসি কাল বোবা লাচ অতুমক্কী মশক ওইনা তৌই ।৪৪ই। অসিগী তুদা ব্রহ্মানা অধর্ম্মবু ঙাকথোকপা ঙম্নবা থাঙশাং অসি শল্লাংবেযেকপা ফীরাম্না মাগী ওইবা নীলকণ্ঠ মহাদেবদা শিন্নখ ।৪৫ই। মতম অতুদা মহর্ষিশিংনা মহাদেবগী প্রশংসাস্তুতি কযা কযা তৌখি মতম অতুদা চা দম্মি ঙার লৈত্রবা শক্তিনা মাগী ওইরবা রুদ্রনা থাঙশাং অত পায়থৎপা মতমদ চতুর্ভুজ ওইবা রূপ অম থুদক্তা লৌখ। লৈমায়থক্তা লেম্প্লি লৈদি হায়ববু কোকতি সূর্য্যমণ্ডল শোকই ॥৪৬—৪৭। রুদ্রগী মায অতু নোংম-দোম্বকলোমদা ওনথৎলি। ওস্থোক ওস্থোকপা চাউরবা থুদম্মক্তুনা পীকথল্লি য়াল্লংদগী মৈরি পরো পরেং ভুঙ ভুঙ্ কাপথোক্ হাইদোরকই। মতম অতুদ রুদ্রগী হকচাং অতুদা অশংবা অংঙৌবা অঙাঙবা (ঙাঙলৈনবা) মচুনচিংবা মচু কয়া হাইদোবক্লি ৪৮।

বিভ্রৎকৃষ্ণাজিনং বাসো হেমপ্রবরতারকম্ নেত্রং চৈকংললাটেন ভাস্করপ্রতিমং বহন, ॥৪৯॥
শুশুভাতেহ তিবিমলে দ্বেনেত্রে কৃষ্ণপিঙ্গলে ততোদেব মহাদেবঃ শূলপানিভগাক্ষিহা ৫০।
সমপ্রগৃহ্যতু নিস্ত্রিশং কালাগ্নিসমবর্চসম। ত্রিকূটং চর্ম চোদ্যম্য সাবিদ্যুত মিবাম্বুদম্ ॥
চচার বিবিধান্ মার্গান্ মহাবলপরাক্রমঃ ॥৫১॥
বিধুন্বন্নসিমাকাশে তর্থাযুদ্ধ চিকীর্ষয়া তস্য নাদং বিনদতো মহাহাসং চমুঞ্চতঃ ॥৫২॥
বভৌ প্রতিভয়ং রূপং তদা রুদ্রস্য ভারত। তদ্রুপধারিণং রুদ্রং রৌদ্রকর্ম চিকীর্ষয়া ॥৫৩॥
নিশম্য দানবা সর্বে হৃষ্টাংসমভিদুদ্রুবুঃ তশ্মাভিশ্চাভ্য বর্ষন্ত প্রদীপ্তৈশ্চ তথোল্মুকৈঃ ॥৫৪॥
ঘোরৈঃ প্রহরণৈশ্চান্যৈঃ ক্ষুরধারৈরযোময়ৈঃ ততস্তু দানবানীকং সম্প্রনেতারমচ্যুতম্ ॥৫৫।
রুদ্রং দৃষ্ট্বা বলোদ্ভূতং প্রমুমোহ চচাল চ চিত্রং শীঘ্রং পদত্ব চ চরন্তমসিপানিনম্। ৫৬
তমেকমসুরাঃ সর্বে সহস্রমিতি মেনিরে ছিন্দন্ ভিন্দন্ রুজন্ কৃন্তন্ দারয়ন্ পোথয়ন্নপি ॥৫৭

~~~

মুরবা শক্তী মউগ্না ফীজোল ওই। ফীজোল্ অদু সনাতনা শাবা থরানমচাক্শিংনা তগুপ তবেং পুম্লং লংভি রুদ্রগী লাইপক্ত মুমিংকী মতৌগুম্ তেজস্বী ওইরবা নয়ন অমনা পুমলং লংন লৈ মীৎ অদুগী নাকল অনীদা মুববা ঙোরুনবা মীৎ অনীনা রুদ্রগী মায়থোংগী লৈতেং ওইনা নীঙজরি। ৪৯ই॥ অদুগী তুংদা ভগদেবগী মীৎশিংবু মাঙ্হনব, প্রমাণ লৈতবা কল্পবা থোরবা মহাদেবনা কাল কোবা লাইগা অগ্নিদেবমক্তা মান্নরবা তেজ লৈরবা থাঙশাং অদুবু পায়থত্তুনা অদুগ নোংথাংগা লোয়নবা মুরবা নোংগী মতৌগুম্বা মচি মতোল অহুম লোঙবা চুংগোয়দুবুসু পায়থত্তুনা থোঙথাং থোঙচৎ গতি তোঙাল তোঙান্বা মওংদ, লান্থেংননীঙদুনা, থাঙশাং অদু নোংমদোম্বকলোম কোয়রৈ লৈনা হাই হাইরদুনা হঙ্গৎহন্দা চোং চোংলদুনা চৎলি ১৯—৫১ই॥ ভরতনন্দন! মতমসিদা কম্না কম্না হৌনা ঙংলিবা লাউরিবা, অমুকসু ফাক্ ফাক্ নোক্লিবা মহাদেবগী শক্তম্ অসি য়েংবদা মহা অকিবগী মশক্নি ॥৫২ই॥ অকিবগী মশক্ ওইরবা থবক অমা তৌগে থল্লিবা, অদুগুম্বা মশকপু পুরিবা মহাদেববু উবদা, অকিবগী মশক ওইরবা দৈত্যদানব ময়াম্ অদুনা করিমত্তা নাচুংদনা রুদ্রগী নাক্ তান্ন চঙশিল ফুজিল্লকই ॥৫৩ই মথোয় থরনা হুংদুম লংশিল্লকই; থরনা অচাকপা মৈদুগ মপৈ মশৈ লংশিল্লকই। থরনা থোরবা অকিবগী মশক ওইরবা থুৎলায় মথল-মথল্ কাপশিল্লকই। মথোয় থবনা ময়া থোরবা য়োৎনা শাবা ক্ষুরমত্তুনা রুদ্রগী হকচাংদা অকনবা চৈনা পীরকই ৫৪ই অদুগী তুংদা দানবশিংনা করি উবগে হায়ববু দেবসেনাপতিগী থবক্ পুরিবা, পাঙ্গল্লবা রুদ্র অসি লান্দগী থোঙফম নাম ফাওবা হন্দনা লৈরি। মাহুদগীদি দৈত্যদ নবশিং অদো পুমশুম শুম্হংত্রে ৫৫ই। রুদ্র মৎত্তুনা থুনয়াঙনা মতম অমতদা, থাঙশাংদু পায়দুনা, মকম্ পুম্বদা কোয়রৈ লৈদুনা চোং চোংদুনা
~~~

অচরৎবৈরিসঙ্ঘেষু দাবাগ্নিরিব কক্ষগঃ। অসিবেগপ্রভগ্নাস্তে ছিন্নবাহূরুবক্ষসঃ ॥৫৮॥
সম্প্রকীর্ণান্ত্রগাত্রাশ্চ পেতুরুর্ব্ব্যাং মহাবলাঃ। অপরে দানবা ভগ্নাঃ খড়্গপাতাবপীড়িতাঃ ॥৫৯॥
অন্যেহন্যোন্যমভিনর্দন্তো দিশঃ সম্প্রতিপেদিরে। ভূমিং কেচিৎপ্রবিবিশুঃ পর্ব্বতানপরে তথা ॥৬০॥
অপরেজগ্মুরাকাশ মপরেহপ্সুঃ সমাবিশন্। তস্মিন্ মহতি সংবৃত্তে সমরেভৃশদারুণে ॥৬১॥
বভূব ভূঃ প্রতিভয়া মাংসশোনিতকর্দ্দমা। দানবানাং শরীরৈশ্চ পতিতৈঃ শোণিতোক্ষিতৈঃ ॥৬২॥
সমাকীর্ণা মহাবাহো শৈলৈরিব সকিংশুকৈঃ। সরুদ্রে দানবান্ হত্বা কৃত্বা ধর্ম্মোত্তরং জগৎ ॥৬৩॥
রৌদ্রং রূপমথোৎক্ষিপ্য চক্রে রূপং শিবংশিবঃ। ততো মহর্ষয়ঃ সর্ব্বে সর্ব্বে দেবগণাস্তথা ॥৬৪॥
জয়েনাদ্ভুতকল্পেন দেবদেবং তথার্চয়ন্। ততঃ সভগবান্ রুদ্রো দানবক্ষতজোক্ষিতম্ ॥৬৫॥

---

য়োরকপহ্নদা হিংচাবশিংহুনা রুদ্র অমতবু লিশিং লিশিং থোক্ল উথি ॥৫৬ই। অকংবা উশারাশাদা, কংলধা নাপীশীংবী মরক্তা ৎোরকপা লপ্মেনা বন পুন্নমকপু চাকথেক্লকপহুগুম্না ভগবান্ রুদ্রনা দৈত্যদানবশিং অহুবু থাঙহুনা য়ান্দুনা ককতুনা, শেগায়হুনা, থিংগায়হুনা, শাথিনা শোক্হন্দুনা, লালফম অহুদা কোয়চৎ চক্তুনা লৈথি।৫৭॥ থাঙগী শাফু অহুনা মথোয় পুম্নমক অহু লাউ থোংহুনা কায়হুনা কোয়চেল্ চেন্নরকলে। হিংচাবা কয়া কয়াগী মপাম্বোম মথুকউ ককৃথৎথি। অয়াম্বগী মথব ক মবুক থিনগাইথি। দৈত্যদানব কয়া কয়াগী মশাদগী মথোয়-মরিল মপান্দা লীথোক্লকলি, অসুম তোহুনা বল্লবা হিংচাবশিং অহু শি শিংনা লোইনা লৈমায়থক্তা তাথি ॥৫৮॥ হিংচাবা কয়া কয়ানা থাঙনা য়ানবহুদা শিরনশিফাক্তনা চৈনা থাঙবা ঙমদহনা লাউথোংহুনা চেন্নরকপহুদা অমগমগা থেংগাইনহুনা মায়গৈ মরি ফাংনা চেন্নরকলে ॥৫৯ই॥ কয়ানা লৈহুংদা ফুমজিনখ্রি, কয়ানা চীংহু মাহুদা হোংচিন্নখ্রি। কয়ানা নোংমদোম্বক্তা পাইথোকখ্রি। কয়া কয়ানা ঈশি দা চোংথখ্রি লুপখ্রি ॥৬০ই॥ তমথিনা অকিবগী মশক্ ওইরবা লাঞ্জাও অহু শোক্ল-রকপদগী পৃথ্বী লৈমায়থক অসি ঈ-নাই লু তোং শদুম মক্তনা খীক্তনা লৈথোম ওইনা কূপখ্রে। অহুনা লৈমায়থক অসি মহা অকিবগী মূর্ত্তি অমা পুখ্রে ॥৬১ই॥ ঈতনা পুমলুপ লুপ্লব, দানবশিংগী অশিব হকচাং মপৈ মপৈনা কুংথিবদগী পৃথ্বী লৈমায় অসি, ভাঙলবা মপান্না থল্লবা কুরাও পাম্বীশিংন কূপ্লবা চীঙমায় অমগী মতোগুমখ্রে ॥৬২ই। দানব ময়াম্হুবু হাংলবা তুংদা জগত্তা ধর্ম্মগী প্রধানতা অমদি শক্তি অহুবু উংলম্লবতুদা ভগবান্ রুদ্রনা রৌদ্ররূপপু থাদোক্তুনা নীঙথিজরবা মঙ্গলগী মশক ওইরবা মূর্ত্তিবু অমুক পুথি ৬৩ই অহুগীতু দা মহর্ষিশিংনা অহুগা দেবতাশিংনা দেবদেব মহাদেবগী পূজা স্তুতিনচি বা তৌনখি। ৬৪ই। অহুগী তুংদা ভগবান্ রুদ্রনা দানবশিংগী ঈনা পূনতৈ তৈরবা থাঙশাং অহু য়াম্না তরাম তরাম্না ভক্তিগা লোয়ননা বিষ্ণুদা কৎথি শিন্নথি ॥ ৬৫ই। ভগবান্ বিষ্ণুনা মরীচিদা, মরীচিনা মহর্ষিশিংদা

অসিং ধর্ম্মস্যগোপ্তারং দদৌসংকৃত্য বিষ্ণবে। বিষ্ণু র্মরীচয়েপ্রাদাৎ মরীচি র্ভগবানপি ॥৬৬॥
মহর্ষিভ্যো দদৌখড়্গা মৃষয়ো বাসবায় চ। মহেন্দ্রো লোকপালেভ্যো লোকপালাস্তুপুত্রক ॥৬৭॥
মনবেস্সূর্য্য পুত্রায় নহং খড়্গং সবিস্তরম্। উচুশ্চৈনং তথা তথাবাক্যং মানুষীণাংত্বমীশ্বর ॥৬৮॥
অসিনা ধর্ম্মগর্ভেণ পালয়স্ব প্রজা ইতি। ধর্ম্মসেতুমতিক্রান্তাঃ স্থলসূক্ষ্মাত্মকারণাৎ ॥৬৯॥
বিভজ্য দণ্ডং রক্ষ্যাস্তু ধর্ম্মতো ন যদৃচ্ছয়া। দুর্বাচানিগ্রহেদণ্ডো হিরণ্যবাহুলস্তথা ॥৭০॥
ব্যঙ্গতা চ শরীরস্য বধো বাগল্পকারণাৎ। অসেরেতানি রূপাণি দুর্বারাদীনি নির্দিশেৎ ॥৭১॥
অসেরেবং প্রমাণানি পরিপাল্য ব্যতিক্রমাৎ। স বিসৃজ্যাথ পুত্রংস্বং প্রজানামধিপংততঃ ।।৭২।
মনুং প্রজানাং রক্ষার্থং ক্ষুপায় প্রদদাবসিম্। ক্ষুপাৎজগ্রাহঃ চেক্ষ্বাকুরিক্ষ্বাকোশ্চ পুরূরবাঃ ।৭৩॥
আয়ুশ্চ তস্মাল্লেভে তং নহুষশ্চততে ভুবি। যযাতির্নহুষাচ্চাপি পুরুস্তস্মাতত লব্ধবান্। ৭৪॥

মহর্ষিশিংনা ইন্দ্রগী মথুক্তা শিনখি ।।৬৬২।। ইন্দ্রনা লোকপালশিংগী মথুক্ত অহংগা লোকপালশিংনা স্যূর্য্যাপুত্র মনুগী মথুক্ত শিন্নখি, পীখি ।।৬৮২।। থাঙ্‌শাং অদু পীব মতমদা ইন্দ্রনা অমুম্না হারখি— নংদি তাইবংনী পুম্নমক্কী শাসকনি। অদুনা, মনুংদা ধর্ম্মগী তত্ত্বনা থল্লবা থাঙ্‌শাং অসিনা প্রজা পুম্নমকপু শাসন তৌ।৬৮॥ মপানগী হবচাং, মনুংগী হকচাংদ। তুংভাইবা পীননবগী ধর্ম্মগী মার্যাদাবু ভাক্‌ত্রবশিং অদু মাগী মাগী তৌখিবা কর্ম্মশিং অদুগী তোঙান তোঙানবা দণ্ড পীগদবনি ধর্ম্ম কায়দনা জীবপানবা প্রজ পুম্নমকপু শাসন তৌ। কনাগুম্ব অমগী মফমদা মনীং মথা তন্বগী শাস্তি থক্ চৎলুমু। অক্‌৹বা, অশ উবা রাৎৈনা যত্রবশিংবু অহান্‌দদা লাক্‌হংকদবনি। মসিবু বাগ্‌দণ্ড হায়না কৌই। অবানবা মীশক্তগী মাগী লৈজবা ধনসম্পত্তি অদু লৌথৎবদবনি-মৎবদবজি। অসিবুনা অর্থদণ্ড হায়না কৌই। হকভাংগী কায়াৎ করিগুম্বা অমা ককৎপা অদুবুনা "কায়দণ্ড" হায়না কৌই। চাউগ্রবা দোষ মরাল্ অমগীদমক্তা মথায় লৌবা দণ্ডমপীদুবুনা "প্রাণদণ্ড" হায়না কৌই। হার্যাম্বা দণ্ডপীবগী মওং মরি অসি থাঙশাগী কন্থোব্‌পা য়াত্রবা, লাকণ্ডম্ যাঙমত্রবা মশক মও মক্তনি। হায়রিবা প্রজাশিংদসু থঙ্‌হনগদবনি।। ৬৯-৭১ ।। "করিগুম্বা মতমদা প্রজাশিংগী মফমদগী ধর্ম্মবু ভাক্তব', ধর্ম্মবু থুগাইবগী ঘটনা-আন্দোলন অমা হৌবক্রবদ, হায়বিবা দণ্ড মরি অসি বিধি কায়দনা শীজিন্নগদবনি"।— অমুম্ হায়না লোকপাল পুম্নমক্না মথোযগী মচা প্রজা ভাবহৈবা মনুগী মফমদা থাঙ্‌শাং অদু শিন্নখি। অদুগী তুংদা মনুনা প্রজা পুম্নমকপু ভারওবগীদমক্তা থাঙ্‌শাং ক্ষুপদা শিন্নখি। ক্ষুপদগী ইক্ষ্বাকুনা ইক্ষ্বাকুদগী পুরূরবান ফংখি।৭২-৭৩। পুরূরবাদগী আয়ুনা, আয়ুদগী নহুষনা নহুষদগী যযাতিনা, যযাতিদগী পুরুনা, থাঙ্‌শাং অদু পৃথ্বীথক্ অসিদা ফংখিবনি ।।৭৪।। পুরুদগী অমূর্ত্তরয়ানা, অমূর্ত্তরয়াদগী নিংথৌ ভূমিশয়না ভূমিশয়নগী দুষ্মন্তগী

অমূর্ত্তরয়সস্তস্মাত্ততো ভূমিশয়োনৃপঃ। ভরতশ্চাপিদৌষ্যন্তির্লেভে ভূমিশয়াদসিম্ ॥৭৫॥
তস্মাল্লেভে চ ধর্ম্মজ্ঞো রাজৈলবিলস্তথা। ততস্ত্বৈলবিলাল্লেভে ধুন্ধুমারোনরেশ্বরঃ ॥৭৬॥
ধুন্ধুমারাচ্চ কাম্বোজো মুচুকুন্দস্ততোঽলভৎ। মুচুকুন্দান্মরুত্তশ্চ মরুত্তাদপি রৈবতঃ। ৭৭॥
রৈবতাৎ যুবনাশ্বশ্চ যুবনাশ্বাত্ততো রঘুঃ। ইক্ষাকুবংশজস্তস্মাদ্ধরিণাশ্বঃ প্রতাপবান্ ।৭৮॥
হরিণাশ্বাদসিংলেভে শুনকাদপি। উশীনরোবৈ ধর্ম্মাত্মা তস্মাৎ ভোজঃ স যাদব ॥৭৯।
যদুভ্যশ্চ শিবির্লেভে শিবেশ্চাপি প্রতর্দনঃ। প্রতর্দনাদষ্টকশ্চ পৃষদশ্বোঽষ্টকাদপি। ৮০॥
পৃষদশ্বাৎ ভরদ্বাজো দ্রোণস্তস্মাৎ কৃপস্ততঃ। ততস্তং ভ্রাতৃভিঃ নাদ্ধ' পরমামিনবাপ্তবান্ ॥৮১।
কৃত্তিকা তস্য নক্ষত্রমসেরগ্নিশ্চ দৈবতম্। রোহিণীগোত্রমস্যাথ রুদ্রশ্চ গুরুরুত্তমঃ ॥৮২॥
অসেরষ্টৌহি নামানি রহস্যানি নিংবাধমে। পাণ্ডবম সদা যানি কীর্ত্তয়ন্ লভতে জয়ম্ ॥৮৩।
অসিবিশসনঃ খড়্গস্তীক্ষ্ণধারো দুরাসদঃ। শ্রীগর্ভো বিজয়শ্চৈব ধর্ম্মপালস্তথৈবচ ।৮৪।
অগ্র্যঃ প্রহরণানাং চ খড়্গো মাদ্রবতীসুত মহেশ্বরপ্রণীতশ্চ পুরাণে নিশ্চয়ং গতঃ ॥৮৫।

---

মচা ভরতনা থাঙ্শাং অসি ফংথি। ৭৫। নকুল! ভরতদগী ধর্ম্মলৈরবা ঐলবিলনা থাঙ্শাং অসি ফংথি। ঐলবিলদগী নিংথৌ ধুন্ধুমারনা থাঙ্শাং অতু ফংথি ৭৬॥ ধুন্ধুমারদগী কাম্বোজনা, কম্বোজদগী মুচুকুন্দনা, মুচুকুন্দবগী মরুত্তনা, মরুত্তদগী রৈবতনা, রৈবতদগী যুবনাশ্বনা, যুবনাশ্বদগী ইক্ষ্বাকুবংশগী রঘুনা, রঘুদগী প্রতাপ চাউরবা হরিণাশ্বনা, হরিণশ্বদগী শুণকনা, শুণকদগী ধর্ম্মচেল্লবা উশীনরনা, উশীনরদগী যদুবংশগী ভোজনা, যদুবংশগী নিংথৌশিংদগী শিবিনা, শিবিদগী প্রতর্দননা, প্রতর্দনদগী অষ্টকনা, অষ্টকদগী পৃষদশ্বনা থাঙ্শাং অতু ফংথি ॥৭৭-৮০॥ পৃষদশ্বদগী ভরদ্বাজবংশগী দ্রোণাচার্য্যনা, দোণাচার্য্যদগী কৃপাচর্য্যনা খড়্গবিদ্যা অসি ফংথি। অদুদগী কৃপাচার্য্যগী মফমদগী নহাক্না নচীমনাওশিংগা লোয়ননা খড়্গবিদ্য অসি ফংথিবনি। ৮১॥ অসি (থাঙ্শাং) অসিগী মপোক্কী নক্ষত্রদি কৃত্তিবানি। দেবতানা অগ্নিনি। গোত্রনা রোহিণীনি, থাইদগী হেনবা গুরুনা রুদ্র দেবনি। ৮২॥ পাণ্ডুনন্দন, নকুল! থাঙ্শাংগী মমিং নিপাল্লি, মাদু ঐ হায়গে তাও— মখোয় নিপান অসি শোন্‌বা মহাক অদুদি লানফমদ জয় ওইবা ওম্মি। ৮৩ অসি, বিশসন, খড়্গ, তীক্ষ্ণধার, দুরাসদ, শ্রীগর্ভ, বিজয়, অদুগা ধর্ম্মপাল—হায়রিবা নিপাল অসি থাঙ্শাংগী মমিংমক্তনি। ৮৪ মাদ্রী নন্দন! খড়্গ (থাঙ্শাং) হাথবসিন থূংলায় পুম্নমক্কুগী অথোইবনি। ভগবান রুদ্রনা ঈশান হান্না লান্দা শীজিন্নখিবদি থাঙ্শাংনি। থাঙ্শাংনা থূংলায় পুম্নমক্কুগী অথোইবনি হাযবসি পুরাণ পুস্তদ ইহুনা লৈরবনি হায়রিবা মিংশিং অসি পুরাণশিংদা থাজৈশেংনা ইহুনা লৈরবনি। ৮৫। য়েক্লব লাকহৎপা ভস্মা পৃথুনা ঈশান্ হানবদা লীরুংবু শীজিন্নখি হোদোকখি। পৃথীসিদগী মথল মথা অয়াম্বা মহৈ মরোংবু শুমদোকতুনা

পৃথুস্তূৎপাদয়ামাস ধনুরত্তমরিংদমঃ। তেনেয়ং পৃথিবী দুগ্ধা ; শস্যানিস্নুবহূণ্যপি।
ধর্মেণ চ যথা পূর্ব্বংবৈণ্যেন পরিরক্ষিতা।৮৬।
তদেতদাষং মাদ্রেয় প্রেমাণং কর্ত্তুমর্হসি। অসেশ্চপূজা কর্ত্তব্যা সদা যুদ্ধবিশারদৈঃ।।৮৭।
ইত্যেষ প্রথমকল্পো ব্যাখ্যাতস্তে সুবিস্তরাৎ। অসেরুৎপত্তিসংসর্গো যথাবৎ ভরতর্ষভ ৮৮।
সর্বথৈতদিদং শ্রুত্বা খড়্গসাধনমুত্তমম্। লভতে পুরুষঃ কীর্ত্তিংপ্রেত্য চানন্ত্যমশ্নুতে।৮৯।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি আপদ্ধর্ম্মপর্ব্বনি খড়্গোৎপত্তিকথনে ত্রিষষ্ট্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

—(০)—

পুথোকথি। বেণ নিংথৌগী মচা পৃথু হায়বসিনা হান্নগী মতৌগুম্না পৃথ্বীসিবু ঙাকখিবনি।৮৬। মাদ্রী নন্দন! হায়রিবসে ঋষিশিংগী মত মতুং ইন্না কায়দনা নঙোন্দা হায়রবনি। মাঙমক্না প্রমাণ ওইনা ঐনা হায়রিবসি থাজৌ। লান্দা হৈশিংবা অকনবশিংনা অসি ( থাঙ্‌শাং ) গী পুজা তৌকম্ থোক্‌ই॥৮৭॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা অকনবা! থাঙ্‌শাংগী হৌরককম অসি শন্দোক্না নঙোন্দ তাঃল্লবসিনি ; অচুনা থুংলায়শিংগী মতুংদা থাঙ্‌শাংনা থাইদগী ঈহান্‌ হান্ন পোকখিবনি।৮৮।। থাঙ্‌শাং পোক্‌খিবগী ৱারীসিবু তারগা অকনবা লাম্মীনা সংসারদা লেঙত্রবা মিংচৎপু ফংবা ঙম্মি। হকচাং থাদোকতুনা চংথব আত্মাচুনা লেঙত্রবা স্বর্গগী নুংঙাইববু ফংবা ঙম্মি।।৮৯।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তি পর্ব্বদা আপদ্ধর্ম্মপর্ব্ব খড়্গোৎপত্তিকথনগী চামহুমকুহুমদোইশুবা অধ্যায় লোইরে।

—(০)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## চতুঃষষ্ট্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

(চামহুমমফুমরিশুবা অধ্যায়)

### ধর্ম্ম-অর্থ-কামগী বিষয়দা বিদুরগা পাণ্ডবশিংগা ৱাঙনবগী মতাং

### বৈশম্পায়ন উবাচ

ইত্যুক্তবতি ভীষ্মে তু তুষ্ণীংভূতযুধিষ্ঠিরঃ। প্রপচ্ছাবসথংগত্বা ভ্রাতৃন্ বিদুরপঞ্চমান্ ॥১॥
ধর্ম্মে চার্থে চ কামে চ লোকবৃত্তিঃসমাহিতা। তেষাংগরীয়ানুকতমো মধ্যমঃ কোলঘুশ্চকঃ ॥২॥
কস্মি শ্চাত্মা নিধাতব্যস্ত্রিবর্গাবিজয়ায় বৈ। সংহৃষ্টা নৈষ্ঠিকং বাক্যং যথাবৎবক্তুমর্হথ ॥৩॥
ততোঽগতিতত্ত্বজ্ঞঃ প্রথমং প্রতিভানবান্। জগাদ বিদুরো বাক্যং ধর্ম্মশাস্ত্রমনুস্মরন্ ॥৪॥

### বিদুর উবাচ।

বাহুশ্রুত্যং তপস্ত্যাগঃ শ্রদ্ধা যজ্ঞক্রিয়া ক্ষমা ভাবশুদ্ধির্দয়া সত্যং সংযমশ্চাত্মসম্পদঃ ॥৫॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— জনমেজয়! অসি ফাওবা হায়বগা ভীষ্মসি তুমিন্না লৈখ্রে। অদুগী তুংদা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা মনাও মরিগা লে যনন যুংদা হনখিদুনা বিদুরদা অহুম্না হংখি ॥১॥ তাইবংমী থুংদংমক্কী প্রবৃত্ত (খংকত চঙশিংবা) অসি হৌশানা ধর্ম্ম নত্রগা অর্থ নত্রগা কাম তহুম অসিগী মনুংদা অমগী মাযগৈদা লেপ্ত ওন্শিন্নবনি। অহুমসিগী মনুংদা কবম্বনা থাইদগী অহেনবনে, করম্বনা মযাযনো অদুগা বম্বনা থাইদগী অতোনবনো? হায়রিবা অহুম অসিবু জয় তৌগে হায়ববদি করম্বদা থাইদগী হেন্না পুন্নীং চঙফম্ থোকপগে মাসিবু ধর্ম্মথঙলবা নহাক্না নচা ঐখোয়দ য়াম্না হবাউনা হৈনিংনা, পুন্নীং থোগৎপিবগা লোয়ননা অমুক্তা তাকপিয়ু। অদুগা য়াম্না নিশ্চয তৌনা, থাইদগী হেন্না থাজবিবদুগী মতুং ইন্না তাকপিয়ু ॥৩। যুধিষ্ঠিরগী য়াসি তাবদা অর্থগী গতিবু অদুগা তত্ত্ববু মুন্না খঙলবা প্রতিভা লৈরবা বিদুরনা ধর্ম্মশাস্ত্রপুম্বগী তত্ত্ববু মুপা বিচার তৌবগা হায়বা হৌরকই ৪॥

বিদুরনা হায়ঃ—নিংথৌ! শস্ত্র পূম্নমকপু নৈনবা, তপস্যা, ত্যাগ, শ্রদ্ধা, যজ্ঞকর্ম্ম, ক্ষমা (ঙাকপিহৈবা), ভাবশুদ্ধি (রাখল শেংবা), থৌজাল (দযা), সত্য (অচুম্বা ঙাঙবা) সংযম (কত্তবদগী মশাবু লাকশিঞ্জবা)— হায়রিবশিং অসি আত্মাগী সম্পত্তি মক্তনি। ৫। যুধিষ্ঠির!

এতদেবাভিপত্তস্ব মাতেঽভূচ্চলিতংমনঃ । এতন্মূলৌহি ধর্মার্থাবেতদেকপদংহি মে ॥৬॥
ধর্মেণৈবর্ষয়স্তীর্ণা ধর্মে লোকাঃ প্রতিষ্ঠিতাঃ । ধর্মেণ দেবা বরৃধুর্ধর্মে চার্থঃ সমাহিতঃ ॥৭॥
ধর্মো রাজন্ গুণঃ শ্রেষ্ঠো মধ্যমো হ্যর্থ উচ্যতে । কামো যবীয়ানিতি চ প্রবদন্তি মনীষিণঃ ॥৮॥
তস্মাদ্ধর্ম্মপ্রধানেন ভবিতব্যং যতাত্মনা । তথা চ সর্ব্বভূতেষু বর্ত্তিতব্যং যথাত্মনি ॥৯॥

## বৈশম্পায়ন উবাচ ।

সমাপ্তবচনে তস্মিন্নর্থশাস্ত্রবিশারদঃ । পার্থো ধর্ম্মার্থতত্ত্বজ্ঞো জগৌবাক্যং প্রচোদিতঃ ॥১০॥

## অর্জ্জুন উবাচ ।

কর্ম্মভূমিরিয়ং রাজন্নিহবার্ত্তা প্রশস্যতে । কৃষিবাণিজ্যগোরক্ষং শিল্পানি বিবিধানি চ ॥ ১১ ॥

---

নহাক্না হায়রিবা সম্পত্তিশিং অসি ফংনঙবা হোংনৌ হায়রিবা সম্পাত্তিশিং অসিদগী নপূক্নৌং অদু থক হাইদোকহনগন্নু। মরমদি ধর্ম্ম অমদি অর্থগী মরূদি মথোয়শিং অসিনি ঐগী মতত্তদ আত্মানা ফংগদবা ফংকম থোকপা পদবীদি মথোয় নম ৬ ধর্ম্মগী পান্বেত্তনা ঋষিশিংনা তাইবং ঈপাকপু লান্দুনা চৎনাখ্রিবনি জগৎপুম্বসে ধর্ম্ম অমত্তগী মথক্ত নন্দুনা লৈরিবনি। দেবতাশিংনা চাওখৎখ্রিবসি, ধর্ম্মগী পান্বেত্তননি। হায়রিবা ধর্ম্মসিগী মনুংদা অর্থ (লন্) হায়বদু পোকখ্রিবনি অদুগা লেঙদনস্ু লৈরিবনি ॥ ৭ ॥ নিংথৌ! গুণ পুম্নমক্তা মনুংদা ধর্ম হায়বসিনা থাইদগী অচৌবা গুণনি। মসিগী হেক মথাদা মরায় ওইনা লৈরিবদ অর্থ হায়বসিনি। অদুগা কাম হায়বসিনা থাইদগী হন্থবা অত্তোনবা ওইনা লৈরিবা গুণনি ॥ ৮ ॥ অদুনা, পুক্নৌংবু নথা পোলহন্দুন প্রবৃত্ত থৃদিদা ধর্ম্মতবু উদেশ্য ওইন থম্মু। ঐ থাহনা ঐথোয় লনাইগীদমক কৰিগুম্ব অমবু পামজবিহদুগুম্বা অত্তেদস্ু অদুম মচৎকনিঙ ॥ ৯ ॥ বৈশম্পায়ননা হায়:— জনমেজয়! বিদুরনা হায়রবসি হেক লোইবদা ধর্ম্ম অমদি অর্থগী তত্ত্বু খঙলবা, অর্থশাস্ত্রদা হেনবা অর্জ্জুনা যুধিষ্ঠিরগী য়াথং লৌবগা অসুম্না হায়রবই ॥ ১০ ॥

**অর্জ্জুনা হায়:**— ঈবুংথৌ! মাসে কর্মভূমিনি অসিগুম্বা সংসারসিদদি জীবিকাগী পান্নে ওইবা কর্ম্মপ্রবৃত্ত নাগৎনৈ লোউবা, লল্লোললৈতীক শম্‌শল্ যোকপা, থুংশা হৈবগী মঙং

---

* টীকা:- ঐগথ য়া য়াম্না পামডবা য়াম্না সুশিনা পমজবা পোৎ অদুদা ঐগোয়না থমলিনা মপামজা অদুগা পোশক অদুদা থমলিনা পৈথোয় মনুংশি অদুগা চপ্ মান্নবা মী পুদিংমরা লায়ননি হায়বসি মী থুদিংমজা থমগনি। মথোয়বু ঐথোয়গী য়াম্না পামজবা মুংশিব পোশকুম মথোয়গী লোয়নগন—ব্যবহার তৌগনি। ঈপাম পামদনা অনু মুংশিদমা তিন্নবিবনি হায়নসি মথোয়দা থক উৎলোইদৌবনি। ঐথোয়না য়াম্না পামদনা তিন্নখিবনি হায়নসি তিন্নখিবশিং অদুদা ঐথোয়না মতম লৈবথিদ্রা তৎকদবনি। চুম উৎশিন্নন্ত নয়না থাঙ্গেশে নমবনু মুংশিগদবনি। ঐথোয়না পামজদবা পোশক অমবু ঐথোয়না মুংশিজনদুগুম্না ঐবু য়াম্না মুংশিজরবনি পামজদবনি হায়না থক্লোকতুনা ঐবু মুংশিদনা মীদুগা অম অত্রতা থম্মোইদৌরনি। হায়বদি ঐবু মুংশিদনা ঈদুগদু ঐনা থক ময়েংথিরোইদৌবনি—কালচাঁদ।

অর্থ ইত্যেবসর্ব্বেষাং কর্ম্মণাম ব্যত্তিক্রমঃ। নহ্যতেঽর্থেন বর্ত্তেতে ধর্ম্মকামাবিতিশ্রুতিঃ॥ ১২॥
বিষয়ৈরর্থবান্ ধর্ম্মমারাধয়িতুমুত্তমম্। কামং চ চরিতুং শক্তো দুষ্প্রাপমকৃতাত্মভিঃ॥১৩॥
অর্থস্যাবয়বাবেতৌ ধর্ম্মকামাবিতিশ্রুতিঃ। অর্থসিদ্ধ্যা বিনির্বৃত্তা বভাবেতৌ ভবিষ্যতঃ॥১৪॥
তৎগতার্থং হিপুরুষং বিশিষ্টতরয়োনয়ঃ। ব্রহ্মাণমিব ভূতানি সততংপর্য্যুপাসতে॥১৫॥
জটাজিনধরা দান্তাঃ পঙ্কদিগ্ধা জিতেন্দ্রিয়ঃ। মুণ্ডা নিস্তন্তবশ্চাপিবসন্ত্যর্থার্থিনঃ পৃথক্॥১৬॥
কাষায়বসনাশ্চান্যেশ্মশ্রুলা হ্রীনিষেবিণঃ। বিদ্বা সশ্চৈবশান্তাশ্চ মক্তাঃসর্বপরিগ্রহৈঃ॥১৭॥
অথার্থিনঃ সন্তি কেচি দপরে স্বর্গকাঙ্ক্ষিণঃ। কুলপ্রত্যাগমাশ্চৈকে স্বং স্বং ধর্ম্মমনুষ্ঠিতাঃ॥ ১৮॥
আস্তিকা নাস্তিকাশ্চৈব নিযতাঃসংযমেপরে। অপ্রজ্ঞানংতমোভূতং প্রজ্ঞানংতুপ্রকাশিতা॥১৯॥

মসিং মথল মথলগী পোশক শেম্বা শাবা—হায়রিবা থবকশিং অসে অর্থ ( লল্ ) ফংনবগী দমক্তনি॥ ১ ॥ লল হায়বসিতনা থবক পুম্নমক্কী মর্য্যাদাবু ভাক্লনবগী অথোইবা উপায়নি। লল্ হায়বসিমক্ য়াওদ্রব'দ ধর্ম্ম অমদি কামগী থবক অনীমক পাঙ্থোকপা হেক্ য়াদে। অসুম হায়ন: শ্রুতিদা হায়রি॥ ১২॥ লল্নৈবা মীনা ললগী পাম্বৈনা নীঙ্থিরবা ধর্ম্মগী অনুষ্ঠানবু অদুগা মরলনৈবা ইন্দ্রিয় থুদুম চনবা ভদমবা মীনা লল্গী পাম্বৈনা মানা পামজবা পোৎশক কয়া কযাবু অদুগা নী জবা কযা কয়াবু লাইনা ফ বা ঙমদে॥ ১৩॥ শ্রুতিনা হায়— ধর্ম্ম অমদি কাম হায়বা অনীসি অর্থ ( লল্ ) হায়বা অসিগী মশানি অর্থগী সিদ্ধিতনা হায়রিবা অনী অদু লায়না পাঙ্থোকপা ঙম্মি॥ ১৪॥ অচচ্চত জীব পুম্নমক্কা ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবগুম্ন', অথোইবা জতিদ পোকপ মী ফাওবা মরল্ নৈবা মীগী সেবা পূজা তৌই॥ ১৫॥ মকোক্তা জটা পুরিবা শঙ্গী মউল শেৎলিবা ইন্দ্রিয় থুদুম চল্লবা, মশাদা উফুল-রাইফুল তৈরবা, মরু কোক্লবা, ব্রহ্মচারী কম্ন ওইশ্রবা মীসু অর্থগীদমক্তা তোঙান তোঙানবা লৈকম ( আশ্রম ) দা লৈরি॥ ১৬॥ কবিগুম্ন অমতা তানশিনবা লৈত্রব, যাম্না তপ্পবা তহা তথাদ্রবা, গেরুরা ফীজোল শেৎলবা, মকোই চোম্লবা, জটা রাংনা পুল্লব, অদুগুম্ন যোগী ফাওবা লল্বু ফংনিংবগী রাখন্দি অদুম মত্তৌবা উই। স্বর্গবু ফংনিংবশিং, ম গী মাগী জাতিগী পরমপরাদগী চৎনরকপা নিয়মবু ভক্লিব, মাগী মাগী আশ্রমগী ধর্ম্মগী অনুষ্ঠানবু তৌরব শং মথোয়দুগীসু লল্বু ফংনিংবগী ইচ্ছ অমদি অসুম মত্তৌরি॥ ১৭ ১৮॥ নিয়ম ব্রত কয়া কয়া পালন তৌরিবা আস্তিক-নাস্তিক কয়া কয়াসু লল্গী অপাম্বদি অদুম থাদোক্দ্রে। অদুগা, অর্থ ( লল্ ) গী থবকপুম্নবু নীঙ্থিনা পাঙ্থোকপদা, মরু ওইনা লৈরিব ফীভম অসিবু থদবা মহাক অতুদ মকা অপঙবনি। অর্থনা মরু ওইনা লৈবগী জ্ঞান অসিতনা জ্ঞান পুম্নমক্কী মঙালবু মশক নাইনা চোংথোক্-

ভৃত্যান্ ভোগৈর্দ্বিষো দণ্ডৈর্যোযোজয়তি সোঽর্থবান্ এতন্মতিমতাং শ্রেষ্ঠ মতং মম যথাতথম্।
অনয়োস্তু নিবোধ ত্বং বচনং বাক্যকণ্ঠযোঃ ॥২০॥

## বৈশম্পায়ন উবাচ।

ততো ধর্ম্মার্থকুশলৌ মাদ্রীপুত্রাবদন্তরম্। নকুলঃ সহদেবশ্চ বাক্যং জগদতুঃ পরম্ ॥২১॥

## নকুলসহদেবা বূচতুঃ

আসীনশ্চ শয়ানশ্চ বিচরন্নপি বা স্থিতঃ। অর্থযোগং দৃঢ়ং কুর্য্যাৎ যোগৈরুচ্চাবচৈরপি ॥২২॥
অস্মিংস্তবৈ বিনির্বৃত্তে দুর্লভে পরমপ্রিয়ে। ইহ কামানবাপ্নোতি প্রত্যক্ষংনাত্রসংশয়ঃ ॥২৩॥
যোঽর্থো ধর্ম্মেণ সংযুক্তো ধর্ম্মো যশ্চার্থসংযুক্তঃ তদ্ধি ত্বামৃতসংবাদং তস্মাদেতৌ মতাবিহ ॥২৪॥
অনর্থস্য ন কামোঽস্তি তথার্থো ধর্ম্মিণঃ কুতঃ তস্মাদুদ্বিজতে লোকঃ ধর্ম্মার্থাৎ যোবহিষ্কৃতঃ ॥২৫॥
অস্মাদ্ধর্ম্মপ্রধানে ন সাধ্যোঽর্থঃ সংযতাত্মনা। বিশ্বস্তেষু ভূতেষু কল্পতে সর্বমেব হি ॥২৬॥

হল্লিবনি ॥ ১৯ ॥ মনাই মশল কয়াবু য়েকপাক্লুনা, থুংকন্না পান্দুনা, য়েক্লববু মথা পোম্ন থম্লবা অহুনি মরল লৈবা মী হায়ববু। বুদ্ধি লৈবশিংবগী মনুংদা অথোইবা! হায়জরিবশিং অসে ঐগী মততদি অচুম্বনি হায়না থৈশ্লে। মথোয় অনীগী রা অসে মুন্না অমুক্ত তাবিয়ু। মথোয় অনী হংনিং-থগনীগবনা মতাম তৌরবনি ॥ ২০ ॥

বৈশম্পায়ননা হায় :—জনমেজয় মহারাজ! ধর্ম্ম অমদি অর্থ অনীসিদা হৈরথগলবা, মাদ্রীগী মচা নকুলসহদেব অনীনা থোইদোক্লা কান্নরবা রাসি হৌদোরকই ॥২১॥ ঈবুধৌ! তুম্বা, হীপ্পা, চাবা, থক্পা, ফম্বা-চৎপা থবক পুন্নমকসি তৌন তৌনা লল্ লাক্লনবা উপায় অমদি লেগদনা থক্ষম থোকই ॥২২॥ লল্ হায়বসিদি কান্নগ্রবা, চান্নগ্রবা মরুপ অমনি। অহুগা য়ান্নস্ু তাগলবা পোশক অমনি। মাসিবু মরাঙ্ কায়না লোইরিবা মী অহুদি, সংসারসিদা মানা অসি অসি তৌগে খনবহু হেক্ত থুংডি। তাইবংদা লৈরিবা মী থুদিংদ লল্ হায়বসিবু পামজনা মুংশিনা তানজবা লোইজব ঙক্তনি। মাসিদা করিমত চিংননীঙায় লৈত্রবনি। মী থুদিংমক্লা উনরিব ঙাক্লি। ২৩॥ ধননা তিল্লবা ধর্ম্ম অহুগা ধর্ম্মনা তিল্লবা ধন অনীমক্ অসিদি মহাঅমৃতগী মশক্লি। মাসি ঐথোয় অনীমক্কী মতনি ।২৪। মরল্ লৈত্রবা মীদি নীঙ্বা পুম্বা থুংবা ঙমদে। অহুগা ধর্ম্ম লৈতবা মীনস্ু লল্ অহু ফংবা ঙম্দে। ধর্ম্মনা তিনবা হায়বদি ধর্ম্মনা তানবা লল্ অহু লৈতবা মীহুদি অহুগা ধর্ম্মনা তানবা ফংবা লন্না ধনবান্ ওইরবা মহাক অহুদি মী পুন্নমক্কী লাঙ্তক্কম্, চিংননীঙায়-কিননীঙায় ওইহুনা লৈ ।২৫। মরম্ অহুনা

ধর্ম্মং সমাচরেৎ পূর্ব্বং ততোঽর্থং ধর্ম্মসংযুতম্। ততঃ কামং চরেৎ পশ্চাৎ সিদ্ধার্থঃসহিতৎপরম্ ॥২৭॥

## বৈশম্পায়ন উবাচ।

বিরেমতুস্ত তৎবাক্যমুক্ত্বা তাবশ্বিনোঃ সুতৌ। ভীমসেনস্তদা বাক্য মিদংবক্তুং প্রচক্রমে ॥ ২৮ ॥

## ভীমসেন উবাচ।

নাকামঃ কাময়ত্যর্থং নাকামো ধর্ম্মমিচ্ছতি। নাকামঃ কাময়ানোঽস্তি তস্মাৎ কামো বিশিষ্যতে ॥২৯॥
কামেন মুক্তা ঋষয়স্তপস্যেব সমাহিতাঃ। পলাশফলমূলাদা বায়ুভক্ষাঃ সুসংযতাঃ ॥ ৩০ ॥
বেদোপবেদেষপরে যুক্তাঃ স্বাধ্যায়পারগাঃ। শ্রাদ্ধযজ্ঞক্রিয়ায়াং চ তথাদানপ্রতিগ্রহে ॥ ৩১ ॥

---

তাইবং মীন পুরক্সীংবু লাক্শিন্দুনা অহানবদা ধর্ম্মবু তানখিগনি, অদুগী তুংদা তৌবিবা ধর্ম্ম অদুগী পাস্পৈনা ধনবু তানগদবনি। মরমদি ধর্ম্মনা প্রধান ওইবা মী মহাক অদুদি মী পুন্নমক্সী থাজনীঙাই ওই। মী পুন্নমক্সা অদুগা জীবপানবা পুন্নমক্সা বিশ্বাস তৌরবা মীদুদি নীঙবা পুন্না থুংবা হায়বদু মশানা অদুম মতাজবনি ॥২৬॥ মরম অদুনা ঈহান হানবদা ধর্ম্মবু তানশিন-খিগদবনি। অদুদগীদি ধর্ম্মনা তানবা লল্ হায়বদু অদুম মরাকচরনি। অদুগী তুংদা ধর্ম্ম অদুগী, অদুগা লল্ অদুগী মতুংইন্না চাং নাইনা কামনা পুন্নমক ভোগ তৌগদবনি। হায়রিবা ধর্ম্ম ধন-কাম হায়বদি ধর্ম্ম অর্থ কাম হায়রিবা ত্রিবর্গ অসিনা মরম ওইদুনা তাইবং মীনা মপুন্সিদা নীংবা পুন্নমক থুংভি ॥২৭॥ বৈশম্পায়ননা হায়:— জনমেজয়, মহারাজ অসি ফাওবসি হায়রগা নকুল-সহদেব অনী অসি ভূমিন্ন লৈখি। অদুগী তুংদা ভীমসেননা মাগী মাগী মত অদু হায়দোকপা হৌরকই ॥২৮॥ ভীমসেননা হায়:— ধর্ম্মরাজ! মপুক্সীদা কবিগুম্ব কামনা (কাম) অমত লৈত্রবা অদুদি হায়বদি ধনসু ধর্ম্মসু অমতা তানশিনবগী কামনা (অপাম্ব) অমতা লৈত্রবা মীদুগীদি ধর্ম্ম-অর্থ অনীমক অমতা লৈত্রে কামনা অমত লৈত্রবা মীদুদি মহাক্সা মপুন্সিদা করিমত্ত তৌবা ঙমদে। মরম অদুনা ঐগী মতদা কাম হায়বাসনা খ্বাইদগী মরুনি। কামদগী হেনবা করিগুম্বা পোৎ অমতা সংসারদা লৈত্রে ॥ ২৯ ॥ করিগুম্বা কামনা অম ন্দ্রগা অমদি মন্তোদনা ঋষিশিংনা তপস্যা তৌরিবনি। যোগসাধন তৌরিবনি। করিগুম্বা কামনা অমদ পাঙখোক্কে হায়বগীদমক বনদা উহৈ রাহৈ রান শীন চাদুনা লৈরিবনি। করিগুম্বা কামনা অমা লৈবনা লুংশিংত চাদুনা ইন্দ্রিয় খুদুম চন্দুনা তপস্যা তৌদুনা লৈরিবনি ॥ ৩০ ॥ করিগুম্বা কামনা অমদগী বেদ শাস্ত্র উপনিষদ তম্নরিবনি অদুগা, মাদুদা মহাপণ্ডিতনচিংবসু ওইনরিবনি। করিগুম্বা কামনা অমদগী শ্রাদ্ধকর্ম্ম, যজ্ঞকর্ম্ম, দানকর্ম্ম, প্রতিদাননচিংবা ধর্ম্মগী অনুষ্ঠানশিং

বণিজঃ কর্ষকাঃ গোপাঃ কারবঃ শিল্পিনস্তথা। দেবকর্মকৃতশ্চৈব যুক্তঃ কামেন কর্ম্মসু ॥ ৩২ ॥
সমুদ্রং বা বিশন্ত্যন্যে নরাঃ কামেন সংযুতাঃ। কামে হি বিবিধাকারঃ সর্ব্বং কামেন সংততম্ ॥৩৩॥
নাস্তি নাসীন্না ভবিষ্যং ভুতং কামাত্মকাৎপরম্। এতৎ সারং মহারাজ ধর্মার্থাবত্র সংস্থিতৌ ॥৩৪॥
নবনীতং যথা দধ্নস্তথা কামোহর্থধর্মতঃ। শ্রেযস্তৈলং হি পিণ্যাকাৎ ঘৃতং শ্রেয়ঃ উদাশ্বিতঃ
শ্রেয়ঃ পুষ্পফলং কাষ্ঠাৎ কামো ধর্ম্মার্থয়োর্ব্বঃ ॥ ৩৫ ॥
পুষ্পতো মধ্বিব রসঃ কাম আভ্যাং তথাস্মৃতঃ। কামো ধর্মার্থযোর্যোনিঃ কামশ্চাথ তদাত্মকঃ ॥৩৬॥
নাকামতোব্রাহ্মণাঃ স্বন্নমথান্নাকামতোদদতি ব্রাহ্মণেভ্যঃ
নাকামতোবিবিধালোকচেষ্টা তস্মাৎ কামঃ প্রাক্ ত্রিবর্গস্যদৃষ্টঃ ॥ ৩৭ ॥

অসি তৌনবিবনি ॥ ৩১ ॥ লল্লোন ঈতীক তৌবিব, লৌউবা, গ্বাল, কাবীগর, মথুৎমশাহৈব, দেবতাগী কবিগুম্বা থবক অমা তত্তনা তৌতুনা লৈবিবসি কবিগুম্ব কামনা অমা লৈবদগীনি ॥ ৩২ ॥ করিগুম্বা কামনা ( অপাম্বা ) অমা লৈবদগী তাইবংমী বনাগুম্বনা সমুদ্র লৈথ তানা ঈরুপ্পাবিবনি। কামনা হায়বসিগী মশক্তি ওন্থোক্লা মথলমথা যামত্রে। সংসারগী থবক পম্বদা কামনা অমমমদি হাপ্তুনা লৈরিবনি। মরম অতুনা জগৎকী থবক পুম্বনা কামনা হায়বাসিনা শীনথুংনা লৈরিবনি ॥ ৩৩ ॥ তাইবংমীত নত্তনা থবায় পানবা অচংচত্ত পুম্বা মাগী মাগী কামনা অমমম'দ থম্নরিবনি। অসি নত্তবা, কামনা লৈতবা, থরাযপানবা অমত্তা হৌজিকসু, মমাংদৈদসু, মতুংদসু লৈরক্লরোই। ধর্ম্ম-অর্থ-কাম হায়াবা ত্রিবর্গাসগী মপুদ কামনানা থাহদগী মচনি, থাইদগী অথোইবনি। ধর্ম্ম-অর্থ তানীমক কামগী মথক্তা নন্দুনা লৈবতনি ॥৩৪॥ শাঙ্গাম অফম্বগী মাচদি মাখননা লৈইবত্তগুম্না ধর্ম্ম অর্থ অনীগী মচি ( সাব ) দি কাম হায়বনা তৌগাবনি থাউথিদগী থাউনা মমল মগুণদা হেনবা, শঙ্গেম অশীনবদগী ঘীনা হেনব অতুগা উগী মশাদগী মহৈনা হেনবত্তগুম্ন ধর্ম্ম-অর্থ অনীদগী কাম হায়বসিনা হেল্ল ॥৩৫॥ লৈদগী খে হৈ গুম থুম্নবা লৈহীনা হেনবগুম, কাম হায়বসনা ধর্ম্ম-অর্থ অনীদগী হেল্ল। ধর্ম্ম-অর্থ অনী তাম্নরবসে কামগীদমক্তনি অপাম্বত্ত ফংগে, নীলিবত্ত থুংগে হায়বগীদমক্তনি। অতুনা কাম হায়বসি ধর্ম্ম-অর্থ অনীগী অপুনবা মশক পুদন লৈবিবনি ॥ ৩৬ ॥ করিগুম্বা কামনা ( অপাম্বা ) অমা য়াওদনা লৈতনা ব্রাহ্মণ অমনা হাউববা ভোজন ফাওব তৌদে কবিগুম্বা কামনা য়াও দ্রমখৈ ব্রাহ্মণদা গোদান নচিংবা তৌনদে। জগত্তা লৈরিবা অচচত্ত জীব থিবক্লা মীকুপ থুদংগী করিগুম্বা অম নত্রগা করিগুম্বা অমদি অস্নুম তৌগনা লেঙথংতুনা লৈ। মাসি কামনা অম লৈবনা তৌরিবনি। অতুনা ত্রিবর্গ হায়বদি ধর্ম্ম-অর্থ-কাম হায়বাসগী মতুংদা "কাম" হায়বাসিনা থাহদগী মক্লনি অথোইবনি ॥৩৭॥ অতুনা নিংথৌ! হায়রবা কাম অসিনা পাম্বৈ ওইতুনা, নীঙথিবা ফীজোল

সুচারুবৈষা ভিরলংকৃতাভির্মদোৎকটাভিঃ প্রিয়দর্শনাভিঃ।
রমস্বযোষাভিরুপেত্যকামং কামোহি রাজন্ পরমোভবেন্নঃ ॥ ৪৮ ॥
বুদ্ধির্মমৈষা পরিস্থাস্থিতস্য মাভুৎবিচারস্তব ধর্ম্মপুত্র।
স্যাৎসংহিতং সদ্ভিরফল্গুসারং মমোতি বাক্যং পরমানুশংসম্ ॥ ৩৯ ॥
ধর্মার্থকামাঃ সমমেব সেব্যা যো হ্যেকভক্তঃ মনরো জঘন্যঃ।
তমোস্তিদাক্ষ্যং প্রবদন্তিমধ্যং স উত্তমো সোঽভিরতস্ত্রিবর্গে ॥৪০॥
প্রাজ্ঞঃ সুহৃচ্চন্দনসারলিপ্তো বিচিত্রমাল্যাভরণৈরুপেতঃ
ততো বচঃ সংগ্রহবিস্তরেণপ্রোক্ত্বাথবীরান্ বিররাম ভীমঃ ॥ ৪১ ॥
ততো মুহূর্ত্তাদথ ধর্ম্মরাজ বাক্যাণি তের্ষামনুচিন্ত্যসম্যক্।
উবাচবাচাবিতথন্ স্ময়ন্ বৈ লব্ধশ্রুতাং ধর্মভৃতাং বরিষ্ঠঃ ॥ ৪২॥

শেংলবী, সনা লুপানা লৈতেংলবী, য়েংবদা পুক্নীং হুননবগী মশক ওইরবী যুবতীশিং অদুগা হরাউ তয়াম্না শান্নতুনা পুক্নি লেনথোকপিয়ু। ঐখোয় তাইবংমীনা জগৎ অসিদা কাম হায়বসিনা থাইদগী অথোইবনি হায়না লৌগদবনি ॥ ৩৮ ॥ ধর্ম্মনন্দন! মাসি ঐনা য়াম্না লুনা কুপ্না নৈনরদনা লেপ্লবা রাকমনি। হায়জারিবসিদা চিংনমীভাই ওইবা করিগুম্বা শরুক অমত্তা যাওদ্রবনি। ঐনা হায়জবিবসে থ ইদগী যরব', থোৎলবা, খন্দোক্নীভায় কাবমত্তা লৈত্রবা অদুগা মচি ওইবা রাকমনি। অথোইবা জ্ঞানী ওইবা মীনসু চিংনবা লৈতনা যাবগদবা রাকম্নি ॥ ৩৯॥ ঐগী বিচারদা ধর্ম্ম-অর্থ কাম অহুম্মক অসিবু পুন্নপ্না সেবন তৌগদৌবনি। অহুম অসিগী মরুংদা অমত্তদা চু পাংগুম পাযতুনা অতোপ্পা অনীথবু ঈযাও যাওদ্রবসু মী অদু মহাঅধর্ম্ম (তোল্লবা) ওইবা মশক্নি হায়বা য়াই। অদুগা অনীতদা চু পাংগুম পাযতুনা নপতুনা লৈরবদি মী অদু মধ্যম (মযায) ওইবা মীশক্নি ত্রিবর্গ অসিবু হাযবদি ধর্ম্ম-অর্থ কাম অহুম অসিবু চাং মান্ননা পুংয়ান চানা সেবন তৌরিবা মী মহাক অদু উত্তম পুরুষনি—অথোইব মীশক্নি ॥৪০॥ শিংলব', মবুকচেল ফজরবা চন্দনন। মথবাক পান্দোম তৈববা, নীঙথিজববা লৈপবেং অমদি লৈতেং মথল মথম্না থল্লবা ভীমসেননা বল্লবা সন্ধপমপাংথিবিক অদুগী মওং দা রাহৈ থরসি শন্নপ্না অতুগা শন্দোক্না হায়রগা তূমন লৈখি ॥ ৪১ ॥ ধর্ম্মত্মা মহাত্মা ওইববা বিদ্বান্‌শিংগী মফমদগী ধর্ম্মগী তত্ত্ব পুম্বা তম্নবা-তারবা, ধর্ম্মাত্মা ওইবাথিবক্তগীসু অথেইবা যুধিষ্ঠিরনা অহানবদা ঙাঙ্ খ্রিবা বক্তাশিংগী রাহ তূমিন্না মুন্না ঙহাক থল্লগা মোমোম্না অশুম্না হায়বা হৌরকই ॥৪২॥ যুধিষ্ঠিরনা হায়রকই—জ্ঞান লৈরবশা! ময়াম্না ধর্ম্মশাস্ত্রগী সিদ্ধান্ত যান্ন কুপ্না

## যুধিষ্ঠির উবাচ।

নিংসংশয়ং নিশ্চিতধর্ম্মশাস্ত্রাঃ সর্ব্বে ভবন্তোবিদিতপ্রমাণাঃ।
বিজ্ঞাতুকামস্য মমেহ বাক্য মুক্তং যদ্বৈ নৈষ্ঠিকং তচ্ছ্রুতং মে
ইদাংত্বশ্যুংগদতো মমাপি বাক্যং নিবোধধ্বমনন্যভাবাঃ ॥৪৩॥
যোবৈ ন পাপে নিরতে ন পুণ্যে নার্থে ন ধর্ম্মে মনুজোনকামে।
বিমুক্তদোষঃসমলোষ্টকাঞ্চনা বিমুচ্যতেছু'খসুখার্থসিদ্ধেঃ ॥৪৪॥
ভূতানিজাতিস্মরণাত্মকানি জরাবিকারৈশ্চ সমন্বিতানি।
ভূয়শ্চ তৈস্তৈঃ প্রতিবোধিতানি মোক্ষং প্রশংসন্তিন তং চ বিদ্ম ॥ ৪৫ ॥
স্নেহেন যুক্তস্য ন চাস্তিমুক্তি রিতি স্বয়ম্ভুভগবানুবাচ।
বুধাশ্চনির্ব্বাণপরা ভবন্তি তস্মান্নকুর্য্যাৎ প্রিয়মপ্রিয়ঞ্চ ॥ ৪৬ ॥
এতৎপ্রধানং চ ন কামকারো যথা নিযুক্তোঽস্মি তথা করোমি।
ভূতানি সর্ব্বাণি বিধিনিযুংক্তে বিধির্বলীবানিতি বিত্ত সর্ব্বে ॥৪৭॥

নৈনরগা মাগী মাগী মত অমমম্ যুক্তিযুক্ত ওইনা হাযদোকপিবে। প্রমাণ অনুমাননচিংবদা য়াম্না কুপ্না নৈনত্না লোইন জ্ঞানী ওইববমক্তনি। ঐ ময়ামগী তোঙান তোঙানবা মত অমদি সিদ্ধান্ত পুম্বা তানীংত্না লৈরম্মিবনি। ঐগী মাঙদা মযাম্না মাগী মাগী মত অমদি সিদ্ধান্ত লোইনা তেংনা হাযদোকপিরে। ঐনসু অমমত ওইনা লোইনা তাজরে। ঐগীসু মত থর ময়ামগী মাঙদা হায়দোকচগে, মাদু অত্তোপ্প খন্দনা তাবিয়ু ॥ ৪৩ ॥ পাপ কর্ম্মদসু পূক্নীং চঙদবা, পুণ্য কর্ম্ম তৌত্না স্বর্গসু কানিংদবা, লল্সু তান্নিংদবা, আতোপ্পা কংগুম্বা কামনা ( লালসা ) অমতসু মপুক্নীংদা থমদবা, থব থরদি ময়াওববা, ধর্ম্ম-অর্থ-কামগী ফংনমবগী সিদ্ধি সাধন পুম্ব', অদুগা ভহাক রাবা মু ভাইবা পীরিবা অত্ত ফংননবগীদমক্তা সিদ্ধি সাধন কয়া কয়াদগী মপুক্নীং হল্লবা হাযবদি লান্থোরল্লবা মী অদুনা লৈপাক মতুম অমগা সনা মতুম অমগা চপ মান্ননা, করিমত থেম্নদনা উই ॥ ৪৪ ॥ নহালমুক্কী মপোক্কী থৌদাকপু নীঙশিংবা ভম্বা, অংল ওইশিল্লকপগী বিকার মযাম মথ' মথং লাক্লব, মতম কুইনা পুন্সবকপগী অরা অনা কয়া কয়া থেংনরক্লব, মাদুগী অরাবা কযা মাযোক যাবদা ভমশিল্লবত্রবা অদুগুম্বা মীনা মোক্ষ মার্গচুবু ঐথোযনা থঙদে থল্লুদে ॥ ৪৫ ॥ ভগবান্ স্বযম্ভু মশামক্না হাযথি, মাত্নদি—আসক্তি লৈরিবা কনাগুম্বা অমতনা মুক্তবু ফংবা ভমদে। আসক্ত য়াওদবা জ্ঞানীতনা মুক্তি পদবীবু পাম্বা মীশিংনা অপাম্বা পামদবা তোংবা মাঙবা অমতগী কামনা তৌরোইদোবনি ॥ ৪৬ ॥ অসুম হায়না বিচার থল্লকপিবা বিচার তৌরকলিবসিমক মল্ল ওইবা মচাক অমদি উপায়

ন কর্ম্মণাঽপ্নোত্যনবাপ্যমর্থং যদভাবি তদ্বৈ ভবতীতি বিদ্ধি।
ত্রিবর্গহীনোঽপিহি বিন্দতেঽর্থং তস্মাদহো লোকহিতায়গুহ্যম্ ॥৪৮॥

## বৈশম্পায়ন উবাচ।

ততস্তদগ্র্যং বচনং মনোঽনুগং সমস্তমাজ্ঞায় ততোঽতি হেতুমৎ।
তদাপ্রণেদুশ্চ · জহর্ষিরে চ তে কুরু প্রবীরায় চ চক্রিরেঽঞ্জলিম্ ॥ ৪৯ ॥
সুচারুবর্ণাক্ষরচারুভূষিতাং মনোঽনুগাংনির্ধুতবাক্যকন্টকাম্।
নিসম্যতাং পথিব পার্থভাষিতাং গিরং নরেন্দ্রাঃপ্রশশংসুরেবতে ॥ ৫০ ॥

---

অমনি। বিচার অসি তৌদনা মনীংমথা তম্না মুক্তি পদবী তানগদবা নত্তে। বিধাতানা ঐবু ঈঙ্খিল্লিবা থবক অদুবু ঐনা তৌবতনি। মাহুদা আসক্তি থম্মু হায়বদি বিধাতানা হায়দে। মাগী মাগী মথৌ চীঞ্জাকী মতুংইন্না থরায় পানবা থিবিকপু বিধাতানা তোঙাল তোঙানবা থবক মওংদা ঈঙ্খিল্লি। অদুনা জ্ঞানী ওইবা পুম্নমক্না থঙ্‌কম থোকই মাহুদি জগত্তা থাইদগী কনবদি বিধাতানি ॥৪৭॥ তাইবংমীনা কর্ম্মনা ফংনিংঙিবা পোশক অদু ফংগদবা নত্তে, ফংবসু ঙমদে। ওইগদবদে', মাহুদি শোয়দনা ওইগদৌবা মরৈরে। ঐনা ফনা য়াম্না কম্থোকতুনসু ঙইরাইদৌবনি। রাসি নথোয় পুম্নমক জ্ঞানীমক্তনি থঙ্‌জিন্দুনা থম্মু। হায়রিবা ত্রিবর্গ অসি লৈত্রফাওবদা, কান্নবা পোৎতুবুদি অদুম মফংঙি অদুনা, মোক্ষ ফংননবগী অথুপ্পা উপায় (জ্ঞান) অদুতনা জগৎকী মহা মঙ্গলবু পুরকপা ঙম্মি ॥ ৪৮ ॥

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ– নিংথৌ, জনমেজয়! নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা হায়রিবসে য়াম্না ফবা, যুক্তিযুক্তা ওইবা কান্নবা রানি। পুক্নীংদা ফাজিন্দুনা থমগদবা রামক্নি। ময়াম্বা যুধিষ্ঠিরগী রাদু তাবদা মনাওশিং অদু তুংঙাইবনা খোঙ্গেল থোরা ময়াম্ববু থাগৎখি। মথোয় ময়াম্না মথুং লোম্ন লোম্নমা যুধিষ্ঠিরদা নোম্লুক্নু থুরমখি ॥ ৪৯ ॥ জনমেজয়! যুধিষ্ঠিরগী রা অসিদা করিগুম্বা দোষ অমতা লৈত্রবনি। যুধিষ্ঠিরগী অসিগুম্বা নীঙথিজরবা, খোম্থোক্না তিল্লবা স্বর ব্যঞ্জন পুম্নমক্না মকমচানা তিল্লবা রাঙাং অসি তাবদা লৈরিবা অদুক য়াম্বা নিংথৌ-নংথোংচাশিংনা মহাকপু হম্ম হম্না লৈশি লৈথোম্না থাগৎখি ॥৫০॥ কল্লবা, ধর্ম্মগী মচা, পুকচেল চাউরবা যুধিষ্ঠিরনসু

সচাপি তান্ ধর্ম্মসতো মহামনা স্তদাপ্রতীতান্ প্রশশংস বীর্য্যবান্।
পুনশ্চ প্রপচ্ছ সরিদ্বরাসুতংততঃ পরং ধর্মমহীনচেতসম্ ॥৫১॥

ইতিশ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতাযাং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি আপদ্ধর্মপর্ব্বণি ষড়্জগীতায়াং চতুঃষষ্ট্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥

—(০)—

অদুক য়াম্বা নিংথৌমচাশিং, মরুপ মপাংশিং অদুবু হন্না থাগৎখি। অদুগী তু'দা, গঙ্গানন্দন ভীষ্মগী নাক্ত অমুক লাকতুনা ধর্ম্মগী অকুপ্পা য়াবু হংখি ॥ ৫১ ॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভাবতদা, শ্লোক লিশিং চাননা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তি পর্ব্বদা আপদ্ধর্ম্মপর্ব্ব ষড়্জগীতাগী চামহুমফুমরিশুবা অধ্যায় লোইরে।

—(০)—

# “মণিপুরী মহাভারত”

## পঞ্চষষ্ট্যধিকশততমোহধ্যায়ঃ

( চামহুমফুমঙাশুবা অধ্যায় )

মরূপ শান্নবা অমদি তৌবিমল থঙদবা গৌতমগী বারী

### যুধিষ্ঠির উবাচ।

পিতামহ মহা প্রাজ্ঞ কুরূণাং প্রীতিবর্দ্ধন। প্রশ্নং কঞ্চিৎ প্রবক্ষ্যামি তন্মেব্যাখ্যাতুমর্হসি ॥ ॥
কীদৃশাঃ মানবাঃ সৌম্যাঃ কৈঃ প্রীতিঃ পরমা ভবেৎ। আয়ত্যাং চ তদাত্বে চ কেক্ষমাস্তান্ বদস্ব মে ॥২।
নহিত্তত্র ধনং স্কীতং ন চ সম্বন্ধিবান্দবাঃ। তিষ্ঠন্তি যত্র সুহৃদ স্তিষ্ঠন্তীতি মতির্মম ॥ ● ॥
দুর্লভোহি সুহৃচ্ছ্রোতা দুর্লভশ্চ হিত সুহৃৎ। এতৎ-ধর্ম্মভৃতাংশ্রেষ্ঠ সর্ব্বং ব্যাখ্যাতুমর্হসি ॥ ৫ ॥

### ভীষ্ম উবাচ।

সংধেযান্ পুরুষান্‌রাজন্নসংধেযান্ তত্ত্বতঃ। বদতো মে নিবোধত্বং নিখিলেন যুধিষ্ঠির ॥ ৫ ॥
লুব্ধঃ ক্রূরস্ত্যক্তধর্ম্মা নিকৃতিঃ শঠ এব চ। ক্ষুদ্রঃ পাপসমাচারঃ সর্ব্বশঙ্কীতথালসঃ ॥ ৬ ॥

---

**যুধিষ্ঠিরনা হায় ঃ—** কুরু শাগৈবু চানবিবা, কুরু শাগৈগী চাওথৎননবগী মশক ওইবা, ঈবুধৌ। ননাই ঐ ঈবুধৌগী মফমদা করিগুম্বা থরদং হংজগে। হংজরিবসে অমুক্ত নীংথিনা তাকপিয়ু ॥ ১ ॥ পূকচেল তপ্পা-লেম্বা মীগী লক্ষণ অসিবু কমদৌবগে ? করম্বা মীত্তাগা নুংশিনগদগে ? হৌজিক্তা অত্থগা মতুংদা করম্বা মীশক্না কান্নবা তৌরকপা ভমগদগে ? পুন্নমক অসে মথং শীংনা অমুক্তা তাকপিয়ু ॥ ২ ॥ ঐনা থঙজবদি, য়াম্না চান্নথ্রবা মরূপ অমনা লেপতুনা লৈবা মফম অতুদা যান্নবা শেলথুমনসু থোইদোকপা কান্নবা লৈতে। শাগৈনাতৈ বন্ধুবান্ধবনচিংবনসু কুইনা পন্থবা ভমদে ॥৩॥ কান্নবা রাবু তাবা মরূপসি য়াম্না তাঙিঙ, কান্নবা রাবু তাকপিবা মরূপসু য়াম্না তাঙিঙ। চান্নরিবনি হায়তুনা ফত্রবা থবকসু করিসু পঙতৌ তৌমিন্নবা অতুংম্বা মরূপতি য়াম্না হোঙিঙ। ধর্ম্মাত্মা ওইবগী মহুংদা অথোইবা ঈবুধৌ ! ঐনা হংজরিবা পুম্বসে য়াম্না শেংনা অমুক্তা তাকপিয়ু ॥ ৪ ॥

**ভীষ্মনা হায় ঃ—** নিংথৌ যুধিষ্ঠির ! করম্বা মীশক্না সন্ধি তৌনগদগে, তিন্নগদগে অতুগা করম করম্বা মীশকপু থাদোক্কদগে হায়বহু ঐ হায়গে, নহাক্না ধ্যান তৌনা পুক্নী অনী লোঙদনা তাও ॥৫॥ মীগী মপোৎ য়াম্না পামগনবা, য়াম্না থাবা, ধর্ম্মনি-অধর্ম্মনি থন্দবা, চৌনম তৌবা

দীর্ঘসূত্রোঽনৃজুক্রুষ্টো গুরুদারপ্রধর্ষকঃ। ব্যসনে যঃপরিত্যাগী দুরাত্মা নিরপত্রপঃ ॥৭॥
সর্ব্বতঃ পাপদর্শী চ নাস্তিকো বেদনিন্দকঃ। সম্প্রকীর্ণে ন্দ্রয়োলোকে যঃ কামং নিরতশ্চরেৎ ॥৮॥
অসত্যো লোকবিদ্বিষ্টঃ সময়ে চানবস্থিতঃ। পিশুনোঽথাকৃতপ্রজ্ঞো মৎসরী পাপনিশ্চয়ঃ ॥ ৯ ॥
দুঃশীলোঽথ কৃতাত্মা চ নৃশংসঃ কিতবস্তথা মিত্রৈরপকৃতির্নিত্যমিচ্ছতেঽর্থং পরস্যগঃ ॥ ১০ ॥
দদতশ্চ যথাশক্তি যো ন তুষ্যতি মন্দধীঃ। অধৈর্য্যমপিযোভুঙ্‌ক্তে সদা মিত্রংনরষভ ॥ ১১ ॥
অস্থানক্রোধনোঽযুক্তো যশ্চাকস্মাৎ বিরুধ্যতে। সুহৃদশ্চৈব কল্যাণানাশু ত্যজতি কিল্বিষী ॥ ১২ ॥
অল্পেঽপ্যপকৃতেমূঢ় স্তথাজ্ঞানাৎকৃতেঽপি চ। কার্য্যসেবী চ মিত্রেষু মিত্রদ্বেষী নরাধিপ ॥১৩॥
শত্রুমিত্রমুখো যশ্চ জিহ্মপ্রেক্ষী বিলোচনঃ। নবিরজ্যতি কল্যাণে যস্ত্যজেৎ তাদৃশংনরম্ ॥১৪॥

---

মরৈমবা চাউবা, পুকচেল পীকপা, পাপকী লমচত্তচৎপা, পঙচিংত চিংনগনবা, অতনবা, হুঈশাংনবা, মবুকচেল থোয়বা, মীনা নিন্দা তৌনবব, ওঝাগুরুগী লোযনবীদা মমীৎ থম্বা, অরাবা তারবা মতমদা থাদোকত্থনা চৎথিবা চেনখিবা, মবুকচেল মাংবা ঈকাযবা নাইদংবা, চীরম পুম্বদা পাপকী মীৎয়েংতনা য়েংশিনবা, ঈশ্বরগী মরমদা করিমত্তা থাজদবা, বেদশাস্ত্রবু নিন্দা তৌবা থোওইদবা, হকচাং কাযাৎ ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু পুমথা থাদোক্তুনা তৌনিংবত তৌত্থনা কোযচৎ চৎপা, মীনম্ব, খ্বাইনা তাথিনফম ওইবব, হ যথিবা রা থোক থোক হোংগনবা, চীরোল থারোল তৌগনবা, বল্লকমিহৌ চাউব, পাপনা থল্লবা বিচারত মতৌবা, তুংশিথঙদবা মরৈমরা চাউবা, মাগী কান্নবা তৌব মীদা ওনথৎতুনা নিন্দা তৌবা, মীগী মপোও লোগদবগী শলৈ তাত্থনা লৈবা ॥ ৬-১০ ॥ অঙম্বা-ঙমজবা থব অত্থ তেংনা পীরক্কাওবদা পেনগন্দবা, ফত্তবতদ পুগনবা, ( ভাব যত্তবা ) মক্নপপু ঈতত্তুনা ঈপা পাথৎহনবা, চেক্‌শিন্দবা ঈতাউ-তাউনা লৈগনবা, মরম ইচা চাদনা শাউগনবা, রাখল তৌদনা হেক্তা শ উগৎথিত্থনা মাগী কান্নবত থনবা মক্নপপু হেক্ত থাদোকপা, থঙহৌদদনা, অবানবা থক্তিক্তুং তৌথিবগী দমকম্ব থুনা য়াঙনা মীগী মাঙননবা হেক্ত শীনবা, পাপবী কর্ম্ম নত্তংা নতৈ কবিগুম্বা কর্ম্ম অমত তৌদ্রবা, মাগী থবক অদ্ভুত পাঙথোকত্রিবা ফাওবা মীঙোম্বা দ্রে দ্রে তৌশিন্নবা ( মরূপ শাশিন্নবা ), মনুং মনুংদা মরূপ ফাওববু মাঙননবা শীনগনবা, চীনবাম্বোংদনা মরূপ শাশিন্নবগা মনুং মতু দদি শত্রুতা ভাব অদুম মথম্বা, পীশূম থোয়না মহৌ লৈনা য়েংগনবা, ওন্ন তৈননা উগনবা, অফবা থবকী মপাম্বোম তিংচনা মাগী দমক লেপত্থনঃ লৈরিবা মরূপপু থাদোকপা, ময়ায কাবা পোচ্চে চাগনবা, কবিস্থ লৈতবা অমদগীস্থ থোক শ উগনবা, মীতুংশি থঙগন্দবা, মবুকচেল থাবা, মীবু ওৎলগত তুংঙাহবা, মরূপ হাৎপা, হিংসাতদ হৈনত্রবা, তৌবিমল্ল থঙদবা, পুকচেল পীকপা, অসিগুম্বগা করিগুম্বদ সক্কি তৌরোইদোবনি-চান্নরোইদোবনি।

পানপো দ্বেষণঃ ক্রোধী নির্ঘৃণঃ পরুষস্তথা। পরোপতাপী মিত্রধ্রুক্ তথাপ্রাণিবধে রতঃ ॥ ১৫॥
কৃতঘ্নশ্চাধমো লোকে ন সন্ধেয় কদাচন। ছিদ্রান্বেষী হ্যসংধেয়ঃ সন্ধেয়ানপি মেশৃণু ॥ ১৬॥
কুলীনা বাক্যসম্পন্না জ্ঞানবিজ্ঞানকোবিদাঃ। রূপবন্তো গুণোপেতাস্তথাঽলুব্ধা জিতশ্রমাঃ ॥ ১৭॥
সন্মিত্রাশ্চ কৃতজ্ঞাশ্চ সর্ব্বজ্ঞা লোভবর্জ্জিতাঃ। মাধুর্য্যগুণসম্পন্নাঃ সত্যসন্ধা জিতেন্দ্রিয়াঃ ॥ ১৮॥
ব্যায়ামশীলাঃসততং কুলপুত্রাঃ কুলোদ্বহাঃ। দোষৈঃ প্রমুক্তাঃ প্রথিতাস্তে গ্রাহ্যাপাথিবৈর্নরাঃ ॥১৯॥
যথাশক্তিসমাচারাঃ সম্প্রতুষ্যন্তিহপ্রভো। নাস্থানে ক্রোধবন্তশ্চ ন চাকস্মাৎ বিরাগিণঃ
বিরক্তাশ্চ ন তুষ্যন্তি মনসাপ্যর্থকোবিদাঃ ॥ ২০ ॥
আত্মানং পীড়য়িত্বাপি সুহৃৎকার্যপরায়ণাঃ। বিরজ্যন্তি ন মিত্রেভ্যো বাসোরক্তমিবাবিকম্ ॥২১॥
ক্রোধাচ্চ লোভমোহাভ্যাং নানর্থেযুবতীষু চ। নদর্শয়ন্তি সুহৃদো বিশ্বস্তা ধর্ম্মবৎসলাঃ ॥ ২২ ॥

---

মীগী মরালত ময়েংবা, মীগী অরানবা কোয়থি থিগনবা অদুগুম্বা মীশকস্তু মরূপ শান্নরোই-দৌবনি। হৌজিক্তি তিন্নগদবা চান্নগদবা মীশক হায়রগে ॥ ১১-১৬ ॥ শাগৈজাৎ অচৌবদগী হৌরকপা, রা ভাঙ্বা য়াম্না হৈব শরকশিদবা, জ্ঞানবিজ্ঞান অনীমক্তা চঙথোনবা, মশক মতৌ ফজব', মগুণ লৈবা, অপাম্বা মিহৌবা লৈতবা. থবক তৌবদা হন্দবা, অফবা মীশিংগত তিন্নবা, তৌবিমল খঙবা, লোইন থঙজিন উশিনবা, অপাম্বা মিহৌবদগী লাপথোক্না লৈবা, রাঙাঙ-শাজৎতা চৈথুমত থুম্বা, হায়থিবা হোংদন, ইন্দ্রিয় থুডুম চনবা, হকচাং শাজেল নিয়ম নাইনা তৌবা, অচৌবা শাগৈদগী হৌরকপ, মজাতিগী মান মর্য্যাদা পুঙম্বা, তৌথোকরকপা থবক্তা দোষ লৈতব, লোকসাংজদা মমিং চৎপা অসিগুম্বা মীশকশিংগা নিংথৌনা মরূপ শান্নগদৌরনি ॥ ১৭-১৯। মশাগী শক্তি মতুং ইন্না মথৌবু পাঙথোক্নদবগী হোৎনদুনা লৈরিবা, মাদুতদা পেগ্নদুনস্তু লৈরিবা, শাউফম চাদনা শাউদবা, খঙদৌদনা লাকপা প্রেম-স্নেহবু হেক থাদোনতবা, হৈংনদনা লৈরবস্তু পাম্বা বুদি শোক্নহন্দবা, ধন-অর্থ-কামগী মফুংদা অথগী তত্ত্ববু মুম্বা খঙবা; মশা সংস্তুবু ভুরাবদা থাদরবস্তু মাগী ফজনস্তা থনবা মীশিংদুগী কান্নবা থবক্তি অহুম মপাঙথোকপা, শাংতুগী দিনচু শঙলবস্তু মাগী হান্নগী মচুবু থাদোক্তবগুম্না বরিগুম্বা অবস্থানা মাগী থম্মোয়দা লৈরিবা মিত্রতা-ভাব অদুবু কোকহনবা ঙমদবা, করিগুম্বা রাফম অমদগী শাউগ্রবস্তু মরূপকী মাঙলনবা তৌগে হায়না থক্ থন্দবা, অপাম্ব অমদি গুমহৎখিবদগী মরূপকী লোয়নবীশিংদা আসক্ত থক থম্মুদব, হীরম পূম্বদা মরূপকী থাজনীঙাই ওইবা, মরূপতা বিশ্বসঘাত তৌদবা, মাগী মমিত্তা লৈপাক মতুমগা সনা মতুমগা শেন্নদনা উরবা, করম তৌরগা মরূপকী মঙ্গল ওইগদগে হায়না থল্লিবা, হীরম পুন্নমক্তা শাস্ত্রগী প্রমাণ মতুংইন্না

লোষ্টকাঞ্চনতুল্যার্থাঃ সুহৃৎসুদৃঢ়বুদ্ধয়ঃ। যে চরন্ত্যভিমানানি সৃষ্টার্থমনুষঙ্গিণঃ ॥ ২৩ ॥
সংগৃণন্তঃ পরিজনং স্বাম্যর্থপরমাঃ সদা। ঈদৃশৈঃ পুরুষশ্রেষ্ঠৈর্যঃ সন্ধিং কুরুতে নৃপঃ ॥ ২৪॥
শাস্ত্রনিত্যাজ্জিতক্রোধা বলবন্তো রণেসদা। জন্মশীলগুণোপেতাঃ সংধেযাঃ পুরুষে ত্তমাঃ ॥ ২৫ ।
তস্য বিস্তীর্যতেরাজ্যং জ্যোৎস্না গ্রহপতেরিব। যে চ দোষসমাযুক্তা নরাঃপ্রোক্তা ময়ানঘ ॥ ২৬॥
তেষামপাধমা রাজন্ কৃতঘ্না মিত্রঘাতকাঃ। ত্যক্তব্যাস্তু দুরাচারাঃ সর্ব্বেষামিতিনিশ্চয়ঃ ॥ ২৭॥

যুধিষ্ঠির উবাচ।

বিস্তরেণাথ সম্বন্ধং শ্রোতুমিচ্ছামিতত্ত্বতঃ। মিত্রদ্রোহী কৃতঘ্নশ্চ যঃপ্রোক্তস্তংবদস্ব মে ॥২৮॥

ভীষ্ম উবাচ।

হন্ততে বর্ত্তয়িষ্যেহহমিতিহাসং পুরাতনম্। উদীচ্যাংদিশি যৎবৃত্তং ম্লেচ্ছেষু নৃপতিভাষিণ ॥ ২৯ ॥
ব্রাহ্মণো মধ্যদেশীয়ঃ কশ্চিৎ বৈব্রহ্মবর্জিতঃ। গ্রামং বৃদ্ধিযুতং বীক্ষ্যপ্রাবিশৎ ভৈক্ষ্যকাঙ্ক্ষয়া ॥৩০॥

চংলিবা, মাগী লাইবক্তা থব তম্মবগা অদুদা হেক্তা পেঙ্গব, মশাগী পরিবাব পালন তৌন তৌনা মরূপকী অমদি মাগী স্বামী ( মপু ) গী বথংবু থক থাদে তব, আসগুম্বা মীশক্তা মনাই মশাল ওইরবা, মরূপ ওইরব, অদুগুম্বা নিংথৌ অদুগী রাজ্যদি নোংমদোম্বকী থাগী মঙাম্না নোংম নোংমগী ভাম্বোরকপদুগুম্না নোংম নোংমগী অস্তুমস্তুম পৃক্কীং তুনা চাওথৎলকই ॥১০-২৪ ॥
জুমিৎ থুংদংগী শস্ত্রবু তম্নবা, ঔবাইবিবা, নৈনবিবা অশাউববু থুদক্ত নমহৎপা ভম্বা, মমাম্নবগা মায়োক্নবদা ঈংঙ থৌবা, নীঙথিবা সভ্য ওইবা ইমু দা পোকপা, মরমচৎ ব্যবহার ফজবা, অফবা মীভথিবা গুণতনা তিনব, অদুগুম্বা মীশক্তগা মরূপ শাম্নগদবনি ; অসিগুম্বা মীশক্তনা মরূপ ওইবদা মতৌক চায় ॥ ২৫ ॥ পাপবী শরুক যউদ্রবা নিংথৌ ! ঐনা হৌজিক হায়খ্রিবা ফত্তবা মীওইশিংদুগী মনুংদা "তৌবিমল থঙদব।" হায়বদুনা থাইদগী যত্তবনি। হায়রিবা তৌবিমল থঙদবা মী হায়বসিনা তেম্বদ নদায ফাওবা ভম্বগে হায়ববু মাগী মরূপ ফাওবা হাৎপা ভম্মি। অসিগুম্বা মত্রেবা তম থবা মীবু তিম্নদি লায়বদনা লাপ্পা থাদোকথিগদবনি। মাসিমদি মী পূম্নমক্না যানববা তেপ্পবা নাফম অমনি ॥ ২৬-২৭ ॥

যুধিষ্ঠিরনা হায় :—ইবুংঙো। মিত্রদ্রোহী অদুগা তৌবিমল হায়বসিগী মরমদা ঈবুঙোনা থর হৌদোকপথ। মাসিগী থাঙ্গাশংবা থোকহব থৌদোক অত্ত করিনো ? মাদু ঐ ঈবুঙোগী মফমদগী শন্দোক্না তাজনীঙিঙ। মাদু অমুক্ত চানবদুনা লীবিযু ॥ ২৮ ॥

ভীষ্মনা হায় :— নিংথৌ ! ঐ কুইরবা ইতিহাসগী ৱারী অম লীগে। থৌথোক অসি অরাংলোমদা লৈব ম্লেচ্ছশিংগী খুলঅমদা থোকথিবা থৌদোকনি ॥১৯॥ মধ্যদেশগী বেদশাস্ত্রকক্তা

তত্র দস্যুর্ধনযুক্তঃ সর্ব্ববর্ণবিশেষবিৎ। ব্রহ্মণ্যঃ সত্যসংধশ্চদানে চ নিরতো ভবৎ ॥ ৩১॥
তস্যক্ষয়মুপাগম্য ততো ভিক্ষামযাচত। প্রতিশ্রয়ং চ বাসার্থং ভিক্ষাং চৈবার্থবার্ষিকীম্ ॥৩২।
প্রাদাৎ তস্মৈ স বিপ্রায় বস্ত্রং চ সদৃশংনবম্। নারীং চাপিবয়োপেতাং ভর্ত্রা চ বিরহিতাং তথা ॥৩৩॥
এতৎ সম্প্রাপ্য হৃষ্টাত্মা দস্যো সর্বংদ্বিজস্তথা। তস্মিন্ গৃহবরেরাজংস্তথা রেমে সগৌতমঃ ॥৩৪॥
কুটম্বার্থ চ দাস্যাশ্চ সাহায্যং চাপ্যথাকরোৎ। তত্রাবসৎস বর্ষাংশ্চ সমৃদ্ধে শবরালয়ে ॥ ৩৫॥
বাণবেধেপরং যত্নমকরোচ্চৈব গৌতমঃ। চক্রাঙ্গান্ স চ নিত্যংবৈ সর্বতো বনগোচরান্ ॥৩৬॥
জঘান গৌতমো রাজন্ যথা দস্যুগণাস্তথা। হিংসাপটুর্ঘৃণাহীনঃ সদা প্রাণিবধেরতঃ ॥ ৩৭॥
গৌতমঃ সন্নিকর্ষেণ দস্যুভিঃ সমতামিয়াৎ। তথাতুবসতস্তস্য দস্যুগ্রামেসুখংতথা ॥ ৩৮॥
অগমন্ বহবো মাসা নিঘ্নতঃ পক্ষিনো বহূন্ ততঃ কদাচিদপরো দ্বিজস্তং দেশমাগতঃ ॥৩৯॥

---

কবিগত তমদ-খণ্ডদবা ব্রাহ্মণ অমনা য়াম্না চাওথৎলবা হায়রিবা ম্লেচ্ছশিংগী থুল অসিদা ভিক্ষা নিবা চৎলি ॥৩০ ॥ থুল অসিদা ঈনাক থুল্লবা দস্যু ( ডাকু ) অমা লৈরম্মি। মহাক অসি বর্ণ পুম্নমক্কী বিশেষ স্বভাব অনো য়াম্না মুন্না খঙিঙ। ম্লেচ্ছদি ওইরগা মাগী থম্মোযদা ব্রাহ্মণশিংগী মফমদা লৈবা ভাক্তিদি য়াম্না চঙথোল্লি। মহাক রশক চেৎসি,—দান য়াম্না তৌগল্লি ॥৩১॥ ব্রহ্মণহুনা হায়রিবা ডাকুসিগী য়ুমদা চৎখিহুনা ভিক্ষা নিরুই। ডাকু অহুনা ব্রাহ্মণ অহুগী লৈননবগীদমক নীঙথিবা য়ুম অমা তোঙাম্না পী। চহী অমা শেৎপা চাবা ওক্লনবা অহাউ অথুম ফিরোল লোইনা পৈহুনা থম্বী। মপুরোয়বা লৈতবী নীঙথিজবী যুবতী অমসু মাগী সেবা লাংবাগীদমক থম্বি ॥৩২ ৩৩ ॥ নিংথৌ! দস্যু অহুদগী পোচ্চে পুম্নমক মবাঙ কায়না ফহুনা ব্রাহ্মণ অসি য়াম্না নুংঙাইনা পেম্না লৈরে। নীঙথিজরবা য়ুম অহুদা মীনায়নুবী যুবতীহুগা লোয়ননা য়াম্না নুংঙাইনা লৈরম্মি ॥ ৩৪ ॥ ব্রাহ্মণ অহুনা দাসীহুগী মমা মপাদসু মরক মরক্তা অচাথক্চংবা থর থর পী। মতৌ অসুম্না মহাক নুংঙাইরবা য়ুম অহুদা চহী কয়ামরুম লৈবরে ॥ ৩৫ । মাগী মমিং গৌতম কৌই। লীরুং পায়হুনা তেল্ কাপ্পগী অভ্যাস অসি যাম্না কম্না তৌবক্লে নিংথৌ! গৌতম হায়বিবা ব্রাহ্মণ অসে ডাকু-দস্যুশিং অহুগী মতৌগুম্না হুমিৎ থুদং জঙ্গলদা হঙ্গৎ-হন্দা কোয়হুনা ভাসু কাঙগী শাদানবা চৎপা হৌখ্রে। মহাক জীব হাৎপা য়াম্না হৈবা মথুংলোয়রবা মীশক অমা ওইরক্লে মশাদা থৌঙ্গালগী মরীক অমফাওবা লৈশিল্লক্ত্রে। মহাক মীকুপ থুদিংগী শা-উচেক ফংননবগী হাৎননবগী রাখশুদা লৈখ্রে । ৩৬-৩৭ ॥ ডকুশিংগা হুমিৎ চুপ্প লৈমিন্নবদগী গৌতম হায়বা ব্রাহ্মণ অসিবু থাঙ্গৈলোংবা ডাকুত ডাকু অহুম ওইখ্রে ডাশিংগী থুল অসিদা নুংঙাইনা লৈথোকহুনা থুমিৎ থুদিংগী শা-উচেকত হাৎতুনা থুল অহুদা মানা লৈরকপসি থা কয়ামরুম শুজিল্লক্লে । ৩৮ই ॥

জটাচীরাজিনধরঃ স্বাধ্যায়পরমঃ শুচিঃ। বিনীতোনিয়তাহারো ব্রহ্মণ্যোবেদপারগঃ ॥৪০॥
স ব্রহ্মচারী তদ্দেশ্যঃ সখা তস্যৈব সুপ্রিয়ঃ। তং দস্যুগ্রামমগমৎ যত্রাসৌ গৌতমোঽবসৎ ॥৪১॥
সতু বিপ্রগৃহান্বেষী শূদ্রান্নপরিবর্জকঃ। গ্রামেদস্যুসমাকীর্ণে ব্যচরৎ সর্ব্বতো দিশম্ ॥ ৪২ ॥
ততঃস গৌতমগৃহং প্রবিবেশ দ্বিজোত্তমঃ। গৌতমশ্চাপিসম্প্রাপ্তস্তাবন্যোন্যেনস গতৌ ॥ ৪৩ ॥
চক্রাঙ্গভারস্কন্ধংতং ধনুষ্পাণিং ধৃতায়ুধম্। রুধিরেণাবসিক্তাঙ্গং গৃহদ্বারমুপাগতম্ ॥৪৪॥
ত দৃষ্ট্বাপুরুষাদাভমপধ্বস্তং ক্ষয়াগতম্। অভিজ্ঞায় দ্বিজাব্রীড়স্মিদং বাক্যমর্থ ব্রবীৎ ॥ ৪৫ ॥
কিমিদং কুরুষে মোহাৎ বিপ্রস্ত্বংহি কুলোদ্ভবঃ। মধ্যদেশপরিজ্ঞাতো দস্যুভাবংগতঃকথম্ ॥ ৪৬ ॥
পূর্ব্বান্ স্মর দ্বিজ জ্ঞাতীন প্রখ্যাতান্ বেদপারগান্। তেষাংবংশেঽভিজাতস্ত্বমীদৃশঃ কুলপাংসনঃ ॥৪৭॥

অদুগী তুংদা নোংমদি অতোপ্পা ব্রাহ্মণ অমসু থুল অদুদা লাক্নে মহাক জটা পুই, উকু শেংলি শজি মউল ইগ্লি। ফুমিৎ চুপ্প বেদশাস্ত্রত নৈনবা মীনি। পুক্নীং হকচাং তরু-তরুবা য়াম্না নোল্লুকপা মীনি। নিয়ম নাইনা ভজন-ভোজন তৌবা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবপু নুনা কিনা তৌবা অদুগা বেদশাস্ত্র পুম্বা তমদুনা হৈরবা ব্রাহ্মণ অমনি। ৩৯ ৪০। অসুম ওইবা ব্রাহ্মণ ব্রহ্মচারী অদু হৌজিক হায়রিবা গৌতম হাযবা ব্রাহ্মণ অসিগী হাংগী থুল অদুদা লৈমিন্নরম্বা মাগীসু য়াম্না চান্নরম্বা মরূপ অমা ওইরম্বনি। মহাক অসুম কোযন কোয়না লাকপদা গৌতমনা লৈরিবা ডাকুশিংগী থুল অদুদা থুংজরে ॥ ৪১ ॥ মহাক্তি শূদ্রগী পোৎ-অচাথক শূদ্রগী যুমদা থকচাদবা, যাম [illegible] মী অমনি। অদুনা শূদ্র ডাকুশিংতগী থুল অদুদা কোয়না কোয়না কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমগী যুম অসুম থিবদপনি ॥ ৪২ ॥ অসুম কোযন কোযনা লাকপদা অথোইবা নীঙথিবা ব্রাহ্মণ অদু, গৌতমনা লৈরিবা যুম অদুদা থুংজে। হেন থুংজব মতমদুমক্তদা গৌতমসু শিকার চৎলুবদগী মাগী যুমদুদা হেক হল্লকই। অমা অমদু [illegible] উনৈ ॥ ৪৩ ॥ ব্রহ্মচারী ব্রাহ্মণ অদুনা [illegible] উবগে [illegible] গৌতম [illegible] অশিবা অমা যাম্দুনা পুরক্নি। মথুক্তা লীরু-তেল [illegible]। [illegible] মাগী থোংগান ফাওবা লাবপাম [illegible] চাব [illegible] মডুংথ্রে। মডোম্দা ব্রাহ্মণতুগী শরুক [illegible] যাও [illegible] লাকপদু ব্রহ্মচারী অদুনা মশক থঙলে। মাও উবদা মহাক [illegible] অহো অসুম্না হায়রকই ॥ ৪৪ ॥ এঃ! হরে-হরে! [illegible] তৌরিব [illegible] মথাপোনখ্রিবনো? নহাক্তি মধ্যপ্রদেশকী ফাওব শাগে জাৎ চাউরবা ব্রাহ্মণ অমা ওইরম্বনা। নহাক মকম অসিদা দস্যু-ডাকু করম [illegible] ওই খ্রবনা ॥ ৪৬ ॥ ব্রাহ্মণ! করিনো নংনা তৌরম্লিবসে! মমা মৈগী নবু [illegible] অদুবু [illegible] বেদশাস্ত্র চঙ্থাম্না হৈরবা অহল্লমনশিং অদুগী

অথবুদ্ধ্যাত্মনাত্মানং সত্ত্বং শীলং শ্রুতংদমম্। অনুক্রোশং চ সংস্মৃত্য ত্যজ বাসমিমং দ্বিজ। ৪৮॥
সএবমুক্তঃ সুহৃদা তেন তএহিতৈষিণা। প্রত্যুবাচ ততোরাজন্ বিনিশ্চিত্য তদার্থবৎ ৪৯॥
নির্ধনোঽস্মি দ্বিজশ্রেষ্ঠ নাপিবেদবিদপ্যহম্। বিত্তার্থমিহসম্প্রাপ্তং বিদ্ধিমাং দ্বিজসত্তম ॥ ৫০ ॥
ত্বদ্দর্শনাত্তু বিপ্রেন্দ্র কৃতার্থোঽস্ম্যত্ত বৈদ্বিজ। আবাংহি সহযাস্যাবঃ শ্বো বসস্বাদ্যশর্বরীম্। ৫১॥
সতত্রন্যবসদ্বিপ্রো ঘৃণী কিঞ্চিদসংস্পৃশন্। ক্ষুধিতশ্চিন্ত্যমানোঽপি ভোজনংনাভ্যনন্দত। ৫২॥

ইতিশ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি আপদ্ধর্মপর্ব্বণি
কৃতঘ্নোপাখ্যানে পঞ্চষষ্ট্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥

—(০)—

বংশদা পোক্লবা নহাক্তি শাগৈগী মমায়দা মায়হিং কাহল্লেদনা। অদুগুম্বা শাগৈদা পোক্লবা নংনা তৌরম্মিবসিদি নহাক্তি শাগৈগী মৈত্তাল অশিবা হায়বদুমক ওইরল্লেদনা ॥ ৪৭ ॥ অদুগা হৌজিক্তি নশামক্লা নশাবু মীশক মুন্না থঙজরো! নহাক ব্রাহ্মণনি। মরম অদুনা, অচুম্বা ভাণ্ডবা, লমচৎ ফজবা, শাস্ত্রজ্ঞান ইন্দ্রিয় থুদুম চনবা, থৌজালহৈবা অসিনচিংবা ব্রাহ্মণগী গুণ-ধর্ম্মবু নীংশিংদুনা অসিগুম্বা তুকচরবা, হম্বরব। নৈক্রম অসি থাদোক্লবা তৌ ॥ ৪৮ ॥ ভীষ্মনা হায়ঃ—নিংথৌ! মাগী কান্নবত ভাণ্ডলিবা মরূপতুগী মা অদু তাবদা গৌতম হায়বা নিশা চাবা, যুথকপা ব্রাহ্মণ অদো মপূক্লীংদা মুন্না খন্দুনা লেপ্পরগা অসুম্না হায়রকই ॥ ৪৯ ॥ ব্রাহ্মণ অথোইবা! ঐদি য়াম্না লায়রববা মী অমনি। বেদশাস্ত্র করিমত্ত তমহৌত্রবা, তাহৌত্রবা মীশক অমনি। অদুনা ঐন সিদা লাক্লিবসে শেল থজিক্তং তানগে হায়দুনা তৌবনি। অদুগুম্বা শেল তানবা লাকপা ব্রাহ্মণমচানি হায়না থঙ্‌বিয়ু ॥ ৫০ ॥ ব্রাহ্মণ! ঙসিদি নহাক্কী দর্শন ফংজবদা পোকপগী মহৈ য়াল্লে ব্রাহ্মণ! ঙসিদি অহিংসিমা অসিদা লৈবিরো। হয়েং ঐথোয় অনীমক মফম অসিদগী চৎথ্রসি ॥ ৫১ ॥ ব্রাহ্মণ অদো য়াম্না থৌজাল হৈবা মীশক অমা ওইরম্মি। গৌতমন' হায়জবা অদুদা মহাক অহিং অদুমা মফম অদুদা লৈরে। অদুগা মফম অদুদা লৈরিবা থ ম্নিবা পোৎ অমত্তা মহাক্লা মথুৎনা শোকউদে। মহাক য়াম্না লাম্নবমি অদুবু গৌতমনা পুশিল্লকপা পোৎ অচাথকশিংদু মহাক্লা অমত্ত শোক্তে চাদে ॥ ৫২ ॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তি পর্ব্বদা
আপদ্ধর্ম্মপর্ব্বদা কৃতঘ্নোপাখ্যানগী চামহুমফুমঙাশুবা অধ্যায় লোইরে।

—(০)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## ষট্‌ষষ্ট্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

( চামহুমফুতরুকশুবা অধ্যায় )

মরূপ শান্নবা, তৌবিমল খণ্ডদবা গৌতমগী বারী মথং

### ভীষ্ম উবাচ।

তস্যাং নিশায়াং ব্যুষ্টায়াংগতে তস্মিন্ দ্বিজোত্তমে। নিষ্ক্রম্য গৌতমোঽগচ্ছৎসমুদ্রং প্রতিভারত ॥১॥
সামুদ্রিকান্স বণিজস্ততোঽপশ্যৎস্থিতান্‌পথি। স তেন সহসার্থেন প্রযযৌ সাগরং প্রতি ॥২॥
সতু সার্থোমহান্ রাজন্ কস্মিংশ্চৎ গিরিগহ্বরে। মত্তেন দ্বিরদেনাথনিহতঃ প্রায়শোঽভবৎ॥৩॥
সকথংচিৎ ভয়াৎ তস্মাৎ, বিমুক্তো ব্রাহ্মণস্তথঃ। কাংদিগভূতো জীবিতার্থী প্রদুদ্রাবোত্তরাংদিশম্ ॥৪॥
স তু সার্থপরিভ্রষ্টস্তস্মাদ্দেশাৎ তথা কুরু। একাকী ব্যচয়ৎতত্র বনেকিংপুরুষো যথা ॥৫॥
এ পন্থানমথাসাদ্য সমুদ্রাভিসরং তদা আসসাদ বনং রম্যং দিব্যং পুষ্পিতপাদপম্ ॥৬॥

---

**ভীষ্মনা হায়ঃ—** ভরতবংশদ পোকপা! অহিং হৌখদুনা নোংঙাল্লে। ব্রাহ্মণ অদু মফম অদুদগী অদুম চথোকখ্রে। গৌতমসু মুখ অদু থাদ কুনা চৎখ্রে ॥ ১ ॥ সমুদ্র ময়াদা লল্লোনবা ব্যপারী বৈশ্য থরনা পোথাংনা চৈংদু মহক্না উরুরে। মহাকসু মখোয়দুগী মরক্তু য়াওশিন্দুনা সমুদ্র মপ ঙ্গানা চৎখি ॥২ নিংথৌ। হায়াবরা বৈশ্যশিংগী মপৈদু চীং অমগী লোকসুংদ মতম খাগীদমক মফম লোমদুনা লৈখি। অদুম লৈরিঙৈদা ময়ায় কারবা ভাওরবা শামু অমনা বৈশ্যশিংদুগী মথক্তা আক্রমণ তৌশিল্লক্লি থুগাম, অদুগী মী থরদ শমু অদুনা হাংখ্রবনি। ৩॥ গৌতমদ কপ্রগুম্বা উপায় অমত্তা মখল্লাগা হিংনবা চংখ্রবনি। অদুবু চৎলিবসি কদায়দনো, কুরি পুনকপানা হাযবদু মতাক মশানা লেপচবা ঙমদ্রে। মথরায় হিংনবা মহাক অরা পাংন চেংখি ৪॥ মহাক ব্যাপারী ( লাম্লানব ) শিংগী কাওবুদুদগী তোঙাল ভাহৌরে। অদুনা লৈপাক অদুদগী লম্মুক্নহনা মথক্তা বন অমদগী অমদা বোয়চৎ চেৎতুনা লৈরে। য়েংবদা যক্ষ ( কিংপুরুষ ) অমগুম্ব। ৫॥ থর লৈরগা মহাক সমুদ্র য়ৌনা চৎথিবা লম্বী অমা থেংনরে। লম্বী অদুগী মতুং ইন্না মুম লাকপদা ফজরবা উমং অমদা থুঙ্লরে উমং অদুদা হৌরিবা পাম্বী পুম্বা ফজরবা মচৈমরোংনা মরেক চুম্ব ॥ ৬। ঋতু পুম্নমক্তা মনামপাল মহৈনা পুমথল থম্মা লৈবা চৈনৌ পাম্বীশিংগী পরেং পবেংনা বন অদুগী লৈতেং ওইনা লৈরম্মি। যক্ষ কিন্নরশিংনা

সর্বর্তুকৈরাম্রবণৈঃ পুষ্পিতৈরুপশোভিতম্ । নন্দনোদ্দেশসদৃশং যক্ষকিন্নরসেবিতম্ ॥ ৭ ॥
শালৈস্তালৈস্তমালৈশ্চ কালাগুরুবনৈস্তথা । চন্দনস্য চ মুখ্যস্য পাদপৈরুপশোভিম্ ॥ ৮ ॥
গিরিপ্রস্থেষু রম্যেষু তেষু তেষু সুগন্ধিষু সমন্ততো দ্বিজশ্রেষ্ঠাস্তত্রাকূজন্ত বৈ তদা ।
মনুষ্যবদনাশ্চান্যে ভারুণ্ডা ইতি বিশ্রুতাঃ ॥ ৯ ॥
ভূলিঙ্গশকুনাশ্চান্যে সামুদ্রাঃ পর্ব্বতোদ্ভবাঃ । স তান্যতিমনোজ্ঞানি বিহগানাং রুতানি বৈ ॥ ১০॥
শৃণ্বন্ সুরমণীয়ানি বিপ্রোঽগচ্ছত গৌতমঃ । ততোঽপশ্যৎ সুরম্যেষু সুবর্ণসিকতাচিতে ॥ ১১॥
দেশে সমে সুখে চিত্রে স্বর্গোদ্দেশসমে নৃপ । শ্রিয়া জুষ্টং মহাবৃক্ষং ন্যগ্রোধং চ সুমণ্ডলম্ ॥১২॥
শাখাভিরনুরূপাভির্ভূষিতং ছত্রসংনিভম্ । তস্য মূলং চ সংসিক্তং বরচন্দনবারিণা ॥ ১৩ ॥
দিব্যপুষ্পান্বিতং শ্রীমৎ পিতামহসভোপমম্ । তং দৃষ্ট্বা গৌতমঃ প্রীতো মনঃকান্তমনুত্তমম্ ॥১৪॥

---

মফম থুদিংদা লৈদুনা বন অদু ইন্দ্রগী নন্দনবন ( নন্দনকানন ) গা চাপমান্নবা ফজরম্মি ॥ ৭ ॥ চীংগু পাম্বী, কোনা পাম্বী, তমাল পাম্বী অমুবা অগুরু চন্দন পাম্বী অদুগা অথোইবা অশেংবা চন্দন পাম্বীমক্তনা বন অদুবু থোইনা হেন্না ফজহল্লম্মি । লমদম অদুগী ফজরবা, মনম্ মুংশিরবা চীংলমদমগী লৈতেম মান্নবা মফমশিং অদুগী অকোয়বদা খ্বাইদগী হেন্না ফজরবা উচেকশিংনা মুংশিনা ঈশৈ শকল্লম্মি ॥ ৮ ॥ ভাইবংমীগীগুম্না মচীন অমদি থেংহোক লৈবা ভারুণ্ড কৌবা উচেকশিংতুনা খোংলম্মি । সমুদ্র মযাগী অদুগা চীংগী লমদমদা চীংথক্ত লৈগনবা ভূলিঙ্গ কৌবা উচেকশিংতুনা চেকচাক্ চেকচাক খোংতুনত লৈ ॥ ৯ ॥ উচেকশিংগী পূক্নীং হুরবা মখোলশিং অদুবু তানজানা গৌতম কৌবা ব্রাহ্মণ অসি চত্থুম লাকই ॥ ১০ ॥ নিংথৌ ! অদুগী তুংদা থোইনা ফজরবা লমদমশিং অদুগী মরক্তগী অমুক থোইনা হেন্না যথ্রবা, সনাগী মচু মাল্লবা লৈতোইনা শীন্থনা কুপ্পা লৈতেম মান্নবা মফমদু উবদা থম্মোয়দা মুংতাইবা পোক্নফম ওইবা, লাইরৈবাক্কী লমদম গুম নীঙথিজনবা, মফম অমদা গৌতমনা রাংচাউরবা ফজরবা খোংনাং বট পাম্বা অম উরে রাংচাউরবা খোংনাং বট পাম্বীদুগী ঈবোয় কোয়না মায়কৈ মরিমক্তা শীন্দোরকপা মউ-মশানা লমদম অদু পুমথন থম্না কুপ্পগুম উই । উপাম্বী মশা মশক্তগী মনা-মশানা পাকচাউবা মফম অমা কুপ্তুনা লৈবতুনা উপাম্বী অদু রাংচাউরবা পে অমগী মতৌগুম্না অদুম উরে । অদুত নত্তনা উ পাম্বী অদুগী মরু অদু, চন্দনগা য়ান্নরবা ঈশিংজনা চাইতুনা থীকতুনা থাখিবগুম উরি ॥ ১১-১৩ ॥ ব্রহ্মাগী সভাগুম্ কুম্ন ফজরবা উ পাম্বী অদু লাইরৈবাক্কী উ পাম্বীগী নীঙথিজরবা মনা মপান্না লৈতেংবগুম, ফজরবা মনা মশা মপাক্তনা পুন্নমক থল্লি । নীঙথিজরবা উ পাম্বীদু উবদা গৌতম অসি ঈপেন্ত পেনখ্রে ॥ ১৪ ॥

মেধ্যংসুরগৃহপ্রখ্যং পুষ্পিতৈঃপাদপৈর্বৃতম্। তমাসাদ্য মুদা যুক্তস্তস্যাধস্ত উপাবিশৎ ॥ ১৫ ॥
তত্রাসীনস্য কৌন্তেয় গৌতমস্য সুচঃ শিবঃ। পুষ্পাণি সমুপস্পৃশ্য প্রববাবনিলঃ শুভঃ ॥১৬॥
সতুবিপ্রঃ প্রশান্তশ্চ স্পৃষ্টঃ পুণ্যেন বায়ুনা। সুখমাসাদ্য সুষ্বাপ ভাস্করশ্চাস্তমভ্যযাৎ ॥১৭॥
ততোহস্তং ভাস্করে যাতে সন্ধ্যাকাল উপস্থিতে। আজগাম স্বভবনং ব্রহ্মলোকাৎ খগোত্তমঃ ॥ ১৮ ॥
নাড়ীজঙ্ঘ ইতি খ্যাতো দায়িতো ব্রহ্মণঃ সখা। বকরাজো মহাপ্রাজ্ঞঃ কশ্যপস্যাত্মসম্ভবঃ ॥ ১৯॥
রাজধর্ম্মেতি বিখ্যাতো বভূবাপ্রতিমোভুবি। দেবকন্যা সুতঃ শ্রীমান্ বিদ্বান্‌বেদসমপ্রভঃ॥২০ ॥
মৃষ্টাভরণসম্পন্নো ভূষণৈর্কসন্নিভৈঃ। ভূষিতঃ সর্ব্বগাত্রেষু দেবগর্ভঃ শ্রিয়া জ্বলন্ ॥২১॥
তমাগতং খগং দৃষ্ট্বা গৌতমোবিস্মিতোহভবৎ। ক্ষুৎপিপাসাপরিশ্রান্তো হিংসার্থী চাভ্যবৈক্ষত ॥২২ ॥

---

উ পাম্বীহু শেংলবা দেবমন্দির অমনা লৈবগুম্না মনা মপাম্ন থল্লবা ফজরবা উ পাম্বী মচামচানা মাগী অকোয়বদা লৈবহুদা থোইদোক্লা নীংথিজনা লৈরম্মি। গৌতমনা চাউরবা উ পাম্বীহুগী মনাক্ত চঙহনা ঈংলবা মরুমহুদা ফমহুনা পোথাই ॥ ৫ ॥ কুন্তীনন্দন! নিংথৌ! গৌতমনা হেক ফমথবহুমক্তদা হুংশিরবা লৈনম হৈনমগা থেংনরুরবা হুংশিংনা তপ্না তপ্না শীৎপা হৌরকই। হুংশিং অহু য়াম্না হু'ঙাইহনবা মঙ্গল পীনহৈবা অমা ওইনা তৌই। নিংথৌ! হু'শিং অহুনা থঙহৌদনা গৌতমগী মশাপুম্বদা হু'ঙাইবা অপেনবা হেক পোকখি ॥ ১৬ ॥ শেংলবা হুংশিংনা য়ৈবহু ফংবদা গৌতম অসি থম্মোয হকচা দা শান্তি হেক ফংঙি। য়াম্না হুংঙাইনা উখা অহুদা হীপথৈ। অমরোমদা হুমিংস্তু তাশিল্লকলে ॥ ১৭ ॥ অহুগী তুংদা, হুমিং তাপ্রবদা সন্ধ্যাগী মতম অহুমক্তদা, ব্রহ্ম'লাকতগী মফমহুদা থোইদোক হেন্দোক্লবা উচেক অমা হেক পাইরকই। চাউববা উ পাম্বী অহুমক মাগী ময়ূমনি ॥ ৮॥ মহাক মহর্ষি কশ্যপকী মচা অহুগা ব্রহ্মাগী চান্নরবা মরুপ অমনি। মাগী মমিং নাড়ীজঙ্ঘ কৌই মহাক উরোক পুন্নমক্তী নিংথৌ মহাবুদ্ধিমান ও'বা উচেক অমনি ॥ ১৯ ॥ চাংদমনিঙাই লৈত্রসু উচেক অসি পৃথীথক অসিদা লৈবা মতমদদি রাজধর্ম্মা কৌবা ফাওরবা উচেক অম অহুম ওই দেবকন্যাগী গর্ভদগী পোকপনি। মহাক্কী হকচা অহু ল ইগী হকচাংগুম্ন মশেক মঙাম্না পুমথল থল্লি। য়াম্না বিদ্বান ওইবা, মহৈহৈবা, দিব্যজ্ঞানতনা মহাজ্ঞানী ওইবা উচেক অম ওইনা উনৈ ॥ ২০ ॥ হুমিংকী মঙালগুম্না উহৃপ তরেংনা লংলবা ফীজোম্না মহাক্কী হকচাং কায়াৎথিবিক্তী লৈতেং ওই। লাইরৈবাক্তগী লাকপা লাইগী মচা অসি নীঙথিজরবা ফীজোল লৈতেংমক্তনা পুমথল থম্না লাইরৈবাক্তী মশেক মঙ'স্তনা পুমলং লংঙি ॥ ২১ ॥ উচেক অহুনা হেক পাইরকপহু উবদা গৌতম অসি অঙকপা অকিবগা লোয়ননা ঈথং হেক থংঙি। মহাক অম্নাম থোম্মুম্নেনা লৈবা ওমত্রবন্নি

রাজধর্ম্মোবাচ

স্বাগতং ভবতো বিপ্র দিষ্ট্যা প্রাপ্তোঽসি মেগৃহম্। অস্তং চ সবিতা যাতঃ সন্ধ্যেয়ং সমুপস্থিতা ॥২৩॥
মমত্বং নিলয়ং প্রাপ্তঃ প্রিয়াতিথিরনিন্দিতঃ। পুজিতো যাস্যসি প্রাতর্বিধিদৃষ্টেন কর্মণা ॥২৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি আপদ্ধর্ম্মপর্ব্বনি গৌতমোপাখ্যানে ষট্‌ষষ্ট্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

—(•)—

অহুগা লাপ্ন লাকপনা মশাপুম্বা পুমচোক চোকথপ্রবনি। অহুনা মহাক রাজধর্ম্মা কৌবা উচেকতুবু হাংলগে হায়না খন্দুনা উচেক অহুদা মুন্না মীৎকুপ্পনা য়েংঙি ॥ ২২॥ রাজধর্মানা হায়রকই :— চান্নরবা মরূপ ! ঐনা নহাকপু স্বাগত তৌরি মাসি ঐগী য়ুমনি। ঙসি ঐগী লুমদা লেঙবিরকপসি ঐগী লাইবক য়াম্না কবনি। মুমিৎ তাথ্রে, হৌজিক সন্ধ্যাগী মতম ওইরক্লে ॥২৩॥ ঙসিদি অতিথি অমা ওইনা ঐগী য়ুম অসিদা লাকপিরে। অহুনা শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা অতিথি সেবা তৌজগে। অহিংসিমা অতিথি সেবা লৌবিহুনা হয়েং নোংঙাল্লকপদা লেঙবিখো ॥২৪॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা আপদ্ধর্ম্মদা কৃতঘ্নোপাখ্যানগী চামগা তরুকশুবা অধ্যায় লোইরে।

—(•)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## সপ্তষষ্ট্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

( চামতুমফুতরেৎশুবা অধ্যায় )

### রাজধর্মানা গৌতমদা অতিথি সেবা কৎপা

**ভীষ্ম উবাচ।**

গিরং তাংমধুরাং শ্রুত্বা গৌতমো বিস্মিতস্তদা। কৌতূহলান্বিতো রাজন্ রাজধর্মানমৈক্ষত ॥ ১ ॥

**রাজধর্মোবাচ**

ভো কশ্যপস্য পুত্রোঽহং মাতা দাক্ষায়ণী চ মে অতিথিস্ত্বং গুণোপেতঃ স্বাগতং তে দ্বিজোত্তম ॥২॥

**ভীষ্ম উবাচ**

তস্মৈ দত্ত্বা স সৎকারং বিধিদৃষ্টেন কর্ম্মণা। শালপুষ্পময়ীং দিব্যাং বৃসীং বৈ সমকল্পয়ৎ ॥৩॥
ভগীরথরথাক্রান্তদেশান্ গঙ্গানিষেবিতাম্। যেচরন্তি মহামীনাস্তাংশ্চ তস্যান্বকল্পয়ৎ ॥ ৪ ॥
বহ্নিং চাপি সুসমিদ্ধং মীনাংশ্চাপি সুপীবরান্। স গৌতমায়াতিথয়ে ন্যবেদয়ত কাশ্যপিঃ ॥ ৫ ॥
ভুক্তবন্তং চ তং বিপ্রং প্রীতাত্মানং মহাতপাঃ। ক্লমাপনয়নার্থং স পক্ষাভ্যামভ্যবীজয়ৎ ॥ ৬ ॥

ভীষ্মনা হায়ঃ— নিংথৌ! উচেক্কী অথুপ্প বাঙাৎ রাইশ্চু তাবদা গৌতম আস য়াম্না ঙকখি। ঈঙবাক্ল, য়াম্না থঙনীংবা ওইনা মঙোন্দা মীৎ কুপ্তুনা য়েংদুনা লৈখি ॥ ॥ রাজধর্ম্মানা অশুম্না হায়রকঈ:—ব্রাহ্মণ অথোইবা। ঐ মহর্ষি কশ্যপকী মচানি। ঐগী ইমাদি দক্ষ-প্রজাপতিগী মচানুপীনি। নহাক্তি য়াম্ন গুণচেনবা অতিথিনি, নবু তরাম তবাম্ন ওকচরি ॥২॥

ভীষ্মনা হায়ঃ— যুধিষ্ঠির। অসুম্ন হায়রগা রাজধর্মানা শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা গৌতমগী মফমদা অতিথি সেবা পুজানচংবা তৌখি চীংশু পাম্বী মনাতনা যম্ফম পে থাফম শেম্নগা মহাকপু পেথাহনখি ॥ ৩ ॥ নিংথৌ ভগীরথগী রথন থৌখিবা লমদমশিং অদুদ শ্রীগঙ্গা দেবীনা চেল্লবনি। গঙ্গাজীগী ইচেলশুংদা চাউবা-চাউরব ঙা কয়া চেল্লি, শম্নরি। ঙাশিং অদুদগী থব ফাবক্লগা রাজধর্মনা গৌতমগী চানবা শেমশারি ॥ ৪ ॥ কশ্যপকী মচাদুনা মৈ পগৎলা নোয়রবা ঙাশিং অদুবু গৌতমদা লানশিল্ল ॥ ৫ ॥ গৌতমনা অদুম্না ঙাশিং অদু মৈথক্তা থাংগৎতুনা পোলে মাদু চাবগা ব্রাহ্মণগী অস্তুম তাত ওঙ্গেরপ পোল্ল অদুদগী মহাতপস্বী উচেক অদুনা মহাক্কী চোকথরম্ভ কাক্লংবগীদমক মশা অনী তিংথোবতুনা হুমাই হুম্মি ॥ ৬ ॥ ঙহাক পে থারগা ফম্মকপা মতমদা রাজধর্মনা গৌতমদা মহাক্কী গোত্র হঙি গৌতমনা

ততোবিশ্রান্তমাসীনং গোত্রপ্রশ্নমপৃচ্ছত সোঽব্রবীৎ গোতমোঽস্মীতিব্রহ্মনান্যদুদাহরৎ ॥৭॥
তস্মৈ পর্ণময়ং দিব্যং দিব্যপুষ্পাধিবাসিতম্। গন্ধাঢ্যং শয়নং প্রাদাৎ স শিশ্যে তত্রবৈসুখম্ ॥৮॥
অথোপবিষ্টংশয়নে গৌতমং ধর্মরাট্ তদা। প্রপচ্ছ কাশ্যপোবাগ্মী কিমাগমনকারণম্ ॥ ৯ ॥
ততোঽব্রবীৎগৌতমস্তং দরিদ্রোঽহংমহামতে। সমুদ্রাগমনাকাঙ্ক্ষী দ্রব্যার্থমিতিভারত ॥ ১০॥
তং কাশ্যপোঽব্রবীৎপ্রীতো নোৎকণ্ঠাং কর্ত্তুমর্হসি। কৃতকার্য্যো দ্বিজশ্রেষ্ঠ সদ্রব্যো যাস্যসেগৃহান্। ১১।
চতুর্বিধাহ্যর্থ সম্ভবৃর্হস্পতিমতং যথা। পারম্পর্য্যং তথাদৈবং কাম্যং মৈত্রমিতিপ্রভো ॥১২॥
প্রাদুর্ভূতোঽস্মিতে মিত্রং সুহৃত্ত্বং চ মমত্বয়ি। সোঽহং তথা যতিষ্যামি ভবিষ্যসি যথার্থবান্ ॥ ১৩॥
ততঃপ্রভাতসময়ে সুখং দৃষ্ট্বাব্রবীদিদম্। গচ্ছসৌম্যপথানেন কৃতকৃত্যোভবিষ্যসি ॥ ১৪।
ইতস্ত্রিযোজনং গত্বা রাক্ষমাধিপতির্মহান্। বিরূপাক্ষ ইতি খ্যাতঃ সখা মম মহাবলঃ ॥ ১৫ ॥

---

থুশ্মি— ঐগী মিং গৌতম কৌই, জাতিনা ব্রাহ্মণনি। মাসিদগী লেম্না ঐ করিমতা হায়বা ঙমদে ॥ ৭ ॥ মতম অদুদা উচেক অদুনা নীঙথিজরবা থোৎলবা উনাতনা মহাক্কী ফমুং শেমখি। মনম সুংশিরবা লৈগী মনমতনা ফমুং অদু থোইদোক্না সুংশিরম্মি। উচেকতুনা শেমশাদুনা থাবিবা ফমুং অদুদা গৌতম অদু সুংঙাইনা পোথায় ॥ ৮ ॥ নিংথৌ! অদুদগীদি রাজধর্মা কৌবা উচেক অদুনা গৌতমদা মহাক্না অসোমদা লাকপগী মরম অদু হংভি ॥ ৯ ॥ গৌতমনা থুম্মি শিংলবা, পূকচেল চাউরবা! ঐদি য়াম্না লাইরবা ব্রাহ্মণ মচা অমনি। লনথুম খর ফংব্রা য়েংগে হায়দুনা সমুদ্ররোমদা যুমদগী যাত্রা তৌরকপনি ॥১০॥ রা অসি তাবদা রাজধর্মানা য়াম্না পেনথ্রদুনা অসুম্না হায়রকই— ব্রাহ্মণ অথোইবা! নহাক অদুফাও চৎলুগে হাযনা খল্লহু। অসিরাইদা লেক্ত নীংবা থুংলনি। ফংবিনীংলিবা শেল অদো অসিরাইদগী হেক্ত কংবিরগা য়ুম তান্না চৎপিগ্নো ॥১১॥ ব্রাহ্মণ! বৃহস্পতিগী মত মতুংইন্না ধনবু ফংবা হায়বসে মওং মরি থোক্না লৈ। মপামপুনা থনম্বা পরম্পরাদগী ফংবা, নহালমুক্কী মপোক্তা তৌরকপা কর্মগী মহৈনা ফংবা, ললবু মফংলগে হায়না তোৎনবা সকাম কর্ম্মনা ফংবা অমগা মরূপকী সহায়তাগী ফংবা অমা মরি অসিনি ॥ ১২ ॥ হৌজিক ঐ ব্রাহ্মণ নহাকী মরূপ অমা ওইরবনি। মরূপ ওইবগী সুংশিবদো ঐগী থম্মোয়দা পোকখ্রে। অদুনা ঐনা নহক্কী লল্ লাযনা ফংননবা অরায়বা উপায় অদো তাক্কে ॥ ১৩ ॥ অদুগী তুংদা নোংঙাল্লবদা রাজধর্মানা ব্রহ্মাণদুদা মরল ফংখিনবগী উপায় য়াম্না কুপ্না বিচার তৌরগা অসুম্না হায়রকই—ব্রাহ্মণ! অসিদগী লম্বীসে মাসিদা অসুন চৎপিখো থবক মহৈ য়ানগনি। অসিদগী যুথক অদুমগী লমদং চৎলগা নগর (সহর) অমা ফংগনি। মফম অদুদা য়াম্না বল্লগা লিংচাবগী নিংথৌ বিরূপাক্ষ হায়না কৌবা অমা লৈরমগনি। মহাক ঐগী য়াম্না চান্নথ্রবা মরূপ অমনি ॥ ১৪-১৫ ॥ ব্রাহ্মণ অথোইবা

তংগচ্ছ দ্বিজমুখ্য ত্বং স মদ্বাক্যপ্রচোদিতঃ। কামানভীপ্সিতাংস্তুভ্যং দাতানাস্ত্যেব সংশয়ঃ ॥১৬॥
ইত্যুক্তঃ প্রযযৌ রাজন্ গৌতমো বিগতক্লমঃ। ফলান্যমৃতকল্পানি ভক্ষয়ন্ স যথেষ্টত ॥ ১৭ ॥
চন্দনাগুরুমুখ্যানি ত্বক্‌পত্রাণাংবনানি চ। তস্মিন্‌পথি মহারাজ সেবমানোক্রজংযযৌ ॥ ১৮ ॥
ততোমেরুব্রজং নাম নগরংশৈল্যতোরণম্। শৈল্যপ্রাকারবপ্রংচ শৈলযন্ত্রাকুলংতথা ॥১৯॥
বিদিতশ্চাভবৎতস্য রাক্ষসেন্দ্রস্য ধীমতঃ প্রহিতঃ সুহৃদা রাজন্ প্রীয়মাণঃ প্রিয়াতিথিঃ ॥২০॥
ততঃ স রাক্ষসেন্দ্রঃ স্বান্ প্রেষ্যানাহ যুধিষ্ঠির। গৌতমো নগরদ্বারাচ্ছীঘ্রমানীয়তামিতি ॥২১॥
ততঃ পুরবরাৎ তস্মাৎ পুরুষা শ্যেনচেষ্টনাঃ। গৌতমেত্যভিভাষন্তঃ পুরদ্বারমুপাগমন্ ॥ ২২ ॥
তেতমূচুর্মহারাজ রাজপ্রেষ্যাস্তদাজদ্বিজম্। ত্বরস্ব তূর্ণমাগচ্ছ রাজাত্বাংদ্রষ্টুমিচ্ছতি ॥ ২৩॥
রাক্ষসাধিপতির্বীরো বিরূপাক্ষইতি শ্রুতঃ। স ত্বাংত্বরতি বৈদ্রষ্টুম্ তৎ ক্ষিপ্রং সংবিধীয়তাম্ ॥২৪॥

নহাক মাগী মনাক্তে চৎপিখো। মহাক্ত ঐনা হাযবগী মতুং ইন্না মরাইনা নঙোন্দ শান্‌-পীগনি। নীংলিবা পুন্নমকতু থু গনি। মাসিদা চিং নীঙায কবিত লৈতে ॥১৬॥ নিংথৌ যুধিষ্ঠিব! উচেক্তুনা অসুম্না হায়নবদা গৌতম বৌবা ব্রহ্মাণ অসি মফম অদুদগী থুন যাংনা চৎখি। মাগী চোংথবা রাবা পুন্নমক লোইনা কোকথ্রবান। লম্বীদা তেজপাত পাম্বীশিংগী বনদা চন্দন অগুরুনা থম্না হৌবা বনদা পোথা পোথানা অমৃতগা মান্নবা থুম্নবা উহৈ মক্ত চাচাদুনা অসুম চৎখি ॥ ১৭-১৮ ॥ অসুম চৎখিবদা মেরুব্রজ কৌবা নগর অমা থেংনৈ। নগব অদুগী মায়গৈ মরিমক্তা চীংগী নুংপাক নুদুমমক্তনা চোকপল ওইনা পুমথা থাক্তিল্ল। নগর অদুগী থোঙজাও অদুকাওবা চীংদুম অনীগী বারক্তা অদুম মওইরবনি নগব অদুগী ডাকশেংনবগীদমক্তা থম্নবা শানিবা থুংলাযশিং অদুসু নুংপাক জাংজাংনা শাবা যন্ত্রমক্তনা ওই। ১৯॥ থোইদোক্তা শিংলবা, হিংচাবশিংগী নিংথৌ বিরূপাক্ষদা মনাইশিংনা অসুম্না হংগংলুই —মহারাজ। মহারাজগী মরূপ রাজধর্মানা অতিথি অমা মহারাজগী নাক্তা থারবই, মহাক ষাম্না আশা তৌমা ঈগুংঙাইনা লাকপা ওইনা তৌই। ২০॥ যুধিষ্ঠির! পাউ অদু হেক তাবদা, হিংচাবা নিংথৌদুনা মনাইশিংদা অসুম্না হায়রকই— চৎলু নথোয় থুনা য়াঙনা, নগর সনথোঙদগী গৌতমবু মফম অসি তাম্না থুনা য়াঙনা পুশিল্লবউ ২১॥ যাথং অসি হেক ফংবদা, নিংথৌগী মনাইশিংনা গৌতমবু কৌবকৌরদুনা, খুনুংঙগী মতৌগুম থুনা য়াঙনা চেম্বোকখিদুনা গৌতমনা লৈরিবা সনথোঙ অদু তাম্না প্রেপ্রপ চেম্বোকখি ॥২২॥ নিংথৌ যুধিষ্ঠির! নিংথৌগী সেবকশিং অদুনা মতম অদুদা ব্রাহ্মণদা অসুম্না হায়রকই- ব্রাহ্মণ লেঙঙসি থুনা য়াঙনা তৌবিয়ু, নিংথৌনা মহাকপু উনিংই ২৩। মহারাজ বিরূপাক্ষনা মহাকপু

ততঃ স প্রাদ্রবৎবিপ্রো বিস্ময়াৎ বিগতক্লমঃ। গৌতমঃ পরমর্ধিংতাং পশ্যন্ পরমবিস্মিতঃ ॥ ২৫ ॥
তৈরেব সংহিতোরাজ্ঞো বেশ্মতূর্ণমুপাদ্রবৎ। দর্শনংরাক্ষসেন্দ্রস্য কাঙ্ক্ষমানো দ্বিজস্তদা ॥ ২৬ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি আপদ্ধর্ম্মপর্ব্বণি কৃতঘ্নোপাখ্যানে সপ্তষষ্ট্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥

—(০)—

যাম্না থুনা উননীডিঙ। অদুনা থুনা য়াঙ্না চৎননবা তৌবিরো ॥২৪॥ কৌশিল্লিবদু তাবদা গৌতমগী অরাবা চোকথবা চিংনবপুম্বা থুদক্ত কোকথ্রে। মহাক তকিং তকিংনা ঈঙক ঙল্লা চনশিনখি হিংচাবা নিংথৌগী বৈভব সম্পত্তিংবু উবদা থোইদোক্লা লুংঙাইবা অঙকপা পোকখি। ২৫ ॥ হিংচাবগী নিংথৌ অদু উননীঙবনা ব্রাহ্মণ অদু নিংথৌ মনাইশিংদুগা লোয়ননা কোন্নুং সঙ্গায় মন্নু কাওবা প্রপ্রপ্ চঙখি॥ ২৬ ॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তি পর্ব্বদা আপদ্ধর্ম্মপর্ব্বদা কৃতঘ্নো পাখ্যানগী চামহুমকুতরেৎতুবা অধ্যায় লোইবে।

—(০)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## অষ্টষষ্ট্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

( চামল্লুমফুনিপানশুবা অধ্যায় )

### গৌতমগা বিরূপাক্ষগা উন্নবা মতং

### ভীষ্ম উবাচ

ততঃ সংবিদিতোরাজ্ঞঃপ্রবিশ্য গৃহমুত্তমম পূজিতো রাক্ষসেন্দ্রেণ নিষসাদাসনোত্তমে । ১ ॥
পৃষ্টশ্চ গোত্রচরণং স্বাধ্যায়ং ব্রহ্মচারিকম্ ন তত্রব্যাজহারান্যৎ গোত্রমাত্রাদৃতে দ্বিজঃ । ২ ।
ব্রহ্মবর্চসহীনস্য স্বাধ্যায়োপরতস্য চ গোত্রমাত্রবিদো রাজা নিবাসং সমপৃচ্ছত । ৩ ॥

### রাক্ষস উবাচ

ক তে নিবাসঃ কল্যাণ ! কিংগোত্রা ব্রাহ্মণী চ তে । তত্ত্বং ব্রূহি ন ভীঃ কার্য্যা বিশ্রব্ধস্ব যথাসুখম্ । ৪ ॥

### গৌতম উবাচ

মধ্যদেশপ্রসূতোঽহং বাসো মে শবরালয়ে । শূদ্রা পুনর্ভূর্ভার্য্যা মে সত্যমেতদ্ব্রবীমি তে । ৫

ভীষ্মনা হায়ঃ— নিংথৌ ! অসিগী তুংদা মহাক লাকপগী পাউ অহু নিংথৌ অহুদা তম্লুরে। মহাকী নাংথিজরবা কোংগং মপুংজ্বা পুশিনখ্রে। মফম অহুদা নিংথৌহনা মহাক্কী সেবা পুজা অতিথি সেবানচিংবা 'বধি কায়দনা হৌই। অহুগী তুংদা ব্রাহ্মণ অসি আসন-থক্তা নীংথিনা ফমথে ॥ ১ ॥ বিরূপাক্ষনা গৌতমদা মাগী গোত্র, শাখা, ব্রহ্মচারী ওইহনা ব্রহ্মচার্য্য আশ্রমদা তমখিবা বিদ্যা অসনচিংবগী মরমদা য়াহ্না হংই; অদুবু গৌতমনা গোত্র ( জাতি ) হায়বদগী হেন্না করিমত্তা হায়বা তাকপা ঙমখিদে। ২ ॥ ব্রাহ্মণগী শৌনবা বিদ্যা তেজনচিংবা য়াওদ্রবা শাস্ত্রবু নৈনব-তম্বগী শরুক করিমত য়াওদ্রবা মমংগা গোত্র (জাতি) গা আসদগী হেন্না করিমত থওজদ্রবা ব্রাহ্মণ অদুদা নিংচাবনিংথৌ বিরূপাক্ষনা মাগী পোকফম লৈফমবু অস্মনা হংলকই ॥ ৩ ॥ ব্রাহ্মণ ! নহাক্কী পোকফম লৈফম কৈদনো ? নংগী লোয়নবীহুদি করি জাতিগী নিজোগ্নো হায়রিবশিংসে মসিংত্তদি চুম্না চপ চানা থুম্মু। বিগম্নু ঐবু থাজো, ফিঙ্গৎকম্নু ॥ ৪ ॥

গৌতমনা হায়ঃ— মহারাজ ! হংচাবা পুন্নমক্কা নিংথৌ ! ঐ মধ্যপ্রদেশতা পোকই। অদুবু শাদানবগী ইমুংদা লৈ। ঐগী মুপাদ শূদ্রজাতগী নিজোগ্নি। অদুগা মহাক অদুসু ঐ নতুবা নিপা অমগী লোইসংবী ওইরম্নক ওইরুরবানি। ঐ হায়খ্রেশোনা হায়দোকচরবনি ॥৫॥

## ভীষ্ম উবাচ

ততো রাজা বিমমৃশে কথং কার্য্যমিদং ভবেৎ। কথং বা সুকৃতং মেস্যাদিতি বুদ্ধ্যাম্বচিন্তয়ৎ ॥ ৬ ॥
অয়ংবৈজন্মনাবিপ্রঃসুহৃৎতস্য মহাত্মনঃ সম্প্রেষিতশ্চ তেনায়ং কাশ্যপেন মমান্তিকম্ ।৭॥
তস্যপ্রিয়ং করিষ্যামে সহি মামাশ্রিতঃসদা ভ্রাতামে বান্ধবশ্চামৌ সখা চ হৃদয়ঙ্গমঃ ॥ ৮ ॥
কার্ত্তিক্যামদ্য ভোক্তারঃ সহস্রং মে দ্বিজোত্তমাঃ তত্রায়মপিভোক্তা চ দেয়মস্মৈ চ মেধনম ॥ ৯ ॥
স চাদ্য দিবসঃ পুর্ণ্যো হ্যতিথিশ্চায়মাগতঃ সংকল্পিতঃ চৈবধনং কিং বিচার্য্যমতঃপরম্ ॥ ১০ ॥
ততস্ত সহস্রংবিপ্রাণাং বিদুষাং সমলংকৃতম্। স্নাতানামনুসম্প্রাপ্তম্ সুমহৎক্ষৌমবাসসাম্ ॥১১॥
তানাগতান্ দ্বিজশ্রেষ্ঠান বিরুপাক্ষো বিশাম্পতে। যথার্হংপ্রতিজগ্রাহ বিধিদৃষ্টেন কর্ম্মণা ॥ ১২ ॥
বৃষ্যস্তমা তুসংন্যস্তা রাক্ষসেন্দ্রস্য শাসনাৎ ভূমৌবরকুশাঃ স্তীর্ণাঃ প্রেষ্যৈর্ভরতসত্তম ।১৩।

---

ভীষ্মনা হায়:— নিংথৌ যুধিষ্ঠির! গৌতমগী বাহু তাবদা হিংচাবগী নিংথৌসি অদুনদি তৌজিক কর তৌফম হাযবস পুক্নীংদা য়াম্না কুপ্না বিচাব তৌরক্লে। ঐনা মভোন্দা তৌগদৌবিবা দান ধর্ম্মশিং অসু পাপকীবা পুণ্যগীরা হাযবসি য়াম্ন কুপ্না খন্নবকই। নিংথৌসিনা মাথগে পুম্বা ওন্দুনা অক-ফবগী বিচার তৌরকই ॥ ৬॥ মহাক্না অসুম্না খল্লকই "মহাক অসি ব্রাহ্মণগী গেত্রদা পোকই হায়বা মথৈত মঙায়রে। অদুগা মহাত্মা ওইরবা মরূপ রাজধর্ম্মাগী মরূপনিসু হায়রি। কশ্যপ কুমার রাজধর্ম্মানা ঐগী ঈকমদা অতিথি ওইনা থারক্লি। অদুনদি মসিগী মফমদা ঐগী তৌফম থোকপা নীংথিবা থবক খরদুদি তৌফম থোকই। মহাক অসি মপুক্নীং তিংনা ঐভোন্দা য়াম্ন আশা তৌনসু লাক্লি। মহাকসি ঐগী মরূপ অমদি ঈচিম্নাওগুম্বসু থোক্লে ॥ ৭—৮ ॥ ঙসিদি কার্ত্তিক (মেরা) গী পুর্ণিমানি। ঙসিদি থোইদোক্না গুণ চেন্নবা ব্রাহ্মণ লিশিং লিশিং চাবগদৌরি, দান ফংগদৌরি। মথোয়দুগী মরক্তা মাসু চাবথকপা দান লৌবা য়াওগদৌরি। মথোয়দা দান তৌবা মতমদা মভোন্দসু তৌবা তারি। অদুগা ঙসিদি মহাফরবা শুভদিন পুণ্য তিথি অমসুনি। অদুগীসু মথক্তা মাদ ঈহান হানবা, ঐভোন্দা অতিথি ওইনসু লাকলি। অদুগা মাগী গেত্রনচিংবা হন্দ্রিভৈ খংদ্রিভৈদগী মাভোন্দা ধন থর দান তৌগে হায়নসু সংকল্প তৌখ্রে। অদুনদি মখা করি অমা বিচার অমমুক তৌনিঙাই লৈরি? ॥ ৯—১০ ॥ অদুগী তুদা ব্রাহ্মভোজনগী মতমদা বিদ্বান্ ওইরবা ব্রাহ্মণ লিশিং লিশিংনা স্নান তৌরবা তুংদা লুবা রেশমগী ফীজোল শেংলদুনা হোঙান তোভানবা লৈত্তেংগা লোয়ননা মফম অদুদা থুংজরে ॥১১ নিংথৌ বিরূপাক্ষনা লাকলিবা অথোইবা ব্রাহ্মণশিং অদুবু শাস্ত্রগী বিধি কায়দন স্বাগত তৌখি ॥১২॥ ভরত শাগেগী অথোইবা! হিংচাবনিংথৌগী য়াথং মতুংইম্না মনাইশিংনা ব্রাহ্মণশিং অদুনা ফমনবা কুশগী আসন পংবং পনেং থই ।১৩। নিংথৌনা তরাম তরাম কৌশিল্লবা

তাস্তু তে পূজিতা রাজ্ঞা নিষণ্ণা দ্বিজসত্তমাঃ। তিলদর্ভোদকেনাথ অর্চিতা বিধিবৎদ্বিজাঃ ॥১৪॥
বিশ্বেদেবাঃ সপিতবঃ সাগ্নযশ্চোপকল্পিতাঃ বিলিপ্তাপুষ্পবন্তশ্চ সুপ্রচারাঃ সুপূজিতাঃ
ব্যরাজন্তমহারাজনক্ষত্রপতয়ো যথা ॥ ১৫ ॥
ততোজাম্বুনদীঃপাত্রীর্বজ্রাঙ্কাবিমলা শুভাঃ ববান্নপূর্ণা বিপ্রেভ্যঃ পাদান্মধুঘৃতপ্লুতাঃ ॥ ১৬ ॥
তস্যনিত্যং সদা যাঢ্যাং মাধ্যাং চ বহবো দ্বিজাঃ ঈপ্সিতংভোজনবরং লভন্তেসংকৃতংসদা ॥১৭॥
বিশেষতস্তু কার্ত্তিক্যাং দ্বিজেভ্যঃ সম্প্রযচ্ছতি। শরদ্ব্যপায়ে রত্নানি পৌর্ণমাস্যামিতি শ্রুতিঃ ॥১৮॥
সুবর্ণং রজতং চৈব মনীনথচমৌক্তিকান্ ॥ ১৯ ॥
বজ্রান্মহাধনাংশ্চৈব বৈদূর্যাজিননরাঙ্কবান্ রত্নরাশীন্ বিনিক্ষিপ্য দক্ষিণার্থে চ ভারত ॥ ২০ ॥
ততঃ প্রাহ দ্বিজশ্রেষ্ঠান্ বিরূপাক্ষো মহাবলঃ। গৃহ্ণীত রত্নান্যেতানি যথোৎসাহং যথেষ্টতঃ ॥২১॥
যেষু যেষু চ ভাণ্ডেষু ভুক্তং বোদ্বিজসত্তমাঃ তান্যেবাদায়গচ্ছধ্বং স্ববেশ্মানীতি ভারত ॥২২॥
ইত্যুক্তবচনে তস্মিন্ রাক্ষসেন্দ্রেমহাত্মনি। যথেষ্টং তানি রত্নানি জগৃহুর্ব্রাহ্মণর্ষভাঃ ॥২৩॥
ততোমহার্হৈস্তে সর্ব্বে রত্নৈরভ্যর্চিতাঃশুভৈঃ ব্রাহ্মণস্যাষ্টবসনাঃ সুপ্রীতাঃস্মতদোহভবন্ ॥২৩॥

ব্রাহ্মণশিংস্থু মাগী মাগী আসনদা ফমথনখি। অদুদগী বিরূপাক্ষনা থে ইদিং কুশ মন্তোল অদুগা ঈশিংনা ব্রাহ্মণ খুদিংদা চঙ চঙহুমা পূজা তৌখি ॥১৪॥ লাক্লিবা ব্রাহ্মণশিং অদুবু বিশ্বেদেব, পিতৃলোক, অগ্নি দবনি হায়না খন্দুনা দেবতা অমমমগী বাখল্দা ভক্তিশ্রদ্ধাগা লোয়ননা পূজা তৌখি মহারাজ। মাগী মাগী আসনদা ফমহনা লৈরিবা ব্রাহ্মণশিং অদু অমমম্না নোংমদোম্বকী থাজ অমমমগুম্ থোইনা নীংথিজখি ॥১৫। অদুগী তুংদা নিংথৌহনা হীরা হৎলবা সনাগী পুথম অমমমদা হাউব চাউববা অহাউ অথুম থন্না হাপ্তুনা ব্রাহ্মণশিং অদুগী মাঙদা থমখি ॥ ১৬ ॥ অসুম তৌদুনা মহাক্কী কোংদা ঈঙা-বাকচীংগী পূর্ণিমা খুদিংদ ব্রাহ্মণশিংনা নিংথৌদুগী মফমদগী অতিথি সৎকার, অদুগা ব্রহ্মভোজন হেক হেক ফংলবনি ॥ ১৭ ॥ খাহদগী থেই দাক হেন্দোক্লা মেরাগী পূর্ণিমাদদি, শরৎঋতুনা লোইরশিল্লকপদা নিংথৌশিংনা ব্রাহ্মণশিংদা মণিমুক্তা মক্তা দান তৌবিবনি হায়নসু এথোযনা তায় ॥১৮॥ নিংথৌ যুধিষ্ঠির! ব্রাহ্মণশিংহুনা চাবা লোইরবা তু দা, মথোযগী মাঙদা, সনালুপা মণিমুক্তা হীরা বত্ বৈদূর্য্য-সবকত মণি জাৎ জাৎ অদুগা বঙ্কুশজীগী মউন মপৈ মপৈ পৈথত্তুনা দক্ষিণাগুম থম্মী ॥ ২০ ॥ ব্রাহ্মণ অথোইবশিং অদুদা হিংচাবগী নিংথৌ বিরূপাক্ষনা অসুন্না হায়নকই ঃ— ব্রাহ্মণ অথোইবশা। মযামগী মাঙদা পৈরিবা লংথুমশিং অসে হেক পুবা ঙম্নবৈ পুবিথো। মযামনা চাবিব; মণিমুক্তা হৎলবা পুথম তেঙ্গোৎশিং অসিসু অদুম পুবিথো ॥২১—২২॥ পুকচেল চাউরবা নিংথৌ অদুনা অদুম্না হায়রবদা ব্রাহ্মণশিং অদুনা মানা মানা ঙম্বা অদুগা খোমজিন্দুনা লৌই ॥ ২৩ ॥ অদুগী তুংদা মমল যাম্নবা মণিমুক্তাতনা পূজা তৌগ্রব

ততো মহার্হৈস্তে সর্ব্বে রত্নৈরভ্যর্চিতাঃ শুভৈঃ ব্রাহ্মণা মৃষ্টাশনাঃ সুপ্রীতাঃ সম্প্রতোহভবন্ ॥২৪॥
ততস্তান্ রাক্ষসেন্দ্রশ্চ দ্বিজানাহ পুনর্বচঃ নানাদেশগতান্ রাজন্ রাক্ষসান্ প্রতিষিধ্য বৈ ॥২৫॥
অদ্যৈকং দিবসং বিপ্রা নবোহস্তীহ ভয়ং কচিৎ রাক্ষসেভ্যঃ প্রমোদধ্বমিষ্টতো যাত মাচিরম্ ॥২৬॥
ততঃ প্রদুদ্রুবুঃ সর্ব্বে বিপ্রসংঘাঃ সমন্ততঃ গৌতমোহপি সুবর্ণস্য ভারমাদায় সত্বরঃ ॥২৭॥
কৃচ্ছ্রাৎসমুদ্বহন্ ভারং ন্যগ্রোধং সমুপাগমৎ ন্যষীদচ্চ পরিশ্রান্তঃ ক্লান্তশ্চ ক্ষুধিতশ্চ সঃ ॥২৮॥
ততস্তমভ্যগাৎ রাজন্ রাজধর্ম্মা খগোত্তমঃ স্বাগতেনাভিনন্দংশ্চ গৌতমং মিত্রবৎসলঃ ॥২৯॥
তস্য পক্ষাগ্রবিক্ষেপৈঃ ক্লমং ব্যপনয়ৎ খগঃ পূজাং চাপ্যকরোৎ ধীমান্ ভোজনং চাপ্যকল্পয়ৎ ॥৩০॥
স ভুক্তবান্ সুবিশ্রান্তো গৌতমোহচিন্তয়ৎ তদা। হাটকস্যাভিরূপস্য ভারোহয়ং সুমহান্ ময়া ॥৩১॥
গৃহীতো লোভমোহাভ্যাং দূরং চ গমনং মম। ন চাস্তি পথি ভোক্তব্যং প্রাণসংধারণং মম ॥৩২॥
কিং কৃত্বা ধারয়েয়ং বৈ প্রাণানিত্যভ্যচিন্তয়ৎ। ততঃ স পথি ভোক্তব্যং প্রেক্ষমাণো ন কিঞ্চন ॥৩৩॥

---

ব্রাহ্মণশিং অদু মীতাথজরবা ফীজোল্ লৈতেংতনা মশাপুম্বা কুপগ্রহনা থোইদোক্না পেনখি ।২৪॥ নিংথৌ, যুধিষ্ঠির! অদুগী তুদা হিংচাবগী নিংথৌহন। ব্রাহ্মণশিংদুগী মথক্তা ঐম্বী ঊনখান্দা হিংসাগী থবক হুরানচীন্নিবা করিমত্ত ভৌগন্থ হায়না হিংচাবশিংদা য়াথং পীরগা ব্রাহ্মণশিং অদুদা অসুম্না হায়খিকই—ব্রাহ্মণ পম্মক! ঙসি নোংমসিগীদমক্তদি হিংচাবশিংগী মকমন্দগী কারিমত্তা কিনংঙাতে লৈতে। অদুনা ময়াম্না অপুং ফুংজাইনা লৈবিয়ু। অদুগা মমান্দ্র-লৈদা থুনা য়াঙনা লৈফম্ তাম লেন্দ্রবিয়ো। করা অসু কুইনা মফম্ অসদা পন্থাবরদু ।২৫—২৬। মা অসি হক্ তাবদা ব্রাহ্মণ শিং পুম্নমক মান পুবা ভম্বা অমপ্ পুদনা থুন য়াঙনা পুদনা চেম্নখি। গৌতম হায়বা ব্রাহ্মণ মচাসিদু মানা অভুক্ত পুদুনা মাগী হান্নগী থু ফম্ বট পাম্বী অমগী মনাওা পুংভুরে। মহা [illegible] লেক যৌরদা মহাক্ অরাম থৌবাবনা লৈবা য়ারকত্রে অম্বীদা মহাকনা লাক্পা [illegible] চাকমক্তা লেঙনা ওৎপা য়াম্নদ্রে।২৬—২৭॥ নিংথৌ! অদুদগীদি, ঙহাক্ লৈরম্বা উচেক পুম্নমক্কী নিংথৌ রাজধর্ম হায়বাসি মহাক অদুদা লৈবমদুনা গৌতমবু তরাম্ তরাম্ স্বাগত তৌই ,২৯। শিংলবা উচেক নিংথৌসিনা মাগী মশা অনী অদুগী থোংলবা মতু মরোম কাদুনা গৌতমদা হুরায হুম্শ অদুদগীদ গৌতম অসি চোক্থবা পুম্বা কোকাক্রে। মহাক্না পূজা চিনা পুম্নমক তৌরবা তুংদা মাগী চানবক্তবগী থৌরাং তৌখি।৩০॥ চাবা থক্পা লোইরগা, ভুগাক্ পোপারগা, গৌতমনা অসুম্না চিন্তা তৌরকই — হৈস্ ওম্মোক্পনি! অপাম্বা মিরোবা হাক্সনখৎনা সনা লুপাগী মপৌবু ঐনা পুরক্লে। ঐনা হৌজিক্ চৎকদবদি য়াম্না লাপ্প্রি। লম্বীদা চাননবদি ঐভোন্দা করিমত্তা য়াওদে। য়ুম ফাওবা হিংদুনা চংশিননবা চীঙ্গাক্তি ঐভোন্দা করিমত্তা লৈতে ৩১—৩১।

কৃতঘ্নঃপুরুষব্যাঘ্রমনসেদমচিন্তয়ৎ অয়ং বকপতিঃপার্শ্বে মাংসরাশিঃ স্থিতো মহান্ ॥৩৪॥
ইমংহত্বা গৃহীত্বা চ যাস্যেঽহংসমভিদ্রুতম্ ॥ ৩৫ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি আপদ্ধর্ম্মপর্ব্বনি কৃতঘ্নোপাখ্যানে অষ্টষষ্ট্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

—(•)—

অদুনদি করম্বা উপায়না করি চাদুনা য়ুম য়ৌখিসিগে? অদুনা মহাক্ চিন্তাগী ঈপাক্তা লূপ্রে। নিপা অথোইবা, নিংথৌ য়ুধিষ্ঠির! অসুম্ খল্লবদা লম্বীদা চাননবগী চেংজেলগী উপায় করিমতা উৎকত্রবদা তৌবিমল্ খঙত্রবা ব্রাহ্মণ অদুনা অসুম্না খল্লকই—উরোক পুম্নমক্কী নিংথৌ উচেক অসি ঈনাক্তা লৈরি। মহাক্কী মশাসিদা শদুম মহাও য়াম্না য়াওরি। মসিবু হাৎলগা ঐ মাগী মশা অদু পুদুনা থুনা হেক্তা মচৎগে। ৩৪—৩৫।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা আপদ্ধর্ম্মদা কৃতঘ্নোপাখ্যানগী চামগা হুমফুনিপালগুবা অধ্যায় লোইরে।

—(০)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## ঊনসপ্তত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

( চামহুমফুমাপলশুবা অধ্যায় )

( তৌবিমল থওদবা গৌতমনা রাজধর্মাবু হাৎপা )

—(•)—

### ভীষ্ম উবাচ ।

অথ তত্র মহাচিষ্মাননলো বাতসাবথিঃ তস্যাবিদূরে রক্ষার্থং খগেন্দ্রেণ কৃতোঽভবৎ । ১।।
স চাপি পার্শ্বে সুষ্বাপ বিশ্বস্তো বকরাট্ তদা কৃতঘ্নস্তু স দুষ্টাত্মা তং জিঘাংসুরথাগ্রতঃ ॥ ২ ॥
ততোঽলাতেন দীপ্তেন বিশ্বস্তং নিজঘান তম্ । নিহত্য চ মুদা যুক্তো সোঽনুবন্ধনং ন দৃষ্টবান্ ॥৩॥
সতং বিপক্ষরোমানং কৃত্বাগ্রাবাচৎচৎত্ক তং গৃহীত্বা সুবর্ণং চ যযৌ দ্রুততবং দ্বিজঃ ॥ ৪ ॥
ততোদাক্ষয়ণীপুত্রং নাগতং তং তু ভারত বিরূপাক্ষশ্চিন্তয়ন বৈ হৃদয়েন বিদূয়তা
ততোঽন্যস্মিন্ গতে চাহ্নি বিরূপাক্ষোঽব্রবীৎসুতম্ ন প্রেক্ষে রাজধর্মাণ মদ্য পুত্র খগোত্তমম্ ॥৫॥

---

ভীষ্মনা হায় ঃ— নিংথৌ ! উরোক্ নিংথৌ রাজধর্মানা গৌতমগীদমক্তা মাগী মনাক্তা মৈ থাগত্তুনা থমখি । নুংশিংনা মৈবদা মৈ অদু যাম্না কন্না মৈরি থোক্না চাক্থৎলকখি ।।১।। বকরাজ অদুনা মাগী মরুপ গৌতমংবু যাম্না থাজবশ্ম । অদুমক্তনা নীওঙাযবা লৈতনা মাগী মনাক্তা তুমখিবনি । অদুগা অমবোম্দন', মবুকচেল্ ফত্রবা পাপী অদুনা রাজধর্মাবু হাৎলগে হায়না চপ্ যুংনা থনখিদুনা ৱোগৎলগা মৈনি ফংনা চাক্রিবা মৈছুম্ অমনা থাদুনা উচেক নিংথৌদুবু হাৎলে । অদুদগীদি মাগী চানীঙাই ফংলদুনা য'ম্না নুংঙারে । মরুপ হাৎপগী মহৈ অদু পাপী ব্রাহ্মণ অদুনা কবি থোক্রগদগে হাযবদু কবিংতা থঙ্ন্ত্র ।।২–৩।। মহাক্ শিরবা উচেক অদুগী মতুনচিংবদু থদৎ-ফাযদত্তুনা মৈ অদুদা লোৎবে । মাহুবু মনেংবাব্দা হায়গত্তুনা সনা নুপাশিং অদুগা লোয়ননা মযম্ অদুদগী মহাক্ থুনা যাচনা চৎত্রে । ৪ ভরতবংশদা পোক্পা নিংথৌ ! দক্ষ কন্যাগী মচা রাজধর্মানা লাক্প' ওম্থিদবা তুমিৎ অদুদা হিংচাবগী নিংথৌ বিরূপাক্ষ হায়বসি যাম্না চিন্তা তৌথি মথং নোংযদসু লাকত্রবদুদা বিরূপাক্ষনা মচাদা অসুম্না হায়রকই—ইবুঙো ! নোংম নিনিসি ঐ উচেকী মহুংদা অথোইবা রাজধমাবু উদ্রে । ৫ । উচেক্ অথোইবদো তুমিৎ খুদিংগী অযুক্তা ব্রহ্মাজীদা থুরম্বা হেক্ হেক্ চৎপনি ।

রুরোদ রাজা তং দৃষ্ট্বা সামাত্যঃ সপুরোহিতঃ  আর্ত্তনাদশ্চসুমহানভূৎ তস্য নিবেশনে ১৬॥
সস্ত্রীকুমারং চ পুরং বভূবাস্বস্থমানসম্ । অথাব্রবীন্ স পুত্রং পাপোঽয়ং বধ্যতামিতি ॥ ১৭ ॥
অস্য মাংসৈরিমে সর্ব্বে বিহরন্তুযথেষ্টতঃ  পাপাচারঃ পাপকর্ম্মা প্রাপাত্মা পাপসাধনঃ ॥ ১৮ ॥
হন্তব্যোঽয়ং মম মতির্ভবন্তিরিতি রাক্ষসাঃ । ইত্যুক্তা রাক্ষসেন্দ্রেন রাক্ষসা ঘোরবিক্রমাঃ ॥১৯।
নৈচ্ছন্ত তং ভক্ষয়িতুং পাপকর্ম্মাণমিত্যুত । দস্যুনাম্ দীয়তামেষ স্বাধদ্য পুরুষাধমঃ ॥২০॥
ইত্যুচুস্তে মহারাজ রাক্ষসেন্দ্রং নিশাচরাঃ  শিরোভিঃ প্রণতাঃসর্ব্বে ব্যাহরন্ রাক্ষসাধিপম্ ॥২১॥
নদাতুমর্হসি ত্বং নো ভক্ষণায়াস্য কিল্বিষম্ । এবমস্ত্বিতিতানাহ রাক্ষসেন্দ্রো নিশাচরান্ ॥২২॥
দস্যুনাম্ দীয়তামেষ কৃতঘ্নোঽদ্যৈবরাক্ষসাঃ  ইত্যুক্তা রাক্ষসাস্তেন শূলপাট্টিশাপানয়ঃ ॥ ২৩ ॥
কৃত্বা তং খণ্ডশঃ পাপং দস্যুভ্যঃ প্রদদুস্তদা  দস্যবশ্চাপি নৈচ্ছন্ত তমত্তুং পাপকারিণম্ ॥ ২৪॥
ক্রব্যাদা অপি রাজেন্দ্র কৃতঘ্নং নোপভুঞ্জতে

শহুম্ ঙকচাংদু উংখি । গৌতমসু মপাগী মাঙদা চপ্ লেপ্তুনা লৈরম্মি ।১৪—১৫॥ মাগী মক্বপ্না ওইরিবা দশাদু উবদা হিংচাবা নিংথৌ বিরূপাক্ষ অসি মাগী মন্ত্রীশিংগা লোয়ননা ও-ও খোঙ্হনা কপ্লকই । মহাক্কী কোমুং মচু অচৌ অকপ্ অরাওগী খোঞ্জেল্মক্তনা পুম্নমক্ নিংখি । নগর পুম্নমক্ অহুদা মুপী অঙাং থাক্তনা মী পুম্নমক্কী মায়থোংদা অরাবগী লৈংনিরা কপ্খি । কনা অমত্তা মুংঙাইনা হরাওনা লৈবা উনিদ্রে ।১৬ই। নিংথৌনা মচাদ "পাপী গৌতম অসি হাৎলো" অসুম হায়না য়াথং পীখ্রে । "মচৌ ক্কী মশাসি হিংচাবা পুম্নমকপু চাহল্লু" অসুম হায়না য়াথং পীখি ।১৭। হিংচাব নিংথৌনা অসুম্না ময়ামদা হায়রকই :— হিংচাবশা । নিপাসে মহাপাপী ন; পাপাত্মানি, পাপবর্দ্ধন মহাক্না হেক্ তৌথোনকপা থবক্ মথৈ পাপকর্ম্ম মক্তুনি । অদুনা, নখোয় নিপাসিবু হাৎলা হাৎপনা মতিক চাবে হায়বসি ঐগী মতনি ।১৮ই। হিংচাবা নিংথৌনা মতৌ অসুনা য়াথং পীথোরক্লবদসু হিংচাবশিংহনা গৌতমবু চানীংদে । মরমদি পাপীগী মশাবু চারবদি পাপ পুগনি হায়না মখোয়না থল্লি ।১৯ই। মহারাজ ! হিংচাবশিংহনা মখোয়গী নিংথৌদা অসুম্না হায়রকই :— ঈনাঙথৌ ! পাপী অসিগী মশাসে ডাকুশিংদা পীথোকখিবনা ফগনি । ননাই ঐখোয়দা পাপ চাংও হায়না তাক্পিগনু । অসুম্না হায়জরগা লোয়ননা হিংচাবশিংহনা নিংথৌগী মথোঙ্ পায়হনা হায়জখি ।২০—২১ই। মখোয়গী রাংস তাবদা হিংচাবা নিংথৌ বিরূপাক্ষনা হিংচাবাশিংদা অসুম্না হায়রক্ই "করে হিংচাবশা ! মাহুমক্ তৌবা পাপী অসে ডাকুশিংগী মথুক্ত শিন্নত্রে ।২২॥ নিংথৌগী য়াথং ফংবদা হিংচাবশিংহনা মথুক্তা থাঙ তানচিংবা খুৎলায় পায়হনা গৌতমবু মচেৎ মচেৎ থোক্না কক্থৎলগা ডাকুশিংদা পীথোকখ্রে ।২৩ই। নিংথৌ ! যুধিষ্ঠির ! দস্যুশিংহনসু পাপী অদুগী মশাদু চাও

ব্রহ্মঘ্নে চ সুরাপেচ চৌবেভগ্নব্রতে তথা নিষ্কৃতির্বিহতা রাজন্ কৃতঘ্নে নাস্তি নিষ্কৃতিঃ । ২৫ ॥
মিত্রদ্রোহী নৃশংসশ্চ কৃতঘ্নশ্চ নরাধমঃ ক্রব্যাদৈঃ কৃমিভিশ্চৈব নভুজ্যন্তে হিতাদৃশাঃ ॥ ২৬ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি আপদ্ধর্মপর্ব্বণি
কৃতঘ্নোপাখ্যানে ঊনসপ্তত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥

—(॰)—

হায়বা য়াত্রে। মী শা চাবা হিংচাবনচিংবা জন্তুশিংমক্লসু তৌবিমল্ থঙদবা পাপীগী মশা চানীঙ্দে—পাম্দে ।২৪। নিংথৌ। ব্রহ্মহত্যা তৌবা য়ুথকপা, হূরানবা, ব্রতনিয়ম থুগাইবশিংগী প্রায়শ্চিত্ত প্রতীকারদি শাস্ত্রদা বিধান তৌরি অদুগা, তৌবিমল্ থঙদবা পাপী কৃতঘ্নগী দ কয়নবা উপায় অমত্তা শাস্ত্রনা বিধান তৌরমদে ।২৫। মরূপ্ হাংপা, শাথিনা মবুক ফত্তবা, পুক্চেল্ পীক্পা তৌবিমল্ থঙদবা মীগী মশাদি শাহিং চাবা জীব জন্তুনা তাল কাঙ্ কাওবনা চানীংদে ।২৬।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তি পর্ব্বদা
আপদ্ধর্ম্মপর্ব্বদা কৃতঘ্নোপাখ্যানগী চামহুমফুমাপল্ত্তুবা অধ্যায় লোইরে।

—(॰)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## সপ্তত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

( চামহুমফুতরাশুবা অধ্যায় )

### রাজধর্মাগা গৌতমগা অনীনা অমুক হিঙ্গৎলকপা

—(•)—

### ভীষ্ম উবাচ।

ততশ্চিতাং বকপতেঃ কারযামাস রাক্ষসঃ । বত্নৈর্গন্ধৈশ্চ বহুভির্বস্ত্রৈশ্চ সমলং কৃতাম্ ॥১॥
ততঃপ্রজ্বাল্য নৃপতি বকরাজং প্রতাপবান্ । প্রেত কার্য্যাণি বিধিবৎ রাক্ষ সেন্দ্রশ্চকারহ ॥২॥
তস্মিন্ কলেচ সুরভি দেবীদাক্ষায়নী শুভা । উপাস্থিষ্টাৎ ততস্তস্য সা বভূব পযস্বিনী । ৩॥
সস্যা বক্ত্রাচ্চ্যুতঃ ফেনঃ ক্ষীরমিশ্রস্তদানঘ সোহপতৎ বৈ ততস্তস্যাং চিতাযাং রাজধর্ম্মণঃ ॥৪॥
ততঃ সংজ্ঞীবিতস্তেন বকরাজস্তদানঘ । উৎপত্য চ সমীয়ায় বিরূপাক্ষংবকাধিপঃ ॥ ৫॥
তাতে হভ্যয়াৎ দেবরাজো বিরূপাক্ষপুরংতদা প্রাহচেদং বিরূপাক্ষং দিষ্ট্যা সংজীবিতস্তয়া ॥৬॥
শ্রাবযামাস্য চেন্দ্রস্তং বিরূপাক্ষম পুরাতনম্ । যথাশাপঃ পুরাদত্তো ব্রহ্মণারাজধর্ম্মণঃ ॥ ৭ ॥

ভীষ্মনা হায় :— নিংথৌ । অদুগী তু দা হিংচাবগী নিংথৌ বিরূপাক্ষনা বকরাজদুগীদমক্ সংস্কার তৌনবা শীং শেম্লে । শেম্লিবা চিতা অদু মণি মুক্তা রত্ন মথল্ মথল্, মনম্ নুংশিরবা থাউ মথল মথল মমল যাম্লবা ফি মথল মথলনা য়াম্না ফজনা লৈতেংহল্লম্মি ॥১। অদুদগী রাজধর্মা কোবা বকবাজগী অশিবা হবচাং অদু চিতা মথক্তা থাংগৎলগা হিংচাবা নিংথৌনা মৈ কোয়হুনা মৈ চৎঙ্গি । অসুম্না, বকবাজগী মহাসংস্কার অদু বিধি কায়দনা পাঙ্থোকখি ॥১॥ মতম অদুদা লাইবৈবাকী শম্বী, দক্ষকন্যা সুরভি দেবীনা মশামক্ মকম অদুদা লাক্লুনা শুদ্র দা, চিতাদুমক্কী মপা চানা মথক্তা লেপ্লুনা লৈখি ॥৩॥ পাপ চেন্দ্রবা, নিংথৌ যুধিষ্ঠির ! সুরভিগী থয়াদুগী শঙ্গোমগা লোয়ননা কোঙ্গোল্ মরীক মরীক চিতাদুগী মথক্তা তাখি ॥৪॥ নিংথৌ । তারকপা মতমসিমক্তুদা বকরাজদু থডহোদনা চিতা মথক্তা হিংগৎলক্লে । পাইশিনৃখিদুনা হিংচাবা নিংথৌগা হরাউ হরাউনা কোন্নখি ॥৫॥ মতম অসিমক্তা দেবরাজ ইন্দ্রসি বিরূপাক্ষগী নগরদা লাকই । ইন্দ্রনা বিরূপাক্ষদা অসুম্না হায়রকই :— নিংথৌ । য়াম্না নুংঙাইরে । নরায়বক ফবনা নংনা বকবাক্সিবু অমুক হিংগৎহল্লে ॥৬॥ ইন্দ্রনা বিরূপাক্ষগী মক্মদা, মমাংদৈদা ব্রহ্মানা বকরাজ রাজধর্মাদা শাপ তৌখিবনচিংবগী রারি অদু মথং শীৎনা লীখি । ৭। নিংথৌ ! নোংমা বকরাজ রাজধর্মা হায়বসিন, ব্রহ্ম জীগী

তদাবকল্পতী রাজন ব্রহ্মাণং নোপসর্পতি ততঃ রোষাদিদং প্রাহ খগেন্দ্রায় পিতামহঃ ॥৮॥
যস্মান্নষ্ট্যো মমসভাং নাগতোহসৌ বকাধমঃ তস্মাৎ বধং স দুষ্ট আত্মা নচিরাৎ সমবাপ্স্যতি ॥৯॥
তদয়ং তস্য বচনান্নিহতো গৌতমেনবৈ তেনৈবামৃতসিক্তশ্চ পুনঃ সংজীবিতো বকঃ ॥১০॥
রাজধর্মা বকঃ প্রাহ প্রণিপত্য পুরন্দরম্। যদি তেঽনুগ্রহকৃতা মযি বুদ্ধিঃ সুরেশ্বর ॥ ১১ ॥
সখায়ং মে সুদয়িতং গৌতমং জীবয়েত্যুত। তস্য বাক্যং সমাদায় বাসবঃ পুরুষর্ষভ ॥ ১২ ॥
সিক্ত্বামৃতেন তং বিপ্রং গৌতমং জীবয়ৎতদা সভাণ্ডোপস্করং রাজ স্তমাসাদ্য বকাধিপঃ ॥১৩॥
সম্পরিষক্তা সুহৃদং প্রীত্যা পরময়া যুতঃ। অথতং পাপকর্মানং রাজধর্মা বকাধিপঃ ॥১৪॥
বিসর্জয়িত্বা সধনং প্রবিবেশস্বমালয়ম সথোচিতং চ স বকোয যোব্রহ্মসদস্তথা ॥ ১৫॥
ব্রহ্মা চৈনং মহাত্মানমাতিথেয়নাভ্য পুজয়ৎ। গৌতম শ্চাপি সম্প্রাপ্য পুনস্তং শাবরালয়ং

শূদ্রয়াং জনয়ামাস পুত্রান্ দুষ্কৃতকারিনঃ ॥ ১৬ ॥

শাপশ্চ সুমহাংস্তস্য দত্তঃ সুরগনৈস্তদা কুক্ষৌ পুনর্ভ্বা পাপোঽয জনয়িত্বা চিরাৎসুতান্। ১৭॥

সভাদা থওইদনা লাক্তরক্ত উবদা শাউথতুনা ব্রহ্মানা বকরাজসদা শাপ তৌখি, মতুদা অসুম্না হায়খি ৮॥ পুকচস পীরুব, পঙলব, তোল্লবা উচক অদে ঙসি ঐগী সভাদ লাক্তে। মরম অতুমা ফত্রবা উচেক অদু মামা হাৎপগী চৈনা ফংনা লৈইরগু” অসুম্না শাপ তৌখি ॥ ৯ ॥ ব্রহ্মাজীগী শাপ অদুদগী গৌতমনা বকরাজসিবু হাৎখিবনি অদুগা ব্রহ্মানা মশাগী সুব ও এইনা লাক্নুনা অমৃত থীক্নুনা বকরাজ রাজধর্মাবু অমুক হঙ্গংহনখিবনি। ১০। অদুগী তুংদ রাজধর্মা কৌবা উবোক অদুনা ইন্দ্রদা খুকলুপ অসুম্না হায়রকই—“লাইগী পুম্নমক্কী নিংথৌ! ঐবু চানবীবদি ঐগী নুংশিনবা মরূপ গৌতম সনুবু হিঙ্গংহনবিয়ু ॥ ১১ই ॥ নিপা অথোইবা যুধিষ্ঠির! মহাক্না অসুম্না হায়জরসিদা নাবদুনা ইন্দ্রনা গৌতমদসু অমৃত থীক্তুনা মাবুসু হিঙ্গংহল্লে ॥ ১২ই ॥ নিংথৌ! মাগী পুথম তঙ্গোৎ অদুগা সনা লুপাশিংদুগ লোয়ননা গৌতমনা হিঙ্গংলকপদু উবদা বকরাজ রাজধর্মা মংভান্দা চেনশিন্দুনা হরাওনা চেৎনা কোল্লি ॥ ১৩ ॥ অদুগী তুংদা বকরাজ রাজধর্মনা পাপকী লমচত্তা চংলবা গৌতমদুবু মাগী মপোৎ মচৈদুগা লোয়ননা বিদায় তৌরগা মাসু ময়ুমদা হনখি ॥ ১৪ই॥ অদুগী বকরাজ অদু বিধি কায়দনা ব্রহ্মাগী সভাদ চৎখি, ব্রহ্মাজীনসু মহাকপু অতিথি সংকারগা লোয়ননা হরাও-হরাওনা ওকপিরম্মী ॥ ১৫ ॥ গৌতমসু অমুবক ভীল (শাদ নব) শিংগী খুল অদুদা চৎখিদুনা মাগী শূদ্রা লোয়নবীদুগা নৈশিন্নখি মাগী গর্ভদা মচা পাপীমক্তা যাম্না পোকখি। ১৬ ॥ মতম অদুদ দেবতাশিংনা য়াম্না থীনা শাপ তৌদুনা অসুম্না হায়খি :— পাপী অসিনা মিপাল অমদা নৈরুরবী শূদ্রজাতিগী নুপী অসিদা মচা হয়া হয়া পোক্নুনা অমিৎ কয়ানিদগী নৈরক্নি। অদুনা পাপী

নিরয়ংপ্রাপ্স্যতি মহৎ কৃতঘ্নোঽয়মিতি প্রভো এতৎপ্রাহ পুরা সর্ব্ব নারদোমম ভারত ॥ ১৮॥
সংস্মৃত্য চাপি সুমহদাখ্যানং ভরতর্ষভ। ময়াপি ভবতে সর্ব্বং যথাবদনুবর্নিতম্ ॥১৯॥
কুতঃ কৃতঘ্নস্যযশঃ কুতঃস্থানং কুতঃ সুখম্। অশ্রদ্ধেয়ঃ কৃতঘ্নোহি কৃতঘ্নেনাস্তি নিষ্কৃতিঃ ॥২০॥
মিত্রদ্রোহো ন কর্ত্তব্যঃ পুরুষেণ বিশেষতঃ। মিত্রধ্রুঙ্ নরকং ঘোর মনন্তং প্রতিপদ্যতে ॥ ২১ ॥
কৃতজ্ঞেন সদাভাব্যং মিত্রকামেন চৈব হ। মিত্রাচ্চলভতে সর্ব্বং মিত্রাৎ পূজাং লভেত চ ॥ ২২॥
মিত্রাৎ ভোগাংশ্চভুঞ্জীত মিত্রেণাপৎসুমুচ্যতে। সৎকারৈরুত্তমৈর্মিত্রং পূজয়েত্তবিচক্ষণঃ ॥ ২৩ ॥
পরিত্যাজ্যো বুধৈঃ পাপঃ কৃতঘ্নো নিরপত্রপঃ মিত্রদ্রোহী কুলাঙ্গরঃ পাপকর্মা নরাধমঃ ॥ ২৪ ॥
এষধর্ম্মভৃতাং শ্রেষ্ঠ প্রোক্তো পাপো ময়া তব। মিত্রদ্রোহী কৃতঘ্ন বৈ কিং ভূয়ঃ শ্রোতুমিচ্ছসি ॥২৫॥

---

অসি মতম কুইনা নরক্তা তাহনা লৈরগদবনি। ১৭॥ ভরত শাগৈদা পোকপা নিংথৌ! রারী অসে মমাঙৈদা ঐগোন্দা নারদনা লীথিবনি নিংথৌ! রাবী অসি ঐনা নীংশিংঙক্লনা চপচান ঈকায় কায়দনা নঙোন্দা লীরবনি ॥ ১৮ — ১৯ ॥ তৌবমল থগুদবা মীনা ফংগদৌরিবা মিংচৎসি কদাযদনো? কদাযদনো মহাক্তা ফংগদৌরিবা মিংচৎসে? তৌবিমল থগুদবা মীদ থাজনীঙায় শূকলৈ লৈত্তবানি। অতৈ অতৈ পাপকর্ম্মগী প্রায়শ্চিত্ত প্রতীকারদি শাস্ত্রদা অহুম মযাওরি। অদুগা বিশ্বাসঘাত তৌবগী তৌবিমল থগুদবগী পাপকী প্রায়শ্চিত্ত প্রতীকারদি কারগুম্বা শাস্ত্রদা যাওদ্রবনি ॥ ২০ ॥ তাওনংমীনা য়ায়া চোকশিন্না মিত্রদ্রোহগী পাপতগী মশা মথন্তবু নম্নবা লোৎনকম্ থোকই। তৌবিমল্ থগুদবা মিত্রদ্রোহী ওইবা মীদি মতম কোৎবা লাইনা লৈরিমথে নরককী অনাবা ফংগনা লৈ ॥২১॥ মী থুদিংমক্ তৌবিমল্ থগুবা মীশক ওইগদৌবনি। অফবা মরূপপুম্ন পাম্গদৌবনি। মরূপতগী ফংবা য়াদবা পোৎশক অমত্তা সংসাবদা লৈত্রে। মিত্রগা তিম্নজবা ফংবদগী সনা লুপা লম্হুম, মিংচৎ লোক মার্য্যাদা লোইনা ফংবা ওম্মি ॥ ২২ ॥ মরূপকী মতেংদগী ভোগ মথল-মথল ফংবা ওম্মি। মরূপকী সহায়ত্তাদগী মীওইবনা অরাবা থুদোংথীবা কযাদা লায়না লাম্থোকপা ওম্মি। অদুনা অশিংবা মীনা মরূপপু অত্তিথি সংকারনচিংবনা পূজা তৌদুনা পম্গদবান ॥ ২৩ ॥ পাপী, কৃতঘ্ন (তৌবিমল্ থগুদবা), নির্লজ্জ (ঈকায় থগুদবা), মিত্রদ্রোহী (মরূপতা হিংসা তৌবা), কুলাঙ্গার (শাগৈদা মৈতাল অশিবগুম্বা পাপাচারী (পাপকী থবক্তা মতৌবা) অসগুম্বা মনুষবা তোল্লবা মীশিংসিবু অশিংবশিংনা মতম পুম্বদা থাদোক্কদবনি ॥২৪॥ ধর্ম্ম চেনবাশিংগী মহুদা অথোইবা! ঐনা নংগী নফমদা পাপী, মিত্রদ্রোহী অদুগা কৃতঘ্নগী পরিচয় অসি রারীগা লোয়ননা পীরবসিনি। হৌজিক

## বৈশম্পায়ণ উবাচ

এতচ্ছ্রুত্বা তদা বাক্যং ভীষ্মেনোক্তংমহাত্মনা। যুধিষ্ঠিরঃ প্রীতমনা বভূব জনমেজয় ॥ ২৬ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি আপদ্ধর্ম্মপর্ব্বনি কৃতঘ্নোপাখ্যানে সপ্তত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

—(০)—

অমুক করি তানীংলি? ॥ ২৫ ॥ বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— মহারাজ! জনমেজয়! মহাত্মা ওইবা ভীষ্মগী রা তাবদা যুধিষ্ঠির অসি মপুক্নীংদা ওন্থোক্না পেনৃখ্রে ॥ ২৬ ॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা আপদ্ধর্ম্মপর্ব্বদা কৃতঘ্নোপাখ্যানগী চামগা হুমফুতরাগুবা অধ্যায় লোইরে।

—(০)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## একসপ্তত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

(চামহুমফুতরামাথোইশুবা অধ্যায়)

### নিংথৌ সেনজিৎকা ব্রাহ্মণগা অনীগী ঙাঙনবা

**যুধিষ্ঠির উবাচ।**

ধর্ম্মাঃ পিতামহেনোক্তা রাজধর্ম্মাশ্রিতাঃশুভাঃ। ধর্ম্মমাশ্রমিণাংশ্রেষ্ঠং বক্তুমর্হসি পার্থিব ॥১॥

**ভীষ্ম উবাচ**

সর্ব্বত্র বিহিতো ধর্ম্মঃ স্বর্গ্যঃ সত্যফলং তপঃ। বহুদ্বারস্য ধর্ম্মস্য নেহাস্তি বিফলা ক্রিয়া ॥২॥
যস্মিন্ যস্মিংস্তু বিষয়ে যো যো যাতিবিনিশ্চয়ম্ স তমেবাভিজানাতি নান্যং ভরতসত্তম ॥৩॥
যথা যথা চ পর্য্যেতি লোকতন্ত্রমসারবৎ তথা তথা বিরাগোঽত্র জায়তে নাত্র সংশয়ঃ ॥৪॥
এবং ব্যবসিতে লোকে বহুদোষে যুধিষ্ঠির। আত্মমোক্ষনিমিত্তং বৈ যতেত মতিমান্নরঃ ॥৫॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ— ঈবুধৌ! রাজধর্ম্মাগী মরমদা, অথোইবা ধর্ম্ম কয়াগী তত্ত্ব উপদেশ ঈবুধৌনা পীবিরে পৃথ্বীমপু! আশ্রমদা লৈবা মীশিংগী অয়াম্বা অথোইবা ধর্ম্মগী মরমদা লীবিয়ু।১॥ ভীষ্মনা হায়ঃ— যুধিষ্ঠির! বেদশিংগী মথুংদা মফম মতম পুম্নমক্কী ওইবা তোঙাল তোঙালবা আশ্রমবাসীশিংগী স্বর্গনচিংবা মতীক চাবা মহৈ পীনহৈবগী মথুংদা থাইদগী অথোইবদি "তপস্যাতনি হায়না ইরি। ধর্ম্মগী থোঙ্ কয়া ফাংদি সংসারদা, করিগুম্বা মহৈ অমত্তঃ পীরমদবা থবক অমত্তা লৈতে।২॥ ভরত শাগেগী অথোইবা! তাইবং মীনা মাগী মাগী কর্ত্তব্য (তৌগদবা মথৌ) নি হ য়না থম্লরিবা, লৌনরিবসে অতুম অতুম ওইবা বিষয়দা মাগী মাগী মপুং ফানা বিশ্বাস অমদি আশা পোকপ্রবা অদু অতুতবুনি! অদু নত্তবা অতৈদি মথৌ ওইনা খন্দে।৩॥ সংসারগী পোৎশিং বিষয়াশং অসিবু কান্নদবা মচি য়াওদবনি হায়না অসুমসুম মহুক্না থম্লিন্নকপতুনী মতুং ইন্না হায়রিবা বিষয় অমদি পোৎশিং অতুনা মহাক্কী বৈরাগ্য ভাব (হৈনিংদবা পুক্নীংগী মওং) অদু অসুমসুম পোকশিল্লকই। মাসদা করিমত্তা চিংনগীঙায় লৈত্রবনি।৪॥ যুধিষ্ঠির! অসুম তৌহুনা জগৎ অসে দোষ কয় কয়ানা থম্না লৈরবনি। অসুম হায়না পুক্নীংদা নিশ্চয় অমা তৌরগা বুদ্ধিমান ওইবা মীনা য়াম্না বুদ্ধি তৌনা হায়রিবা দোষশিং অসিদগী লাম্থোক্লবা হোৎনগদবনি।৫॥ যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ—

## যুধিষ্ঠির উবচ

নষ্টে ধনে বা দারে বা পুত্রে পিতরি বা মৃতে। যথাবুদ্ধ্যা নুদেচ্ছোকং তন্মেব্রূহি পিতামহ ॥ ৬ ॥
নষ্টে ধনে বা দারেবা পুত্রে পিতরি বানৃততো। অহো দুঃখমিতি ধ্যায়েচ্ছোকস্যাপচিতিং চরেৎ ॥৭॥
অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্ যথা সেনজিতং বিপ্রঃ কশ্চিদ্দৈত্যাব্রবীৎসুহৃদ্ ॥৮॥
পুত্রেশোকাভিসন্তপ্তং রাজানং শোকবিহ্বলম্ বিষণ্ণমনসং দৃষ্ট্বা বিপ্রো বচনমব্রবীৎ ॥ ৯ ॥
কিং নু মুহ্যসি মূঢস্ত্বং শোচ্যঃ কিমনুশোচসি। যদাত্বামপি শোচন্তঃ শোচ্যাযাস্যন্তি তাংগতিম্ ॥১০॥
ত্বং চৈবাহং চ যে চান্যেত্বামুপাসন্তি পার্থিব। সর্ব্বে তত্র গমিষ্যামো যত এবাগতা বয়ম্ ॥ ১১ ॥

## সেনজিৎ উবাচ

কা বুদ্ধিঃ কিং তপো বিপ্র কঃ সমাধিস্ত পোধন। কি জ্ঞানং কিং শ্রুতং চৈব যৎপ্রাপ্যনবিষীদসি ॥১২॥
দৃষ্ট্বাত্বমবসীদন্তং সুখদুঃখবিণর্নযে। অত্মানমনুশোচামি মমৈব হৃদিসংস্থিতঃ

ঈবুধৌ! লন্থ_ম পুন্নমক্কা তুন্না মাঙপ্রবদা নুপী-অঙাং মমা-মপা লোইনা শিথ্রবদা, তাইবং মীনা মতৌ করম্না মাগী শোক বিষাদতুবু থিংবা ঙমগদগে? মাহ্ তাকপিয়ু ।।৬।। ভীষ্মনা হায় :— ঈবুঙো! যুধিষ্ঠিব! লন্থ_ম পুন্নমক মাঙপ্রবদা নুপী অঙাং মমা মপা লোইনা শিথ্রিবদা সংসার অসি অরাবগী মশক্ক অসুম হায়না থনথিদনা মপুক্লীংদা বিষাদ অমা পোকপ্রবদা মী অতুনা বিষাদত্বু ঙাকথোক্লবা তাঙ্গোক্লবগী উপায ওইনা শম দমনাচিংবসু অনুষ্ঠান তৌগদৌবনি ॥৭॥ অসিগুম্বা অরাবসি তাস্ত্রব মতমদ, মীগী কান্নবা থনবা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমনা নিংথৌ সেনজিৎকী মফমদা তাকখিবা পাউতাবসী ইতিহাসগী শিনবা নাপী অঙ হেক হেক লৌনৈ। ৮।। নিংথৌ সেনজিৎ হাযবতুগী অমতা ঙাযক্তরবা মচা শিরে। মচ কায়নবগী মৈচাক্লা থম্মোয় হকচাং অনীমক পুংচাক চাকখ্রে। মাগী পুক্লীং শত নাদগী ঈকুংদ লেপখ্রে। অরাবনা থম্মোয় নমৃহংপ্রবা নিংথৌ অতুদা ব্রাহ্মণতুনা জ্ঞান তাকখি ॥৯॥ নিংথৌ! করিগীদমক অপঙবা মীচম অমনা তৌবগুম্না নহাক্না ঙমহংলি। রাকম থোকপদি নহাক নশাগীদমক্কি। অতোপ্পা মীগীদমক নত্তে অসিগুম্বা মতম অমা শোয়দনা লাকখিগনি, মতমতুদা মাগীদমক্তা য়াম্না রাননীঙায় ওইরবা অতোপ্পা অমনা লাকৃত্রি ফাওবদা মহাক নংগীদমক বিষাদ ফংলাখিগনি ॥১০॥ নৈপাকী মপু। নিংথৌ নহাক, ঐ অদুগা ননাক্তা অসুক য়াম্না লৈরিবা মপাম্সে ঐথোয়না লাকপা, ঐথোয়গী হৌবককম মকম অদুদা চৎথিগদবা ঙাক্তনি ।।১১।। সেনজিৎনা হংখি :— তপস্যাতন লল_ ওইবা ব্রাহ্মণ। ব্রাহ্মণ নহাক্কী মফমদা করম ওইবা বুদ্ধি, করম্বা তপ_ করম্বা সমাধি, করম্বা জ্ঞান, করম্বা শাস্ত্র লৈবগে। মথোকতু লৈবমা নহাক্না অরাবা করিমতা ফংত্রি ১২।। অরা-নুংঙাইবগী চক্রদি অসুম তত্তনা লৈদুনা লৈরি। নু ঙাইনা লৈরকপগী মপা থোক্লরগা

পশ্য ভূতানি দুঃখেন ব্যতিষিক্তানি সর্ব্বশঃ উত্তমাধমমধ্যানি তেষু তেষ্বিহ কর্মসু ॥ ১৩ ॥
অহমেকো ন মে কশ্চিন্নাহমন্যস্য কস্যচিৎ নতং পশ্যামি যস্যাহং তং নপশ্যামি যোমম ॥
আত্মাপি চায়ং ন মম সর্বা পৃথিবী মম। যথা মম তথান্যেষা মিতি চিন্ত্যনমে ব্যথা ॥
এতাং বুদ্ধিমহং প্রাপ্য ন প্রহৃষ্যে ন চ ব্যথে ॥ ১৪
যথা কাষ্ঠং চ কাষ্ঠং চ সমেয়াতাং মহোদধৌ সমেত্য চ ব্যপেয়াতাং তদ্বদ্ভূতসমাগমঃ ॥ ১৫ ॥
এবং পুত্রাশ্চ পৌত্রাশ্চ জ্ঞাতয়ো বান্ধবস্তথা তেষাং স্নেহো ন কর্ত্তব্যো বিপ্রয়োগো ধ্রুবোহি তৈঃ ॥ ১৬॥
আদর্শনাদাপতিতঃ পুনশ্চাদর্শনং গতঃ। ন ত্বাসৌ বেদ নত্বং তং কঃ সন্ কিমনুশোচসি ॥ ১৭॥

---

মায়থোং মকা হেক লাম্মি। অরাবা লৈরকপগী মপাথোক্রবগ মায়থোংসি হে লাংশিম্প্লি, শুকৈথ। অসুম্না লৈথোক-লৈশিন তৌরিবসিমক্তনা ঐগী অরাবা হায়বদো অতম্মক মওয়রে। অসিগুম্বা অরাবা অসিমতনা ঐগী থম্মোয়দা শহুম শাত্তুনা লৈরে ।১৩ ব্রাহ্মণনা হায়ঃ—নিংথৌ! য়েংউ, সংসারদা লৈরিবা থাইদগী ফবা, ময়ায় ওইবা, থাইদগী হন্থবা জীবপানবা অহুমসিমক তোঙান তোঙানবা কর্ম্মদা লুপ্পুনা অরাবগী লাংদা অত্তুম থুই। ঐ অসি ইথন্তনি। ঐগী কনা অমত লৈতে। ঐসু কনা অমতগী নত্তে মহাকসিতনা ঐগীনি হায়বা মীশক অমত্তা লৈতে। অতুগা ঐসি মাতগীমি হায়বা মীশক অমত্তা লৈতে। হকচাং সিমত ফাওবা ঐগী নত্তে, অতুনা পৃথিবী মপুম অতুগা থাগী মচেৎ অমত্তসু ঐগী নত্তে। ঐগীনি হায়রিবা পোৎশিংসে মাগী-সুনা; ঐগীনি হায়না ঐনা উজ'ববা পোৎ অসি মানসু মাগীনি হায়না অতুম মউই। অসুম হায়না খন্দোক্তুনা পুক্নীংদা বরিগুম্বা অরাবা অমত্তা লৈতে। ৱাননীঙায়সু লৈতে। অসিগুম্বী বুদ্ধি অসিবু ফংবদগী ঐগী পুক্নীংদা অহারা লৈতে, দুংঙাইবসু লৈতে ॥ ১৪॥ ঈপাক্তাগ্না তাউথমিন্নরক্পা চৈতেক অনীনা অমুকসু মতিম্নবা অমুবসু মথাদোক্নবহুগুম্না জীব পানবা পুম্নমক অসি অমুক থাইদোক্না অমুক তিন্ননা পুনশি ঈপাক্তা তাউথমিন্নরিবনি ॥ ১৫ ॥ অসুম তৌতুনা জীবা পানবশিংসিনা মপা মমা, মচানু মনাও, মচা মগুনি হায়রিবশিংসিগা পান্নেপফম লৈতবা মরি অসিদা লৈরিবনি। মথোয়দা কা হেন্না আসক্তি থম্মোইদৌবনি। মরমদি ওসি নত্রগা হয়েং, হয়েং নত্রগা হোৎনেন কায়নমিন্নগদবগী ওাইতুনা লৈমিন্নরিবতনি ॥ ১৬ ॥ নিংথৌ নহাক্না নচা ইবুঙোত্ত করিগুম্বা শুকথঙ্ খঙ্দবা মওং ফীবম অমদগী লাকখিবনি পোকখিবনি। অতুগা অমুকসু শুকথঙ্ খঙ্নীংঙায় ওইদবা মওংদা অমুক চৎথ্রবনি। মহাকনসু নহাকপু কনানো হায়বা শুকথঙ্ খঙ্হৌত্রবনি; অতুগা নহাক্নসু মহাকপু কনানো কদোমদগীনো হায়বা শুকথঙ্ খঙ্হৌত্রবনি। মরম অতুনা নহাক অসি মহাক্না করিনি হায়তুনা মাগীদমক অসুক ৱারিবনো? ॥ ১৭॥সংসারদা বিষয়শিংগীবু তাম্নবদগী নত্রগা থৌরাংবদগী যংলিবা অরাংদো,

তৃষ্ণার্ত্তিপ্রভবং দুঃখং দুঃখার্ত্তিপ্রভবংসুখম্ সুখাৎ সংজায়তে দুঃখং দুঃখমেব পুনঃ পুনঃ ॥১৮॥
সুখস্যানন্তরং দুঃখং দুঃখস্যানন্তরংসুখম্ সুখদুঃখে মনুষ্যাণাং চক্রবৎ পরিবর্ত্তত ॥ ১৯॥
সুখাত্তং দুঃখমাপন্নঃ পুনরাপৎস্যসেসুখম্ ন নিত্যংলভতে দুঃখম্ ন নিত্যংলভতেসুখম্ ॥২০॥

শরীরমেবায়তনংসুখস্য দুখস্য চাপ্যায়তমং শরীরম্
যৎযচ্ছরীরেণ করোতি কর্ম তেনৈব দেহী সমুপাশ্নুতেতৎ ॥ ২১ ॥

জীবত' চ শরীরেণ জাত্যৈব সহ জায়তে। উভে সহ নিবর্ত্তেতে উভে সহ বিণশতঃ ॥ ২২ ॥
স্নেহপাশৈর্বহুবিধৈরাবিষ্টবিযয়াজনাঃ অকৃতার্থশ্চ সীদন্তে জলৈঃ সৈকতসেতবঃ। ৩৩ ॥
স্নেহেন তিলবৎ সর্ব্বং সর্গচক্রেনিপীড্যতে। তিলপীড়ৈরিবাক্রস্য ক্লেশৈরজ্ঞানসম্ভ বৈ। ২৪ ॥

---

অদুবুনি দুঃখ হায়বিবসি। অদুগুম্বা দুঃখ অদুনা মাঙ'থ্রবদুমকপুনি সুখ ( নুংঙাইবা ) হায়বিবসি নুংঙাইবা হায়বদুনা অমুক অরাবা হায়বদুগী শকলোল পুরকই ॥ ১৮ ॥ নুংঙাইবগী তুংদা অরবা, অদুগা অরাবগী মতু' নুংঙাইবা। অসুম তৌদুনা অরাবগতা তিমদুনা লৈরবনি তাইবং মীগী অরাবা-নুংঙাইবা হায়বসি চক্রেগী মওং মতৌগুম্না ওন্না ওন্না লাকই ॥ ১৯ ॥ মতম অসিদা নহাক নুংঙাইরম্বদগী অরাবদা অমুক তারবে। অদুনদি অরাবসিদগী অমুক নুংঙাইবদা তারকই। সংসার অসিদ কনাগুম্না কবিগুম্বা জীব অমত্তনা অবাবদা ঙাক লৈত্তবনি নুংঙাইবদা ঙাকসু লৈতবনি ॥২০। হকচাং অসে নুংঙাইবগী তুংনকমনি, অবাবগীসু তুংনকমনি। দেহসিবু মামল্লি হায়না থজবিবা পুরুষ ( আত্মা ) দুনা দেহসিগা লোয়ননা তৌরুতেরুবা কর্মদুগী মতুংইন্না অরাববুসু নুংঙাইববুসু শিন্ন শিন্না অদম ভোগ মতৌই ॥২১॥ জীবন হায়বসি মহৌশানা হকচাংসিগা লোয়ননা পোকমিন্নবকপনি। অনী অসি লোয়ন লোয়ননা তোঙাল তোঙালবা মওংদা লাকই। লোয়ন-লোয়ননা পোকমিন্নৈ লোয়ন-লোয়ননা তুম্মিন্নথি। ২২॥ তাইবংমী হায়বদি নুংশিবা হায়বদুগী মওং-জাৎ মথল মথলনা পুন্দুনা থমথি। মসম অদুনা মহাক অসি বিষয় তোঙাল তোঙালবগী আসক্তি ( কা হেন্না লুপশিনবা ) না মাগী মাযগৈ অকোয়বদা কোযশিন্দুনা তত্তনা লৈ। লৈঙোযনা তাখৎলগ শাবা পল নল্লগা পোংবু ঈশংগী শাফুনা মিকুপ্তা নমথাযদুনা তাউহনখিবদুগুম্না, তাইবং মীগী কামন পূর্ণ তাউথ'থ্রবনি, মহৈ য়ানবা নংখিদবনা অয়াম্বনি অদুমক্তুনা অবাবা ফংসনি ॥ ২৩ ॥ তেলীশিনা থাউগীদ কুা পোযদিংবু কোল্লুদা চপখায়বদুগুম্না অজ্ঞান্দগী পোক্পা অরাবা মথল মথানা সাসাংগী বিমর্ষশ দা অপাম্বা নুংশিবদুতা পোক্নবগী-দমক্তা তাইবংমীবু কুমিৎথুদিংগী সৃষ্টিগী চক্রৌদ তকখাযবি ॥২৪।* তইবংমীন। মতু-ংচা, মমা-

* টীকা :— থাউ ( খেড় ) অদু পোক্নবনীদমক তেলীশিংনা পোযদীংবু কেম্নুদ' চপথায়হল্লি। অদুগা থাউ ( খেড় ) অদুগুথা খোকচনবা মচমদা মচমনা চক্রিদুবু কোযরে লৈহল্লি মমিৎ ফাজিনবিরবা শল্ল বশিংদুনা থোকলিবা ওাক্লকলিসা থাউ অদুবু মশক ফাওবা উবা ফংডদে। মকোক ঙাওবমথৈ অল্লাবা কথা তেলীগী চৈফু বয়া থাংদুনা থাউ অদুবু থোকহল্লি। অদুগা থাউ অদুগী মরীক অমতৎ মথোয়না থকপা চাবা ফংদে। মতৌ অদুগুম্না খেড় ( থাউ ) অদুবু ফংমনকাদমক্তা অল্লাবা চৈনা মথল মথল্লা সংসারগী সৃষ্টিগী চক্রিদা তাইবং মীবু তকখাযরি। অজ্ঞান্দী তাদুনা লৈরিবনিনা আহং নুংথিলদা সৃষ্টিগী চক্রিদা ঐথোয়বু তকথায়রিবা হায়বসি কাওবা মথোয়না থদ্দে। কল'চাদ।

সঞ্চিনোত্যশুভংকর্ম্ম কলত্রাপেক্ষয়া নরঃ     একঃ ক্লেশানবাপ্নোতি পরত্রেহ চ মানবাঃ ॥ ২৫ ॥
পুত্রদারকুটুম্বেষু প্রসক্তাঃ সর্ব্বমানবাঃ     শোকপঙ্কার্ণবে মগ্না জীর্ণা বনগজা ইব ॥ ২৬ ॥
পুত্রনাশেবিত্তনাশে জ্ঞাতিসম্বন্ধিনামপি     প্রাপ্যন্তে সুমহদ্দুঃখং দাবাগ্নিপ্রতিমংপ্রভো।
দৈবায়ত্তমিদং সর্ব্বং সুখদুঃখেভবাভবৌ ॥ ২৭ ।
অসুহৃৎ সসুহৃচ্চাপি সশত্রুর্মিত্রানপি।     সপ্রজ্ঞঃপ্রজ্ঞয়াহীনো দৈবেন লভতেসুখম্ ॥ ২৮ ॥
নালং সুখায় সুহৃদো নালংদুঃখাযশত্রবঃ।     ন চ প্রজ্ঞালমর্থানাং নসুখানামপিং ধনম্ ॥ ২৯ ॥
নবুদ্ধির্ধনলাভায় ন জাড্যমসমৃদ্ধয়ে     লোকপর্যায়বত্তান্তং প্রাজ্ঞো জানাতি নেতরঃ। ৩০ ।
বুদ্ধিমন্তং চ শূরং চ মূঢ়ং ভীরুং জড়ং কবিম্। দুর্ব্বলংবলবন্তংচ ভাগিনংভজতে সুখম্ ॥৩১॥

---

মপা, মক্তপ-মপাংগীদমক্তা পাপকর্ম্ম কয়া কয়া তৌরি, তৌগ্রি। পাপ কর্মহুগী মহৈ চাব মতমদদি মথন্তদা চাবা তাই। পাপ পুবা অহুগা কর্ম্মহুগী অরাবা খঙবা মতমদা মমা মপা ফাওবা শন্নাক্ য়ানিংদে ॥২৫॥ হন্নুববা বনগী শামুনা লৈখোম্দা অসুম্সুম্ পুখথিবহুগুম্না, মমা-মপা মচা-মশূ শাগৈ-নাতৈ মক্তপ-মপাংগী রাথন্দা কা-হন্না লুপথ্রবশিং অহুদি অরাবগী ঈপাক্সুংদা অসুম্সুম্ লুপ্থি ॥২৬॥ নিংথৌ। সংসার অসিদা মচ-মশূ মরল-মযুম্ শাগৈ-নাতৈ মক্তপ-মপাংনা মাঙথ্র-মুংথ্রবদা তাইবংমীনা, লম্মৈনা চাক্শেকলক্পদ কংব মৈশাহুগুম্না খাঙহ্ম্ত্রবা অরাবা অহু ফংঙ অহুবু, অরাব-হু ঙাইবা, পোকপা শিবা হায়বসে নহালমুক্কী মপোক্তা তম্হুনা লোইথ্রবনি ॥ ১৭ ॥ মাগী কান্নবতা তৌবা মক্তপ অহুগা লৈমিন্নরবসু লৈমিন্নত্রবসু, যেক্লবগা লৈমিন্নববসু মক্তপ্কা লৈমিন্নববসু, অপঙ্‌ববু ওইববসু, অশিংববু ওইরবসু মখোয়দা দেবতাগী থৌজাল্ হেক্ লাক্পদা সুংঙাইবা নত্রগা অশাউবা অবাবা হেক্ত ফংলিবনি দৈবনা সুংঙাইযু হায়না তম্জিমথৈ সুংঙাইননবগী মচাক্ লোইনা লৈরফাওবা সুংঙাইবা ফংদে। দৈবনা সুংঙাইযু হায়নবু তমথ্রবদি সুঙাইননবগী মচাক্ ঈয়াও-য়াওদনা অহুম্ মসু ঙাইগনি। নত্রগা সুংঙাইননবগী মচাক্তু মরাইনা অহুম্ মরাকচৈ ॥১৮। নত্রবদি মক্তপনসু সুংঙাইবা পীবা ঙম্বা নাত্তে যেক্লবনসু অবাবা হেক পীবা ঙম্বা নত্তে। বুদ্ধি জ্ঞাননসু লল্ পীবা ঙম্বা নত্তে। লল্ লৈহুনসু লম্দুনা সুংঙাইবা হেক্ পীবা ঙম্বা নত্তে।২৯। লল ফংবা ফংদবদা বুদ্ধিনা কারন খুৎলায় ওইবা য়াবা নত্তে। মুর্খতা ( অপঙ্‌বা ) হায়বহুনা লায়রবগী কারণ ( মরম্ খুৎলায় ) নত্তে! সংসারচক্রগী থাঙ্গশেংবা গতিদি কনা কনাগুম্বা তাঙ্লবা জ্ঞানী থরভনা খঙবা ঙম্মি অতৈ অমনা ঙম্দে ॥৩০॥ বুদ্ধি লৈবা, মপাঙ্গল, কনূবা, অপঙবা, কিগনবা, মরোলথোক্তবা মহৈ হৈবা, মপাঙ্গল শোনবা, কনবা, হায়রিবশিংসিগী অমনা মন্নায়বক্ফবা ওইরিবহু হৌজিক্কী বুদ্ধি পাঙ্গমচিংবহুনা নত্তে। দৈব হায়বহুনা মাগী মায়গৈদা লেপ্তুনা লৈরিবননি। অহুনা থোইদোক্না

ধেনুর্বৎসস্য গোপস্যস্বামিনস্তস্করস্য পয়ঃ পিবতি যস্তস্যাধেনুস্তস্যেতিনিশ্চয়ঃ ॥৩২ ॥
যে চ মুঢ়তমা লোকে যে চ বুদ্ধেঃ পরংগতা'ঃ তে নরাঃ সুখমেধন্তে ক্লিশ্যত্যন্তরিতোজনঃ ॥ ৩৩॥
অন্ত্যেষু রেমীরে ধীরা নত্তে মধ্যেষু বেমিরে। অন্ত্যপ্রাপ্তিং সুখামাহু দুঃখমন্তরমন্ত্যয়োঃ ॥৩৪ ॥
সুখং স্বপিতি দুর্মেধাঃ স্বান কর্মাণ্য চিন্তয়ন্। অবিজ্ঞানেন মহতা কম্বলেনৈব সংবৃতঃ
যে চ বুদ্ধি.সুখং প্রাপ্তাদ্বন্দাতীতা বিমৎসবাঃ তান্ নৈবার্থান্ চানর্থা ব্যথয়ন্তি কদাচন। ৩৫॥
অথ যে বুদ্ধমপ্রাপ্তা ব্যতিক্রান্তাশ্চ মূঢ়তাম্। তেহ্ তবেলং প্রহৃষ্যন্তি সংতাপমুপযান্তি চ ॥৩৬॥
নিত্যং প্রমুদিতা মূঢা দিবি দৈবগণা ইব অবলেপেন মহত পবভূত্যা বিচেতসঃ ॥ ৩৭ ॥

নোম্মুদনা মহাক্না হুংঙাইবতু ফংলিবনি ॥ ৩১॥ শঙ্গোম তুমলিবী, শঙ্গোম্ থোক্লিবী শম্বী অদু শম্নাউদুগীরা; শঙ্গোম্ তুমলিবা মীদুগীরা, মাবু শেল্লিবীদুগীরা, মত্রেগা মাবু লোইরিবী মপুদুগীরা মত্রেগা মাবু হুত্না পুথ্রিবা হুরানবদুগীরা? থাঙ্গেশংবদি শঙ্গোম্ থক্খিবা থক্লিবা মীদুগী শম্নি হায়বসি বিদ্বানশিংগী মতনি ।৩২॥ সংসাবসিদা য়াম্না পঙ্থবা; বুদ্ধি জ্ঞানদগী যাম্না লাপ্না লৈথ্রবদুতনা হুংঙাইবা ফংডি। মরক্তী মী অসিনি অরাবা হুংঙাইবগী ঈথক্তা ওম্লোইদুনা থাঙ-লিবসে।৩৩॥ জ্ঞানীশিংনা অরোইবা অবস্থাদা তত্তুগঙনা হুংঙাইবা ফংডি। মরক্তী ময়ায়গী অবস্থা ( স্থিতি ) অদুদা নম্ভে ঈকোন্ কোন্বা অরোইবা অবস্থাদুবু হুংঙাইবনি হায়রি। মরক্তী অবস্থাশিং অসি অরাবগী মশক্ত হায়নৈ ।৩৪। মবুদ্ধি জ্ঞান মরীক্ অমত্তা য়াওথদ্রবা পঙথবা, মহাক্না তৌরিবা কর্মদুগী ওইগদোরিবা অক-ফত্ত মহৈ অদুগা করি অমত্তা মরী লৈন-খিদ্রবা অদুগুম্বা মহাক্ অদুতনা হুংঙাইনা (বে পবরাহদা) তুম্দুন লৈথোক্ই। করিনো হায়বদু, মতাক্ অসি কম্বল (কম্পোব)না কুপশিল্লবা মীগুম্বা, মধা অজ্ঞান অমনা মাবু ঈদুং হুংঙাইনা কুপ্পুনা থম্মি। অদুগা জ্ঞানী থবনা জ্ঞান তানা পীবা হুংঙাইবদু ফংদুনা লৈরি মহাক্তি অরা হুংঙাই ঐগী মাগী, কায়নবা তিম্নবা হাযবা অনীথোকপগী রাথন্দগী রাংম্বা লান্না লৈথ্রবনি। অনা হুংঙাই অমুমুক পীহিবসি অনী থোকপগী রাথলসিননি। অদুনা মাঙোন্দা বল্লক-মিহৌবগী বথল বনিংদু লৈতে। তোংবা মাঙবগী অরা হুংঙাইনা মঙোন্দা করিমত্তা চঙঙবা ভম্মাদ ॥ ৩৫ ॥ অপঙবা ববিমত্তা থঙখিদ্রবা অদুদগীসু লাম্থোকল্লবা, হৈবা শিংলবা হাযবদুদি ওইরবা অদুগা থাঙ্গেশংবা মপুংফাবা জ্ঞানদুদি ফংদ্রিবা, অদুগুম্বা মরক্তী মীসিনি। হুংঙাইবগী অবস্থা লাক্নগা হরাও হুংঙাইবা অদুগা অরা থুদাংথীবা লাক্নগা সন্তাপ অনুতাপকী মৈচাক ফংলিবসি।৩৬॥ অপঙবা মীনা লাইরৈবাক্তী লাইশিংগুম্না ঈদুং হুংঙাইনা লৈথোক্ই। সংসারগী বিষয সুখশিং অসিদা লুপ্পুনা লৈথোক্ই। মরমদি মহাক সংসারগী মপানুগী বিষয়শিং মচাক্ মরনশিং অসিদা মত্ত ওইদুনা ঈভাও ভাওনা লৈরি বিষয়াগী লৈথোমদা মপাপুম্বা

সুখং দুঃখান্তমালস্যং দুঃখং দাক্ষ্যংসুখোদয়ম্　　ভূতিশ্চৈবং শ্রিয়াসার্দ্ধং দক্ষে বসতিনালসে ॥ ৩৮ ॥
সুখং বা যদি বা দুঃখং প্রিয়ং বা যদি বা প্রিয়ম্ প্রাপ্তং প্রাপ্তমুপাসীত হৃদয়েনাপরাজিতঃ ॥ ৩৯ ॥
শোকস্থানসহস্রাণি ভয়স্থানশতানিচ ।　　দিবসে দিবসে মূঢ় মাবিশন্তি ন পণ্ডিতম্ ॥ ৪০ ॥
বুদ্ধিমন্তং কৃতপ্রজ্ঞং শুশ্রূষুমনসূয়কম্　　দান্তং জিতেন্দ্রিয়ং চাপি শোকোনস্পৃশতেনরম্ ॥৪১ ॥
এতাং বুদ্ধিং সমাস্থায় গুপ্তশ্চিত্তশ্চরেৎ বুধঃ ।　উদয়াস্তমযজ্ঞং হি ন শোকস্প্রষ্টুমর্হতি ॥ ৪২ ॥
যন্নিমিত্তং ভবেচ্ছোকস্তাপোবা দুঃখমেব চ　　আয়াসো বা যতো মূলমেকাঙ্গমপিতৎত্যজেৎ ॥৪৩॥
কিঞ্চিদেব মমত্বেন যদা ভবতি কল্পিতম্ ।　　তদেব পরিতাপার্থং সর্বং সম্পদ্যতেতথা ॥৪৪ ॥

~ ~ ~~~ ~~~~~~~ ~~ ~ ~~~~~~~~~~~

পূম্লৈত্তে লৈতনা ওন্থোইদুনা লৈরি ॥ ৩৭ ॥ তন্দুনা লৈথোকপা হায়বা অসিমা অহানবদা য়াম্না নুংঙাইবা পীবগুম্ তৌই । অতুবু কাইনথঙদা অরাবা পী । থবক্তা হৈশিংবদা নোম্বনা অহানবদা অবাবা পীবগুম তৌই । অতুবু মমৈথঙ্দদি নুংঙাইবা পী । থবক্তা হৈশিংবা নোম্বা কন্বা মীদা ঐশ্বর্যনা লক্ষ্মীগা লোয়ননা লাক্ই তুংদুনা লৈ । অতন্বা মীগী মফমদদি চঙক্তে লৈতে ॥ ৩৮॥ অদুনা, বুদ্ধিমান্ ওইবা মীনা তৌগদবা হায়বদু অরাবদু ওইরবসু নুংঙাইবদু ওইরবসু লাক্লিবা অবস্থামখৈ হরাও হরাওনা স্বাগত তৌগদবনি । থক্ নীংহম্নরোইদবনি । মথৌ হন্নোইদৌবনি – অসিনি ৩৯। অশাবা তাফম্ লিশিং লিশিংনি লৈরিবা । অকিবা ফংফম লিশিং লিশিংনি লৈরিবা । অপঙ্বশিংগী মফমদদি মথাযসিনা নুমিৎ থুদিংগী আক্রমণ তৌরি । অদুগা অশিংবশিংগী মফমদদি চংহনপা ঙমদে ।৪০। মবুদ্ধি লৈবা; পাক পাক খুম্বা ঙম্বা, সমর্থন-থগা তৌবা ঙম্বা, শিক্ষিত ওইবা, অধ্যাত্ম শাস্ত্রগী রা য়াম্না তানীংবা লৈবা, মীগী অশোংবা মবাল য়েংশিন্দবা, মশাগী পুক্নীবু লাকশিনবা ফাজিনবা ঙম্বা ইন্দ্রিয়বু থুডম চল্লবা, অসিগুম্বা মীবু করিগুম্বা মথলগী অরাবনা শোকপা ফাওবা ঙমদে ।৪১। বিদ্বান্ বুদ্ধিমান্ ওইবা মীনা তৌগদবা হায়বদু করিগুম্বা অতোপ্পা বিচার য়াথল অমদা আশ্রয় লৌদুনা পুক্নীংবু কংম ক্রংহনচিংবা যেম্নবশিং অসিদগী থৈদোক্তুনা থম্লগা অফবা লমচত্তা চত্নুনা লৈগদবনি । করিগুম্বা পোৎ অমগা বাথল অমগী হোৎনকফম লোইথিকমবু তত্তুগা লোয়ননা থঙ্লিবা মী অদুদা অবাবমা শোকউ লাকউবা ঙম্বা মত্তে ।৪২ মহাক্কী হাক্তকুগী নঞ্জগা মহাক হৈবনা অরাবা খুদোংথীবা ফংলিবা অমদি ফংগদৌরবা, অদুগা মহাক লৈবনা মাগীদমক্তা নোম্বা অরাবা থাঙ্বা তাবা অদুগুম্বা পোশাক্তি, হকচাং শরীক অমা ওইরকাওবা ককথত্নুনা লাক্নুনা লংথোকদবনি ।৪৩। তাইবংমীনা কারিগুম্বা পোৎলম অমনা মাগী মম্ব (মমতা, ঐগীনিকো হায়বা) অসিবু হেক থমথিবদা পোৎ অদুমক্তুনা অরাবা খুদোংথীবা কয়া কয়াগী হোৎনকফম ওইগদৌরিবনি ।৪৪।। সংসারগী বিষয় কামনশিংদগী থাদোকপ্রবা পোশকশিং

যৎ যৎ ত্যজতি কামানাং তৎ সুখস্যাভিপূর্যতে। কামানুসারী পুরুষঃ কামাননুবিনশ্যতি ।৪৫।

যচ্চ কামসুখংলোকে যচ্চ দিব্যং মহৎসুখম্ । তৃষ্ণাক্ষয়সুখস্যৈতে নার্হতঃ ষোড়শীং কলাম্ । ৪৬।

পূর্ব্বদেহকৃতংকর্ম্ম শুভং বা যদি বা শুভম্ প্রাজ্ঞংমূঢ়ং তথা শূরং ভজতে যাদৃশং কৃতম্ ।৪৭।।

অয়মেব কিলৈতানি প্রিয়াণ্যেবা প্রিয়ানি চ জীবেষু পরিবর্ত্তন্তে দুঃখানি চ সুখানি চ ।৪৮

এতাং বুদ্ধিংসমাস্থায় সুখনাস্তে গুণান্বিতঃ সর্ব্বান্ কামান্ জুগুপ্সেত কামান্ কুর্বীতপৃষ্ঠতঃ । ৪৯।।

বৃত্ত এব হৃদি প্রোঢো মৃত্যুরেষমনোভবঃ ক্রোধনাম শরীরস্থো দেহিনাং প্রোচ্যতেবুধৈঃ ৫০ ।

যদা সংহরতে কামান্ কূর্ম্মোঙ্গানীব সর্বশঃ ।। তদ হৃত্মাজ্জ্যোতিরাত্মায়মাত্ম ন্যন প্রপশ্যতি ।৫১

ন বিভেতি যদা চায়ং যদ চাস্মা ন বিভ ত যদা নেচ্ছতি ন দেষ্টি ব্রহ্ম সম্পদ্যতে তদা ।৫২

অতুনা মতুংগী ঙু ঙাংঙবকপগী মচাক ছনব তাংগদৌরবনি। কামনাশিংগী মতুং ইন্দুনা চৎলিবশিং অতুবু কামনাশিং অদুনা ঙনখৎতুনা মহাকপু শোয়দনা হাৎকনি ।।৪৫। সংসারসিদ ফুংঙাইবা অমাদ ফুংঙাইনবগী মচাক্ষা ইহলোকবীতা লই, অদুগা থবনা পবলোককী অমদি স্বর্গগী ওই হায়বিবা ফুংঙাইবা মথম অনী সমক অপাম্বা খোরাংবা মিংহৌবা থাদোরকপদগী ফংবা ফুংঙাইবগী শরুক তরাতরুক লোবকপগী শরুক তম ফাও ফংবা নত্তে ।৪৬।। হন্দকী মপোক্তা বুদ্ধিমান ঊজানা গুইগে ওইসঃ, কালমুক্কী মপোক্ত তেরকপা হক ফত্তা বর্ম্মতুগী মহৈহবু শায়দনা ভাগ তৌবা তাই ৪৭। অসুম তোতুনা জীবশি সিনা মাগী অপাম্বা পামদবা, অরাব ফুংঙাইবা মথং মনাও শংনে অসু মদৈবান। মসিদা চিংনফম করিহকা লৈত্রবনি। ৪৮।। হায়বিবা রাথল বুদ্ধি অসিগী আশ্রয়দা চঙতুনা, কামনা পুম্নমকপু থাদোকপগী মশক ওইবা গুণতুনা তিন্দুনা লৈরিব। অতুগুম্বা মতাক্তুনা ফুংঙাইনা লৈথোকই। মরম অতুনা বিষয় ভোগ মথল মথল লৈরিশিংসিদগী নাক্ষোবক্তুনা বিষয ভোগ কামনাশিং অসোমদা মনমগল থোক ওহ্মোকতুনা লৈগদৌবনি। মথোয়-বোমদা মায় থক ওনশিল্ল রোইদৌবনি ।।৪৯। থম্মোয়দগী পোকথিবা কামনা হায়বসে থম্মোয়দা অতম নোয়পেন্দুনা লৈবনি। মাতুনা অমুক মৃত্যুগী মশক লোবকই। মরমদি কামনা (অপাম্বা) অতুগী সিদ্ধিগী লম্বাদা করিগুম্বা অপনবা অথিংবা লংক্লবদি পুক্নীংদা ওম্মোকপা হথিং অমা হেক লাকই। মাতুবু বিদ্বানশিংনা 'অশাবা' হায়না খৌনে। ৫০।। মপান্দা শম্দোক কাওথোক্লম্বা মথোঙ মথুৎপু থেঙনা থংলো লৌশিনখিবগুম্ন', জীব মীনা মপালগী বিষয় কামনা অতৈ অত্তৈদগী মশাবু থুপচিন্দুনা লৈগ্রবদি মতাক অতু শেংগ্রবা থম্মোযতুংদা মশামক্তগী মঙাম্না ঙাক্লখিতুনা পরমাত্মা একাকার ওইথি ।।৫১।। জীব অসিনা কনাগুম্বা করিগুম্বা অমগী মকমদগী অকিবা লৈত্রবা, অতুগা মঙোম্দগীসু কনাগুম্বা অমগী অকিবা লৈত্রবা অতুগুম্বা জীবনা করিগুম্বা পোৎ অমবু পাম্মুবা লৈত্তে। অতুগা মাবুসু কনাগুম্বা করিগুম্বা অমতনা যেংথিবা কল্লকপা তৌদে।

উভে সত্যানৃতে ত্যক্ত্বা শোকানন্দৌ ভয়াভয়ে। প্রিয়াপ্রিয়ে পরিত্যজ্য প্রশান্তাত্মা ভবিষ্যতি ॥৫৩॥
যদা ন কুরুতে ধীরঃ সর্ব্বভূতেষু পাপকম্। কর্মণা মনসা বাচা ব্রহ্ম সম্পদ্যতে তদা ॥৫৪॥
যা দুস্ত্যজা দুর্মতিভির্যা ন জীর্য্যতি জীর্য্যতঃ। যোঽসৌ প্রাণান্তিকো রোগস্তাং তৃষ্ণাং ত্যজতঃ সুখম্ ॥৫৫॥
অত্র পিঙ্গলয়া গীতা গাথাঃ শ্রূয়ন্তি পার্থিব। যথা সা কৃচ্ছ্রকালেঽপি লেভে ধর্ম্মং সনাতনম্ ॥৫৬॥
সংকেতে পিঙ্গলা বেশ্যা কান্তেনাসীৎ বিনাকৃতা অথ কৃচ্ছ্রগতা শান্তাং বুদ্ধিমাস্থাপয়ৎ তদা ॥৫৭॥

## পিঙ্গলোবাচ

উন্মত্তাহমনুন্মত্তং কান্তমন্ববসং চিরম্। অন্তিকে রমণং সন্তং নৈনমধ্যগমং পুরা ॥৫৮॥

---

থাগরিবা অবস্থা অসি য়োবকপদা জীব অসিনা পরমাত্মাবু ফংঙি (পরমাত্মা ওইথি, পরমাত্মাগা একাকার ওইথ) ॥৫৩॥ সাধক ওইরিবা জীব (জীবাত্মা) অছুনা সত্য অমদি অসত্যগী ব্যক্ত অব্যক্ত (মশক মঙ্ং নাইনা নাইদবা) গী, অৱাবা-নুংঙাইবগী, অকিবা-কিদবগী, চান্নবা চান্নদবগী অপাম্বা-পামদবগী অছুগা চুশিনবা নুংশিদবনচিংবগী অনী থোকপগী য়াথং অসিদগী য়াংমা লাংথোকলকপা মতমগী মক্তদা, মহা শান্তিময় ওইবা ব্রহ্ম পদবী ফংবা ঙম্মি ॥৫৩॥
তপথবা কৌবা গুণনা চিন্নবা জ্ঞানী ওইবা মীনা; থৱায পানবা কনাগুম্বা করিগুম্বা অমগী মফমদা পুক্নীংনা হকচাংনা রাহৈনা করিগুম্বা পাপকী ব্যবহার অমদি শাক্তং অমত্তা চত্তে। মতমমক্তদা মাগী জীৱনা পরমাত্মাবু য়াবা ঙম্মি ॥৫৪॥ দুর্বুদ্ধি থোনবা মীন থাদোকপা ঙমদবী, মপালগী হকচাংশিনা ময়্বকলবসু অহল ওইরক্লসু মাত্তাদি শোম্বরকতবা অহল ওইরক্তবী প্রাণবায়ু অসিনা লৈরবমথৈ ঈতেক তেক্লা অছুম মরৈবী তৃষ্ণা (অপাম্বা থৌরাংবা কৌবা) কৌবী মহাকপু থাদোক্লবা জীব অছুতনা সংসারদা নুংঙাইবা ফংবা ঙম্মি ॥৫৫॥
নিংথৌ! হায়রিবা বিষয় অসিদা পিঙ্গলা কৌবীতুনা শক্লম্বা শৈরেং শৈশক থর শরবা তায় মতুগী মতুংইন্না চৎথিতুনা অবাবা থুদোংথীবগী মতম ফাওবদা মহাক্না সনাতন ধর্ম্মগী গতিবু ফংথি।
॥৫৬॥ নোংমা পিঙ্গলা কৌবী বেশ্যা অসি সংকেত স্থান (উনসি হায়না ঙাঙনথিবা মফম্) অছুদা য়াম্না কুইনা মানা উনগদৌরিবা নিপা অছুবু ঙাইতুনা লৈরম্মী। মহাকী নুংশিনবা নিপাতুদি মফমদুদা লাকত্রে। মতম অছুদা মহাক্ থোইদোক্না নুংঙাইতবা লাঙতক্লখদা ঙাক্নুনা লৈরে। অছুবু মহাক্না মফম অছুদা ইন্দ্রিয় থুহুম্ চন্দুনা য়াম্না তপথনা অস্নুম্না বিচার তৌরকই ॥৫৭॥ পিঙ্গলামা পুক্নীংদা থল্লকই:— ঐগী থম্মোয়দা লুনা পমজবা চান্নবদো মতম কুইনদগী ঐগী নাক্তদা লৈবিরকপনি ঐহু মাগতা লৈমিন্নরকলিবনি। মহাক্তি করিগুম্বা মতমদা ঙাওদে, ঈপা পাথক্তে অছুবু ঐদি অস্নুকী মতিক ঙাওরুরে, মাতুদি অগানবদা কারগুম্বা মতমদা, মহাকী মশকপু মুন্না খঙ্ঙলম্ত্রে, খল্লহৌত্রে ॥৫৮॥

একস্থূণং নবদ্বারমপিধাস্যাম্যগারকম্। কাহিকান্তমিহায়ান্ত ময়ং কান্তেতিমংস্যতে ॥৫৯॥
অকামাং কামরূপেণ ধূর্ত্তা নরবরূপিণঃ। নপুনর্বঞ্চয়িষ্যন্তি প্রতিবুদ্ধাস্মি জাগৃমি ॥ ৬০ ॥
অনর্থো হি ভবেদর্থো দৈবাৎপূর্ব্বকৃতেনবা সম্বুদ্ধাহং নিরাকারা নাহমদ্যাজিতেন্দ্রিয়া ॥ ৬১ ॥
সুখংনিরাশঃ স্বপিতি নৈরাশ্যংপরমংসুখম্ আশামনাশাং কৃত্বাহি সুখংস্বাপিতিপিঙ্গলা ॥ ৬২ ॥

যুম্না অমত্তুদা মশিংবা, থোঙ্‌নাউ মাংল্ ফাংলবা
যুমগী মশক ওইরিব, যুম তসির্দা হকচাং কৌরবা
ঙসি কোবা ঠুমিত্তগী ত্তোরবোই কনা মতবু চঙ্‌হনবা
থাঙ্গশেনা চাম্নবা মাসক লাক্ত্রসু, হায়হুমক ওইরসু চাম্নবা
করম্বা চুপী অশিংবীনা, হকচাংসিবু লাতোংনা পল্লবা
মশাগী চাম্নবানি থনগনি, হকচাংসিবু কাম্নদবা হংগুম্বা? ৫৯।

শুমহৎপগী তুমথুল চুম্নবদগী, মীকপ থোক্লে ঙসিদি
অমুক হয়া তুমজনবোই, থাদোক্নারে অপাম্বা ঙসিদগী
নবককী মশক ওইরবা, লৌনম চাউবা তাইবং মীগী
শকলোল্ পুবা কাম বৌবদো লাকপদো লৌনম তোগদগী
চঙ্‌হল্লোই ইসুং অসিদ, অমুক হম্না লৌনম তোহল্লোই। ৬০।

ঐগী ঈশ্বরক ফবনা, নহালমুকী কর্মগী প্রভাবনা
ফত্তবনসু অফবগী লম্বা ওইরবে, ঙসিদি নীংবা কায়বহুমক্লা
জ্ঞানগী মৈরা পাযহুনা, লেপ্লরে ঈমাঙ্‌দা ঙাম্না
ওইজগে ঙসদগী ইন্দ্রিয়বু, থুহুম চনবা ঙমবীদে। ৬১।
নিরাশাবু পোকহনবী আশা কৌবী মহাকপু
লোইজদবা মহাকহুতনং, তুমজে থুযা তুশিংনা
মহাক্তনা হুংঙাইনা পুনশি লেনজে,
ঙসিদগী ঐসু হুংঙাইনা, লৈজগে মহা শান্তিদা।
যেংহল্লু নিংথৌ! আশাবু নিরাশাগী মশক্ থোক লোইহনখিহুনা পিঙ্গলা কৌবী বেশ্যাদো, মাহুগী হুমিত্তগী মহাতপস্বিনী অমা ওইখি। হুংঙাইনা মপুনশি লেনখি। ৬২। ভীষ্মনা হায়ঃ—নিংথৌ!

ভীষ্ম উবাচ

এতৈশ্চান্যৈশ্চ বিপ্রস্য হেতুমদ্ভির্বিভাষিতৈঃ পর্য্যস্থাপিতো রাজা সেনজিন্মুমুদে সুখী ॥ ৬৩ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বনি ব্রাহ্মণ সেনজিৎ সংবাদকথনে একসপ্তত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

—(০)—

যুধিষ্ঠির ! ব্রাহ্মনহৃগী রাশিং অসি তাবদা নিংথৌ সেনজিৎ কৌবগী থম্মোর অহ্ন পুমঈং ঈংথি। অরাবা পুম্বা থাদোক্তনা মহাশান্তিদা লুপথি। নোংমগী ফংবা থরদা ঈপেনৃত পেন্দুনা মপুনশি লেনখি ॥ ৬৩॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা চামগা হুমফুতরামাথোইশুবা অধ্যায় লোইরে।

—(০)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## দ্বিসপ্তত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

### ( চামস্থুমফুতরানিথোইশুবা অধ্যায় )

পুন্সিগী মঙ্গলগীদমক্ মপাগী মফমদা মচানা পাউতাক্ পীবা

**যুধিষ্ঠির উবাচ**

অতিক্রামতি কালেঽস্মিন্ সর্বভূতক্ষয়াবহে। কিংশ্রেয়ঃ প্রতিপদ্যেত তন্মেব্রূহি পিতামহ ॥১॥

**ভীষ্ম উবাচ**

অত্রাপ্যুদাহরন্তী মমিতিহাসং পুরাতনম্। পিতুঃ পুত্রেণসংবাদং তংনিবোধ যুধিষ্ঠির ॥২॥
দ্বিজাতেঃ কস্যচৎ পার্থ স্বাধ্যায নিরতস্যবৈ বভূতব পুত্রো মেধাবী মেধাবীনাম নামতঃ ॥৩॥
সোঽব্রবীৎ পিতরং পুত্রঃ স্বাধ্যাযকরণেরতম্। মোক্ষধর্মার্থকুশলো লোক তত্ত্ব বিচক্ষণঃ ॥৪॥

**পুত্র উবাচ**

ধীরঃ কিংস্বিৎ তাত কুর্য্যাৎ প্রজানন্ ক্ষিপ্রংহ্যায়ুর্ভ্রশ্যতে মানবাংনম্ ॥
পিতস্তদাচক্ষ্ব যথার্থযোগম্ মমানুপূর্ব্যা যেন ধর্মং চরেযম্ ॥৫॥

---

**নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা অসুম্না হংঙি** — ইবুধৌ ! অচচ্চত্ত জীব পানবা পুম্নমক মথন্তনা সংহার তৌরিবা কাল হাযবা মহাকসি ইতত্তনা অসুম তৌরি। তাঞ্জা অসিদা তাতবং মীনা কবি কর কবম তৌববা মঙ্গল ওইবা ভমগদগে? মত্থু ইবুধোনা তাকপিযু ॥১॥ ভীষ্মনা হায:— যুধিষ্ঠির ! হাযবিবা বিষয অসিদ জ্ঞানীশংনা মপা মচা অনী শানাথবগী ইতিহাসগী খুদম রারী অমা হেক হেক লৗনৈ মপা মচা অনীত্থনা ভাঙনখিবা রাকব অত্থ নহাক পুন্নীং চঙ্না তাও ॥২॥ কুন্তীগী মচা নিংথৌ। মমা হৈদ বক্ষ্মণ অ। লৈবম্মী মহাক্ অসি শুমিংচুন্না বেদশাস্ত্রতা নৈনত্থন লৈবা মীশক্রি মহাক্রী মচা অমা পাকই। মহাক্ য়াম্না মেধা লৈবা মমিংমকুসু মেধাবী অমম্ মকোরে ॥৩॥ মহাক অসি, মোক্ষদা ধর্ম্মদা অত্থগা অর্থদা য়াম্না হৈশিংনা রাভাংব অত্থগা লোকতত্ত্বব্ কুপ্না খঙ্বা মীশক্ অমনি। নো মা, মাগী মপানা স্বাধ্যায় তৌরিহৈদা ইশানা অসুম্না হযবকই ॥৪॥ মচানা হায়ঃ— পিতাজী। তাইবং মীগী পুন্সিগী গতিসে যাম্না থুনা য়াঙনা চেন্থরি। মসিবু খঙনা খঙনা ধীর ওইবা মীশক্না কাব তৌকম থোক্ই? অত্থগা মসিগী থাঙৈশংবা উপায় অত্থ করি লৈবগে? মত্থু মুম্না তাকপিযু মত্থুগী মতুং ইন্না ঐ ধর্ম্মগী আচরণ অত্থ নীংথিনা চচ্চগে — তাকচগে? ॥৫॥ মপানা হায়ঃ—

## পিতোবাচ

বেদানধীত্যব্রহ্মচর্য্যেণ পুত্র পুত্রানিচ্ছেত্রপাবনার্থং পিতৃণাম্
অগ্নীনাধায় বিধিবচ্চেষ্টযজ্ঞো, বনংপ্রবিশ্যাথ মুনির্বুভূষেৎ ॥৬॥

## পুত্র উবাচ

এবমভ্যাহতে লোকে সমন্তাৎ পরিবারিতে　অমোঘাসু পতন্তীষু কিং ধীর ইব ভাষসে ॥৭॥

## পিতোবাচ

কথমভ্যাহতো লোকঃ কেন বা পরিবারিতঃ।　অমোঘাঃ কাঃ পতন্তীহ কিংনু ভীষয়সীবমাম্ ॥৮॥

## পুত্রউবাচ

মৃত্যুনাভ্যাহতো লোকো জরয়া পরিবারিতঃ　অহোরাত্রাঃ পতন্ত্যেতে ননু কস্মান্ন বুধ্যসে ॥৯॥

---

ঈবুঙো! ব্রাহ্মণনা তৌগদবা হায়বদু ব্রহ্মচর্য্য পালন তৌদুনা বেদ পুম্নমকপু নৈনবা তম্বা অসিনি। অদুগী তুংদ গৃহস্থাশ্রমদা চঙ্লবা পিতৃলোককী পেলহন্নবগীদমক্ত মচানিপা পোক্লনবা হোৎনগদবনি। বিধি কায়দনা অগ্নিহোত্রনচিংবা যজ্ঞগী অনুষ্ঠান তৌগদবনি। অদুগী তুংদা বানপ্রস্থ কৌবা আশ্রমদা চঙ্গদবনি। অদুগী তুংদা তুমিন্না লৈথিদুনা সংসার থাদোক্লুনা সন্ন্যাসি ওইদুনা চৎখিনবগী রাখল অসি কন্না থমগদবনি ॥৬॥ মচানা হায়ঃ— পিতাজী! লোক পুম্বদি মৃথ্যু কৌবদুনা মোংমা নো মগী পুদুনা চৎদি শোন্থলক্পা, অহল ওইরক্পা অবস্থা মায়গৈ মরিদা থৎচিল্লকক্রি। অহিং নুংথিন্না চাকশিন্নদুনা পুনশিবু নোংমা নোংমগী থুমশিনহল্লক্রি। অসিগুম্বা অবস্থাদা ঈতপ্ ওপ্না যান্না ধীব তৌনা, মপোপ্ ঈকায কাযদনা পান্না মথং মথং লৌথরক্পগী ভাবতা হাযাবিরি। মসি করিগীনো? ॥৭॥ মপানা হায়ঃ— ঈপাগী ঈবুংঙো! করিগীনো নংন য়ান্না কিথি কিরুম্নমা হংলিবদুবো? কৈ নায়ু যেংসি, লোক (মর্ত্ত্যলোক) অসিদা শিনরিবাসে করনানা কবিনা হাংলিবনো? কনানা মায়গৈ মরিমক্তা কোয়শিল্লি? হায়ু কনানা করম্বা থবক্তা মপুং ফানা মহৈ চাদুনা মপুনশি লেপ্লি? ॥ ৮ ॥ মচানা হায়ঃ— পিতাজী! য়েংবিয়ু জগৎ পুম্বসে মৃত্যু হাযবদুনা পুদুনা চিংদুনা চৎলি। ফম্না ফম্না পুরি. লেপ্ন লেপ্ন চিংলি তুমনা তুমনা পুরি, বেদ অধ্যয়ন তৌরি তৌরিঙৈদসু মীকূপ থুদিংগী চিংদুনা পুরি। মোংমা নোমৈগী অহল ওইশিল্লক্পা হায়বদুনা মাযগৈ মবিদা কোয়শিল্লকলি। নোংঙানবগা নুমিৎ তাবগা অহিং নুংথিল্ অনীনা জীবপানুবা থিবক্কী পুন্শিবু লোম্ন লোম্না শিক্লি শিক্লি কোইদুনা পুরি। পুবিবসিদসু মথোয় অনীগী থবক মহৈ য়াল্লি। নোংমতা কায়বা লৈতে, কনা অমত্তনা থিংবা ঙমদে মসিবু খঙবিদ্রিবা করিগীনো? ॥৯॥ থিংবা য়াত্রবী অহিংশিং

অমোঘা রাত্রয়শ্চাপি নিত্যমায়ান্তি যান্তি চ     যদাহমেতজ্জানামি ন মৃত্যুস্তিষ্ঠতীতি চহ।
সোঽহং প্রনতীক্ষিষ্যে জালেনাপিহিতশ্চরন্ ॥১০॥
রাত্র্যাং রাত্র্যাং ব্যতীতায়া মায়ুরল্পতরং যদা   গাধোদকে মৎস্য ইব সুখং বিন্দেতকস্তদা ॥ ১১॥
রাস্যাং রাত্র্যাং ব্যতীতায়াং ন কিঞ্চিৎ শুভমাচরেৎ তদৈব বন্ধ্যং দিবস মিতিবিদ্যাং বিচক্ষণঃ
অনবাপ্তেষু কামেষু মৃত্যুরভ্যেতি মানবম্ ॥১৩॥
শষ্পানীব বিচিন্বন্তমন্যত্রগতমানসম্     বৃকীবোরণ মাসাদ্য মৃত্যুবাদায়গচ্ছতি ॥ ১২॥
অদ্যৈব কুরু যচ্ছ্রেয়ো মাত্বাং কালোঽত্যগাদয়ম্   অকৃতেষ্বেব কার্য্যেষু মৃত্যুর্বৈ সম্প্রকর্ষতি ॥১৪॥
শ্বঃ কার্য্যমদ্য কুর্ব্বীত পূর্ব্বাহ্নে চাপরাহ্নিকম্   নহিপ্রতিক্ষতে মৃত্যুঃ কৃতমস্য ন বাকৃতম্ ॥১৫॥

---

অসিনা ততনা লাক্‌পা তোকত্রি। চৎথিবগা লাকপগা নোংমতা লেপত্রি। মসিনা তাব রাদি করিনো হায়বদা মৃত্যু হায়বসিনা মিকুপ অমতসু মাগী মথৌদগী পোত্থাত্রি লেপত্রি। করিগুম্বা অমতনা থিং লাথপসু ওমত্রি। ঐসু মহাক্কী অসিগুম্বা লাং অসিদা থুহনা লৈরি। ফীবম অসিদা করম্বা অবস্থাবু মথং মথং ঙাইহনা লৈগদৌরিবনো? ॥ ১০ ॥ অহিং অমমম্ লেনবদা, অমুমুক নোংঙাল্লম্বদা পুনসিসি ককশিল্লম্বনি। থেল্লবা ঈশিংনা অসুমসুম কংশিল্লকপদা করম্বা ঙানা মুংঙাইবা ফংগদগে? ॥১১॥ অহিং অমা লেনথ্রবা তুংদা নোংমহুগী মহুংদা করিগুম্বা অফবা থবক অমতা তৌহৌদ্রবদি নোংমহ অরেম্বদা চৎথ্রবনি হায়না বিদ্বান ওইবা মীনা হায়নৈ। তৌবিবা থবক্তা লৌত্রিবৈঙদা, নীংবা থুংদ্রিবৈঙদা মৃত্যুনা লাক্লুনা চেন্থিবা জীব মক্কনি ॥১২॥ মুংঙাইনা শজীক চাহনা লৈরিবা য়াউগী মনাক্তা থঙ্হৌদনা কৈ অমোম অমনা চেনশিল্লক্লুনা ঊমহনা পুখিবগুম পুরীংনা অমবু লাম্লগা অমুক লামগে হায়না তৌরকপা মতমদা মৃত্যুনা জীববু পুহনা চৎথিবা ঙাক্তনি ॥১৩॥ অহুনা, অফবা থবক অহুদি ঙসিমক তৌথোকউ। মতম মীকুপসিমক্তং নখুত্তগী হেক নাম্বোকখিবদা অহুম নাম্বোকথ্রবনি, অমুক হল্লক্ররোই। মৃত্যুনা জীববু পুথ্রিবসে থবক মপুং ফাদ্রিবৈঙদা ঙাক্তনি। অহুনা পিতংগী মহাকপু মৃত্যুনা হঙ্হৌদনা লাক্লুনা পুখিদৌরিবসে তৌরিবা থবক্ত মপুং ফাদ্রিবৈঙদনি ॥১৪। হয়েং তৌগদবা থবক্‌ তৌথোকউ। মুমিদাং রাইরম তৌগে থলবা থবক অহ হৌজিক অমুক তৌথোকহৌ। মরমদি মৃত্যু হায়বহুদি থবক অসিমদি লোইদ্রে, অসিমা লোইদ্র হায়বা করিমতা তাবিবা নচুংবিবা নত্তে ॥১৫। ঙসিমক লাক্কদৌরিবা মৃত্যুবু কনা অমতা থঙবা য়াউদে জগৎ পুম্বদা মনীং তম্মা চৎলিবা মৃত্যু অহুনা হয়েংদি নংগী যুমদা ঐ লাকনি হায়হুনা নিমন্ত্রণ আমন্ত্রণনচিংবা অমতা তৌথিবা লৈতে। ঙা ফাবা ডুমনা লোম্না তুমিন্না লাকহুনা ঙাবু ফাহুনা পুথিবহুগুম্না মৃত্যুসু নারোম্দগী চেঞ্জিল্লকহুনা জীববু পুথিবা ঙাক্তনি। অহুনা যৌবন অবস্থা সিমক্তদগী ধর্ম্মগী আচরণ তৌবা হোগদৌবনি—

কোহি জানাতি কস্যাদ্য মৃত্যুকালো ভবিষ্যতি ।　　ন মৃত্যুরামন্ত্রয়তে হর্তুকামো জগৎপ্রভুঃ ।
অবুদ্ধঃ এবাক্রমতে মীনান্ মীনগ্রহো যথা　　　যুবৈব ধর্ম্মশীলঃ স্যানিত্যংখলু জীবিতম ।
কৃতধর্মো ভবেৎ কীর্ত্তিরিহ প্রেতচবৈ সুখম্ ॥১৬॥
মোহেন হি সমাবিষ্টঃ পুত্রদারার্থমুদ্যত্য　　　কৃত্বা কার্যা মকার্য্য বা পুষ্টিমেষং প্রযচ্ছতি ॥১৭॥
তং পুত্রপশুসম্পন্নম্ ব্যাসক্তমনসং নরম্ ।　　সুপ্তং ব্যাঘ্রো মৃগমিব মৃত্যুদায়গচ্ছতি ॥১৮॥
সংচিন্বানকমেবৈনং কামনামাবতৃপ্তকম্　　　ব্যাঘ্রঃপশ্চামিবাদায় মৃত্যুবাদায়গচ্ছতি ॥ ১৯ ॥
ইদংকৃতমিদং কার্য্যমিনমন্যৎ কৃতাকৃতম্　　　এবমীহাসুখাসক্তং কৃতান্তঃ কুরুতেবশে ॥ ২০॥
কৃতানাং ফলমপ্রাপ্তং কর্ম্মণাং কর্মসংজ্ঞতম্　　ক্ষেত্রাপণগৃহাসক্তং মৃত্যুবাদাযগচ্ছতি ॥২১ ॥
দুর্বলং বলবন্তং চ শূরংভীরুপজড়ং কবিম্　　　অপ্রাপ্তং সর্বকামার্থান্ মৃত্যুবাদায়গচ্ছতি ॥ ২২॥

মবমদি ঐ যৌবন অবস্থা হৌজিক লৈবি, মাসগী মতু দা লাকপা অবস্থাদা ধর্ম্মগী থবক তৌবা হৌগনি হায়নীডায় থক লৈতে মবমদি হৌজিকমক লৈবিবা পুনশিগী শরাকসে অনিত্যনি। তাম্লেপকম থঙদবনি। পীক্রবা পুনশিগী পীক্রবা শবাক মচেৎ অসিদা ধর্ম্মগী আচরণ থজিক্তা তৌহোববদি ইহলোকতা মিংচৎ ফংলৌই, পরলোকসু সুখ শান্তি ফংঙই। ১৬।। ময়ায় কাবা শুমহৎপগী লাংদা থুরবা মীনা মচা মগু স্নুপীগী দমক্তা অহিং সুংথিন্দা নোমলি। মখোয়বু যোক্ল থাক্লবা হোৎনবদা অকবা ফত্তবা থবক অনীমকসি ইতৌ হেক তৌই ।।১৭।। তুমৃহনা লৈবিবা শজীবু কৈনা লাকতুনা পুথিবহুগুম্না মচা মগু শাগৈ নাতৈ লম্ভ্রমনা ঈকোয় কোযনা লৈরিঙৈ মতমদসু মৃত্যুনা জীবহুবু লাবতুনা পুথি।।১৮। বিষয় ভোগ তৌরিবা মথৈ পেন্দত্তনা বিষয় অমমুক পায়থৎলিঙৈ মত্তমদা মৃত্যুনা জীববু পুত্তনা চৎলিবা ঙাক্তনি। সুমিৎ চুপ্পা মীকুপ থুদিং ইপেন্তা পেন্দুনা লৈরবদি মহাশান্তিদা লৈরিঙৈদা মৃত্যুনা জীববু পুথিনিদো। শজীক চাবদা পেলদহুনা লাম-লাম চাবিঙৈদা শা শল অহুবু কৈনা চেঙ্খিল্লকতুনা পুহনা চৎথিবহুগুম্বনি ॥ ১৯ ॥ থবক অসিমদি লোইবে, মপুং ফাবে, অসিমাদ লোইদ্রি হায়না থবক অহু পায়থৎলগা মহু লোইদ্রিঙৈদা মৃত্যুনা জীববু পুথিবনিদো। অহুনা ফীবম ঈতাও তাউনা থবক তৌরিঙৈ অহুগা মহু লোৌদ্রিঙৈদা কাল কোবা লাইনা জীবহুবু পুথিবা ঙাক্তনি ।।২০। তাইবং মীনা মাগী লৌবুক ইংখোল, তুকান, মযুম মকৈগী অমদগী অমদা থাংদোক-থাংজিন তৌরিঙৈদা থাংদোক থাংজিন্দুগী মহৈ চাদ্রিঙৈদ', থবক তৌরিঙৈ চৈরকতুদা মৃত্যুনা মাবু পুত্তনা চৎথি ॥ ২১ ॥ অকনবা ওইরবসু অশোনববু ওইববসু, মবিল লৈবা অকনববু ওইরবসু, কিগনবা পাঙদববু ওইরবসু, মুর্খবু ওইরবসু বিদ্বান কবিবু ওইরবসু মানা মানা নীবা থুংদ্রিঙৈদ', মহু থুংনববা হোৎনরিঙৈদা মৃত্যুনা পুত্তনা চৎথিবা ঙাক্লি ।২২।। পিতাজী! হকচাং অসিদা মৃত্যু

মৃত্যুর্জরা চ ব্যাধিশ্চ দুঃখং চানেককারণম্ অনুষক্তং যদা দেহে কিংস্বস্থ ইব তিষ্ঠসি ।।২৩।।
জাতমেবান্ত কে হন্তায জরাচান্বেতিদেহিনম্ অনুষক্তা দ্বযেনৈতে ভাবাঃ স্থাবরজঙ্গমাঃ ২৪।।
মৃত্যুর্বা সুখমেতৎ বৈ বাগ্রামে বসতো রতিঃ দেবনাঙ্গষ বৈ গোষ্ঠে যদরণ্যমিতি শ্রুতিঃ । ২৫
নিবন্ধনী রজ্জুরেষাযাগ্রামে বসতোরতিঃ ছিত্বেতাং সুকৃতোযান্তি নৈবাং ছিন্দান্তুদুষ্কৃতঃ ।।২৬।।
ন হিংসযতি যো জন্তুন মনোবাক্কাযহেতুভিঃ জীবিতার্থাপনয়নৈঃ প্রাণিভির্ন স হিংস্যতে ।।২৭।।
ন মৃত্যুসেনামাযান্তী জাতু কশ্চিৎ প্রবাধতে ঋতেসত্যমসৎ ত্যাজ্যং সত্যে হ্যমৃতমাশ্রিতম্ ।২৮।
তস্মাৎসত্যব্রতাচারঃ সত্যযোগপরাযণঃ সত্যাগমঃ সদা দান্তঃ সত্যেনৈবান্তকং জযেৎ ২৯।
অমৃতং চৈবমৃত্যুশ্চ দ্বযং দেহে প্রতিষ্ঠিতম্ মৃত্যুমাপদ্যতে মোহাৎ সত্যেনাপদ্যতেহমৃতম্ ।৩০।।

---

জরা ( অহল ওইবকপা ) ব্যাধি ( লায় ) নচিংবা অমাংবা থুরোং থীরা কযা কযানা লোম নোংমগী আক্রমণ তৌশিল্লিংঙসদা টৈ ডু তাউনা ফমজুন লৈথোক্লব কনগীনো ? ।। ৩ ।। দেহী পুরিবা জীবসিনা দেহসিদা থেক চঙকপা ( লোনপা ) তুংমতুদগী মাবু কৰিগুম্বা মওংদা দেহান্দগী পাথোকখগদবগী মৃত্যুগা জরাগা অনীনা লুমজনা কোয়না ইন্দুনা লৈবিবনি থেক লৈবিবা অচর্চন্ত পুম্নমক অনীসিনা তুংদা শজ্জনা, তাঞ্জ ভাইজনা লৈরিবনি ।২৪। মীওমশেল লৈরক থুম্নকত্তা নগৰ ( সহর ) দ, কুপী অঙাং, সনা লুপাগী মবক্ত লৈবগনা বিষযগী আসক্তি য়াম্না হেনগংলি। মসদ মৃত্যুগী লওনা কাংলবা থোড্লন, মৃত্যু হায়বগী মচৌম্নি থযাংনি। অতুগা যন অমদি অচীকপা মফমদা ইন্দ্রিযশিংগী মশক ওইরবা শম্বীশংবু পুন্দুনা থম্নবা শঙ্গং। অস্মা শ্রুতিনা প্রমাণ থেজনা হায ।।২৫।। গ্রাম নগরদা লৈজন কুপী অঙাংমরক্তা থম্নিবা আসক্তি অহাদি জীব সবু, পুন্দুনা থমনবা থোরী ন পুণ্যাত্মা ওইবা মীনা থোবী সবু থাদংলগা চংথি। পাপীশিংনা পাপকী কর্ম তৌনিবাশিংনদি মতু ঙমদে ।।২৬।। পূর্বীংনা রাহৈনা হকচাংনা কনগুম্বা কনাগুম্বা অমগী হিংস তৌদবা মী মগাক অতবুদি, মাগী পুনসিবু লম্ননু মাঙজনবা মহা হিংস তৌবা শাভানা ফাওবা হিংসা তৌদে তৌবা ঙমদে ।।২৭। সত্য কৌবা মহাকুদি নত্তনা জগত্তা কনাগুম্বা শমজনা মৃত্যুগী লাগী থুগানা আক্রমণ তৌশল্লকপদা, মাযোক থাজনা লেপ্পা ঙমদে। মরম অতুনা অসত্যবু মতম পুম্বদা থাদোক্কদবনি। মরমদি, অমৃতত্ব ( শিদবা ) হায়বদো সত্যগী মথক্তা নন্দুনত্তা লৈরিবনি, অতুনা সত্যংব্রহ্ম হায়বৰজনি ।।২৮।। মরম অতুনা তাইবংমীনা সত্য কৌবা ব্রতবু মতমপুম্বদা পালন তৌগদবনি সত্য কৌবা যোগ, সত্যযোগ অতুগী মতুংদা লৈনা লৈনা বেদশাস্ত্রগী উপদেশশিংবু ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোযননা লৌগদবনি। মরম অতুনা সত্যগী পাৎশত্তনা তাইবংমীনা মৃত্যুবু জয তৌবা ঙম্মী ।।২৯।। মৃত্যু অমৃত অনীমক হকচাংসিগী মতুংদা লৈরিবনি। তাইবংমীনা মোহ ( তুমহৎপা)

সোঽহং হ্যহিংস্রঃ সত্যার্থী কামক্রোধবহিষ্কৃতঃ সমদুঃখসুখঃ ক্ষেমী মৃত্যুং হাস্যাম্যমর্ত্ত্যবৎ ॥ ৩১ ॥
শান্তিযজ্ঞরতো দান্তো ব্রহ্মযজ্ঞে স্থিতো মুনিঃ। বাঙ্মনঃ কর্মযজ্ঞশ্চ ভবিষ্যাম্যুদগায়নে ॥৩২॥
পশুযজ্ঞৈঃ কথং হিংস্রৈর্মাদৃশো যষ্টুমর্হতি। অন্তবদ্ভিরিব প্রাজ্ঞঃ ক্ষেত্রযজ্ঞৈঃ পিশাচবৎ ।৩৩।
যস্য বাঙ্মনসী স্যাতাং সম্যক্ প্রণিহিতে সদা তপস্ত্যাগশ্চ সত্যঞ্চ স বৈ সর্বমবাপ্নুয়াৎ । ৩৪॥
নাস্তি বিদ্যা সমং চক্ষুর্নাস্তি সত্যসমং তপঃ নাস্তি রাগসমং দুঃখং নাস্তি ত্যাগসমং সুখম্ ॥৩৫।
আত্মন্যেবাত্মনা জাত আত্মনিষ্ঠোঽপ্রজোঽপি বা আত্মন্যেব ভবিষ্যামি ন মাং তারয়তি প্রজা ॥৩৬

নৈতাদৃশং ব্রাহ্মণস্যাস্তি বিত্তং, যথৈকতা সমতা সত্যতা চ।
শীলং স্থিতির্দণ্ডনিধানমার্জবং ততস্ততশ্চোপরমঃ ক্রিয়াভ্যঃ ॥ ৭

দগী মৃত্যুবু, সত্যদগী অমৃত ( শৈদবা ) বু ফংঙি ৩০। অদুনা ঙাসদগী হিংসাদগী হন্দোকতুনা মংাকপু অপায়-শশাউবনু থ ম্যাহৃ দগী চিংথোকতুনা অবা দু ঙাইবা অনীকপু চপ মান্নবা মওংদ থান্দুনা, তৌদ পুন্নমক্কী মঙল ওননবগীদ থন্দুনা, দেবতাশিংগী মতৌগুম্না মৃত্যুগী অশিবদগী লাংথোক্লগ ॥ ৩১ ॥ ঐ বিষয়দগী হন্দোকতুনা, শান্তি যজ্ঞ লিংথংপদা পুন্নীং- ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু ইথ পোন্দুনা ব্রহ্ম যজ্ঞ (দেব শাস্ত্রবু নৈনজুনঙ্ব নৈবা মওং) দা থবায হৱচাং শীঙিম্নগ্রাগে। পুনশি চুপ্পা মুণিবৃত্তিদা লৈগ্রাগে উত্তরায়ণগী মার্গদা চৎখিনবগী দমক্তা জপ তৌদুনা, স্বধ্যায়গী মশক ওইবা বাগযজ্ঞদা, ধ্যানগী মশক ওইবা মনোযজ্ঞদা আগ্নিহোত্র অমদ গুরু সেবাগী মশক ওইরবা কর্ম্ম যজ্ঞ অনুষ্ঠান তৌগ্রগে ॥৩২। ঐগুম্বা বিদ্বান শিক্ষিত ওইরবা অমনা অনিত্য ওইবা মহৈবু পাবতি সা কনন তম্লবা পশুযজ্ঞ অদুগা হিংচা যাইতম্বগুম্না হকচাংগী ঈ লাইনা মচাক ওইবা তামসিক পশুযজ্ঞবু করম হায়না তৌগনি ৷ ৩৩॥ পুন্নীংগা বচৈগা অনীমক মচীন অমতদা তিন্নগ্রবা ত্যাগ তপস্যা সত্যনা মাগী বর্মখিবিক্তা তিন্নবা, অদুগুম্বা পোৎ থুদিমক ফংব ঙম্মি ৩৪। সংসারদা বিদ্যা ( জ্ঞান ) গা মান্নবা মীৎ অমতা লৈতে সত্যগা মান্নবা তপস্যা অমতা লৈতে বাগ মান্নবা শবাবা অমত্তা লৈত্তে ত্যাগ (থাদোকপা) গা মান্নবা নুংঙাইবা অমতা লৈতে ॥৩৫॥ ঐ হচা লৈত্রবসু পরমাত্মাগী মতুংদা পরমাত্মা মশানা পোকহল্লকপনি ( পোকলকপনি ), অদুনা ঐ তৌজিবসু পরমাত্মাদা অদুম মহৈ। অদুনা মতুংদসু পরমাত্মাদা অদুম মতিল্লগনি। মঙোন্দা হচাগী প্রযোজন ( দরকার ) করি লৈ ? হচাদুনা ঐবু লাম্বোকপিবমগদবা নত্তে। ৩৬। মতম পুম্বদা পরমাত্ম গত্তা তিন্নদুনা লৈব, অচচত্ত পুম্নমকপু চপ মান্ননা উবা, অচুম্বা ঙাক্লবা, অচুম্বা লমচৎ চৎপা ব্রহ্মদা লেঙ্দনা লৈব, মীওেন্দা ফুবা চৈবা তৌদবা, হচম চমনা লৈবা সকাম কর্ম পুম্নক্তগী লাম্থোরকপা হায়রিবা পুম্নমক অসিতনা ব্রাহ্মণগী ধরম্নি। অসি নত্তবা অতৈ লৈতে। ৩৭।

কিং তে ধনৈ র্বান্ধ বৈর্বাপি কিংতে, কিংতে দারৈ র্ব্রাহ্মণ যোমরিষ্যসি
আত্মানমন্বিচ্ছ গুহাং প্রবিষ্টং পিতামহাস্তে ক্বগতা পিতা চ ।৩৮।

ভীষ্ম উবাচ

পুত্রস্যৈতৎ বচঃ শ্রুত্বা যথাকার্যীৎ পিতা নৃপ । তথাত্বমপি বর্ত্তস্ব সত্যধর্ম্ম পরায়ণঃ । ৩৯ ।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
দ্বিসপ্তত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।।

-- (০) --

হে ব্রহ্মণ দেব ! পিতাজী ! নোংমা সংসার স থাদোকতুনা চৎখিবা মতমদা পৈরিবা মাল'শং অসিনা কৈদোনগদোরিবা ? ঈচীন ঈনাও শাগে নাতৈ'শিংনা করি হাপ্লিবকদোবিবা ? খুপী অঙাংশিংনা মতমহুদা করি তৌনদোরি ? পিতাজী ! থম্মোয় হুদা তুংহুনা লৈরিবা পরমাত্মাগবু থিবিয়ু । অসিমসু পিতাজীগী পিতা, পিতামহ, প্রপিতামহশিংতু হৌজিক কদায়দা কৈংগ্রে ? ।।৩৮। ভীষ্মনা হায় :— নিংথৌ যুধিষ্ঠির ! মচা জ্ঞানীচগী রাসি তাবদা মশাহু সত্য ধর্ম যজ্ঞগী অনুষ্ঠান তৌথি । নহাকসু অতগুম্বা সত্যধর্ম্মগী আচরণ তৌহুনা পুনশি অসি লেল্লু । ৩৯।।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা পিতৃপুত্রসংবাদগী চামহুমফুতরানিথোইগুবা অধ্যায় লোইরে ।

—(০)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## ত্রিসপ্তত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

( চামহুমফুত্তরাহুমদোইশুবা অধ্যায় )

### ত্যাগগী মরম্দা শম্পাক কৌবা ব্রাহ্মণগী উপদেশ

**যুধিষ্ঠির উবাচ**

ধনিনশ্চাধনা যে চ বর্ত্তয়ন্তেস্বতন্ত্রিণঃ সুখদুঃখাগমস্তেষাং কঃ কথং বা পিতামহ ॥১।

**ভীষ্ম উবাচ**

অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্। শম্পাকেনেহ মুক্তেন গীতং শান্তিগতেনচ ॥ ২ ॥
অব্রবীন্মাং পুরাকশ্চিৎ ব্রাহ্মণস্ত্যাগমাশ্রিতঃ। ক্লিশ্যমানঃ কুদারেণ কুচৈলেন বুভুক্ষয়া ॥ ৩ ॥
উৎপন্নমিহ লোকে বৈ জন্মপ্রভৃতি মানবম্। বিবিধান্যুপপর্য্যান্তে দুঃখানিচ সুখানিচ ।৪॥
তয়োরেকতরে মার্গে যদেনমভি সন্নয়েৎ। ন সুখং প্রাপ্য স হৃষ্যেন্নাসুখং প্রাপ্যসংজ্বরেৎ ॥৫॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হংঙি :— ঈবুধৌ ! ঈনাক থুনবগা লায়রবগা অনী অসি মাগী মাগী অবস্থাদা স্বতন্ত্র অতুম লৈনরি। অদুবু অনী অসি মাগী মাগী করম্বা মওংদা অরা-ফুংঙাই ফংনরি ? *। ১। ভীষ্মনা হায় :— যুধিষ্ঠির ! নহাক্না হংলিবা হিম্নয় অসিদা মমা ঙৈগী ইতিহাসগী ৱারী অমা হেক হেক লীনৈ। মাদু জীবন্মুক্ত ওইরবা মহাশান্ত ওইরবা সম্পাকনা হায়খিবনি।২॥ মমাংঙৈগী ৱারীনি। মফি মরোল শেগায়বগী, ফুগীনা ফত্রবী ওইবগী অতুগা অরাম খোরাংবনা অরাবা তারবা ত্যাগী ব্রাহ্মণ, মমিংনা সম্পাক কৌবা অসিনা নোংমা ঐঙোন্দা অসুম্না হায়খি :— ॥ ৩ ॥ সংসারসিদা হেক পোক্লবা ইনাকথুনবা থওদে, লায়রবা থওদে, মীপুম থুদিংমক অসি হেক পোকপদগী অরা-ফুংঙাই মথল মথল ফংদুনা অতুম মরাকলে ।৪। বিধাতানা করিগুম্বা, ফুংঙাইবতদরম্বা, নত্রগা অরাবতদরা অবস্থা অমতদা মী থুদিংমক চ হল্লগ্লবদি মী মহাক অদু ফুংঙাইবগী মচাক ফংলবসু ফুংঙাইররোই অরাবদা তারবসু রাররোই।৫ সংসারগী বিষয় কামনা অমতা

---

* টীকা :— ইনাক থুনবসু ফুংঙাইদুনা হরাওনা ঙাক্ লৈত্রি। অনংবসু রাদুনা ঙাক্ লৈত্রি। অদুনদি ইনাকথুনবনা করম্বা অবস্থাদা রায় ?. অনংবা-লায়রবনা করম করম্বা অবস্থাদা ফুংতাইরি ? ফুংঙাইবা ঙাক্তনা পুনশি ওইত্রি, অরাবা ঙাক্সু পুনশি লোমদ্রি। অদুনদি মথোয় অনীগী পুনশিসি অরা-ফুংঙাইদগী থেম্লবসি করিদনো ? মদুং অনীমক মথোয় অনীগী মরেলবদি ইনাকথুনবগা লায়রবগা করি থেম্নরি ? অরাবগী শরুক কেনথিবসি লায়রবগীরা—নত্রগা ইনাকথুনবগীরা ?—অসিনচিংবা হংবনি।— কানাচাঁদ।

ন বৈ চরসি যচ্ছ্রেয় আত্মনোবা যদিহিষে। অকামাত্মাপি সদা ধুরস্তুদস্য চৈব হ ॥ ৬ ॥
অকিংচনঃপরিপতন্ সুখমাস্বাদয়িষ্যসি অকিংচনঃ সুখংশেতে সমুত্তিষ্ঠতি চৈব হ ॥ ৭ ॥
অকিংচনঃ সুখং লোকেপথ্যং শিবমনাময়ম্ অনমিত্রপথো হ্যেষ দুর্লভঃ সুমভো মতঃ ॥ ৮ ॥
অকিংচনস্য শুদ্ধস্য উপপন্নস্য সর্বতঃ অবেক্ষমাণস্ত্রীল্লোকান্নতুল্যমিহলক্ষয়ে ॥ ৯ ॥
আকিংচন্যং চ রাজ্যং চ তুলয়া সম তোলয়ম্। অতিরিচ্যত দারিদ্রং রাজ্যাদপি গুণাধিকম্ ॥ ১০ ॥
আকিংচন্যে চ রাজ্যে চ বিশেষঃসুমহানয়ম্। নিত্যোদ্বিগ্নহি ধনবান্ মৃত্যোরাস্য গতোযথা। ১১।
নৈবাস্যাগ্নির্ন চারিষ্টে ন মৃত্যুর্ন চ দস্যবঃ প্রভবান্ত ধনত্যাগাৎ বিমুক্তস্য নিরাশিষঃ ॥ ১২ ॥

লৈত্রবস্থ, নশাগী কান্নবদি তৌদ্র, পুক্নীংবু নথা পোগহন্দ্র। মসিগী মরম অাস খঙলবা? রাজ্যগী ভারবু নং নশানা নক্কোক থোংনা পুরি,—অর্জুন। ৬। নহাক্না কৰিগুম্বা অমত্ত তানশিন্ন্ পৈশিন্দ্রবদি, চৎলু চৎলুবা মফমদা শুংঙাইবগী মশকতা উগনি। শুংঙাইবত্তা ফংগনি। মরমদি মশাদা কৰিমত্ত লৈজদ্র। অতুত্তনা করিকুম্ব অমত্তগী নীঙাইব লৈত্তন তুম্বা তাম্ব, করিগুম্বা অমত্তগী চিনবা শরাংপা লৈতনা যাহৌঙ্গ ৭। অতনা, সস [illegible] কৰিবু লৈত্তবা হায়বত্তুনা মঙ্গুংঙাইরবনি। মহাক্ অংতন থাঙ্গশেংনা মীগী কান্নবা তৌবা, করিমত্তা পাংদনা মীগী অংম্বা মতেং পাংবা, মীগী মঙ্গল ওইবতা থনবা, [illegible] খুদোং থীবগী চিংননীঙায় লৈত্তবা হায়বা মীশক্ত ওই। হেক্নবা কনগুম্বগী মথংমদগী ককিবা খুদোংথীবা নংগনি হাযবগী চিংননীঙ ম লৈতে। অশিগুম্বা মার্গ (লম্বী) অসযাম্না তাঙবা ওইববু, ফংঙমত্রবা ওইরবস্থ [illegible] মার্গ কমা ওইনা লৈবনি। ৮ ত্রৈগী মলোগ [illegible] কুপ্পা [illegible] লৈত্তবা, থম্মোয় [illegible] পুমশেং শেংগ্রবা, অপাংবা লৈত্রবা মাগা মম্রনা শুংঙাইবা মীশক [illegible] মরোল শুনদা লৈত্রে। ৯ লৈপাক সংহাসর্ণগা, করিস্থু লৈত্তদ্রবা হাযবত্তুগা অনী অসি খন্দ হাপ্পুনা ওনশদ, করিস্থু লৈত্তবা হায়বাসিদা লৈবা গুণনা মশীং হেনশিবনা মহাক্না লুম্বা হেনুথ্রে ॥ ১০ ॥ লল্‌গৈ পুকৈক কয়াগী মপু ওইদুনা সিংহাসন থক্তা ফমলিবা, রাজা অমগী মপু ওইরিবত্তুগা করিমমা লৈত্রবা লায়রবত্তুগা য়াম্না খেন্নে। নিংথৌদি দুমিৎ চুপ্পা পুক্নীং তগাং তশোঙ্গনা, পুক্নীদা পোথাফম খঙদনা, শান্তি কৌবা ফংদনা, মীকুপ খুদিং অশিবগী মচীন ময়াদা তান্থুনা লৈবগুম লৈ ॥ ১১ ॥ মাগীনি হায়বা করিস্থু লৈত্রবা থোইদোকপা অমসু পাম্মুবা লৈত্রবা, মৈ—ঈশিংগী অকিবা লৈত্রবা, গ্রহ-দশানচিংবগী অকিবা চিৎনবা লৈত্রবা, শিগনি-নাগনি হায়বা ফাওবা নাচুংবিত্রবা মহাক অন্থুদি করিগুম্বা অমগী কামনা তৌদনা, ইন্থুংত্তা হুংঙাইনা লৈ। য়েক্লবা অমনা আক্রমণ তৌরকনি হায়বগী হুরানবা-ডাকুনা মরল্ মথুম মুনবিপ্রগনি হায়বগী চিংমনীঙায় মঙোম্দা করিমত্ত লৈতে ॥ ১২ ॥

তং বৈ সদা কামচরমনুপস্তীর্ণশায়িনম্। বাহুপধানং শাম্যন্তং প্রশংসন্তি দিবৌকসঃ ॥১৩॥
ধনবান্ ক্রোধলোভাভ্যামাবিষ্টো নষ্টচেতনঃ তির্যগীক্ষঃ শুষ্কমুখঃ পাপকো ভ্রুকুটীমুখঃ ॥১৪॥
নির্দশন্নধরোষ্ঠং চ ক্রুদ্ধো দারুণভাষিতা। কস্তমিচ্ছেৎ পরিদ্রষ্টুং দাতুমিচ্ছতি চেন্মহীম্ ॥১৫॥
শ্রিয়া হ্যভীক্ষ্ণং সংবাসো মোহয়েতাবিচক্ষণম্ সা তস্য চিত্তং হরতি শারদাভ্রমিবানিলঃ ॥১৬॥
অথৈনং রূপমানশ্চ ধনমানশ্চ বিন্দতি। অভিজাতোঽস্মি সিদ্ধোঽস্মি নাস্মি কেবলমানুষঃ ॥১৭॥
ইত্যেভিঃ কারণৈস্তস্য ত্রিভিশ্চিত্তং প্রমাদ্যতি সম্প্রসক্তমনা ভোগান্ বিসৃজ্য পিতৃসঞ্চিতান্
পরিক্ষীণঃ পরস্বানামাদানং সাধু মন্যতে ॥১৮॥

---

নাংমগী থোকউ-থোকউবা, লাইনা তম্বা অদুগী মথক্তা ইরুং চুংঙাইনা লৈ। মশাদা ফমুং ফাগুং [illegible] কবিমতা লৈতে [illegible] থক্তা [illegible] তুমথে কই মপাম্বোমদা যোন্ থাঙ্ তুনা হীপ্-[illegible] [illegible]। চুমিং চুপ্প শান্ত [illegible] লৈ [illegible] ইবেবাক্কী লাই ফাওবনা মাগী পুনশিবু কন্নকনৈ ॥ ১৩। ধনবান্ ওইবা, চুমিং চুপ্প [illegible] অপেনবা লৈতবা মহাক্তি; অপাম্ব-[illegible] মথা পোনখিত্তুনা, বিবেক অমদি বিচার শক্তি কবিমত লৈথিত্রবনি। চুমিং চুপ্পা পীশূম শুক্তোক্‌পা, মীচি খোযনা যেংবা, মচাম্মান থ্রক থ্রক্ কংবতনা মশিঙ্গাং ওইরবনি! করম্না লোইশিগে হায়বগী পাপকী রাথম্বা লুপ্তুনা লৈত্রবনি ॥ ১৪ ॥ চুমিং চুপ্পা শাউবনা মথা ক্রেক্ ক্রেক্ চীক্তুনা অকনবা অযাকপা রাভা [illegible] তুনা লৈত্রবনি। অসিগুম্বা মীশকনা পৃথিবী পুম্বা পীরগে হায়না [illegible] হায়ববু কনানা [illegible] য়েংনিংগনি? কনানা মাগী মশক ফাও উনিংগনি? ॥ ১৫। মতম পুম্বদা সনা মুপাতা যাওয়্তুনা লৈ খ্বনা, [illegible] হৈনখিবা অভ্যাস অতুনা পঙ্‌লবা মশা কাপ্ মযাই [illegible] [illegible] [illegible] চাউথোকপগী লা দা থুংহনি শরৎ ঋতুগী [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] মাগী পুক্নীংবু [illegible] থরনবা রাখলদগী লাপ্না হুম্‌দোত্রবনি ॥ ১৬ ॥ মশক মতৌ, তৌনা [illegible] পোযবা লাপঃ, লনথুনগী ময়াই কাবনা ভূং চঙ্‌খিবগুম্, ভুংনা থীবগুম্, মাবু পোথাহন্দবমথৈ মথক্তা তোংতুনা থোৎতুনা লৈরবনি। ঐগুম্বা তৌব ভম্বা, শাগৈ জ্বাৎ চাউবা, পোকপগী মহৈযানবা মীবু লৈবিগদ্রো হায়না খল্লক্লে অতুতনস্তুনা ঐদি মীচম্ নত্ত্রানি হায়নম্ থন্নক্রবনি খঞ্জিল্লুববদি মবাইবক থীরবা মপোক্লি ॥ ১৭ ॥ মশক্, মরল্, শাগৈ জ্বাংকী নাপম্না মাবু পুমগুম্ শুম্মাংতুনা থমত্রবনি। বিষয়ভোগদা লুপ্‌খিতুনা মপা মপুনা তাম্লম্বা, পৈরম্বা শেল অতুবু মহাক্না ফত্রবা পাপ বিচার অসিদা হৈদোক্লি। অতুগা অমুক্‌সু য়াম্না লাইববা, চানীভায় লৈজত্রবা অমগী মতৌগুম্না মীগী অরা-অনা যেংদনা মীগী লল্‌বু খোপ্‌চিনগদবগী, মুনগদবগী হোৎনরি ॥ ১৮ ॥ মতৌ অসুম্না

তমতিক্রান্তমর্যাদনাদদানাং ততস্ততঃ প্রতিষেধন্তি রাজানো লুব্ধা মৃগমিষুভিঃ ॥ ১৯ ॥
এবমেতানি দুঃখানি তানি তানীহ মানবম্ বিবিধান্যুপপদ্যন্তে গাত্রসংস্পর্শজান্যপি ॥২০॥
তেষাং পরমদুঃখানাং বুদ্ধ্যা ভৈষজমাচরেৎ লোকধর্মম্ বজ্ঞায় ধ্রুবাণমধ্রুবৈ সহ । ২১॥
নাত্যক্ত্বা সুখমাপ্নোতি নাতক্ত্বা বিন্দতে পরম্ নাত্যক্ত্বা চাভয়ঃ শেতে তক্ত্বাসর্বং সুখীভব ।২২ ।
ইত্যেদ্ধাস্তিনপুরে ব্রাহ্মণনোপবর্ণিতম্ । শম্পাকেন পুয়াযহ্নম্ তস্মাত্যাগঃপরোমতঃ ॥২৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বনি
শম্পাকগীতাযাং ত্রিসপ্তত্য'ধকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

—(•)—

মশাগী মান মর্যাদা শূকযে' য়েংদনা অমদগী অমদা শাতু কাযল চত্নু্না ছলনা ওইববস্থু বল (পাঙ্গল) মবু ওইববস্থ মুট্ তৌবগ৷ চপ মাম্না লল্ খোমজিল্লিজৈদা শাদানবনা শজাপু তেম্না কাপ্নুনা চৎহম্বৰগুম, নিংথৌনা মাগী মরাল অচুগীদমক দণ্ড পী ।। ১৯॥ মতৌ অস্নুম্না পূক্লীং হকচাংদা অবাবা দুংঙাইতবা কযা কয়াবু সম্প'ত্তনা অমদি সম্পত্তিবু পাম্বা হাংদুনা মীওইবদা পী ।।২০ ॥ মরম অদুনা অনিত্য ওইবা হকচাং অসিগা ইতত্তত্তনা লোযনদুনা লৈববা মচা মশূ মরল্ মথুঙ্গু বিধি কাযদনা পাম্বা অসিনচিংবা, লোকধর্ম্ম সমাজধর্ম্মবু লৈখা তাহনবা থম্মোই ল যনাশিং অসি মতম চানা মতীক্ চানা লাযয়েংহৌগদবমি ॥ ২১ ॥ পাদোকপা নত্তনা লোশিনবনা তাইবংমী দু ঙাইবা, ইংবা অপেনবা থক্ ফংলোই । ত্যাগ ( থাদোকপা )তনা পরম্আত্মাবু ফংগদবনি ত্যাগী ওইবা নত্তনা পরমাত্মা ( পরমানন্দ ) বু থক ফংবা ঙম্লোই । ত্যাগ তৌবা নত্তনা, অকিবা চিংনবা লৈতনা স্বতন্ত্র ওইনা থক্ চৎপা যাম্লোই । অদুনা নহাকস্নু পূম্নমক্ থাদোক্নুনা দুংঙাইব', অঙ্গংবা ( শান্তি ) অদু ফংননবা তৌ ॥ ২২ ॥ অস্নুম্না মমাঙৈদা শম্পাক কৌবা ব্রাহ্মণ অদুনা হস্তিনাপুরদা ঐঙোন্দা ত্যাগকী মহিমা ( মগুণ ) অসি লীখি । অদুনা "ত্যাগ" তনা খাইদগী অথোইবনি ।।২৩॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভাবতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা শম্পাকগীতাদা চামগ হমফুতরাহুমদোইগুবা অধ্যায় লোইরে ।

—(•)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## চতুঃসপ্তত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

( চামহুমফুতরামরিগুবা অধ্যায় )

### মঙ্কিগীতা পরমসুখ ফংননবগী মতাং

### যুধিষ্ঠির উবাচ

ঈহমানঃ সমারম্ভান্ যদিনাসাদয়েৎ ধনম্। ধনতৃষ্ণাভিভূতশ্চ কিংকুর্ব্বন্ সুখমাপ্নুয়াৎ ॥ ১ ॥

### ভীষ্ম উবাচ

সর্ব্বসাম্যমনায়াসং সত্যবাক্যং চ ভারত। নির্ব্বেদশ্চাবিধিৎসা চ যস্য স্যাৎসসুখীনরঃ ॥ ২ ॥

এতান্যেব পদান্যাহুঃ পঞ্চাবিধাঃ প্রশান্তয়ে। এষ স্বর্গশ্চ ধর্মশ্চসুখংচানুত্তমং মতম্ ॥ ৩ ॥

অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্। নির্ব্বেদান্মঙ্কিনা গীতং তন্নিবোধযুধিষ্ঠির ॥ ৪ ॥

ঈহমানো ধনং মঙ্কির্ভগ্নেহশ্চ পুনঃ পুনঃ। কেনচিৎধনশেষেণ ক্রীতবান্দম্যগোযুগম্ ॥ ৫ ॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হায় :— ঈবুধো। লল্লু ফংনিংবা কনাগুম্বা হন্না হন্না নোম্ল ফাওবদা হেক মকংত্রবদি, ফুংঙাইববু পীংনৈবা লল্ অতু ফংননবা কাব কারি উপায় তৌবা তাই ? ॥ ১ ॥ ভীষ্মনা হায় ভরতবংশদা পোকপা ! থাই পুম্নমকপু চপ্ মান্নবা, থেন্নবা লৈতনা উবা অমদি মাতুগী মতুং ইনবা লমচৎ চৎপা, কান্নদবা পোংশক তানবদা মতম মাঙহন্দবা, অচুম্বা ঙ ঙ্বা, সংসারগী মপানগী উরিবা বিষয়শিং অসিদা বৈরাগ্য ভাব থম্বা, মপানগী কান্নদবা কর্ম্মশিংদা আসক্তি থমদবা, হায়রিবা মঙাসিমা মী মহাক্ অতুদা পুল্লপ্ লৈরবদি অতু ফুঙাইবা ফংলবা মী অমনি ॥ ২॥ জ্ঞানদা অহল ওইরবা মীশিংনা হায়রিবা মঙা অসি মহাসুখ শান্তি ফংননবা কারণ ( মচাক ) নি হায়নৈ স্বর্গ হায়বসু অসিনি, ধর্ম হাযবসু অসিনি, ফুংঙাইবা হায়বসু মথোয় মশামক অসিনি ।৩। যুধিষ্ঠির ! বিষয় অসিদা মমাংলৈগী ইতিহাসগী থুদম রারী অমা লৈ। মঙ্কি কৌবা মুনিনা সংসারগী বিষয়গী ভোগকী অপাম্বা থাদোক্লুনা হায়দোকখিবা রাশিং অদু ঐ হায়গে তাও ॥ ৪ ॥ মঙ্কি কৌবা মুনি অমনা লল্ ফংননবা মথল্ মথলগী উপায়না য়াম্না হোৎনখি। অদুবু মহৈ ঈয়ান য়াম্দে। মমৈথংদা শেল থজিক্তং মাগী লৈহৌই। মাহনা ফুংশি-জরবা শম্নাউ অনী লৈরুরে ।৫। নোংমা, শম্নাউ অনীহুবু থোরী অমনা মঙকৃশম অনীহুনা কিশিল্লগা

সুসম্বদ্ধৌ তুতৌ দম্যৌ দমনায়ভিনিঃসৃতৌ । আসীনমুষ্ট্রং মধ্যেন সহসৈবাভ্যধাবতাম্ ॥ ৬॥
তয়োঃ সম্প্রাপ্তয়োরুষ্ট্রঃ স্কন্ধ দেশমমর্ষণঃ । উত্থায়োৎক্ষিপ্য তৌদম্যৌ প্রসসার মহাজবঃ ॥৭॥
হ্রিয়মাণৌতু দাম্যৌ তেনোষ্ট্রেণ প্রমাথিনা । ম্রিয়মাণৌ চ সম্প্রেক্ষ্য মঙ্কিস্তত্রাব্রবীদিদম্ ॥ ৮ ॥
ন চৈবাবিহিতং শক্যং দক্ষেণাপীহিতুংধনম্ । যুক্তেন শ্রদ্ধয়া সম্যগীহাং সমনুতিষ্ঠতা ॥ ৯॥
কৃতস্য পূর্ব্বং চানর্থৈর্যুক্তস্যাপ্যনুতিষ্ঠতঃ । ইমং পশ্যত স গত্বা মম দৈবমুপপ্লবম্ ॥১০॥
উদ্যম্যোদ্যম্য মে দম্যৌ বিষমেণৈবগচ্ছতঃ । উৎক্ষিপ্য কাকতালীয়মুৎপথেনৈব ধাবতঃ ॥১১।
মণী বোষ্ট্রস্য লম্বেতে প্রিয়ৌবৎসতরৌমম । শুদ্ধংহি দৈবমেবেদং হঠেনৈবাস্তু পৌরুষম্ । ১২ ।
যদি চাপ্যুপপদ্যেত পৌরুষংনাম কহিচিৎ । অন্বিষ্যমানং তদপি দৈবমেবাবতিষ্ঠ তে । ১৩ ॥
তস্মান্নির্বেদ এবেহগন্তব্যঃ সুখমিচ্ছতা । সুখং স্বপিতি নির্বিণ্ণো নিরাশশ্চার্থসাধনে ॥ ১৪ ॥

অনীত্ত পুন্থনা লৌবুক লোমদা লাকই শম্নাউ অনীদ পোবীদ থাক্তনা থাদোক্লনা থম্মি। তাঞ্জাতুদা উট অমা শম উ অনীত্তরামদা চেনশিল্লকই ৬। শম উ অনীত্নগী মঙকশমদা বিত্থন লৈরিবা পোবী অদু উট অত্থনসু য়াম্না দুংভাইত্তব থুদোংথীবা অমা ওইনা থোক্লে উট অত্থনা চেন-শিল্লকুনা মঙকশম লুকথত্থনা শম্নাউ ২ অত্থবু কোংখকুনা পুক থাক্ যাম্থনো চেল্লে ।৭ শম উবু হুংনা পুবিদা উট অত্থদ মঙ্কিকোবা মুনিত্তদা অস্মুমা হায়বই ৮। তাইবং মী হায়বসিনা গনা যাম্না শিংথনসু, ফংনিংলিবা লল (পোশক) অত্থবু শ্রদ্ধা বিশ্বাসগ লোয়ননা ফমনবা হোৎনবসু মরায়বক্তা তমত্রবদি ফংবা ঙমদে ।।৯। অহানবদা ঐনা হোৎনখিবা কর্ম পুম্নমকতু অয়াম্বনা মহা মাঙনবগী মশক ওইখি। অত্থুগুম্বা অনাঙবত্ত ফংলকাওবদা লল অত্থবু হৌজিক যাওবা ফংনবগীতা হোৎনত্থনা লৈরি। অত্থবু যেংঙু! তসিদ শম্নাউ অনীসি উরুবদগী থেংনরুবদগী ওন্থোকপা, কযাদা ঙকথ্রবা উপদ্রব অমা ঐগী পম্মোযদ ফাওথ্রবনো ? ॥ ১০ ॥ উট আসনা ঐগী শম্নাউ অনীবু তান্নথনা চোং চোং চেলহন্দুনা অরা থুদো থীবা মফমদা চৎলি। কাকতালীয় ন্যায়না হায়বদি, লাইগী নোংদমদগী মতা চরুবনা, শম্নাউ অনীসিবু মঙকশমদা যাম্থনা ফত্রবা থুদোংথীবা লম্বীদা চেল্লি। উট আসগী মঙকতা ঐগী দুংশিজরবা শম্নাউ অনীসিনা মনি অনীনা য়াম্থনা হাইদুম্ন লৈববু থোত্থনত্থন নীংথিজরি। মসে দৈবলীলা (লাইনা তম্বা কুম্মে) অমনি। নম্থেক্তুনা থবক তৌবা ঙাক্তনা করি পুরুষার্থ ফংগনি ? ।।১১—১২ করিগুম্বা মক্তমদ পুরুষ থচ মহৈ য়ানুবা ওইনা ফংলবসু, মাত্ত অস্মুম থিজিল্লুরগা দৈব সংযোগ (লাইনা তম্বা) হায়বদো হেক্তা ওইরম্মি ১৩। মরম অত্থনা দুংভাইববু ফংনিংবা মী মহাক অত্থনা ধন (লল) চিংবগী মায়গেদা বৈরাগ্য ভাবত্তা চঙগদবনি, য়েংশিনগদবনি। লল তানবদা, হোৎনবদ, নীংবা

অহো সম্যক্ শুকেনোক্তং সর্বতঃ পরিমুচ্যতা প্রতিষ্ঠতা মহারণ্যং জনকস্য নিবেশনাৎ ॥১৫।
যঃ কামানাপ্নুয়াৎ সর্বান্ যশ্চৈতান্ কেবলাংস্ত্যজেৎ। প্রাপণাৎ সর্বকামানাং পরিত্যাগো বিশিষ্যতে ॥১৬
নান্তং সর্ববিধিৎসানাং গতপূর্বোঽস্তি কশ্চন। শরীরে জীবিতে চৈব তৃষ্ণা মন্দস্য বর্ধতে ॥ ১৭॥
নিবর্তস্ব বিধিৎসাভ্যঃ শাম্য নির্বিদ্য কামুক অসকৃচ্চাপি নিকৃতোন চ নির্বিদ্যসে ততঃ ॥১৮
যদি নাহং বিনাশ্যস্তে যদ্যেবং রমসে ময়া মা মাং যোজয় লোভেন বৃথা ত্বং বিত্তকামুক। ॥ ১৯॥
সংচিতং সংচিতং দ্রব্যং নষ্টং তব পুনঃ পুনঃ কদাচিন্মোক্ষ্যসে মূঢ ধনেহাং ধনকামুক ॥ ২০ ॥
অহো নু মম বালিশ্যং যোঽহং ক্রীড়নকস্তব। কিং নৈবজাতু পুরুষঃ পরেষাং প্রেষ্যতামিয়াৎ ॥২১॥
ন পূর্বে নাপরে জাতু কামানামন্তমাপ্নুবন ত্যক্ত্বা সর্বসমারম্ভান্ প্রতিবুদ্ধোঽস্মি জাগৃমি ॥২২ ॥

ক'য়হুনা কাইনথংদা বৈরাগ্য লাক্লনা নিরাশ ( নীবা কায়বা ) ওইরবদি অচিংদা নুংঙাইনা থুযা তুশিংনা তুম্বা ফংদে ।।১৪।। ইস। ওস্নোকপনি! শুকদেব মুনিনা কোমুংদগী চাউরবা শুরুবা উম লোংদা লাকপা মতংদা, মাংগে পূর্বদগা অফা-অপুম্বব যাওদন ঈচাঙ্ হাউনা লাকপদা কযাদা নুঙ ইবিগবা। মহুনা হেং ঐচোন্দসু ফবম্বনি । ১৫ নীঙজব অপাম্বা পুম্নমকপু ফংননবগীদমক্তা হোৎনহুনা ফংলবা মী অহুনগীসু করিমত্তা হোংনদহুনা অনিত্য ওইবা পোৎশিং অহু ফংদবা, ফংলবসু ত্যাগ তৌবা মা অঙনা নুংঙাইবা হেল্লি । ১৬। জগত্তা কনা অমত্তনসু লল্গীদমক হোৎনবিবা ( পরিশ্রম ) অহুগী মরোইবা থিবা ঙম্মোই হকচাং অমদি পুনাশগী মফমদা অপঙ্বা মীগী তৃষ্ণ ( থোবাংবা ) অহুদ অহুম হেনগৎলনা লৈ । ১৭।। কামনা পুম্নমক্কী মথা পোন্দুনা লৈববা ! অপঙ্ব পূরুং! নং হোৎনবা ( পরিশ্রম ) পুম্নমক্কুদগী হন্দোরকউ। বৈরাগ্যদ চঙ্জৌ, কায়রবে ঊ। লল্বদা কযাদা নঙোন্দ। নমথাক তৌ তৌহুনা চৎথিবা মাঙথিবা অহুমক্তদা নংনা হৌজিক ফাওবা তাম্নগে থল্লি হৌজিক ফাওবা পুরুং নঙোন্দ। বৈরাগ্য ভাব ফাওদ্রি ? । ১৮।। লল্ ফংননবগীদমক্তা হোৎববা তোকত্রিবা অপঙবা পুরুং। নংনা ঐবু লৈথ তানা মাঙহল্লিদ্রবদি অহুগ ঐগা নুংঙাইনা ঈংনা লৈমম্নীংলবদি কান্নদবা অবেস্বা থবক অসিদা অমুক চঙ্ঙরসু ।।১৯। নংনা হম্না ২ লল্বু কযারক তাম্নুরে। মথং অহুম মশক্-উথিদে অহুগুম্বা লল্বু পাম্লিবা অপঙ্বা পুরুং। নং কবিগুম্বা মতমদসু অপাম্বা অসি থক্ থাদোক্লরোইদ্রা ? ॥২০॥ আঃ! ঐসি কয়াদা পঙঙ্বব ! পুরুং। নংগী নথাপোল্লুরেদে অসুক কুইব স নপঙ্ পঙজবনা ঐসি নংগী শাম্নপোৎ ওইরুর চৎ কযা মসিবু হাম্ন থঙনরম্নব দ, অশিংবা কনান নংগী নথা পোম্নিংলমগনি ? ।২১। মমাংঙৈগী মীবোলগী কনাগুম্বা অমত্তনা অহুগা মতুংগী নীরোলগী কনা অমত্তসু অপাম্বা হায়বহুগী অরোইবহু থিবা অমুক্তা থঙথিগে, থঙসু থঙলোই। অহুনা হৌজিক্তি, অহৈত অহোঙ্গা কর্ম অমগী সংবন্ধ থাদোক্লনা চ্যোকশিল্লরে। ঐ চাম্নবা মীকপ্

নূনংতে হৃদয়ং কাম বজ্রসারময়ং দৃঢ়ম্ । যদনর্থশতাবিষ্টং শতধা ন বিদীর্যতে ॥ ২৩ ॥
জানামি কাম ত্বাং চৈবযচ্চ কিঞ্চিৎপ্রিয়ংতব । তবাহং প্রিয়মন্বিচ্ছন্নাত্মন্যুপলভেসুখম্ ॥ ২৪ ॥
কাম জানামিতে মূলং সংকল্পাৎ কিলজায়সে । নত্বাং সংকল্পয়িষ্যামি মূলো ন ভবিষ্যসি ॥ ২৫ ॥
ঈহা ধনস্যনসুখা লব্ধাচিন্তা চ ভূয়সী । লব্ধনাশো যথা মৃত্যুর্লব্ধ ভবতিবান্বা ॥২৬ ॥
পরিত্যাগেন লভতে ততো দুঃখতরাংনুকিয়ৎ । ন চতুষ্যতিলুব্ধেন ভূয় এব চ মার্গতি ॥২৭॥
অনুতর্ষুল এবার্থঃ স্বাদু গাঙ্গমিবোদকম্ । মদ্বিলাপনমেতত্ত্ প্রতিবুদ্ধোহস্মি সংত্যজ ॥ ২৮॥
য ইমং মামকং দেহং ভূতগ্রামঃ সমাশ্রিতঃ স যাত্বিতো যথাকামং বসতাং বাযমাসুখম্ ॥২৯॥

থোক্লে ॥ ২১॥ হে অপাম্বা কোবা লাই ! খঙ্লে, নংগী থম্মোয়সে ব্রজমক্তী মচিনা শাবনি অত্থনা নশাত্থ য য়া উইরিবা কল্লিবত্থনি । অমাঙ্বা লিশিং কযা কয়ানা নংগী অকোয়বদা লেপ্প্রবসু নংদি ব্রজনিনা মকুপ্ মকুপ তানা করিসু কায়ররোই ॥ ২৩ ॥ কাম ! ঐ নংগী নশক্ মুম্না খঙ্জি অত্থগা নংনা পাম্বিবা পোৎ অত্থসু ঐ মুন্ন খঙডি । পোকপদগী নংগী ফননবতা, নংগী নিংবা থুংননবগীদমক্তা কোয়চেল্ চেল্লক্লি । কুম্নোম্শুম নোম্লাক্লি । অত্থবু নংনা পেল্লে কোবদা হাযদে ॥ ২৪ ॥ কাম ! হে অপাম্বা কোবা ! নংগী হৌরকফম মরুসু ঐ খঙিঙ নং সংকলপদগী পোকাখিবনি । অত্থনা হৌজিক্তি ঐ নংগী সংকল্প হায়বত্থত হেক থম্বিদ্রগা লোইয়ে । অত্থদগীদি নংসু মরু ফংনা অত্থম মুচ্ছখগনি ॥২৫। লল্লু ফংনিংবা হায়বা অত্থগা ফংননবগী নোম্বা হায়বা অনীসি ক্ থুংভাইববু পীন-হৈবা অমতা য়াওদে । নংবু করয়া ফংগদগ হাযনা চিন্তা তৌব হৌবা ম্মামত্তগী অরাবা অত্থম মহৌবে । নংবু করয়া ফংননবা হোৎনরুবসু নোংজু মুংশাদা অরাবা ফংঙ্বে । নংবু ফংলে, নংবু নীঙ্নবদা মাত্থনা হেম্না অরাবা অমা ওইগ্রে । ফংলে রায়, ফংগ্রে রায় । ফংলগা অমুক মাঙ্খিংগা চৈনা দ শিবগা অম্মানি । ফংনবা হোৎনরবসু, হোৎনৈ হাযত্থনসু হেক ফংদ্রি । ফংগদ্রা ফংভোইদ্রা হায়বত্থনা অমুক অতোপ্পা চিন্তা অমা ওইনা থোকগ্রে ॥২৬॥ হকচাং অসি ফাওবা নং ফংননবা তুমহনগ্রবদা ফংদত্থনা, ফংবা নংদনা কয়া চৎনগ্রে, শিনগ্রে মাসিদগী হেম্না, শাখিবা ফরি অমমুক নৈরিগদগে ? নংবু ফংলবসু অমুক পেনবা নাইহদ্রে । নংগুম্বা অমসুক খিহম্নীঙ্জি ॥২৭॥ কাম ! হে অপাম্বা কোবা ! থুম্নবা গঙ্গাজলগী মতোগুম নংনা পীবী ধন হায়বত্থনা খোমাংবগী শরুক্তুম হেনগৎহল্লি । ঐ হৌজিক্তি থাংগৈগশেংনা খঙলে । মন্না ফংনা মাঙননবগী মরুদি নহাক্লি । অত্থনা হায়জরি, নং ঐবু থাদোকপিরো । ঐবু তাম্নবিরসু ॥২৮॥ পঞ্চ ভূতনা শায়বা ঐগী আশ্রয় লোকম ওইরবা, হকচাং অসিনা চৎপ্রবসু নত্রগা ঐগা লোয়ননা নৈথিগেবু হায়রবসু মাহুশীদমক ঐ করিমত্ত রাবিদে ॥২৯॥ হে মৈ ঈশিংনচিংবা ভুত মঙা ! অহংকারনত্নিবগা

ন বুদ্ধ্যাম্বিহ মে প্রীতিঃ কামলোভানুসারিষু তস্মাত্ত্বৎসংজ্য কামান্ বৈ সত্ত্বমেবাশ্রয়াম্যহম্ ॥৩০।
সর্বভূতান্যহং দেহে পশ্যন্ মনসি চাত্মনঃ। যোগে বুদ্ধিংশ্রুতেসত্ত্বং মনোব্রহ্মণিধারয়ন্ ।৩১॥
বিহরিষ্যাম্যনাসক্তঃ সুখী লোকান্ নিরাময়ঃ। যথা মাংত্বং পুনর্ন্যেবং দুঃখেষু প্রণিধাস্যসি ॥ ৩২॥
ত্বয়াহি মে প্রণুন্নস্য গতিরন্যা ন বিদ্যতে। তৃষ্ণাশোকশ্রমাণাংহি ত্বংকামঃ প্রভবঃসদা ॥ ৩৩।
ধননাশোঽধিকং দুঃখং মন্যেসর্ব্বমহত্তরম্। জ্ঞাতয়োহ্যবমন্যন্তে মিত্রানি চ ধনাচ্চ্যুতম্ ॥ ৩৪ ॥
অবজ্ঞানসহস্রৈস্তু দোষাঃ কষ্টতরাঽধনে। ধনে সুখকলা যাতু সাপি দুঃখৈর্বিধীয়তে ॥ ৩৫ ॥
ধনমস্যেতিপুরুষং পুরো নিঘ্নন্তি দস্যবঃ। ক্লিশ্যন্তি বিবিধৈর্দণ্ডৈর্নিত্যমুদ্বেজয়ন্তি চ ।।৩৬।
অর্থলোলুপতাদুঃখমিতি বুদ্ধং চিরান্ময়া। যদ্ যদালম্বসে কাম তত্তদেবানুরুধ্যসে ।।৩৭।।

লোযননা নথোয় পুন্নমক নবুঙো কাম লোভগী মতুং ইন্দুনা চচ্চগ্রো। নথোয়বু ঐ থোয়দিং মথায় অমা ফাওবা শুংশিদ্রে। নথোয়না চৎখিবদা ঐ করিমত্তা নাচুংবিররোই। নথোযনা চৎগ্রবা মতুংদা ঐ সত্ত্বগুণ হায়বদুগী আশ্রয় লৌদুনা লৈজহৌরগে ।৩০ হৌজিক্তি ঐনা হকচাংসিদা পুক্নীংগী মফমদা মপানগী ভুতশিং অসিবু লোইনা উশিন্দুনা বুদ্ধিবু যোগগী মতুংদা, মচীল লোঙজ্রবা থম্মোয়বু শ্রবণমন্নচিংব। সাধনশিংদা অদুগা পুক্নীং মাবুনা পরমাত্মাদা চঙশিলহন্দুনা অরা অনা লাযনা কবিমতা য়াওবিদনা ইন্নুং শুংঙাইনা, করিগুম্বা বিষয় অমদা চঙঙ্দনা লোক পুন্নমক্তা মফম পুন্নমক্তা কোন্চৎ চত্তুনা লৈগনি। অদুম তৌরবতদা নংনা ঐবু কাব ঙমলোই ।।৩১—৩২।। কাম। হে অপাম্বা! খোরাংবা, অরাবা নোম্বা, পুন্নমকাসিগী হৌকম মরূদ নহাকনি। নংনা ঐবু অমদগী অমদা কোযখৌ থোরিবা অংকী মথৈ ঐগী চঙজকমগতি (অংশ্রয়) অমত লৈতে ॥৩৩॥ ঐনা খনবদি রানা তাল্লবা লন্না মাঙখিবা অসিনা খাইদগী অরাবনি। লৈরম্বা ধন অদুনা হেক মাঙথি লৈখিদবদা বনাগী শাগৈ নাত্তৈ মরূপ মপাং পুন্নমক্লা থৌওইবিরক্তে ॥ ৩৪ ॥ লায়রবা মীনা মীগী থেম্নি, মীনা লঙনব, লিশিং লিশিং খাঙদুনা লৈবা তাই। অদুনা লাইরবা অবস্থাদা অরাব-দুংঙাইতবা কয়া কয খঙদুনা লৈবা তাই। লল, হায়বসিনা খজিক্তুং ঙহাক্তুং হুংঙাইবদুসু রাবনা ঙহাক্তুং পীরিবনি। মহাক্লা অমুক লৌশিনখিগদৌরিবনি ।।৩৫।। লল্ অদু খজক্তুং লৈ হায়বা তাবদা মুনগদবগী লৌগদবগী হুবানবা ডাকু কযানা শাগৈ নাত্তৈ ফাওবনা আক্রমন তৌশিন্নকই। চনীঙ তানা, তহা তহাদনা থক লৈহন্দ ঈপা পাথৎহল্লি। লৈরে পাথৎহল্লি, লৈত্রে পাথৎহল্লি। ৩৬। অদুনা ললবু পাম্মুবা হায়বসে অরাবগী মশক হায়রিবা মহা মত্রগুম্বা রা অমদি রাথল অসি ঐঙোন্দা লাকপা কুইত্রি। হে কাম। নংবু কিদুনা চেন্নবা ঐনা লৌরু লৌরুবা আশ্রয় চীঙ্ মানদসু নংনা ঐবু তান্নবসে থক থাদে।৩৭॥ নংদি তত্ত্বজ্ঞান লৈজবা, পঙলবা অঙাংগুম্বনি। নংবু থেমজিনবা পেলহনবদি ওইথোক্তবনি। নংগী নবুক্তি

অতত্বজ্ঞোঽসি বালশ্চ তৃপ্তে মোহপূরণেঽনলঃ নৈব ত্বং বেথ সুলভং নৈব বেথ দুর্লভম্ । ৩৮।
পাতাল ইব দুষ্পুরো মাং দুঃখৈর্যোক্তুমিচ্ছসি । নাহমদ্য সমাবেষ্টুং শক্যঃ কাম পুনস্ত্বয়া ।।৩৯।।
নির্বেদমহমাসাদ্য দ্রব্যনাশাৎ যদৃচ্ছয়া নির্বৃত্তিং পরমাং প্রাপ্য নাদ্য কামান্ বিচিন্তয়ে ।।৪০।।
অতিক্লেশশান্ সহামীহমাহং বুদ্ধ্যাম্যবুদ্ধিমান্ নিকৃতো ধননাশেন শয়ে সর্বাঙ্গবিজ্বরঃ ।। ৪১ ।।
পরিত্যজামি কাম ত্বাং হিত্বা সর্বমনোগতীঃ । ন ত্বং ময়া পুঃ কাম বৎস্যসে ন চ রংস্যসে ।।৪২।।
ক্ষমিষ্যে ক্ষিপ্য মানানাং ন বিংসিষ্যে বিহিংসিতঃ । দেষ্যাযুক্তঃ প্রিয়ং বক্ষ্যাম্যনাদৃত্যতদপ্রিয়ম্ ।।৪৩।।
তৃপ্তঃ স্বস্থেন্দ্রিয়ো নিত্যং যথালব্ধেন বর্তয়ন্ ন সকামং করিষ্যামি ত্বামহং শত্রুমাত্মনঃ ।৪৪।।
নির্বেদং নির্বৃত্তিং তৃপ্তিং শান্তিং সত্যং দমং ক্ষমাম্ সর্বভূতদয়াং চৈব বিদ্ধি মাং সমুপাগতম্ ।।৪৫।।

---

মৈগুম্বনি। হৈজ্জিল থাদবিমথৈ পেল্লি কৌবা হাযররোইদৌবনি। কদায়না অতাঙবা মমল নাইবা পোৎনো, করিনা অহোঙবনো হায়বা অদুগী জ্ঞান নঙোন্দা করিমত্তা লৈতে ॥৩৮॥ অপাম্বা! পোৎ হাপচরি থাজিল্লিনা, হুমিৎথুদিং ফুন্ননবা হোৎনরবসু নহাক্তি, গুহাগী পাতালগী মত্তোগুম্না ঈহোহোনা লৈগ্রবমি। নং ঐবু হৌজিকফাওবা অরাবগী কোমদা পুথহনগদবগী লাক্লরি। ঐ নংবু অমুক ঐগীসিদা থম্মোয়দা. পুক্লীংদা চঙহল্লরোই ॥ ৩৯ ॥ ইরল্ হেক মাঙখিবদগী ইশাদা বৈরাগ্য লাক্তনা, হৌজিক্তি ঐগী অরাৎপা করিমত্তা লৈত্রে। অরাৎপা লৈরিঙৈদা নংগুম্বনা ঐবু লাকচরম্বনি হৌজিক্তি বিষয় ভোগকী মরমদা ঐ করিমত্তা থনগ্রম্লোই ॥ ৪০॥ অহানবদা ঐ অরাবা থুদোংথীবা কয়া কয়া থাঙহন লৈরম্মি। অদুবু ধনগী কামনাদি অরাবগী মশক্তি হায়বসি থঙলমদে। অদুবু হৌজিক্তি লল্ মাঙ্থিবগী অরাবা হুংঙাইতবদা হকচাংদা তুজুংবা পোকপা, চিন্তানচিংবদগী ঊচিন্নাচিন্ নাম্বোরক্তনা হুংঙাইনা থুয়া তুশিংনা তুম্বা ফংজরে। ৪১।
কাম! নঙোন্দা থনম্বা ঐগী মনোবৃত্তি পূন্নমকপু তাম্বোকথিদুনা, ঐ নংবু থাদোক্লবনি। হৌজিক্তি নং ঐগী ঈনাক্তা লৈদুনা, নং ঐবু নংগী থুদোনবীদা পুদুনা থনম্বদো য়াররোই ।।৪২। হৌজিক্তি নং লাপ্না চৎপ্রো। নং লৈতবগী মরূপনা মপাংনা সমাজনা নোক্লবদো ঈতুং ওম্বোকতুনা তারগে। নং লৈতে হাযতুনা মীনা উশিং থওইদতুনা চৈ থাংনা ফুবদো ফুজরসু, ঐ চৈঙল্লরোই। ঐগী অবস্থাবু উৎগা কল্লক পেঙ্গব মীশিংতুনা করেম্নবা, নিন্দা তৌবদো মাদুবু তূমিন্না তারগা মাদুগী পাউথুমদা ঐনা মথোয়দা অপুম্বা অথোৎপা রাহৈ শীজিন্নজরগে। ৪৩। ঐ মতম পূন্নমক্তা ঈপেন্তা পেঙ্গতুনা, ঐগীনি হায়তুনা থরা লৈজরিবা ইন্দ্রিয়শিং অসিগা তান্নথোৎনদু পুনশিন্দি লেঙ্গগ্রগে নংনা ঐঙোন্দা তৌজবা শাবদো কান্নররোই, মহৈ য়ালহল্লরোই ।।৪৪।। নং য়াসিমদি মুন্না খঙং মাদুদি ঐঙোন্দা হৌজিক বৈরাগ্য, পেঙ্গবা, সত্য, ইন্দ্রিয় খুদুম চনবা, ক্ষাকপিহৈবা,

তস্মাৎ কামশ্চ লোভশ্চ তৃষ্ণা কার্পণ্য মেবচ। ত্যজন্তুমাং প্রতিষ্ঠন্তং সত্ত্বস্থোঽস্মি সাম্প্রতম্ ।।৪৬।।

প্রহায় কামং লোভং চ সুখং প্রাপ্তোঽস্মি সাম্প্রতম্।
নাত্ত্ব লোভবশং প্রাপ্তে দুঃখং প্রাপ্স্যাম্যনাত্মবান্ ॥ ৪৭।

যং যং ত্যজতি কামানাং তৎ সুখস্যাভিপর্য্যতে কামস্য বশগো নিত্যং দুঃখমেব প্রপদ্যতে। ৪৮।।
কামানুবন্ধং নুদতে যং কিঞ্চিৎ পুরুষোরজঃ কামক্রোধো ভবং দুঃখমহ্রীররতিরেব চ ৪৯।
এষব্রহ্মপ্রতিষ্ঠেঽহং গ্রীষ্মে শীতমিবহ্রদম্। শাম্যামি পরিনির্বামি সুখং মামেতি কেবলম্। ৫০।।
যচ্চ কামসুখং লোকে যচ্চ দিব্যং মহৎসুখম্। তৃষ্ণাক্ষয়সুখস্যৈতেনার্হতঃ ষোড়শীংকলাম্। ৫১।।
আত্মনা সপ্তমং কামং হত্বা শত্রুমিবোত্তমম্ প্রাপ্যাবধ্যং ব্রহ্মপুরং রাজেব স্যাং মহৎসুখী ৫২।

থাঙবা কনবা, জীব পুম্ববু নুংশিজবা,অ সিনচিংবা থোরা-থারবা খুৎলায় মক্তা লৈবে। নংনা ঐঙোন্দা চঙঙকপা নতীক ওইদ্রে। ৪৫। মরম অদুন, কাম, লোভ, তৃষ্ণা, লীকপা অসি পুম্নমক আসনা অবানবা খুভমবু পামজরবা সাধক ঐবু থাদোকলমদুনা চৎখিবা তাই। মরমদি ঐ হৌজিক সত্ত্বগুনগী আশ্রয়দা লৈরবনি মথোয় লাকপগী কান্নবা লৈত্রে। ৪৬। মতম অসিদা কাম ক্রোধ লোভবু থাদোকতুনা ঐ হৌজিক ইনুংতা নুংঙাইজবে। অরাৎপা কোবা লৈজদ্রে ইন্দ্রিয় খুদুম চন্দবনা ফংবা অবাবদে ঐ অমুক ফংলারোই ।৪৭। তাইবং মীনা মানা থাদোকপ্না কামনা অদুদগী নুংঙাবগী শরুক অদুম মফংঙি। কামনাগী মথা পোল্লুবদগী অরাবা ফংবনি ॥ ৪৮ ॥ অশিংবা মীনা কামগা মরী লৈনবা পোৎ মখে মথং মথং থাদোরক্তুনা অদুগা রাজাগুণবুসু থাদোক্রদবনি। অরাব, ঈকায়বা নাইদবা, পেন্দবা পুম্নমক অসি কাম ক্রোধ, লোভদগী পোকখিবা ঙাক্তনি ॥৪৯॥ এলাং থাদ মীনা অঙীংবা ঈশিংদ চোংথবা অদুগুম্না ঐ হৌজিক ঈ লবা মহাশান্তিগী মশক ওইববা পংবক্ষগী রাখন্দা চঙশিল্লে। অসিংবা ফংজরে, অরাবদগী লাম্হোকচরে ॥ ৫০ ॥ সংসারগী বিষয়গী নুংঙাইবনি হায়বশাবিবসিনা অপাম্বা মিহৌববু থাদোকলম্বগী নুংঙাইবদুগী শরুক তরাতরুক থোকপগী শরুক অমা ফাওবা ফংদে ॥ ৫১ ॥ কাম ক্রোধ, লোভ মোহ ( শুমঙ্গাৎপা ) মদ ( মযাইকাবা ), মাৎসর্য্য ( বল্লকপা ) মমতা ( ঐগীনি হায়বা রাখল ) মথোয় অসি হকচাং নুংদা লৈবা যেক্লবা তরেৎনি। মথোয়সিগী মনুংদা তরেৎ শুবা কাম হায়বসিনা খ্বাইদগী শাথিরবা যেক্লবানি। চাউরবা যেক্লবসিবু ঐনা হাত্তুনা অমাঙ অত্তা লৈত্রবা ব্রহ্মপুরগী নিংথৌ ওইদুনা নুংঙাইনা লৈথারুগনি ॥ ৫২ ॥ নিংথৌ! বুদ্ধি অসিগী আশ্রয় লৌদুনা, মঙ্কি কোব মুনি অসি ধন জনগী লালসা পুম্নমক্তগী লাম্হোকখিদুনা, কামনা

এতাং বুদ্ধিং সমাস্থায় মঙ্কির্নির্বেদমাগতঃ সর্ব্বান্ কামান্ পরিত্যজ্য প্রাপ্য ব্রহ্ম মহৎসুখম্ ॥৫৩।
দময়নাশকৃতে মঙ্কিরমৃতত্ত্বং কিলাগমৎ অচ্ছিন্যকামমূলং স তেন প্রাপ মহৎসুখম্ ॥ ৫৪ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বনি
মঙ্কিগীতাযাং চতুঃসপ্তত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

—(•)—

পুম্নমক থাদোক্রমহুনা, মথৈ লৈতবা হু'ঙাইবহুবু ফংথি ॥ ৫৩ ॥ শম্নাউ মাঙথিবহুনা কাবণ ওইহুনা মঙ্কি মুনিনা অমৃতবু ফংথি। মহাম্না কামগী মরুবু ককথংথি। হুংঙাইবা মপুং ফানা ফংথি ॥ ৫৪ ॥

মকম্ অসিদ শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা
মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা মঙ্কিগীতাগী চামগ হুমফুতরামরিশুবা অধ্যায লোইরে।

—(•)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## পঞ্চসপ্তত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

( চামহুমফু তরাগঙা শুবা অধ্যায় )

জনক-নাহুষ সংবাদ ( বোধ্যগীতা )

### ভীষ্ম উবাচ

অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্ গীতং বিদেহরাজেন জনকেন প্রশাম্যতা ॥ ১ ॥

অত্রৈবোদাহরন্তীমং বোধ্যস্য পদসঞ্চয়ম্ । নির্বেদং প্রতিবিন্যস্তং তন্নিবোধ যুধিষ্ঠির ॥ ২॥

অনন্তমিব মে বিত্তং যস্য মে নাস্তি কিঞ্চন মিথিলায়াং প্রদীপ্তায়াং ন মে দহ্যতি কিঞ্চন । ৩॥

বোধ্যং শান্তমৃষিং রাজা নাহুষঃ পর্যপৃচ্ছত । নির্বেদাচ্ছান্তিমাপন্নং শাস্ত্রপ্রজ্ঞানতর্পিতম্ । ৪।

উপদেশং মহাপ্রাজ্ঞ শমস্যোপদিশস্ব মে কাং বুদ্ধিং সমনুধ্যায় শান্তশ্চরসি নির্বৃতঃ ॥ ৫ ॥

### বোধ্য উবাচ

উপদেশেন বর্তামি নানুশাস্মীহ কঞ্চন লক্ষণং তস্য বক্ষ্যেঽহং তৎ স্বয়ং পরিমৃশ্যতাম্ । ৬ ॥

---

**ভীষ্মনা হায়ঃ**—নিংথৌ ! বিষয় অসিদা শান্তস্বভাব ওইরবা বিদেহরাজ জনকনা শৈশক্লখিবা পাউতাকশিংনা থল্লবা কুইরবা ইতিহাসগী রাজ পাউতাক ওইনা লৌজিক ফাও হায়রি লৌনরি ॥১॥ জনকনা হায়খি ঐগী ঈনাক্তা মপাম্মাইড্রবা সম্পত্তি লৈ। ঐগীদি অমত্তা যাওদে। মিথিলা দেশ পুম্নমক মৈনা লোইনা চাকখ্রবস্থু ঐগীদি করিমত্তা চাকপা যাওদে ॥২॥ যুধিষ্ঠির ! হায়রিবা প্রসঙ্গ অসিদা বৈরাগ্যগী লক্ষণ তাকপা ওইনা বোধ্য মুনিনা হায়খিবা ৱাশিং অদো ঐ অমুক হায়গে, মুম্না তাও ॥৩॥ অমুম্না হায়নৈ— মতম অমদা নাহুষগী মচা নিংথৌ যযাতিনা বৈরাগ্য ভাবনা তিল্লবা, শান্তস্বভাবা ওইরবা, নিংথিজরবা জ্ঞাননা তিল্লবা বোধ্য বোবা ঋষিদ অমুম্না হংখি ॥৪॥ মহাজ্ঞানী ! তাইবংমা ঐগী পুংশিদা শান্ত ফংলবা উপায় অদো পাউতাক ওইনা অমুক্তা তাকপিয়ু। করম্বী বুদ্ধি অমা লৈবগে বুদ্ধি মতুং অশ্রয়দ ঐনা শান্তি অমদি অপেনবা হায়বদুবু মপুংফানা ফংবা য়াগদবা ॥ ৫ ॥ বোধ্যনা হায়ঃ— মহারাজ ! ঐ কনাগুম্বা অমগী মফমদা কারগুম্বা পাউতাক অমত্তা পীদে। অদুমদি ওইরবদা অতোপ অতোপ্পা জীবশিংগী আচরণগী পাউতাক ফংহনা মাহুগী মতুং ইন্না চংলি ঐনা ফংঙকপা উপদেশাশিং অদো ঐ লৌগে। ঐনা মথোমগী মফমদগী পাউতাক ফংঙকপা মীশক পোশকশিং অদো ঐ হায়গে মাহু তারগা নহাক নশানক্না বিচার তৌ ॥৬॥ পিঙ্গলা কৌবী বস্থা, ভাম্বু থঙ্গোং, লিল, বন্দা নোংগোবীনা

পিঙ্গলা কুররঃ সর্পঃ সারঙ্গান্বেষণংবনে ইষুকারঃ কুমারী চ ষড়েতে গুরবো মম ॥৭॥

### ভীষ্ম উবাচ

আশাবলবতী রাজন্ নৈরাশ্যং পরমং সুখম্। আশাং নিরাশাং কৃত্বাতু সুখং স্বপিতি পিঙ্গলা ॥৮॥
সামিষং কুররং দৃষ্ট্বা বধ্যমানং নিরামিষৈঃ আমিষস্য পরিত্যাগাৎ কুররঃ সুখমেধতে ॥ ৯ ॥
গৃহারম্ভো হি দুঃখায় ন সুখায় কদাচন। সর্পঃপরকৃতং বেশ্মপ্রবিশ্যসুখমেধতে ॥ ১০॥
সুখং জীবন্তিমুনয়ো ভৈক্ষ্যবৃত্তিংসমাশ্রিতাঃ। অদ্রোহেণৈবভূতানাং সারঙ্গা ইবপক্ষিণঃ ১১।

মচীঞ্জাক থিবা, তেলশাবা নিপা, কুমারী কন্যা হায়রবা তরুক অসে ঐগী পাউতাক লৌফম গুরুমক্তনি ॥৭॥ ভীষ্মনা হায়ঃ— নিংথৌ! বাধানা মাগী গুরুশিংসিদগী ফংথিবা উপদেশশিং অদো মুম্না খঙগনবনি। আশা হায়বাসি ওন্থোক্লা মপাঙ্গল কনখ্রবনি। আশা অদুবু নিরাশাগী মওদা ওনশিনহনখিবা পিঙ্গলা কোবী যেশ্যা অদুনা আশাবু থাদোক্কদবনি হায়বগী পাউতাক অদু মাগী মরমচত্তগী ঐনা ফংথি। মরম অদুনা মহাক অদুমা ঐগী গুরুশিংগী মনুংদা অমনি ।৮॥ মচীন্দা শদূম মচেৎ অমা চীক্তুনা পাইরিবা ঙংঙ্গথাঙ্গ অদুবু উবদা শদূম চাত্তবা উচেক-শিংনা মাগী মতুংদা তান্নরকই। মাদু উবদা মহাক্না শদূমদু লৈমায়থক্তা থাদবান্ম অদুদগীদি উচেক্শিংনা মাবু চীক্কদবগী হাংকদবগী তান্নরম্বদু তোকখ্রে। লোইনা পাইথোক্লখ্রে। অদুগী তুংদা ঙাহু থঙ্গোং অদু য়াম্না নুংঙাইনা অপনবা লৈতনা পাইখি মযাম্না মিহৌগদবা বিষয় ভোগ অদুবু থাদোকপদগী মহাক্ মহাশান্তিদা মনীং তম্না পাইখি য়ারিমথৈ বিষয় ভোগ থাদোক্কদবনি হায়বসি মঙোন্দগী ঐনা তম্লখি। উচেক অদুমা ঐগী গুরুনি ॥৯॥ য়ুম শাবগী অরাবা কযা নংলিবা, কোযচেল্ চেন্নরিবা অসি য়ুম অদুগী মনুংদা নুংঙাইনা লৈননবগী বিষয় সম্পত্তি নফম পৈশিল্লবনি। তাশিল্লিমথৈ পেনবা লৈবোইদৌবা মচাক ঙাক্তা থমজিন্নবনি। লিন্না মাগী মহুং, মকোল শাদ অত্তোপ্প জীব অমনা তুংলম্বা শারম্বা মথুল অদুদা মহাক্না চঙ্ভনা লৈ। মকু হুর হুরগা লৈনিং লৈনিংবা যক্রমদ লৈদুনা মতম কুইনা পুনশিন্তনা লৈ। অদুগুম্বা য়ুম অদুবু ফজনা শেম্মু শারুবগী পোঠ দাকপা কান্নবা লৈতে। শান্তিগা লোয়ননা পুনশি অসি লেনগ্রগা লোইবে হায়ব পাউতাক অসি ঐনা লিলদগী ফংখি। অদুনা লিল্ অমা ঐগী গুরুনি ॥১০॥ নোংগোবীনা বনাগুম্বা মমান্নবা অমগা চীক্লা-খেংনবা, য়েক্লবা তৌরুদন মাগী নোংমগী ফংননবা অত্তোপ্পা নিতুনা শান্তিগা লোযননা মপুনশি লেপ্লি। মতৌ অদুগুম্ব মুনিশিংনা ভিক্ষা বৃত্তিনা ঈহুং হুংঙাইনা; মাবুম্ন মীনা বল্লক্তনা মানস্থ মীবু কল্লকউদনা শান্তিগা লোয়ননা মপুনশি লেপ্লি। কল্লক য়েংথিরুদবগী কান্নবগী পাউতাক অসি ঐনা নোংগোবী উচেকগী ফংভি। অদুনা মা অমা ঐগী গুরুনি ॥১১॥ নোংমা, লীক্লাং তেল শাবা নিপা অম

ইষুকারোনরঃ কশ্চিদিষাবাসক্তমানসঃ সমীপেনাপি গচ্ছন্তং রাজানং নাববুদ্ধবান্ ।।১২।
বহূনাং কলহোনিত্যং দ্বয়োসংকথনংধ্রুবম্ । একাকী বিচরিষ্যামি কুমারীশঙ্খকো যথা — ১৩ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি বোধ্যগীতাযাং পঞ্চসপ্তত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।।

—(০)—

উথি মহারা মাতু শাবদা কয়া য়ান্না পুক্রীং চাবগে হায়ববু, লংজাও ময়াদা লৈবা মহাকনা লমজাওচদা নিংথৌনা মাগী শগোল শামু তাংবা থোগল লাক্ললশিংগা লোয়ননা রা রা লাউনা চংখিবহুবু মানা করিমতা খঙ্গেদে তাহোদে। পুক্রীং চঙ্বগী পাউত্তাক ঋসি ঐনা মভোম্দগী ফংহৌই। মহাক অমা ঐগী গুরুনি ॥১২॥ মী অসি য়ান্না লৈমিন্নববদি অমনা অমা হায়, অমনা হায়, নিনংখোংবা, খংনচৈনবা য়ান্না লাকই। অনীতা লৈমিন্নরবসু রারীদি মশারে। অদুগা কুমারী কন্যাগী খুদাংদা শিরিবা মোইবুং খুঙ্গী অহুদি মথন্তা ভায়রবনিনা অমগা-অমগা তরুবগী ছিং-ছাং লাউবা মথোল থোক্তুনা তুম্মিন্না লৈ। সংসারদা ঈথন্তা লৈবা হায়বসিমুক শুংভাইবা লৈতে হায়বসি ঐনা কন্যা কুমারীগী মোইবুং খুঙ্গীদগী ফংখি। অহুনা, মাহুমা ঐগী গুরুনি ॥১৩॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চাননা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা বোধ্যগীতাদা চামহুমফুতরামগুবা অধ্যায় লোইবে।

—(০)—

# ষট্‌সপ্তত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

( চামগাহুমফুতরাতরুকশুবা অধ্যায় )

## প্রহ্লাদগা অবধূতগা অনীগী সংবাদ লাইরেলগী বৃত্তিগী প্রশংসা

### যুধিষ্ঠির উবাচ

কেন বৃত্তেন বৃত্তজ্ঞ বীতশোকশ্চরেন্মহীম্ কিঞ্চ কুর্বন্নরো লোকে প্রাপ্নোতি গতিমুত্তমাম্ ॥১॥

### ভীষ্ম উবাচ

অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্ প্রহ্লাদস্য চ সংবাদং মুনেরাজগরস্য চ ॥২॥

চরন্তং ব্রাহ্মণং কঞ্চিৎ কল্যচিত্তমনাময়ম্। পপ্রচ্ছ রাজা প্রহ্লাদো বুদ্ধিমান্ বুদ্ধিসম্মতম্ ॥৩॥

স্বস্থঃ শক্তো মৃদুর্দান্তো নির্বিধিৎসোঽনসূয়কঃ। সুবাক্ প্রগল্ভো মেধাবী প্রাজ্ঞশ্চরসি বালবৎ ॥৪॥

নৈব প্রার্থয়সে লাভং নালাভেষ্বনুশোচসি নিত্যতৃপ্ত ইব ব্রহ্মন্ ন কিঞ্চিদবমন্যসে ॥৫॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ— ঈপুধৌ। সদাচারগী মওং লোইনা থঙ্‌বিরবা ঈবুধৌনি। থৌজান-বিহুনা নশূদা তাকপন্নু; করম্বা আচার ব্যবহার চৎলগা লৌবগা তাইবং মীনা অরাবা অকিবা ক্রিয়মতা লৈতনা পৃথ্বী থকসিদা মনাং তম্না চৎপা ঙমগদগে? অদুগা জগৎ আসদা করম্বা কর্ম্ম তৌরগা অথোইবা গতি (পদবী) বু ফংগদগে? ॥১॥ ভীষ্মনা হায়ঃ— নিংথৌ! মহাক্না হংলিবা বিষয় অসিদা প্রহ্লাদগা লাইরেলগী বৃত্তিদা লৈবা মুনি অমগা অনীনা ঙাঙ্‌নাখিবা ইতিহাসগী বাবীহু লীনৈ ॥২॥ থম্মোয় চেংলবা, তঙ্‌তহাদবা, অরাবা কোবা মশাদা য়াওদ্রবা বুদ্ধিমান্ ওইরবা ব্রাহ্মণ কনাগুম্বা অমুক্তা কুণ্ডইনা পৃথ্বী থক্তা কোয়চৎ চত্তুনা লৈবদু প্রহ্লাদনা অমুক্তু মা ঙাঙ্গদ হংজি ॥৩॥ ব্রাহ্মণ! নহাক হসি নমগী অংগী করিগুম্বা নমতা হন্দনা লৈতোকপা, য়াম্না শক্তি লৈবা, মোংনাদনা ইন্দ্রিয় থুপ্ম চনবা, করিগুম্বা কামনা অমত্তা থমদবা কর্ম্ম তৌবা, মাগী মবাগা থক য়েংনিদবা, নীঙাইবা অথোক্পা রাহৈত্তা লীজিন্নবা অকি অথং লৈতবা, পাইরকশিনবা, য়াম্না মেধা লৈবা, বিষয়থিবিকী তত্ত খঙবা মীশক অসি ওইরবসু অঙাংনরাগী মত্তোগুম্না কোয়চত্তা চত্তুনা লৈরি ॥৪॥ করিগুম্বা তোংবা তেম্না ফংবা পাম্বা মীশক অমসু নত্তে। ব্রাহ্মণ! হুপ্‌ৎ চুপ্পা ঈপেন্তা পেন্দুনা করিগুম্বা পোৎ অমত্তবু পামজবা-চুংশিবা, পামদবা-চুংশিদবা হায়বা লৈতে ॥৫॥ অচচ্চত্ত জীব পানবা পুম্নমক অপাম্বা,

স্রোতসা ম্রিয়মানাসু প্রজাসু বিমনা ইব। ধর্মকামার্থকার্যেষু কূটস্থ ইব লক্ষ্যসে ॥৬॥
নানুতিষ্ঠসি ধর্মার্থৌ ন কামে চাপি বর্ত্তসে। ইন্দ্রিয়ার্থাননাদৃত্য মুক্তশ্চরসি সাক্ষিবৎ ॥৭॥
কা নু প্রজ্ঞা শ্রুতং বা কিং বৃত্তির্বা কা নু তে মুনে। ক্ষিপ্রমাচক্ষ্ব মে ব্রহ্মন্ শ্রেয়ো যদিহ মন্যসে ॥ ৮ ॥

## ভীষ্ম উবাচ

অনুযুক্তঃ স মেধাবী লোকধর্মবিধানবিৎ উবাচ শ্লক্ষ্ণয়া বাচা প্রহ্লাদমনপার্থয়া ॥৯॥
পশ্য প্রহ্লাদ ভূতানামুৎপত্তিমনিমিত্ততঃ হ্রাসং বৃদ্ধিং বিনাশং চ ন প্রহৃষ্যে ন চ ব্যথে ॥১০॥
স্বভাবাদেব সংদৃশ্যা বর্ত্তমানাঃ প্রবৃত্তয়ঃ। স্বভাবনিরতাঃ সর্ব্বাঃ পরিতুষ্যেন্ন কেনচিৎ ॥১১॥
পশ্য প্রহ্লাদ সংযোগান্ বিপ্রয়োগপরায়ণান্ সঞ্চয়াংশ্চ বিনাশান্তান্ ন ক্বচিৎ বিদধে মনঃ ॥১২॥

---

অশাউবগী ঈচেন্দা অহিং-হুথিন্দা তাউথরি অহুবু, ব্রহ্মণ, নহাক্তি অদোমদা থোইনা য়েংশিল্লদবা ঈহৈহৈনিংদবা, ওইনা লৈবসু উরি। অমুক করি হায়গনি ধর্ম্ম কামগী থবক ফাওবা তৌনিংদবা মওংদা লৈবা ওইনসু উরি।৬। ধর্ম অর্থগী মরম ওইবা করিগুম্বা অনুষ্ঠান অমত্তসু তৌদ্রি। করিগুম্বা কামনা অমদা চঙশিন্দ্রে। ইন্দ্রিয়শিংগী বিষয় পুম্বা থাদোকতুনা জগৎকী তৌনবিবা কাম ক্রোধগী লীলা ময়ামগী ভাবুক অমদি সাক্ষী অমা ওইনা, করিগুম্বা অফা অপুনদগী য়াংমা লান্না লৈবা মীশক অম ওইনা তৌবি ॥ ৭ ॥ মুনি! নহাক্কী অসিগুম্বা পুনশিগী মওং অমা তাপ্রিবসে, নঙোন্দা কবম্বী বুদ্ধি, ধর্ম শাস্ত্রগী কবম্বা জ্ঞান, অদুগা করম ওইবী বৃত্তিদা লৈবদগীনো? ব্রাহ্মণ! নহাক্কী মতদা জগৎ অসিদা ঐগী পাঙ্গলগীদমক করম্বা সাধন অমা লৈবগে মাদু থুনা তাকপিয়ু ৮। ভীষ্মনা হায়:— নিংথৌ! প্রহ্লাদনা অসুম্না হংলবদা, লোক ধর্ম্মগী তত্ত্ব লোইনা খঙলবা মেধাবী ওইরবা মুনিনা থুমলবা অমদি য়াম্না অথ লৈবা য়াঙাংদা অসুম্না হায়রকই।৯। প্রহ্লাদ! য়েংঙু, জগৎ অসিদা লৈরিবা জীবপানবশিংগী পোকখিবা চাউখৎপ্রিবা, হন্থরকলিবা, অদুগা মথৈথঙদা পুম্বাঙ মাঙখিবা পুম্নমক অসে সৎস্বরূপ (অচুম্বতনা মশক ওইবা) ওইবা পরমাত্মাদগী থোকখিব, ওইখিবা ঙাক্তনি। মরম অসিদগী থোকপ্রিবশিং অসিগীদমক্ত হুংঙাইবসু লৈতে, রবসু লৈতে ॥১০॥ মমাংঙৈদা অমদি নহালমুকী মপোক্তা তৌখিবা কর্ম-কর্মগী তুং ইল্লা শাগ্রিবা, ওইগ্রিব স্বভাব অদুদগী কাঞ্জিক-হৌঞ্জিক ওইরিবা প্রবৃত্তি (থবক্তা চঙগ্রিবা মচঙ) শিং অসি পোকগ্রিবনি অদুনা পোক্রবা জীব পুম্নমক মাগী মাগী স্বভাব (প্রকৃতি) দা লুপ্তুনা লৈনরিবসিনি। মাগী মাগী স্বভাবসি নত্তনা মখোয় মখোয়গী চঙজকম অতোপ্পা অমত্তা লৈজদে মনুংগী অথুপ্পা য়াসিবু খঙতুনা তাইব মীনা করিগুম্বা অকক্নবা পরিস্থিতি (অবস্থা) অমদা পেন্দুন লৈরোইদোবনি ॥ ১১ ॥ প্রহ্লাদ! য়েংঙুদা, সংযোগ (তিন্নরিবা) পুম্নমকসিগী লোইশিনখিবসে বিযোগ (কায়নবা) দা হেক্তা ওইখিবনি। সঞ্চয় (তাক্লিনবা-পৈথৎলিবা)

অন্তবন্তি চ ভূতানি গুণযুক্তানি পশ্যতঃ । উৎপত্তিনিধনজ্ঞস্য কিং কার্য্যমবশিষ্যতে ।।১৩।
জলজানামপি হ্যন্তং পর্যায়েনোপলক্ষয়ে । মহতামপি কায়ানাং সূক্ষ্মাণাং চ মহোদধৌ ॥১৪ ॥
জঙ্গমস্থাবরাণাং চ ভূতানামসুরাধিপ । পার্থিবানামপি ব্যক্তং মৃত্যুং পশ্যামি সর্ব্বশঃ ॥১৫ ॥
অন্তরিক্ষচরাণাং চ দানবোত্তম পক্ষিণাম্ উত্তিষ্ঠতে যথাকালং মৃত্যুর্বলবতামপি ॥ ১৬॥
দিবি সংচরমানানি হ্রস্বানি চ মহান্তি চ জ্যোতীংষ্যপিযথাকালং পতমানানি লক্ষয়ে ।।১৭।
ইতিভূতানিসম্পশ্যন্নমুষক্তানি মৃত্যুনা । সর্বসামান্যগো বিদ্বান্ কৃতকৃত্যঃ সুখস্বপে ।১৮॥
সমহান্তমপি গ্রাসং গ্রসে লব্ধং যদৃচ্ছয়া । শয়েপুনরভুঞ্জানোদিবসানি বহূন্যপি ॥ ১৯।
আশয়ন্ত্যপি মামন্নং পুনর্বহুগুণংবহু । পুনরল্পং পুনঃস্তোকং পুনর্নৈবোপপদ্যতে ।।২০।।
কনং কদাচিৎ খাদামি পিণ্যাকমপি চ গ্রসে ভক্ষয়ে শালিমাংসানি ভক্ষাংশ্চোচ্চাবচান্ পুনঃ ॥২১॥

---

পুন্নমকসিগী লোইশিনখিবনা বিনাশদা হেক্ত ওইথিবনি। পুন্নমক অহু মুন্না য়েংলুরগা ঐ করি-গুম্বা অকক্লবা বিষয় অমদা পুক্নীংদসু চঙ্ক্লদে । ১২। গুণনা তিল্লবা অচচ্চত্ত পুন্নমকপু মাঙথিগদবা গুণ ধর্মনা তিনবা ঙাক্তনি হায়না উবিব, অদুগা, উৎপত্তি-প্রলয় (চোংথোক্লম্বা লুপ্থিবা) অনীগী তত্ত্ব মুন্না থঙ্লব, অদুগুম্বা মীশক অসিগীদি সংসার অসিদা তৌগদবা কর্ম মথাকসিমতং লৈরিব্রপ্লি হাযবা লৈত্রে ।।১৩। ঈপাক মুংদা লৈবা চাউর-চাউরবা তিমিনচিংবা ঙাশিং অদুগী পীক্রবা জীব মহীকনচিংবা কযা কয়াগী পালি নাইনা মাঙ্থিবা মুংথিবসিসু ঐনা উবি ।১৪।। অসুর পুন্নমকী নিংথৌ। পৃথ্বীপক্তা লৈরিবা অচচ্চত্তা জীব পুন্নমকসিগী লুপ্থিবা মাঙ্থিবসি ঐ তত্তুনা উরি ।১৫। দানব অথৌইবা ! নোংমদোম্বক্তা পাইরিবা চাউরবা কল্লবা উচেক কযা কয়ানা অদুগা পীক্র-পীক্রবা উচেক কয়া কয়ানসু মাগী মাগী পুনশি লোইরগা হেক হেক মুৎথি ।।১৬। লৈমায থক্তা নান্নকপা তারকপসু উরি ।।১৭। মতৌ অসুম্না হেক লৈরিবা মশক মমিং নাইরিবা পুম্বাপ মুত্যু হায়থদুম্না ফাজিন্দুনা থম্লিবনি। অদুনা, পোকপা, লৈবা, শিবা হায়রিবা অবস্থা অদুম অসিদা অচচ্চত্ত পুন্নমক্তা করিমত্তা থেন্নদনা চপ্ মান্নদা লৈবা সিগুম্না, ঐসু হেক লৈবিবা জীব পুন্নমকসু চপ্ মান্নদা থেন্নদনা উরি অদুনা শাস্তিগা লোয়নদনা থুয়া তুশিংনা তুম্বা ফংঙি ।।১৮। লাইগী নোংদমদগী অহাউ-অথুম অচাথক য়াম্না ফংলবসু অদুম মচায়। চথোগ অমা ফাদনা ফংলিবদুসু, অহাউ অথুম যাম্না ফংবদা পেনবা, থনবা মুংঙাইবদুগুম্না চপ্ মান্নদা অদুম মপেন্ত্রে ।১৯। করিগুম্বা মতমদা মীয়াম লাকতুনা ঐগী মাঙদা অহাউ-অথুম মপৈ মপৈ থিল্লবা কংলবা যাওই। করিগুম্বা মতমদা থজিক্ত, ফংবসু য়াওই। অদুগা করিগুম্বদনা শূকফম ফংদবসু যাওই। অদুবু পেনব-মুংঙাইবগী মাত্রা (চাং) দি ঈকায় কায়দে ঈহনহম্বদে ।।২০।। করিগুম্বদা চেংগং মরূ অম অনী শায়, করিগুম্বদা থোইদিং মখী (থাউমি) মচেৎ শায়জুনা

শয়ে কদাচিৎ পর্য্যঙ্কে ভূমাবপি পুনঃশয়ে। প্রাসাদে চাপি মে শয্যা কদাচিদুপপদ্যতে ॥ ২২ ॥
ধারয়ামি চ চীরাণি শাণ ক্ষৌমাজিনানি চ। মহার্হাণি চ বাসাংসি ধারয়াম্যহমেকদা ॥ ২৩ ॥
ন সংনিপতিতং ধর্ম্ম্যমুপভোগং যদৃচ্ছয়া। প্রত্যাচক্ষেন চাপ্যেনমনুরুধ্যে সুদুর্লভম্ ॥২৪ ॥
অচলমনিধনংশিবংবিশোকম্ শুচিমতুলং বিদুষাংমতেপ্রবিষ্টম্
অনভিমতমসেবিতং বিমূঢ় ব্রতমিদমাজগরং শুচিশ্চরামি ॥ ২৫ ॥
অচলিতমতিরচ্যুতঃ স্বধর্ম্মাৎ পরিমিতসংসরণঃ পরাবরজ্ঞঃ।
বিগতভয় কষায়লোভমোহো ব্রতমিদমাজগরং শুচিশ্চরামি ॥ ২৬॥

লেপ্লি করিগুম্বদা হিয়াঙ্গে পোইন্নগী হাউরবা চনৌগী চাক্ পূক থম্নসু চায় অসুম তৌদুনা জগৎকী পোৎ খুদিনক্না অথোই অহেন অকা অকুম নাইনা চৎপসিগুম্না ঐসু চীঙ্গ্ক্তা অদুম মবোল্লি। অকা অকুম অসি হৎতত্তুনা অদুম মফংডি ॥ ২১ ॥ করিগুম্বা মতমদনা নীঙথিবা ফমুং মথক্তা, করিগুম্বদনা লৈমায়থক্তা যাওল্লি। করিগুম্বা মতমদন ফুরা দলাল মগুংদ, মমল য়াম্লবা, শয্যা শক্তা, করিগুম্বা মতমদনা লৌবুক লম্হাংদা লৈনিম্লক্তা তুমথুল তাল্লি ২২। করিগুম্বা মতমদা ঐহাক্কী, চেগায তুগাই ফিজেৎ ফিরা না, করিগুম্ব মতমদনা মুগা রেশমগী লীমোল্লংগী পারবা লংলবা ফীগেনা ফীবোল ওইন শেৎলি। অমুক্না মাথগৈনা ফিজেৎনৈ, অসুম্না মমল য়াম্লবা ফিনা অমুক কৈ মউল্ শঙ্ক মউন্না ঐগী ফীজোল ওই (হুংঙাইবা, পেনবদি চপ্ মমানৈ ।২৩। করিগুম্বদা ঐগী ধর্মগী জাতিগী হৌনবী চীঙ্গ ক ফংবদা থোইনা হুংঙাইরব তৌজদে। ফংলিবদুদগী ‌‌্হনবা পোৎশক অংবুসু, ঐনা থোইনা পাম্মুদে, থল্লুদে ।।২৪ পুক্নীং থম্মোয় হকচাংবু, ভম্বমথৈ শেংনা থম্নগা, লাইবেল কৌবা লিলগী বৃত্তিদা, ঐনা পুনশি লেঞ্জবি মাসিগী পুনশি মরেল্দি, য়াম্না কনবা মশক হোংদব, মৃত্যুদগী থোইনা লাপ্লবা, মঙ্গলগী মশক ওইরব, অরাব অরাৎ অপা লৈতবা, শেংলব চংদমনীঙায় লৈতবা, বিদ্ধানশিংনা সমর্থন তৌরবা পুনশি মরেন্নি মাসিগী পুনশি মরেনবু, কান্নত্রবা বিষয সম্পাদিদা ময়ায় কারবা ভাওরবা, মূর্খশিংনা নোক্নে য়ানি দে ।২৫।। চীঙ্গাক ফীজেৎনচিংবা মচাকশিংগী অথোই অহেন, অকা অকুম মশক তোংবদা ঐগী বুদ্ধিন মশক হোংদনা লেঙদনা লৈবনা, ঐগী ধর্ম্মদবু থুবম চেৎনা লৈ। ঐগী সংসারগী সীমানাদি চপ্ চানা লেঙদনা অদুম মরে জীব ঐভোন্দা কান্নবা মাঙবগী জ্ঞান লেঙদনা লৈ। ঐগী থম্মোয়দা অকিবা, থাগৎপা অপাম্বা মিহৌবা, শুমহৎপা থোইনা লৈতে। হায়রিবশিং অসিদি অমোৎপা মক্তনিনা, অমোৎপশিং অসি পক্ত্রবা, ঐগী থম্মোয়নি অসুম তৌনা ঐগী জীবিকাবু অজগরবৃত্তিদা (লাইরেলগী পুনশি মরেন্দা) ঐনা থল্লি ।।২৬।। হায়রিবা আজগরবৃত্তি অসিনা ঐগী থম্মোয়দা সুখশান্তি পীরি মাসিদা

অনিয়তফলভক্ষ্যভোজ্যপেয়ং বিধিপারিণাম বিভক্তদেশকালম্ ।
হৃদয়সুখমসেবিতং কদর্যৈ র্ব্রতমিদমাজগরংশুচিশ্চরামি ॥ ২৭॥

ইদমিদমিতি তৃষ্ণয়াভিভূতং জনসনবাপ্তধনং বিষাদমানম্ ।
নিপুণমনুনিশম্য তত্ত্ববুদ্ধ্যা ব্রতমিদমাজগরং শুচিশ্চরামি ॥২৮॥

বহুবিধমনুদৃশ্য চার্থহেতোঃ কৃপণমিহার্য্যমনার্যমাশ্রয়ন্তম্ ।
উপশমরুচিরাত্মবানপ্রশান্তো ব্রতমিদমাজগরং শুচিশ্চরামি ॥২৯॥

সুখমসুখমলাভমর্থলাভং রতিমরতিং মরণং চ জীবিতং চ
বিধিনিয়তমবেক্ষ্য তত্ত্বতে হহং ব্রতমিদমজাগরং শুচিশ্চবামি ॥৩০॥

অপগতভয়রাগমোহদর্পো ধৃতিমতিবুদ্ধি সমন্বিতঃ প্রশান্তঃ ।
উপগতফলভোগিনোনিশম্য ব্রতমিদমাজগবং শুছিশ্চরামি ॥৩১॥

ঐদি মাসি চাগদবনি, মাসি থক্কদবনি, মসিনা অহাউবনি, মসিনা হাউতবনি হাযবগী অহাউ অথুম্ উহৈ-ৱাহৈ থিবগী থোইদোকপা প্রয়োজন ( দবকার ) লৈতে ( লাইরেলগী পুনশিনু মতুনি )। মতম য়েংহুনা চখোম্ চশীং থীহনা, অশিবা হকচাংবু নোয়থোকহন্বগী নিয়ম থম্দে। প্রারব্ধ কর্মগী মহৈহুনা নিযম অতুম্ মনায়জবনি। চাবদা কেথোক মোথোকপা, বিষয়াদা লুপথ্রবা তোল্লবা পঙ্লবশিংগী পুনশি মরেল অসিবু পামদে। ঐদি শেংবলা আধ্যাত্মিক জীবন অসিদা অপেনবা, মহাশান্তি ফংজবি ॥২৭॥ অসি ফংগদবনি, মাহু লোগদবনি, লৌরিবসি ফংলমহে অসিনচিংবা রাথল থবক্লা ভাওরবশিংন ফংনিংঙিবহু ফংত্রগা পুক্লীংদা বিষাদচিংবা ফাও-হল্লিবা অপঙ্শিংসিগী দৃশা অসি ঐনং তত্ত্বগী দৃষ্টিদা মুম্না যেংলবনি। অহুগী তুংদা আজগর বৃত্তিদা ঐনা শান্তিগা লোযননা লৈবি ॥২৮॥ শেলবু ফল নিবদদি অচোবা সমাজনা ঈকায় থুম্নরবা মীসু তেংল্লবা মঙোন্দগী হন্থববা অমর্ষ মবমদা থুং অতুম মরোম্নরুই—মসি ঐত্তুনা থেংনরবনি, উববনি মাসি উবদা সংসারগী বিময়দ ঐগী রুচ (পামশনব ) অসি মুংথ্রবনি। অহুনা হৌজিক্তি জীব ঐগী থ ঙৈশেংবা স্বভাব অদো ইশানা ঐগী হবচাং লুংশিদা উজবে। অহুনা শেংলবা আজগর বৃত্তিদা ঐনা লৈরিবসিনি ॥২৯। অবাবা-নুংঙাইবা, মাঙবা- তাংবা যানিংবা য়ানিংদবা, ঐনা ফন থোকপা ফত্তনা থোকপা হাযবসিদি দৈব লাইন তন্বা লাইবক্তো তন্বা ) হাযবহুগী মথুত্তা লৈবনি। মসিবু থঙজহুনা শেংলবা আজগব বৃত্তিদা শান্তিগা লোযননা লৈবিবসিনি ॥৩০॥ অকিবা, অপান্বা, শুক্লাংপা, মাপল-থোযবা, লোইনা চংথ্রে থাঙ্হৈবা তপথবা, খল্লিবহু চুমত্রা হায়না অমুক থন্বগী বুদ্ধিনা মপুং ফানা লৈখিবনা ঐ মহাশান্তিদ লৈজরে। প্রারব্ধ কর্মগী মহৈহু মশাদা অতুম মরাকচাবি অহগুম্বা মহৈবুতা ভোগ তৌরিবা অজগর ( লাইরেল ) গী বৃত্তিবু উবদা, থম্মোয

অনিয়তশয়নাসনঃপ্রকৃত্যা দমনিয়মব্রতসত্যশৌচযুক্তঃ ।
অপগতফলসঞ্চয়ঃ প্রহৃষ্টো ব্রতমিদমাজগরং শুচিশ্চরামি ॥৩২॥
অপগতমসুখার্থমীহনার্থৈরুপগত বুদ্ধিরবেক্ষ্য চাত্মসংস্থম্ ।
তৃষিতমনিয়তং মনো নিয়ন্তুং ব্রতমিদমাজগরং শুচিশ্চরামি ॥ ৩৩ ॥
ন হৃদয়মনুরুধ্যতে মনো বা, প্রিয়সুখদুর্লভতামনিত্যতাং চ
তদুভয়মুপলক্ষয়ন্নিবাহং ব্রতমিদমাজগরং শুচিশ্চরামি ॥৩৪॥
বহুকথিতমিদং হি বুদ্ধিমদ্ভিঃ কবিভিরপি প্রথয়দ্ভিরাত্মকীর্ত্তিম্ ।
ইদমিদমিতি তত্র তত্র হন্ত স্বপরমতৈর্গহনং প্রতর্কয়দ্ভিঃ ॥ ৩৫ ॥
তদিদমনুনিশম্য বিপ্রপাতং পৃথগভিপন্নমিহাবুধৈর্মনুষ্যৈঃ
অনবসিতমনন্তদোষপারং নৃষু বিহরামি বিনীতদোষতৃষ্ণঃ ॥৩৬ ।

---

শংনা, হৈনিংনা আজগর বৃত্তিবু ঐনা চংলি ।৩১। তৃমনবগী কমনবগী অরেপ্পা মকম ঐগী লৈতে । ঐগী জীবগী স্বভাবনা ইন্দ্রিয়বু দমন তৌবা, নিয়ম, ব্রত, সত্য অশেং অমাংগী বিচার কায়দনা লৈবি তৌরিবা কর্মগী মহৈবু পাম্বা মহৈচু খোমজিনবা, রাথল লোইনা তাকপ্রে । ঐনা যাম্না হরাউনা হৈনিংনা আজগর বৃত্তিসিবু লৌজরি । ৩২ । পোলোই কৎলোইদোব মীনা পাম্ফম বল্লাকম থোকপা বিষয় পুম্নমকপু থাদোকচরে । অত্মা তত্ত থংলবা মহাপুরুষবু উরগা জ্ঞান কংজরে মরম অদুনা অবাম থৌরাংবনা রারবা, কাজিনবা রারব, পুক্নীংবু ঈথা পোলহন্দুনা যাম্না শেংনা আজগর বৃত্তিবু ঐনা চচ্চরি ।৩৩। পুক্নীং রাহৈ অদুগা বুদ্ধি অদুম অসিবুদি থাইনা য়েংদুনা মথোয় অদুমসিনা পাম্লিবা, মথোয়সিদা হুংশিনা থোকউবিবা বিষয়শিং অদুগী অনিত্য ওইবা মতৌবু অদুগা মথোয়সিসু মপুং ফানা পেনহন্নবগী বিষয় অদুনা দুর্লভ ওইবা মতৌদুবুসু মুম্না খন্দবা মীশকতুগুম্না ঐনা থম্মোয় হকচাং তরু-তরুনা আজগর বৃত্তিবু আচরণ তৌরি ॥৩৪॥ মশাগী তৌগা ভদ্বগী, রাঙাঙ হৈবগী মিংচৎপু শন্দোকনীংবা পণ্ডিত বিদ্বানশিংনা য়াম্না তর্ক বিতর্ক তৌদুনা মত অসিবু বকদবগী "অসুম তৌগদৌবনি", "অসুম তৌবোইদবনি" অসুম হায়না থগুন মাগুন হৌদুনা মত অসিবু বিষয় ওইনা থম্লগা তোঙাল-তোঙালবা মওংদ, ব্যাখ্যা তৌনরি ॥ ৩৫ ॥ আজগর বৃত্তিগী মওং অসিবু তারগা অপঙবশিংনা কোকথক্তা চীঙচুম নীঙথায়রকপগুম তারি । মথোয়না মত অসিদা থম্লিবা ধারনা অদুদি তোঙালবা অমনি । অদুদা ঐদি হায়রিবা বৃত্ত অসিবুদি অজ্ঞানবু মাঙহনবা দোষ কনিমতা য়াওদ্রবা বৃত্তিনি হায়না থম্লি । অদুনা বৃত্তি অসিদা লৈদুনা কাংগুম্বা দম্ব খন্দ অপাম্বসু ত্যাগ তৌদুনা হংগৎহন্দা কোয়চৎ

## ভীষ্ম উবাচ

অজগরচরিতংব্রতংমহাত্মা য ইহ নরোঽনুচরেৎ বিনীতরাগঃ
অপগতভয়লোভমোহমন্যুঃ সখলুসুখী বিচরেদিমংবিহারম্ ॥ ৩৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
আজগর প্রহ্লাদ সংবাদ ষট্সপ্তত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।।

—(০)—

চত্তুনা লৈরিবসিনি ॥ ৩৬ ॥ ভীষ্মনা হায়ঃ— নিংথৌ। অশাউবা, অপাম্বা, অকিবা, শুদ্ধাৎপা ময়ায়কাবা মখোয়সিবু থাদোক্তুনা আজগরবৃত্তিদা মপুনশি লেল্লিবা মহাপুরুষশিং অচুম্বনা মর্ত্ত্য লোক অসিদা মমীং মথাওয়া শান্তিগা লোয়নানা মপুনশি লেল্লি ॥ ৩৭ ॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা অজাগর প্রহলাদ সংবাদগী চামহুমফুতরাতরুকশুবা অধ্যায় লোইরে।

—(০)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## সপ্তসপ্তত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

(চামন্নমফুতরাতরেৎশুবা অধ্যায়)

### কাশ্যপকা ইন্দ্রগা অনীগী সংবাদ

#### যুধিষ্ঠির উবাচ

বান্ধবাঃ কর্ম্ম বিত্তংবা প্রজ্ঞা বেহ পিতামহ। নরস্য কা প্রতিষ্ঠা স্যাদেতৎ পৃষ্টোবদস্বমে ॥১॥

#### ভীষ্ম উবাচ

প্রজ্ঞা প্রতিষ্ঠা ভূতানাং প্রজ্ঞা লাভঃ পরোমতঃ। প্রজ্ঞানিঃশ্রেয়সী লোকে প্রজ্ঞস্বর্গো মতঃসতাম্ ॥২॥

প্রজ্ঞয়া প্রাপিতার্থোহি বলিবৈশ্বর্য্যসংক্ষয়ে। প্রহ্লাদ নমুচিম্ক্তিস্যাঃ কিং বিদ্যতে পরম্ ॥৩॥

অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমিতিহাসংপুরাতনম্ ইন্দ্রকাশ্যপ সংবাদং তান্নিবোধ যুধিষ্ঠির ॥৪॥

বৈশ্যঃকশ্চিদৃষিসুতং কাশ্যপংসংশিতব্রতম। রথেন পাতয়ামাস শ্রীমানদৃপ্তস্তপস্বিনম্ম্ ॥৫॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হংঙি :— ঈবুধৌ! 'ঐন: হংজরিবা অসি অমুক্তা নিংখিনা তাকপিম্মু। তাইবং মীনা মরূপ, কর্ম, লল্, বুদ্ধি হায়রিবা মরিসিগী মখুংদা মরু ওইনা করম্বগী আশ্রয় হেন্না লৌকম থোকপদো?।১।। ভীষ্মনা হায় :— নিংথৌ! তাইবং মীগীতা নত্তে, জীব পানবা পুন্নমকী মরু ওইনা আশ্রয় লৌকম চঙজকমদি বুদ্ধনি। সংসারদা, মঙ্গলপীনা হৈবীদি বুদ্ধিতনি। সৎপুরুষশিংগী মততদি স্বর্গ হায়বনু বুদ্ধিসনি হায়নৈ।।২।। ঐশ্বর্য্য সম্পত্তি পুন্নমক মুৎপ্রবা মাঙপ্রবদা নিংথৌ বলিনা বুদ্ধিগী পাম্বৈতনা মাঙরবা ঐশ্বর্য্যদুবু অমুক হন্না ফংখি প্রহ্লাদ, নমুচি, মঙ্কি হায়রিবা নিংথৌশিং অসিনা বুদ্ধিগী পাঙ্গলতনা মাগী মাগী কর্ম পুন্নমক মহৈ যালহনখি। সংসারসিদা বুদ্ধিদগী হেনবা কন্নি অমমুক লৈবগে।।৩। যুধিষ্ঠির! হায়রিবা বিষয় অসিদা ইন্দ্রগা কাশ্যপ কা অনিসিগী ভাঙ্-থিবা মতাং অদু, লিরবা ইতিহাসকী পাউতাক থুদম ওইনা পীনৈ লীনৈ ॥৪॥ অন্নুমা চায়নৈ মমাংঙৈদা মরন্না সয়ায় মারবা বৈশ্য অমনা, ব্রত উপাসনা কন্না তৌরিবা তপস্বী ঋষিগী মচা কাশ্যপপু মাগী রথনা থেঙ্গাইবিরমহুনা লৈমায়থক্তা থীনা ঈম্বু বিরম্মি ॥৫॥ মহাক থীনা শোকমনপ্রহুনা নাবনা থাঙবা-ভমদহুনা থরো থরো ওন্দুনা লৈমায় থক্তা লৈখি মহাক্না মশা মথন্তা শাউখিহুনা আত্মাঘাত তৌহুনা শিজপ্রগে হায়না খন্দুনা অন্নুমা হায়রকই মরল লৈতবা, নংলবা, মীগী পুনশি অরেম্বনি।

আর্ত্তঃ স পতিতঃ ক্রুদ্ধস্ত্যক্ত্বাত্মানমথাব্রবীৎ ।
তথা মুমূর্ষুমাসীনমকুজন্তমচেতনম্
মনুষ্যযোনিমিচ্ছন্তি সর্বভূতানি সর্বশঃ
মনুষ্যো ব্রাহ্মণশ্চাসি শ্রোত্রিয়শ্চাসি কাশ্যপ
সর্বে লাভাঃ সাভিমানা ইতি সত্যবতী শ্রুতিঃ ।
অহো সিদ্ধার্থতা তেষাং যেষাং সন্তীহ পাণয়ঃ
পাণিমদ্ভ্যঃ স্পৃহাস্মাকং যথা তব ধনস্য বৈ ।
অপাণিত্বাৎ বয়ং ব্রহ্মন্ ! কণ্টকং নোদ্ধরামহে ।

নবিদ্যামাধমস্তেহ জীবিতার্থে নবিদ্যতে ॥৬॥
ইন্দ্রঃ শৃগালরূপেণ বভাষে লুব্ধমানসম্ ॥৭॥
মনুষ্যত্বে চ বিপ্রত্বং সর্ব এবাভিনন্দতি ॥৮॥
স দুর্লভমবাপ্যৈতন্ন দোষান্মর্ত্তুমর্হসি ॥৯॥
স তথারূপোহসি লোভাৎ সমভিমন্যসে ॥১০॥
অতীব স্পৃহয়ে তেষাং যেষাং সন্তীহ পাণয়ঃ ॥ ১১॥
ন পাণিলাভাদধিকো লাভঃ কশ্চন বিদ্যতে ॥ ১২॥
জন্তুনচ্চাবচানঙ্গে দশতো ন কষাম বা ॥১৩॥

---

অচুনা ঐ থরায অসি থাদোকচরগে ।।৬।। মতৌ অসুম্না মশিরগে হায়না মপুক্লীংদা লেপপ্রচুনা শুংঙাইমনখিত্রচুনা রাম্বচুনা লৈখি । করম তৌরগা মরল লৈবা হায়বচু ওইগদগে হায়বগী কম্না চিন্তা তৌচুনা লৈরিভৈদ', লমচুইগী মশক লৌচুনা ইন্দ্রনা লাকতুনা মঙোন্দা অসুম্না হংথি ॥৭॥ মুনি ! থরায় পানবা পুম্নমক্না তাইবং মীগী মপোক ফংননবা কম্না হোৎনৈ । তাইবং মীওইনা পোক্লবশিংগী মনুংদসু ব্রাহ্মণগী মপোকপু মীনা পামনৈ থাগংনৈ ॥ ৮ ॥ কাশ্যপ ! ( কশ্যপ বংশদা পোকপা ! ) নহাক্কি তাইবং মীনি । ব্রাহ্মণনি, অদুগী মথক্তা শ্রোত্রিয়নি, বেদশাস্ত্র লাইনা তম্ন-খঙলবনি অসুক য়াম্না তাঙলবা মপোক অসিবু ফংলগা, মসিবা অবানবা মীৎয়েংন যেংচুন নশা নথক্তুনা শিজগে খল্লিবদো য়াম্না লাল্লি চুমদে ॥ ৯ ॥ সম্প্রদ ফংনবিবা বিমগ পদার্থ ময়াম অসে, থোয়বা লেম্বা চাওথোকপা পীননবনা অমাম্বা ঙাক্লোনা হায়রিবা অচুম্বা রাসে শ্রুতিনা হায়বা ঙাক্লনি । হায়বদি, "ঐনা ফংলিবা পৈশিল্লিবসে, ঐগী পুরুষার্থন , ঐগী শাক্তনা, ঐগী বিদ্যানা ঙাক্লনি" অসুম হায়না থম্নবা ঙাক্লি । অচুনা, মন্না আভিমান অহঙ্কার হায়বদুনা মচুংথীংনা লৈরবা পোৎমক্তনি । নহাক্কী নশক নতৌ যাবম বিদ্যানাচাসগী হায়রুরবদি শুমিৎ চুম্না পেঙচুনা ঙাক লৈবদা মতৌক চারবা মীনি । অচুবু ধননুক্লগী অপাম্বনা অচুগুম্বা গুণ বিদ্যা অচুবু নহাক্ক থোক্তহৈক্রি ॥ ১০ ॥ ইস্ ওম্বক্লা লাইবকনি, ভগবান্না নখুৎ পালহলম্বা জীবশিংদো পোকচরগী মহৈ যাল্লানা । জগৎ অসিদা ময়দগী ক্রম্না মখুৎ পাল্লিবা জীবশিংচুগী ফরিবা নরায়বক অচু ঐনা ঈশ্তব্রুনা মিতৌবি । অমম্না পাঙ্গগ খল্ল ।১১ ॥ মীওয়বা নহাক্কী লল্ ফংননবগী হোৎনবা লল্বু পাম্নবচুগুম লমচুম্নাচ বা শা এথোয়না তাইবংমী নখোয়গুম্না খুৎ পাঙনিঙঙি । ঐগী রাথম্দা, খুৎ পানবা ফংলিবা মপোক অসিদগী হেনবা অতোপ্পা লাভ ( তো জবা ) অমতা লৈদ্রে । ১২ । ব্রাহ্মণ ! ঐখোয শাগী হকচাংদা তিংখং যুই । অচুবু খুৎ পাঙ্গদবনা তিংখং অচু

অথযেষাং পুনঃ পাণী দেবদত্তৌ দশাঙ্গুলী　　উদ্ধরন্তি কৃমীনঙ্গাৎ দশতো নিকষন্তি চ ।।১৪।।
বর্ষাহিমাতাপানাং চ পরিত্রাণানি কুর্ব্বতে ।　　চৈলমন্নং সুখংশয্যাং নিবাতং চোপভুঞ্জতে ।।১৫।।
অধিষ্ঠায় গাং লোকে ভুঞ্জতে বাহয়ন্তি চ ।　　উপায়ৈর্ব্বহুভিশ্চৈব বশ্যানাত্মনি কুর্ব্বতে ।।১৬।।
যে খল্বজিহ্বাঃ কৃপণা অল্পপ্রাণা অপানয়ঃ　　সহন্তে তানি দুঃখানি দিষ্ট্যাত্বং ন তথামুনে ।।১৭।।
দিষ্ট্যাত্বং ন শৃগালো বৈ, ন কৃমির্ন ন মূষকঃ ।　　ন সর্পো ন চ মণ্ডূকো নচান্যঃ পাপযোনিজঃ ।।১৮।।
এতাবতাপি লাভেন তোষ্টুমর্হসি কাশ্যপ ।　　কিং পুনর্যোঽসি সত্ত্বানাং সর্ব্বেষাং ব্রাহ্মণোত্তমঃ ।।১৯।
ইমে মাং কৃময়োঽদন্তি যেষ মুদ্ধরণায় বৈ　　নাস্তিশক্তিরপাণিত্বাৎ পশ্যাবস্থামিমাং মম ।।২০।।
অকার্য্যমিতি চৈবেমং নাত্মানং সংত্যজাম্যহম্ ।　　নাতঃ পাপীয়সীং যোনিংপতেয়মপরামিতি ।২১।।

হকচাংদগী ছাস্তোক পা, হন্দোকপা ঙমদে । পীক্ল পীক্লব তীল-কাঙনা ঐখোয়গী হকচা'দা তুখোং থু'দা চঙতুনা চীকই । অদুবু থুং থুদোম্নচিংবা পান্দবনিন', তান্দোকপা ঙমদে ।।১৩। ভগবানগী কৃপাদগী থুং অনি অদুগা থুদোল তরা তরা পাল্লিবা জীবশিংদুদি মখোয়দা ওংলিবা অনাবা পীবিবা, চীক্লিবা জীবশিংদুবু মাঙহনবা, নৈহংপা ঙম্মি ।।১৪। মখোয়দি নীংথম্বা, ওলাঙবা নোং নুংশিত্তগী মশাবু, মশা মশাবু কঞ্জবা ঙম্মি । মথুংনা মফি শেংলি ; মথুংনা হাউনা চারি । মথুংনা ফত্নুং কান্নুং থাদুনা শেম শাদুনা চুংঙাইনা হীপ্প্রি তুম্মি, অচীকপা মফম দা মথুংনা শেমদুনা নু ঙাইনা লৈবি, হক চীক ল্যাংলি । ১৫ ॥ মথুং পানবা তাইবং মীনা শল্না চিংবা গাডীদা মপোং মচৈ হোম্ন হোম্না মথক্তা তোংদুনা শল্দুবুস্থ থোরি । চুংঙাইবা পোংশক জীব কয়া কয়াবু মখা পোলহল্লি ।১৬। ব্রাহ্মণ ! মথুং পান্দবা তেল্লবা শোল্লবা অদুগা পাথং মপুং ফাবকপগী মথোনা ফংজদবা জীবশিংনা ফংনরিবা অৱাবশিং অদু নরায়বক ফরবা মীওইবা নংনা থাওতুনা লৈগদবস্থ নাত্র ১৭। ইস ! মীওইবা নহাক্তি নরায়বক ওস্বোক্না ফরবনিনা ! লমচুই, তীল, কাঙ, উচি, লিল হংঙোইনচিংবা পাপ যোনিশিংদস্থ পোকউত্র ১৮ কাশ্যপ ! থুং অসিদং ফংবসিতদা পেঞ্জফম থোক্লবনি । জীবশিংগী মনুংদা থাইদগী হেনবা ব্রহ্মণগী মপোক ফংলিবসিদগী হেন্না তোংবা অমা করি লৈবিবগে ? । ৯।। হৌজিক ঐগী অ-তুখোংদা চীক্লিবা তীল-কাঙ হযিংশিং অসি ঐদি তান্দোকপা ঙমত্রি । যেংঙু, থুং পান্দবদগী হৌজকমক ওইরিবা দশাসে ।২০। লমচুইগী মপোক ফংবদা ঐস্থ আত্মাঘাত তৌদুনা শিনিংলবনি । অদুবু আত্মহত্যাদি মহাপাপনি হায়বসি খল্লুবদা ঐ হৌজিক আত্মহত্যা তৌদনা লৈরি । আত্মাঘাত তেরবদি ফত্তনা লৈরবা লমচুইগী মপোক অসিদগী হন্থবা মপোক্তা জীব ঐসি চঙঙবত্রা হায়বসি চিংনব কিবদগী ঐনা আত্মহত্যা তৌদবনি ।২১ জীব ঐ হৌজিক লমচুইগী মপোক্তা হকচাংদা লৈরি । লমচুইগী মপোক হায়বসি পাপযোনিগী

মধ্যেবৈ পাপযোনীনাং শার্গালীং য়ামহংগতঃ পাপীয়স্যোবহুতরা ইতোহন্যাঃপাপযোনয়ঃ। ২২।
জাত্যৈন্যৈকে সুখিতরা সন্ত্যন্যেভৃশদুঃখিতাঃ। নৈকান্তংসুখমেবেহ ক্বচিৎ পশ্যামি কস্যচিৎ ॥ ২৩ ॥
মনুষ্যা হ্য ঢ্যতাং প্রাপ্য রাজ্যমিচ্ছন্ত্যা নন্তরম্ রাজ্যাৎ দেবত্বমিচ্ছন্তি দেবত্বাদিন্দ্রতামপি ॥ ২৪ ॥
ভবেস্ত্বং যদ্যপি ত্ব ঢ্যো ন রাজা ন চ দৈবতম্। দেবত্বং প্রাপ্য চৈন্দ্রত্বং নৈব তুষ্যেস্তথাসতি ।২৫ ॥
ন তৃপ্তি প্রিয়লাভেহস্তি তৃষ্ণানাদ্ভিঃ প্রশাম্যতি সম্প্রজ্বলতি সা ভূয়ঃ সমিদ্ভিরিব পাবকঃ ॥ ২৬॥
অস্ত্যেবত্ব য় শোকোহপি হর্ষশ্চাপিতথাত্বয়ি। সুখদুঃখে তথা চোভে তত্রকা পরিদেবনা ॥২৭॥
পরিচ্ছিদ্যৈব কামানাং সর্বেষাং চৈব কর্ম্মনাম্। মূলং বুদ্ধীন্দ্রিয়গ্রামং শাকুন্তানিব পঞ্জরে ॥ ২৮ ॥
নদ্বিতীয়স্য শিরসচ্ছেদনং বিদ্যতেকচিৎ। ন পাণেস্তৃতীয়স্য যন্নাস্তিনততো ভয়ম্ ॥ ২৯ ॥
ন খম্বপ্যরসজ্ঞস্য কামঃ ক্বচনজায়তে। সংস্পর্শাৎ দর্শনাৎবাপি শ্রবনাৎবাপিজায়তে ॥৩০॥

মহুং চল্লি, মাহু ঐ খভিঙ, অদুবু, মাসিদগীসু অা হেন্না হন্থবা মপোক কয়া কয়া লৈখ্রে ॥২২॥ খরনা দেবতাগী মপোক্তগী হেন্না নুংঙাইবা য়াওরি। খরনা শা উচেকী মপোক্তগীসু হেন্না রাবা য়াওরি। অদুগা, মথক্তসু মখাদসু লৈত্রবা নুংঙাইবা অদুবু কংদুনা, লেঙদনা নুংঙাইবগী মশক্তা ওইরবা মপোক অসি থেংনত্রি উত্রি ।।২৩। তাইবং মীনা লাইরবদগী ঈনাক থুনবা পাম্মি, ঈনাক থুনবদগী নিংথৌ ওইবা পাম্মকই। নিংথৌ ওইরম্বদগী লাইরৈবাক্তী লাই ওইবা অমুক পাম্মক্লে। চুমগী লাই (দেব) ওইরম্বদগী লাই পুন্নমক্তী নিংথৌ দেবরাজ ইন্দ্র ওইবা অমুক পাম্মকলে। ২৪। অদুগা ব্রাহ্মণ নহাক্তি য়াম্না ঈনাক থুল্লবসু ব্রাহ্মণ ওইগ্রবনি নিংথৌ ওইবসু য়ারবোই। অদুগা, করিগুম্বা নিংথৌমক ওইগ্রে, অদু ওইরবসু দেবতা (লাইদি) ওইবা য়ারোই। দেবতা অমদি ইন্দ্রগী পদবী ফংলবসু, মাদুনা নহাক পেনবা ওইরোই ॥ ২৫ ॥ অপাম্বা পোশক ফংলগা মথা তানিংঙাই লৈতবী তৃপ্তি (পেনবা কোবী) অদুদি থক ফংলোই হেন্না মথোই কারক্লিবী তৃষ্ণা (খৌরাংবী কোবী) অদুদি ঈশিং হৈজিল্লিগ মুংলোই। মা মুৎননবা অসুম মনম মনম বিষয় পদার্থশিংবু হৈজিল্লবদি মৈ মুৎননবা হায়দুনা অকংবা শীং মনম মনম থাজিম্বা অদুগুম্না অসুম মথং মথ তুম হেনগৎলকনি ।২৬।। নহাক্তী থম্মোয়দুংদা অরাবসু লৈ, হরাউ নুংঙাইনসু লৈ। অদুগা লোয়ন লোয়ননা অরাবা নুংঙ ইবা অনীমক ঈয়াও য়াওরি। অদুনদি অমুক রাক্রবগী করিদি কাম্নরি ।।২৭। ইন্দ্রিয়শিংগা বুদ্ধি হায়বীদুনা অনীসিতনা কামনা অমাদ কর্ম ময়ামগী মরুনি। মখোযসিবু পিঞ্জরা মনুংদা, উচেকশিংবু ফাজিনবদুগুম্না ফাজিন্দুনা থমলবদি কারমতা ফিম লৈত্রে ॥২৮॥ তাইবং মীনা অনীগুবা কোকপু অহুমগুবা থুৎপু ককথিনি হায়বগী ক্বিকম লৈতে। থাঙ্গেশেংনা পোশক ওইন লৈতবদুগী মরমদা অরাবা অকিবা করিমতা লৈকম থোক্তে ॥ ২৯ ॥ মহাউ করিমত খঙদ্রিবা চাকদ্রিবা পোক্তুগী কামনা (ফংনিংবগী রাখল) থোইদোক্তা পোয়ক্লদে। শোকউবদগী, উরুদগী অদুদগী কামনা হায়বসি পোকই ॥ ৩০ ॥ মুগা [illegible] চক্ল কা অনী অসিবু

ন ত্বং স্মরসি বারুণ্যা লট্বাকানাং চ পক্ষিণাম।
তাভ্যাং চাভ্যধিকো ভক্ষ্যোনকশ্চিৎ বিদ্যতে ক্বচিৎ ॥৩১॥

যানি চান্যানি ভূক্তেষু ভক্ষ্য জাতানি কস্যচিৎ যেষা মভুক্তপূর্ব্বাণি তেষামস্মৃতিরেব তে । ৩২॥
অপ্রাশনমসংস্পর্শ মসংদর্শন মেব চ । পুরুষস্যৈব নিয়মোমন্যে শ্রেয়ো নসংশয়: ।৩৩।
পানিমন্তো বলবন্তো ধনবন্তো নসংশায়: । মনুষ্যা মানুষৈরেব দাসত্বমুপপাদিত্যা: । ৩৪ ।
বধবন্ধপরিক্লেশৈ: ক্লিশ্যন্তে চ পুন: পুন: । তে খল্বপি রমন্তে চ মোদন্তে চ হসন্তি চ । ৩৫॥
অপরেবাহুবলিন: কৃতবিদ্যা মনস্বিন: । জুগুপ্সিতাং চ কৃপনাং পাপবৃত্তিমু পাসতে ।।৩৬ ।
উৎসহন্তে চ তে বৃত্তিমন্যাম প্যুসেবিতুম্ । স্বকর্মনা তু নিয়তং ভবিতব্যং তু তত্তথা ৩৭॥

ব্রাহ্মণ, নহাক্না থক নীঙ্‌শিঙ্‌বিরোই । মরমদি, অনী অসিগী মহাউহ্ ব্রাহ্মণ নহাক্না করিগুম্বা মতমদা খঙঙ্‌ত্রি । অহুগা য়েন, ভান্‌, থুম্বুনচিংবা উচেকশিংন্‌ৗ অহুগা মুগী মহাক্ত খঙলবা তামাসিক ওইবা মীগী মকমদদি অচাপোংশিংগী মচুংদা মখোয় অনীসিদগী হেন্না হাউবা অমতা য়াওদে হায়রি ॥৩১॥ জীব পানবা শা উচেকনচিংবগী, মখোয়দা য়াম্না হাউনা থোক্লিবা অচাপোংশিংহুবু অহুগা মখোয়গী মহাক্ত মনমনচিংবহ্ ব্রাহ্মণ নহাক্না অমুক্তসু নীশিঙঙ্‌বিরোই । মরমদি মখোয়হুগী মহাউহ্ ব্রাহ্মণ নহাক্না অমুক্তা তংঙ্‌ত্রি ॥৩২॥ অনৌ অমৌবা অচাপোংশিংগী মহাউশিংবু হেক অফংবমথৈ ঐ লৌখিরোই অমুম হায়না নিয়ম তৌরিবহ্ মহাক্নীদি মহা মঙ্গলগী মশক্তি । হায়বদি মহাও খঙবা পোংকী মশীং য়াম্লিমথৈ য়ামহন্দবনা কৈ হায়বসি ঐগী মতনি মসিদা করিমতা চিংনকম লৈত্রবনি ॥ ৩৩ ॥ থবক তৌবা য়াবা থুং অনী পানবা জীবশিং অদো, মখোয়নি ধনবান বলবান ( মরল লৈবা মপাঙ্গল কন্‌বা ) হায়রিবা থুং অনীসিনা তাইবং মীনা মথা পোলহন্না থব্বতা নত্তনা, তাইবং মী মখোয় মশেনসু অমমা অমগী মথা পোলহন্দুনা মীনায় ওইহল্লি, মীনায়গুম শীঙ্গিন্নৈ ।।৩৪। মী কয়া কয়ানা হাংনবা থিন্নবা কম-পুম্নবগী থুদোংথীবা অরাবা কয়া নংনরি, অরাবা কয়া কয় থাঙনরি । অহুবু অরাবা মায়থীবা কংনরিবশিং অহু আত্মহত্যা থক তৌনদে মাহুম্না মখোয়গীদি শান্নবা, নুংঙাইনবা ইন্নাউনকমহুম ওইরি । নোকলি থেরি, থুবাক থুহুনা হরাওরি ।৩৫। বিদ্যাবল, বাহুবল লৈরবা গুণ চেল্লবা মী কয়া কয়াগীসু য়াম্না তোল্লবা, হন্থরবা, নিন্দা তৌননীঙায় ওইরবা, পাপনা থল্লবা ব্যাবসায়না জীবিকা ওইনরি ॥৩৬॥ মাহু তৌনা তৌনা জীবিকাগী অতোপ্পা বৃত্তি অমা অমুক লিংখৎনরি । মাহুদসু য়াম্না থরায় য়াওনা মপুক্নীং থোগৎলি । অহু‍্য তৌরিবা কর্মহুগী মতুং ইন্না লেপ্পহুনা লৈপ্রবা মহৈ অহুদি হুদা অহুম মন্নাকই । ৩৭।। মীগী দুখাক চাগুম শংবা, কৈথেল য়াইশিংপা, শক্না ভ'ক্ন শউ‍ৗ

ন পুল্কসো ন চাণ্ডাল আত্মানং ত্যক্তুমিচ্ছতি তয়া তুষ্টঃ স্বয়া যোন্যা মায়াং পশ্য যথাদৃশীম্। ৩৮।
দৃষ্ট্বা কুণীন্‌পক্ষহস্তান্ মনুষ্যানাময়াবিনঃ সুসম্পূর্ণঃস্বযা যোন্যা লব্ধলাভোঽসিকাশ্যপ । ৩৯।
যদি ব্রাহ্মণ দেহস্তে নিরাতঙ্কোনিরাময়ঃ অঙ্গানি চ সমগ্রাণি ন চ লোকেষু ধিক্‌কৃতঃ ॥৪০॥
ন কেনচিৎ প্রবাদেন সত্যেনৈবাপহারিণঃ। ধর্ম্মযোত্তিষ্ঠ বিপর্ষে নাত্মানংত্যক্তুমর্হসি ॥ ৪১॥
যদিব্রহ্মন্ শৃনোষ্যেতচ্ছ্রদ্দধাসিচমেবচঃ। বেদোক্তস্যৈবধর্মস্য ফলংমুখ্যমবাপস্যা ॥ ৪২॥
স্বাধ্যামগ্নিসংস্কারমপ্রমত্তোঽনুপালয। সত্যং দমং চ দানং চস্পর্দ্ধিষ্ঠা মা চ কেনচি ॥ ৪৩॥
যে কেচ ন স্বধ্যযনাঃ প্রাপ্তা যজনযাজনম্। কথং তে চাপ্য শোচেযুর্ধ্যায়েয়ুর্ণবাপ্যশোভনম্
ইচ্ছন্তস্তে বিহারায় সুখং মহদবাপ্নুযুঃ ॥ ৪৪ ॥
উত জাতাঃসুনক্ষত্রেসুতিথৌসুমুহূর্ত্তজাঃ। যজ্ঞদানপ্রজেহায়াং যতন্তেশক্তিপূর্ব্বকম্ ॥৪৫॥

ব্যবসায় তৌবা মাখোযদু ফাওবা মাগী মাগী জাতিগী কর্ম্ম অদুদা পেঞ্জহনা লৈরি। মখোয়না পোকউ পোকউবনা থীনা হন্থববা জাতি অদু অদুদা নুংঙাইনা লৈরি, হন্থনবা জাতি (যোনি) দা পোকউরে হায়বগী আত্মানিন্দা থক তৌদে মাসিমসু ভগবানগী সৃষ্টিগী অঙকপা মায়া অমনি ॥ ৩৮ ॥ কাশ্যপ! কমা কনাগুম্বা, মখোঙ শেক্কৌ শেক্কৌ চৎপা য়াওরি, পোকপদগী মনম্ পোনবা যাওরি। মাসি পুম্নমক অসি উরুবদগী কাশ্যপ! নহাক্তি লাইবক যাম্না ফরবনি। নশক নতৌ ফজরি, নশাদা লায়না অমত্তা লৈতে, নখোঙ্ নখুৎ শোয়দে। তাইবং মীওইবগী মপানগী হকচাং ফংবগী কান্নবা, তোংজবা হায়বদুমদি ওইরে ।।৩৯। ব্রাহ্মণ! নংগী হকচাংদা অকায়বা অমত্তা যাওদ্রি। হকচাং কায়াৎ পূম্বা নীঙথিবি ফজরি। খোঙ্ খুৎ অমত্তা শোয়দে। নশাদা লায়না অমত্তা লৈতে। কনা অমত্তনা ব্রাহ্মণ নহাকপু ধিক্কার তৌবা য়ারোই ॥ ৪০ ॥ জাং তাবা য়াবা, থাঙ্গেশেংবা কলঙ্ক গুমা নশাদা লমচত্তা লাক্রবসু নত্রগা য়েংথিনবা মীনা থঙজিনবিরকলবসু থরায থারসবা হাযবা রাখল অসি থক তৌবোইদৌবনি। ব্রহ্মর্ষি! কৌগৎপিয়ু কান্নদে, ধর্ম ভাক্লনবগীদমক্তা শেমশাবিয়ু।৪১।। ব্রহ্মণ! ঐনা হাযবিবা রাশিং অসিবু শ্রদ্ধাগা লোয়ননা লৌরবদি তারবদি বেদদা হায়বা ধর্ম্মবু ভাকপগীদমক অথোইবা মহৈবু ফংবিগনি। ৪২।। য়াম্না চেকশিন্না স্বাধ্যায (বেদ শাস্ত্র তম্বা নৈনবা), অগ্নিহোত্র (যজ্ঞ), অচুম্বা ভাঙবা, অদুগা দান ধর্ম্মগী পালন তৌবা অসিনচিংবা অসি তত্তনা তৌদুনা লৈবিয়ু। কনাঅমত্তগা শীংনবীযু, তান্নবিগনু ইন্দ্রিয় খুদম চনবীযু।৪৩। স্বাধ্যাযদা পূক্নীং চঙদুনা লৈরিবা, যজ্ঞ তৌরিবা যজমানবু তৌহল্লিবা, অদুগুম্বা ব্রাহ্মণনা অতোপ্পা করিসু নত্তবা চিন্তা অমা করিগী তৌজরুনি, আত্মাঘাত তৌগে হায়দুনা কারিগী খঞ্জরুনি? মাদু খনলগী মদুত্তা যাগযজ্ঞনচিংবা ধর্মগী মরম ওইবা কর্ম তৌদুনা মহা আনন্দবু ফংবনা হেন্না কৈ ।৪৪।। অফবা নক্ষত্র, অকবা তিথি, অফবা মুহূর্ত্তদা পোকপশিং অদুদি মানা মানা ওম্বা শক্তিগী মতুং ইন্না যজ্ঞদান তৌই-তৌনিংঙি, শাস্ত্রগী

নক্ষত্রেষ্বাসুরেষ্বন্যে দুস্তিথৌ দুর্ম্মুহূর্ত্তজাঃ ।
সম্পতন্ত্যাসুরীং যোনিং যজ্ঞ প্রসববর্জিতাঃ ॥৪৬

অহমাসং পণ্ডিতকো হৈতুকো বেদ নিন্দকঃ ।
আন্বীক্ষিকীং তর্কবিদ্যা মনুরক্তো নিরর্থিকাম্ ॥৪৭॥

হেতুবাদান্ প্রবদিতা বক্তা সংসৎসু হেতুমৎ ।
আক্রোষ্টা চাভিবক্তা চ ব্রহ্মবাক্যেষু চ দ্বিজান্ ॥৪৮

নাস্তিকঃ সর্ব্বশঙ্কী চ মূর্খঃ পণ্ডিতমানিকঃ ।
তস্যেয়ং ফলনির্বৃত্তিঃ শৃগালত্বং মম দ্বিজ ॥৪৯

অপি জাতু তথা তস্মাদহোরাত্রশতৈরপি ।
যদহং মানুষীং যোনিং শৃগালঃ প্রাপ্নুয়াং পুনঃ ।৫০

সন্তুষ্টশ্চাপ্রমত্তশ্চ যজ্ঞদানতপোরতঃ ।
জ্ঞেয়জ্ঞাতা ভবেয়ং বৈ বর্জ্যবর্জয়িতা তথা ।৫১॥

ততঃ স মুনিরুত্থায় কাশ্যপস্তমুবাচ হ ।
অহো বতাসি কুশলো বুদ্ধিমা শ্চেতি বিস্মিতঃ ।৫২

নিয়ম মতুং ইনা বিবাহ কর্ম তৌবগা মচা মশু পোকচনীভি ।৪৫। ফত্তবা তিথিদ, আসুরী নক্ষত্রদ, অশুভ মুহূর্ত্তদা পোকপা মীদ মচ-মশু ফংদনা আসুরী যোন ( দেহ ) দা চঙতুনা পোক্লে, পোকলুই ॥৪৬॥ নহালমুক্কী মপোক্ত ঐ পণ্ডিত অম ওইনা পোক্লম্মি। কান্নদবদা অকংবা, হস য়াওদবা তর্ক বিতর্কদা নাপঙগা লোয়ননা মীবু ভম্নংবা হোৎনরম্মি বেদগী নিন্দা তৌরম্মি, অনুমান প্রমাণদা ভাঙবা শকপদা পাম্মম্মি ॥ ৪৭ ॥ পণ্ডিতশিংগী সভাদা কুতর্ক, বাগ্বিতণ্ডানা মীবু ভম্নবা, চীনৃফেন ফবা উৎননবা হোৎনবম্মি। ভগবান্দা ভক্তি শ্রদ্ধা লৈবা, বেদ অধ্যয়ন তৌবা পণ্ডিতশিংবু মায়থীবা পীদনা ঈকাইবা পীনবা তর্কবিতর্ক য়াম্ন তৌরম্মি ।৪৮॥ ঐ অসি অহাম্বদ, ঈশ্বরগী আস্তিত্ববু থাজদবা, নাস্তিক অমা ওইতুনা, নী পুম্নমক হায়রিবমখৈ অরানবা তাইনবা, ঐনা হায়রিবমখৈ অচুম্বনি হায়না তাইনগদবগী হোৎনব, ঈশাবু পণ্ডিতনি জ্ঞানীনি হায়রম্নীভবা মীশক অমা ওইবম্মি। ব্রাহ্মণ। মাহুগী মহৈনা ঐ হন্দক্কী মপোক্লিদা লমহুই ওইনা পোক্লিরিবসিনি মাসি ঐনা তৌখবা কুকর্ম নাংলনচিংবগুগী ফলনি ।৪৯॥ ঐ হৌজিক অহি নুংথিল চামা চামা সাধন-তপস্যা তৌতুনসু, লমহুইগী মপোক্লিদগী লাগ্নোক্লবা উপায় থিবা থঙথিগদ্রা ? লমহুই ওইরবা ঐনা মীওইবা নখোয়গী মপোক্ত অমুক চঙলক্লবা তপস্যা, মন্ত্র পাঠনচিংবা তৌবা ঙমথিগদ্রা ? ।৫০॥ মীওইবগী মপোক্তা অমুক পোক্লগা, য়াম্না চেক্শিন্না যজ্ঞ দান্নচিংবা তৌদুনা, খঙবা য়াবা-খঙগদবমক ওইবা বিষয়বু খঙলনবা, থাদোকদবা ওইবা থাদোক্লনবা হোৎননবগী শক্তি অহু ফংবা ঙম্খিগদ্র ? মীওইবগী মপোক্তা অমুক্তগা পোক্লন্বিরবদি মাসি তৌবা ঙমগনি ।৫১॥ লমহুইনা হায়রিব রাশিংসি তাবদা পুমঙক ঙকথিতুনা কাশ্যপ ব্রাহ্মণ অসি লমহুইতুদা মীৎ কুপ্পমখৈ য়েংতুনা লৈখি। লমহুইতুদা অসুম্না হায়খি :— ইস্ নংদি য়া ভাঙব', মীভোন্দা জ্ঞান তাকপা ওস্নোক্ল হৈখ্রেদা ! ওস্নোক্লা বুদ্ধিমান্ ওইখ্রেদা ! ॥৫২॥ অসি হায়রগা কাশ্যপ ব্রাহ্মণ অহুনা লমহুই অতুদ জ্ঞানবিজ্ঞানগী

যম বৈক্ষ ততং বিপ্রোজ্জ্বানদীর্ঘেণ চ ক্ষুষা দদর্শ চৈনং দেবানাং দেব মিন্দ্রং শচী পাতম্ ৫৩।।
ততঃ সমপূজয়ামাস কাশ্যপোহরিবাহর নম্। অনুজ্ঞাতশ্চ তে নাথ প্রবিবেশস্বমালযম ।।৫৪।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতাযাং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বনি
শৃগাল-কাশ্যপসংবাদ সপ্তসপ্তত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

—(০)—

দৃষ্টিনা শংত্রিক্ শঙ্না য়েংছুনা লৈখি মহাক্না ঙস্রুম্ যেংশিন্বদা লম্ছুই অছুবু দেবরাজ ইন্দ্র ওইনা উরে ।।৫৩। অছুগী তুংদা, কাশ্যপ ব্রাহ্মণ অদুনা ইন্দ্রদেবগী পুজা তৌথি ইন্দ্রগী য়াথং লৌরগা ময়ুমদা হনখি ।৫৪।

মথম্ অসিদ' শ্রীমহাভাবতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা শৃগাল-কাশ্যপ সংবাদ-গী চামগা হমফুতরাতরেংশুবা অধ্যায লোইরে।

—(০)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## অষ্টসপ্তত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

( চামন্থুমফুতরানিপালশুবা অধ্যায় )

### অফফত্ত কর্ম্মগী মহৈ ফংবগী জ্ঞান তাকপা

#### যুধিষ্ঠির উবাচ

যদ্যস্তিদত্তমিষ্টংবা তপস্তপ্তং তথৈবচ । গুরূণাংবাপি শুশ্রূষা তন্মেব্রূহিপিতামহ ॥ ১ ॥

#### ভীষ্ম উবাচ

আত্মনানর্থ যুক্তেণ পাপে নিবিশতে মনঃ স্বকর্মকলুষ কৃত্বা কৃচ্ছ্রে লোকেবিধীয়তে ॥ ২ ॥
দুর্ভিক্ষাদেবদুর্ভিক্ষং ক্লেশাৎ ক্লেশং ভয়াৎভয়ম্ । মৃতেভ্যঃ প্রমৃতঃ যান্তি দরিদ্রাঃ পাপকারিঃ ॥৩॥
উৎসবাদুৎসবংযান্তিং স্বর্গাৎ স্বর্গং সুখাৎ সুখম্ শ্রদ্দধাশ্চ দান্তাশ্চ ধনাত্যাঃ শুভকারিণঃ ॥৪ ॥
ব্যালকুঞ্জরদুর্গেষু সর্পচোরভয়েষুচ । হস্তাবাপেন গচ্ছন্তি নাস্তিকাঃ কিমতঃ পরম্ ॥৫॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ— ঈবুধৌ ! দান, যজ্ঞ, তপস্যা, নত্রগা গুরুসেবা তৌব হায়বসি পুণ্য কর্ম ওইরবদি অদুগা মথোয়সিগী ফল অদু শোয়দনা ফংলবদি, মাঙ্গ ঐঙোন্দা তাক্পিয়ু ।১ ॥ ভীষ্মনা হায়ঃ— নিংথৌ ! কামক্রোধনচিংবা দোষশিং অসিনা তিল্লবী বুদ্ধিনা ঈঙ্খিল্লকপদগী পূক্নীং অসি পাপ কর্মদা মমায় ওন্‌শিল্লকই । মতৌ অসুম্না তাইবং মীনা মশাগী থবক্না পাপপু তাক্লিন্দুনা অরাবগী মশক্ ওইরবা লোকত্ত ( নরক ) তাই ॥ ২॥ পাপী, তল্লবা মীনা চানীডায় লৈতবদগী অমুক্ হেন্না লৈতবা, অরাবদগী অমুক্ রাবা, অকিবদগী অমূক অকিববু ফংদুনা শিবদগী অমুক্ হেন্না মীশি থীবগী অবস্থা ফংদুনা তাত্তুনা অশিবা হক্চাংগুম্না সংসারসিদা লৈরি ॥ ৩॥ ভক্তি শ্রদ্ধা লৈবা, ইন্দ্রিয় থুদম্ চন্‌বা, মরল্ লৈবা, অফবা থবক্ত পূক্নীং চঙ্‌বা মী অদুদি উৎসবতগী হেন্‌বা উৎসবপু, স্বর্গনগী হেন্‌বা স্বর্গবু, নুংঙাইবদগী হেন্‌বা নুংঙাইববু ফংদুনা লৈ ॥৪। ধর্ম্মশাস্ত্রগী রা ইন্দবা, মানা থোক্পতা তৌবা নাস্তিকশিংবু মথুক্তা হাত্তকড়া চন্দুনা নিংথৌনা লৈপাক্কী অরাপ্পা মফম্‌দা তাহোক্ই । কৈ নোংশা শামু লিম্না থল্লবা শূক্রবা জঙ্গদা রানা মতম লেপ্লি । অসিদগী হেনবা অকন্‌বা দণ্ড ( দণ্ডি ) অমমুক্ করি লৈবগে ।।৫। দেব কর্মদা অশ্তিথি সংস্কারনচিংবা শুভ কর্মদা হৈনবা, পুক্‌চেল চাউবা, সাধু মহাত্মাশিংনা চান্‌বা, নুংশিবা অদুগুম্বা পুণ্য চেল্লবা মীনা, মাগী মথুং য়েংথবগা মাম্না লৈরবা। ইন্দ্রিয় থুদুম চন্‌বা যোগিশিংতন

প্রিয়দেবাতিথেয়াশ্চ বদান্যাঃ প্রিয়সাধবঃ। ক্ষেম্যমাত্মবতাং মার্গমাস্থিতা হস্তদক্ষিণম্ ॥৬॥
পুলকা ইব ধান্যেষু পুত্তিকা ইব পক্ষিষু। তাদ্বিধা স্ত মনুষ্যাণাং যেষাং ধর্ম্মো ন কারণম্ ॥৭॥
সুশীঘ্রমপিধাবন্তং বিধানমনু ধাবতি শেতেসহ শয়ানেন যেন যেন যথা কৃতম্ ৮॥
উপতিষ্ঠতি তিষ্ঠন্তং গচ্ছন্ত মনুগচ্ছাতি। করোতি কুর্ব্বতঃ কর্ম্মচ্ছায়েবানু বিধীয়তে ॥৯।
যেন যেন যথা যৎ যৎ পুরা কর্ম সমীহিতম্ তত্তদেকতরো ভুঙ্‌ক্তেনিত্যং বিহিতমাত্মনা। ১০।

ফংগদবা লম্বীদা চৎলি ॥৬॥ তৌথারক্‌পা থবক্কী উদ্দেশ্য অদু ধর্ম্মগী মবম্ অমত ওইদবা, মরম্নাইগীত মওহবা, অদুগুম্ব মীবু সমাজদা ফোগী মনুংদা ফোহামগুম্ মশা পান্‌বগী মঙ্গুংদা কাউগুম্বনি হায়না লৌই ॥৭॥ তৌক তৌরুবিবা কর্ম অদুনা কর্ম অদু তৌরিবা কর্ত্তাদুগী মতুং ইল্লি। কম্ন-থুনা চেল্লিবা মী অদুগী মতু দ চেনবা হাযবা কর্ম ( থবক ) অদুসু অদুপ্‌ থুনা য়াউনা ইন্নবক্কই। তপ্‌না চেল্লবসু চেন্‌বা হায়বা বিধান ( থবক ) অদুনা চেল্লিবা মীদুগী মতুদা তপ্‌না ইন্নৈ। মী অদুনা তুম্‌থ হীপ্‌থববসু কর্ম অদুসু অদুম হীপথৈ ( চেল্লম্বা কম্মনা হীপ্‌থবা কর্ম ওইখি ) * কর্ত্তা অদুনা চৎলবসু মহাক্‌সু চৎলি, ফম্নবসু ফাম্ম লেপ্পবসু, লেপ্প অসিদসু নত্তনা কর্মদুগী সংস্কারদুসু কর্ত্তাদুবু থক থাদোক্তে. মসিগী মতৌগুম্না অদুম্মক্‌ ইন্নৈ। ( নুংশা মপী থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা চেল্লক্‌পা কর্ত্তাদুনা থংলেপ্‌ লেপ্‌লবসু, নুংশা মপী থবেৎ থবেৎ হোন্‌নদুনা কর্ত্তাদুবু থাদোকত্রে মসি ন কর্ম সংস্কার হায়রিবাস। অদুনা হৌজিক তৌবিবা থবক্‌ পুম্বা পূর্ব্ব কর্ম্মগী সংস্কারমক্তনি ) । ৮-৯। অদুম্‌ অদুম্‌ ওইবা মী অদুনা পূর্ব্ব জন্ম তৌখি তৌখিবা কর্মদুগী সংস্কার অদু কর্ম ফলগী মতৌগুম্না মা মাত্তনা চারৈ অমন চাবা য়াদে। ( অমনা কম্না চেল্লক্‌পগী নুংশা শোব থবেৎ থবেৎ হোন্‌বা তৌক্‌ত্রিবদু মপানা মচানা মক্কপ্‌না রাররিনি হাযদুনা শিন্‌বীবা য়াদে ) ॥১০॥ তাইবং মীনা অদুম্‌ অদুম্‌ মপোক্তা তৌখি তৌখিবা কর্ম্মগী মহৈ অদু তাইবং মী অদুনা তোঙাল্‌ তোঙানবা মপোক্তা চাবৈ। অতোপ্প কনা অমত্তনা ফংলবা চারবা য়াদে। অদুগা চাম্নিবা মহাক্‌মক্‌সু মথন্তনা চাবগদবনি মমা মপা মচা মসু কনা অমতগা চামিন্নবা য়াদে। মাগী মাগী কর্মগী মহৈদি পুগৈদা ফাজিন্দুনা থম্‌থ্রবা ললগুম্বনি। অমনা লৌরবা চারবা য়াদ্রে। অসুম্না তুংথিবা কর্মগী মহৈ অদুবু কনাগুম্বনা মরায়বক্তা তম্বনি হায়না লৌনৈ। তাঙ্গা চারবা মতমদা তৌখিবা কর্মদুগা হায়ফেৎ মান্নবা কর্ম অমত্তং তৌরম্‌ তৌকাত্তনা ভসাইগী মহৈ অদু মঙোন্তদা মরাক্‌ই। অত্তেগী নাক্তা চেল্লিনুথিদে।

* টীকা :— থবক তৌরিবা মীস্থ মীশক অমতনি। মামা তৌরিবা থবক' ( কম ) হায়রিগদুসু অমত্তনি। ভৃম্বা, হীপ্‌পা, চৎপা, ফম্বা, থবক মাত্তী মমিংনি। অদুনা সংসারদা কর্ত্তাসু মীশক অমর্তানি, থবক ( বিধান ) সু অমতনি। থবম্না কর্ত্তাদুগী চ্ছায়াগী মং চৌগুম ইন্নৈ। মীওনা কাম্ন মমিদুসু ফম্মি চৎলে চৎলি। কর্ত্তাদুসু অমত্তনি, অচেনবা কত্ত্তাদুনা অফম্বা কর্ত্তা ওইবতনি। কর্ত্তানা কর্ত্তা ওইদনা অদুমক লে। চেনবা কৌবা থবক ( কর্ম ) না ফম্বা কৌবা থবক ওইথিবনি। থবম্না থবক ওইদুনা অদুম মরৈ। চেল্লি ফম্মি হায়বা উম্নিবদু থবকতুবু কর্ত্তাদুরুতনি।— কাংলাচাদ—

স্বকর্ম ফলনিক্ষেপং বিধানপরিরক্ষিতম্ ভূতগ্রামমিমং কালঃ সমন্তাৎ পরিকর্ষতি ॥১১॥
অচোদ্যমানানি যথা পুষ্পানি চ ফলানি চ। স্বংকালং নাতিবর্ত্তন্তে তথা কর্ম পুর কৃতম্। ১২॥
সম্মানশ্চাপমানশ্চ ল ভালাভৌ ক্ষয়োদয়ৌ প্রবৃত্তা বিনিবর্ত্তন্তে বিধানান্তে পুনঃ পুনঃ ॥১৩॥
আত্মনা বিহিতং দুঃখমাত্মনা বিহিতং সুখম্ গর্ভশয্যামুপাদায় ভুজ্যতে পৌর্বদেহিকম্ ॥১৪॥
বালো যুবা চ বৃদ্ধশ্চ যৎকরোতি শুভাশুভম্ তস্যাং তস্যামবস্থায়াং তৎ ফলং প্রতিপদ্যতে ॥১৫
যথাধেনুসহস্রেষু বৎসো বিন্দতি মাতরম্ তথা পুর্ব্বকৃতং কর্ম্ম কর্ত্তারমনুগচ্ছতি ॥ ১৬॥
সমুৎপন্নপ্রভোবস্ত্রং পশ্চাৎ শুধ্যতি কর্ম্মণা উপবাসৈঃ প্রতপ্তানাং দীর্ঘং সুখমনন্তকম্। ১৭॥

---

মতম্ হায়বরনা মহৈ অদু মাগী নাক্তাম্ন পুবক্ই ১। মতম্ ঋতুগী মতুং ইন্না মহৈ-মনা-মপাম্না উপাম্বী মশাদা ফনা অমতা ইক্কিন্দনা চো থোরক্পা অদুগুম্না মতম্ হায়বদুনা তাঞ্জা য়েংদুনা কর্ম কর্ত্ত দুগী মনাক্তা মহৈদুবু চিংশিন্ বিরক্ই অদুনা কর্মগা কর্মদুগী মহৈগা সম্বন্ধ করিমতা লৈতে। অদুনা, হান্না তৌখিবা কর্মদুসু মাগী মহৈ পীবগী মতম্বু থুবৈ নাম ফাওবা শোয়নহন্দে ॥ ১২॥ ঈকায়থুম্নবা ফংবা চোম্না মায়থিবা ফংবা, মাঙ্বা তোংবা, চাওখৎপা হন্থনা, হায়রিবা পূম্বসি পূর্বজন্মগী কর্মগী ফংওম্বা মতুং ইম্না হম্না হম্না ফংঙি। নহানুমক্কী মপোক্কী মথাক লৈহৌবা ভোগ অদুনা হেক লোইবদা লেপ্পি থক্খি ॥ ১৩॥ অরাবা ফংলিবসি মশানা তৌখবা বর্মদুগী মহৈনি। নুংঙাইবা ফংলিবসিসু অহ নূবদা তৌখিবা বর্মদুগী মহৈনি। ফংলিবসিনি ভোগ তৌবা হায়ববু জীব ( জীবাত্মা ) হায়বা অসি মমাগী গর্ভশয্য থক্ত হেক ফম্লবা হীপ্লবা সুমিৎতুদগী, মাগী মমাঙদা লৈরম্বা হকচাংসুংদুদা তৌবম্বা থবক্ অদুগা ফংওম্বা অরা নুংঙাইদো ফংবা অদুম্ হৌরক্লবনি ॥ ১৪॥ অঙাংবু ওইরবসু, মথোক্ কারক্পবু ওইরবসু অহল্ হন্নুববু ওইরবসু করিগুম্বা অবস্থাদা মানা হেক তৌখবা অফ-ফত্ত কর্মদুগী মহৈদু হন্দক্কী মপোক্কী অবস্থা অবস্থা অদুদা মপা চপ্চপ্ চানা ভোগ অদুম্ তৌরৈ ॥ ১৫॥ শম্নাউ মচানা শম্বী লিশিং লিশিংগী মনুংদগী মমাগী মশক্ হেক্ত খঙ্দুনা চেংম্বনুখিবদুগুম্না, হান্নগী মপোক্তা তৌখিবা কর্ম অদুসু মাদু তৌরম্বা কর্ত্তাদুগী নাক্ত হেক্তা চেনুশিল্লকই। মথা শমথহল্লি। ( মাসিনি, কর্মগী ঈচেল, কর্মগী গতি হায়রিবসি ) ॥ ১৬॥ অদুবু, অহানুবদা উৎ-উত্তিনচিংবদা চোৎলুরবা ফী অদু মতুংদা সুরগা অরাউব পুম্বদ কোক্থিদুনা তক তরুরক্পদুগুম্না, মমাংটৈদা তৌখিবা অমোৎপা কর্ম অদুগা কর্মদুগী মহৈদসু ধ্যান তপস্যা উপবাসনচিংবা তৌবগা মাদুনা শেংদোক্খিদুনা অরোইবা লৈতবা নুংঙাইববু ফংবা ফংঙি ॥ ১৭॥ তপোবন্দা, অচৌক্পা মফমদা, মতম্ কুইনা তৌবক্পা তপস্যাগী শক্তিনা নত্রগা ধর্ম্ম কর্মনা হান্নগী অমোৎপা কর্মগী

দীর্ঘকালেন তপসা সেবিতেন তপোবনে ধর্ম্মনির্ধুতপাপানাং সম্পদ্যন্তে মনোরথাঃ ॥১৮॥
শকুনানামিবাকাশে মৎস্যানামিব চোদকে পদং যথা নদৃশ্যেত তথা জ্ঞানবিদাংগতি ॥ ১৯ ॥
অলমন্যৈরুপালম্ভৈঃ কীর্তি তৈশ্চ ব্যতিক্রমৈঃ পেশলং চানুরূপঞ্চ কর্ত্তব্যং হিতমাত্মন ॥২০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি আজগর প্রহ্লাদ সংবদে অষ্টসপ্তত্যধিকশততমোহধ্যায়ঃ ।।

—(০)—

মথাক অদুগা মাছুগী ফংগদবা মহৈ অদু থক্থি। অদুদগীদি অনীংবা থিবিক মহৈ য়াম্লি ॥ ১৮ ॥ নোংমদোন্দা পাইবা উচেক্শিংগী অদুগা ঈশিংদা চেল্লিবা ঙাশিংগী খোংগুল্ উদবদুগুম্না জ্ঞানী-শিংগী কর্মগতি পরিং উবা ফংনদে ॥ ১৯ ॥ অতোপ্পা মীশিংগী কর্মদুবু নিন্দা তৌরগা চৈরগ, অদুগা অতোপ্পশিংগী মরাল্শিং অদুবু নৈনরগা থম্নরগা করিমত্তা কান্নবা-তোংবা লৈতে। অদুনা নীঙথিবা, ময়াম্ সমাজনা য়াবা অদুগা মশাগীসু কান্নবা ওইনা থোক্লিবা কর্ম অদুত তৌবা ফৈ-তৌগদবনি ॥ ২০ ॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা অজাগর প্রহলাদ সংবাদগী চামহুংকুতরানিপালগুবা অধ্যায় লোইরে।

—(০)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## ঊনাশীত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

### ভরদ্বাজ ভৃগুসংবাদ

( চামহুমফুতরামাপল্ঙুবা অধ্যায় )

### যুধিষ্ঠির উবাচ

কুতঃ সৃষ্টমিদং বিশ্বং জগৎস্থাবরজঙ্গমম্ প্রলয়ে চ কমভ্যেতি তন্মে ব্রূহি পিতামহ ॥১॥
সসাগরঃ সগগনঃ সশৈলঃ সবলাহকঃ সভূমিঃ সাগ্নিপবনো লোকোঽয়ং কেন নির্মিতঃ ॥২॥
কথং সৃষ্টানি ভূতানি কথংবর্ণবিভক্তয়ঃ শৌচাশৌচং কথং তেষাং ধর্মাধর্মবিধিঃ কথম্ ॥৩॥
কীদৃশো জীবতাং জীবঃ ক্ব বা গচ্ছন্তি যে মৃতাঃ অস্মাল্লোকাদমুং লোকং সর্বং শংসতু নো ভবান্ ॥৪॥

### ভীষ্ম উবাচ

অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্। ভৃগুণাভিহিতং শাস্ত্রং ভরদ্বাজায় পৃচ্ছতে ॥ ৫ ॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হংঙি :— ঈবুধৌ ! উরিবা-উদ্রিবা জগৎ পুম্বসে কদাইদগী পোকখ্রিবনো ? অদুগা প্রলয়গী মতমদা হাযবদি লোইশিন্ থবা থুপচিনখিবা মতমদা কদাইদা কনাদা থুপথি নত্রগা লোইখি ? মাদু ঐঙোন্দা তাকপিযু ১।। সমুদ্র, আকাশ, চীঙ্খোং, লৈপাক, মৈ, নুংশিংকা লোয়ননা লৈরিবা জগৎ অসে কনানা শম্বনো ? ।১। লেঙ্লি-ওৎলিবা জীব পানবশিং অসিবুনা করম হাযনা শেমখি ? বর্ণ শগী বিভাগ ( তে ঙান তোঙান্না থায়দোকখিবা ) অসিনা মতৌ করম্না থায়দোকখ্রিবনো ? মসিদা অমুক্ অশেং অমাং হাযনা থায়দোকখ্রিসনা করম হায়না থোকখ্রিবনো ? ধর্ম-অধর্মগী বিভাগনা মতৌ করম তৌনা ওইখি ? ॥২॥ হিংঙ্গনা লৈরিব জীবিত ওইরিবশিংসিগী জীব ( জীবাত্মা ) অসিনা করম তৌন , করম্বা মওংদা লৈরি ? শিববনি হায়দুনা চৎখ্রিবা জীবাত্মা অসনা মকম কদাইদা, কদায় তাম চৎখ্রি পাইখ্রিবনো ? লোক অমত্তু তাম চৎখিবদা মথং মথং চৎখিবগী থুঙ্বগী ক্রম অসিনা করম্ করম্বা মওংদনো ? অসি পুম্নমক্ অসি ঈপুধৌনা ঐঙোন্দা তাকপিরম্মু ॥ ৪ ॥ ভীষ্মনা হায় ঃ— নিংথৌ ! নংনা হংলিবসিগী বিষয় অসি কুইরবা ইতিহাসগী রান্নী ওইনা অশিংবা জ্ঞানী বিদ্বানশিংনা লৌনৈ। মাসিদা ভরদ্বাজগা ভৃগুগা অমীনা হংনা খুম্নখিবা মতাং অদুদা য়াওরি ॥ ৫ ॥ কৈলাস চীঙ্গী চীংদোন্দা,

কৈলাসশিখরে দৃষ্ট্বা দীপ্যমানং মহৌজসম্ ভৃগুং মহর্ষি মাসীনং ভরদ্বাজোঽভ্যপৃচ্ছত ॥ ৬ ॥
সসাগরঃ সগগনঃ সশৈল্যঃ সবলাহকঃ । সভূমিঃ সাগ্নিপবনো লোকোঽয়ং কেননির্মিতঃ ॥৭ ॥
কথং সৃষ্টানি ভূতানি কথং বর্ণবিভক্তয়ঃ শৌচা শৌচং কথং তেষাং ধর্ম্মাধর্মবিধিঃ কথম্ ॥৮
কীদৃশো জীবতাং জীবঃ ক্ব বা গচ্ছন্তি যে মৃতাঃ পরলোকমিমং চাপি সর্বং শংসিতুমর্হসি ।।৯ ॥
এবং স ভগবান্ পৃষ্টো ভরদ্বাজেন সংশয়ম্ । ব্রহ্মর্ষিব্রহ্মসংকাশঃ সর্বং তস্মৈ ততোঽব্রবীৎ ।।১০

ভৃগুরুবাচ

( নারায়ণো জগন্মূর্ত্তিরন্তরাত্মা সনাতনঃ কূটস্থোঽক্ষর অব্যক্তো নির্লেপোব্যাপকঃ প্রভুঃ ॥
প্রকৃতেঃ পরতো নিত্যমিন্দ্রিয়ৈরপ্যগোচরঃ । স সিসৃক্ষুঃ সহস্রাংশাদসৃজৎ পুরুষং প্রভুঃ । )
মা-সো নাম বিখ্যাতঃ শ্রুতপূর্বো মহর্ষিভিঃ । অনাদিনিধনোদেবস্তথা ভেদ্যোঽজরামরঃ ॥১১ ॥

মশাদগী হাইদোরকপা মশেক্ মঙান্না পুম্নং লংনা লৈরিবা, তেজ কল্লবা ভৃগুনা কম্থনা তুমিন্না ধ্যান তৌদুনা লৈবত্থ উবদা ভৃগুদ্বাজ মুনিনা অশুম্না হংখি :—॥৬॥ সমুদ্র, আকাশ, চীঙ্, নো', লৈপাক্মৈ, মুংশিংকা লোয়ননা লৈরিবা জগৎ অসে কনানা শেম্বনে ? ।৭ লেঙলি-ঙৎলিবা জীব পান্বশিং অনীবুনা করম্ হায়না শেম্খি ? বর্ণশিংগী বিভাগ ( তোঙান্ তোঙান্ন খায়-দোকখ্রিবা ) অসিনা মতৌ করম্না খায়দোক্খ্রিবনো ? মাসিদা অমুক্ অশোং অমাং হায়না খায়-দোক্খ্রিবসিনা করম্ হায়না থোক্খ্রিবনো ? অধর্ম-ধর্মগী বিভাগনা করম তৌনা ওইখি ? ॥৮॥ হিংদুনা লৈরিবা, জীবিত ওইরিবশিংগী জীব ( জীবাত্মা ) অসিনা করম তৌনা, করম্বা মওংদা লৈখি ? শিরবনি হায়দুনা চৎখ্রিবা জীবাত্মা অসিনা মকম কদায় তান্না চৎখ্রি-পাইখ্রিবনো ? লোক অসিদগী লোক অমত্থ তান্ন চৎখ্রি-পায়খ্রিবনো ? লোক অসিদগী লোক অমত্থ তান্ন চৎখি-বদা মথং মথং চৎখিবগী থুংঙবগী ক্রম অসিনা করম করম্বা মওংদনো ? অসি পুম্নমক অসি ইবুধৌনা ঐঙোন্দা তাকপিরম্মু । ৯ ॥ ভরদ্বাজনা মতৌ অশুম্না হংলবদা ব্রহ্মা মক্না মান্ননা তেজ লৈরবা ভৃগুনা মথং মথং হায়রকই ।।১০।। ভৃগুনা হায় :— ব্রাহ্মণ ! ভগবান্ নারায়ণনা জগৎ মপুম্ অসিগী মশক্নি । মহাক্তনা অচচত্ত্ব পুম্নমকী অন্তরাত্মা অমদি সনাতন ধর্ম্মনি, সনাতন পুরুষনি । মকাক্তি খাইদগী অরাংবদা তোঙ্গোপা লৈবা, অমাঙবা-অরোইব লৈতবা, অসিগুম্বি হায়না কোঙদোরীংঙায় লৈতবা, করিগুম্বা অরক্তা শোক্রবা, তৈরবা, য়াদবা, মকম পুম্বদা শীনথুংনা লৈবা, খাইপুম্বগী মপু ওইবা, প্রকৃতিদগী তোঙান্না তাদুনা লৈবা, ইন্দ্রিয়শিংগী বিষয ওইদবনি । অচ্চুগুম্বঃ ভগবান্ নারায়ণগী খম্মোয়দা সৃষ্টিগী মরম ওইব সৃষ্টি অমত্তং তৌগে হায়বগী সংকল্প অমা পোকখি । মহাত্মা মহাক্তী শন্নাক্ লিখিং অমগী মতুংদা শন্নাক

অব্যক্ত ইতি বিখ্যাতঃ শাশ্বতোঽথাক্ষয়োঽব্যয়ঃ ততঃ সৃষ্টানি ভূতানি জায়ন্তে চ ম্রিয়ন্তি চ ॥১২॥
সোঽসৃজৎ প্রথমং দেবো মহান্তং নাম নামতঃ। মহান্ সসর্জাহংকারং স চাপি ভগবানথ ॥১৩॥
আকাশমিতি বিখ্যাতং সর্বভূতধরঃ প্রভুঃ। আকাশাদভবৎ বারি সলিলাদগ্নিমারুতৌ।
অগ্নিমারুতসংযোগাৎ ততঃ সমভবন্মহী ॥১৪॥
ততস্তেজোময়ং দিব্যং পদ্মং সৃষ্টং স্বয়ম্ভুবা। তস্মাৎ পদ্মাৎ সমভবৎ ব্রহ্মা বেদময়ো নিধিঃ ॥১৫॥
অহংকার ইতি খ্যাতঃ সর্বভূতাত্মভূতকৃৎ ব্রহ্মা বৈ স মহাতেজা য এতে পঞ্চধাতবঃ ॥১৬॥

অমতংনা পুন্নয় অমবু পুংথাকথি। মহৰ্ষিশিনা, ঈহান হায়রা পোকথিবা পুরুষ অসিবু "মানস পুরুষ" হায়না মিংথোল্লি। ঈহান হায়রদা পোকথবা মানসদেব অসি অনাদি অনন্ত (হৌবা-লোইবা লৈতবা) নি। ককথংপা থিনগাইবা য়াদবনা, অহল ওইরকপা-শিব মুংথিবা হায়বতু লৈতবনি ॥১১॥ মহাকপু ঈহান হৌনবা মিং অব্যক্ত হায়রবসিনা কৌনৈ। মহাক অসি অবেঞ্চনি, অমাঙ অতা লৈতবনি, অদুগা মতোম্দগী থোরকপা মথেদি পোকপ শিবা নাই ॥১২॥ মশা মথন্তুনা ওইরকপ স্বয়ম্ভু দেব অসিনা ঈহান হায়রদা মহতত্ত্ব (মপুম ওইবা লেঙদবা তত্ত্ব) বু শেমখি। মহতত্ত্বগী মশক ওইবা মহাত্মা মপুম ওইবা অহঙ্কার * বু শেমখি ।১৩॥ অচচ্চত্ত পুম্নমকপু পুবিবা সমষ্টি অহঙ্কারগী মশক ওইবা ভগবান মহাত্মা শব্দতন্মাত্রাগী মশক ওইবা আকাশবু শেমখি। আকাশদগী ঈশিং, ঈশিংদগী মৈ, অমদি নুংশিৎ পোকহনখি। অগ্নিগা বায়ুগা অনিগী সংযোগতগী পৃথিবী (লৈপাক) গী সৃষ্টী তৌখি। ১৪॥ অসিগী তুংদ, স্বয়ম্ভু দেবনা, মঙাল্লুগী মশক ওইব, লংলবা কমল (থম্বাল) অমা পুথোকখি (পোকহনখি)। কমল অদুদগী বেদময (জ্ঞানতগী মশক ওইব) ওইবা নিধি (সম্পত্তি) গী অউবা মশক পুবা ব্রহ্মাগী উৎপত্তি ওইখি ॥১৫॥ মহাক অসি ঈহান হানবদা অহঙ্কার হায়না খঙনৈ। অচচ্চত্ত পুম্নমক্কী অমত্তা ওইবা আত্মানি। (মথন্তু পোকখিবনা আত্মানা অমত ওইপ্রবসি মাতুদগীনি) অমত্তা ওইবা মহাত্মা অচচ্চত্ত পুম্নমক্কী বিস্তার (প্রসার শন্দোকপ) অসি তৌখি। পঞ্চ মহাভূতকী মশক ওইনা মহাতেজস্বী ব্রহ্মা চাংথোকখিরনি ॥১৬॥ † উবিবা জগৎ অসি মাগী সাকার মুর্তিনি। হায়বদি সোনজগত্তা লৈ-রিবা মহাগ্রহ, গ্রহ, উপগ্রহ, নক্ষত্র ত রানচিংবদা লৈবা চাউমান পুম্নন মাগী চকচাংগী শরাগী

---

* টীকা :— ……… অসি অমতনা হায়বা চীব অম অদুবু সমষ্টি অহঙ্কার কৌই। মানিনা ইকন হানবা অহঙ্কারনি। —কালাচাঁদ।

† টীকা :— ব্রহ্মাগী চকচাংগী শক ঈ ……… মখ্য অহানবদা কনানা শেমখি। মশাগী চকচাংগী মচাকন মশনা শেমজ্জখিরা। শেমবা মাবা মতমনা ………। অসিনচিংবা অদুনা মরামশি অসিগী মরাধান কৌননা মথ মথঃ ইরকথা মতাংদি। অদুগা মানিদা পীরিবা ক্রম অম প্রকৃতিদা পীরিনা ক্রমগদি থক মান্নরে। প্রকৃতিদা চাংথরিবনা আকাশদগী বায়ু, বায়ুদগী অগ্নি অগ্নিদগী আপ (ঈশিং) আপদগী পৃথিবী (লৈপাক)। থানচিংবা গহ উপগ্রহদা লৈরিবা লৈপাক ঈশিংনচিংবসু অদুম য়াওখ্রে, হায়রনা খঙনগদবনি। —কালাচাঁদ।

শৈলাস্তস্যাস্থিসংজ্ঞাস্তু মেদো মাংস চ মেদিনী সমুদ্রাস্তস্য রুধি রমাকাশ মুদরং তথা ॥ ১৭ ॥
পবনশ্চৈবনিশ্বাসস্তেজোঽগ্নির্নিম্নগাঃ শিবাঃ। অগ্নীষোমৌতু চন্দ্রার্কৌং নয়নে তস্য বিশ্রুতে ॥১৮
নভশ্চোর্ধ্বং শিরস্তস্য ক্ষিতিঃ পাদৌ ভুজৌদিশঃ। দুর্বিজ্ঞেয়ো হ্যচিন্ত্যাত্মা সিদ্ধৈরপিনসংশয়ঃ ॥১৯ ॥
সত্রব ভগবান্ বিষ্ণুরনন্ত ইতি বিশ্রুতঃ। সর্ব্বভূতাত্মভূতস্থো দুর্বিজ্ঞোঽকৃতাত্মভিঃ ॥২০ ॥
অহংকারস্যষঃস্রষ্টা সর্বভূতভবায় বৈ। যতঃ সমভবৎ বিশ্বং পৃষ্টোঽহংযদিহ্বয়া ॥২১॥

## ভরদ্বাজ উবাচ

গগণস্য দিশাং চৈব ভূতলস্যানিলমস্য বা। কাস্যত্রপরিমাণানি সংশয়ং ছিন্ধিতত্ত্বতঃ ॥২২॥

## ভৃগুরুবাচ

অনন্তমেতদাকাশং সিদ্ধদৈবতসেবিতম্ রম্যংনানাশ্রয়াকীর্ণং যস্যান্তোনাধিগম্যতে। ২৩॥

মশক্কি। য়াওরিবা লৈপাক্কী শরুক্কা লু-ত্তোংনি। ঈশিংগী শরুক মথৈনা মাগী ঈনি অদুগা আকাশনা মাগী উদর ( পুক ) নি ॥ ১৭ ॥ শীত্তোক-শীৎচিন ত্তৌরিবা মহা বায়ুসিনা মাগী হঙ্গৎ হন্দা হোলিবা মুংশাশোর অসিনি। ঈচেল নাইদুনা চেলিবা তুরেল ঈচ্ছৎশিং অসিনা মহুংদা ঈ চেল্লিবা শিংলি থোয়রী মক্কুনি। বেদদ অগ্নি সোম হায়দুনা খঙনরিবা সূর্য্য চন্দ্র অনীসিনা মাগী মিৎ অনিনি ।১৮॥ আকাশগী মথক্ থংবা শরুক মাগী কোকনি। পৃথিবীসিনা মাগী খোঙনি, মায়কৈগী খিবিক্কা পাম্বোমনি। থম্মনীঙাই ওইবা অরেপ্পা মশক লৈতবা ব্রহ্ম অসি সিদ্ধপুরুষশিং মক্কুসু খঙকম থোক্তবনি হায়রসি চিংনকম লৈত্রবনি ॥১৯ ॥ হায়রিবা স্বয়ম্ভু অসিমক্কা ভগবান বিষ্ণুগী মশক্কি। মহাক্কী মিং লিশিং অমনি হায়বদি লাকঙমদবনি। অচৎ-চত্তা পুম্বগী থম্মোয়দা অন্তর্বাসী ওইদুনা লৈবিবা আত্মাসি মহাক্কি। অদুনা থম্মোয় শেংদবা, লৈচিনবোংফাইনা মকশিনবগুম মক্কিবা থম্মোয় পুবশিংনা মাগী মশামকপু মথেকলানা উবা ঙমদে ॥২০ ॥ মহাক্কা অচচ্চত্ত পুম্নমক্কী সৃষ্টিগীদমক ঈহান হানবা অহঙ্কারগী সৃষ্টি ত্তৌখি। বিশ্বজগৎকী উৎপত্তি করম্মা ওইখিবগে হায়বসি মহাক্কা ঐঙোন্দা হংখি! মহ ঐনা মাঙোন্দা শম্মা তাহল্লবনি। ২১ ॥ ভরদ্বাজনা হায় :— মহাজ্ঞানী! আকাশ, মায়কৈ, মুংশিং মথোয় অসিগী পরিমাণ ( মরাকময়ুং ) কয়া কয়ানো? চপচানা তাকপিদুনা ঐগী চিংনবসি কোকহনবীয় । ২২॥ ভৃগুনা হায় :— মুনি! আকাশ অসিদি অরোইবা লৈতে। মসিগী মহুংদা সিদ্ধসাধ্য, দেবতাশিং কয়া কয়া লৈঙ্খি। আকাশ অসিগী মহুংদা মশীং লাকঙমদবা লোক কয়া কয়া লৈঙ্খি। লৈঙ্খিবা লোকশিং অদুদি মশীং থীবা লাকপা ঙম্বা নত্তে। অঙকপা ফজ-ফজরবা লোক কয়া আকাশগী মহুংদা তাঙদুনা লৈরি। সূর্যলোক, চন্দ্রলোক, পিতৃলোক অসিনচিংবা কয়া কয়া লৈঙ্খি ।২৩॥

ঊর্দ্ধং গত্বেরধস্তাত্তু চন্দ্রাদিত্যৌনদৃশ্যতঃ
তত্রদেবাঃস্বয়ং দীপ্তাঃ ভাস্বরাগ্নিবর্চসঃ ॥২৪॥

তেচাপ্যন্তংনপশ্যন্তিনভসঃ প্রথিতৌজসঃ
দুর্গমত্বাদনন্তত্বাদিতিমেবিদ্ধিমানদ ॥২৫॥

উপরিষ্টোপরিষ্টাত্তু প্রজ্বলদ্ভি স্বয়ংপ্রভৈঃ।
নিরুদ্ধমেতদাকাশমপ্রমেয়ংসুরৈরপি ॥২৬॥

পৃথিব্যন্তেসমুদ্রান্তে তমঃস্মৃতম্।
তমসোঽন্তে জলং প্রাহুর্জলস্যান্তেঽগ্নিরেবচ। ২৭।

রসাতলান্তেসলিলংজলান্তেপন্নগাধিপঃ
তদন্তেপুনরাকাশমাকান্তেপুনর্জ্জলম্ ॥২৮॥

এবমন্তঃভগবতঃপ্রমাণংসলিলস্য চ।
অগ্নিমারুততোয়েভ্যো দুর্জ্ঞেয়ং দৈবতৈরপি ॥২৯॥

মথক লামদা, মখাবোমদ', নত্রগা কৈজৈনা অসুমসুম চৎপ্রগা পাইপ্রগা হৌজিক হুমিৎ থা থরানমিচাকশিং লাপথোকমনখিদুনা মশক পুমউ উথিদ্রবা অদু ফাওবা চৎপ্রবদসু আকাশগী সীমা লৈতে। অদুমা আকাশগী পরিমান লেপ্পা য়াদে। গ্রহ পুম্নমক কোল্লিবা শৌরজগৎ অসি ফাওবা আকাশগী মনুংদদি লাংথিক মুক্তা চাউনা লৈবিবনি) ॥২৪॥ ঈকায়খুম্নহৈবা মু'ন! পীক্রবা পৃথিবী অসিদা লৈবা নং-ঐদি হায়রুসু, মশীং লাকতমদনা লৈপ্রবা নক্ষত্রলোক শিং অসিদা লৈরিবা দেবতাশিংমক্সু আকাশগী অন্ত উবা থঙবা ঙমদে। অদুনা আকাশগী পরিমাণ লৈতে হায়বসি ঐনা হায়রিবসিদগী চিংনবা লৈতনা খাজগদবনি ॥২৫॥ হুমিৎ থা থরানমিচাকনচিংবগী মঙাল্ শূকয়াও য়াওদনা মশা মশাগী জ্যোতি (মঙাল) তনা মথং মথং মথক মথক্তা অসুম ঙান্দুনা লৈজপ্রবা দেব (ঙান্বা) কয়া কয়ানা পুমথল থম্না লৈপ্রবা ওইনা উথ্রবা অদুগুম্বা আকাশনি ।২৬। পৃথিবীগী অরোইবা ঙমথৈনা সমুদ্রনি (হায়বদি) লৈপাক হায়বা তত্ব অসিনা হেক লোখিবসি ঈশিং হেক ওনখিবদুদগীনি)। সমুদ্রগী অন্তদা অন্ধকার (অমম্বা) লৈ। অন্ধকারগী অরোইবদ, ঈশিং অমুক লৈ। ঈশিংদুগী অন্তদা মৈ লৈ (হায়বদি ঈশিংনা মৈ হেক ওনখিবদা ঈশিংগী অন্ত অদুম্ মওইখ্রে) ।২৭। অসিগুম্বা ঈশিং হায়রিবা তত্ব অসিসু রসাতলনা অন্তরবস্থাদা লাকপা মতমদনি। হায়বদি রসাতলগী অন্তদা ঈশিং লৈ। ঈশিংদুগী অন্তনা শেষ লৈ। মাসিবু অনন্ত শেষ হায়না খঙনৈ পুবানদা নাগরাজ (লিল্ নিংথৌ) অনন্ত শেষ নাগ হায়না খঙনৈ। মসিগী অন্তদা (অরোইবদা) অমুক আকাশ। আকাশ অনিগী অরোইবা শরুক্তা অমুক হমা ঈশিং। (মাসিনি বিশ্বচক্র হায়রিবসি। মাসি ভগবান্ মহাকী খুদোনবীদা লৈদুনা লৈরি) ।২৮॥ অদুনা দেবতাশিংদুমক্তা ভগবানগী অন্ত থঙবা ঙমদ্রিবসি আকাশ, বায়ু, অগ্নি জলনাচিংবগী অন্ত অসি থঙদবদগীনি। অদুনা লাইশিংমক্তা মথোয়গী অন্ত থঙবা ঙমদ্রবদা নং ঐনা তাইবং মীম করম থঙগনি (মাদি জ্ঞান বেদগী অন্ত হায়বদি বেদান্ত স্বরূপ ওইদুনা লৈবনি) ।২৯॥ অগ্নি, বায়ু, জল, পৃথিবী মথোয়সিগী মচু মশক অসি আকাশ দগী লৌবনি অদুনা মথোয়সি আকাশদগী তোঙানবা নত্তে। (মচু-মওং লৈতবা আকাশদগী

অগ্নিমারুততোয়ানাং বর্ণাঃ ক্ষিতিতলস্য চ। আকাশবদ্গুহ্যন্তেভিন্নাস্তেহতত্ত্বদর্শনাৎ ।৩০॥
পঠন্তি চৈব মুনয়ঃ শাস্ত্রেষু বিবিধেষু চ। ত্রৈলোক্যে সাগরে চৈব প্রামাণং বিহিতং যথা ॥৩১॥
অদৃশ্যায় ত্বগম্যায় কঃ প্রমাণমুদাহরেৎ। সিদ্ধানাং দেবতানাং চ সদা পরিমিতাগতিঃ ॥৩২॥
তদা গৌণমনন্তস্য নামানন্তেতি বিশ্রুতম্ নামধেয়ানুরূপস্য মানসস্য মহাত্মনঃ ॥৩৩॥
যদাতু দিব্যংতৎ রূপং হ্রসতেবর্ধতেপুনঃ। কোহন্যস্তৎবেদিতুং শক্তো যোহপিস্যাৎতদ্বিধোহপর ॥৩৪॥
ততঃ পুষ্করতঃ সৃষ্টঃ সর্বতো মূর্ত্তিমান্ প্রভুঃ ব্রহ্মা ধর্মময়ঃ পূর্বঃ প্রজাপতিরনুত্তমঃ ।৩৫।

## ভরদ্বাজ উবাচ

পুষ্করাৎ যদি সম্ভূতো জ্যেষ্ঠং ভবতি পুষ্করম্। ব্রহ্মাণং পূর্বজং চাহ ভবান্ সন্দেহ এব মে ।৩৬।

মচু মগুং লৌবিবনি ব্যক্তসি অব্যক্তদগী লাকপনি হায়বসি উৎলি ) মথোয়গী তত্ত্ব হান্না থঙদবদগী অমনা অমদগী তোঙাল তোঙাল তাবগুম উবনি ।৩০। ঋষিশিংনা মাগী মাগী তোঙাল তোঙাল্বা শাস্ত্রদা লোকশিং অসিগী অতুগা সমুদ্রশিংগী বিষয়দা মাগী মাগী সিদ্ধান্ত অমমম্দ পীরম্মি। অদুবু দৃষ্টিদগী লাপ্প তোঙান্না লৈপ্রবা মীৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনসু য়ৌবা ঙমদবা, অদুগুম্বা পরমাত্মাগী পরিমাণবু কনানা করম্না হায়গনি। অতুগা, সিদ্ধপুরুষ, দেবতাশিংগী জ্ঞান বুদ্ধি অসিগীসু সীমা অমমম্ লৈবিবনি ।৩১৩২। অদুনা পরমাত্মা, মানসদেব ওইবা মাগী মমিংগী মতুং ইন্না মহাক অনন্ত মাবু অনন্ত হায়না থোল্লিবসি চপচারবা মিংনি ।৩৩। পরমাত্মাগী দিব্যরূপ অসিনা মাগী মথানা অমুকসু চাউনা অমুকসু পীক্না লৈবসিদা, মী, লাই হিংচাবনচিংবা কনানা মাগী অপেক্কা পরিমানবু খংগদৌবিবনো? কনা অমতা লৈতে ॥৩৪॥ হায়খ্রিবা কমল ( থম্বাল ) অদুদগী লোইনা থঙনা মশক নাইবা প্রভাব লৈববা প্রজাপতি ( পোকলকদবা শন্দোরক্রদবশিংগী অহানবা মপু ) ধর্ম পূম্নমক্কী মশক ওইবা ব্রহ্মাগী উৎপত্তি ওইখিবনি ।৩৫। ভরদ্বাজনা হায়ঃ-প্রভু! মুনিদেব! কমলদগী ব্রহ্মা পোক্লবদি কমলতুনা ব্রহ্মাদগী হনবা তাবে। অদুগা ব্রহ্মানা ঈশান-হান্ন পোকখিসু হায়বিরি। মসিদা ঐ যাম্ন চিংনজরে ॥৩৬।

ভৃগুনা হায়ঃ— মুনি! মানস দেবগী মরমদা ঐনা থরা হায়রবসিনি। মহাক অতুনা ব্রহ্মাগী মশক ওইতুনা চোংথোবনই। ব্রহ্মাগী আসনগীদমক্তা লৈবনা পৃথিবী অসিমক্তি কমল

* টীকা:— সীমা লৈবা সসীম ওইবা জ্ঞাননা, সীমা লৈতবা অসীম মহাকপু করম্ থঙগদৌরিবনো? অাইবং মীগী জ্ঞানগীদি সীমা লৈবনিনা সীমা লৈতবা মাবু খিক্লনদগী থঙদতুনা হমকই। অদুদগীনি "মহাকে লৈতে", 'ঈশ্বর লৈতে" অসিনচিংবা মিথ্যা প্রচার তৌরি।—কলাচাঁদ

ভৃগুরুবাচ

মানসস্যেহ যা মূর্ত্তি র্ব্রহ্মত্বং সমুপাগতা । তস্যাসনবিধানার্থং পৃথিবী পদ্মমুচ্যতে ॥৩৭॥
কর্ণিকা তস্যপদ্মস্য মেরুর্গগনমুচ্ছ্রিতঃ । তস্যমধ্যে স্থিতো লোকান্ সৃজতে জগতঃ প্রভুঃ ॥৩৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বনি ভৃগুভরদ্বাজসংবাদস্য ঊণাশীত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

—(•)—

(থম্বাল) হায়রিবসি ॥৩৭॥ থম্বাল অসিগী লৈরিকতি মেরু চীংনা ওই । আকাশ হুংদা য়ায়া য়াংনা লৈরিবা চীংনি চীং অসিগী চীংয়ায়দা কমচুনা ব্রহ্মানা লোক পুম্নমক্কী সৃষ্টি তৌই ॥৩৮॥

মথম্ অসিদা শ্রীমহাভাবতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা ভৃগুভরদ্বাজ সংবাদ চামগা হুমফুতরামাপলগুবা অধ্যায় লোইরে ।

—(•)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## অশীত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

( চামগামরিফুগুবা অধ্যায় )

### আকাশগী মনুংদা অতোপ অতোপ্পা অচচ্চত্তগী উৎপত্তিগী বর্ণন

ভরদ্বাজ উবাচ

প্রজাবিসর্গং বিবিধ কথং স সৃজতে প্রভুঃ মেরুমধ্যেস্থিতোব্রহ্মাতং ব্রূহি দ্বিজসত্তম ॥ ১ ॥

ভৃগুরুবাচ

প্রজাবিসর্গং বিবিধং মানসোমনসাস জৎ। সংরক্ষণার্থং ভূতানাংসৃষ্টং প্রথমোজলম্ ॥ ২ ॥

যৎপ্রাণঃ সর্ব্বভূতানাংবর্ধন্তেযেন চ প্রজাঃ পরিত্যক্তাশ্চ নশ্যন্তি তেনেদংসর্ব্বধাবৃতম্ ॥ ৩ ॥

পৃথিবী পর্ব্বতা মেঘা মূর্ত্তিমন্তশ্চ য়ে পরে সর্বংতৎ বারুণংজ্ঞেয়মাপস্তস্তম্ভিরে যতঃ ॥ ৪ ॥

ভরদ্বাজ উবাচ

কথংসালিলমুৎপন্নংকথং চৈবাগ্নিমারুতৌ। কথংবামেদিনি সৃষ্টেত্যত্র মেসংশয়োমহান্ ॥ ৫ ॥

ভৃগুরুবাচ

ব্রহ্মকল্পেপুরাব্রহ্মন্ব্রহ্মর্ষীনাংসমাগমে। লোকসম্ভবসংদেহঃ সমুৎপন্নো মহাত্মনাম্ ॥ ৬ ॥

---

ভরদ্বাজনা হংখি :— ব্রাহ্মণ অথোইবা! মেরুচীঙগী চীঙয়ায়দা, ফম্লগা ব্রহ্মা প্রজাপতিনা মথল মথা অয়াম্বা অচচ্চত্ত পুম্ববু, মতৌ করম্না শেমখিবা? মসি ঐঙোন্দা হায়বিয়ু ।১। ভৃগুনা হায়খি :— অহুনা মানসদেবনা মাগী মানসিক সংকলপদগী প্রজা মথল মথল শেমখি শেমলিবা প্রজাশিংহুগী রক্ষাগীদমক্তা মহাক্না ইশান হানবদা সৃষ্টি তৌখি ।২। ঈশিং হায়বসিদা থরায় পানবা পুম্নমক্কী থরায়নি। হায়রিবা ঈশিং অসিদগী প্রজা পুম্নমক্কী সৃষ্টিগী বিস্তার তৌখি। ঈশিং হায়বসি কংত্রবদা থরায় পানবা অচচ্চত্ত পুম্বা মাঙিঙ ঈশিংসিতনা জগৎ পুম্বসি শীম্বুনা কাজিন্দুনা থম্মি।৩। পৃথিবী ( লৈপাক ) চীঙ, মান পাইরিবা নোং অসিনচিংবা অহুগা মুর্ত্তি নাইদনা হেক লৈরিবা অচচ্চত্ত পুম্নমক ঈশিংতগী মশক্ক ( ঈশিংগী ফম্জিনবা মশাক্ক ) হায়বসি থঙগদবনি মরমদি ঈশিংতনা মথোয়সিবু মাগী মাগী মওংদা ফমজিনহন্দুনা থম্ম ৪। ভরদ্বাজনা হায় :— ভগবান! হায়রিবা ঈশিং হায়বসিমক্কী উৎপত্তিদি কদায়দগী সৃষ্টিনা করম্না ওইখি? অগ্নি, বায়ুগী সৃষ্টিনা করম্না ওইখি? অহুগা পৃথীসিমক্কী সৃষ্টিনা ওইখিবা অসিনচিংবা চিংনবসি য়াম্না লৈরি।৫। ভৃগুনা হায়ঃ— ব্রহ্মন্! মমাংঙৈদা, অহুঙৈ, ব্রহ্মাকল্প হায়বা কল্পতুনা চথতুনা

তেঽতিষ্ঠান্ ধ্যানমালম্ব্য মৌনমাস্থায় নিশ্চলাঃ　　ত্যক্তাহারা পবনপাঃ দিব্যং বর্ষশতং দ্বিজাঃ । ৭॥
তেষাং ব্রহ্মময়ী বাণী সর্ব্বেষাং শ্রোত্রমাগমৎ ।　　দিব্যা সরস্বতী তত্র সম্বভূব নভস্তলাৎ ॥ ৮ ॥
পুরা স্তিমিত মাকাশমনন্তমচলোপমম্　　নষ্টচন্দ্রার্কপবনং প্রসুপ্তমিবসম্বভৌ ॥৯ ॥
ততঃ সলিলমুৎপন্নং তমসীবাপরং তমঃ　　তস্মাচ্চ সলিলোৎ পীড়াদুদতিষ্ঠত মারুতঃ ।।১০ ।
যথা ভাজনমচ্ছিদ্রং নিঃশব্দমিবলক্ষ্যতে ।　　তচ্চাম্ভসা পূর্য্যমাণং সশব্দং কুরুতেঽনিলঃ ।।১১॥
তথাসলিলসংরুদ্ধে নভসোঽন্তেনিরন্তরে　　ভিত্বার্ণবতলং বায়ুঃ সমুৎপততিঘোষবান্ ।১২॥
স এষ চরতি বায়ুরর্ণবোৎপীড়সম্ভবঃ ।　　আকাশস্থানমাসাদ্য প্রশান্তিং নাধিগচ্ছতি ।।১৩।

---

লৈরিভৈদা বল্লভগী ব্রহ্মর্ষিমক্তা নেংমা পুন্নগা তিন্নখি　　মহাত্মাশিংহুগী সভাদা মখোয়গী মরক্তা জগৎকী সৃষ্টিগী বিস্মযদা চিংনবা অমা পোকখি ।৬।। মসিগী রাগন্দা মখোয় চাবা থকপা পুম্নমক থাদোবতুনা, হুংশিন্তা চাহুনা, মসিগী ধ্যানদা লাইগী চহিদা চহি চামা চুপ্পা মৌন ব্রত তৌহুনা লেঙদনা তুমিন্ তুমিন্ ফমহুনা লৈখি ৭। ধ্যানগী অবস্থাদা অসুম্না লৈরিভৈদা মখোয় পুম্নমকী নাকোংদা ব্রহ্মময়ী ওইবী বাণী অমঃ চপ মান্ননা লাকখি, মখোয় পুম্বা চপ মান্ননা মতম অমত্তদা তাখি । খোঞ্জেল অদুনা হেক লেপখিবগা আকাশদগী নীঙথিজরবী মরম্নাইগী মশাগী মশেক মঙাস্তনা পুম্নংলংলবী মকম অদুদা থডহোদনা চোংথোরকই । ৮। হায়রিবী আকাশবাণী অদুদি অসিমক্কি — কাল ( মতম ) হায়থদুগী ঈহান হানবা শরুক্তা চাংজৌ নাইদবা, অয়োইবা লৈতবা আকাশ অসি চীঙগুম্না লেঙদনা ; হায়বদি মাগী মরুংদা লেঙ ওৎপিনবা করিগুম্বা পোশক অমত্তা য়াওদনা তুমিম্না তাহুনা লৈবন্মি ।৯। অদুম তৌরিভৈদা ভহাক লৈরগা ঈশিং অসি মুত্তি নাইনা চোংথোকখি । ঈশিং অসি আকাশদা থোরকপা মতমদা আকাশ অসি অমম্বগী মথক্তা অমম্বা অমমুক থোমজিল্লকপগুম তৌখি । ঈশিংগী ঈচেল্ অদুদগী বায়ুগী উৎপত্তি ওইখি । ১০॥ মখুল্ হোদবা মথুম্ থুম্বা পাত্রনা মখোল্ থোক্তনা তুমিম্না লৈবা ওইনা উই । অদুবু, মখুল্ অমা হোহল্লগা ঈশিং চঙহনবা শলহম্বা মতমদা মখোল ( আবাজ ) অমদি হুংশিংনা মখোল অমা থোকহল্লি ।১১। মতৌ অদুগুম্না আকাশগী প্রান্ত পুম্নমকপু ঈশিংহুনা অসুম্না থিংহনা থম্মি, মাহুদি অহাঙবা মকম থক্লিক্তা ফাওবা লেখিত্রে　　মতম অদুদা অমত্তা ভাযববা ঈপাক অদুদগী লৈথা ফাওদৎলকতুনা, য়াম্না হোরবা খোঞ্জেল অমগা লোয়ননা বায়ুগী উৎপত্তি ওইখি ।১২॥ মত্তৌ অসুম্না সমুদ্র ঈশিং মপৈদগী চোংথোবকলিবা বায়ু অসি কম্না চোংথোরকপা অদুগা শাফুনা ঈল্লকপনা মায়কৈ পুম্বা শীম্হৎনা শন্দোরকই শীৎলকই　　অদুগা আকাশগী করিগুম্বা মকম অমদা চঙ্গুমা ; মানা চৎপা শীৎহু শান্ত ওইত্রে শীৎপা তোকখিদ্রে ।১৩। হুংশিন্তুগা ঈশিংগা তরুবদগী, খোইদাক্না তেজ লৈরব , খোইদোক্না কল্লবা অগ্নি দেবগী উৎপত্তি ওইখি । মহাক্কী

তস্মিন্নবায়ুস্থসংঘর্ষে দীপ্তেতেজামহাবলঃ। পাণ্ডরভূদুর্ধ্বশিখঃ কৃত্বানিস্তিমিরংনভঃ ॥১৪।

অগ্নিঃপবনসংযুক্তঃ খংসমাখিতেজলম্। সোঽগ্নিমারুতসংযোগাৎ ঘনত্বমুপপদ্যতে ॥ ১৫

তস্যাকাশে নিপতিতঃ স্নেহস্তিষ্ঠতিযে হ্বপরঃ। সসংঘ ত্বত্বমাপন্নো ভূমিত্বমনুগচ্ছতি ১৬।

রসানাংসর্ব্বগন্ধানাং স্নেহানাংপ্রাণিনাংতথা ভূমির্যোনিবিহজ্ঞেয়া মস্যাং সর্বং প্রসূয়ম্ ॥১৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতাযাং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি ভৃগুভরদ্বজ সংবাদে অশীত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

—(০)—

মৈরিনা মথকলোমদা মরী মরী হাইগৎখি। হান্না লৈবম্বা অমম্বগী মরোলশিং অহু থিনগাইখিহুনা অমম্বা পুম্নমকপু মাঙহনখি।।১৪ মুংশিংকা থেংনবহু ফংহুনা অগ্নিহুনা ঈশিংবু আকাশগী থক লোমদা চাইথোকহল্লকই। অহুদগীদি ঈশিং অহু বায়ু অমদি অগ্নিগা তিম্নবদগী কংশিনখি ফমজিনখি।।১৫। মহাক্কী অচোৎপগী শরুক অহু আকাশদা চঙ্খি অচোৎপগী শরুক অহুনা কুংশিল্লকপা ফমজিল্লকপগী মওং তাবকপদগী পৃথিবীগী (লৈপাক্কী) উৎপত্তি ওইখি। লৈপাক ওনখি।১৬। অসুম্না মশক ওল্লকলবা লৈপাক হায়বা তত্ত্ব অসি রস (মহাও) গন্ধ (মনম) স্নেহ (অনপ্পা) অহুগা থরায় পানবা অচচ্চত্ত পুম্নমক্কী থোকখিবগী কারণনি, মচাক অসিদগী অসুক য়াম্বা লেঙিঙ পাল্লিবা পুম্নমক অসিগী উৎপত্তি ওইখি।১৭॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চাননা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা ভৃগুভরদ্বাজ সংবাদগী চামমরিফুগুবা অধ্যায় লোইরে।

—(০)—

# মণিপূরী মহাভারত

## একাশীত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

( চামগামরিফুমাথোইশুবা অধ্যায় )

### পঞ্চমহাভূতশিংগী গুণবিস্তারগী বর্ণন

**ভরদ্বাজ উবাচ**

য এতে ধাতবঃ পঞ্চ ব্রহ্মা যানসৃজৎপুরা। আবৃতা যৈরিমে লোকা মহাভূতাভিসংজ্ঞিতাঃ ॥১॥
যদাসৃজৎ সহস্রাণি ভূতানাং স মহামতিঃ। পঞ্চানামেব ভূতত্বং কথং সমুপপদ্যতে ॥২।

**ভৃগুরুবাচ**

অমিতানাং মহাশব্দো যান্তি ভূতানি সম্ভবম্। ততস্তেষাং মহাভূতশব্দোঽয়মুপপদ্যতে ॥৩।
চেষ্টা বায়ুঃ খম্ আকাশমূষ্মাগ্নিঃ সলিলং দ্রবঃ। পৃথিবীচাত্র সংঘাতঃ শরীরং পাঞ্চভৌতিকম্ ॥৪॥

... ...

ভরদ্বাজনা হায় :— ভগবান। লোক অসিদা মৈ ঈশিংনচি বা ধাতু মঙা অসিবু পঞ্চ মহাভূত হায়না কৌনরি সৃষ্টি অসিদ' মথোয় ওসিবু ব্রহ্মা'না শেমখি হায়রি। মথোয় মঙা অসিনা জগৎ পূম্বদা শীন্থ'না লৈরি হায়রি। ১ অদুবু চিংনরিবদি মহাবুদ্ধিমান্ ব্রহ্মানা অচচ্চত্ত লিশিং-লিশিং লথা-লথাগী সৃষ্টি তৌরি। অদুগা মচাক ওইদুনা লৈরিবদি মঙা অসিতনি। মঙা অসিবু "ভূত" কৌবসি কদায় ফাওবা যুক্তিযুক্ত ওইবগে অসিনি ॥২॥ ভৃগুনা হায় :— মুনি! হায়রিবা "ভূত" শিংসে হায়বত্তবু মঙা তনি হায়বনি। অদুগা মথোয়দি অমমমনা ওমথৈ লৈতবা ওাক্তনি। মরম অদুনা "ভূত" তা হায়দনা "মহভূত" হায়রি। মথোয় মহাভূত মঙ' অ'সদগী বিশ্বজগৎ অসিগী অচচ্চত্ত পুম্নমক অসি শেমখিবনি। মরম অসিনা মথোয় অসিবু পঞ্চ মহাভূত কৌবদা যুক্তিযুক্ত ওইবনি। ৩। অচচ্চত্ত জীব পানুবা হায়দুনা হেক লৈরিবশিং মহাভূতশিং অসিগী অমগা অমগা য় স্থোক-ম্যাশিন্দগী শেমখিবা ওইখিবা ওাক্তনি। অচচ্চত্তশিং অসিদ' চেষ্টা (লামগে পায়গে হৌরকপা), গতি (লেঙ্বা ওৎপা চৎপা) লৈরিবসিনা বায়ু (নুংশিৎ) কৌবা মহাভূত মহাকী শরুকনি। অচচ্চত্ত'শিংগী মশাদা অহাঙবা অহোবগী শরুক অ'সনা আকাশগী শরুকনি। অশাবগী মলিকফাওরিবা শরুক অসিনা মৈগী অংশনি। এহীলাঙবা, চোৎপা, অনপ্পা য়াওরিবা শরুকশিং অসিনা ঈশিংগী অংশনি মত্তোং, শরু শয়াং, মকু মশিংনচিংনশিং আসনা পৃথিবী (লৈপাককী) অংশনি ॥৪॥ মতৌ অসুম্না অচচ্চত্তগী সংষ্টিগী মশ ওইরিবা জগৎ

ইত্যেতৈঃ পঞ্চভি র্ভুতৈর্যুক্তংস্থাবরজঙ্গমম্ । শোত্রংঘ্রাণংরস.স্প.র্শাদৃষ্টি:শ্চন্দ্রিয়সংজ্ঞিতাঃ ॥৫॥

ভৃগুরুবাচ

পঞ্চভির্যদি ভুতৈস্তুযুক্তাঃস্থাবরজঙ্গমাঃ স্থাবরানাং ন দৃশ্যন্তেশরীরে পঞ্চধাতবঃ ॥ ৬ ॥
অনুষ্মণামচেষ্টানাং ঘনানাং চৈবতত্ত্বতঃ বৃক্ষাণাং নোপলভ্যন্তে শরীরে পঞ্চধাতবঃ ॥ ৭॥
ন শৃণ্বন্তি ন পশ্যন্তি ন গন্ধরসবেদিনঃ । ন চ স্পর্শো বিজানন্তিতে কথংপাঞ্চভৌতিকাঃ ॥৮॥
অদ্রবত্বাদনগ্নিত্বাদভূমিত্বাদবায়ুতঃ । আকাশস্যাপ্রমেয়ত্বাৎ বৃক্ষাণাং নাস্তিভৌতিকম্ ॥৯॥

ভৃগুরুবাচ

ঘনানামপি বৃক্ষাণামাকাশোঽস্তিন স শয়ঃ । তেষাংপুষ্পফলব্যক্তির্নিত্যং সমুপপদ্যতে ॥ ১০॥

অসি মখোয মণ্ডা অসিতগী মপৈনি । মখোয় অসিগী মশক উদবমথৈ পীক্রবা শরুক অমমু নাকোং নাত্তোল্, কৈ, উনশা, মীৎ মখোয় অসিনি । মখোয় অসিবু লোকতা ইন্দ্রিয় মণ্ডা হায়রগা থঙ্ নৈ* ॥৫॥ ভরদ্বাজনা হায় :- ভগবান্ ! হায়রিবসিগী মতু'ইরা, অচচ্চত্ত পুম্নমক অসিদা পঞ্চ মহাভুত হাযরিবশি' অসিনা শীন্থ্'না নৈরবদি, অচৎপশিংগীতা মশক উই, উ রা নৈপ ল নৈপান্নচিংগী পঞ্চ মহাভূত, অতগ পীক্রবা শরুক হাবদি, ইন্দ্রিয মণ্ডা অসি চত্তবশি'গীদি মশক উদে অসি করিনো ॥ ৬ ॥ উগী মশা ( মউ ) দা অশাবা মনিল ফাওদে । লাম্‌গে পায়গে হায়বগী চেষ্টা নৈত্তে । মরম অত্তনা মখোয়গী মশাদা পঞ্চভুতগী অনুভুতি নৈত্তে ॥ ৭ ॥ মখোয়দি তাদ্ব তাদে, উদ্ব উদে, মনম মহাউনচি বা লোদে । থুম্ম য়াক্‌ই থঙদে । মখোয়দা স্পর্শ তোবদা ( শোকপদা ) মখোযগী উনশা ওইশিবা উকুনা থঙ্‌দে, ফাওদে । অতুনা মখোয়বু পঞ্চভৌতিকনি হায়রিবসি করিনো ? ॥ ৮ ॥ মখোযগী মশা ( শরীর ) দা দ্রবত্ব, অগ্নিগী অংশ, পৃথিবীগী অংশ, বায়ুগী অংশসি মযেক লানা উদে, ফাওদে আকাশ নৈবগী প্রমাণ ফংদবনা উনচিংবগী মশাদা পঞ্চ-ভৌতিক ওইবগী থোইদোকপা লক্ষণ অমত্তা উদে ।৯ ॥ ভৃগুনা হায :— মুনি ! উ-রাশং অসি য়েংবদদি মথুন্ ফুনবা ওইনা উই । অতুবু মনুংদা আকাশ ( অহাংবা )গী শরুক য়াওরে । মসিদা চিংনকম করিমত্তা নৈতবনি । মাতুমক্তনা হু মৎ থুদিং মীকুপ থুদিংগী মহৈ মপালনচিংবা চোংথোরকপা যারিবসিনি ॥ ১০ ॥ উপাম্বী মশ ( হকচাং )দা অশাবগী শরুক, অশাবা মনিল

* টিকা :— মশক্ উরিবা মপানগী মীৎনাকোংনচিংবা থোনজিল্লবশিং অমদি থাজেংবা মীৎনাকোংনচিংবা নত্তে । মখোয়দি মশক্ উরোইদৌবনি মশক্ উরিবশিং অসিদি মশবুউবা ঊশিং নৈপান্নচিংবগী পরমাণুগী মপৈ মক্তনি । চকুদা নৌন্নিনা নৈপাক অসিদি মশক্, উবা পৃথিবী ( নৈপাক ) নি । পীকমম্না উদংনা শরুক অমা নৈরি । মাতুনা নংতোন কোই । মনমু ( গন্ধ ) হাম্বা থিঅর অতুবু লোনববা ইন্দ্রিয় অমনি । ইন্দ্রিয়শিং অসে ঐখোয়গী অমত্তা নত্তে, অউবা মৈ ঊশিংনচিংবগী ওাস্তুনি । কালাচাঁদ

উষ্মতো ম্লায়তে পর্ণং ত্বক্ ফলং পুষ্পমেব চ । ম্লায়তে শীর্য্যতে চাপি স্পর্শস্তেনাত্র বিদ্যতে ॥১১॥
বাত্বগ্ন্যশনিনির্ঘোষৈঃ ফলং পুষ্পং বিশীর্য্যতে । শ্রোত্রেণ গৃহ্যতে শব্দস্তস্মাচ্ছৃণ্বন্তি পাদপাঃ ॥ ২॥
বল্লী বেষ্টয়তে বৃক্ষং সর্ব্বতশ্চৈব গচ্ছতি । ন হ্যদৃষ্টেশ্চ মার্গোঽস্তি তস্মাৎ পশ্যন্তি পাদপাঃ ॥১৩॥
পুণ্যাপুণ্যৈস্তথা গন্ধৈর্ধূপৈশ্চ বিবিধৈরপি । অরোগাঃ পুষ্পিতাঃ সন্তি তস্মাজ্জিঘ্রন্তি পাদপাঃ ॥১৪॥
পাদৈঃ সলিলপানাচ্চ ব্যাধীনাং চাপি দর্শনাৎ । ব্যাধিপ্রতিক্রিয়াত্বাচ্চ বিদ্যতে রসনং দ্রুমে ॥১৫॥
বক্ত্রেণোৎপলনালেন যথোর্দ্ধ্বং জলমাদদেৎ । তথা পবনসংযুক্তঃ পাদৈঃ পিবতি পাদপঃ ॥১৬॥
সুখদুঃখযোশ্চ গ্রহণাচ্ছিন্নস্য চ বিরোহণাৎ । জীবং পশ্যামি বৃক্ষাণামচৈতন্যং ন বিদ্যতে ॥১৭॥
তেন তজ্জলমাদত্তং জরয়ত্যগ্নিমারুতৌ । আহারপরিণামাচ্চ স্নেহো বৃদ্ধিশ্চ জায়তে ॥১৮॥

---

লৈ । মাহুমক্তনা মাগী মন, মকু মহৈ মপাল খুইজিল চপাশিল্লি । খুইজিলথিহুনা কেনগ্নি । অহুনা মখোয়গী মশা (হকচাং)দা স্পর্শ (শোকপথেংব ফাওবগী জ্ঞান) লৈ ॥১১॥ অসিমসু ঐখোয়না উই নুংশিং, মৈ, অহুগা নো থাংগী গুংগ্রাঙ, গ্রাকগ্রাক লাউবা মখোল তারগা উপাম্বীশিংনা মনা মপাল খীকথরক্লি শব্দবু তাবা-লোবা হায়বদি তাননবগী ইন্দ্রিয় হায়বদি নাকোং কোনা ইন্দ্রিয়তনী পাম্বৈনা ওইবনি । মবম অহুনা হৈপাল-লৈপাল উপাম্বীশিংসু তায় ॥ ১২ ॥ উরীনা উগী অকোয়বদা যেচ্ছিল্লকলি । অহুগা উহুগী মতোল ফাওবা মার-মারহুনা কাথংলকলি । উবগী শক্তি য়াওদনা কনাগুম্বা করিগুম্বা অমতনা মাগী লম্বী থিবা ঙম্বা নত্তে । মরম অহুনা উবী রারী হৈপাল লৈপালদ উবগী শক্তি লৈরিবনি, হায়বদি, মখোয়গীসু মমিৎ পাল্লি ॥১৩॥ মনম নুংশিব নুংশিদনা, অতেকপা অপুম আশাগী মনম তারগা মানা মানা হৈবগী মতুং ইন্না, অহুগা মথল মথা অয়াম্বা ধূপনচিংবগী মনম তারগা পাম্বীশিংনা নাদ য়েক্তনা মশা মউ ফনা মহৈ মরোং চুম্মি । মাসিদগী করি প্রমাণ ফবগে হায়ববু পাম্বীশিসু মনম লোই তায় । অহুনা নাতোল পাল্লি ॥ ১৪ ॥ উপাম্বীনা মখোঙনা ঈশিং চিংথংলগা থকই । করিগুম্বা উপাম্বীগী মশাদা লায়না পল্লবদি মাগী মচীঞ্জাক চাক্ষম মখোঙদ ঈদাক তোবগা ঈদাক অত্ত চংহল্লগা উ পাম্বীবুম্ব য়েংনার । অহুনা উপাম্বীগীসু রসনেন্দ্রিয় (লৈ) পাল্লি ॥১৫॥ থম্বাল মখোক্তদা ঈশিং চিংথংলকগা থকপহুগুম্না উপাম্বীনা লৈমুংদগী মখোঙনা ঈশিং চিংথংলগা থকই । ১৬॥ উপাম্বী অমবু কককপা মত্তমদা মশাদা অরাবা চৈনা ফাওবগী মশাগী তুজুংবা পোকপগী লক্ষণ অসি উবা ফংঙি । কক্কমসু অককপা মফম মখোঙ অহুদগী ময়োল চোংথংলকপনচিংবসি উবা ফংঙি । অহুনা উপাম্বীশিংসু অরাবা নুংঙাইবগী অনুভূত, জীবাত্মাগী অস্তিত্ব (লৈবা) অসিমচিংবসি ময়েক লাম্না উবা ফংঙি । মখোয়দা চেতনা শক্তি লৈ ॥ ১৭ ॥ উপাম্বীনা মখোঙনা ঈশিং চিংথত্তুনা মক্তুপা ঈশিং অহুবু মাগী হকচাং নুংদা লৈরিবা বায়ুগা অগ্নিগা অনীনা তুমহল্লি (হজম ওইহল্লি) (মসি কনাগুম্বা বেজ্ঞা নিক অমগী যাস্ত্রনা তৌরকপা থবক নত্তে) । চাখিবহুনা তুম্নগা মশাদা

জঙ্গমানাঞ্চসর্ব্বেষাং শরীরে ধাতবঃ । প্রত্যেকশঃপ্র ভদ্যন্তে যৈঃশরীরং বিচেষ্টতে ॥১৯॥
ত্বক্ চ মাংসং তথাস্থীনিমজ্জাস্নায়ুশ্চপঞ্চমম্ ইত্যেতদিহ সংখ্যাতং শরীরে পৃথিবীময়ম্ ॥২০॥
তেজো হ্যগ্নিস্তথা ক্রোধশ্চক্ষুরূষ্মা তথৈব চ । অগ্নির্জরয়তে যশ্চ পঞ্চ য়েয়াঃ শরীরিণঃ ॥ ২১ ॥
শ্রোত্রং ঘ্রাণং তথাস্যং চ হৃদয়ং কোষ্ঠমেব চ । আকাশাৎপ্রাণিনামেতে শরীরেপঞ্চধাতবঃ ॥২২॥
শ্লেষ্মা পিত্তমথ স্বেদোবসা শোনিতমেব চ । ইত্যাপঃ পঞ্চধা দেহে ভবন্তিপ্রাণিনংসদা ॥২৩॥
প্রাণাৎ প্রেণীয়তে প্রাণী ব্যানাৎ ব্যায়চ্ছতে তথা । গচ্ছত্যপানোহধশ্চৈবসমানো হৃদ্যবস্থিতঃ ॥২৪।

মরেক মহাও অনথ্বা কায । মায়থোং মকারাম্মি, হরাউ হু ঙাইনা লৈবা উই । মথোয়গী হুংঙাইবতুনা অঙবা মীগী থম্মোয়দম্ভ হুংঙাইবা পোকহল্লি । ( ঐ হুংঙাইরে রারে হায়না হায়দোকপগী বাক্‌শক্তি অসিতনি ব্লাংলিবা ॥ ১৮ ॥ অমদগী অমদা চংপা জঙ্গল জীবশিংগী মশাদস্থ পঞ্চভুত লৈ । অতুদা মথোয়দা লৈবা মৈ ঈশিংনচিংবা পঞ্চভুততি মওংদা মাত্রাদা অমদগী অমনা য়াম্না খেন্ননা লৈ । হায়রিবা ভূত মঙা অসিগী মহুংদা অমনা অমগী মতেং পাংনবদগী হকচাদ চেষ্টা ( লেঙওংপ )গী শক্তি অসি লাকই ॥ ৯॥ হকচাংদা লৈরিবা উন্‌ লৃত্তোং, শরা, শিংল, মহাউ ( শদুম ) পোশক মঙা অসিগী সংস্থিাদ পৃথিবী ( লৈপাক ) গী মশক্তি, লৈপাকমক্তনি ॥২০॥ ঈচঙথৌবগী হাইদোরকপা নশেক, মীনা লাকচবদগী পোকথিবা অশাউবা, মীং, হকচাংদা কাওরকপা মৈশা, চাকথাউবা । ভতুনা লৈরিবা মৈ হায়রিবা পোশক মঙ অসি হকচাংদা লৈরিবা মৈহুনা ওইবা অউবা উদবা মশক মক্তনি ॥ ২১ ॥ নাকোং মাত্তোল, চীন, থম্মোয় অহুগা পূক হায়রিবা মঙা অসি অচচত্ত থরায় পানবা পূন্নমক্তী হকচাংদা ধাতু মঙাগী মশক ওঁইরিবা ফমজিনবা মথুন ফুনবগী অবস্থা অসি আকাশদগী পোকপনি ।২২॥ লোক, বীর্য্য, হুমাং মরেক, মহাউ, ঈ, অসিনচিংবা থরায় পানবগী হকচাংদা অপেৎপা, অচোৎপা পোৎ ওইনা লৈরবনি ঈশিং হায়বা মহাভুতগী অওনবা মশকনি ॥ ২৩ । প্রাণ অপান, সমান, উদান, ব্যান হায়রিবা মঙা অসিগী মহুংদা প্রাণ কৌবা বায়ুসিগী পাঙ্গেন থরায় গানবা পূন্নমক্তা লেঙবা ওৎপা চৎপগী থবক তৌই । ব্যান কৌবা বায়ুগী পাঙ্গেনা জীব পানবশিংনা খোঙথুংনচিংবা ব্যায়াম ( শাজেল )গী থবক চঙবা কয়া নোম্বা অসিনচিংবা থবক তৌই । অপান কৌবা বায়ুনা মথক লোমদগী মখারোমদা শিথরকই । সমান কৌবহুনা থম্মোয়তদা তুংহুনা লৈ । উদান কৌবা বায়ুহুনা মথকলোমদা জীংকৎপগী থবক তৌই । হায়রিব উদান বায়ু অসিনা ভাইবং মীনা হুংশাশোম হোন্‌গৎলে । অদুগা উদান অসিনা জীংকৎলকপা মতমহুদা খোরী, ভৌনচিংবা মকম মকমগী মতুংইনা খোঙ্গোক তোঙাল তোঙালব-

উদানাদুচ্ছ্বসিতি চ প্রতিভেদাচ্চ ভাষতে। ইত্যেতে বায়বঃ পঞ্চ চেষ্টয়ন্তীহ দেহিনম্ ॥২৫॥
ভূমের্গন্ধগুণান্ বেত্তি রসং চাদ্ভ্যঃ শরীরবান্ জ্যোতিষা চক্ষুষা রূপং স্পর্শং বেত্তি চ বায়ুনা ॥২৬॥
গন্ধঃ স্পর্শো রূপং শব্দশ্চাত্রগুণাঃস্মৃতাঃ তস্যগন্ধস্য বক্ষ্যামি বিস্তরাভিহিতান্ গুণান্ ॥২৭॥
ইষ্টশ্চানিষ্টগন্ধশ্চ মধুরঃ কটুরেব চ। নির্হারী সংহতঃস্নিগ্ধো রূক্ষো বিশদ এবচ ॥২৮॥
এবং নববিধোজ্ঞেয়ঃ পার্থিবোগন্ধবিস্তরঃ। জ্যোতিঃপশ্যতি চক্ষুর্ভ্যাং স্পর্শং বেত্তি চ বায়ুনা ॥২৯॥
শব্দঃস্পর্শশ্চ রূপং চ রসশ্চাপিগুণাঃ স্মৃতাঃ রসজ্ঞানংতু বক্ষ্যামি তন্মে নিগদতঃশৃণু ॥৩০॥
রসো বহুবিধঃপ্রোক্তঃ ঋষিভিঃ প্রথিতাত্মভিঃ। মধুরো লবণস্তিক্তঃ কষায়োঽম্লঃ কটুস্তথা ॥৩১॥
এবংবিধবিস্তারো রসো বারিময়ঃ স্মৃতঃ। শব্দঃ স্পর্শশ্চ রূপচ ত্রিগুণং জ্যোতিরুচ্যতে ॥৩২॥

---

শিংবু অদুগা স্বরব্যঞ্জননচিংবা ময়েকশিংবু থোক্হোকহল্লি। হায়রিবা বায়ু অসিগী পরিমাণ (মহৈ) না দেহ পুরিবা মাঙোন্দা চেষ্টা (লাম্বা-পায়বা কংননবা হোৎনবনচিংবগী থবক) পোকহল্লি ॥২৪-২৫॥ জীবনা ভূমিগী হায়বদি নৈপাক (মনম লৌননবগী ইন্দ্রিয়) না গন্ধ (মনম) কোবা গুণগী অনুভব তৌই। ঈশিংগাময়ম নৈনবা রসনা (রস লৌবা নৈ) কোবা ইন্দ্রিয়না পাদৈ ওইদুনা জীবনা রস (মহাও) বু অনুভব তৌই—লৌই। তেজ (মঙাল)গী মশক ওইবা মীৎ কোব ইন্দ্রিয়গী পাদৈনা রূপ (মশক) পু অনুভব তৌই—মশাদা ফাওহল্লি বায়ুগা মরী নৈনবা ত্বক (উনশা) কোবা ইন্দ্রিয়গী পাদৈনা জীবনা স্পর্শ (শোকপা—কল্লি থোংলি হায়বগী গুণবু অনুভব তৌই মশাদা ফাওহল্লি ॥২৬॥ হায়রিবা গন্ধ, স্পর্শ, রস, রূপ শব্দ হায়রিবা মথোয় গুণ মঙা অসি পৃথী (নৈপাক) গী গুণমকনি হায়না লৌনৈ। মথোয়সিগী মনুংদা থাইদগী অথোইবা গন্ধ (মনম) কোবা গুণগী বিস্তার অসি ঐ হায়গে ॥২৭॥ য়াম্নিংবা, য়াম্নিংদবা, অথুম্বা, অশীনবা, অরাঙ্গদগী লাকপা, গন্ধগা য়ামব মঙাল, থোৎপ-নৌবা, কম্বা-য়াকপা, মরেক লানা তরু তরুনা লাকপা হায়রিবা মাপল অসি গন্ধগী ভেদ মাপলনি হায়না থঙকম থোকই অমুম্বা পার্থিব গন্ধ (নৈপাকা মরী নৈনবা মনম) গী বিস্তার অসি হায়ব্রবনি ॥২৮॥ তাইবং জীবনা মীৎকী পাদৈনা পোৎকী মশক-মওং-মচুবু উই। ত্বগিন্দ্রিয় (উনশা কোবা ইন্দ্রিয়)না স্পর্শগী জ্ঞান কংই। শব্দ, স্পর্শ, রূপ অদুগা রস মরি অসি ঈশিংগী গুণ ন হায়না য়ানব্রবনি। মথোয় মরি অসিগী মনুংদা মরু ওইনা নৈরিবদি রসনি। মসিগী বিস্তার (মশামরোং) অসি ঐ হায়গে, ঐনা হায়রিবসি মুম্না তাও ॥২৯-৩০॥ পূকচেল চাউরবা মহর্ষিশিংনা রসগী ভেদ (মথল) কয়া মরুম হায়রি। অথুম্বা, অয়াকপা অথাবা, অককপা, অশীনবা, অশাবা। হায়রিবা মওং মশক তরুবা অসিগী বিস্তার কংদুনা রস অসি ঈশিংতগী মশক্নি হায়না য়ানব্রবনি ॥৩১॥ শব্দ, স্পর্শ, রূপ, হায়রিবা অসি অহুমগী গুণ্নি হায়রনৈ। জ্যোতিগী মশক ওইরবা মীৎনা রূপ হায়বা গুণ অদুবু উই

জ্যোতিঃপশ্যতি রূপাণি রূপঞ্চ বহুধাস্মৃতম্। হ্রস্বো দীর্ঘস্তথা স্থূলশ্চতুরস্রোঽণুবৃত্তবান্ ॥৩৩॥
শুক্লঃ কৃষ্ণস্তথা রক্তঃ পীতো নীলারুণস্তথা কঠিনশ্চিক্কণঃ শ্লক্ষ্ণঃ পিচ্ছিলো মৃদুদারুণঃ ।৩৪॥
এবংষোড়শবিস্তারো জ্যোতীরূপগুণঃ স্মৃতঃ। শব্দস্পর্শৌ চ বিজ্ঞেয়ৌ দ্বিগুণা বায়ুরিত্যুত ।৩৫॥
বায়ব্যস্তু গুণঃস্পর্শঃ স্পর্শশ্চ বহুধা স্মৃতঃ। উষ্ণঃ শীতঃ সুখোদুঃখঃ স্নিগ্ধোবিশদ এবচ ॥৩৬।
তথা খরো মৃদুরূক্ষোলঘুর্গুরুতরোঽপিচ এবংদ্বাদশধা স্পর্শো বায়ব্যোগুণউচ্যতে ॥৩৭॥
তত্রৈকগুণমাকাশং শব্দ ইত্যেব তৎস্মৃতম্। তস্য শব্দস্যবক্ষ্যামি বিস্তরং বিবিধাত্মকম্ ॥৩৮।
ষড়জ ঋষভগান্ধারৌ মধ্যমো ধৈবতস্তথা পঞ্চমশ্চাপি বিজ্ঞেয়স্তথা চাপি নিষাদবান্ ॥৩৯।
এষ সপ্তবিধঃ প্রোক্তো গুণ আকাশসম্ভবঃ। ঐশ্বর্য্যেণ তুসর্বত্র স্থিতোঽপি পটহাদিষু ॥৪০।
মৃদঙ্গভেরীশঙ্খানাং স্তনয়িত্নো রথস্য চ। যঃ কশ্চিচ্ছ্রূয়তে শব্দঃ প্রাণিণোঽপ্রানিণোঽপিবা
এতেষামেব সর্বেষাং বিষয়ে সম্প্রকীর্তিতঃ ॥৪১॥
এবং বহুবিধাকারঃ শব্দ আকাসম্ভবঃ। প্রাক্যশব্দং শব্দমাহুরেভির্বায়ুগুণৈঃ সহ ॥৪২॥

---

লোই। অগ্নিগী মরূ ওইবা গুণ রূপ অছুগীসু মথক মথল লৈরিবছু যানপ্রবনি ॥৩২॥ অস্তেম্বা, অশাংবা, অথাবা, অপাবা অকোয়বা চিথেক নাইবা, অভৌবা, অমুবা, অভাওবা, মাপু, অকাশ মচু, ংক্রেক মক্রেক লাউবা, শৃং নাইবা অরংবা, রামদবা, 'নানুবা থোংপা তম্না' তমথিবা, অশুম্না জ্যোতি (মঙাল) গী মশক রূপ কৌবা গুণ অসিনা ভেদ তরাতরুক অসি ॥ ৩৩-৩৪½॥ শব্দগা স্পর্শগা অনী অসি বায়ুগী গুণনি হায়না থঙ্‌গদবনি বায়ুগী মরূ ওইবা গুণদি স্পর্শনি। মহাকী ভেদ য়ায়া লৈ ॥ ৩৫½ ॥ অশাবা, অঙৈংবা, লুম্বা হায়রিবা ভেদ তরামীথোই অসি বায়ু কৌবা মহাভূততুগীনি ॥ ৩৬—৩৭ ॥ আকাশগী গুণদি শব্দ হায়বা অসিমত্তনি। শব্দ হায়বা গুণ অসি ভেদ মথল কয়া কয়া থোক্লা বিস্তার তৌনগ্নি মহাক্কী মরমদা হায়গে। ষড়জ, ঋষভ, গান্ধার, মধ্যম, পঞ্চম, ধৈবত, অছুগা নিষাদ—হায়রিবা আকাশদগী পোকখিবা শব্দ গুণগী ময়াম তরেৎনি হায়নরি। মসিবু মুন্না থঙকম থোকই ॥ ৩৮—৩৯½ ॥ ব্যাপক (শীন্‌বা) ওইনা লৈবগী মওংদা হায়রুবদি শব্দদি মকম মতম পুম্নমক্তা লৈ। অদুবু পুং নচিংবা যন্ত্রশিংদদি ময়েক লানা শব্দগী অশিব্যাক্তি ওই। পুংজাও, মোইবুং, নোং রথ চেনবচৎপগী প্রপ্র লাউবা অসিনচিংবদা ভাবিবা শব্দ অছুগা অশিবা অচঙ্‌বদা পোংকী হেক তানরিবা মথোল, পুম্নমক অসি হায়রিবা থোঙ্গাং তরেৎ অসিগী মচুং চন্‌বনি ॥ ৪০—৪১ ॥ মস্তৌ অমুম্না আকাশদগী পোকপা শব্দগী ভেদ কয়া কয়া লৈরি। বায়ুগী মরম লৈনবা গুণশিংগা তিন্নরগা আকাশদগী শব্দ পোক্লিবনি। অসুম্না বৈজ্ঞানিক পণ্ডিতশিংনা হায়রৈ ॥ ৪২ ॥ সম্বন্ধ লৈনবা গুণ অসিনা, কাক্রিগুম্বা অয়েংপা অথিংবা অমনা থিংদবা মরক খন্দবা শব্দগা লোয়ননা লৈবা মতম অদুদা

অব্যাহতৈস্তেশ্চেতয়তে,ন বেত্তি বিষয়স্থিতৈঃ আপ্যচ্যস্তে চ তৈর্নিত্যং বাত্তবত্তৈস্ত ধাতুভিঃ ॥৪৪॥
আপোঽগ্নিমারুতশ্চৈব নিত্যজগ্রতি দেহিষু। মূলমেতে শরীরস্য ব্যাপ্য প্রাণানিহ স্থিতাঃ ॥৪৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি ভৃগুভরদ্বাজ সংবাদে একাশীত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥

—(০)—

তাইবং মীনা শব্দবু তায়। অদুগা মশক থওভি অদুগা বায়ু সম্বন্ধী ওইবা স্পর্শনচিংব গুণ অসি করিগুম্বা ফক্লাংনচিংবনা নত্রগা প্রতিকুল ওইবা বায়ু অমনা থিংহুনা বিষম অবস্থাদা লৈগ্রবদি শব্দ হায়বা গুণ অসি লৈবা য়াত্রে। শব্দবু পুথোরক্লিবা ধাতু অদুগা ধাতুশিং (পঞ্চভূত) অসগী প ৈম্বনা য়োকতুনা থম্মি ॥ ৪৬ ॥ ঈশং মৈ অদুগা হুংশিং হায়রিবা ভত্ত অহুম অসি মতম পুম্বদা দেহধারী ( হকচাং পানবা ) শিং দা মীশিং-নাশি না লৈ। মথোয় অসি হকচাংগী মরুনি। মথোয অহুম অসি প্রাণবায়ুশিংগা তোবোং থাদানমা অহুম হকচাংহুংশিদা লৈরবমি ৪৪॥

মক্কুম অসিদা শ্রীমহাভারতকা, শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদ, শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা ভৃগুভরদ্বাজ সংবাদদা চামগা মরিফুমাথোইগুবা অধ্যায় লোইরে।

—(০)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## দ্ব্যশীত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

( চামগামরিকুনিথোইশুবা অধ্যায় )

শ্রীকচাংনুংদা লৈরিবা প্রাণঅপ্রানচিংবগী মরমদা ঙাঙবা

### ভরদ্বাজ উবাচ

পার্থিবং ধাতুমাসাদ্য শারীরোঽগ্নিঃ কথং প্রভো। অবকাশবিশেষেণ কথং বর্ত্তয়তে নিলঃ ॥ ১॥

### ভৃগুরুবাচ

বায়োর্গতিমহং ব্রহ্মন্ কথয়িষ্যামিতেঽনঘ। প্রাণিনামনিলো দেহান্ যথা চেষ্টয়তে বলী ॥২॥
শ্রিতোমূর্দ্ধানমাত্মাতু শরীরং পরিপালয়ন। প্রাণো মূর্দ্ধনি চাগ্নৌচ বর্ত্তমানো বিচেষ্টতে ॥৩॥
স জন্তুঃ সর্ব্বভূতাত্মাতু শরীরং পরিপালয়ন্ মনো বুদ্ধিরহংকারো ভূতানি বিষয়শ্চ স। ৪ ॥
এবং ত্বিহ স সর্ব্বত্র প্রাণেন পরিপাল্যতে। পৃষ্ঠতস্তু সমানেন স্বাংস্বাং গতিমুপাশ্রিতঃ ।৫ ॥

---

ভরদ্বাজনা হংখি :— মহাজ্ঞানী প্রভু! হকচাং থুংদা লৈরিবা মৈ অসিনা পঞ্চভূতনা শাবা দেহথুং অকিদা করম্ হায়না লৈরিবনো? হকচাংথুংদা লৈরিবা ভুংশিং অসিনসু দেহথুং অসিদা লৈরগা করম্না বিশেষ ওইবা অবকাশ ( অহাঙবা ) অমগী পান্থৈনা দেহ অসি লেঙহল্লি-বনো? ॥ ॥ ভৃগুনা হায়রকই :— ব্রহ্মন্! পাপকী শক্লক য়াওদ্রবা মহর্ষি! ঐ নঙোন্দা বায়ুগী গতিগী মরমথু হায়গে। শক্তিবা ভুংশিংনা মতৌ করম্না থবায় পানবশিংগী দেহবু লেঙ-ওংহনবগে হায়বথু ঐ হায়গে ॥২॥ আত্মানা কোকী মতোন্দা ( ব্রহ্মরন্ধ্রদা ) লৈথুনা হকচাং পুম্নমক অসিবু ঙাক্লি। প্রাণনা কোক্তা অমদি মৈদা মতম অমত্তদা লৈথুনা হকচাংবু লেঙওংহল্লি ॥ ৩ ॥ প্রাণ বায়ুগা তিন্নবা লৈরিবা আত্মাবু জীব নত্রগা জীবাত্মা কৌই। অদুম ওইবা অচচ্চত্ত পুম্নমকী আত্মা ওইরিবা মহাক্তি লেঙত্রবা কুইরবা সনাতন পুরুষনি। মহাক্তনা মন, বুদ্ধি, অহংকার, পঞ্চভূতগী অহুগা রূপরসনচিংবা বিষয় পুম্নমকী অমত ওইনা পুল্লপ পুনবা মশক ওইথুনা লৈরবনি ॥৪॥ মতৌ অসুম্না জীবাত্মাগা তিন্নরিবা প্রাণবায়ুথনা হকচাং মপুম্নসিগী কায়াৎ খুদিংমকপু মথুং মপানগী ইন্দ্রিয় খুদিংমকপু পরিচালন তৌই,— মাগী মাগী মথো তৌনবা অহুগা তৌহনবা পীল্লি।: অহুগী তুংদা সমান-বায়ুগী মশক লোগ্রবা প্রাণ বায়ুথনা মাগী মাগী গতিদা আশ্রয় লোথুনা লৈরিবা হকচাং কায়াংশিংগী পরিচালক ( অশীবা মপু ) ওই ॥৫॥ অপান বায়ু

বস্তি মূলং গুদং চৈবা পাবকং সমুপাশ্রিতঃ । বহন্ মূত্রং পুরীষংচ্য প্যপানঃ পরিবর্ত্ততে ॥ ৬ ॥
প্রযত্নে কর্ম্মণি বলে য একস্ত্রিষুবর্ত্ততে । উদান ইতি তং প্রাহুরধ্যাত্মবিদুষো জনাঃ ॥৭ ॥
সন্ধিষপি চ সর্ব্বেষু সংনিবিষ্টস্তথানিলঃ । শরীরেষু মনুষ্যাং ব্যান ইত্যুপদিশ্যতে ।৮।।
ধাতুষগ্নিস্তু বিধিষু বিততঃ সমানেন সমীরিতঃ রসান ধাতুংশ্চ দোশাংশ্চ বর্ত্তমন্নবতিষ্ঠতঃ ।।৯ ॥
অপানাপ্রাণয়োর্মধ্যে প্রাণাপ্রানসমাহিতঃ । সমন্বিতস্ত্বধিষ্ঠানং সম্যক্ পচতি পাবকঃ । ১০।।
আস্যংহি পায়ুপর্য্যন্তসন্তেস্যা গুদ সংজ্ঞিতম্ । স্রোতস্তস্মাৎ প্রজায়ন্তে সর্বস্রোতাংসি দেহিনাম্ ॥১১
প্রাণানাং সন্নিপাতাচ্চ সন্নিপাতঃ প্রজায়তে । উষ্মা চাগ্নিবিতিজ্ঞেয়ো যোঽন্নং পচতিদেহিনাম্ ।১২
অগ্নিবেগবহঃ প্রাণো গদা'ন্তু প্রতিহন্যতে । সউধ্বমাগস্য পুনঃ ময়ংক্ষি পতি পাবকম্ ।১৩ ॥

হায়বনিনা চাকথাওগী মৈ, ঈশিং চংকম থোঙ, গুহ্যদ্বার ( অমাংবা থাদোকক্‌ম থোঙ ) মখোয়-সিনা থুংলায় ( পাস্থৈ ) ওইহুনা হকী ঈশিং অমদি অমাংববু মপান্দ। পুথোরকহুনা, মথক্রোমদগী মথারোমদা হন্থনা কোয়শীং শীংহুনা লৈ ।৬। প্রযত্ন ( হোংনবা ), কর্ম, বল ( পাঙ্গল ) অহুম অসিতদা প্রবৃত্ত ওইনা ( পুক্নীং চঙহুনা ) লৈরিবা বায়ু অহুবুনা অধ্যাত্মতত্ত্ব খঙবশিংনা উদান বায়ু হায়না কৌনৈ ।।৭ ॥ হকচাংগী কাচিন কোয়া মক্‌ম পুম্নমক্তা, হকচাং কায়াৎ-কায়াৎকী তাং তাংদা শীঙ্গ্‌ংনা লৈরিবা হুংশিং অহু ব্যান বায়ু কৌই ।৮।। হকচাংগী ধাতু পুম্নমক্তা শীন-থুংনা লৈরিবা মৈ অঁসিবু নমান বায়ুনা হুম্মি । হায়রিবা সমান বায়ুসিমক্না হকচাংদ লৈরিবা রস পুম্নমকপু, ধাতু ( ইন্দ্রিয় ) শিংবু অহুগা দোষশিংবু হায়বদি কফ বাত-পিত্তত্ম দোষ অহুমসিবু পরিচালন তৌহুনা ( শীন্দুনা ) হকচাংগী মক্‌ম্ পুম্নমক্তা লৈ ॥ ৯ ॥ অপান বায়ুগা প্রাণবায়ুগা অনিগী মরক্তা খোয়দোদা, প্রাণ অপান অনী অসিগী আশ্রয় লৌহুনা লৈরিবা চাকথাওগী মৈনা চাখিব পুমমকপু তুমহল্লি ॥১০॥ চীন্দগী হৌহুনা অমাংবা লোথোকক্‌ম্ ( সোঙথোঙ্ ) কাওব হুংশিং ( অপান বায়ু ) গী ঈচেল পরিং অমা মথারোমদা শীথরক্লিবা আসগী অরোইবা মক্‌মদি হায়রিবা সোঙ থোঙ অসিনা অহুম ওইরে । হায়রিবা ঈচেল মপুং অসিদগী অতোল তোঙানবা হুংশিংকী ঈচেন মচা মচা হকচাংগী তোঙাল্ তোঙানবা শক্লক্তা চেনশিন্নরি । প্রাণবায়ুশিং অসিগী শীক্ল শীক্লবা শিংলি কয়া কয়া দেহহুংশিদা লপ্নী ওইনা শেমগ্নি ॥১১॥ চেল্লিবা শীক্লবা হুংশিংকী ঈচেল মচা মচাশিং অসিনা হকচাংগী মক্‌ম্ পুম্নমক্তা প্রাণবায়ুশিং অসিগী সম্বন্ধদা লৈথিবনা চাকথাওহুংদা লৈরিবা মৈহুগসু সম্বন্ধ লৈ । জীব পানবশিংগী হকচাংদা অশাবা (তাপ) অমা ঈরৈ লৈরিবসি চাকথাওহুংদা লৈরিবা মৈহুমকীনি হায়বসি খঙ্গদবনি ।।১২। মৈহুগী বেগ ( শাফু ) তগী চেল্লিবা শীংলিবা প্রাণ বায়ু অসি সোঙ থোঙগী মনাক য়োরকপদা হেক থিংঙি-পাস্লি অহুদগীদি মথক্রোমদা অমুক হাইগংলকহুনা মাগা লোয়্‌নবা মনাকী মৈবুসু মথক্রোমদা পুথংলকই ।। ১৩॥ খোইদোগী মখাদ চাখিবহু তুম্নবা মক্‌ম, মথক্তনা চাকখিবহু ঙহাক তুংনেনবা

পক্কাশয়স্তথোনাভ্যামূর্ধ্বমামাশয়ঃ স্থিতঃ । নাভিমধ্যে শরীরস্য সর্ব্বেপ্রাণাশ্চসংস্থিতাঃ ।১৪॥
প্রস্থিতা হৃদয়াৎসর্ব্বেতির্য্যগূর্ধ্বমধস্তথা বহন্ত্যন্নরসান্ নাড্যো দশপ্রাণপ্রচোদিতঃ ॥১৫॥
এষ মার্গোহথ যোগানাং যেন গচ্ছন্তি তৎ পদম । জিতক্লমাঃ সমা ধীরা মূর্ধ্ন্যাত্মানমাদধন ।১৬॥
এবং সর্বেষু বিহিতঃ প্রাণাপ্রাণেষু দেহিনাম্ । তস্মিন্ সমিধ্যতে নিত্যমগ্নি স্থাল্যামিধাহিতঃ ।১৭

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বনি
ভৃগুভরদ্বাজসংবাদস্য দ্ব্যশীত্যধিকশততমোহধ্যায়ঃ ।
—(•)—

মকম ( থাঙ ) লৈল্লি । অমনা পক্কাশয়, অমনা আমাশয় কৌই । মরক্তা হকচাংগা মন্নি লৈনবা প্রাণবায়ু মকম লৈ ॥ ১৪॥ প্রাণবায়ু ময়াম অসি থম্মোয়দগী থকখাদা, অমদগী অমদা শীৎলকই থোরকই । অদুদা লম্বীদা প্রাণ বায়ু তরানা হায়বদি প্রাণ, অপান, ব্যান, উদান, সমান, নাগ, কূর্ম, কৃকল, দেবদত্ত, ধনঞ্জয় তরা অসিনা পরিচালন শিংলি পুম্নমক অসিনা অন্নগী রস অহুবু হোল্লি ॥ ১৫ ॥ চৌন্দগী অমাঙ-থোঙ কাওবা মুংশিৎ ঈচেল পরিং অমা লাক্লিবসি যোগীশিংগী জীবগী মার্গ ( লম্বী ) নি । লম্বী অসিদা লীক্লম কায়দনা চৎলগা যোগীশিংগী জীবাত্মানা খথোইবা পদবীবু ফংভি । অরাবা খুদোং থীব কয়াবু লাম্বোরক্লবা, পুম্নমকপু চপ মান্নানা উরবা অদুগা সুষুম্না নারীগী লম্বীদ লাক্লুনা কোকী, ব্রহ্ম রন্ধ্র ফাওবদ থুওবা মহাত্মাশিং অদুন মশা মশাগী স্বভাবপু কংবা থঙবা ওল্লি ॥১৬॥ থরান্ পানবা জীবশিংগী প্রাণ, অপান, অসিনচংবা অসি থাতু পুম্নমক্তা হাপশিন্ববা জঠরাগ্নি ( চাকথাউ-গী মৈ ) অসি হকচাংগুংদত লৈহুনা, অগ্নি কুণ্ডদা থম্লিবা মৈগী মতৌগুম্না চাক্তনা ঙাক লৈ ॥ ১৭ ॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা ভৃগুভরদ্বজ সংবাদগী চামগা মরিফুনিথোইগুবা অধ্যায় লোইরে ।

—(•)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## ত্র্যশীত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

( চামহুমফুহুমদোইশুবা অধ্যায় )

জীবাত্মাগী লৈবা লৈতবগী মরমদা নৈনবা

ভরদ্বাজ উবাচ

| | |
|---|---|
| যদি প্রাণয়তে বায়ুর্বায়ুরেব বিচেষ্টতে। | শ্বসিত্যাভাষতে চৈবতস্মাজ্জীবো নিরর্থকঃ ॥১॥ |
| যদ্যুষ্মভাব আগ্নেয়ো বহ্নিনা পচ্যতে যদি | অগ্নির্জরয়তে চৈতত্তস্মাজ্জীবো নিরর্থকঃ ।২॥ |
| জন্তোঃ প্রমীয়মাণস্য জীবো নৈবোপলভ্যতে। | বায়ুরেব জহাত্যেনং ঊষ্মভাবশ্চ নশ্যতি ॥৩। |
| যদি বায়ুময়োজীবঃ সংশ্লেষো যদি বায়ুনা। | বায়ুমণ্ডলবৎ দৃশ্যো গচ্ছেৎ সহমরুদগণৈঃ।৪॥ |

ভরদ্বাজনা হংঙি :— ভগবান্ থরায়পানবা জীববু শুংশিৎতা ( শুংশাশোর হঙৎ হল্লানা ) হিংহুনা লৈবা হায়বত্ত ওইরবদি, হায়রিবা শুংশিং হ য়বসিতনা থরায় পানববু লেঙবা ওৎপা ঙম্মল্লবদি, ঙাঙ্লিবা শক্লিবা পূম্নমক অদুগা শুংশাশোর হোল্লোক হোজিন তৌরবদি হকচাং-শুং অসিদা জীব ( জীবাত্মা ) হায়বা অমা লৈ হায়বদি অর্থ য়াওদবনা প্রমাণ লৈতবা য়ানি ॥১॥ হকচাংদা ফাওরিবা আশাব মনিল্ অসি মৈগী শক্তক্ ওইরবদি চাথিবা থকথিবা পূম্ব ভুমংল্লিবসি মৈঙনা তৌরবদি, জীব ( জীবাত্মা ) হায়বা লৈ হায়রুবগী করি কারবা লৈরি? অরেম্বনি কাম-দবনি ।।২। থরায় পানবা অমনা শিব মতমদা জীব অত্ত লৈরম্বগী থোকখিবগী থোইদোকপা উপলব্ধি ( হকচাংদা ইন্দ্রিয়দা ফাওবা ) অমা মরৈত্রবদি জীবহুবু লৈ হায়রুবগী করি কারগনি? অরেম্বনি কারদবনি! প্রাণবায়ু মহাক্না চঙলক্লগা হিংবনি, চৎখ্রগনা শিবা হায়বত্ত ওইরি। মহাক হেক চৎখিবদা হকচাংদা লৈরম্বা অশাবা মনিলনচিংবত্তসু মাগী মতুং অতুম ইরক্লে ।৩। অদুগা জীব ( জীবাত্মা ) হায়বসি শুংশিৎ-নোংহুমগুম্বা পোৎ অমনি হায়রব, অদু ওইরবদি, বায়ুগা য়াম্না মরী লৈনবা পোৎশক অমা ওইরবদি, বায়ুমণ্ডলগুম্না মাবুসু প্রত্যক্ষ ( মীৎমক্না উব হায়বত্ত ) ওইনা ঙমগদবনি, উনকমসু থোকই। শিব মতমহুমক্তদা প্রাণবায়ুগা থোরকপা মতমদা মাবুসু তশেং তশেংনা উবম থোকই ।৪॥ অদুগা, বায়ুগা জীবাত্মাগা য়াম্না কয়া নকশিন্না মরী লৈরে, মশা অমত্তনি, অদুনা শুংশাশোরনা বায়ুনা চৎখিবদা মাসু অতুম য়াওগবনি হায়রবসু,

সংশ্লেষো যদি বাত্তেন যদি তস্মাৎ প্রণশ্যতি মহার্ণববিমুক্তস্যাসক্তংসলিল ভাজনম্ ॥ ৫ ॥
কূপে বা সলিলং দত্তাৎ প্রদীপংবা হুতাশনে। ক্ষিপ্র প্রবিশ্যনশ্যত্তঃযানশ্যত্যসৌতথা ॥ ৬ ॥
পঞ্চধারণকে হ্যস্মিন্ শরীরে জীবিতং কুতঃ। তেষামন্যতরাভাবাচ্চতুর্ণাং নাস্তি সংশয়ঃ ॥ ৭ ॥
নশ্যন্ত্যাপো হ্যনাহারাৎ বায়ুরুচ্ছ্বাসনিগ্রহাৎ। নশ্যতে কোষ্ঠভেদাৎ খমগ্নির্নশ্যত্য ভোজনাৎ ॥৮॥
ব্যাধিব্রণপরিক্লেশৈর্মেদেনী চৈব শীর্য্যতে। পুড়িতেহন্যতরে হ্যেষাং সংঘাতো যাতি পঞ্চধ ॥৯॥

জল পাত্রদা সুং মচেৎ পীক্ থম্না হাপ্লগা সমুদ্রদা লংথখিবদা পাত্র অহুনা লুপখিবগা লোয়না লোয়ননা সুংশিং অহুসু অহুম লুপখিবহুগুম্ন সুংশা শোর সু'শিৎ অহুন মুংখিবা মাঙখিবা অহুগুম্না জীব ( জীবাত্ম ) সু অহুম মুংগ্রবনি, মাঙগ্রবনি, শিগ্রবনি হায়বসি লোয়দনা য়াকম থোক্লবদি। অহুগা সুংশিং অহুনা মাঙগ্রবসু জলপাত্রহুগী তোঙানবা উপলব্ধ অমা লৈবহুগুম্না প্রাণবায়ুনা মুংগ্রবসু জীবহুগী তোঙানবা উপলব্ধি অমদি লৈকম থোকই ॥ ৫ ॥ কুহাদা ঈশিং হৈজিনবদা নত্রগা চাকতুনা লৈরিবা মৈসুংদা চাক্লিবা ( ডাল্লিবা ) থাউথৈ অহু থাদবদা অমত্তা ওইমিম্নখিহুনা হৈজিল্লুরিবা ঈশিং থাদরুরিবা মৈহুগী তোঙানবা আস্তিত্ব ( লৈবা হায়বহু ) লৈতবগুম্না, পঞ্চ-ভুতনা ওইথ্রিবা হকচাং অসিনা তুমগ্রবদা মুংগ্রবদা, জীব ( জীবাত্মা ) অসিসু তত্ব মঙা অহুদা লুপখি থুপখিহুনা, মহাক্কী লনাইগী অস্তিত্ব অমা লৈকম্ থোকত্রে, হায়বদি হকচাংসিনা তুমখিবদা জীবাত্মা অসিসু অহুম ময়াওগ্রবনি। হায়রিবসিনা প্রমাণিত ওইবা তারবদি হায়বদি চুম্ব তারবদা পাঞ্চভৌতিক দেহসুংসিদা জীবাত্মা হায়বা অমা তোত্তোম্না (অলগ ওইনা) করম্না লৈগদৌরিবনো? মসিদগী করি মীমাংসা অমা তাবগে হায়ববু দেহসিদগী তোঙানবা জীবাত্ম্য হায়ব অমমুক লৈত্রে। পঞ্চভুত হায়রিবসিদগী অমতং হেক রাংপদা লৈহৌরিবা মরিহুগীসু লৈতবা অরাংপা হায়বদো অহুম মওইরবনি। মসিদা করিমত্তা চিংনমীংঙায় লৈত্রবনি ॥৬-৭॥ ঈশিং হায়সিবু থাদোক্লবদি হকচাংসিগী মসুংদা জীবাত্মা হায়বা ঈশি গী শরুক অহুসু মুংখিগনি। সুংশাশোর হেক লেপ্পদা, থিংবদা বায়ু হায়বা তত্ব অহুসু মুংগ্রবনি। পুক অসি ভেদন তৌরবদি থিনশায়রবদি আকাশ তত্বসু মাঙখিব তাই। চাবা তোক্লবদি হায়বদি চীঞ্জাক চাব তোক্লবদি হকচাংদা অগ্নিতত্ব লৈরক্তে ॥৮॥ অরুম্নচ'বা লায়না, পাংপ-পোম্বঃ অসিনচিংব অতোপ অতোম্না অরাবা থোক-পদগী হকচাংদা লৈরিবা পৃথিবী ( লৈপাক ) গী তত্ত্ব অসি পুমচাই চাইথোরকই, পাখিরকই। হায়রিবা মৈ ঈশিংনচিংবা তত্ব মঙাসিদগী করিগুম্বা তত্ব অমগী মথাং অকায়বা অমাঙবা থোক্লবদি অথোর মঙাগী অমমমগী লৈরিবা তত্ত্ব থুদিংমক মুংনরক্লুনা সংঘাত ( অটপ ) তুমক্না লুপ্পা পঞ্চত্ব

অস্মিন্ পঞ্চসমাহারে জীবঃ কিমনুধাবতি । কিং বেদয়তি বা জীবঃ কিং শৃণোতি ব্রবীতি চ ॥১০॥
এষা গৌঃ পরলোকস্থং তারয়িষ্যতি মামিতি । যো দত্ত্বা ম্রিয়তে জন্তুঃ সা গৌঃ কং তারয়িষ্যতি ॥১১॥
গৌশ্চ প্রতিগ্রহীতা চ দাতা চৈব সমং যদা । ইহৈব বিলয়ং যান্তি কুতস্তেষাং সমাগমঃ ॥ ১২ ॥
বিহগৈরুপভুক্তস্য শৈলাগ্রাৎ পতিতস্য চ । অগ্নিনাচোপযুক্তস্য কুতঃ সংজীবনং পুনঃ ॥১৩ ॥
ছিন্নস্য যদি বৃক্ষস্য ন মূলং প্রতিরোধতি । বীজান্যস্য প্রবর্ত্তন্তে মৃতঃ ক্ব পুনরেষ্যতি ১৪ ॥ ॥

---

( মঙামক্ ওইবগী ধর্ম্ম ) বু ফংতি । ॥ ৯ ॥ পঞ্চভূতগী মপৈ ওইবা দেহ অসিনা কন্নিগুম্বা মুংপ্রবদি জীব মহাক্ত কন্নম্ব ভূতগী মতুং ইন্দুনা চংথিনি ? মতম অহুদা হায়বদি, মৈতগী মতুং ই॰প্রবদি নত্রগা ঈশিংগুগী মতুং ইনপ্রবদি কনানা ঙাঙগনি, কনানা উগনি, কনানা তাবা ওইগনি ? মৈতদা লৈবা জীবনা ঙাঙবা, তাবা, চাব থকপা ঙম্মোয় । ঈশিংতদা জীবাত্মা লৈরবদি ঙাঙবা, তাব, চাব থকপা ঙম্মোই ॥ ১০ ॥ শিরমদাইদা গোদান তৌনব্রি, মন্ত্র পাঠ তৌনরি । পরলোক্তা জীবসনা গুংঙাই য়াইফ ফংননবা হায়দুনা স্বর্গ ফংননবা হায়দুনা সৎকর্ম্ম কয় তৌনরি । অদুবু, হায়রিবসিগুম্নদনা জীবদি দেহসিগা লোয়ননা অদুম তুংগ্রে ! অদুনদি পরলোক্ত চংথংবা স্বর্গ কাথিনবদি মীশক পোশক্ কনা লৈহৌরি ? ॥১১॥ শম্বী, শম্বীদুবু দান তৌরিবা মী, অদুগা দানদুবু লৌরিবা ব্রাহ্মণ মখোয় অদুম অসিমক শিথ্রবদা মখোয়না স্বর্গগা করম হায়না উনরুগদৌরবনো ? ॥১২॥ হায়রিব মখোয় অদুমসিগী মনুংদা অমনা শিথ্রবদা, মহাক্কী মশাদু লাঙজানচিংবা উচেকশিংনা ছেং ছেংদুনা চাথ্রগদবনি নত্রগা কনাগুম্বা জীবনা চীঙথক্তা পুথংথ্রগা চীঙথক্তগী মকুপ মকুপ তানা লোকথাদ ত থ্রগদবনি । নত্রগা মৈ থাদোকথ্রগা উং ওইনা মাঙথ্রগদবনি । অসিগুম্বা দশা অসি য়ৌথ্রবা মহাক্না অমুক হিংগৎলকদবসি কদায়দগীনো ? ॥ ১৩ ॥ মরু কংনা কককথ্রবা উগী ময়োল অমুক চোংথংলকত্রে মরুতনি লৈমুংদা লৈহৌরিবা । মপাংগী হকচাং লোয়ননা তুম্থিয়থ্রবা জীবনা (মীহুনা) অমুক হিংগৎলকদবসি কদায়দগীনো ? ॥ ১৪ ॥ অহানবদা

---

* টীকা :— মৈ মথন্তদা পঞ্চত্ব লৈতে, ঈশিং মথন্তদা পঞ্চত্ব ( মঙামক ওইবগী ধর্ম ) লৈতে । অমমমদদি একত্ব লৈ । মুংশিং, আকাশ, লৈপাক্লা তোঙাল তোঙাম্না পঞ্চত্ব লৈতে । পঞ্চত্বদি মঙা অসিনা পুন্নপ ওইরবতদা থোকদবনি । মথোয় মঙাদু পঞ্চ নি, অমমমবু পঞ্চ ( মঙা ) কৌবা য়াবা নত্তে । অদুনা অমমমদা পঞ্চত্ব ধর্ম লৈতে । পুন্নপ পুন্নপদি মঙা হায়বদু ওইরবনিনা পঞ্চ ওইরে । অদুগা তোঙাল তোঙাল মচা তানা লৈরবগী পঞ্চত্ব দা চঙলক্রমদি মৃত্যু হায়বদু মশানা অদুম মতাজরে ।—কলাচাদ

বীজমাত্রং পুরা সৃষ্টং যদেতৎ পরিবর্ত্ততে মৃতামৃতাঃ প্রপশ্যন্তি বীজাৎ বীজং পুনর্বর্ত্ততে ॥১৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি ভৃগুভরদ্বাজ সংবাদে ত্র্যশীত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥

—(•)—

মরাক্তনি শেমখিবা। মাহুদগী অচঞ্চত্ত জগৎ পূম্বসি শেমগ্রিবনি। অশিব শিঞ্জবহুমদি অহুম শিহুনা লোইগ্রবনি। মথংদা অমুক বীজ অমদগী বীজ অমা পোকচখিবতনি ॥১৫॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা ভৃগুভরদ্বাজ সংবাদদা চামগা মরিফুহমদোইগুবা অধ্যায় লোইরে।

—(•)—

# মণিপুরী মহাভারত

## চতুরশীত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

( চামগামরিফুমরিগুবা অধ্যায় )

জীবাত্মাগী সত্তা ( লৈবা ) অমসুং নিত্যতাগী মরমদা ওাঙবা

### ভৃগুরুবাচ

ন প্রণাশোঽস্তি জীবস্য দত্তস্য চ কৃতস্য চ     যাতিদেহান্তরং দেহস্থিরং প্রাণীশরীরন্তু বিশীর্য্যতে ॥১॥

ন শরীরাশ্রিতো জীবস্তস্মিন্ নষ্টে প্রণশ্যতি     সমিধামিব দগ্ধানাং যথাগ্নিদৃশ্যতে তথা ॥ ২ ॥

### ভরদ্বাজ উবাচ

অগ্নের্যথা তথা তস্য যদি নাশো নবিদ্যতে     ইন্ধনস্যোপযোগান্তেস চাগ্নির্নোপলভ্যতে ॥ ৩ ॥

নশ্যতীত্যেব জানামিশান্তস্যাগ্নেনিন্ধনম্ ।     গতির্যস্যপ্রমাণংবা, সংস্থানংবানবিদ্যতে ॥ ৪ ॥

### ভৃগুরুবাচ

সমিধামুপযস্তে যথাগ্নির্ণোপলভ্যতে     আকাশানুগতত্বাদ্ধিদুগ্রাহ্যোহিনবাশ্রয়ঃ ॥৫ ॥

---

ভৃগুনা হায় :— ব্রহ্মণ ! জীবগী, মহাক্না পীবব দান ( পোৎ ) গী অমসুং মহাক্না তৌবা কর্ম্মগী মাঙবা থক লৈতে । জীবনা অতোপ্পা হকচাংদা চৎথি । মানা থাদোক্লব্বা হকচাংনা মাঙথি ॥১॥ শরীর ( হকচাং ) গী আশ্রয়দা লৈরব্বা জীবদি শরীর ( হকচাং ) সিনা মাঙপ্রবমু মাদি মাঙদে । প্রমাণদি, শীঙগী আশ্রয়দা লৈরব্বা মৈদি, শীঙ অমুনা তুমপ্রবমু, তুমদে, মাঙদে, অমুগুম্বনি । মতৌঙগুম্ব জীবগী সত্তাসু প্রত্যক্ষ ওইনা লৈব উই ॥২। ভরদ্বাজনা হায় :— ভগবন, মৈগী মতৌঙগুম্বা জীবগী মাঙবা লৈতে হায়না তাকপিরি । অদুবু, প্রমাণ চাদে । শীঙ অমুদা মৈগী সত্তাদি প্রত্যক্ষ ওইনা অনুভব তৌবা য়াদে ।৩। অমুনা, চাক্লীঙাই শীঙ লৈত্রবা মৈ অমুসু, শীঙ অমুম তুমথিবগা, মাসু অমুম য়াওপ্রবান হায়না খঙজে । চাকপনচিংবা লেঙ্- ওৎলব্বা থবক, গতি, লৈকম, লৈথিত্রবাদ থবকশিং অমু তৌরব্বা মহাকীসু বিনাশ ওইপ্রবনি হায়- বনি য়াব মত্তারবনি । অসিগুম্বনি জীবগী দশা ( অবস্থা ) সু ॥৪ ॥ ভৃগুনা হায় :— মুনি ! শীঙশিং অমুনা তুমা চাকপ্রবমু, মথোয়বু চাকুথেক্লব্বা মৈ অমুদি মাঙরবনি । মতম অমুদা মহাক্তি ( মৈ ) মচু মঙং অশাবনচিংবা ধর্ম্ম অমুগা চাকপগী শক্তি ( দাহিকা শক্তি ) চিংবমু কোক্লোক্লনা হারবদি অব্যক্ত মূর্ত্তি পুমুনা আকাশদা অমুম মরৈ । মাগী মত্তাসা শীঙনচিংবগী

যথাশরীরত্যাগে জীবো হ্যাকাশবৎস্থিতঃ। নগৃহ্যতেসুসূক্ষ্মত্বাৎ যথা জ্যোতির্নসংশয়ঃ — ৬ ॥
প্রাণান্ ধারয়তে হ্যগ্নিঃ সজীব উপধার্য্যতাম্ বায়ুসংধারণোহ্যগ্নির্নশ্যত্যুচ্ছ্বাসনিগ্রহাৎ ॥৭॥
তস্মিন্নষ্টে শরীরাগ্নৌ ততোদেহমচেতনম্। পতিতংযাতিভূমিত্বময়নং তস্যহিক্ষিতি ॥৮॥
জঙ্গমানাংহি সর্ব্বেষাং স্থাবরাণাং তথৈব চ আকাশং পবনোহভ্যেতি জ্যোতিস্তমনুগচ্ছতি
তেষাংত্রয়াণমেকত্বাদ্দ্বয়ং ভূমপ্রতিষ্ঠিতম্ ॥৯॥
যত্রখংতত্রতত্রপবনস্তত্রাগির্যত্রমারুতঃ। অমূর্ত্তয়স্তেবিজ্ঞেয়ামূর্ত্তিমন্তঃ শরীরিণাম্। ১০।

## ভরদ্বাজ উবাচ

যদ্যগ্নিমারুতৌ ভূমিঃ খমাপশ্চ শরীরিষু। জীবঃ কিংলক্ষণস্তত্রেত্যেতদাচক্ষ্ব মেহনঘ ॥১১॥

---

নৈব নৈত্তবনা থক থুং থিংজিনবা য়াদে। মশক মও' মচুনচি'বা নৈথিদবজুদা মাবু নৈ হায়বা ঙমদবনি। মরমদ মুম অমদগী মশক মওং নাইবা মৈ লৌবা তাশবদি মাগী আশ্রয় ( পাত্র ) ওইবিনবা শীজনচিংবা পোশক অমা য়াওদনা থক লৌরা, থাংদোক থাংজিন তৌবা য়াদে য়ায়বসু রান থোকনি ।৫ মতৌ অসিগুম্না, হকচাংবু থাদোক্রবা তুংদ, জীব অসি আকাশগী মতৌগুম্না নৈ। য়াম্না কুপ্না শীকমন্না নৈবদগী মুংপ্রবা মৈগী মতৌগুম্না নৈন নৈন নৈ হায়বা ঙমদবগী অবস্থাদ নৈ। অদুগা নৈবা হায়বদুমদি ঈশোয় শোয়ত্রবনি ।৬॥ হকচাংগুংদা নৈবা মৈনা প্রাণ-অপাননচিংববু পুরিবনি। অদুগুম্বা মৈ অদুগুম্বা জীববু জ্যোতির্ময় ( মঙালগী মশক ওইবা ) নি হায়না খঙঙু। মৈ অদুবু হকচাংগুংদা শীংজিন্নবা নুংশিংনা ভমুক পুরিবনি। নুংশা-শোয় অসিবু থিংদুনা লেপথ্রবদা বায়ু ( নুংশিং ) দুগা লোয়ন্না লোয়ননা অগ্নি ( মৈ ) অদুসু অদুম মুংথি ।।৭।। হকচাংগী হায়বদি হকচাংগুংগী মৈ ( শরীরাগ্নি ) অদুমা মুংথ্রবদা চেতনাশক্তি জ্ঞান তাবগী শরুক-শক্তি ) য়াওত্রবা মপানগী হকচাং অসি তুথরকতুনা মাগী মহোশাগী পার্থিব ভাব ( লৈপাক ওইবগী তত্ত্ব ) মওং অমুক চঙকই, শরীর ওটরম্লদগী পৃথিবী (লৈপাক) ওইরকই। করিগীনো হায়বদা, পৃথিবী ( লৈপাক ) দি নহাক্কী ( হকচাংগী ) আধারনি ( লৈকম্নি-তুংনফায় )। অসিগুম্বা অবস্থাসিদা অচঞ্চত্ত পুম্নমক্কী প্রাণবায়ুনা আকাশ-তত্ত্ববু ফংথি। অদুগা অগ্নিগ্নু বায়ুগী মতুং ইনথি। মতৌ অসুম্না আকাশ, বায়ু অদুগা অগ্নি তত্ত্ব অহুম শিসি মওং অমতদা পুনুথি। লৈপাকা ঈশিংগা অনীদি লৈনায়থক্ত লৈগোই ॥ ৮-৯॥ আকাশ লৈবা মফমদা বায়ু লৈব, বায়ু লৈবা মফমদা মৈ লৈ। তত্ত্ব অহুম অসে নিরাকার-ওইরবসু, হকচাং পূবা ( হকচাং লোইবা ) জীবশিংগী হকচাংশিং অদুদা লৈদুনা মূর্ত্তি পূবা (মূর্ত্তিমান্ ওইনা লৈরি হ যনা খঙনরি (মূর্ত্তি পুব মথৈনা মূর্ত্তনি, নত্তমথৈনা অমূর্ত্তনি।) ভরদ্বাজনা হংজি :— পাপ য়াওদবা মুনিদেব! দেহধারী ( হকচাং লোইরিবা ) ওইরিবা জীবশিংগী হকচাংশিং অ'সদা মৈ, ঈশিং, নুংশিং, আকাশ

পঞ্চাত্মকে পঞ্চরতৌ পঞ্চবিজ্ঞান চেতনে। শরীরে প্রাণিনাং জীবং বেত্তুমিচ্ছামি যাদৃশম্ ॥১২॥
মাংসশোণিতসংঘাতে মেদঃস্নায়্বস্থিসংচয়ে। বিদ্যমানে শরীরেতু জীবো নৈবোপলভ্যতে ।১৩॥
যদ্যজীবং শরীরং তু পঞ্চ ভূতসমন্বিতম্, শারীরে মানসে দুঃখে কস্তাংবেদয়তে রুজম্ ॥১৪॥
শৃণোতি কথিতংজীবঃ কর্ণাভ্যাং ন শৃণোতি তৎ। মহর্ষে মনসি ব্যগ্রে তস্মাজ্জীবে নিরর্থকঃ। ১৫॥
সর্বং পশ্যতি যৎ দৃশ্যং মনোযুক্তেন চক্ষুষা মনাসি ব্যাকুলে চক্ষুঃ পশ্যন্নপি ন পশ্যতি। ১৬॥
নপশ্যতি ন চাঘ্রাতি ন শৃণোতি ন ভাষতে। ন চ স্পর্শরসৌ বেত্তি নিদ্রাবশগতঃ পুনঃ। ১৭॥
হৃষ্যতি ক্রুদ্ধ্যতে কোঽত্র শোচত্যুদ্বিজতে চ কঃ ইচ্ছতি ধ্যায়তে দ্বেষ্টি বাচমীরয়তে চ কঃ। ১৮।

---

লৈপাক, তম্থ মঙা অশিত মরৈরবদি, মথোয়গী মশক অসিদা লৈ হায়রিবা জীবতুগী লক্ষণ ( মওং মতৌ ধর্ম ) দি করম তৌই? মাহু তাকপিয়ু। ১ থরায় পানবা পুন্নমক্কী হকচাংদি পাঞ্চভৌতিক ( পঞ্চভূতনা শাবা ) নি। রূপরসন্দিংবা পঞ্চবিষয়দা মথোয়গী রতি ( য়াম্না পামজবা ) হাযবতু লৈরি। মসিদ, হাউই থুম্ম ফক্তে ফজদে থঙবা জ্ঞান ইন্দ্রিয় মঙা থম্মোয় মথোয় অসি লৈবা ওইনস্থ লৈবি হাযনস্থ কাওরি। মথোয সগী মবক্ত তোপ তোপ্পা জীব ( জীবাত্ম ) হায়বা অমস্থ লৈার হায়বিবসি, মওং করম্না লৈবি? মতাক্কী স্বরূপ করিনো, মসি মুন্না থঙজনীংঙী ॥১২॥ ঈ নাই-লু-তোং-শত্থম-মরেক-মহাউ-শিংলি শরুশিংতগী মপৈ ( মতুম ) গী মশক ওইনা লৈরিবা হকচাংসিবু ককৃথৎ-ছেত্তুৎপা মতমদা "জীব" হায়বা করিগুম্বা পোশক অমতা থেংনদে, লৈরম্মি হায়বগী লৈফম থুদম অমতস্থ কংদে ॥ ১৩ ॥ অতুগা করিগুম্বা পাঞ্চভৌতিক ওইবা হকচাং অসিদি হায়বদি হৌজিক্কী হায়রিবা মচাকশিং অসিগী মপৈ অসিদি জীব য়াওদবনি হায়রবস্থ, "হকচাং নত্রগা পুক্নীংদা অরাবা চৈনাবু ফংলিব-কাওরিবা অসি কনানো!" হায়বা রাহং অমদি মরৈরে ॥ ১৪ ॥ মহর্ষি! করিগুম্বা জীব অমনা তারিবসি নাকোংননি। অতুবু পুক্নীং কোবা ইন্দ্রিয় অসিনা চনীং তাত্রবাদ, মদোমদা চঙঙ্ক্রবদি তাদে। অতুনা পুক্নীং হায়বসিদগী হেনবা অতোপ্পা জীব অমা লৈরি হায়না মানিবসি অরেপ্পনি। ( পুক্নীংবা চঙবিরকত্রবস্থ জীব মানা লৈয়বদি তাগদবনি, অতুবু তাদে ) ॥ ১৫ ॥ চুম্মি হৃদয় ( চিত্ত-থম্মোয় ) হায়ব পোশক অমদি লৈ। অতুবু মহাক্স্থ "পুক্নীং" হায়না কোবা ইন্দ্রিয় অতুগা তিমকত্রবদি মা মথন্তন তাবা ঙম্বা নত্তে। "পুক্নীং" হায়বসিনা হৈনিংত্রিকৈদা, অরাবগী ঈপাক্তা লুপলিকৈদা, মপানগী মীৎ অসিনা ফনা য়াম্ন দাওনা পাঙথোকতুনস্থ পোৎ অমত উদে ॥ ১৬ ॥ তু মাতৈ মতমদা ইন্দ্রিয়শিং অসি লৈন লৈনা, করিমতা, উদে, নমদে, তাদে, ঙাওদে, শোক্তে, মহাও থঙদে। মাসি পুক্নীং কোবা ইন্দ্রিয় মহাক্কা অতোপ্পা মকম অমদা লৈথিবননি হায়না থল্লি ॥ ১৭ ॥ অতুনা হকচাং অসিগী মতুংদা কনানা অরা হুংঙাই কাওরিবা-ক লিবা, কনানা শাউরিবা, থল্লিবা, পাল্লিবা, কল্লকপা য়েংথিবা কাওরিবা

ওঁ ভৃগুরুবাচ

ন পঞ্চ সাধারনমত্র কিঞ্চিৎ, শরীরোমেকো বহতেহ ন্তরাত্মা।
স বেত্তি গন্ধাংশ্চ রসাঞ্চ শ্রুতীশ্চ, স্পর্শং চ রূপং চ গুণাশ্চ যেহন্যে ॥ ১৯ ॥
পঞ্চাত্মকে পঞ্চগুণপ্রদর্শী, স সর্বগাত্রানুগতোহন্তরাত্মা।
তদ্বিপ্রযোগাৎতুন বেত্তি দেহঃ, স বেত্তি দুঃখানিসু সখানিচাত্র ॥ ২০॥
যদা ন রূপং ন স্পর্শ নোষ্মভাবশ্চ পঞ্চকে। তদা শান্তে শরীরাগ্নৌ দেহত্যাগে ন্ নশ্যতি ॥২১॥
আপোময়মিদং সর্বমাপে মূর্তিঃ শরীবিণাম্ তত্রাত্মা মানসো ব্রহ্মা সর্বভূতেষু লোককৃৎ ।২২॥
অত্মা ক্ষেত্রজ্ঞ ইত্যুক্তঃ স যুক্তঃ প্রাকৃতৈ গুণৈঃ তৈরেবতু বিনির্মুক্তঃ পরমাত্মেত্যুদাহৃতঃ ॥ ২৩ ॥

---

অসিনচিংবসি থঙনীংবা অম পোক্লে ॥ ১৮॥ ভৃগুনা হায়ঃ— মুনি ! "পুক্নিং" হায়রিবা ইন্দ্রিয় অসিসু পাঞ্চভৌতিকনি থঙঙ্। অদুনা মগাকসু, পঞ্চভূত অসিদগী তোঙানবা, মথোয়দ য়াওদবা পোশক অমা নত্তে। অন্তরাত্ম মহাক অমতনা হকচাং অসিগী মপুম্বা পুরিবনি রূপ, রস, গন্ধ, স্পর্শ শব্দবু অনুভব তোরিবসে অতৈ অমনা নত্তে, মহাক্তনা তৌবিবনি ॥১৯॥ অন্তরাত্মা (জীবাত্মা) অসিদি ইন্দ্রিয় পুম্বনা মাগী থুমুম মথাদা লৈরিবা পুক্নীং হায়বগুমকীসু দ্রষ্টানি, পুক্নীং তৌরিব থবকশিং অদুমকীসু অউবা পোশক অমনি। মহাক্তনা, মীৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয় থুদিংদা পঞ্চভূতনা ওইথিরবা হকচাংশিংগী কায়াৎ থিবিক্তা, শীন-থুংনা লৈদুনা, লৈরু-লৈরুবা মফমদদি অরা-নুংঙাই কংলুরিবনি। মহাক্না হকচাংসিবা থনম্মিবা সম্বন্ধ অদু হেক লৌথোকথিবদা ঙসাই হায়রিবা পুক্নীং, ইন্দ্রিয়শিং, পঞ্চভূত মথোয়শিং অসিনা করিগুম্ব তৌবা ঙমদে (শিরিবদি মথোয়দুনি, হকচাং অসি নত্তে) অদুনা পুক্নীং হায়রিবা মঙোন্দগী তোঙানবা মঙোন্দগী হেনবা, মা লৈবিরিবা মথৈ পুক্নীংনা মাগী মথৌ তৌবা ঙমজরিবা আত্মা হাযবা অমগী সত্তা (অয়ত্তিত্ব) দি মশাম অদুম মত জরবনি ॥ ২০ ॥ মৈ-ঈশং শুংশিং অযাল, লৈপাক হায়রিবা ভূত মঙা (পঞ্চ ভূত) অসিনা শারিবা পাঞ্চভৌতিক ওইবা হকচাং অসিদা রূপ, স্পর্শ, মৈশা অদুম অসিগী অনুভূত্তি (হকচাংদা কাওবা) ওইথিত্রবা অবস্থা অদুদা, হকচাংদা লৈরম্ব মৈ অদুনা মুং শ্রবদা, জীবাত্মানা হকচাং অদু থাদোক্লম্মকাওবদা, মহাক্তি থক মাঙথিদে ॥ ২১ ॥ ঊরিব পুম্বসে ঈশিংতগী মশক্নি। জীব পানবশিংগী হকচাং অসিসু ঈশিংতগী মশক্নি। মাদুদা পুক্নীংগী মনুংদা লৈবা আত্মা অদুমক লৈরিবনি। মহাক অদুনি লোক পুম্নমকী অশেম্বা "ব্রহ্মা" হায়নরিবাস। অমমদি, জীব পুম্নমকী মথৈ অতুতগী মমিংনি ব্রহ্মা হায়রিবসি ॥ ২২ ॥ প্রকৃতিগী গুণশিং অসিগা তিন্নদুনা লৈরিমথৈ আত্মা অসি ক্ষেত্রজ্ঞ কৌই। হায়রিবা ক্ষেত্রজ্ঞ অসিনা গুণশিং অদুদগী মুক্ত ওইরবদা মহাক পরমাত্মা কৌই ॥২৩॥ অদুনা ক্ষেত্রজ্ঞবু আত্মা নি হায়ব অদুম থঙঙ্। মহাক্তি

আত্মানং তং বিজানীহি সর্বলোকহিতাত্মকম্ তস্মিন্ যঃ সংশ্রিতো দেহে হ্যব্বিন্দুরিব পুষ্করে ॥২৪॥
ক্ষেত্রজ্ঞং তং বিজানীহি নিত্যং লোকহিতাত্মকম্। তমো রজশ্চ সত্ত্বং চ বিদ্ধি জীবগুণানিমান ॥২৫।
সচেতনং জীবগুণং বদন্তি, স চেষ্টতে চেষ্টয়তে চ সর্বম্।
অতঃপরং ক্ষেত্রবিদো বদন্তি, প্রাবর্ত্তয়দ্ যো ভুবনানি সপ্ত। ২৬॥
ন জীবনাশোঽস্তি হি দেহভেদে মিথ্যৈতদাহুর্মৃত ইত্যবুদ্ধাঃ
জীবস্তু দেহান্তরিতঃ প্রযাতি দশার্ধতৈবাস্য শরীরভেদঃ ॥ ২৭ ॥
এবং সর্বেষু ভূতেষু গূঢ়শ্চরতি সংবৃতঃ। দৃশ্যতে ত্বগ্র্যয়া বুদ্ধ্যা সূক্ষ্ময়া তত্ত্বদর্শিভিঃ ॥২৮।
তং পূর্বাপররাত্রেষু যুঞ্জানঃ সততং বুধঃ। লঘ্বাহারো বিশুদ্ধাত্মা পশ্যত্যাত্মানমাত্মনি ॥২৯॥

---

লোক পুম্নমক্কী কান্নবত্ত তৌরিবনি হকচাং অসিদা লৈনা লৈনা মহাক্তি থম্নাথক্ত তাবা ঈশিংগী মরীকুম লৈবনি। অদনা থাঙ্গেশেংনমক হকচাংগুং অসিদা লৈনা লৈনা হকচাংশিদগী ক্ষোঙাম্না লৈবিবনি ॥২৪॥ ক্ষেত্রজ্ঞ অদুবু মতম পুম্বদা আত্মামক্তি হায়না খঙউ। মহাক্তি জগৎ পুম্নমক অসিগী কান্নবগী মশক্তি। তমোগুণ, রজোগুণ, সত্বগুণ অহুম অসি প্রকৃতিদা লৈবা মরম্না জীবগী গুণমক্তনি হায়না খঙউ ॥ ২৫ ॥ সচেতন জীব অচেতন জীব অনী লৈবসিদগী জীব মখল অনীনি * সচেতন জীবগা সম্বন্ধ লৈরগ হায়রিবা তমংনচিংবা গুণ অসিসু চেতনা মুক্তনি। চেতনা য়াওবা জীবনা মশানা চেষ্টা তৌই। অতোপ্পবুসু তৌহল্লি। হকচাংগী তত্ব পুম্বসিবু খঙবা মহাক অদুনা ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা আত্মাদগী পরমাত্মানা অথোইবনি হায় মহাক্না ভূঃ, ভূবঃ স্বঃ নচিংবা মরোল তরেৎপু পুথোকখি। ( মৈ ঈক্লবা য়োংনা মৈগী দাহিকা শক্তিনচিংব পুবহুগুম্না সচেতন জীবগা তিম্নবা মতমদা সত্বনচিংবা গুণ অসিসু সচেতন ওই ) ॥ ২৬॥ মপান দেহ ( হকচাং ) অসিনা মাঙপ্রবসু মুংপ্রবসু জীবদি মাঙদে। হকচাংসিগা লোয়ননা জীবসু মাঙখি-শিখি হায়রিবশিংদো অজ্ঞানীমক্তনি। মখোয়গী বাদ মশৈ মিথ্যা বাদনি। জীবদি হকচাং অসিবু থাদোকপা দেহ ( হকচাং ) অমদ হেক চঙখি। হকচাং অসিগী মৃত্যু ( শিব ) নি হায়রিবসিসু মঙোল্দা পুল্লপ্না লৈবম্বা মৈ ঈশংনচিংবা তত্ব মঙা শুদু তে ঙাল তোঙাল তাখি হায়বত্তনি। ( দেহসিংগীদি মশানা হ মদগী মৃত্যু ওইহুনা অহুম মরৈবক্লিবনি ) ॥ ২৭॥ মতৌ অসুম্না থরায় পানুবা পুম্নমক্কী থম্মোয় গুহাসু দা জীব ( আত্ম ) মহাক্তি থুপতুনা লৈক্লিবনি। অসিগুম্না জীববু তত্বদর্শী ওইবা জ্ঞানী যোগীশিংনা সাক্ষাৎকার তৌই উই ॥ ২৮॥ চাং নাইমা মতম চানা চাদুনা অহিংগী

---

* টীকা :— চেতনা শক্তি লৈবা, তাইবংমীশা উচেকনচিংবদা লৈবা জীবদি সচেতন জীবনি। হৈপাজ লৈপাজদা লৈবা চেতনা শক্তি লৈত্রবা জীবনা অচেতন জীবনীনি। রাহুনা ঐদি মাদি থঙদনা লৈরিবা তাইবং মীগী জীবহু অচেতন জীব ওইনা লৌরি। কালাচান্দ

চিত্তস্য হি প্রসাদেন হিত্বা কর্ম শুভাশুভম্
প্রসন্নাত্মাঽঽত্মনি স্থিত্বা সুখমানন্ত্যমশ্নুতে ॥৩০॥
মানসোঽগ্নিঃ শরীরেষু জীব ইত্যভিধীয়তে
সৃষ্টিঃ প্রজাপতেরেষা ভূতাধ্যাত্মবিনিশ্চয়ে ॥৩১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি ভৃগুভরদ্বাজসংবাদে জীবস্বরূপ নিরূপণে চতুরশীত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

—(•)—

অহানবা অকোনবা প্রহর (যুথক) দা তুমিৎ খুদিং ধ্যান যোগদা অভ্যাস তৌরিবা অদুগুম্বা বিদ্বান্ অদুনা মাগী অন্তঃ করণ (থম্মোয়) অদুনা শুদ্ধ ওইরবা মতমদা আত্মাবু সাক্ষাৎকার তৌই। (উই-কংগি) ॥ ২৯ ॥ চিত্ত (থম্মোয়) না পুমশেং লেংলবদা, কায়বা কায়দবা, অফফত্ত কর্ম্ম পুম্বদগী মথোয়গা লৈনবা সম্বন্ধবু ককৃথৎতুনা ঈপেন্ত পেন্দুনা লৈরবদা জীব অসিনা আত্মস্বরূপ (মশাগী মরম্নাইগী মওং) লৈবা হৌরকই। অদুদগীদি ওমথৈ লৈতবা, মশক হোংদবা আনন্দ (সুংঙাইবা নিত্যানন্দ) অদুবু অনুভব তৌবা হৌরকই ॥৩০ হকচাং পুম্নমক্তা পুক্নীংগী মমু দা ডুংদুনা লৈরিবা, মৈগী মতৌগুম্ ঈঙাল ঙাম্নগা চৈতন্য (মকত্রবা চেতন শক্তি) অমা লৈরি। মাদুবু তোঙাল তোঙাল তাদুনা লৈরিবা জীবশিং অসিগী সমষ্টি (মপুম মপৈ) গী মশক ওইবা মহাকতুবুনি প্রজাপতি হায়রবসি অদুম ওইবা প্রজাপতি অদুনা জগৎ পুম্বসিবু অমুক হঞ্জিন্না পুথোকই। রা অসে, অধ্যাত্মতত্ত্ববু মুন্না খন্দুনা লেপ্পরগা নঙোন্দা হায়রিবনি ॥৩১॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেখা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা ভৃগুভরদ্বাজ সংবাদগী চামগা মরিফুমরিগুবা অধ্যায় লোইরে।

—(•)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## পঞ্চাশীত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

( চামগামরিফুমঙাশুবা অধ্যায় )

### বর্ণ বিভাগ তৌরবা তুংদা তাইবং মীনচিংবগী খুৎশেম্

#### ভৃগুরুবাচ

অসৃজৎ ব্রাহ্মণানেব পূর্ব্বং ব্রহ্মা প্রজাপতীন্। আত্মতেজো ভিনির্বৃতা, ভাস্করাগ্নিসমপ্রভান্ ॥১॥
ততঃ সত্যং চ ধর্ম্মং চ তপো ব্রহ্ম চ শাশ্বতম্। আচারং চৈব শৌচং চ স্বর্গায় বিদধে প্রভুঃ ॥২॥
দৈবদানবগন্ধর্বা দৈত্যাসুরমহোরগাঃ যক্ষরাক্ষসনাগাশ্চ পিশাচা মনুজাস্তথা ॥৩॥
ব্রাহ্মণাঃ ক্ষত্রিয়া বৈশ্যাঃ শূদ্রাশ্চদ্বিজসত্তম যেন্যে ভূতসঙ্ঘানাং সঙ্ঘাস্তাংশ্চাপি নির্মমে ॥৪॥
ব্রাহ্মণানাংসিতো বর্ণঃ ক্ষত্রিয়ানাং চ লোহিতঃ। বৈশ্যানাং পীতকোবর্ণঃ শূদ্রাণামাসিতস্তথা ॥৫॥

#### ভরদ্বাজ উবাচ

চাতুর্বর্ণ্যস্য বর্ণেন যদি বর্ণো বিভিদ্যতে। সর্বেষাং খলু বর্ণানাং দৃশ্যতে বর্ণসংকরঃ ॥৬॥
কামঃ ক্রোধো ভয়ং লোভঃ শোকচিন্তাক্ষুধাশ্রমঃ। সর্ব্বষাংনঃ প্রভবতি কস্মাৎবর্ণো বিভিদ্যতে ॥৭॥

---

ভৃগুনা হায়ঃ— মুনি! ব্রহ্মানা সৃষ্টিগী হৌরকপদা মশাগী তেজদগী শুমিৎকা মৈগা অনিগী মতোংগুম্না তেজ কল্লবা মরীচনচিংবা প্রজাপতিশিংবু সৃষ্টি তৌখি। ১। অদুগী তুংদা ভগবান্ ব্রহ্মানা স্বর্গ ফংননবগী পাদ্বে ওইনা সত্য, ধর্ম, তপ, সনাতন বেদ, আচার, অশেং অমাংগী বিধি নিয়ম—মখোয় অসি শেমখি ।২॥ অদুগী তুংদা দেবতাশিং, দানব, গন্ধর্ব, দৈত্য, অসুর, চাউরবা লিলশিং, যক্ষ, রক্ষ, নাগ ( শাখিরবা চাউরবা লিল ), হিংচা য়াইতম্বা, তাইবং মীবু মথং মথং শেমখি ॥ ৩ ॥ ব্রাহ্মণ অখোইবা! অসিগী তুংদা ব্রহ্মানা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমদি শূদ্র বর্ণ মরি শেমখি। থরায় পানবশিংগী মনুংদা কাউলুপ ( মপৈ ) অমমম ওইনা লৈরিবশিং অসিবু ব্রহ্মানা শেম্বনি ৪। ব্রাহ্মণগী মচুনা অঙৌবনি, ক্ষত্রিয়গীনা অঙাঙবনি, বৈশ্যগীনা মংগুনি অদুগা শূদ্রগীনা অমুবনি ।।৫।। ভরদ্বাজনা হায়ঃ— ভগবন্! ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য শূদ্রগী বর্ণনা তোঙাল তোঙাল্লবদি, জগতত্তা লৈরিবা মী অমাম্বসি বর্ণ সংকরমকুনি হায়বা তারক্লি মরমদি মচু তোঙান তোঙানবগী ব্রাহ্মণ কয়া ক্ষত্রিয় কয়া বৈশ্য শূদ্র কয়া উবা ফংলি ।।৬ অপাম্বা, অশাউবা, অকিবা, থিরোবা, অল্লাবগী রাথল থনবা, চিন্তা তৌবা, অরাম খোরাংবা, চোকথবা অসিনচিংবদা ব্রাহ্মণ

স্বেদমূত্রপুরীষাণি শ্লেষ্মা পিত্তংসশোণিতম্ তনুঃ ক্ষরতিসর্ব্বেষাং কস্মাৎ বর্ণো বিভিদ্যতে ॥৮॥
জঙ্গমানামসংখ্যেয়াঃস্থাবরাণাং চ জাতয়ঃ তেষাং বিবিধবর্ণানাং কুতো বর্ণবিনিশ্চয়ঃ ॥৯॥

ভৃগুরুবাচ

ন বিশেষোঽস্তি বর্ণানাং সর্বং ব্রাহ্মমিদং জগৎ। ব্রহ্মণা পূর্বসৃষ্টংহি কর্মভির্বর্ণতাংগতম্ ॥ ১০॥
কামভোগাপ্রিয়াস্তীক্ষ্ণাঃ ক্রোধনাঃ প্রিয়সাহসাঃ। ত্যক্তস্বধর্মারক্তাঙ্গাস্তেদ্বিজাঃ ক্ষত্রতাংগতাঃ ॥১১॥
গোভ্যোবৃত্তিংসমাস্থায় পীতাঃ কৃষ্যুপজীবিনঃ। স্বধর্ম্মান্ নানুতিষ্ঠন্তি তে দ্বিজা বৈশ্যতাংগতাঃ ॥১২॥
হিংসানৃতপ্রিয়া লুব্ধাঃ সর্ব্বকর্মোপজীনঃ। কৃষ্ণাঃ সৌচপরিভ্রষ্টাস্তে দ্বিজাঃ শূদ্রতাং গতাঃ ॥১৩॥

---

ক্ষত্রিয় থায়দনা তাইবং মী পুন্নমক চপ মান্নে, অমত ওই। অদুনদি বর্ণ ভেদ লৈবসিদা করি প্রমাণ লৈ? অদুগা করিদি কান্নরি? ॥ ৭॥ তাইবং মী থুদিংগী হকচাং অসিদা লোক, নপ, তিল হমাং. অমাংব', হক্তী ঈশিং, কপবাত পিও, ঈ, নাই, লু তোং চপ মান্ননা য়াওরি। অদুনাদ মপালগী বর্ণ খেন্নবদগী ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়নচিংবা জাৎ মরি থায়বগী করি প্রমাণ অমদি কান্নবা লৈরি? ॥৮॥ শা উচেক তাইবং মীনচিংবা অচৎপা জীব পানবা কয়া লৈরি হৈপাল লৈপান্নচিংবা চত্তবা থরায় পানবা জীবশিংগী তোঙাল তোঙাম্বা জাতি কয়া লৈরি। মখোয়গী বর্ণ দ অমত্তমক্ মান্নদে। অদুনঃ বর্ণতনা মখোয়গী জাতি ভেদ করম্না লৈগদৌরিবনো? ॥৯॥ ভৃগুনা হায়ঃ— মুনি! অহান্‌বদা বর্ণভেদ থোইনা লৈরমদে। ব্রহ্মাদগী পোকখিবা ওাক্ত ওইবনা অহানবদা খোথোৎপা ব্রাহ্মণমক্ত ওইরম্মি। মতুংদা মীয়োল থর চথরগা মানা মানা তৌবা কর্ম্মতুগী মতুং ইন্ন বর্ণভেদ হায়বঁগু মশানা অত্তম লাকচখি ॥ ১০॥ ব্রহ্মাগী মচা ব্রাহ্মণ ওইবগী হৌনবী থাদোকতুনা বিষয় ভোগত য়াম্না পুক্নীং চঙবা রাঙাঙ-শাঙাং লমচৎ য়াম্না থংবা কল্লুম-কম্বানবা, শাউগনবা-ঈ অশাব কাগনবা, তৌব ওম্বা মখোনা উৎনীংবা, মশাদা তত্তনা ঈ কাপ্তনা ওাক্তা লৈবদগী, কুচু ( বর্ণ ) অদু ফাওবা ওাঙথিবদগী, ব্রাহ্মণশিং অদুগী কুচু ফাওবা ওাঙখ্রে। মরম অদুদগী ব্রাহ্মণশিং অদুনা ক্ষত্রিয়গী ধর্মদা চঙখি। মতুংদা মখোয়গী মচামগু লোইনা ক্ষত্রিয় হায়না অত্তম কৌনখ্রে ॥ ১১॥ শল ইরোই লোইনা লৌউ শীংগু বগী থবক্তনা মখোয়গী জীবিকা ওইবনা মখোয়গী ঈ অদু নাপু মচু মানশিল্লক্লে। বর্ণনা নাপু মচু মানখিবদগী দ্বিজ ( ব্রাহ্মণ ) কাওবু অদু বৈশ্য ভাবপু ফংখি। মতুংদা মখোয় অদু বৈশ্য-বৈশ্য হায়না অদুম কৌনখ্রে ।১২। অশেং অমাঙগী বিচার থাদোরকতুনা শা-উচেকচিংবা হাৎতুনা হিংসা তৌবতনা মখোয়গী বৃত্তি ( জীবিকা ) ওইরক্লবা, অয়ানবা-চুমদবা নিন্দা তৌনিংঙাই ওইবা কর্ম্ম তৌবতনা মশিঙাং ওইরক্লবা, শাদানবন্চংবনা মখোয়গী জীবিকা ওইরক্লব', ফত্তব থবক তৌবতনা মশা কাহৎলবা মুমবা, ব্রাহ্মণশিংগী কাওবু অদু শূদ্রভাবপু ফংখি। মখোয়গী থারঃ অদু শূদ শূদ্র হায়না অদুম

ইত্যেতৈঃ কর্মভির্ব্যস্তা দ্বিজা বর্ণান্তরং গতাঃ। ধর্মো যজ্ঞক্রিয়া তেষাং নিত্যং ন প্রতিষিধ্যতে ॥১৪॥
ইত্যেতে চতুরো বর্ণা যেষাং ব্রাহ্মী সরস্বতী। বিহিতা ব্রাহ্মণা পূর্ব্বং লোভা ত্বজ্ঞানতাং গতাঃ। ১৫।
ব্রাহ্মণা ব্রহ্মতন্ত্রস্থাস্তপস্তেষাং ন নশ্যতি। ব্রহ্ম ধারয়তাং নিত্যং ব্রতানি নিয়মাংস্তথা ॥ ১৬॥
ব্রহ্ম চৈব পরং সৃষ্টং যেন জানন্তি তেঽদ্বিজাঃ। তেষাং বহুবিধস্ত্বন্যাস্তত্রতত্র হি জাতয়ঃ ॥১৭।
পিশাচা রাক্ষসাঃ প্রেতা বিবিধা ম্লেচ্ছ জাতয়ঃ। প্রণষ্টজ্ঞানবিজ্ঞানাঃ স্বচ্ছন্দাচারচেষ্টিতাঃ ॥১৮॥
প্রজা ব্রাহ্মণসংস্কারাঃ স্বকর্ম কৃতনিশ্চয়াঃ ঋষিভিঃ স্বেন তপসা সৃজ্যন্তে চাপরে পরৈঃ ॥১৯॥
আদিদেব সমদ্ভূতা ব্রহ্মমূলাক্ষয়াব্যয়াঃ সা সৃষ্টির্মানসী নাম ধর্মতন্ত্রপরায়ণা ॥২০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
ভৃগুভরদ্বাজ সংবাদে পঞ্চাশীত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥

কৌনখ্রে ॥ ১৩ ॥ হায়রিবা কর্মশিং অসিনা মরম্ ওইদুনা ব্রাহ্মণত্ত ধর্ম্মদগী তোঙাল তারক্নুনা লৈরবা মখোয়শিং অদু অহানবদা ঙৌরম্বদগী তোঙাল তোঙানবা বর্ণ ( কুচু ) লৌখি। অদুগা মখোযগীদমক্তা ধর্ম কর্ম্মগী অনুষ্ঠান অদুগা যজ্ঞ কর্ম্মনচিংবা থোইদোকপা খিংবদি তৌখিদে। ১৪। মতৌ অসুম তৌদুনা বর্ণ ( মচু ) মরি থাকখি। মখোয় থাইগীদমক ব্রহ্মানা ব্রাহ্মী সরস্বতী হায়বদি বেদবাণী পুথোকখি। অদুবু শূদ্রগী কাঙবু অদুদি অজ্ঞানগী মখা পোনখিবদগী বেদবাণী-দুবু থোইদোকপা তম্নিংবা তানীংবা পোকখিদ্রে। মীয়োল খরগী মতুংদদি বেদপাঠ তৌবা, তম্বা তাব ফাওবগী অধিকার লৈখিদ্রে ॥১৫॥ বেদগী বিধি নিয়মগী মথাদা লৈদুনা বেদবিধি মতু ইন্না থবক্ পুন্নমক তৌরিবা, বেদগী মন্ত্রবু নীঙশিংলিবা, মতম অয়াম্বদা ব্রত-নিয়ম কায়দনা লৈরিবা ব্রাহ্মণশিং অদুগীদি মখোয়না তৌরুরিবা তপস্যা পুন্নমক অরেম্বদা থক মাঙদে ॥১৬॥ উরিব, লেঙ্ডি পাল্লিবা জগৎ পুম্বসি, পরব্রহ্ম পরমাত্মাগী মশক্তি হায়না খন্দ্রবা খঙব্রবা মখোয় অদুদি দ্বিজ ( ব্রাহ্মণ ) কৌবকাও য়াদ্রে। মখোয়দি তোঙাল তোঙানবা হুম্নবা তোল্লবা যোনিদা চঙদুনা পোকপা তারবনি ১৭। জ্ঞানবিজ্ঞান য়াওদ্রবা মখোয়না তৌনিংবত তৌরবা, মখোয় অদুদি পিশাচ, হিংচা য়াইতম্বা ম্লেচ্ছজাতিগী মী মক্তা ওইখ্রে ॥১৮॥ মতুংদা ঋষিশিংনা মখোয়গী তপস্যাগী শক্তিনা, বৈদিক নিয়ম সংস্কারনা তিল্লবা, ধর্ম-কর্মদা পুক্নীং চঙলবা, অসিগুম্বা ঋষিশীং পোকহনখি। মতৌ অসুম্না অহানবগী কুইরবা ঋষিশিংনা মতুংগী ঋষি কয়া কয়া পুথোকখি পোকহনখি ॥১৯॥ আদিদেব ব্রহ্মাগী পুক্নীংদগী থাকখিবা সৃষ্টি অদুগী মরুদি ব্রহ্মাতনি। মাঙবা লৈত্রবা, মশক হোৎবা লৈত্রব, ধর্ম্মতদা মায়োনশিন্দুনা লৈরবী সৃষ্টি অদুদি মানসীসৃষ্টি হায়না কৌনৈ খঙনৈ ॥২০॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা ভৃগুভরদ্বাজ সংবাদদা চামগা মরিফুমঙাগুবা অধ্যায় লোইরে।

—(০)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## ষড়শীত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

( চামগামরিফুতরুক্‌ শুবা অধ্যায় )

### বর্ণ মরিম্বী তোঙাল-তোঙাম্বা কর্ম তাক্পা

ভরদ্বাজ উবাচ

ব্রাহ্মণঃ কেন ভবতি ক্ষত্রিয়ো বা দ্বিজোত্তম । বৈশ্যঃ শূদ্রশ্চ বিপ্রর্ষে তৎব্রূহিবদতাংবর ।।১।।

ভৃগুরুবাচ

জাতকর্ম্মাদিভির্যস্তু সংস্কারৈঃ সংস্কৃতঃ শুচিঃ । বেদাধ্যয়নসম্পন্নঃ ষট্সু কর্ম্ম স্ববস্থিতঃ ।।২।।

শৌচাচারস্থিতঃ সম্যগ্‌ বিঘাসাশী গুরুপ্রিয়ঃ নিত্যব্রতী সত্যপরঃ স বৈ ব্রাহ্মণ উচ্যতে ।৩।

সত্যংদানমথাদ্রোহ অনৃশংস্যংত্রপা ঘৃণা । তপশ্চ দৃশ্যতে যত্র স ব্রাহ্মণ ইতি স্মৃতঃ ।।৪।।

---

ভরদ্বাজনা হংঙি :— ষক্তাশিংগী মহুংদা অথোইবা হে ব্রহ্মর্ষি ! ব্রাহ্মণ অথোইবা । করি করি কর্ম তৌবদগী ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য শূদ্র ওইথ্রিবনো ? হায়বদি করি কর্ম্ম তৌরগা ব্রাহ্মণ, করি কর্ম তৌরগা ক্ষত্রিয়, করি কর্ম তৌরগা বৈশ্য অমুগা করি কর্ম তৌরগা শূদ্র ওইথ্রিবনো ? ॥১॥ ভৃগুনা হায় :— জাতিগী কর্ম্মগী সংস্কার পূম্নমক্কা তিল্লবা, পুক্নীং হকচাং অশেং তংশংবা, বেদ-শাস্ত্রবু তম্বা নৈনবদা পুক্নীং চঙবা, কর্ম্ম তরুক্তা হায়বদি (১) যজ্ঞ তৌবা, (২) যজমানবু তৌহনবা, (৩) বেদশাস্ত্র তম্বা, (৪) তম্বিবা, ওঁরাইবা, (৫) দান তৌবা, (৬) দান লৌবা—হায়রিবা তরুক অসিদা নিয়ম কায়দনা লৈরিবা, অশেং অমাং য়াম্না থায়বা, তৌথোরকপা আচরণ-ব্যবহার য়াম্ন ফজবা, যজ্ঞ তৌথোকথ্রবগী অরেম্বা শন্নাকপু ভোজন তৌবা *, গুরুগী মফমদা ভক্তি শ্রদ্ধা থম্বা, ব্রত নিয়ম নাইনা চুপিৎ থুদিং তৌবা, সত্য কর্ম্মদা অমুগা সত্যবচনদা পুক্নীং চঙবা অসিনচিংবসি তৌরিবা মহাক অমু ব্রাহ্মণনি ।২-৩। মী মহাক অমুগী মশাদা সত্য, দান, কল্লক য়েংথিবা তৌদবগী মওং, পুকচেল থাবা লৈতবা, ঈকায় খঙবা, থোজাল হৈবা, তপস্যাব্রত কনবা—সংগুণশিং লৈরবা অমু ওইরবদি মহাক ব্রাহ্মণনি ।৪। অরানবা মীগা লাম্লেংনবনচিংবা মথৌ তৌরিবা, অরেম্বা মতমগী শন্নাক্তা বেদ শাস্ত্রবুসু তম্বা নৈনবা, ব্রাহ্মণ-

---

* টীকা:— যজ্ঞগী অরেম্বা চাবা "হায়বদি দ্রব্যযজ্ঞগী অরেম্বা চক্লশচিংবা চাবা অমুত্তাক্ নত্তে। অতিথিনচিংবা, হায়রবা চানীগীদমক লৈজত্রবশিংগী শন্নাক্ অমুথুবা অরেম্বমু চাবা হায়বনি । কালাচাঁদ

ক্ষত্রজং সেবতে কর্ম বেদাধ্যয়নসংগতঃ　　দানাদানরতির্যস্তু স বৈ ক্ষত্রিয় উচ্যতে ।৫।।
বণিজ্যাপশুরক্ষা চ কৃষ্যাদানরতিঃ শুচিঃ ।　　বেদাধ্যয়নসম্পন্নঃ স বৈশ্য ইতিসংজ্ঞিতঃ । ৬।।
সর্বভক্ষরতির্নিত্যং সর্বকর্মকরোঽশুচিঃ　　ত্যক্তবেদস্ত্বনাচারঃস বৈ শূদ্র ইতি স্মৃতঃ ॥ ৭॥
শূদ্রে চৈতৎভবেল্লক্ষ্যং দ্বিজে তচ্চন বিদ্যতে　　ন বৈ শূদ্রো ভবেচ্ছূদ্রো ব্রাহ্মণো ন চ ব্রাহ্মণঃ ।৮॥
সর্বোপায়ৈস্তু লোভস্য ক্রোধস্য চ বিনিগ্রহঃ　এতৎ পবিত্রং জ্ঞানানাং তথা জীবাত্মা সংযমঃ ।।৯ ॥
বার্য্যৌ সর্ব্বাত্মনা সেহি শ্রেয়োঘাতার্থমুচ্ছ্রিতৌ
নিত্যং ক্রোধাচ্ছ্রিয়ং রক্ষেৎ তপো রক্ষেচ্চ মৎসরাৎ ॥ ১০ ॥
বিদ্যাং মানাপমানাভ্যা মাত্মানংতু প্রমাদতঃ　　যস্য সর্ব্বে সমারম্ভা নিরাশীর্বন্ধনা দ্বিজ ॥১১॥
ত্যাগে যস্য হুতং সর্ব্বং স ত্যাগী স চ বুদ্ধিমান্　অহিংস্রঃ সর্ব্বভূতানাং মৈত্রায়ণগতশ্চরেৎ ॥ ১২ ॥

---

অতিথিদা দান তৌবা, প্রজাশিংদগী কর ( শুল্ক খাজনা ) লৌথৎলগা তুংশিনবীবা মথোয় অহুবু ক্ষত্রিয় কৌই ।।৫।　যেদ শাস্ত্রবু তম্লগা, মাহুদগী ফংবা নিয়মবু ফারদনা ললোন ঈতৌকী থবক তৌরিবা, শল ইবোইনচিংববু য়োক-থাকপা, লৌউ শীঙ্‌নবগী থবকসু তৌরগা মাহুদগী ফংবা মহৈ-মবোংবু খোমজিন্‌বা, তশেং তশেং লৈবা—গুণকর্ম্মশিং অহুবু লোইশ্লিবা মহাক অহু বৈশ্যনি ॥৬।। বেদশাস্ত্রবু নৈনবা, তাবনচিংববু থাদোক্লবা, অশেং অমাঙ থোইনা খায়দনা অফংব মথৈ পঙচাত চাহুনা লৈগনব, তৌহৈশা তৌহৈদবা বিচার তৌদনা থবক পুমমক তৌবা, পুক্নীংদা অমাংবা রাথস্ত মত্তৌবা মহাক অহু শূদ্রনি ॥ ৭ ॥　মথক্ত হায়খ্রিবা গুণ তরেৎ অহু শূদ্রনি হায়রিবা অসিগী মশাদা লৈব উরবা অহুগা, ব্রাহ্মণনি হায়হুনা লৈজরিবা অমগী মশাদদি লৈত্রবা অহু ওইরবদি, শূদ্র অদো শূদ্র নত্তে, ব্রাহ্মণ অদো ব্রাহ্মণ নত্তে ॥ ৮ ॥　হেক অঙম্বা উপায় অমনা অপাম্বগা অশাউবগা অমী অসিবু নম্‌হৎনবা হোৎনগদবনি ।　মাহুনি জ্ঞানশিংগী মহুংদা অশেংবা জ্ঞান হায়রিবসি ।　আত্মাবু থুতম চনবা—আত্ম সংযম হায়রিবহুসু মাহুবুনি ॥৯।।　অশাউবা, অপাম্বা হায়রিব অনীসিনা তাইবং মীওইবগী মঙ্গলগী লম্বীদা "পনবা-য়ৈথায়বা শীগদবগী খুকউ শেম্লুনা লৈরি ।　মরম অহুনা হেক লৈরিবা, পুক্নীং হকচাংগী পাঙ্গল মথৈ শীজিন্নহুনা মথোয় অনীসিবু থিংহুনা থম্‌গদৌবনি ।১০ই॥　ব্রাহ্মণ!　তৌরুব থবক পুম্বা কামনা ( সংকল্প ) গী বন্ধনগী লাম্বোগ্রবা ত্যাগ কৌবা যজ্ঞগী মৈদা লোইনা থাদোকগ্রবা, অহুগুম্বা ত্যাগী অহু য়াম্ন অশিংবা অমনি ।১১ই।　থরায় পানবা করিগুম্বা কনাগুম্বা অমত্তগী মকমদা হিংসা তৌরোইদৌ-বনি ।　জীব পানবা পুম্নমক্কী মকমদা মহ্লাপ ওইবগী মওংদা ব্যবহার তৌগদবনি ।　সুখী অঙাংন-চিংবগী মকমদা ফা হেনবা আসক্তি, ঐগীনি হায়বগী সংকল্প অহুবু থাদোকহুনা য়াম্ন বুদ্ধি তৌনা ইন্দ্রিয়শিংবু থুহ্রম মথাদা থমগদৌবনি ।　অতগুম্বা অবস্থাবু ফংননবা যত্তন তৌগদৌবনি ।　অহুগুম্বা

পরিগ্রহান্ পরিত্যজ্য ভবেৎ বুদ্ধ্যা জিতেন্দ্রিয়ঃ অশোকং স্থানমাতিষ্ঠেদিহ চামুত্র চাভয়ম্। ১৩॥
তপো নিত্যেন দান্তেন মুনিনা সংযতাত্মনঃ। অজিতং জেতুকামেন ভাব্যং সঙ্গেষ্বসঙ্গিনা ॥১৪॥
ইন্দ্রিয়ৈর্গৃহ্যতে যৎ যৎ তত্তৎব্যক্তমিতিস্থিতিঃ অব্যক্তমিতি বিজ্ঞেয়ং লিঙ্গগ্রাহ্যমতীন্দ্রিয়ম্ ॥১৫॥
অবিস্রম্ভেনগন্তব্যং বিস্রম্ভে ধারয়েন্মনঃ মনঃ প্রাণে নিগৃহ্ণীয়াৎপ্রাণংব্রহ্মণিধারয়েৎ ॥১৬॥
নির্বেদাদেব নির্বাণং ন তু কিঞ্চিৎ বিচিন্তয়েৎ। সুখং বৈ ব্রাহ্মণো ব্রহ্ম নির্বেদেনাধিগচ্ছতি ॥১৭॥
শৌচেন সততং যুক্তঃ সদাচারসমন্বিতঃ। সদাক্রোশশ্চ ভূতেষু তৎ দ্বিজাতিষু লক্ষণম্। ১৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বনি মোক্ষধর্ম পর্বনি
ভৃগুভরদ্বাজ সংবাদে ষড়শীত্যধিকশততমোধ্যায়ঃ।

—(০)—

অদুগুম্বা অবস্থা অদুদি ইহলোক-পরলোক অনীমক্তা অকিবা অরারা অনীমক চৈনতবনি ।।১২-১৩।। মতম চৈনবখিবিক্তা তপস্যা-ব্রত তৌগদৌবনি। য়ান্না রাথল তৌনা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকহৎকদবনি, পুক্নীংবু মথা পোনহনগদবনি। আসক্তিগী চঙ্‌জফম তুংনকম ওইরবা হকচাং য়ুম অসিনচিংবদা কাহেন্না পামশিন্নদনা ভক্তরবা ক ভমত্রবা আত্মা ( পরমাত্মা ) বু ফংনববা হোৎনগদবনি ॥ ১৪ ॥ ইন্দ্রিয়শিং অসিনা লৌবা ফংবা য়াবা অউবা পোৎ মথৈবু ব্যক্ত কৌবনি। ইন্দ্রিয়শিংনা উদবা ফংদবা মথৈবু অব্যক্ত হায়না কৌবনি ।১৫। থাজবা য়াদব অদুগুম্বা লম্বীদ থক চৎলাইদৌবনি। শাস্ত্রগী প্রমাণনা, যুক্তিনা থাজবা য়াবা থাজবদা মতীক চাবা বিষয়তদা পুক্নীং চঙগদবনি। পুক্নীংবু প্রাণবায়ুদা, প্রাণবায়ুবু ব্রহ্মদা হাপকদবনি, চঙহনগদবনি ॥ ১৬ ॥ নির্বাণ পদবী হ য়বদুদি বৈরাগ্যতনা ফংবনি অবস্থা অদুবু ফংঙ্গবা মহাক্তি অনাত্মাগী কয়িগুম্বা পোৎলক অমদা পুক্নীং চঙবা, হায়বদি ঐগী মাগী হায়দুনা উনরিবা মপানগী হকচাং অসিগা মরম চৈনবা কয়িগুম্বা পোৎলক অমদা পুক্নীং চঙঙবা তৌদ্রে। ব্রহ্মণ! সংসারগী বিষয়শিং অসিদগী বিরাগ ওইরবতদা হায়বদি অপাম্বা মিহৌবর্নচংবা পোক্‌হন্নুত্রমতদা মহাক্নুংঙাইবগী মশক ওইবা পরব্রহ্ম পরমাত্মাবু ফংবা ঙম্মি ॥১৭॥ মতম পুম্বদা অশেং অমাংগী বিচার য়াম্না কুপ্পা তৌগদবনি। জীব পুম্বদা থৌজাল চৈবা উৎকদৌবনি। মাসি ব্রাহ্মণগী মথোইবা লক্ষণনি ॥ ১৮ ॥

মমম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেখা সংহিতাদা শান্তিপর্বদা মোক্ষধর্মদা ভৃগুভরদ্বাজ সংবাদগী চামগা মরিফুত্তরুকশুবা অধ্যায় লাইরে ।।

—(০)

# মণিপুরী মহাভারত

## সপ্তাশীত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

( চামগামরিফুতরেৎশুবা অধ্যায় )

### সত্যগী মহিমা অসত্যগী দোষ

ভৃগুরুবাচ

সত্যং ব্রহ্ম তপঃ সত্যং সত্যং বিসৃজতে প্রজাঃ । সত্যেন ধার্য্যতে লোকঃ স্বর্গং সত্যেন গচ্ছতি ॥১॥
অনৃতং তমসো রূপং তমসা নীয়তে হ্যধঃ তমোগ্রস্তান পশ্যন্তি প্রকাশং তমসাঽবৃতাঃ ॥ ২ ॥
স্বর্গঃ প্রকাশ ইত্যাহু নরকং তপ এব চ । সত্যানৃতাংতদুভয়ং প্রাপ্যতে জগতীচরৈঃ ॥ ৪ ॥
তত্রাপ্যেবংবিধ লোকে বৃত্তিঃ সত্যানৃতে ভবেৎ । ধর্মাধর্মৌ প্রকাশশ্চ তমোদুঃখংসুখং তথা ॥ ৫ ॥
তত্র যৎ সত্যংসধর্মো যোধর্যঃ স প্রকাশয়ঃ প্রকাশস্তৎসুখমিতি । তত্রযদনৃতং সোঽধর্ম্মো
যো ধর্মস্তৎ তযোযৎ তমস্তৎ দুঃখমিতি ॥৫ ॥

---

ভৃগুনা হায় :— মুনি ! ব্রহ্মা হায়ববু সত্য অদুনি । সত্য ( অচুম্বা ) হায়বদুনি তপস্যা হায়বসু । সত্য ( অচুম্বা ) হায়বদুতনা অসুক য়াম্বা লেঙডি পাম্লিবা প্রজা ময়াম অসিবু শেম্লিবনি সংসার-বিশ্বজগৎ অসি সত্যগী মথক্তা খিন্দুনা লৈরিবনি । সত্য মাগী শক্তিতনা তাইবং মীনা স্বর্গ কানরিবনি ॥ ১॥ অসত্য ( চুমদবা ) হায়বসি ,"অমম্বা" হায়বদুগী মশক্নি । মহাক্না তাইবং মীবু লৈথা তাহল্লি । অজ্ঞানগী মশক ওইরবা অমম্বনা ঈকোয় কোয়শিনগ্রবা মহাক অদুদি তমো গুণনা উমখিদুনা জ্ঞানগী মশক ওইরবা মঙাল অদুবু ংবা ঙমদে ॥২॥ স্বর্গ হায়বসি মঙালগী মশক্নি । নরক হায়বসিনা মহা অমম্বগী মশক্নি । অসুম্না অথঙবশিংনা হায়নৈ । মীওইবগী মপোক্তি অচুম্বগা অরানবগা অনীনা তিন্নদুনা ওইবনি । জ্ঞান-বিজ্ঞান অনীগী তিন্নবদগী অসিগুম্বা মানব যোনি ( মীওইবগী মপোক ) বু জীবশিংনা ফংভি ॥ ৩॥ হায়রিব মনুষ্যযোনি সিনতদসু অসিগুম্বী বৃত্তি ( মওং ) অমা লৈ হাযবসি থঙগদবানি হায়রিবী অনীথোকপী বৃত্তি অসিগী মনুংদা অচুম্বা অরানবা, ধর্ম অধর্ম, অমম্বা, অঙানবা, অরাবা নুংঙাইবা অসিনচিংবা মওং অমী অমী লৈরিবনি ॥৪॥ হায়রিবী বৃত্তি অসিগী মনুংদা লৈরিবা অচুম্বা হায়বদুনি ধর্ম হায়রিবসি, ধর্ম অদুনি মঙাল হায়রিবসি, মঙাল অদুনি নুংঙায়বা হায়রিবসি । অসিগুম্না অরানবা অদুনি অধর্ম হায়রিবসি, অধর্ম অদুনি অমম্বা হায়রিবসি অমম্বা অদুবুনি অরাবা হায়রিবসি ॥৫॥

শারীরৈর্মানসৈদুঃখৈ সুখৈশ্চপ্যসুখোদয়ৈঃ লোকসৃষ্টিং প্রপশ্যন্তো নমুহ্যন্তি বিচক্ষণাঃ ॥৬॥
তত্রদুঃখবিমোক্ষার্থং প্রযতেত বিচক্ষণঃ। সুখং হ্যনিত্যং ভূতানামিহলোকে পরত্র চ ॥৭॥
রাহুগ্রস্তস্য সোমস্য যথাজ্যোৎস্না ন ভাসতে। তথাত্তমোভিভূতানাং ভূতানাং নশ্যতে সুখম্ ॥ ৮ ॥
তৎখলুদ্বিবিধং সুখমুচ্যতে শারীরংমানসং চ। ইহ খল্বমুষ্মিংশ্চলোকে বস্তুপ্রবৃত্তয়ঃ সুখার্থমভিধীয়ন্তে নহ্যত্রপরং ত্রিবর্গফলং বিশিষ্টতরমস্তি স এবকাম্যো গুণবিশেষো ধর্মার্থগুণারম্ভস্তদ্ধেতুরস্যোৎপত্তিঃ সুখপ্রয়োজনার্থ আরম্ভঃ ॥৯॥

---

বিষয় অসিদা অস্রুম্না হায়রৈ, মাহুদি :— সংসারগী সৃষ্টি অসি মহোশানা, পৃক্কীংগী অদুগা হকচাংগী অরাবা, অদুগা পৃক্কীংগী অরাঅনা অনিসীগা তিন্নদুনা লৈরিবনি। অদুনা সৃষ্টি অসিগী মদুংদা খুংঙাইবা হায়বা অমা মত্তম থরদং লৈরম্লিবদুস্ মমৈথংদগি অরাবগী মন্দক লৌরকই। হায়বদি, খুংঙাইবা হায়রিবদুনা অরাব কয়া কয়া পোকহল্লি। তাইবং খুৎশেম অসিগুম্বা বৃত্তি (মওং) অসিবু মুন্না য়েংশিল্লিবা অদুগুম্বা বিদ্বান (মহৈ হৈবা মী) অদুদি তাইবংগী মায়া অসিদা থক শুমহন্তে ॥ ৬ ॥ মরম অদুনা অশিংবা মীনা, অসিগুম্বা খুংঙাইবনা পুথোরকপা অরাবা অসিদগী লাম্থোরক্নবা কন্না হোৎনগদবনি। ইহলোক অদুগা পরলোকতসু জীব পাম্বশিংনা ফংনরিবা খুংঙাইবা হায়লবসে করাবগী শাক্লোন্ পুরক্কদোবা মযোক্ত ঙায়রবনিনা অনিত্যনি। ৭। রাহুনা উমথ্রব থাগী মঙাল (থাবল) না অঙানবদা থক থোরকতে য়াদবগুম (তমোগুন) না উমগ্রবা মী মহাক্কী অদুগী খুংঙাইবা হায়বদুদি অদুম মুৎপ্রবনি ॥ ৮ ॥ হকচাংগী খুংঙাইবা, পৃক্কীংগী খুংঙাইবা অস্রুম হায়না খুংঙাইবা হায়বসি অনীথোক্লা লৈ। পরলোকত ফংজনবা পোৎ অদুগীদমক তৌরুরিবা প্রবৃত্তি (চঙঙ্গুরিবা) অদুগা আরম্ভ থুদিংমক খুংঙাইননবগীদমক্তনি হায়রৈ। হায়রিবা খুংঙাইবা অসিদগী হেনবা ত্রিবর্গগী হায়বদি ধর্ম অর্থ কাম অদুম অসিগীসু থোক্তদোকপা মহৈ অমা লৈত্রে। হায়রিবা খুংঙাইবা হায়বসি জীব পানবা পুন্নমক্কী পামজনীঙতায় ওইবা বিশেষ গুণ অমনি। ধর্ম অমদি অর্থ অনীসিনা মহাক্কী অঙ্গ (হকচাং কায়াৎ) ওইরিবা অদুগুম্বা খুংঙাইবা হায়বদুগীদমক্তা হৌগারদা, কর্ম হায়বসি তৌনরিবনি-পাংথৎনরবনি। অদুমদ খুংঙাইবা অদুবু পুথোক্নবা হোৎনবা অদুগ থাইদগী হেন্দবা মরু ওইবা উপাদান (মচাক) দি নোম্বা-কর্ম হায়বসিনি। অদুনা খুংঙাইবা মাগীদমক্তা কর্মদা চঙনরিবনি ॥৯॥ ভরদ্বাজনা হংজি :— মুনিদেব! প্রভু! খুংঙাইবা হায়বসিদবু থাইদগী য়াংবা থাক্ত মুনিদেবনা থম্লিরি। ধর্ম অর্থ কাম হায়রিবা ত্রিবর্গ অসিসু খুংঙাইবা মাবু ফংননবগীদমক্তনি হায়রিরি। খুংঙাইবা হায়বসি নত্তনা মথোয়গী অতোপ্পা মহৈ অমদি উদ্দেশ্য অমত্ত লৈত্তে হায়না তাকপিরি। হায়রিবসি

যদেতদ্ভবতাভিহিতং সুখানাং পরমাস্তীরিতি ন তদুপপদ্যতে। ন হ্যেষামৃষীণাং মহতি
স্থিতানামপ্রাপ্য এষ কাম্যো গুণ বিশেষো ন চৈনমভিলষন্তি চ তপসি শ্রূয়তে ত্রিলোককৃৎ
ব্রহ্মা প্রভুরেকাকী তিষ্ঠতি। ব্রহ্মচারী ন কাম সুখেষ্বাত্মানমবদধাতি। অপি চ ভগবান্ বিশ্বেশ্বর
উমাপতিঃ কামমভিবর্ত্তমান মনঙ্গত্বেন শমমনয়ৎ। তস্মাদ্ব্রূমো নতু মহাত্মভিরয়ং প্রতিগৃহীতো
ন ত্বেবাং তাবদ্বিশিষ্টো গুণবিশেষ ইতি। নৈতদ্ভগবতঃ প্রত্যেমি ভগবতা ত্যুক্তং সুখান্ন
পরমস্তীতি লোকপ্রবাদো হি দ্বিবিধঃ ফলোদয়ঃ সুকৃতাৎ সুখমবাপ্যতে দুষ্কৃতাৎ দুঃখমিতি ॥১০॥
অত্রোচ্যতে অনৃতাৎ খলুতমঃ প্রাদুর্ভূতং ততস্তমোগ্রস্তা অধর্ম্মমেবানুবর্ত্তন্তে ন ধর্ম্মং
ক্রোধলোভহিংসানৃতাদিভিরবচ্ছন্নান খল্বস্মিঁল্লোকে নামুত্র সুখমাপ্নুবন্তি। বিবিধব্যাধিরুজোপতাপৈ
রবকীর্যন্তে বধবন্ধন পরিক্লেশাদিভিশ্চ ক্ষুৎপিপাসাশ্রমকৃতৈরুপতাপেরুপতপ্যন্তে।
বর্ষবাতাত্যুষ্ণাতিশীতকৃতৈশ্চপ্রতিভয়ৈঃ শরীরৈর্দুঃখৈরুপতপ্যন্তে বন্ধুধনবিনাশ—
বিপ্রয়োগকৃতৈশ্চ মানসৈঃশোকে রভিভূয়ন্তে জরামৃত্যুকৃতৈশ্চান্যৈরিতি ॥১১॥

---

ঐ চপচানা থাজবা ঙমদ্রে। ঋষি-তপস্বী কয়া কয়ানা তৌরিবা তপস্যাগী মহৈ অসি
হুংঙাইবা হায়বত্থনা ওইরম্বদি য়াই, অদুবু মহৈ ওইনা লাক্লিবা হুংঙাইবা অদুবুদি মখোয়না
পামজদ্রে। লোক অহুমগী সৃষ্টিকর্ত্তা ওইরিবা ব্রহ্মা মশামক কমা তপস্যা অমদি ধ্যান তৌরি।
অদুগা অপাম্বা হুংঙাইবা অসিনচিংবা বিষয় অমদি পোশক্তা মহাক্না করিগুম্বা রাথল অমত্ত
চঙ্ঙদে। ভগবতী উমাদেবীগী মবুঙো ভগবান্ সদাশিব বিশ্বনাথনা মাগী তপস্যাবু য়েথারবা
পীরবা কামদেববু মিকুপ্তা চাকথেকখি। মহাকপু অনঙ্গ ওইহনখি—হকচাং কায়াৎনচিংবা মওং
পুহনখিদ্রে। অদুনা তপস্যানচিংবগী মহৈসু হুংঙাইবা ফংবা হায়বত্থনি হায়বসি মখোয়না হায়বদি
ঋষিমুনিশিংনা য়ানিংদে। মাসিনি ঐনা হংগচ্চনিংবদি তপস্বীশিংদুগী মফমদদি, সংসারগী
বিষয়ভোগনচিংবশিংসিনা হায়বদি মখোয়না পীবা হুংঙাইবা অদুনা হুংঙাইবমক ওইরুবা ঙমদে।
অদুনা মুনিদেবনা তাকপিরিবসিদা ঐগী মপুংফানা থাজবা অমদি য়ানিংবা হায়বদু ওইবা ইয়া
য়াদ্রে। অদুবু হুংঙাইবদগী হেনবা অতোপ্পা মরম মহৈ অমত্তা সংসারদা লৈত্তে হায়না মুনিদেবনা
তাকপিরি। লোকত্তা অসুমসু ঙাঙনরি:— মহৈ হায়বসিগী হৌরকফম অসি অনীনি হায়রি।
পুণ্য কর্ম্মদগী হুংঙাইবা পাপ কর্ম্মদগী অরাবা মহৈ অনীনি হায়নরি ॥ ১০ ॥ ভৃগুনা হায়:—
মুনি! অজ্ঞান হায়বসে অসত্য ( চুমদবা-অরানবা ) দগী পোকপনি। অদুনা, অমম্বনা কূপপ্রবা
মী মহাক অদুদি, উদদুনা অধর্ম্মগী লম্বীদা ছধর্ম্মদুগী মতুং ইন্না অদুম মচৎপ্রে। চুমদবা ওইরবসু
পাম্বুবদগী ধর্ম্মগী লম্বীদা ধর্ম্মদুগী মতুং ইন্না থক চৎনীঙদে। অশাউবা, অপাম্বা, হিংসা, অরুভ্য-
নচিংবনা থম্মোয় হকচাং কূপপ্রবা মী মহাক অদুদি ইহলোক পরলোক অনীমক্তা হুংঙাইনা ফংবা
ঙম্মি। অদুগুম মী অদুদি মফম পুম্বদা, মপানগী হকচাংগী লায়না আধি ব্যাধিনচিংবা অদুগা
থম্মোয়গী লায়না অনুতাপকী মৈনা চাকপা চিন্তানচিংবা রোগ অসি শোয়দনা ফঙি। শিবা,

যদ্যত্বৈঃ শারীরমাত্রৈসেহ্ঃখৈর্ন সংস্পৃশ্যতে স সুখংবেদ ।, ন চৈত্তে দোষাঃ স্বর্গে প্রাদুর্ভবন্তি তত্রখলু ভবন্তি । ১২॥

সুসুখঃ পবনঃস্বর্গে গন্ধশ্চ সুরভিস্তথা । ক্ষুৎপিপাসাশ্রমোনাস্তি ন জরা ন চ পাপকম্ ।১৩॥
নিত্যমেবসুখংস্বর্গে সুখংদুঃখমিহোভয়ম্ নরকে দুঃখমেবাহুঃসুখং তৎপরমংপদম্ ।।১৪।
পৃথিবী সর্ব্বভূতানাং জনিত্রী তদ্বিধা স্ত্রিয়ঃ। পুমান্ প্রজাপতিস্তত্র শুক্রংতেজোময়ং বিদুঃ ।।১৫।
ইত্যেতল্লোকনির্ম্মাণং ব্রহ্মণা বিহিতং পুরা প্রজাঃসমনুবর্ত্তন্তে স্বৈঃ স্বৈঃ কর্ম্মাভিরাবৃতাঃ ।।১৬।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বনি ভৃগুভরদ্বাজসংবাদে জীবরূপ নিরূপণে সপ্তাশীত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

নাবা-অকা-অপুন্নবা অসিনচিংবগী অরাবা, অরাম-খোয়াংবা চোকখবা অসিনচিংবসু ফংঙি। অসিত নত্তন। মৈ ঈশিং ফুংশিংকী উপদ্রব, অঙৈং-অশাদগী পৌকপা অকিবগী মশক কংবা হকচাং অরাবা অসিনচিংবসু খাঙবা ত্তাই। মরুপ-মপাং শাগৈশনাতৈগী শিবা, মরল-মথুম মাঙবা, চান্নবা চান্নবীশিংগী কায়নবা নংখদগী পোকপা পুক্নীং থম্মোয়গী অরাবসু ফংঙি অহল ওইবা শোন্ন ময়কপগী শিব-নাব থোকপগী পুক্ষমদবা অরাবা মথল কয়াসু ফংঙি ॥ ১১ ॥ হায়রিবা পুক্নীংগী অমদি হকচাংগী অরাবশিং অসি লৈতবা মহাক অত্তনা নুংঙাইববু ফংবা ঙম্মি। স্বর্গলোকতাদি হায়রিবা অরাবশিং অসি ফংননবগী দোষ অত্ত পোক্নাঙাই লৈতে। মকম অহুদি হায়রকদোরিবা খোদোকশিং অসি তত্তনা খোকত্তুনা ওইহনত লৈ ॥ ১২ ॥ স্বর্গদদি মৈবদা নুংঙাইশীনবা নুংশিংনা ফত্তনা শীৎত্নুনা লৈ। পুক্নীং হুননবগী মশক ওইবা, মনম নুংশিরবা ঈংলবা উরুমমত্তা লৈ। স্বর্গদা অরাম খোয়াংবা, য়াম্না কম্ন নোম্বা, অহল ওইরকপা, উনশা খুইজিল্লকপা অসিন-চিংবা করিমত্তা লৈতে ॥ ১৩ ॥ স্বর্গদা তুমিৎ চুপ্পা নুংঙাইবগী নুংঙাইব ভাক্ত ওইনা লৈনৈ। মর্ত্ত্যলোক অসিদদি অরাবগা নুংঙাইবগা য়াম্ন য়ামনা চংলি। নরকতদি অরাবগী অরাবা ভাক্ত লৈবগুম তৌই। অরাবগী শরুক করিমত য়াওখিদ্রবা, থাজৈশেংবা আনন্দ ( নুংঙাইবা ) হায়বহুদি আনন্দগী মশক ওইবা পরমানন্দ পরব্রহ্ম পরমাত্মা মাতন ওই ।।১৪।। পৃথিবী হায়বীসিদি অচচচত্তা জীব পুম্নগী অপোকপী মমানি। সংসারগী তুপী পুম্নমকসু পৃথিবীমাতাগী মত্তোপ্পা হায়বদি মত্তৌ ত হুনা মচা মত্ত পুম্নংকী অপোকপী মমা ওইরিবসিনি। নিপা হায়ব অদিনা প্রজাপতিগী মর্শক্তি নিপাগী হকসুংগী বীর্য্য অসিবু পুরুষ ভগবান মহাক্কী তেজগী মশক্তি হায়না খঙ্ঙু ॥ ১৫ ॥ ময়াং-ঙৈদা ব্রহ্মানা নিপা তুঁপীগী মশক ওইরবা জগৎকী সৃষ্টি তৌখি। মকম অসিদা অচচচত্ত জীব পুম্নমা মাগী মাগী কর্মগী মহৈনা শীরাবা নুংঙাইবা ফংহুনা লৈরি ॥ ১৬ ॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেখ্রা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা ভৃগুভরদ্বাজ সংবাদগী চামগা মরিফুত্তরেৎথম্ অধ্যায় লোইরে।

—(০)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## অষ্টাশীত্যধিকশততমোহধ্যায়ঃ ।

( চামগামরিফুনিপালশুবা অধ্যায় )

ব্রহ্মচর্য্য গার্হস্থ্যনচিংবা আশ্রমাশংগী বর্ণন

ভরদ্বাজ উবাচ

দানস্য কিং ফলং প্রাহুর্ধর্মস্য চরিতস্য চ তপসশ্চ সুতপ্তস্য স্বাধ্যায়স্য হুতস্যবা ॥ ১ ॥

ভৃগুরুবাচ

হুতেন শাম্যতে পাপং স্বাধ্যায়ৈঃ শান্তিরুত্তমা । দানেন ভোগানিত্যাহুস্তপসা স্বর্গমাপুয়াৎ ॥ ২॥

দানং তু দ্বিবিধংপ্রাহুঃ পরত্রার্থমিহৈব চ সদ্ভ্যোযৎ দীয়তে কিঞ্চিৎ তৎপরত্রো পতিষ্ঠতে ।।৩॥

অসদ্ভ্যো দীয়তে যত্তু তৎদানামিহ ভুজ্যতে । যাদৃশং দীয়তে দানং তাদৃশং ফলমশ্নুতে ॥ ৪ ॥

ভরদ্বাজ উবাচ

কিং কস্য ধর্ম্মাচরণং কিংবা ধর্ম্মস্যলক্ষণম্ ধর্ম্মঃ কতিবিধো বাপি তৎভবান্ বক্তুমর্হতি ।।৫॥

---

ভরদ্বাজনা হায় :— ব্রাহ্মন্ ! দাম কোবা ধর্মগী, বিধি চুম্না তৌরবা তপস্যাগী, নীঙথিনা বিধি কায়দনা শাস্ত্র তম্বগী ঔরাইবগী করি করি মহৈ লৈ হায়নবগে ? ॥ ১ ॥ ভৃগুনা থুম্মি :— মুনি ! অগ্নিহোত্র ( যজ্ঞ ) তৌরগা পাপ মথল মথলবু থিংবা, চঙহন্দবা ঙম্মি । স্বাধ্যায় ( বিদ্যা তম্বা-ঔরাইবা ) না থোইদোকপা শান্তি ফংবা ঙম্মি । দান তৌরগা ভোগ্যবস্তু মথল মথল ফংবা ঙম্মি । অদুগা তপস্যা তৌরগা মাহুগী মহৈনা তাইবং মী তপস্বী অদুনা স্বর্গ লোকপু লায়না ফংবা ঙম্মি ॥ ২ ॥ দান হায়বসি মথল অনীনি হায়নৈ । অমনা পরলোককীদমক, অমনা ইহলোকীদমক । অফবা. পুণ্যবান ওইবা সৎপুরুষশিংদা থজিক্তুং ইহলোক অসিদা পুন্নীং শেংনা তৌখিবা দান অদুনা পরলোকতা নংনা নশামা থিরুদ্রবসু, দান ফল অদুনা নঙোন্দা মশানা মথোঙ থোংনা অদুম মরাকচরগদবনি । দান লৌবদা মতীক চাত্রবা অসৎ ওইবা ফত্রবা লমচৎ ব্যবহার ফত্রবা মীতাহুদা তৌথিবা দানগীদি মহৈ করিমত লৈতে । তৌরি তৌরিবা, থল্লি থল্লিবা, দানগী রাখল অদুগা মতুং ইন্না মহৈশিংতুসু চপ চানা অদুম ফংঙি, মরাকই ॥৩-৪॥ ভরদ্বাজনা হায় :— ব্রাহ্মন্ ! ধর্মগী আচরণ তৌবা হায়বসি করি হায়রিবনো, হায়বদি ধর্মগী লক্ষণ করিনো ? অদুগা হায়রিবা ধর্ম অসিগী মথল কয়া শুবগে ? পুন্নমকসি মথং শীংনা থৌজাবীহন ঐঙোন্দা অমুক্তা হায়রিয়ু ॥ ৫ ॥ ভৃগুনা হায় :— মুনি ! বর্ণাশ্রম ধর্মগী মতুং ইন্না চ্যেকশিন্না

ভৃগুরুবাচ

স্বধর্ম্মাচরণে যুক্তা, যে ভবন্তি মনীষিণঃ তেষাং স্বর্গফলাবাপ্তির্যোঽন্যথা স বিমুচ্যতে ॥ ৬ ॥

ভরদ্বাজ উবাচ

যদেতচ্চাতুরাশ্রম্যং ব্রহ্মর্ষিবিহিতং পুরা। তেষাং স্বে স্বে সমাচারাস্তান্ মে বক্তুমিহার্হসি ॥ ৭ ॥

ভৃগুরুবাচ

পূর্ব্বমেব ভগবতা ব্রহ্মণা লোকহিতমনুতিষ্ঠতা ধর্ম্মসংরক্ষণার্থমাশ্রমাশ্চত্বারোঽভিনির্দিষ্টাঃ। তত্রগুরুকুলবাসমেব প্রথমমাশ্রমমুদাহরন্তি যত্র শৌচ সংস্কার নিয়মব্রতবিনিয়তাত্মা উভে সংধ্যেভাস্করাগ্নি দৈবতান্যুপস্থায় বিহায় তন্দ্রালস্যে গুরোরভিবাদন বেদাভ্যাস শ্রবণ পবিত্রীকৃতান্তরাত্মা ত্রিষবণমুপস্পৃশ্য ব্রহ্মচরাগ্নিপরিচরণ গুরুশুশ্রূষনিত্যভিক্ষা। ভৈক্ষ্যাদিসর্ব্বনিবেদিতান্তরাত্মা গুরুবচননির্দেশানুষ্ঠানপ্রতিকূলো গুরুপ্রসাদলব্ধ স্বাধ্যায়তৎপরঃস্যাৎ ॥৮॥

---

থবকপু পুরুীং চঙনা তৌহুনা লৈরিবা অশিংবা মী মহাক্ অহু, মহাক্না তৌথিবা কর্ম্দগী মহৈ ওইনা স্বর্গবু ফংঙি। বর্ণাশ্রম ধর্ম্মগী মতুং ইন্না কর্ম তৌদব, ওমতৈনবা কর্ম ভাক্ত তৌত্রব, মী অহুদি শুমহৎপগী মথা পোল্লি ॥ ৬ ॥ ভরদ্বাজ ঋষিনা হংঙি :— ভগবন্! ব্রহ্মর্ষিশিংনা আ-মমাংঙৈদা আশ্রম মরি থারদোকখ্রিবা অহুগী তোঙাল্ .তঙানবা ধর্ম অসি করি করিনো? মাসি নাথৈ শেংনা অহুক্ত তাকপিয়ু ॥ ৭ ॥

ভৃগুনা হায়:— মুনি! জগৎ পুম্বগী মঙ্গল ওইনবগীদমক্তা জগৎকী অফবত খল্লবা ভগবান্ ব্রহ্মানা মমাঙৈদা ধর্মগী রক্ষাগীদমক্তা, আশ্রম মরি অসি শেমখিবনি। হায়রিবা আশ্রম মরি অশিগী মহু দা ব্রহ্মচারী ওইহুনা গুরুকুলদা লৈবনা অহানবা আশ্রমনি। আশ্রম অসিদা লৈরিবা ব্রহ্মচারীমা মহু মপান পূমশেং শেংবা, বেদগী সংস্কার অহুগা ব্রত নিয়ম পুম্বা ভাকপা অসিনচি বা নিয়মশিং অসি তৌগদবনি। অহুগা পুরুীং কোবা ইন্দ্রিয়বুসু থুহুম চন্না থমগদবনি। অয়ুক, নুমিদাংরাইরম্ মতম অনীসিদা সন্ধ্যা উপাসনা তৌগদবনি। সূর্যোপস্থান, অগ্নিহোত্রনা অগ্নিদেবতাগী আরাধনা তৌগদবনি। অতনবা হৈনিংদব পুন্নমক থাদেক্ত্না, নুমিৎথুদিংগী গুরুবু অমুমুক্ খুরমহুনা, বেদমন্ত্রগী অভ্যাস তৌহুন, বেদমন্ত্রবু তানো অন্তরাত্মাবু শেংদোকদবনি। অয়ুক, নুমিৎমুংবা নুমিদাংরাইরমদা স্নান অমুমুক তৌগদবনি। ব্রহ্মচর্য্যবু ভাকতুনা, অগ্নিদেবগী উপাসনা, অতুগা গুরুগী সেবা অসি পুন্নমক কায়দনা তৌগদবনি নুমিৎথুদিংগী ভিক্ষ [illegible] গুরুগী নাক্ত পুরকদবনি। মাহু গুরুদা কংশিনগদবনি। অহুক্ত [illegible] শিন্দুনা মথাগী [illegible] ফাওবা গুরুগী চরণদা কথোকদবনি। গুরুনা করিগুম্বা অমত্তং [illegible] হায়দোক্লবা, থুংমা

গুরুংযস্তু সমারাধ্য দ্বিজো বেদমবাপ্নুয়াৎ । তস্যস্বর্গফলাবাপ্তিঃ সিধ্যতে চাস্য মানসমিতি ॥৯॥
গার্হস্থ্যংখলু দ্বিতীয়াশ্রমংবদন্তি । তস্যসমুদাচারলক্ষণংসর্ব মনুষ্যাধ্যাস্থানঃ ॥
সমাবৃত্তানাং সদাচারাণাং সহধর্মচর্য্যফলার্থিনা গৃহাশ্রমো বিধীয়তে । ধর্ম্মার্থকামাবপ্তিহ্যত্র
ত্রিবর্গসাধনমপেক্ষ্যা গর্হিতেন কর্ম্মণা ধনান্যাদায় স্বাধ্যায়োপকর্ষেণ বা ব্রহ্মর্ষিনির্মিতেন বা

অদ্রিসারগতেনবা । হব্যক্রব্যনিয়মাভ্য স দৈবত প্রসাদো
পলব্ধেন বা ধনেন গৃহস্থো গৃহস্থ্য গার্হস্থ্যংবর্ত্তয়েৎ ।

তদ্ধিসর্বাশ্রমাণাং মূলমুদাহন্তি গুরুকুলনিবাসিনঃ পরিব্রাজকা যে চান্য সংকল্পিতব্রতনিয়ম—
ধর্ম্মানুষ্ঠায়িনস্তেষামপ্যত এবভিক্ষাবলিসংবিভাগাঃ প্রবর্ত্তন্তে ॥ ১০ ॥

---

ইঙ্গিৎ অদুগা থবক অসিমতং তৌহায়না হায়দোগ্রবা পুন্নমক অসি শিষ্যনা নিংঙাইব লৈত্তনা তৌগদবনি। গুরুগী কৃপাদগী ফংবা জ্ঞান অমদি বিদ্যা অদুদা মুমিৎচুপ্পা স্বাধ্যায় তৌদুনা হায়বদি ঔ৷হইদুনা নৈনদুনা লৈগদবনি ।৮॥ গুরুগী সেবা তৌদুনা বেদবু অধ্যয়ন তৌরিবা ব্রাহ্মণ অদুদি ব্রহ্মলোক শোয়দনা ফংগি । মানা মপুক্তীংদা তৌথিবা সংকল্প পুন্নমক, অদু সিদ্ধ ওই ॥৯॥ গার্হস্থ্যবু হায়বদি গৃহস্থাশ্রমবু অনিশুবা আশ্রম কৌই। হায়রিবা অনীশুবা আশ্রম অসিদা তৌগদবা থবক পুন্নমক মথং মথং হায়রক্কে। অফবা নীংথিবা লমচৎস্তা চৎলিবা, ব্রহ্মচারী অদুনা গুরুকুলদা লৈদুনা বিদ্যাপুম্বা তম্লবা হৈরবা তুংদা মমা-মপাগী য়ুমদা হথিদুনা ধর্মকর্মগী থবক পুম্বদা লোয়নবী অমগা পুনশি লেনগে হাযনা থল্লবদি অদুগা ধর্মকর্মদুগী মহৈ চাবা পাম্লবদি গৃহস্থ আশ্রমদা লৈবগী বিধি অদুগুম্বু অদুম্ মরৈ । হায়রিবা গার্হস্থ্য কৌবা অনীশুবা আশ্রম অসিদা ধর্ম, অর্থ, কাম অদুম্মক ফংগি । অদুনা হায়রিবা অদুম অসিবু মপুংফানা পাঙথোক্ক-নবগীদমক্তা গৃহস্থাশ্রমদা লৈদুনা ধন তানগদোবনি । হায়বদি, ব্রহ্মচারীগী আশ্রমদা লৈরিঙৈদা ফংলকপা শাস্ত্রগী যোগ্যতা ( মতীকচাবা জ্ঞান ) অদুনা, নত্রগা ব্রহ্মর্ষিশিংনা ধর্মশাস্ত্রদা তাক্লম্বা হায়রম্বা পাউতাকশিংদুগী পাম্বৈনা, নত্রগা চীংথুং মাহুংদগী, উমং-ব্রামংদগী ফংলকপা হীদাক্ লাংথক্ সনা-লুপা মণি রত্নশিং অদুগী পাম্বৈনা মথং মথং লম্মুম চাম্ভিথৎনবা হোৎনগদবনি । নত্রগা যজ্ঞ, শ্রাদ্ধ, নিয়ম, বেদাভ্যাস ( বেদশাস্ত্র নৈনবা, তম্বিবা ) অদুগা ধর্ম্ম কর্ম্মদুনা পেনগ্রবা দেবতাশিংগী কৃপাদগী ফংওকপা অদুগুম্বা লল্ অদুনা গৃহস্থী অদুনা মাগী সহধর্ম্মিনী অদুগা মপূনশি লেনগদবনি । মরমদি আশ্রম পুম্নমক্কী মরা ওইবা য়ুমফমদি গার্হস্থ্যাশ্রম অসিনি হায়নৈ। মরমদি গুরুকুলদা লৈরিবা ব্রহ্মচারী অদুনা নত্রগা দনদা লৈদুনা, সংকল্পগী মতুংইন্না ব্রতনিয়ম পুম্নমক ঙাক্তুনা লৈরিবা বানপ্রস্থীশিংনা অদুগা পুম্নমক থাদোক্তুনা সন্ন্যাসী ওইগ্রবা মথোয়সিনা গৃহস্থাশ্রমদা লৈরিবশিং অদুদগী ভিক্ষা নিরুপগা, অদুগা মনামবৈলনচিংবদু ফংদুনগা মাগী মাগী ধর্ম্ম কর্ম্মগী থবকপু পাঙথোকপা ঙম্মরিবনি ॥ ১০॥ বানপ্রস্থ আশ্রমদা লৈগ্রবশিংনা ধন তানবা

বানপ্রস্থানাঞ্চ দ্রব্যোপস্কার ইতি প্রায়শঃ
খলু তে সাধবঃ সাধুপথ্যোদনাঃ
স্বাধ্যায়প্রসংগিনস্তীর্থাভিগমনদেশদর্শনার্থং
পৃথিবীং পর্য্যটন্তি তেষাং প্রত্যুত্থানাভিগমনা
ভিবাদনানসূয়বাক্প্রদানসুখ—
শক্ত্যাসন সুখশয়নাভ্যবহারসৎক্রিয়া চেতিতি ॥১১॥
অতিথির্যস্য ভগ্নাশো গৃহাৎপ্রতিনিবর্ত্ততে।
স দত্ত্বা দুষ্কৃতং তস্মৈ পুণ্যমাদায় গচ্ছতি ॥১২॥
অপি চাত্র যজ্ঞক্রিয়াভির্দেবতা প্রীয়ন্তে।
নিবাপেন পিতরো বিদ্যাভ্যাস শ্রবণধারণেন
ঋষয়ঃ। অপত্যোৎপাদনেন প্রজাপতিরিতি ॥১৩॥

বাৎসল্যাৎ সর্ব্বভূতেভ্যো বাচ্যাঃ শ্রোত্রসুখা গিরঃ পরিতাপোপঘাতশ্চ পারুষ্যং চাত্রগর্হিতম্ ॥১৪॥

---

য়াদে। বাণপ্রস্থদা লৈরিবা নিয়ম চেংনা ত্তাক্লিবা অথোইবা মীশিংনা, শেংলবা, হকচাংদা থরদং মোংমগী চারগা, বেদশাস্ত্র তম্বা-পাবা অসিনা মরু ওইনা লম্লগা তীর্থ খিবিক্তা মগুণ চাওরবা বন উপবন পূম্নমক্তা কোয়চং চংতুনা দেশ দেশান্তর অতৈ অতৈ য়েংগে, দর্শন তৌগে হায়বগীমক, পৃথিবীগী মকম পূম্নমক্তা কোয়চং চত্তুনা লৈ। মখোয়সিনা করিগুম্বা য়ুমদা চঙলক্লবদি ফুক হৌগৎতুনা তরাম তরাম্না স্বাগত তৌগদবনি, ওক্কদবনি। মখোয় শোক্লা খুরুমগদবনি, দোষগী শরাক য়েংদনা, নীঙথিজবা অথুম্বা রাইত্তে মখোয়দা শীজিন্নগদবনি। ত্তমজবা, অরৈবা, অত্তগা ফম্বদা তুংত্তাইবা আসন থাগদবনি। নীঙথিজবা অমোমবা শয্যাথক্ত পোত্থাহনগনি। লেজবা অহাউবা অচাথক অত্থ পুথোকতুনা শীজগদবনি। মতৌ অসুম্না মখোয়দা মঙীক চানা অতিথি সংকার তৌগদবনি। অসিগুম্না, অথোইবা মীশকশিংতুগী মফমদা গৃহস্থশিংনা তৌগদবা মথৌশিংদি অসিনি ॥১১॥ বানপ্রস্থ আশ্রমদা লৈবা মীনা দন ত্তানবা য়াদে। অত্তুগুম্বা গৃহস্থী মহাক্কী থোঙ্গাল্দগী, য়ুমদগী ভিক্ষা নিগে লাকপা অতিথিনা করিগুম্বা অমত্তা ফংদনা মীওবা কায়তনা হনপ্রবদি, অতিথি অদুনা তৌখিবা পাপ পূম্নমক পীরম্মগা, গৃহস্থীদুগী পুণ্য পূম্নমক পুত্তনা চংখি ॥১২॥ অসিত নত্তনা, গৃহস্থাশ্রমদা লৈত্তনা পূজাপাঠ, যজ্ঞনচিংবা তৌত্থনা, শ্রাদ্ধতর্পনচিংবা তৌত্থনা, মপা মপুবু পেলহন্দুনা বেদশাস্ত্রবু শ্রবণ-অভ্যাসনচিংবা তৌত্থবা, বিধি কায়দনা মচা মশু পোক্তুনা লৈরবদি অদুগুম্বা গৃহস্থী অত্তগী মফমদা প্রজাপতিনা ঊপেন্ত পেনবিত্থনা লৈ ॥১৩॥ জীব পানবশিংগী মফমদা তুংশিবা অমদি থৌজালনচিংবা রাইহত শীজিন্নগদবনি। তাবদা নাকোংদা তুংত্তাইবা অমদি অপেনবা পোকপা রাভাংত ত্তাওগদবনি। অত্তাবা মীগী নাকোংদা অয়াকপা, অকনবা শাউনিংবা পোকপা থস্মোয়দা চৈনা ফাওবা রাইৈ রাত্তাং অমত্তা ত্তাওবা য়াদে, ত্তাওবা হৌনদে ॥১৪॥ মীবু থৌওই উশিত্তবা, নাপল তৌবা, থোয়বা, অসিনচিংবা ফত্তবা লমচং ব্যবহার অসি শাস্ত্র পূম্নমক্তা নিষেধ তৌই, নিন্দা তৌই। করিগুম্বা জীব অমগী মফমদা হিংসা

অবজ্ঞানমহংকারো দম্ভশ্চৈব বিগর্হিতঃ　　　অহিংসা সত্যমক্রোধ সর্বাশ্রমগতং তপঃ ॥ ১৫ ॥

অপিচাত্রমাল্যাভরণবস্ত্রাভ্যঙ্গনিত্যোপভোগ　　　নৃত্যগীতবাদিতশ্রুতিসুখনয়নাভিরাম্

দর্শণানাংপ্রাপ্তিভক্ষ্যভোজ্যলেহ্যপেয়-　　　চোষ্যাণামভ্যবহার্য্যণাং বিবিধানামুপভোগঃ ।

স্ববিহারাসংতোষঃ কামসুখাবাপ্তিরিতি ॥ ১৬॥

ত্রিবর্গগুণানির্বৃত্তি র্যস্য নিত্যংগৃহাশ্রমে ।　　　স সুখান্যনুভূয়েহ শিষ্টানাংগতিমাপ্নুয়াৎ ॥১৭॥

উঞ্ছবৃত্তির্গৃহস্থো যঃ স্বধর্ম্মাচরণেরতঃ ।　　　ত্যক্তকামসুখারম্ভঃ স্বর্গস্তস্য ন দুর্লভঃ ॥ ১৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি ভৃগুভরদ্বাজ সংবাদে অষ্টাশীত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥

—(০)—

---

তৌদবা, অচুম্বত ঙাঙবা, করিগুম্বা অশাউবা অমত্তবু থম্মোয়দা চঙহন্দবা, অসিনচিংবসি আশ্রম মরিমক্তা লৈবশিংগী মকমদা য়াম্না কান্নবা পোৎশক অমমম ওইগনি ॥ ১৫॥ অসিত্ত নত্তনা, গৃহস্থাশ্রমদা লৈগী পরেং, ফিজেৎ মথল, হকচাংদা তৈনবা মনম হুংশিবা পোলক কয়া কয়া, হুমিৎ থুদিংগী শিজিন্নবা পোৎচৈ কয়া কয়া, পুং ঈশৈ জগোইনচিংবা তাবদা হুংঙাইরবা অচুগা মীৎকী কুম্মৈ কয়া কয়া উবা তাবা ফংতি । থক্কবা চানবা, লেক্কনবা, চুপ্পনবা অচাপোৎ মথল মথল গৃহস্থাশ্রম হায়বসিদা ফংনরিবনি । হৈকোল লৈকোন্দা কোয়থোক চথোকপা অচুগা অপাম্বা হুংশিবগী হুংঙাইবা মথল কয়া কয়াসু আশ্রম অসিদা ফংনরিবনি ॥১৬॥ অচুগুম্বা মী মহাক অচুগী গৃহস্থাশ্রমদা ধর্ম অর্থ কাম অহুম অসিনা সিদ্ধ ওইহনা পাঙথোকতুনা লৈরিবা মহাক অচুদি ইহ-লোকতা হুংঙাইবা পুম্বা ফংহনা মমৈথংদা পুনশিগী অরোইবা মতমদা সৎপুরুষশিংনা ফংনবা গতি ( পদবী ) অচু ফংতি ॥১৭॥ গৃহস্থাশ্রমদদি লৈরগা, ধর্ম কর্ম্মদা পুক্নীং চঙহনা লৈরিবা, দান-ধর্ম্ম তৌমনখিবনা, উঞ্ছবৃত্তি দা লৈরিবা হায়বদি নোংমগী অত্তাতু থম্মনা মপুনাশি লেপ্লিবা মহাক অচুদি, অচুগা গৃহস্থাশ্রমদদি লৈরগা অপাম হুংশিদা থোইনা পুক্নীং চঙদনা, অকে অমৌগী থবক্তা থোইনা পুক্নীং চঙ্নবা মী মহাক অচুদি স্বর্গতু লাইনা ফংবা ঙম্মি, মাতু নঙোন্দা অরুবা থবক অমা ওইনা থোক্কে ॥ ১৮॥

মথম্ অসিদা শ্রীমহাভারততদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা ভৃগুভরদ্বাজ সংবাদগী চামগা মরিফুনিপালগুবা অধ্যায় লোইরে ।

—(০)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## একোণনবত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

( চামগামরিফুমাপলগুবা অধ্যায় )

### ভৃগুভরদ্বাজ সংবাদগী অরোইবা মতাং

### ভৃগুরুবাচ

বানপ্রস্থাঃ খল্বপি ধর্ম্ম মনুসরন্তঃ পুণ্যানি তীর্থানি নদীপ্রস্রবণানি সুবিবিক্তেষ্বরণ্যেষু মৃগমহিষবরাহশার্দ্দুল বন গজাকীর্ণেষু তপসান্তোঽনুসংচরন্তি ত্যক্তগ্রাম্যবস্ত্রাভ্যবহারোপভোগা বন্যৌষধিফলমূলপর্ণপরিমিত বিচিত্রনিয়তাহারাঃ স্থানাসনিনঃ কাশকুশচর্ম্মবল্কলসংবৃতাঙ্গঃ কেশশ্মশ্রু নখরোমধারিণো নিয়ত কালোপস্পর্শনা অস্কন্দিতকালবলিহোমানুষ্ঠায়িনঃ সমিৎকুশকুসুমাপহারসম্মার্জ্জনলব্ধবিশ্রামাঃ শীতোষ্ণবর্ষ পবনবিষ্টম্ভবিভিন্নসর্বত্বচো বিবিধনিযমোপযোগ চর্য্যানুষ্ঠানবিহিত পরিশুষ্কমাংসশোণিত ত্বগস্থিভূতা ধৃতিপরা সত্ত্বযোগচ্ছরীরাণ্যুদ্বহন্তে ॥১॥

---

ভৃগুনা হায়ঃ— মুনি ! বানপ্রস্থ হায়বা অহুম শুবা আশ্রমবু পালন তৌরিবা মহাক অতুন ধর্ম্মগী লম্বী লীক্লম কায়দনা, শেংলা শেংলব তীর্থদা, শেংলবা তুরেলশিংগী মপান্দা, চীংগী চেন্ থরুকপা ঈফুংশিংগী মনাক্তা, শজী ইরোই ওক মোংশা অতুগা বনগী শামুনা পল্লবা চীরুব বনশিংদা লাই মীংনা মীংনা বন অমদগী অমদা কোয়চৎ চৎতুনা লৈ। গৃহস্থ অমগী শীজিন্নফম ওইবা, ফজ-ফজরবা ফিরোল, হাউর-হাউরবা অচাথরুচিংবা বিষমভোগ ময়াম থাদোকতুনা, উমং রামংদা মশা মশা মথন্তুনা হৌজ-পাজনা, উহৈ রাহৈ মহৈ মরোং উরু র'রুবু চাং নাইনা থরদং চারগা মতম লেপ্লি। লৈমায় লৈনিহক্তা ফম্মি-হীপ্নি ! লৈপাক লৈনিহক্তা, হুংপাকথক্ত লৈতোইথক্তা হুংজ্রেং চেগাইন থল্লবা লৈপাক মথক্তা অতুগা উফুগ-উৎ মথক্তসু তুমহুনা অহিং লেপ্লি। শীংনাংনা কুশনা, শজী মউগ্না, উকুনা শাবা যিনা মশা অদু কুপশিল্লি। শম, কোই, খদাংকোই, খুজিল হু অসিনচিংবসিবু মানা মানা পোকপা মওংদা তায়বদি শেম্ম্ শারুবা ককলুবা তৌদনা অহুম লেঙদনা লৈবা মওংদা থম্ম থাকই। মতম চানা নিয়ম নাইনা স্নান তৌহুনা, মতমগী শরুক অমত মাঙ্গলন্দন বলিবৈশ্বদেব, অগ্নিহোত্র ( হোম ) ন'চংবা অদুম কায়দনা তৌই। অযুক্ত, যজ্ঞ তৌননবগীদমক্তা, যজ্ঞগী শীং, কুশ-মনা, লৈ শূনচিংবা থিরুবগা অতুগী তুংদা আশ্রমগী যুম অদু শীঙ্তোক খোংতোক-তুনা, কম্হোক কম্হোকতুনা নীংথিনা চনীং তানা পোথাই। নিংথমথা, ওশাংবা নোংজুথাগী অমানা থাঙবদা নোং-হুংশিংনা তক্তনা ফজিন্নদা, মথোক মথুংনচিংবা ঈকায় কায়। হুমিং খুদিং ব্রত নিয়ম পুথা ভাকপনা সংকর্ম্ম মথক্তা অনুষ্ঠান তৌহুনা লৈবনা লু-তোং পুথা কংশিল্লমই। মশাহু উনতনা কুপতুনা লৈ। হকচাংগী মকম মকমদা শরুমক্তনা কাখংহুনা লৈবহু উই।

যস্ত্বেতাং নিয়তশ্চর্য্যাং ব্রহ্মর্ষিবিহিতাংচরেৎ মদহেদর্পবদোষান্ জয়েচ্ছোকাংশ্চ দুর্জয়ান্ ॥২॥
পরিব্রাজকানাং পুনরাচারঃতৎযথা বিমুচ্যাগ্নিধনকলত্রপরিবর্হণং সংগেষ্বাত্মনঃ
স্নেহপাশানবধূয় পরিব্রজন্তি। সমলোষ্ট্রকাঞ্চনাস্ত্রিবর্গপ্রবৃত্তেষ্বসক্তবুদ্ধয়োঽ
রিমিত্রোদাসীনানাং তুল্যদর্শনাঃ স্থাবর— জরায়ুজাণ্ডজস্বেদজোদ্ভিজ্জনানাং ভূতানাং
বাঙমনকর্মভিরনভি দ্রোহিণোঽনিকেতাঃ পর্বতপুলিনবৃক্ষমূলদেবতায়তনান্যনুচরন্তো
বাসার্থমুপেয়ুর্নগরং গ্রামংবানগরে পঞ্চরাত্রিকা গ্রামে চৈকরাত্রিকা প্রবিশ্য চ
প্রাণধারণার্থং দ্বিজাতিনাং ভবনান্যসংকীর্ণ কর্ম্মণামুপতিষ্ঠেয়ঃ পাত্রপতিতায়াচিতভৈক্ষ্যাঃ
কামক্রোধদর্পলোভমোহকার্পণ্যদম্ভপরিবাদা ভিমানাহিংসা নিবৃত্তা ইতি ॥ ৩ ॥

---

অহুবু য়াম্না তপথনা মিপাইদনা অরাবা পুন্নমকসি খাঙহুনা লৈ ॥ ১ ॥ অহুগুম্বা বানপ্রস্থী অহুনা, ব্রহ্মর্ষিশিংনা তাক্লম্বা নিয়ম অহুগী মতুং ইন্না বানপ্রস্থগী ধর্মবু নিয়ম চুম্না ঙাক্লিবা মহাক অহুদি মৈগী মতৌগুম্না মশাগী দোষ পুম্ববু উৎ ওইনা মাঙহন্দুনা কংঙমত্রবা লোকপু পদবীবু ফংবা ঙম্মি ॥ ২ ॥ হৌজিক্তি, অসিগী মথংদা, সন্ন্যাসীশিং আচরণ ব্যবহারগী মরমদা হায়রগে। মাহুদি অসিনি :— হায়রিবা সন্ন্যাস হায়বা আশ্রম অসিদা চঙলবা মীহুদি—যাগযজ্ঞ লম্ব্রম-ফুপী, পরিবার, য়ুমগী পোৎচে পুন্নমক থাদোকতুনা, বিষয়ভোগ, অমগমগা তোরোৎ থাদানব মপানগী পোৎচেশিংদা থনম্বা-লৈরম্বা আসক্তি ( হকচিন্না পাম্বা ) পুন্নমক অসিগী থফা-অপুন্নবা পুন্নমকপু থদৎতুনা পুনসি চুপ্পগীদমক য়ুমদগী মপান থোকখ্রগদবনি—অমুক হল্লক্ররোইদোবনি। (মাসি সংসারদা অমুক পোক্রদবা-হল্লকত্রবা তম্বনি)। সনা মতুম অমগা লৈত্তুম অমগা অম্না ওইনা উবা তমখ্রগদবনি ধর্ম, অর্থ, কামগী থবক পুম্বদা মহাক্কী রাথল বুদ্ধি অহু চঙঙত্রবনি মরূপ-যেক্লবা অমগীসু অমগীসু ওইদবা মীশক অহুম অসিদা চপ মান্নবা মীৎকম থমখ্রগদবনি। লেঙদবা উপাম্বীনচিংবদা, মরূমদগী পোকপা, নওয়োম-লাওকমদগী পোকপা, কত্তবা নম্থি নম্গাইদগী-হুমাংদগী পোকপা, লৈপাক্তগী হৌরকপা পাম্বীনচিংবা জীব পানবশিংসিদা পুক্নীংনা রাহৈনা, থবক হিংসা তৌরুত্রবনি-তৌবসু হৌরত্রবান। আশ্রম মন্দির, থাংপোকশংনচিংবা শাহুনা লৈরুত্রবনি। মকম অমদা থিল ওইনা লৈররোইদোবান। পুনশিচুপ্পা, অমদগী অমদা কোয়চৎ চংতুনা লৈগদবনি। নোং চৌঙনচিংব তারক্লবা, অহিং মতম থেংখিবা থোক্লবদি অহিং অমনীদং লৈননবা, চীংসুং, তুরেল তীর্থনচিংবগী মপান, উগী উথা উরু, লাইশাং, নগর নত্রগা খুল-চীঙয়া তময়াদা চঙ্গদবনি, লৈগদবনি নগর ( সহর ) দনা অহিং মঙা, 'খুল লরায় থরায়দনা অহিং অমদগী হেন্না বানপ্রস্থ লৈররোইদবনি। প্রাণবায়ু অসিদং য়োন্তনা থম্নবা, গৃহস্থা ধর্ম্মবু পালন তৌরিবা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়, বৈশ্য দ্বিজাতি অহুম অসিগী য়ুমদা থোজান্না লেপপুহনা অফংবা থরদং নিহনা মাহনা

অভয়ং সর্ব্বভূতেভ্যো দত্বাযশ্চরতে মুনিঃ ন তস্য সর্ব্বভূতেভ্যো ভয়মুৎপদ্যতে ক্বচিৎ ॥৪॥
কৃত্বাগ্নিহোত্রংস্বশরীরসংস্থং শারীরমগ্নিঃ স্বমুখে জুহোতি
বিপ্রস্তু ভৈক্ষ্যোপগতৈর্হবিভি শ্চিতাগ্নিনাং মত্রজতেহিলোকম্ ॥৫।
মোক্ষাশ্রমং যশ্চরতে যথোক্তং শুচিঃ সুসংকল্পিতযুক্তবুদ্ধিঃ
অনিন্ধনং জ্যোতিরিব প্রশান্তং স ব্রহ্মলোকং শ্রয়তে মনুষ্যঃ ॥৬॥

## ভরদ্বাজ উবাচ

প্রস্মাল্লোকাৎ পরো লোকঃশ্রূযতেনোপলভ্যতে। তমহং জ্ঞাতুমিচ্ছামি তৎ ভবান্ বক্তুমর্হতি ॥৭॥
উত্তরে হিমবৎ পার্শ্বে পুণ্যে সর্বগুণান্বিতে। পুণ্যঃ ক্ষেমশ্চ কামশ্চ স পরোলোক উচ্যতে ।।৮।

---

জীবিকা ওইগদৌবনি। চঙঙ্‌রিবা যুম অত্থনা যান্না সংকীর্ণ ওইরবদি হায়বদি লাযনবদগী যুম অহু য়ান্না থুরবা অরাবা-ইকাইবদগী মী অমফাওবা চঙহন্নীডদবগী মওংদা লৈরবদি, মাহুদা চঙঙ্-রম্নোইদৌবনি। চীম্বোক্লা থোইনা হায়জরুবা-নিজরুবা তৌদনা, ভিক্ষাপাত্র অহুদা চনবা অহুক্তা মরোগদবদি। অপাম্বা, অশাউবা, নাপল থোয়বা মিচৌবা কাহেন্নম্না পাম্বা, সুমহৎপ, লীকপা মীবু নিন্দা তৌবা, হিংসা অমদি লেংকবা—অসি পুম্নমকপু থাদাকদবনি। মথোয়সদগী যান্না লাপথোক্লা লৈগদবনি ॥৩॥ মাসিগী মতাংদা অশুম্না হায়রে—ককাগুম্ব অমগী মশাদা, অর্কবা জুংঙাইতবা পোকহন্দনা, মীগী থম্মোয়দা ঙিন্দবা মরিল লৈবগুণ হা অনা, কোয়চৎ চৎলিবা সম্যাসী মহাক অত্থদি করিগুম্বা জীবজন্তু অমগী মকমদগী ঙকিবা চিংনবা কায়মতা লৈতে ॥৪॥ অগ্নিহোত্র ( যজ্ঞ ) বু মশা মথক্তুগী হকচাং পানুশিন্দুনা, হকচা মুংদা লৈরিব মৈ ( অগ্নিদে ) কছুগী উদ্দেশ্যদা ( মৈ অহুদা কৎলিবনি, হোম তৌরিবনি হায়না লৌহুনা ) নোংমগী থরদং কংলিবা ভিক্ষা অহুবু ময়াদা থাদরিবা ( চারিবা ) অত্থগুম্বা ব্রাহ্মণ সম্যাসী অহুদি শরীরমকদগী লৈবু চিংথোকতুনা যজ্ঞ তৌরিবা অগ্নিহোত্রীশিংতুনা ফংলিবা পদবী ( ধাম ) অহু ফংঙি ॥৫॥ মশাগী বুদ্ধিদা সংকল্প য়াওদ্রম, মহুং মপান পুমনোং শেংনা শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা, মোক্ষাধর্ম হায়বদি সম্যাসাধর্মবু পালন তৌরবা মহাক অথাদি, শীং য়াওদনা মথন্ত চাবচবা মৈগুম্বা, মঙালগী মশাক্ত ওইবা, ব্রহ্মলোকপু ফংবা ঙম্মি ॥৬॥ ভরদ্বাজনা হায় :- ব্রহ্মন্! লৈরিবা উরিবা লোক অসিদগী হোঙাম্বা পরলোক হায়বা অমা লৈ হায়বসি তাবদা মঙায়। উবদি থক ফংনদে। মাসি কদায়দনো, কৃপা তৌবিহুনা অমুক্তা তাকপিয়ু ॥৭॥ ভৃগুনা হায়:— মুনি! অন্নাংলোবদা হিমালয়গী নাকল অমদা গুণ পুম্নমক্না ত্তিন্নবা, পুণ্য চেন্নবা দেশ অমা লৈ। [illegible] অহু অথোইবা মকম্নি হায়রৈ। মাহু শেংলবা মঙলগী মশাক ওইরবা নীঙথিজরবা লোক [illegible] ওইবা লৈব্রনি

তত্র হ্যপাপকর্মাণঃ শুচয়োঽত্যন্তনির্ম্মলাঃ লোভমোহপরিত্যক্তা মানবা নিরুপদ্রবাঃ ॥ ৯ ॥
স স্বর্গসদৃশোদেশস্তত্র হ্যুক্তাঃ শুভাগুণাঃ কালে মৃত্যুঃ প্রভবতি স্পৃশন্তি ব্যাধয়ো ন চ ॥১০॥
ন লোভঃ পরদারেষু স্বদানিরতো জনঃ নান্যোন্যং বধ্যতে তত্র দ্রব্যেষু চ ন বিস্ময়ঃ ॥১১॥
পরো হ্যধর্ম্মো নৈবাস্তি সন্দেহোনাপিজায়তে। কৃতস্য তু ফলং তত্র প্রত্যক্ষমুপলভ্যতে
পানাশনাশনোপেতাঃ প্রাসাদভবনাশ্রয়াঃ ॥ ২ ॥
সর্ব্বকামৈর্বৃতাঃ কেচিদ্ধেমাভরণভূষিতাঃ। প্রাণধারণমাস'তু কেষাং চিত্তুপপদ্যতে।
শমেণ মহতা কেচি কুর্ব্বন্তি প্রাণধারণম্ ॥ ১৩ ॥
ইহ ধর্ম্মপরা কেচি কেচিন্নৈকৃতিকা নরাঃ সুখিতা দুঃখিতা কেচিন্নির্ধনা ধনিনোঽপরে ॥ ১৪॥
ইহ শ্রমো ভয়ং মোহঃ ক্ষুধা তীব্রা চ জায়তে। লোভশ্চার্থকৃতো নৃণাং যেন মুহ্যন্তি পণ্ডিতাঃ ॥১৫ ॥

---

॥ ৮ ॥ মফম অদুদা, পাপকী শরুক য়াওদ্রবা, লুরবা অপাম্বা মিহোবা য়াওদ্রবা, কন্নিগুম্বা মওংগী উপদ্রব অমত্ত ফংদ্রবা, তাইবং মী জাৎ অমা লৈ ॥ ৯ ॥ দেশ অদো, স্বর্গগা অম্মানি, স্বর্গমক্রি। মফম অদু গুণ পুন্নমক্কী তুংনফম্নি হায়রৈ। মফম অদুদা লৈবা মীশিং অদু অনা অয়েক য়াওদনা পুর্ণায়ু ফং ফংদুনা শি আধি ব্যাধিনচিংবা করিগুম্বা রোগ অমত্তনা মফম অদুদা চঙবা গুমদে ॥ ১০ ॥ মফম অদুদা লৈবা মী থুদিংমক্কী থম্মোয়দা পুক্নীংদা অতোপ্পগী চুপী অঙাংদা মিহোক্লবা পাম্মুবা লৈতে মফম অদুদা লৈবা মী থুদিংমক মাগী মাগী চুপীদা ০ত্তনা অতোপ্পা অমগী চুপীদা নমীৎনা হংগৎনা য়েংমদে। লল্লথুংগীদমক অমগমগা থৎন-চৈনবা হাৎন থিন্নবা তৌনদে। অমন অমবু ওরাব' খুদোংথীব'. অথা অপুন্দা তানহন্দে মখোয় খুদংগী পুক্নীংদা অঙকপা, অকিবা চিংনবগী রাখল অমত্তা লৈনদে। অধর্ম হায়বসি মফম অদুদা মমি কাওবা তাদে। কনাগুম্বা অমত্তগী পুক্নীংদ কারিগুম্বা বিষয অমগী মরমদ চিংনবা ( সন্দেহ ) ওমত্তা পোক্তে ॥ ১১ ॥ মফম অদুদা তৌবা কর্ম্মগী ফলদি খুদক্তা মীৎন' শংশানা ঙ্রক্ত উই হায়রৈ। মফম অদুদা লৈবশিংদুদি কজ ফজরবা, রাং চাউরবা যুমদা লৈ। তুম্ফুম ফম্ফমচিংবা য়াম নীঙথিজ্জে। অচাথক হাউর-ভাক্ত চায় হায়রৈ ॥ ১২ ॥ অপাম্ব-নীংব পুন্নমক থুংলবা, সনাতনা শাবা ফীজোস্তুনা লৈতেংবা অদুগুম্বা মী ঙাক্তুনি। লোক অসিদদি থরনা মখরায় হিংনবগীত অকংবা থর চায়, অতুগা থরনা য়াম্ন কম্না নোমতুনা তপস্যাগী মশক ওইবা পুনশিবু মরাং কায়না হুংঙায়না মতম লেপ্পি। ( মফম অদুদদি মী পুম্বা চপ মাম্রনা হুংঙাইনা লৈ ) ॥ ১৩ ॥ অদুগা লোক অসিদদি থরনা য়াম্না ধর্ম চেপ্পি, অদুগা থরনা লাখিনা ডাকু ওই। অদুগা থরনা হুংঙাই, থরনা রায় নংঙি। থরনা ঈনাক থুপ্পি, থরনা য়াম্না লায়রৈ ॥ ১৪ ॥ লোক অসিদদি নোম্ব কনবা রাব চোকথবা অকিবা গুমহৎপা অরাম থৌরাংবা হায়বদু ভত্তনা লৈ। মফম অসিদদি মী পুম্বা লেললগী লম্বুমগী লোত্তী ওই।

ইহ বার্ত্তা বহুবিধা ধর্মধর্মস্য কারিণঃ ॥ মতদ্বোদাভয়ং প্রাজ্ঞঃ পাপানা ন স লিপ্যসে ॥১৬॥
সোপধং নিকৃতিঃ স্তেয়ং পরিবাদো হ্যসূয়িতা । পরোপঘাতো হিংসা চ পৈশুন্যমনৃতং তথা ॥১৭॥
এতানাসেবতে যস্তু তপস্তস্য মহীপতে । যস্ত্বেতান্ নাচরেদ্ বিদ্বাংস্তপস্তস্য প্রবর্ধতে ॥ ৮
ইহ চিন্তা বহুবিধা ধর্ম্মাধর্মস্য কর্ম্মনঃ কর্ম্মভূমিরিয়ং লোকে ইহ কৃত্ব শুভাশুভম্ ।
শুভৈঃশুভমবাপ্নোতি তথাশুভাশুভথান্যথা ॥ ১৯ ॥
ইহপ্রজাপতিঃ পূর্ব্বং দেবাঃ সর্ষিগনাস্তথা । দৃষ্টেষ্ট্রৈতপসঃ পূতা ব্রহ্মলোকমুপাশ্রিতাঃ ॥ ২০ ॥
উত্তরঃ পৃথিবীভাগঃ সর্বপুণ্যত্তমঃশুভঃ । ইহভাস্তত্র জায়ন্তে যে বৈ পুর্ণকতো জনাঃ ॥ ২১ ॥
অসৎকর্ম্মাণি কুর্ব্বন্তিস্তির্যগযোনিষুচাপরে ক্ষীণায়ুষস্তথা চান্যে নশ্যন্তি পৃথিতলে ॥ ২২॥
অন্যোন্যভক্ষণাসক্তা লোভমোহসমন্বিতাঃ । ইহৈব পরিবর্ত্তন্তে ন তে যান্ত্যুত্তরাংদিশং ॥২৩॥

---

অহুমতুনা অপঙবশিংনা শুমহৎপগী লাংদা থুঙনা লৈ ॥ ৫ ॥ লোক অসিদদি ধর্ম অমদি অধর্মগী থবক তৌবা মী কয়া কয়াগী মথল মথা অয়াম্বগী ঈ-পাউমক্তা তাম্ন । ধর্ম অমদি অধর্মগী মহৈবু মুয়া থঙলবা অহুগুম্বা বিদ্বান পণ্ডিতশিংনা পাপকী থবক্তা পুক্নীং থক চঙঙ্দে ॥১৬॥ নমথাক-লোনম, মরৈময়া চাউবা, হুরানবা, মীবু নিন্দা তৌবা, মীগী মরাল থিব মীগী মাঙন তাক্লনবা শীনবা, অতোনবা জীব পানবশিংদা হিংসা তৌবা, চীরোল তৌবা, মীগী তুংদা থীনা চাংবা, মীনম্ব, ওইদবা-মীনম্বা ঙাঙবা হায়রিবা ফত্রবা গুণশিংসিবু লোইবিবা মী মহাক অহুগী তপস্যা অহুদি নোংম নোংমগী অসুম থর থর হন্থয়কই—পীকশিল্লকই । অহুগ হায়রিব দোষশিং অসিদ পুক্নীং চঙঙ্দবা বিদ্বান অহুগী তপস্যাগী মহৈ অহুদি নোংম নোংমগী অসুম থর থর হেনগৎলকই ॥ ১৭ ১৮ ॥ লোক অসিদদি পাপ পুণ্যগী মরমদ তোঙাল তোঙাম্বা বিচার অসি য়াম্না থোরকই, অমগমগা য়েংনরি । লৈরিবা লোক অসে কর্মভূমিনি লোক অসিদা লৈবা মীদি অফবা থবক্কী অফবা মহৈ ফজবা থবক্কী ফত্তবা মহৈ ফংঙি ॥ ১৯ ॥ লোক অসিদা, মমাংদৈদা প্রজাপতিন লাইশিংনা অহুগা ঋষিশিংনা যজ্ঞ অমদি তপস্যা তৌদুনা ব্রহ্মলোক ফংখি ॥ ২০ ॥ পৃথিবীগী অরাং থংবা শরুকসে য়াম্ন শেংবা অমদি মহামঙ্গলগী মপাক্ত লোক অসদা শিখিবা, পুণ্যাত্মা ওইবা মী মহাক অহুদি মঙ্গলগী মশক ওইনরবা লমদম অহুদা পোকলুই ॥ ২১ ॥ লোক অসিদা পোক্লগা পাপ কর্ম তৌবা মী মহাক অহুদি শা উচেক্কী মপোক্তা পোকলুই অহুগা থরনা পুর্ণশ কফখিহুনা পাতালদা চৎখি পোকলুই ॥২২॥ অপাম্বা মিহোবনা ওন্নবা মীগী ঈ চুপ্পনবগী লোৎমব কত্রবশিং অহুদি লোক অসিদা হকং হন্দা পোকতুনা শিহুনা লৈ । [illegible] অরা থংবা পুণ্য চেন্নবা লোক অহুদা থক পোকলুদে, য়ৌব ঙমদে ॥২৩॥ পুক্নীং [illegible] লাকশিন্দুনা, ব্রহ্মচারী

যে গুরূনপর্য্যুপাসন্তে নিয়তাব্রহ্মচারিণঃ পন্থানং সর্ব্বলোকানাং বিজানন্তি মনীষিণঃ ॥২৪॥
ইত্যুক্তোঽয়ং ময়া ধর্ম্মঃ সংক্ষিপ্তো ব্রহ্মনির্ম্মিতঃ। ধর্মাধর্মৌ হি লোকস্য যো বৈ বেত্তি স বুদ্ধিমান ॥২৫

## ভীষ্ম উবাচ

ইত্যুক্তো ভৃগুণারাজন্ ভরদ্বাজঃ প্রতাপবান্। ভৃগুং পরমধর্ম্মাত্মা বিস্মিতঃ প্রত্যপূজয়ৎ ॥২৬॥
এষতে প্রসবোরাজন্ জগতঃ সম্প্রকির্ত্তিতঃ। নিখিলেন মহাপ্রাজ্ঞ কিং ভূয়ঃশ্রোতুমিচ্ছসি ২৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বনি মোক্ষধর্ম পর্বণি
ভৃগুভরদ্বাজ সংবাদে একোনবত্যধিকশততমোধ্যায়ঃ।

—(০)—

---

ওইচুনা গুরুজনশিংগী সেবা পুজাদা পুক্নীং চঙবশিং অদুদি লোক পুম্নমক্কী লম্বীশিং অদু লোইনা থংডে ॥ ২৪ ॥ ব্রহ্মানা তাকখিব ধর্মগী মরম অদু ঐনা নঙেন্দা শম্পৎনা ফীরবনি। লোক অসিদা পোকপা মীনা তৌবা য়াবা হৌনবা থবক্কি, তৌবা য়াদবা হৌনদবা থবক্কি হায়না খল্লা কর্ম্ম তৌরিব মহাক অদু বুদ্ধিমাননি, অশিংবনি ॥২৫॥ ভীষ্মনা হায়ঃ— নিংথৌ ! ভৃগুনা অসুম্না হায়ববা তংদা পুণ্য চেল্লবা, মতৌক মগুন চাওববা ভরদ্বাজনা ভৃগুগী স্তুতি তৌখি, ইঙক ওয়া, অনৌবা ত্রুন ফংলদা ভৃগুগী পুক্না তৌখি। ২৬ বুদ্ধি লৈববা, শিলবা নিংথৌ ! জগৎকী উৎপত্তিগী মরমদা ঐনা লোইনা নঙোন্দা ফীরবনি। হৌজিক কবি অমুক তানীংলি ? ॥ ২৭ ॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতকী, শ্লোক লাখ চানবা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা ভৃগুভরদ্বাজ সংবাদগী চাপ্পা মনিফুবা-গী অধ্যায় লোইরে।

—(০)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## নবত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ।

( চামগামরিফুতরাশুবা অধ্যায় )

পাপ পুণ্য ধর্ম অধর্মগী আচার বিচার

### যুধিষ্ঠির উবাচ

আচারস্য বিধিং তাত প্রোচ্যমানং ত্বয়ানঘ। শ্রোতুমিচ্ছামি ধর্মজ্ঞ সর্বজ্ঞো হ্যসি মে মতঃ ॥১।

### ভীষ্ম উবাচ

দুরাচারা দুর্বিচেষ্টা দুষ্প্রজ্ঞা প্রিয়সাহসাঃ। অসন্তস্ত্বিতিবিখ্যাতাঃ সন্তশ্চচারলক্ষণাঃ ॥২।

পুরীষং যদি মূত্রং যেন কুর্বন্তি মানবাঃ। রাজমার্গে গবাং মধ্যে ধান্যমধ্যেচ তে শুভাঃ ৩

শৌচমাবশ্যকং কৃত্বা দেবতানাং চ তর্পণম্। ধর্মমাহুর্মনুষ্যাণামুপস্পৃশ্য নদীং তরেৎ ৪॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হংঙি :— ধর্মগী তত্ত্ববু মুন্না খঙবিরবা ঈবুধো! ঐনা হৌজিক ঈবুধোদগী তাজনীংবদি আচার বিচারগী মরমমুদানি ঈবুধোদ ঐরম পুন্নমক লোইন খঙবিরবনি ॥১॥ ভীষ্মনা হায় :— নিংথৌ! শাজৎ ফজদ্রেব, ফত্তবা থবক্ত তৌগদবগী হেৎনবা, মত্রব রাখস্ত মতৌবা, ফত্তবা থবক্তা তৌক মথোন উৎনীংবা, মখোয় অদু দুষ্ট মী হায়না খাংনা হায়নৈ খঙমৈ শ্রেষ্ঠ ওইবা অথোইবা অফবা মীদ ফুমিৎ চুপ্পা অফবা থবক তৌবত মপামজে; মখোয়দুদি সদাচারীনি। সদাচার ( শাজৎ ফজনা চুম্না চৎপা ) তনা মখোয়গী পুনসিগী লক্ষ্যনি (উদ্দেশ্যান) ॥২। মী থাইনা চংনবা লম্বীদা ( সড়কতা ), শম্বীশিংনা লৈরিবা-কুপ্লবা সরক্তা মহৈমরোং কৌচেং থারিবা হৌরিবা লৌবুক্তে, অমাং অশোয় তৌদবা মী অদো সদাচারীনি অফবা-অথোইবা মীনি ॥৩॥ ফুমিৎ খুদিং মাংথোক খোত্তোকউবা মপান ঈপান হেক হেক থাকপদা চীন তেংথোকদবনি আচমন তৌগদবনি। ঈচেল নাইনা চেনবা ঈশিংদা, তুরেন্দা স্নান তৌগদবনি। মাগী মাগী অধিকারগী মতুং ইন্না, হায়বদ ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য ওইবগী অধিকারগী মতুং ইন্না সন্ধ্যা উপাসনা তৌগদবনি, পিতৃলোক দেবতাশিংগী তর্পণ তৌগদবনি। মাসি, অদৈ অশিংশিংনা তাইবং মী পুন্নমক্কী তৌগদব ধর্মনি হায়নৈ * ॥৪॥ ফুমিৎ খুদিং সূর্যদেব ( ফুমিৎ ) রোমদা

---

টীকা :— সন্ধ্যাতর্পণচিংবা তৌনদবা ডাগী সমাজগী মফমদা "তাইবংমী পুন্নমক্কী তৌগদবা ধর্মনি" হায়বসি রানিংফম থোক্তে। অদুবু অসিদা হায়রিবা ভাবতি :— মত্র হৌদি তুংশিন্দুনা লৈরোক্লদোবা, ঈচেন্নাংবা ঈশিংদা, ঈকজরগা লম্নাইগী চাব-থকপনচিংবা তৌত্রিতৈদো মাগী মাগী ধর্মসমাজগী লৈনরিবা দেবতাশিংবু নীঙশিংবা, লৈজবা থরা অথোক্কপা হায়বসি, পৃথিবীগী কল্লিগুম্বা জাতি সমাজ সম্প্রদায়গী তাইবং অমত্তনা রারোইদৌবা থক লৈতে। অদুনা তাইবংগী পুন্নমক্কী ধর্মনি হায়বনি। —কালাচাঁদ।

সূর্যং সদাপতিষ্ঠেত ন চ সূর্যোদয়ে স্বপেৎ সায় প্রাতর্জপেৎ সন্ধ্যাং তিষ্ঠন্ পূর্বাং তথেতরাম্ ॥৫॥
পঞ্চার্দ্রো ভোজনং প্রাঙমুখো মৌনমাস্থিতঃ ন নিন্দ্যাদন্নভক্ষ্যাংশ্চ স্বাদ্বস্বাদু চ ভক্ষয়েৎ ॥ ৬ ॥
আর্দ্রপাণিঃ সমুত্তিষ্ঠেন্নার্দ্রপাদঃ স্বপেন্নিশি । দেবর্ষির্নারদঃ প্রাহ এতদাচারলক্ষণম্ ॥ ৭॥
শুচিংদেশমনড্বাহং দেবগোষ্ঠং চতুষ্পথম্ ব্রাহ্মণং ধার্মিকং চৈত্য নিত্যং কুর্যাৎ প্রদক্ষিণম্ ॥৮॥
অতিথীনাং চ সর্বেষাং প্রেষ্যাণং স্বজনস্য চ সামান্যং ভোজনং ভৃত্যৈঃ পুরুষস্য প্রশস্যতে ॥৯।
সায় প্রাতর্মনুষ্যাণামশনং বেদনির্মিতম্ নান্তরা ভোজনং দৃষ্টমুপবাসী তথাভবেৎ ॥১০॥
হোমকালে তথাজুহ্বন্নৃতুকালে তথাব্রজন্ । অনন্যস্ত্রীজনঃ প্রাজ্ঞো ব্রহ্মচারীতথাভবেৎ ॥১২।
অমৃতং ব্রাহ্মণোচ্ছিষ্টং জনন্যা হৃদয কৃতম্ । তজ্জনাঃ পর্য্যুপাসন্তে সত্যংসন্তঃ সমাসথে ॥১১॥

---

ওনথক্না উপস্থান ( স্তুতিপূজানচিংবা ) তৌগদবনি। নুমিৎ থোরক্লগদৌবা, মতমদা অমুক তুমথদবা চৌনদে। নুমিদাংবাইরম—অযুক মতম অসিদা নুমিৎখুদিং সন্ধ্যা তর্পণ তৌগদবনি গায়ত্রী মন্ত্র জপ তৌগদবনি ॥৫। খুৎ অনি, খোঙ অনী, চীন অঙ্গ মঙা হাম্দোক শেংদোক্লগা মায় নেংপোক ওন্না ভোজন তৌগদবনি। চাবিৎত মতমদা রা ভাঙোইদৌবনি। য়েল্লক্লিবা চাক য়েঙ্খাংগী হাউই হাউতে হায়না নিন্দা প্রশংসা তৌরোইদৌবনি হাউববস্যু হাউত্রনস্যু প্রেনগা লোয়নন', য়াম্না তৈনিংনা চাগদবনি ॥৬। চাব লোইরগা খুৎ হাম্দোক্লগা আচমন তৌরগা ফম্ফমদগী হৌগৎকদবনি। তুম্বা হীগ্র' মতমদা খোঙ চাংনা চোংনা থক্ হীপলোই তুমলোইদৌবনি। দেবর্ষি নারদনা মাসিস্যু সদাচারনি হায়রম্মি ॥ ৭॥ যজ্ঞশঙনচিংবা অশেংবা মফম, শল্লাবা লাইশঙ মন্দির, লম্লোং মরিফাংবা, ব্রাহ্মণ, ধর্ম্মাত্মা ওইবা মীশক, দেবতাগা মরী লৈনবা ( বট, সনা খোংনাংপাম্বী, তুলসী অসিনচিংব ) উপাম্বী মথোয়সিবু য়েৎ ওইননা থম্মগ্ হুনা চৎথিগদবনি আতপি লাকপা মতমদা, শাগৈ নাত্তে মরুপ-মপাং লাকপদা, গৃহস্থহুনা মাওগী থোংভি থাকলিবহু, মযামগীহুগা চপমান্নমা থোংথাক্ হনগদবনি। অহুগুম্বা গৃহস্থী অহু অথোইবনি সদাচারীনি হায়না লৌনৈ ।৮—৯॥ শাস্ত্রদা, অমুকা নুমিদাংরাইরমগা মতম্ অনীসিতদা চাননবগী বিধান পী। মবক্তা চাননবগী অমুক চাননবগী বিধি লৈতে। নিয়ম অসিবু ভাক্লিনহু ব্রতউপবাস তৌবগী মহৈগা চপমান্নমা মহৈ ফংঙ ।১০॥ হোম যজ্ঞ তৌবা মতমদা নুমিৎখুদিং চাং নাইনা তৌবা ঋতুস্নান নুমিত্তা নুপীগা তিন্নবা, অতোপ্পগী নুপীদা মীৎ থম্মুদবা, অশিংবা মী মহাক অদো ব্রহ্মচারীগা চপ মাইন্নি ॥১১॥ জ্ঞানী ব্রাহ্মণনা হাপ্রবা ( চাপ্রবা অহুকী লেমহৌবদো অমৃতগা অম্মানি। মাহুগী ঈমাগী অমৃত থোমলা গা অম্মানি। মাহুনু ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়নবা সেবন তৌরিবা মী মহাক অহুদি সত্যস্বরূপ ওইবা ব্রহ্ম

দৈ ঁউমদা তৃণচ্ছেদো নখখাদী তু যো নরঃ নিত্যোচ্ছিষ্টঃ শংকুশুকো নেহায়ুর্বিন্দতেমহৎ ॥১৩।
যজুষা সংস্কৃতং মাংসং নিবৃত্তো মাংস ভক্ষণাৎ। ন ভক্ষয়েৎ বৃথামাংসং পৃষ্ঠমাংসং চ বর্জয়েৎ ॥১৪।
স্ব দেশেপরদেশে বা অতিথি নোপবাসয়েৎ। কাম্যকর্মফলং লব্ধা গুরুণামুপপাদয়েৎ ।১৫।
গুরুভ্য আসনং দেয়ং কর্ত্তব্য চাভিবাদনম্ গুরুনভ্যর্চ্য যুজ্যন্তে আয়ুষা যশসা শ্রিয়া। ১৬॥
নেক্ষেতাদিত্যমুদ্যন্তং ন চ নগ্নাং পরস্ত্রিয়ম্। মৈথুন্যং সততং ধর্ম্যং গুহ্যে চৈব সমাচরেৎ ॥১৭॥
তীর্থানাং হৃদয়ং তীর্থং শুচীনাং হৃদয়ং শুচিঃ সর্বমার্য্যকৃতং চৌক্ষ্যং বালসংস্পর্শনানি চ। ১৮।

পরমাত্মাবু ফংবা ঙম্মি ॥১২॥ থবক ঈরৈ লৈত্তনা লৈত্তুম্ব থুগাইরিবা * (১) নাপীবু থদত্তুনা চী রুবা, খুজীন্ চীকপা, খুৎ-চীন অনীমক ঈমাংত্ত-মাংনা লৈব, মহাক অত্থু উচুক্তা পুন্দুনা লৈবা তেনরাগা চপমান্নবা মীরা তাহুনা মীথা পোন্দুনা লৈ পুনশি তেল্লি ॥১৩॥ শা চাদবা মহাক অত্থদি যজুর্বেদগী মন্ত্রনা শেংদোক্লবা শা অত্থু ফাওবা চারোইদোবনি। অর্থ য়াওদবা মরম ঈরৈ লৈতবা মাংস অত্থুগা শ্রাদ্ধগী যজ্ঞগী লেমহৌবা থাদোকদবনি চারোইদোবনি ॥১৪॥ মরৈবাক্ত খঙদে, মীরৈবাক্ত খঙদে, মনাক্তা লাকপা চঙজরকপা মীবু চরাম চদৎননা, লামহন্না থন্ন লৈংল্লোইদোবনি। সকাম কর্ম তৌহনা, দেবতা ওত্থুগী দমক্তুনি হায়না তৌরিবা যজ্ঞ অমদি কর্মত্থগী মহৈ অদো ঈগী হান্ন' গুরুদেবদা কথোকদবনি ॥১৬॥ য়ুমদা গুরুজনশিং লেঙলক্লবদি, ফুক হৌগৎতুনা মত্তীকচাবা আসন থাগববনি। আসনদা ফমহন্নগা মীঙথিনা তপান্না ভক্তি তৌনা খুরুমগদবনি। অত্থগী তুংদা লৈজবা পোংশক্লা সেবা পূজা তৌগদবনি, পেলহনগদবনি। অস্নুন্না তৌরবদি, পুনশি, মিংচৎ অমদি লক্ষ্মী সম্পত্তি ফংঙি। ১৬। হেক থোরকলিবা নুমিৎলোমদা য়েংলোইদোবনি মফি মরোল য়াওত্রিবী মীগী নুপীদা থক য়েংঙ্গুরোই-দোবনি। ঋতুস্নান লোইরগা লম্বাইগী নুপীগা অচিপদা সম্ভোগ তৌগদবনি ।১৭। তীর্থপুম্নমক্তগী

* টীকা ১) লৈতুমহুগী মমুংদা পীক্ন পীরবা জীব কয়া কয়ানা হুংঙাইতনা লৈরম্বহ মাই। মহৈ মরোং থামবা, জীব কয়া কয়াগী উপকারগীদমক মরম লৈবা লৈপাক তৌথাইবদি দোষ লৈতে।

† টীকা (২) শেংলবা থম্মোয়মুংদনু লুপত্রিমখেদি হায়বদি কাম ক্রোধ লোভ মোহনচিংবা মোৎলবা লৈথোমশিং অমি য়াওত্রবা শেংলবা পবিত্র ওইরবা থম্মোয়মুংহুবু থবাই হকচাং অনীমক লুপত্রিমখৈদি গঙ্গা যমুনাগী মপানগী ঈশিংদা লুপপুবনদি করিমত্তা ওইরোই। মুমিৎখুদিংগী চুমগী ঈশিংদা, তুরেন্দা লুপপুবত্থগা অঙ্কানি। গঙ্গাদা লুপপুরগা কাম ক্রোধনচিংবু অত্থম পুহুনা মরাপবদি গঙ্গাকাতাবু অপাকাপ তৌবদি। অহোয়মহুম পাপ পুগনি। শিষ্টশিংনা তৌরবগী তৌবনি হায়রিবা মখেদি মাই। আধুনিক কলি কদা কদাগুবা তীর্থভ্রমণ তৌরগা কক্রি কাথৈ হায়নরিবসি মরম অমি লৈবদনি। থম্মোয়শেংবা অমুক্তা গঙ্গাদা লুপপুরগদি, মাহুগীদি কক্রি হায়দনি। মঙ্গোমলা চিনি থাদবত্তবনি।—কালাচাঁদ।

দর্শনে দর্শনং নিত্যং সুখপ্রশ্নমুদাহরেৎ। সায়ং প্রাতশ্চ বিপ্রাণাং প্রদিষ্টমভিবাদনম্ ॥১৯॥
দেবাগারে গবাং মধ্যে ব্রাহ্মণানাং ক্রিয়াপথে। স্বাধ্যায়ে ভোজনে চৈব দক্ষিণং পানিমুদ্ধরেৎ।২০॥
সায়ং প্রাতশ্চ বিপ্রাণাং পুজনং চ যথাবিধি পণ্যানাং শোভতে পণ্যং কৃষীণাং বাদ্ধতে কৃষিঃ ॥২১॥
বাহুকারং চ সস্যাণাং বাহে বাহো গবাং তথা সম্পন্নং ভোজনে নিত্যং পানীয়ে তর্পণং তথা ॥২২।

---

খাইদগী অথোইবা তীর্থদি থম্মোইনি * (১) মপানগী অশেংবা পোশক্কি হায়তুনা লৈরিবশিং অসিদগী অশেংবা থম্মোয়না খ্বাইদগী শেংবনি। অসিগুম্বা অশেংবা থম্মোয় চেনবা অথোইবা সজ্জনশিংনা চৎলিবা শাজৎ ব্যবহার অতুনা খ্বাইদগী হেন্না মতৌ তম্নীংঙায় ওইবা লমচৎ ব্যবহারনি। কাঙহাই চামবনচিংবা শা-উচেক্কী মতুমমৈনচিংবা পোৎপু শোক্লগা মাংনদ্রিবা শেংনবিবসি, হায়যিবা সজ্জনশিংতুনা তৌনরকপা চৎনরকপদগীনি।১৮॥ থঙন-চান্নবা মীগা লম্বী ঈংথাংদা উনরবদি, নীংথিনা মঙ্গল ওইবা ঈ-পাউ হংনথোৎনগদবনি। অয়ুক নুংগিদাং রাইরম্ মতম অনীদা জ্ঞানী ব্রাহ্মণগী নাক্তা চৎলগা অম্নুক থুরুম্মুগদোবনি, মসি শাস্ত্রগী য়াথংনি।১৯ লাইশং মন্দিরদা, শম্বী-শন্নাউ মরক্তা, ব্রাহ্মণন চিংবগী যজ্ঞগী থবক্তা, শাস্ত্রত মৈঙৈ নৈনরিঙৈ মরক্তা, থুংকী প্রয়োজন ( দরকার ) লৈরবদি, য়েথংবা থুংভাক্তা শীজিন্নগদবনি।২০। অয়ুক নুমিদাং রাইরম মতম অনীসিদা বিধি কায়দনা ব্রাহ্মণগী পূজা তৌগদবনি মসি লল্লোল ইতীক থবকথানাগী মশুংদা, য়াম্না ফবা কান্নবা থবক ( ব্যাপার ) অমগুম্না থোইনা নীংথিজে। অতুগা লোউ শীংউবা মহৈমরোং থাবগী থবক্তা য়াম্না কান্নবা মহৈ থানবা কৃষিকর্ম ( লোউবগী থবক ) অতুগুম্বনি। ব্রাহ্মণবু লাইগুরুবু পূজা তৌরিবা মহাক্কী মহৈ মরোং চাথোক সম্পত্তিদি অসুম চাওথতুনা লৈবনি। মাঙোম্দদি বাহন ( পোৎ হোন্নবা ) শিংগী মনুংদা মশা ফরবা গো ( শল্ )গী জাতি অতু ফংবদা লায়না হোঙনা থোকই।২১২॥ পীজন্নবা তুংদ, দান তৌরিবা পীজরিবা মহাক অতুনা, চারিবা অতিথি ব্রাহ্মণনচিংবতুদা করম্ তৌবগে হাউত্রব্রা?" অসুম্না হংগনি। চারিবতুনসু "য়াম্না নীংথিনা ঐবু পীজবীরে" অসুম হায়না খুমগনি। ঈশিংনচিংবা পীথক্লবা তুংদসু "পেল্লব্রা, থকপিথিগত্রা?" অসুম হায়না হংগদবনি। অতুগা থক্লিবা মী অতুনসু "এ, য়াম্না নুংঙাইরে, পেঞ্জরে" অসুম হায়না খুমগনি শঙ্গোমক্কীরনচিংবা পীজবা মতমদসু "করম তৌবগে, চাবা হাবা য়াত্রবরা?" অসুম হায়না হংগনি, চারিবা অতিথি ব্রাহ্মণতনসু 'ওম্বোক্লা নীংথিনা হাউনা পীজবীরে, নুংঙাইজরে" অসুম হায়না খুমগদবনি, অসিনত্তবা অতৈ হলুরা, থিচড়ীনচিংবা পীজবা চাবা মতমদসু মতৌ অসুম্না অরায় অথুম তৌনগদবনি ॥২২২॥ শম্ককুপা, জুক্কোকপা লোয়রগা, হাকৃথি

পাপং কৃতং ন স্মরতীহ মূঢ়ো বিবর্ত্তমানস্য তদেতি কর্ত্তুঃ
রাহুর্যথা চন্দ্রমুপৈতি চাপি তথাবুধং পাপমুপৈতি কর্ম ॥২৯॥
আশয়া সঞ্চিতং দ্রব্যং দুঃখেনৈবোপভুজ্যতে। তৎ বুধা ন প্রশংসন্তি মরণং ন প্রতীক্ষতে ।৩০॥
মানসং সর্বভূতানাং ধর্মমাহুর্মনিষিণঃ তস্মাৎ সর্ব্বেষু ভূতেষু মনসাশিবমাচরেৎ ॥৩১॥
এক এব চরেৎ ধর্ম নাস্তি ধর্ম্মে সহায়তা কেবলং বিধিমাসাদ্য সহায়ঃ কিং করিষ্যতি ।৩২॥
ধর্ম্মো যোনির্মনুষ্যাণাং বেদনাসমৃতংদিবি। প্রেত্যভাবেসুখ ধর্মাচ্ছশ্বত্তৈরুপভুজ্যতে ॥৩৩।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
ভৃগুভরদ্বাজ সংবাদে নবত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥

—(০)—

বিদ্ব'নশিংনা অসিগুম্বা লল মপৈখৎ অসিবু য়াম্ন' নিন্দা তৌনৈ। মরমদি মৃত্যু ( শিব ) হায়বম্নিনা, তাইবং মীগী তৌজবা আশা অদু মপুং ফাত্রি-লোইত্রি ঐ ঙাইবিখো থক হায়দে ॥৩০॥ জীব পানবা পুম্নমক্কী কান্নবা, মঙ্গল ওইননবা করিগুম্বা অমতং তৌগে হায়না পূর্ক্কীংদ লেপথ্রিব ধর্ম অদুনা থাইদগী অখোইবা ধর্ম্মনি। অদুনা থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙমত্রবস্ম পুম্নমকগী মঙ্গল ওইননবগী আশাদি থম্দুনা শিন্দুনা অদুম মরৈয়ু ॥৩১॥ বেদ বিধিগী মতুং ইন্না ধর্ম্ম কর্ম অমতং তৌবদা নথস্তা তৌগদবনি। অতোপ্পগী সহায়তা ( মতেং ) লৌবগী কৃরিমত্তা প্রয়োজন (দরকার) লৈদ্রে। মরমদি অতোপ্পা সহায়ক ( মতেং পীবা ) মহাক্না কারি অমুক তৌরগদোরিবনো ? ॥৩২॥ ধর্ম্মতনা তাইবং মীওইবগী পোকফাম্নি। মাসিতনা স্বর্গদা দেবতাশিংগী অমৃত ওইরিবনি। ধর্ম্মাত্মা ওইবা মীদি শিরব তুংদা তৌরম্বা ধর্মদুগী পাম্বৈনা মতম পুম্বদা নুংঙাইনা লৈ ॥৩৩॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকশিংশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা
মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা ভৃগুভরদ্বাজ সংবাদগী চামগা মরিফুত্তরাওবা অধ্যায় লোইরে।

—(০)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## একনবত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

( চামগামরিফুত্তরামাথোইশুবা অধ্যায় )

অধ্যাত্মজ্ঞান তাক্‌পা মতাং

### যুধিষ্ঠির উবাচ

অধ্যাত্মং নাম যদিদং পুরুষস্যেহ চিন্ত্যতে। যদাধ্যাত্মং যথা চৈতৎ তন্মে ব্রূহি পিতামহ ॥১॥
কুতঃ সৃষ্টমিদং বিশ্বং ব্রহ্মন্ স্থাবরজঙ্গমম্। প্রলয়ে কথমভ্যেতি তন্মে বক্তুমিহার্হসি ॥২॥

### ভীষ্ম উবাচ

অধ্যাত্মমিতি মাং পার্থ যদেতদনুপৃচ্ছসি। তৎ ব্যাখ্যাস্যামি তে তাত শ্রেয়স্করতমং সুখম্ ॥৩।
সৃষ্টিপ্রলয়সংযুক্তমাচার্য্যৈঃ পরিদর্শিতম্ যজ্‌জ্ঞাত্বা পুরুষো লোকে প্রীতিং সৌখ্যং চ বিন্দতি
ফললাভশ্চ তস্য স্যাৎ সর্বভূতহিতং চ তৎ ॥৪।
পৃথিবীবায়ুরাকাশমাপো জ্যোতিশ্চপঞ্চমম্ মহাভূতানি ভূতানাং সর্ব্বেষাং প্রভবাপ্যয়ৌ ॥৫॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হংঙি :— ঈবুধো। তাইবং মীগী দমক্ত, শাস্ত্রদা, অধ্যাত্ম হায়না কৌবা মতাং অমা বিশেষ ওইনা হেক্ হেক লাকই-নৈনৈ। হায়নবিবা অধ্যাত্মজ্ঞান হায়বসিবু করিনো? মতৌ কমদোই—মাহ্ অমুক্ত তাকপিয়ু ॥১॥ হে ব্রহ্মজ্ঞানী ঈবুধো! অচচত্ত নৈরিবা বিশ্বজগৎ সৃষ্টি অসি কদায়দগী করম্ ওইথ্রিবনো? প্রলয়গী মতমদা লোইশিনখিবা থুপখিবনা করম হায়না তৌথ্রিবনো? বিষয় অসিগী মরমদা ঈবুধোনা খর তাকপিয়ু ॥ ২ ॥ ভীষ্মনা হায় :— ঈবুংঙো! নিংথৌ! কুন্তীনন্দন। অধ্যাত্মজ্ঞানগী মরমদা নংনা হংলিবদে এ হায়গে, মুম্না তাও। হংলিবা রাকম অসিদি মহামঙ্গলগী মশক্সি, নুংঙাইবগী মশক্সি ॥ ৩ ॥ মমাঙৈগী ঋষিশিং আচার্য্যশিংনা সৃষ্টি প্রলয়গী ব্যখ্যান তৌরকপা মতমদা মাদুগা লোয়নন: অধ্যাত্মজ্ঞানগী মরমদসু হেক হেক ব্যখ্যান তৌই। মাসিবু তারগা খঙলগা তাইবংমীনা সংসারদা নুংঙাইবা অমদি অপেনবা হায়বহু ফংনৈ ভক্তিগা লোয়ননা তারবদি নীংজবহু থুংঙি। অধ্যাত্মজ্ঞাননা জীবপানবা পুম্নমক্কী থোইদোক্পা কায়বনি ॥ ৪ ॥ মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, আকাশ, লৈপাক—মহাভূত মঙা অসি, অচচত্ত জীব পানবা পুম্নমক্কী হৌরককম থোরককল্লি লোইশিনকল্লি ॥ ৫ ॥ সমুদ্রদা হৌবা ঈরকশিংনা সমুদ্রহুদগী খোরক খোনরুগ সমুদ্রদদা অহমক্ লুপখিবগুম্না, হায়রিবা মহাভূত মঙা অসি পরমা-

যতঃ সৃষ্টানি তত্রৈব তানি যান্তি পুনঃ পুনঃ। মহাভূতানি ভূতেভ্যঃ সাগরস্যোর্ম্ময়ো যথা ॥৬॥
প্রসার্য্য চ যথাঙ্গানি কূর্ম্মঃ সংহরতে পুনঃ তদ্বৎ ভূতানি ভূতাত্মা সৃষ্টানি হরতে পুনঃ। ৭॥
মহাভূতানি পঞ্চৈব সর্ব্বভূতেষু ভূতকৃৎ। অকরোৎ তেষু বৈষম্যং তত্তু জীবোন পশ্যতি ॥৮॥
শব্দঃ শ্রোত্রং তথা খানি ত্রয়মাকাশযোনিজম্ বায়োঃ স্পর্শস্তথা চেষ্টা ত্বক চৈব ত্রিতয়ং স্মৃতম্। ৯॥
রূপং চক্ষুস্তথা পাকস্ত্রিবিধং তেজ উচ্যতে। রসঃ ক্লেদশ্চ জিহ্বা চ ত্রয়ো জলগুণাঃ স্মৃতাঃ ॥১০॥
ঘ্রেয়ং ঘ্রাণং শরীরং চ এতে ভূমিগুণাস্ত্রয়ঃ। মহাভূতানি পঞ্চৈব ষষ্ঠং চ মন উচ্যতে ॥ ১১ ॥
ইন্দ্রিয়াণি মনশ্চৈব বিজ্ঞাননান্যস্য ভারত। সপ্তমীবুদ্ধিরিত্যাহুঃ ক্ষেত্রজ্ঞঃ পুনরষ্টমঃ ॥১২॥
চক্ষুরালোচনায়ৈব সংশয়ং কুরুতে মনঃ। বুদ্ধিরধ্যবসনায় ক্ষেত্রজ্ঞঃসাক্ষিবৎস্থিতঃ ॥ ১৩॥

---

আত্মাদগী থোরক্লগা মচোন্দা অমুক জীবপানৃবা পুন্নমক্কা লোয়ননা হন্না লুপথি তিন্নথি ॥৬॥ থেঙ্গুনা মখোঙ মথুৎ মকোরুচিংবা থিন্দোক্ পুথোক্লন্নগা, অমুক হন্না মশামক্কী মন্নুংদা লৌশিন চিংশিনথিব-হুগুয়া জীব পানবা পুন্নমকী আত্মা ওইরিবা পরব্রহ্ম, পরমেশ্বর পরমাত্মানা মশাদগী ভূতশিং অসিবু পুথোক শন্দোক্লন্নগা অমুক হন্না মশামক্কী মন্নুংদা লৌশিন খোমজিনথি ॥ ৭ ॥ অচচ্চত্ত জীব পান্বা পুন্নমপু শেম্বিরিবা পরমাত্মানা জীবপান্বা পুন্নমকী মশাদা মহাভূত মঙা অসি থমথি হাপথি। অদুবু চাং চপ মান্নবা হাপতে —মৈ ঈশিংনাচিংবশিং অসিগী মন্নুংদা অমমমগী শরুক অসি অমদনা হেনবা অমদনা য়াৎপা অসুম্না থম্মি। থেন্নরিবা হেন্দোক হেঞ্জিন্না ইরিবসি সাধারণ জীবশিংনা উবা থঙবা ঙমদে ॥ ৮ ॥ শব্দ কৌবা গুণ নাকোং কৌবা ইন্দ্রিয় হকচাং মপুমসিদা ছিদ্র (মখুল) পুম্বা হায়রিবা অহুম অসি আকাশগী থবক ওাক্লি ॥৯॥ মশক, মীৎ মুনবা ( তুমখিবা ) অহুম অসি তেজগী থবক ওাকুনি ॥ ১০ ॥ মনম, নাতোন, হকচাং অহুম অসি পৃথিবী ( লৈপাক ) গী গুণনি, হায়বদি কার্য্য ( থবক ) নি। মতৌ অসুম্না হকচাং অসিদা মহাভূত মঙা অদুগা তরুক শুবনা পুক্নীং লৈ। অসুম্না শাস্ত্রকারশিংনা হায়নৈ ॥ ১১ ॥ ভরতনন্দন ! যুধিষ্ঠির ! নাকোংনাচিংবা ইন্দ্রিয় মঙা অদুগা পুক্নীং মখোয় তরুক অসিনা জীবাত্মাদা বিষয়শিংগী জ্ঞান পী। হকচাং অসিদ তরুক অসিদগী তে'ঙাম্বা তরেৎশুবদা বুদ্ধি অদুগা নিপালশুবদা আত্মা হায়বনু লৈ ॥ ১২ ॥ ইন্দ্রিয়-শিংনা রূপ রসনচিংবা বিষয়শিংগী জ্ঞান পোকহল্লি। পুক্নীং কৌবা অসিনা সংকল্প বিকল্প *

---

* টীকা— লালবু লালবহ, চুমুচুম্নবহ, মাসিনি, মাসিমল্লি তৌগদবা, তৌগনি" অহুম্না পুক্নীংনা তৌন্নিবসি সংকল্পনি। 'অদুগা নত্রব্রাবে, মাদু তৌদবা তারে, তৌরমোই, মাসিগী মহুত্তা মাসি তৌরগে" অহুম্ হায়না থনবসিনা বিকল্পনি। অনী অসি পুক্নীং ইন্দ্রিয়সিগী থুগাক্ থুনল্লি। মাসি তৌদনা পুক্নী' অদুনুনা নির্ব্বিকল্প মন অহুম্ হায়না থঙনৈ। শম্না হায়রবদা মাসি নত্রগা মাস্তৌনি হায়রিবসি বিকল্পনি। —কালাচাঁদ।

ঊর্দ্ধং পাদতলাভ্যাং যদর্বাক্‌চোর্দ্ধং চ পশ্যতি । এতেন্ সর্বমেবেদং বিদ্ধ্যভিব্যাপ্তমন্তরম্ ॥১৪॥
পুরুষৈরিন্দ্রিয়াণীহ বেদিতব্যানি কৃৎস্নশঃ । তমোরজশ্চ সত্ত্বং চ তেঽপি ভাবাস্তদাশ্রিতা ।১৫॥
এতং বুদ্‌ধ্বা নরোবুদ্‌ধ্যা ভূতানামাগতিংগতিম্ । সমবেক্ষ্য শনৈর্শ্চৈব লভতে সমমুত্তমম্ ॥১৬॥
গুণৈ নেনীয়তে বুদ্ধি বুর্দ্ধেরেবেন্দ্রিয়াণ্যপি । মনষষ্ঠানি সর্ব্বানি তদভাবে কুতোগুণাঃ ॥১৭॥
ইতি তন্ময় মেবৈতৎ সর্বে স্থাবরজঙ্গমম্ । প্রলীয়তে চোদ্ভবতি তস্মান্নির্দিশ্যতেতথা ॥ ৮ ॥

অনীসিগী থবক তৌই । বুদ্ধি কোবসিনা অরোইবা মীমাংসা ( লেপ্পবা ) তৌই । তৌনরিবশিংগী সাক্ষীনা আত্মাসিনা ওইরি ॥ ১৩॥ খোঙথা অনীসিদগী কোককাওবা হকচাং মপুম অসি লৈ । মাসিবু লাক্কী ওইনা লৈরিবা চেতনা ( শুদ্ধাত্রিবা জ্ঞান ) না থকথা মকম মায়গৈ পুম্বদগী য়েংহনা লৈ । হায়রিবা চেতনা অসিদা হকচাং মপুম অসিগী মনুংদা মপান্দা মকম পুম্বা শীন্থুংনা লৈ । রা অসি নরাক্না য়াম্না মুন্না থঙগদবনি ॥১৪॥ মী পুম্নমক মাগী মাগী ইন্দ্রিয়শিংনা তৌরিবসি য়াম্না মুন্না য়েংশিল খোচ্চিন্নগা, মখোয়না তোঙাল তোঙাল তৌরিবসি করিনো হায়বতুগী জ্ঞান অমদি মপুং ফানা থমগদবনি । মরমদি সত্ত্ব-রজ-তম হায়রিবা গুণ অহুম অসিমক ইন্দ্রিয়শিং অসিনা তৌরিবা থবক অহুদা আশ্রয় লোইনা লৈরিবনি ॥১৫॥ তাইবং মীনা মশাগী বুদ্ধিগী পান্থনা, ইন্দ্রিয়শিং অসিগী, অদুগা জীব ( জীবাত্মা ) না তৌরিবা অবাগমন ( হঙ্গৎ হন্দা চৎপা ) অসিগী অবস্থা অসি থঙলগা তপ্না তপ্না চনীও তানা মসিদা কূপ্না বিচার তৌরবদি অথোইবা শান্তিবু ফংঙি ॥১৬॥ তমনচিংবা গুণ অহুম অসিনা বুদ্ধিবু মতম পুম্বদা রূপরসনচিংবা বিষয়শিংগী মায়গৈরোমদা হেক হেক চিংশিল্লি । অদুগা বুদ্ধিগা লোয়ন লোয়ননা পুক্নীং থানা ইন্দ্রিয়শিং অসিবু অদুগা ইন্দ্রিয়শিংদুগী বৃত্তিশিংবু ( লৈরিবা মওং ফীবমশিংদুবু ) পুনিংবা মকমদা পুদুনা চৎলি । হায়রিবা বুদ্ধি হায়বসিনা মবৈত্রবদা তম রজনচিংবা অসিনা লৈগদবসি কদায়দনো ? ॥ ১৭ ॥ অচচত্ত লৈরিবা পুম্নমক অসি, বুদ্ধি হায়বসিনা হেক থোরকপা, পোন্নকপা, অদুগা ওইরক পোক্লকপনি । হায়বদি, বুদ্ধি পোক্লক থোরক্লবতদা, অচচত্ত জগৎ পুম্বসি থোরক্লবনি । অদুনা বুদ্ধি হায়বসিনা হেক থুপখিবা মাঙখিবদা অচচত্ত ময়াম অসিসু থুদক্তা থুপখি মাঙখি মরম অদুনা অত্তনি-অদানি হায়দুনা হেক লৈরিবা ময়াম অসি বুদ্ধিতনা শাবনি ওইহনবনি, বুদ্ধিতগী মশক্নি । মরম অদুনা শ্রুতিশাস্ত্রনা, পুম্নমক অসিবু বুদ্ধ গায়ত্রীতগী অউবা মশক্নু হায় * ॥ ১৮॥ পোশক মতাক

+ টীকা :— মনুং মপান পুম্নমক সনাতনা পুমহৈ ওইনা শারিবা পাত্র অদু সনাগী মশক্নি । স্বর্ণময় পাত্রনি । পাত্র অদু স্বর্ণময় দি । অপাবনি হায়না উরিবা পোৎ অদু বুদ্ধিময়নি । অপাবনি হায়না উরিবা পোৎ অদুসু বুদ্ধিময়নি । হায়বদি বুদ্ধিতনা পুমহৈ ওইনা শাবনি । অথাবনি হায়না থঙলিবী বুদ্ধিনা পোৎ অমসু অপাবনি হায়না ওইরমথা থক্ রাগোই । অদুনা অচচত্ত পোৎ পুম্বিমক বুদ্ধিনা মনুং মপান শীত্তুনা শাবা ওাকতনি । প্রমাণ অমদা হায়রগা অর্নীদা তারিবা থৌরী অদুবু সর্প বুদ্ধিনা সর্প ওইহনবা রাই । কিগনবা মী অমগী রজ্জুবুদ্ধিনা থাক্লেশোবা লিল অমবু রজ্জুময় ওইহনবা ঙম্মি । মতোম্পদি লিল মতে, থৌরিনী । অদুনা লিল থৌরী অনিমক বুদ্ধিতগী মশক্নি । সর্পবুদ্ধিনা হেক পোকত্রিমথৈ থৌরী অদু লিল থক্ ওইবা রাখিরোই । রজ্জুবুদ্ধিনা হেক পোকত্রিমথৈ লিল অদু থৌরী (রজ্জু) থক্ ওইবা রাখিরোই । গোপালবু য়েংদুনা লৈরিবা রামদা শত্রুবুদ্ধি হেক পোকত্রিমথে গোপাল অসি রামগী য়েক্লবা ওইবা যাখিগোই অদুনা জগৎকী পোৎ পুম্বিমক বুদ্ধিময়নি । —কালাচাঁদ ।

যেনপশ্যতি তচ্চক্ষুঃ শৃণোতি শোত্রমুচ্যতে। জিঘ্রতি ঘ্রাণমিত্যাহুরসং জানাতি জিহ্বয়া ॥ ১৯॥
ত্বচা স্পর্শয়তে স্পর্শং বুদ্ধির্বিক্রিয়তেঽশকৃৎ। যেন প্রার্থয়তে কিঞ্চিৎ তদা ভবতি তন্ময়ঃ ॥২০ ॥
অধিষ্ঠানানিবুদ্ধের্হি পৃথগর্থানিপঞ্চধা। ইন্দ্রিয়াণিতি যান্যাহুস্তান্য দৃশ্যোঽধিতিষ্ঠতি ॥২১ ॥
পুরুষে তিষ্ঠতী বুদ্ধিস্ত্রিষু ভাবেষু বর্ত্ততে। কদাচিল্লভতেপ্রীতিং কদাচিদনুশোচতি ॥২২ ॥

অহুগী পাৈম্বনা বুদ্ধি হায়বীসিনা উব য়ারিবা উরিবা মহাক অহু মীৎ কৌই। পোশক মহাক অহুনা পাম্বে ওইহুনা বুদ্ধি হাযবীনা তারিবদা তাবা ও'মবা মহাক অহু নাকোং কৌই। মতৌ অম্তুমা. বুদ্ধি হায়বশিগী নম্নবা পাম্বে থুংলাই অহুবু নাতোল, মহাও লৌনমবা থুংলাইহুবু লৈ ( জিহবা ) কৌই ॥ ১৯ ॥ উনশাগী পাৈম্বনা বুদ্ধিনা শোকপা ( স্পর্শ ) গী থবক তৌই। অহুনা বুদ্ধি হায়বসি হন্না হন্না বিকার ( মশক ওনবা ) তা ফংহুনা লৈ . বুদ্ধি হায়বীসিনা অহুগুম্বা পোশকপু অনুভব তৌনিংবা অঁহুনি অদানি হায়নঁগুলিবা মওং অহুমক পুক্লীং হায়বা ইন্দ্রিয় অসিনা, হেক্ত পূই। লায়না হারবা তারবদা উনশানা পাম্বে ( থুংলায় ) ওইহুনা বুদ্ধি হায়বীহুনা স্পর্শ ( শোকপা ) গী জ্ঞানবু পী ( পোকহল্লি )। মতৌ অম্তুমা বুদ্ধি হায়বিসি বিকার ( মশক ওনবা-হোংবা ) বু হন্না হন্না ফংহুনা লৈ। অহুম অহুম ওইবা থুংলায়না. অহুম অহুম ওইবা মওংগী স্পর্শ বু বুদ্ধি হায়বীসিনা ফংনিংলবদি অহুম অহুম অহু পুক্লীং হায়না কৌবা ইন্দ্রিয় অসিনা হেক হেক লৌই ‡ ॥ ২০ ॥ মরম অহুনা তোঙাল তোঙাম্বা বিষয়শিংবু অপাম অপাম্বা মওংদা লৌন-নবগীদমক্তা বুদ্ধি হায়বীসিগী লৈফম ( থুংলায় ) তোঙাল তোঙাম্বা মঙাথক লৈ। মথোয় অহুবু ইন্দ্রিয় কৌই। অসিগুম্বা লৈফম ( অধিষ্ঠান ) বু পীরিবা ( অধিষ্ঠাতা ) অসি মশক উদবা জীবাত্মা অসিনি ॥২১। অহুনা জীবাত্মা হায়বাসিগী আশ্রয় লৌহুনা, মানা পীবিবা লৈফমদা লৈহুনা. বুদ্ধি হায়বি অসিনা অরাবা নুংঙাইবা শুমহৎপা হায়বা ভাব ( মওং ) অহুম অসিদা হেক হেক হেক লৈ, মওং অহুম অসিবু হেক হেক পূই। অহুনা বুদ্ধি হায়বীসি অমুকম্ন রায়, অমুকম্ন নুংঙাই, অমুকম্ন অরাবা নুংঙাইবা অনীসি ঈযাও য়াওদনা মোহ ( শুমহৎপা ) গী অবস্থাদা লৈ ।২২। মতৌ অম্তুমা, মহাক্তা তাইবং মীওইবগী পুক্লীংগী মক্লুংদা, মওং (ভাব) অ সিদা লৈ

* টীকা :— মীৎ, নাকোং লৈ, নাতোল, উনশা মথোয় অসিনা থুংলায় ওইহুনা বুদ্ধিনা অপাম অপাম্বা রূপ, শব্দ, রস, গন্ধ; স্পর্শ অহু পুক্লীং কৌবা ইন্দ্রিয় অসিমহু রূপ মশক অহু শব্দ (খোঞ্জেল) অহু রস (মহাও) অহু গন্ধ (মনম) অহু স্পর্শ ( অখোৎপা অকনবগী জ্ঞান) অহু হেক হেক লৌই পূই। থুদম ওইনা হায়রবদা মীৎ কৌবা ইন্দ্রিয় অসিনা থুংলায় ওইহুনা কল্লিঙম্বা পোং অমগী রূপ (মশক) পু চিংখেক নাইবনি অতোবনি হায়না বুদ্ধি অসিনা উমিংলবদি, পুক্লীং (মন) হায়বসিনা পোংশক অহুগী চিংখেক নাইবা মশক মওং অতোবা মচু অহু হেক্ত লৌই। পোং অহুমা চিংখেক নাইত্রবহু তোত্রবহু বুদ্ধিনা পাম্বা মতুং ঈম্না পুক্লীং হায়বসিনা চিংখেক নাইনা তৌনা হেক্ত উহল্লি। পুক্লীং হায়বা ইন্দ্রিয় অসিগা বুদ্ধি হায়বীসিগা অমুক্ত রাম্না চান্নক্ত নুংশিমে। খাজেশোনা কোইরপ কোইবা মওংনা চিংখেক নাইবগী মগুং পুল্লিবসি পোংশকহুক্কা মন্তে, পুক্লীং (মন) মনি. পুক্লীংনা পুশিনি।—কালাচাঁদ।

ন সুখেন ন দুঃখেন কদাচিদপি বর্ত্ততে । এবং নরাণাং মনসি ত্রিষু ভাবেষবস্থিতা ॥ ২৩॥
সেয়ং ভাবাত্মিকাভাবাংস্ত্রীনেতানতিবর্ত্ততে । সরিতাং সাগরোভর্ত্তা মহাবেলামিবোর্মিমান্ ॥২৪॥
অতিভাবগতা বুদ্ধির্ভাবে মনসি বর্ত্ততে । প্রবর্ত্তমানং তু রজস্তদ্ ভাবমনুবর্ত্ততে ॥ ২৫ ॥
ইন্দ্রিয়াণীহিসর্বাণি প্রবর্ত্তয়তি সাতদা ততঃ সত্ত্বং তমোভাবঃ প্রীতিয়োগাৎ প্রবর্ত্ততে ॥২৬॥

প্রীতিঃ সত্ত্বং রজঃ সোকস্তমো মোহস্তু তে ত্রয়ঃ
যেযে চ ভাবা লোকেহস্মিন্ সর্ব্বেষ্বেতেষু বৈ ত্রিষু ॥ ২৭ ॥

ইতি বুদ্ধিগতিঃসর্বা ব্যাখ্যাতা তব ভারত । ইন্দ্রিযাণি চ সর্ব্বাণি বিজেতব্যানি ধীমতা ॥২৮ ॥
সত্ত্বংরজস্তমশ্চৈব প্রাণিনাং সংশ্রিত তদা ত্রিবিধা বেদনা চৈব সর্ব্বসত্ত্বেষু দৃশ্যতে ॥ ১৯ ॥

---

অহুম ওইবী ভাবাত্মিকা ওইবী বুদ্ধিনা সমাধি অবস্থাদা অরাবা, নুংঙাইবা, শুমহৎপা অহুম অসিদগী লাম্বোক চোংথোকখিচনা লৈ । প্রমাণ অমদি, ঈশিং- তুরেলশিংগী স্বামী ওইরিবা সমুদ্রনা রাং চাউরবা ঈথকশিংগা তিন্নবা মতমদা, মহাকী পাকচাউরবা, শাংলবা তোর্ব্বানবু করি করিগুম্বদা লাম্বোক্লকপচুগুম্বনি ॥২২-২৪॥ হায়রিবা ভাব ( মওং ) অহুম অসিদগী, হায়বদি, সুখ-দুঃখ-মোহ অহুম অসিদগী লাম্বোক্লবৃকাওবদা বুদ্ধি হায়বীসিনা ভাবাত্মক ( ভাবতগী মশক ওইবা মন ( পুক্লীং ) গী মতুংদা কুপলবা উদবমথৈ পীক্লবা রূপ ( মশক-মওং ) তা লৈ । অদুগী তুংদা সমাধিদা লৈরুরবগী তুংদা থবক্ত চঙশিনবগী মশক ওইবা রজোগুণ হায়বচুনা বুদ্ধিনা পুরিবা অদুগী মতুং ইম্না চৎতুনা লৈ ॥২৫॥ মতম অদুদা বজোগুণদগী নাম্বোরক্লবী বুদ্ধি হায়বীসিনা ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু তোঙাল তোঙানবা থবক্ত চঙশিলহল্লি । অদুগী তুংদা বিষয়শিংগী সম্বন্ধদগী নুংঙাইবা নুংশিবা অপেনবগী মশক ওইরবা সত্ত্বগুণ পোকলই । অসিগী তুংদা পুরুষ অদুগী আসক্তিনচিংবা দোষদগী তমোগুণগী মওং অমা অমুক থোনকই ॥ ২৬ ॥ পেনবা নুংঙাইবা হায়বসি সত্ত্বগুণগী কার্য্য ( থবক মথৌ ) নি । অরাবা নুংঙাইতবনা রজোগুণগী মথৌনি । শুঙ্কৎপনা তমোগুণগী থবক্নি । সংসারসিদা লৈরি লৈরিবা পুক্লীংগী ভাব পুম্বা সত্ত্ব রজঃ তম হায়বা গুণ অহুম অসিগী মতুং চনবা মক্তনি ॥ ২৭ ॥ ভরত বংশদা পোকপা ! মতৌ অসুম্না ঐ নংগী নকমদা, নংগী নমাঙদা বুদ্ধি হায়বিসিগী গতিগী মওং (শাক্তং) শন্দোক্লা হায়রবানি । অদুনা, য়াম্না শিংবা মীশিংনা মশা মশাগী ইন্দ্রিযশিংবু থুত্তম মথাদা থমগদবানি ॥ ২৮ ॥ ভারত ! নিংথৌ ! থরাই পানবা জীবপুম্নমক্তা হায়রিবা গুণ অহুম অসি হেক্তা লৈরিবনি । অদুনা জীব থুদিংমক্তা অণভুতি (পুক্লীংদা ফাওবা) অহুম অসি লৈবা উই । মথোয়ংদি, অমনা সাত্ত্বিকী অনুভূতি, অমনা রাজসিকী অনুভূতি, অমনা তামসিকী অসিনি ॥ ২৯ ॥ সত্ত্বগুণ হায়বসি নুঙাইবা পেন্নবা হায়বদুগী অনুভূতিবু পীবা গুণনি । রজোগুণগা অরাবগী অনুভূতিবু পী । হায়নিবা গুণ অনীসিনা তমোগুণগা হেক

সাত্ত্বিকী রাজসী চৈব তামসী চেতি ভারত   সুখস্পর্শঃ সত্ত্বগুণো দুঃখস্পর্শ রজগুণঃ
তভোগুনেন সংযুক্তৌ ভবতোঽব্যাবহারিকৌ ॥ ৩০ ॥

তত্র যৎ প্রীতি সংযুক্তং কায়েমনসি বা ভবেৎ।   বর্ত্ততে সাত্ত্বিকো ভাব ইত্যাচক্ষীত তৎ তথা ॥৩১॥

অথ যৎ দুঃখ সংযুক্তমপ্রীতিকরমাত্মনঃ   প্রবৃত্তং রজ ইত্যেব তন্ন সংরভ্য চিন্তয়েৎ ॥ ৩২ ॥

অথ যন্মোহসংযুক্ত মব্যক্তবিষযং ভবেৎ।   অপ্রতর্ক্যমবিজ্ঞেয়ং তমস্তদুপধারয়েৎ ॥ ৩৩ ॥

প্রহর্ষঃ প্রীতিবানন্দঃ সুখং সংশান্ত'চত্ততা   কথং চিদভিবর্ত্তন্ত ইত্যেতে সাত্ত্বিকাগুণাঃ ॥ ৩৪ ॥

অতুষ্টিঃ পরিতাপশ্চ শোকোলোভস্তথাক্ষমা।   লিঙ্গানি রজসস্তানি দৃশ্যন্তেহেত্বহেতুভিঃ ॥ ৩৫ ॥

অবমানস্তথামোহঃ প্রসাদঃ স্বপ্নতন্দ্রিতা   কথং চিদভিবর্ত্তন্তে বিবিধাস্তামসা গুণ ঃ ॥ ৩৬ ॥

দূরগং বাহুধাগামি প্রার্থনা গংশয ত্মকম্   মনঃ সুনিযতং যস্য সসুখী প্রেত্য চেহ চ ॥ ৩৭ ॥

---

তিন্নথিবদা শিজিন্নবা য়াবা বিষয় অমত্তা লৈহৌদে ॥ ৩০ ॥ হকচাংদা নত্রগা পুক্নীংদা অপেনবা নুংঙাইবা হেক লাকপা কাউরকপা মতমদা সাত্ত্বিক ভাব অমা থোরক্লে ওইরক্লে হায়বসি থঙ্গদবনি অদুগা হায়সু হায়গদৌবনি ॥ ৩১ ॥ পুক্নীংদা নুঙ হ ত্তবা পেন্দবা অমা থোরকপা মতমদা রজোগুণগী প্রবৃত্তি (চঙকপা) ওইবে হায়বসি থঙ্গদবনি অদুনা মদুগুম্বা নুংঙাইতবা পেন্দবা লাকপদুদা চিন্তা থোইনা তৌবোইদৌবান। মনমদি চিন্তা অদুদগী হরাবা নুংঙাইতবদু অমুক হেংগৎলকই ॥ ৩২ ॥ পুক্নীংদা শুমহৎপগী ভাব অমা লাক্লবা, ইন্দ্রিয়শিংগী ব্যাপ রসনচিংবা কন্নিগুম্বা বিষয় অমা ফাওবা মথেক শেংনা তারক উরক্তবা, কবিগুম্বা যুক্তিযুক্ত ওইবা তর্ক প্রমাণ অমত্তা মঙোন্দা চঙবা য়ারকত্রবা হাযবদি মাহুনমু মাগী শুদ্ধাৎপা র.বদু কোকপা য়াবকত্রবা কনাগুম্বা অমতগী নৌঙথিবা পাউত্তাক্লা মাঙোন্দা করিমত্তা কায়বকত্রবা — মতম অদুদা মী অদুগী থম্মোযদা তমোগুণনা থমগেংনা কাথৎলক্লে হায়বসি থঙ্গদবনি ॥ ৩৩ ॥ পুক্নীংদা কবিগুম্বা মওং বিষয় অমগী মরমদা নুংঙাইবা, হরাউবা অদুগা পেঞ্জবগী মাত্রানা য়ান্না হেনগৎলক্লবদি মতম অদুদা সাত্ত্বিক গুণদা লৈরে হায়বসি থঙ্গদৌবনি ॥ ৩৪ ॥ পুক্নীংদা মরম লৈবা নত্রগা মবম ঈবৈ লৈতনা রাবা থম্মোয়দা চাকপা, পেন্দবা য়ান্ন পাম্নাশন্ধা প্রোক প্রোক চাবতুনা থাঙবা ঙম্মকত্রবা অসিগুম্বা মওংদা মথং মথং হেনগৎলক্লবদি মাদু রজোগুণনা মাত্রা হেন্না কাথৎলকপগী খুদম্মক্তনি হায়বসি থঙ্গদবনি ॥ ৩৫ ॥ মত্তৌসিগুম্না চোপ্পগী মায়থিবগী নুংঙাইতবা শুদ্ধাৎপা বুদ্ধি চোইবা উইনিং শংনিবো হৈনিংদবা তম্বা অসিনচিংবা থম্মোয়দা ফাওরকপসি তমোগুণগী তোঙাল তোঙাম্ব শক্লোন ভাক্তনি ॥ ৩৬ ॥ ভুংদা থোকলগদবা অ-কদায়-কদায ফাওবা উশিনবা, বিষয পুম্বগী তত্ত্ব মুন্না থঙশিনয়েংশিনবা, অপাম্বা মিহৌবনা থল্লবা, তৌরুবা কামনা ( অপাম্বা ) অমবু মহৈ চাগত্রা চারোইত্রা হায়না চিংনগনবা অদুগুম্ব পুক্নীংবু নক্সাৎতুনা মথা পোলহনবা ঙম্নবা অদুগুম্বা মী অত্তদি ইহলোক

সত্ত্বক্ষেত্রজ্ঞয়োরেতদন্তরং পশ্য সূক্ষ্ময়োঃ।
মশকোডুম্বরৌ বাপি সম্প্রযুক্তৌ যথা সদা
পৃথগ্ভূতৌ প্রকৃত্যাত্তৌ সম্প্রযুক্তৌ চ সর্বদা।
ন গুণা বিদুরাত্মানং সগুণান্ বেত্তি সর্বশঃ।
ইন্দ্রিয়ৈস্তু প্রদীপার্থং কুরুতে বুদ্ধিসপ্তমৈঃ

সৃজতে তু গুণানেক একো সৃজতে গুণান্ [illegible]
অন্যোন্যমেতৌ স্যাতাং চ সম্প্রয়োগস্তথা তয়োঃ [illegible]
যথা মৎস্যো জলং চৈব সম্প্রযুক্তৌ তথৈব তৌ [illegible]
পরিক্রষ্টা গুণানাং তু সংসৃষ্টা মন্যতে তথা ॥ ৪১ ॥
নির্বিচেষ্টৈরজানদ্ভিঃ পরমাত্মা প্রদীপবৎ ॥ ৪২ ॥

পরলোক অনীমক্ত ফুংঙাইবা ফংবা ওন্মি ॥ ৩৭ ॥ বুদ্ধিগা আত্মাগা অনী অসিদি য়াম্না কুপথুবা তত্ত্বনি। অদুবু অনীসিদা অমগমগা য়াম্না খেন্নবা অমা লৈ। অনী অসিদা লৈরিবা খেন্নবা অসি মুন্না বিচার তৌদুনা যেংঙু। বুদ্ধিনা গুণবু সৃষ্টি তৌই। অদুগা আত্মা দি গুণশিংগী সৃষ্টিদগী তোঙাল তাদুনা লৈরিবনি * ॥ ৩৮ ॥ প্রমাণ অমদা হায়রগা হৈবোং পাম্বীগী মহৈ হৈবোংগা মাগী মচুংদা লৈবা তীলগা মকম অমতদা লৈমিন্নৈদি হায়ববু মখোয় অনীদি পোশক তোঙাল তোঙাল্লি, অদুগুম্বনি। বুদ্ধিগা আত্মাগা হকচাং অমতদা লৈমিন্নৈদি হায়ববু মখোয় অনীসি তোঙাল তোঙাবা পোলক্কি হায়বসি খঙদোবনি ॥ ৩৯ ॥ মখোয় অনীসি স্বভাবতসু খেটৈ। অদুবু মকম অমতদা লৈমিন্নৈ। অতোপ্পা প্রমাণ অমদা হায়রগা ঙাগা ঈশিংগা অনীসি স্বভাবতসু মগুণদসু য়াম্না খেন্নবিবনি, অদুবু মতম পুম্বদা মখোয় অনীসি নপশিন্নদুনা তিন্নদুনা লৈ। অবস্থা (তৌনরিবা মওং) অসি বুদ্ধগা আত্মাগা অনীসিগীসুনি ॥ ৪০ ॥ সত্ত্বরজ তম হায়বা গুণশিং অসি মশা মশানা জড (অশিব'-জীব গাওদবা) ওইবনা আত্মাবু মখোয়না খঙদে। আত্মাদি চেতন (জ্ঞানময়) নি, অদুনা মহাক্তি গুণ অদুম অসিবু তত্ত্বগা লোয়নননা মুন্না খঙি। আত্মাদি গুণ পুম্নমকী সাক্ষী (অউবা) নি। অদুনা মহাক্না উরিবা উগদৌরিবা পোশকশিংদগী তোঙাল্ল লৈখনি। অদুবু গুণশিংদুগা তোবোং খাদানন ঈতীন্তু তিন্নদুনা লৈরিবনি হায়না লৌনৈ পণ্ডিতশিংনা ॥ ৪১ ॥ মচুৎ-মচুৎ তুংপা চকু মচুংদা থানবা থাউটৈনা মথুলশিংদুদগী মঙাল লীংখোরকদুনা মপান্দা লৈরিবা পোংশিংবু খঙহনবা উৎম্বদুগুম্বা পরমাত্মানা হকচাংদুংদা লৈদুনা জ্ঞানগা কর্ম (চেষ্টা) গা অনীনা পাম্বে ওইদুনা, ঈহাউ হাঙবা † ঈন্দ্রিয়শিং মঙা, পুক্নীং, বুদ্ধি, অসিনা পাম্বে ওইদুনা মপানগী পোৎ খুদিংমকপু অনুভব তৌহল্লি – খঙহল্লি—ফাওহল্লি ॥ ৪২ ॥

* টীকা— আত্মাগা বুদ্ধিগা অনী অসি য়াম্না থোন্ন। মাম্নবা হায়বদু মখোয় অনীমক কুপথুবা পীকথরবা তত্ত মক্তনি। খেন্নবদি হায় হান্নি। মচুদি বুদ্ধিনা গুণশিংবু শেম্মি—শাই। অদুগা আত্মাদি শেম্বা শাবা অনীমক ঈতৌ তৌদে। পোৎ খুদিংগী গুণ হেনগৎ হনখিবা অসি বুদ্ধিতবনি। আত্মাদি শেম্বা শাবা থুগাইবনচিংবা কন্নিগুম্বা থবক্তা থক চঙদে। —কালাচাঁদ।

† ঈহাউ হাঙবা ইন্দ্রিয়শিং হায়বদি মাগী মাগী উগদবা তাগদবা নম্‌গদবা চাগদবা শোকহনবনচিংবা কন্নিগুম্বা বিষয় পোৎশক অমগী তিন্নিন্নিবা মথুল কুদ্রিবা ইন্দ্রিয়শিংবু হায়বনি। —কালাচাঁদ

সৃজতে হিগুণান্সত্ত্বংক্ষেত্রজ্ঞঃ পরিপশ্যতি । সম্প্রযোগস্তয়োরেষ সত্ত্বক্ষেত্রজ্ঞয়োর্ধ্রুবঃ ॥ ৪৩ ॥
আশ্রয়ো নাস্তিসত্ত্বস্য ক্ষেত্রজ্ঞস্য চ কশ্চন । সত্ত্বং মনঃ সংসৃজতে ন গুণান্ বৈ কদাচন ॥ ৪৪ ॥
রশ্মীংস্তেষাং চ মনসা যদা সম্যঙ্নিযচ্ছতি । তদাপ্রকাশ্যতেঽস্যাত্মা ঘটে দীপোজ্জ্বলন্নিব ॥৪৫ ॥
ত্যক্ত্বা যঃপ্রাকৃতং কর্ম নিত্যমাত্মরতির্মুনিঃ । সর্ব্বভূতাত্মভূতস্তস্মাৎ স গচ্ছেদুত্তমাংগতিম্ ॥৪৬॥
যথা বারিচরঃপক্ষী সলিলেন নলিপ্যতে । এবমেব কৃতপ্রজ্ঞো ভূতেষু পরিবর্ত্ততে ॥৪৭॥
এবংস্বভাবমেবৈতৎ স্ববুদ্ধ্যাবিহরেন্নরঃ অশোচন্নপ্রহৃষ্যংশ্চ সমো বিগতমৎসরঃ ॥ ৪৮ ॥
স্বভাবযুক্ত্যাযুক্তস্তু স নিত্যংসৃজতেগুণান্ । উর্ণনাভির্যথাসূত্রং বিজ্ঞেয়াস্তন্তুবৎগুণাঃ ॥ ৪৯ ॥

বুদ্ধিনা গুণশিংগী সৃষ্টি তৌই । মাতুবু আত্মানা সাক্ষী ওইদুনা উই । হায়রিবা, বুদ্ধি অদুগা আত্মা অনী অসিগী সংযোগ (তিন্নবা) অসে অনাদিনি । হায়বদি করম্বা মতমদগীনো হায়বা অহৌবা (আদি) মতম লৈতে ॥ ৪৩॥ পরমাত্মা নত্তনা বুদ্ধি হায়বীসিগী কারগুম্বা আশ্রয় অমত্তা লৈতে । ক্ষেত্রজ্ঞ ( আত্মা ) গীসু করিগুম্বা আশ্রয় অমত্তা লৈতে । বুদ্ধিগা মন ( পুক্নীং ) গা অনীগী মরক্তা য়াম্না নক্নবা সম্বন্ধ অমা লৈ । বুদ্ধিনা মন হায়বসিদা য়াম্না নক্নব সম্বন্ধ অম থম্মি । বুদ্ধি হায়বীসিনা মহাক্কী সম্বন্ধি ( সম্পর্ক মরী ) অসি করিগুম্বা গুণ অমগা নপ্রগা গুণশিংগা হক্থেংননা থমদে ॥ ৪৪ ॥ বুদ্ধিগী মশক ওইবা সারথিনা, হায়বদি বুদ্ধিন সারথি ওইদুনা, পুক্নীংনা শগোল চুপ্পী ওইদুনা শগোলগী মশক ওইবা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা মথা পোলহল্লিবা অদুগুম্বা জীব ( জীবাত্ম ) না, চকু মঙুংদা থানবা থাউমৈনা তৌবগুম মশা মথন্তনা ঙাক্লে ॥৪৫॥ মপানগী সংসারগী কর্ম খিবিক থাদোকতুনা মশা মথন্তনা মশা মথন্তদা পেঞ্জবা হুংঙাইজবা ফংদুনা সংসারগী কান্নবা গতি অসিবু মুন্না কুপনা থম্বদুনা তুমন্নত লৈরিবা অদুগুম্বা মুনিনা অচচ্চত্ত পুম্বগী আত্মা ওইদুনা অখোইবা গাত ( পদবী-ধাম ) বু ফংঙি ॥৪৬॥ ঈশিংদা লৈবা উচেক্না ঈশিংদা লৈনা লৈন মশা চোক্তবদুগুম্না, মবুকচেল বুদ্ধি শেংলবা মহাপুরুষশিংনা সংসারগী বিষয়শিংনা মশা শোকহন্দনা সংসারগী মপানগী বিষয়শিংসিগী মৎক্তা কোয়চৎ চৎতুনা মখোয়গী মরক্তা যাওশিন্নদুনা অদুম মরৈ ॥৪৭॥ আত্মতত্ত্ব অসিদ মতম পুম্বদা ঈশেংত শেংদুনা লৈরিবনি । করিগুম্বা সংসারগী রূপগুণ অমদা চঙঙ্বা শোকউবা লৈতে । শুদ্ধবুদ্ধিগী মশক্নি । অসুম হায়না কুপনা মুন্না থন্দুনা জ্ঞানী পুরুষশিংনা অন্নাবা শুংঙাইবা কল্লকপা মিহৌবনচিংবা ঈয়াও য়াওদনা, তোঙাল তোঙাম্বা মওংদা উরিবা অচচ্চত্ত পুম্বসিগী মরক্তা কোয়চৎ চত্তুনা মখোয়গী মরক্তা য়াওশিন্নদুনা লৈ ॥ ৪৮ ॥ আত্মাসিনা, মশাগী স্বভাবতা, হায়বদি মওংদুদা, লৈনা লৈনা সংসারগী বিষয়শিং অসিগী মরক্তা লৈনা লৈনা ( হকচাংগুংসিদা লৈমা লৈনা ) অদুগা লৈত্রবসু লৈব শাশিন্নদুনা রূপ রসনচিংবা

প্রধ্ৃত্তা ন নিবর্ত্তন্তে নিবৃত্তির্নোপলভ্যতে। প্রত্যাক্ষণ পরোক্ষং তদনুমানেনসিধ্যতি ॥ ৫০॥
এবমেকেঽধ্যবস্যন্তি নিবৃত্তিরিতি চাপরে। উভয়ং সম্প্রধার্য্যৈতৎ ব্যবস্যেত্তযথামতি ॥৫১॥
ইতীযং হৃদযগ্রন্থিং বুদ্ধিভেদময়ংদৃঢ়ম্। বিমুচ্য সুখমাসীত ন শোচেচ্ছিন্নসংশযঃ ॥ ৫২ ॥
মলিনাঃ প্রাপ্নুয়ুঃ শুদ্ধিং যথা পূর্ণাং নদীং নরাঃ অবগাহ্য সুবিদ্বাংসো বিদ্ধজ্ঞানমিদং তথা ॥ ৫৩ ॥
মহানদ্যা হি পারজ্ঞস্তপ্যতেন তদন্যথা। নতুতপ্যতি তত্বজ্ঞঃ ফলেজ্ঞাতে তরত্যুত ॥ ৫৪ ॥

গুণশিংসিবু তত্তনা অহুম মশেম্মি মি-না মশাগী মওং ( স্বভাব ) দা কৈনা কৈনা লাং (মিরাং) বু শাবহুগুন্ন, আত্মানা মাগী মওংদা কৈনা কৈনা হায়বদি অতোপ্পা মওং অমদা থক চঙঙ্দনা লৌরু-দনা রূপ রসনচিংবা গুণ ময়াম অসিবু শম্মি শাই। অহুনা উরিবা সংসাস অসি, হায়বদি হকচাং অমদি হকচাংগী গুণশিং অসি, মিবাংহুগুম্বনি হায়না খঙ্গদবনি ॥ ৪৯ ॥ আত্মসাক্ষাৎকার ওইরব তুংদা হায়বদি মশানা মশাবু উরব তুংদা আত্মানা শেম্লম্লবা গুণ ময়াম অসি মাঙখি। অহুবু গুণশিং অহুদি পাক্তি হন্দোক্তে। মরমদি নিবৃত্তি অদো হায়বাদ হন্দোকখি হায়বদো প্রত্যক্ষ ওইদে। প্রত্যক্ষ নত্তবমথৈ অনুমাননা সিদ্ধ তোই। হায়রিবসি, বিদ্বান্ পণ্ডিত কাঙবু অমগী মত ( সিদ্ধান্ত ) নি। অতোপ্পা কাঙবু অমনা অস্নুম্না হায়বি, মাহুদি আত্মসাক্ষাৎকাব ওইববা তুংদ গুণ ময়াম অসি পুম্নাঙ মাঙখি হায়বিবা মত অনী অসিবু কুপ্না বিচাব, নশাগী লৈজবা বুদ্ধি জ্ঞান অহুগী মতুং ইন্না থংঙ্গশেংনা মশক হোংদব, মাঙদনা পোশক লেপনক্ষম থোকই, থিক্কম থোকই ॥ ৫০ ৫ ॥ বুদ্ধিগী পাম্বেনা কল্পনা তৌহুনা শারিবা ভেদ ( তোঙাম্বগী রাথল ) অদো, অহুমক থম্মোয়গী কনপ্রবা থোকপা য়াত্রবা কিশি অমনি। কিশি অহুবু থোক্লগা, করিগুম্বা হীবম অমগী চিংনবা ঈরৈ লৈত্রবা মহাজ্ঞানী পুরুষ অমা ওইনা মুংঙাইনা লৈথোক্লদবনি, করিগুম্বা মতমদা করিগুম্বা রাব লৈররোইদোবনি ॥৫২॥ মোংলবা, লৈথোম লৈনাং তৈরবা মীনা ঈশিংনা চোল্লবা তুরেন্দা তশেনা ঈরু মায়থজ্জরগা তরু তরুবহুগুম্না, অসিগুম্বা জ্ঞানগী মশক ওইরবী তুরেন্দা ঈরুজ্জথোকতুনা, থম্মোয মোংলবা মীসু তরু তরুনা শেংনা লৈ, লৈবা য়াই। অস্নুম খঙং ॥ ৫৩ ॥ চাউরবা তুরেল অমগী রাংম লানগ হায়না ঈরে য়বসু চৎলবসু, ঈরোইবা চৎপ-হুতনা তৌগদবা থবক মহৈ য়াল্লে হায়বদি য়াদে। হি-পোংঙনচিংবা উপায়না ওইরবসু আসোম থংবা তোর্বান য়োরবত্তদা, বাংমা লানবা ঙম্মরে ইত্রা হায়বগী চিন্তা অহু কোকই, নত্রিবমথৈ, ঈবোইবহুত্তনদি অপেনবা মুংঙাইবহু ফংবা ঙমদে স সাবগী তত্ব খঙবা মীনা জ্ঞানতনা পাম্বে ওইহুনা সংসার ইপাকপু লানবা ঙম্মি। অহুগুম্বা মহাক্তনা চিন্তা অহু কোকহন্দুনা পেঞ্জবা-মুংঙাইজব্‌া ফংঙি মরমদি, জ্ঞান অহুতনা মংাক্কী তোবিবা বর্ম্মহুগী মহৈ য়ানবা হায়বহু হেক্ত ওইরবনি। জ্ঞান অহুনি মহৈ হায়বহু ॥ ৫৪ ॥ জীবশিংগী সংসার অসিদা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা

এবংযে বিদুরাধ্যাত্মং কেবলং জ্ঞানমুত্তমম্ ॥ ৫৫

এতাং বুদ্ধ্বা নরঃ সর্বাং ভূতানামাগতিং গতিম্ অবেক্ষ্য চ শনৈর্বুদ্ধ্যা লভতে শমনং ততঃ ॥ ৫৬ ॥

ত্রিবর্গো যস্য বিদিতঃ প্রেক্ষ্য যশ্চ বিমুঞ্চতি। অম্বিষ্য মনসা যুক্তস্তত্ত্বদর্শী নিরুৎসুকঃ ॥ ৫৭ ॥

ন আত্মাশক্যতেদ্রষ্টুমিন্দ্রিয়ৈশ্চবিভাগশঃ তত্র তত্র বিসৃষ্টৈশ্চ দুর্বার্যৈশ্চাকৃতাত্মভিঃ ॥৫৮ ॥

এতৎ বুদ্ধ্বা ভবেৎ বুদ্ধঃ কিমন্যৎ বুদ্ধলক্ষণম্ বিজ্ঞায় তদ্ধি মন্যন্তে কৃতকৃত্যা মনীষিণঃ ॥৫৯ ॥

ন ভবতি বিদুষাং ততো ভয়ং যদবিদুষাং সুমহৎ ভয়ং ভবেৎ

ন হি গতিরধিকাস্তি কস্যচিৎ, সতিহি গুণে প্রবদন্ত্যতুল্যতাম্ ॥৬০ ॥

যঃ করোত্যনভিসন্ধিপূর্বকং তচ্চ নির্ণুদতি যৎ পুরাকৃতম্।

নাপ্রিয়ং তদুভয়ং কুতঃপ্রিয়ং তস্য তজ্জনয়তীহ সর্বতঃ ॥ ৬১॥

---

লৈবিবা ( অবাগমন ) অসিবু তপনা তপনা জ্ঞান তানা বিচার তৌদুনা শেংলবা অধ্যাত্মিক জ্ঞান অদুবু ফংলবা জ্ঞানী ওইববা মী মহাক অদুদি পনমশাস্তবু ফংবা ঙম্মি ॥ ৫৫-৫৬ ॥ ধর্ম, অর্থ, কাম অহুম অসিগী তত্ত্ববু মুন্না খঙলবা, অদুগা য়াম্না মুন্না খঙলবা মখোয়বু থাদোক্লবা, অদুগা অদুগুম্বা মী মহাক অদুনা পুক্নীংগী পাম্বৈনা আত্মাতত্ত্ববু থিদুনা যোগযুক্ত ওইরবা, অদুগা আত্মাদুগী তোঙাম্বা পোৎ মথৈবু থাদোক্লরবা আত্মাদগী তোঙান্না লৈরিবা পোত্তবু পামজবগী অভ্যাস অদু থাদোক্লবা মহাক অদুনি আত্মদর্শী ( আত্মাবু মশক থঙবা ) হায়ববু ॥ ৫৭ ॥ মশামক্কী পুক্নীংবু মথা পোলহন্দ্রিবা ঐশ্বর্য অদুদি, ডহাক ডহাক্কী মশক ওনবা রূপরসনচিংবা বিষয়শিংদা পুক্নীং চঙহনা ডাক লৈরিবা ইন্দ্রিয়শিংসিগী পাম্বৈনা অ ত্মসাক্ষাৎকার তৌবা ( মশানা মশাগী থাক্কেশেংবা মশকপু উবা ) হায়বদু থক ফংবা ঙমদে ॥ ৫৮ ॥ হায়ন্নিবসিবু খঙলগা তাইবং মীনা জ্ঞানী ওই। হায়বদি মাসি খঙবা মীবু জ্ঞানী কৌই। মাসি নত্তবা জ্ঞানী কদায়বু কৌবগে হায়বদুগী সংজ্ঞা ( লক্ষণ ) অতৈ করি অমমুক ওইগদগে? করিননো হায়ববু—জ্ঞানীশিংনা পরমাত্মাগী তত্ত্ববু মুন্না খঙলগা মশাবু পোকপগী মহৈ য়াল্লবনি হায়না খল্লে ॥ ৫৯ ॥ অজ্ঞানী ( অপঙবা ) শিংগী মকমদা খাইদগী হেন্না অকিবা মশক ফংবা পোৎশক হায়বদু ওইদুনা লৈরিবা সংসারসিবু জ্ঞানীশিংদি করিমত্তা কিবিদে। জ্ঞান অদু ওইরবা-ফংলব তুংদা মী পুম্নমক অমত ওইবা গতিবু ফংঙি। কনা অমত্তনা খাইদগী হেনবা তোল্লবা জাতিবু থক ফংদে। মরমদি গুণশিংসিগা লৈমিন্নরগতা, মখোয়গী অখোই অহেনদুগী মতুং ইন্না ফংবা গতি অদুদসু অমগমগা মান্নদবা হায়বদুমদি অদুম মরৈ ( জ্ঞানীশিংদি গুণশিংসিগা করিগুম্বা সম্বন্ধ অমত্তা থমদে ॥ ৬০ ॥ মহৈ পামদনা নিষ্কামভাবতা কর্ম তৌরিব মী মহাক অদুগীদি মহাক্কী হান্না তৌথ্রবা কর্ম্ম সংস্কারশিংদুবু, নিষ্কাম ভাবত্তা তৌরি

লোকমাতুরমস্থয়ন্তেজনস্তস্তজনয়ন্তীহসর্ব্বতঃ ॥ ৬২ ॥
লোক আতুবজ্জনান্ বিরাবিণস্তত্তদেব বহুপশ্যশোচতঃ।
তত্রপস্থ কুশালানশোচতো যেবিত্তভয়ংপদংসমাম্ ॥৬৩ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
অধ্যাত্মজ্ঞানকথনে সংবাদে একনবত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ॥
—(০)—

তৌরিবা কর্ম্মত্থমক্তা মাঙহল্লি। নহালমুক্তী মপোক্তা অত্থগা হন্দক্তী মপোকসিদ তৌবা কর্ম মথল অনীসিনা, নিষ্কামী ওইবা মহাক্তী মফমদদি মানা পামজদবা মহৈ শীবস্থ তৌদে, পামজবা মহৈবু পোকহনবা অত্থগা য়ালহনবা গুম্বা কর্মস্থ ওইদে। মরমদি অত্থগুম্বা নিষকাম কর্মযোগী অত্থদি, থবক তৌরিবসি ঐনি হায়বত্থগী প্রভিমান অরানবা রাথল অত্থগা থবক অসি তৌরগা মহৈ অসি ফঙনি হায়বত্থগী আসক্তি অরানবা রাথল অনীসিদগী মুক্ত ওইগ্রবনিনা, মানা তৌরিবা কর্মশিংত্থগা তৌরিবা মশা মহাক্তা করিমত্তা সম্বন্ধ লৈতে ॥ ৬১ ॥ কামক্রোধনচিংবা ফত্রবা কর্মশিংত্থদগী হৈনগ্রবং, তত্থগা ফত্রবা কর্ম্মশিং ত্থদগী ফ নিংবা মহৈবু ফংত্রগস্থ রাজরিবা অপঙবশিংবু বিচারবান্ ওইবা জ্ঞানীশিংনা হম্না হন্না ধিকার তৌই। মীনা থীনা ভাঙনবা, নিন্দা তোননীভায় ওইবা কর্ম-ত্থমক্তা রাজবিবা অপঙবত্থবু শা উচেক্লচিংবগী মপোক্তা লংথৈ পোকহল্লি ॥ ৬২ ॥ মহৎলোক আসদা বিষয়ভোগতা নীঙবা থুংদবদগী রাজরবা মীশিংত্থনা চুপী অঙাং মচা মরানা মাঙখ্রবদা শিগ্রবদা হীক্লা হীক্লা কপ্লুনা তেংথাই মখোয়গী ওইবিবা ত্থর্দশা অদো, নহাক মুম্না জ্ঞান তানা য়েংঙ্। অত্থগা অমুকস্থ মচি ওহবা ওটদবা, বাম্নবা কম্নদবা অরেম্বা অসি পুম্নমকপু মুন্না নৈনত্থনা খঙলবা অত্থগা নৈনবদা হৈশিংলব, অত্থগ, সৎপুরুষশিংনা ফংনারিবা মহৈ মথল অনীবু হায়বদি সগুন উপাসনা, নির্গুণ উপাসনা অনীগী ফংনবিবা মহৈ অনী তত্থগা লোয়ননা মুম্না খঙলবা অত্থগুম্বা, করিগুম্বা অমা ফংবদগী অরাবা লুংঙাইতবা করিমত্তা লৈতবা অশিংবশিংত্থগী দশা (অবস্থা) স্থ, নহাক জ্ঞান অমুক্তা মুন্না য়েংঙু। হায়রিবা অনীসিদগী অপাম্বদো নং নশানা থজো ॥ ৬৩ ॥

মখম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা
মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা অধ্যাত্মজ্ঞানগী সংবাদগী চামগ মবিফুক্তরামাখোইগুবা অধ্যায় লোইরে।
—(০)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## দ্বিনবত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

( চামগামরিফুতরানিথোইশুবা অধ্যায় )

### ধ্যান যোগ তাকপা মতাং

#### ভীষ্ম উবাচ

হন্ত বক্ষ্যামি তে পার্থ ধ্যানযোগং চতুর্বিধম্। যং জ্ঞাত্বা শাশ্বতীং সিদ্ধিং গচ্ছন্তীহমহর্ষয়ঃ॥১॥
যথাস্বনুষ্ঠিতং ধ্যানং তথা কুর্বন্তি যোগিনঃ। মহর্ষয়োজ্ঞানতৃপ্তা নির্বাণগতমানসাঃ ॥২॥
নাবর্ত্তন্তেপুনঃপার্থ মুক্তাঃ স সারদোষতঃ। জন্মদোষ পরিক্ষীণাঃ স্বভাবেপর্য্যবস্থিতাঃ ॥৩॥
নির্দ্বন্দ্বানিত্যসত্ত্বস্থা বিমুক্তা নিযমস্থিতাঃ। অসঙ্গান্যবিবাদীনি মনঃ শান্তিকরানিচ ॥৪॥

---

ভীষ্মনা হায়:— কুন্তীনন্দন! নিংথৌ! ঐ হৌজিক নঙোন্দা ধ্যান যোগকী ম্রা হায়গে। ধ্যান মতৌ থেম্নবদগী যোগ অসি মরি থোক্না থায়গ্রে। মাদুবু খঙনা চংলগা মহর্ষিশিংনা লেঙদবা সিদ্ধবু ফংবা ঙম্মি॥১॥ নির্বাণ ( লোইথিবা মুংথিবা ) গী মশক ওইবা মোক্ষ ( মুক্ত ) দা পুক্নীং চঙলা, জ্ঞানতদা পেঞ্জবা * যোগযুক্ত ওইবা মহর্ষিশিংনা তৌনবা উপায় বিধি অদু তৌরগনু ধ্যানগী চপচাবা অচুম্ব অনুষ্ঠান ওইবা যাই ওই॥২॥ কুন্তীনন্দন! অসিগুম্বা মহর্ষিশিংনা সংসারগী অপাম্বা অশাউবনচিংবা লৈরিবা দোষশিং অসিদগী মুক্ত ওইদুনা অদুগা পোকপা হায়বসিগা মরী লৈনবা দোষ থিবিক্তগী লাম্হোরকদুনা পরমাত্মাগী স্বরূপতা চঙশিল্লকই। মরম অদুনা মখোয় অমুক সংসার আসনা হল্লক্তবদা মতারবনি॥৩॥ ধ্যানযোগগী সাধকশিংনা তৌগদবা হায়ববু—ওলাংবা, নিংথম্বা, ফংবা ফংদবা অসিনাচিংবা দ্বন্দ্বভাব ( অনী থোকপগী রাখল ) অসিদগী লাম্হোরকদুনা সত্বগুণতদা লৈদুনা চঙদুনা করিগুম্বা বিষয় অমগী দোষ য়াওদনা, মতুং মপান্দা অশেংনা লৈদুনা ঈপেন্তু পেন্দুনা লৈবগী ব্রতনিয়মশিং অদু ঙাকদুনা লৈব অসিদি সংসারগী বিষয়দা আসক্তি পোক্লমবগী পোশক অমতা য়াওদবা, ধ্যান তৌবদা বিঘ্ন ওইগদবা পোশক অমত লৈতবা পুক্নীংদা শান্তি পীগদবা মফম অদুদা ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু বিষয়শিংদগী থোমক্লিন লোইশিন্দুনা

---

+ টীকা :— জ্ঞানতদা পেঞ্জবা হায়বদি করিগুম্বা বিমগ্র পোং অমগী তত্ত্ব য়াম্না খঙগদবনি। পোং অদুগী তত্ত্বজ্ঞানতবু তানগদবনি। পোং অদুবু তাম্নগদবা পাম্মুগদবদি নত্তে। পোং অমগী তত্ত্ব থিরিবদু পোং অদুবু পামগে লোগে হায়বগীদমক নত্তে। কংলিবা জ্ঞান অদুতদা পেঞ্জগদবনি।—কালাচাঁদ।

তত্রধ্যানেন সংশ্লিষ্টমেকাগ্রংধারয়েন্মণঃ। পিণ্ডীকৃত্যেন্দ্রিয়গ্রামমাসীনঃ কাষ্ঠবন্মুনিঃ ॥৫॥
শব্দং নবিন্দেচ্ছ্রোত্রেণ স্পর্শং ত্বচানবেদয়েৎ। রূপং ন চক্ষুষাবিদ্যা জ্জিহ্বয়ানরসাংস্তথা ॥ ৬ ॥
ঘ্রেয়াণ্যপি চ সর্ব্বাণি জহ্যাৎধ্যানেনযোগবিদ্। পঞ্চবর্গপ্রমাথীনি নেচ্ছেচ্চৈতানি বীর্যবান্ ॥ ৭ ॥
ততোমনসি সংগৃহ্যপঞ্চবর্গং বিচেক্ষণঃ সমাদধ্যান্মনো ভ্রান্তমিন্দ্রিয়ৈঃ সহপঞ্চভিঃ ॥ ৮ ॥
বিসংচারি নিরালম্বং পঞ্চদ্বারংচলাচলম্। পূর্ব্বং ধ্যানপথে ধীরঃসমাদধ্যান্মনোন্তরা ॥৯॥
ইন্দ্রিয়াণি মনশ্চৈব যদাপিণ্ডী করোত্যয়ম্ এবধ্যানপথঃ পূর্ব্বোময়াসমনুবর্ণিতঃ ॥ ০ ॥
তস্য তৎ পূর্বসংরুদ্ধমাত্মনঃ ষষ্ঠমান্তরম্। স্ফুরিষ্যতি সমুদ্ভ্রান্তা বিদ্যুদম্বুধরেযথা ॥ ১১॥
জলবিন্দুর্যথা লোলঃ পর্ণস্থঃ সর্বতশ্চলঃ। এবমেবাস্য চিত্তং চ ভবতি ধ্যানবর্ত্মনি ॥১২॥

---

উকক ( উত্তুপ ) অমা থিন্দূনা লৈবগুম ক্ষমত্থনা পুক্নীং অনী লোঙদনা পরমাত্মাগী ধ্যানদা লুপত্থনা লৈগদবনি ॥ ৪-৫ ॥ যোগতত্ত্ববু খঙবা অঙম্ব মীনা তোগদবা থঙ্গদবা হাযববু, নাকোংনা পাম্বে ওইত্থনা শব্দবু তারোইদোৱনি। উনশানা খুংলায় ওইত্থনা স্পর্শ জ্ঞান ( থোংলি ক্ষাল্ল হায়বা অনুভূতি ) অত্থ লোরোইদোবনি। মীং কোবা মপানূগী ইন্দ্রিয় অসিনা খুংলায় ওইত্থনা রূপ ( মশক মওং ) বু থক লোরোইদবনি। লৈত্তোম্না রস (মহাও) বু লোরোইদবনি। নাতোম মনম লোবা, মনম নম্ব য়াবা পোশক মথৈবু থাদোক্কদবানি ইন্দ্রিয় মঙাবু পোথাহন্দনা নৈহৎলিবা রূপ রসনচিংবা বিষয়শিং অসিবু পুক্নীংনা কাওবা পাম্মুরোইদোবনি ॥ ৬-৭ ॥ ইন্দ্রিয়শিং অসিবু মাগী মাগী বিষয়শিংত্থদগী হন্দোকহল্লবা তুংদা মথোয়বু পুক্নীং কোবা ইন্দ্রিয়সুংদা তুংশিন্দূনা থমগ-দবনি। অত্থগী তুংদা ইন্দ্রিয়শিংত্থগা লোয়ননা পুক্নীংত্থবু পরমাত্মাগী ধ্যানদা লুপহনগদবনি ॥ ৮ ॥ পুক্নীং হায়বাসিদি বিষয় পুম্নমক্তা কোয়ৌ য়োনা চত্তনতা লৈবা পোশক্নি। মহাক্নী লৈক্ষমদি অকক্লবা মাপিান হাযবা লৈতে। হায়বিবা ইন্দ্রিয় মঙা আসি মহাক্নীদি অমদগী অমদা চথোক-চঙশিন ত্তৌননবা থোঙনি। মহাক্ ঙত্তাক্ত তুমিন লৈতে, যাম্ন চঞ্চল ( কোয়রেং লেঙবা ) নি। অসিগুম্বা পুক্নীং মাবু ধ্যানযোগীনা থম্মোয়দা ফাজিন্দুনা থম্লগ ধ্যানমার্গদা অমত্তা ওইনা থমগ-দোবনি ॥ ৯ ॥ ধ্যানযোগী অত্থনা ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়ন লোয়নন পুক্নীংবু মচীন অনী লোঙদনা থম্লবা মতম অত্থতদা ধ্যান মার্গদা চৎপা হৌগদবা। যুধিষ্ঠির! ঐনা নংগী নক্ষমদা ধ্যানয়োগগী ঈহান হানবা অবস্থা অসি হাযরবনি ॥১০॥ মতৌ অসুম্না হোৎনল্লদগী, ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়ননা পুক্নীং ( মন ) অসি মতম থরগীদমক্তি লেঙদনা তুম্মন লৈ। অত্থমু, নোংলক্ত ঙানবা নোংথাংগুম্না বিষয়শিং অত্থগী মরক্ত চঙঙ্গদবগী মথুম মলাং হৌহ ॥১১॥ উনাথক্তা মতম থরদং তুংত্থনা লৈবা ঈশিং অত্থনা হুমিৎচুপ্পা কোয়রেং লেঙত্থনা লৈবত্তুম্না ধ্যানমার্গদা লৈরিবা সাধক অত্থগী পুক্নীং অত্থস্থ কোয়রেং লেঙত্থনা লৈ ॥ ১২ ॥ মচীন অনী লোঙদনা লৈরবদা মত[illegible] পুক্নীং অসি

ন তৎপুরুষকারেণ ন চ দৈবেন কেনচিৎ     সুখমেষ্যতি তৎ তস্য যদেবং সংযতাত্মনঃ ।২১।
সুখেন তেন সংযুক্তো রংস্যতে ধ্যানকর্ম্মণি     গচ্ছন্তি যোগিনো হ্যেবং নির্ব্বাণং তন্নিরাময়ম্ ।২২।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
ধ্যানযোগকথনে দ্বিনবত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

—(॰)—

পুক্নীংবু 'লাকশিন'' হাজিন্দুনা অভ্যাস তৌরিবা যোগীনা স্বর্গগী নুংঙাইববু ফংবা ঙম্মি ॥ ২১ ॥ অদুম ওইবা, ধ্যানযোগদগী পোক্লকপা নুংঙাইবা অদুদগী, হায়বদি, মাহুদা নুংঙাইবা পোক্লকতুনা, মাহুতদা অসুম অসুম হৈমক্কই । ধ্যানযোগ অদুম তৌদুনা হৈনিংলকই । মতৌ অসুম যোগী-শিংনা অরা নুংঙাই অনীমক্তগী লাপ্লোকথিদুনা নির্বাণ পদবী ফংবা ঙম্মি ॥ ২২ ॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চামঙা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা ধ্যানযোগকথনগী চামগা মনিফুতথানিথোইঙবা অধ্যায় লোইরে ।

—(॰)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## ত্রিনবত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

( চামগামরিফুতরাহুমদোইশুবা অধ্যায় )

জপ যজ্ঞগী মরমদা জ্ঞান তাকপা

### যুধিষ্ঠির উবাচ

চাতুরাশ্রম্যমুক্তং তে রাজধর্মাস্তথৈব চ । নানাশ্রয়াশ্চ বহব ইতিহাসাঃ পৃথগ্বিধাঃ ॥ ১ ॥

শ্রুতাস্ত্বত্তঃ কথাশ্চৈব ধর্মযুক্তা মহামতে । সন্দেহোঽস্তি তু কশ্চিন্মে তং ভবান্ বক্তুমর্হতি ॥ ২ ॥

জাপকানাং ফলাবাপ্তিং শ্রোতুমিচ্ছামি ভারত । কিংফলং জপতামুক্তং ক্ব বা তিষ্ঠন্তি জাপকাঃ ॥ ৩ ॥

জপ্যস্য চ বিধিং কৃৎস্নং বক্তুমর্হসি মেঽনঘ । জাপকা ইতি কিঞ্চৈতৎ সাংখ্যযোগক্রিয়াবিধিঃ ॥ ৪ ॥

কিং যজ্ঞবিধিরেবৈষ কিমেতজ্জপ্যমুচ্যতে । এতন্মে সর্বমাচক্ষ্ব সর্বজ্ঞো হ্যসি মে মতঃ ॥ ৫ ॥

### ভীষ্ম উবাচ

অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্ । যমস্য যৎ পুরাবৃত্তং কালস্য ব্রাহ্মণস্য চ ॥ ৬ ॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হংঙি :— ঈবুধৌ ! ঈবুধোনা অশ্রম মারিগী অহুগা, রাজধর্মগী মরমদা য়াম্না শুগাইনা তাকপিরে। বিষয় তোঙাল তোঙা-বগী পাউতাক পল্লবা, ইতিহাসগী য়াম্না কয়া কয়াসু তাহনবীরে ॥ ১ ॥ মহাজ্ঞানী ওইরবা ঈবুধৌ ! ঈবুধৌগী চৌদগী ধর্মগী মরম ওইবা য়াম্না কয়াসু তাজরে। অদুবু ঐগী পুক্কোংদা চিংনবা অমসি লৈরে। মাসি ঈবুধৌনা চাইথনা অমুক্তা তাকপিয়ু ॥ ২ ॥ ভরত মাচৌগী শুংঙাইনবগী থৌনক ওইরবা ঈবুধৌ ! জপতা তৌনবা লৈরিবা জপয়জ্ঞকর্তাশিংসিনা কংলিবা পদবী অদুগা মদু করিনো ? জপ তৌরিবা জাপকশিংনা কংলিবা [illegible] করিনি হায়না শাস্ত্রদা তাক্লবগে ? অদুগা জাপকশিংনা লোক অমসু করি করিনো ? [illegible] পাপকী শেক্লাক লেশমাত্র য়াওদ্রবা ! জপ তৌনবগী বিধি অদো লোইনা অমুক্ত তাকপিয়ু । জাপক হায়রিবা পদ ( ঙাংহৈ ) সিগী তাৎপর্য করিনো ? মাসিবু সাংখ্যযোগ নত্রগা ধ্যানযোগগী নত্রগা ক্রিয়াযোগ ( কর্মযোগ ) গী অনুষ্ঠাননা ? করিগী মরুং হনবগে ॥ ৪ ॥ অদুগা জপ তৌবা হায়বসি করিগুম্বা যজ্ঞ অমগী বিধিনা ? মাগী মখল জপ তৌনরিবা পোৎসক অমিবু করিনো ? মা পুম্নমকপু লোইনা অমুক্ত তাকপিয়ু । মরমদি ঐনা অসুম থাজবদা, ঈবুধৌদি সর্বজ্ঞনি, বিষয় পুম্না লোইনা খঙবিরবা মীসক অমনি ॥ ৫ ॥ ভীষ্মনা হায় :— নিংথৌ ! মহাক্না হংলিবা বিষয় অসিগী মরমদা, পাহনা মশাক্কী কুইরবা য়াম্না কয়া শিংনা হেক হেক লীরে। [illegible] যম, কাল অদুগা ব্রাহ্মণ অমগী থোকখিবা থৌদোক অমগী য়াম্না ॥ ৬ ॥

এতৎসর্ব্বমশেষেণ যথোক্তং পরিবর্জ্জয়েৎ । নিবৃত্তং মার্গমাসাদ্য ব্যক্তাব্যক্তমনাশ্রয়ম্ ॥ ১৩॥
কুশোচ্চয়নিষণ্ণঃ সন্ কুশহস্তঃ কুশৈঃ শিখী । কুশৈঃ পরিবৃতস্তস্মিন্ মধ্যে ছন্নঃ কুশৈস্তথা ॥১৪॥
বিষয়েভ্যো নমস্কুর্য্যাৎ বিষয়ান্ন চ ভাবয়েৎ । সাম্যমুৎপাদ্য মনসা মনস্যেব মনোদধৎ ॥ ১৫ ॥
তদ্ধিয়া ধ্যায়তি ব্রহ্ম জপন্ বৈ সংহিতাম্ হিতাম্ । সংন্যস্যত্যথবা তাং বৈ সমাধৌ পর্য্যবস্থিতঃ ॥১৬॥
ধ্যানমুৎপাদয়ত্যত্র সংহিতাবলসংশ্রয়াৎ শুদ্ধাত্মা তপসা দান্তো নিবৃত্তদ্বেষকামবান্ ॥ ১৭॥
অরাগমোহো নির্দ্বন্দ্বো ন শোচতি ন সজ্জতে । ন কর্ত্তা কারণানাং চ ন কার্য্যণামিতিস্থিতিঃ ॥ ১৮ ॥
নচাহংকারযোগেন মনঃপ্রস্থাপযেৎক্বচিৎ । ন চার্থগ্রহণেযুক্তো নাবমানো ন চাক্রিয়ঃ ॥ ১৯ ॥

---

অসিমি । অহুম অসিগী মথুংদা অমত'বু চুম্না লৌরগা ( চৎলগা ) পূক্নীংসি লেঙদনা থমগদবনি ॥ ১৩ ॥ নিবৃত্তিমার্গদা থুংঙ্নবগীদমক লৈরিবা বিধিদি—জপধ্যান তৌগদৌরিবা জপকর্ত্তা অহু কুশ আসনথক্তা ফমগদৌবনি । মখুত্তা কুশ পায়গদৌবনি । মকোক্তা শিখাদ কুশমনা থেৎক-দবনি মাগী আসন অকোয়বহুদা কুশমনা থন্নগা আসনথকতুদা ফমগদৌবনি । অকোয়বত নত্তনা ময়ায় মনক অহুদশু কুশ মনা থমগদবনি ॥ ১৪ ॥ সংসারগী বিষয়শিংবু লাপ্না থমগদৌবনি মথোয়গীদমক করিগুম্বা চিন্তা অমত তৌরোইদৌবনি । লৈরিবা উরিবা পোৎ থুদিংমক মশক মওংদা চপ মান্নবা উগদবনি । পুক্নীংদা পুক্নীংবু লোইশিনগদবনি ॥ ১৫ ॥ অহুগী তুংদা বুদ্ধিগী পাম্বৈনা পরব্রহ্ম পরমাত্মাগী ধ্যান তৌগদবনি । থোইদোক্লা কান্নবা বেদ সংহিতাগী অহুগা প্রণব গ্রায়ত্রী মন্ত্রগী জপধ্যান তৌগদবনি । অহুগী তুংদা সমাধিদা লৈহুনা সংহিতামন্ত্রগী অহুগা গায়ত্রী মন্ত্র শোনবা ফাওবা থাদোকদবনি ॥ ১৬ ॥ সংহিতা মন্ত্রগী জপ তৌবনা ফংবা পাঙ্গল অহুগী আশ্রয় লৌহুনা সাধক অহুনা মাগী ধ্যানহুবু সিদ্ধ তৌই । থম্মোয় হকচাং পুম্নমশেং শেংবা ওইহুনা জপকী মশক ওইরবা তপস্যা অহুগী পাম্বৈনা পুক্নীংবু অহুগা ইন্দ্রিয়শিংবু সাধক-জাপক অহুনা থুত্থম চান্নি । কল্লক য়েংথিবা অশাউবা পুন্নমক অসিদগী লাম্থোকখিহুনা অপাম্বা ওন্নৎপা য়াওদনা ওলাংবা নিংথম্বা অসিনচিংবগী অনুভূত লৈতনা অরাবা হুংঙাইবা ঐগী মাগী হায়বা অসিনচিংবা দ্বন্দ্বভাব ( অনী থোকপা ) গী রাথন্দগীসু রাংমা লানথিহুনা ঈথুং হুংঙাইনা লৈথি । অহুগুম্বা সাধক মহাক অহুগীদি করিগুম্বা মতমদসু অরাবা হুংঙাইতবা কংনিংবা কংনিংদবগী হুংঙাইতবা নিংঙমদবা অসিনচিংবা করিমত্তা লৈত্রে । মহাক অহুদি করিগুম্বা কর্ম অমগী কারণসু ওইদ্রে, কর্ত্তাসু ওইদ্রে হায়বদি ( ঐ থবক অসি তৌরি, থবক তৌরিবসি ঐ নি ) হায়বগী করিগুম্বা অহংকার অহুগা অভিমান অমত্তা লৈত্রে ॥ ১৭-১৮ ॥ অহুগুম্বা সাধক মহাক অহু অহংকারদগী লাম্থোকখিহুনা সংসারগী করিগুম্বা বিষয় অমদা থোইনা পাম্মবা হৈনিংবা লৈতে মহাক্তি স্বার্থগী হায়বদি মশাগী ওইজবগী ঙাক য়েংঙকত্রে কনাবুসু ঈকায়বা পীবা চোপকনবা তৌদ্র ।

ধ্যানং ক্রিয়াপরো যুক্তো জ্ঞানবান্ ধ্যাননিশ্চয়ঃ । ধ্যানে সমাধিমুৎপাদ্য তদপি ত্যজতি ক্রমাৎ ॥ ২০
স বৈ তস্যামবস্থায়াং সর্বত্যাগকৃতং সুখম্ । নিরিচ্ছস্ত্যজতি প্রাণান্ ব্রাহ্মীং সংবিশতে তনুম্ ॥ ২১
অথবা নেচ্ছতে তত্র ব্রহ্মকায়নিষেবণম্ । উৎক্রামতি চ মার্গস্থো নৈব কচন জায়তে ॥ ২২ ॥
আত্মবুদ্ধ্যাসমাস্থায় শান্তিভূতো নিরাময়ঃ । অমৃতং বিরজঃ শুদ্ধমাত্মানং প্রতিপদ্যতে ২৩ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি ভৃগুভরদ্বাজসংবাদে জীবরূপ নিরূপণে ত্রিনবত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

---

করিগুম্বা থবক অমত তৌবা গুমত্রবা কাস্ত্রবা মীশক অমগুম্ব তুমিন্না কমহুনা লৈ ॥ ১৯ ॥ মহাক্না তৌরিবা কর্ম হায়বদু ধ্যান তৌবা হায়বা কর্ম অহুত মডায়রে । ধ্যানকর্ম অসিদা মতম পুম্বদা পুক্লীং চত্তহুনা লৈ । সংসারগী তত্ত্ব পুম্বা ধ্যানতনা লেপ্পে, তত্ত্ব অদু ধ্যানতনা ফংডি । ধ্যানতনা সমাধিদা লৈখিহুনা মতুংদদি ধ্যানগী মশক ওইরবা কর্ম ফাওবা থাদোকখি ॥ ২০ ॥ অদুগুম্বা অবস্থাদা লৈরবা সাধক যোগী অদুদি করিগুম্বা হীরমগী চিংনবা লৈতনা, করিগুম্বা উদ্দেশ্য অমত য়াওত্রবা সমাধিদা লৈবগী মহৈ ( ফল ) গী মশক ওইরবা লাইরৈবাকী ওইবা পোইদোক্না হুংঙাইবা ( পরমানন্দ ) অদুবু ফংডি । অদুগুম্বা সাধক মহাক্ত যোগ অতুগী মহৈ ওইনা মশানা লাকচবা অণিমা-গরিমানচিংবা অষ্টসিদ্ধি ফাওবা পামদে, থাদোকই নিষ্কাম ওইনা করিগুম্বা অমগী অপাম্বা য়াওদনা প্রাণবায়ু অদু ফাওবা থাদোক্লমহুনা চংখি ( মাপক অতুগী আত্মানা ) । মহাকী আত্মানা শেংলবা পরব্রহ্ম পরমাত্মাগী স্বরূপত তিমখি ॥ ২১ ॥ অদুগুম্বা সাধক ( সাধক অতুগী আত্মা ) না পরব্রহ্ম পরমাত্মাদা সাযুজ্য ( অমত্তা ওইমিন্নখিবা ) অদু ফাওবা পামত্রবসু দেবযানমার্গদা লৈখিহুনা, মথক ঊথং থংবা লোকশিং অদুদা চংখি হায়বদি পর-ব্রহ্ম পরমাত্মাগী ধাম অদুদা চৌখি ॥ ২২ ॥ আত্মা গী স্বরূপ অদুবু ফংব থওবদগী, রজোগুণগী শক্তি ঊয়াও য়াওদনা অমকপা য়াওত্রবা শান্তস্বরূপমা চঙখিহুনা পোকপশিবা লৈতবা অমৃতগী মশক ওইরবা আত্মতত্ত্ব সাধক অদুনা ফংখি ॥ ২৩ ॥

মসমু অসিদা শ্রীমহাভারতদা লাকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্বদা মোক্ষধর্মদা ভৃগুভরদ্বাজ সংবাদগী চামথা ক্রিফুত্তাহুমদোইগুবা অধ্যায় লোইরে ॥

# মণিপুরী মহাভারত

## চতুর্নবত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

( চামগামরিফুতরামরিগুবা অধ্যায় )

### ধ্যানজপ তৌবদা দোষ লাকপদগী নরকগামী ওইবগী বর্ণন

**যুধিষ্ঠির উবাচ**

গতীনামুত্তমা প্রাপ্তিঃ কথিতাং জাপকেষ্বিহ । একৈবৈষাগতিস্তেষামুত যান্ত্যপরামপি ॥ ১॥

**ভীষ্ম উবাচ**

শৃণু,ষাবহিতো রাজন্ জাপকনাং গতিংবিভো । যথাগচ্ছন্তি নিরয়াননেকান্ পুরুষর্ষভ ॥ ২ ॥

যথোক্তপূর্ব্বং পূর্ব্বং যো নানুতিষ্ঠতি জাপকঃ । একদেশক্রিয়শ্চাত্র নিরয়ং স চ গচ্ছতি ॥ ৩ ॥

অবমানেন কুরুতে ন প্রীয়তি ন হৃষ্যতি । ঈদৃশো জাপকোযাতি নিরয়ংনাত্রসংশয়ঃ ॥ ৪ ॥

অহংকারকৃতশ্চৈব সর্ব্বে নিরয়গামিনঃ পরাবমানী পুরুষোভবিতানিরয়োপগঃ ॥ ৫ ॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হংঙি :— ঈভৃধৌ ! ঈবুধৌনা জাপকশিংনা কংবা গতিশিংগী মথুংদা অথোইবা গতিগী রাহু শেংনা তাকপিরে অত্তগুম্বা জাপক ( জপ তৌরিবা ) শিংগী অথোইবা গতিবু অসিমত্তরা ? নত্রগা গতি অসি নত্তরা অতোপ্পা গতি ( পদবী-ধাম ) অমসু লৈরিব্রা ? ॥ ১ ॥ ভীষ্মনা হায় :— নিংথৌ ! জাপকশিংনা কংবা গতিশিং অদো ঐ মথং মথং হায়রক্তে, খুন্‌-পুক্লীং চঙনা তাও । জপ তৌবদা দোষ লৈরবদি করম করম্বা নরকতা অহুগা কুম্বা মপোক্তা পোকপগে হায়বদো ঐ হায়রক্তে তাও ॥ ২ ॥ জাপকশিংনা জপ তৌবা মতমদ তৌগদবা মথক্তা হায়ব্রিবা নিয়মশিং অদো শুনা তৌদনা অমা অনীদং তৌরগা তৌত্রবদি জাপক মশামক নরক তাই * ॥ ৩ ॥ তৌরি হায়ত্থনসু অবহেলা তৌনা থুন্নীং চঙদনা অমদগী অমদা কাহু-কাম্বল কোয়েং য়েংনা, হুত্তাইবা হৈনিংবা পোক্তনা তৌরবদি জাপক ( জপ তৌরিবা মী ) অহু পোয়দনা নরক তাই ॥ ৪ ॥ ঐ জপ তৌরি ( নাম শোল্লি ) হায়ত্থনা মাহুবু মীতোপ্পা উংত্থনা উংনিত্থনা, নাপল তৌনা, তৌনা, থোয়না জপ তৌরবদি, মহাক অহুসু নরক তাই । ঐদি লাই-রিংবনি, ধ্যানজপ তৌবা হায়ত্থনা, জপধ্যান তৌজদবা অমবু অপমান তৌগদবগী জপ তৌরবদি জাপক অহু নরক তাই ॥ ৫ ॥ মহৈ অহু-মহৈ অসি কংনেনবনিক্তো হায়না মহৈ ( কল ) অহু

---

* টীকা— অকম অসিনা হায়রিবা নরক হায়বা বাহৈ অসিনা পুরিবা অর্থ অসি অবাই সাধারণনা খঙনরিবা নরক অমু নত্তে। নরকপাল ( ক্ষা ও মী ) হুবপা কাওবা মপোক অমু নরক ( নর+ক ) কৌবতনি। সংসারগী হয় হয় পোক্লিবনিদকদু নরকতা তাবগনি তাবনি। জীবন ( শরীরগী জীবনা ) শীৎনি হুবপা জীবনা পামজবা মপোকনি নিরয়নি হায়বা য়াই।—কালাচাঁদ।

অভিধ্যাপূর্ব্বকং জপ্যং কুরুতে যশ্চ মোহিতঃ। যত্রাভিধ্যাং চ কুরুতে তং বৈ নিরয়মৃচ্ছতি ॥ ৬ ॥
অথৈশ্বর্য্যপ্রবৃত্তেষু জাপকস্তত্র রজ্যতে। স এব নিরয়স্তস্য নাসৌ তস্মাৎ প্রমুচ্যতে ॥ ৭ ॥
রাগেণ জাপকো জপ্যং কুরুতে তত্র মোহিতঃ যত্রাস্য রাগঃ পততি তত্রতত্রোপপদ্যতে ॥ ৮ ॥
দুর্বুদ্ধিরকৃতপ্রজ্ঞশ্চলে মনসি তিষ্ঠতি। চলামেব গতিংযাতি নিরয়ং বা নিযচ্ছতি ॥ ৯ ॥
অকৃতপ্রজ্ঞকো বালো মোহং গচ্ছতি জাপকঃ স মোহন্নিরয়ং যাতি তত্রগত্বানুশোচতি ॥ ১০ ॥
দৃঢ়গ্রাহী করোমিতি জাপ্যং জপতি জাপকঃ। ন সম্পূর্ণো ন সংযুক্তঃ নিরয়ং সোঽধিগচ্ছতি ॥ ১১ ॥

---

থন্দুনা জপ তৌরবদি নাম শোল্লবদি জাপক অদু নরক তাই ॥ ৬ ॥ জপ তৌরিবা সাধক অদুনা অণিমা, গরিমা, লঘিমানচিংবা ঐশ্বর্য্য তরুক ( ঈশ্বরগী শক্তি ) ফংলবগু, জপ লোমদদি পুক্নীং থম্মুক্তুনা, মাদোমদা পুক্নীং চঙপ্রবদি হায়বাদ শক্তি অদু ফংননবগী উৎনমবগীত থন্দুনা লৈপ্রবদি সাধক অদু নরক তাই। মাহুদগী অমুক লাম্নোকপা ঙমদ্রে ॥ ৭ ॥ গুম্মাৎপা অমগী মথা পোনখিদুনা, সংসারগী বিষয় অমদা মাগী আসক্তি পোকাখদুনা, মহৈহুত ফংননবগী জপ তৌরবাদ জাপক ( জপ তৌরিবা মী ) অদু নরক তাই। জপ অদু তৌনা তৌনা চৎপ্রবাদ ( শিপ্রবাদ ) মহাক অদু ( জীব অদু ) মহাক্না থল্লিবা মহৈ পোশকতুগী মতীক চাবা হকচাং (মঙং) দা চঙথি ※ অম্মা জপ তৌবদগী সাধক জাপক অদু লৈথা তাবা মপোক নিরয় ( নরক ) ফংখি ॥ ৮ ॥ সংসারগী বিষয়ভোগকী আসক্তিদা লুপখিদুনা বুদ্ধি অদু মকাশিনপ্রবা, হায়বাদ, দোষ লৈপ্রবা অদুগা মাদুতনা বুদ্ধি অদুদা অককতুগী রাখল চঙখিদ্রবা অদুগুম্বা জাপক অদুনা, পুক্নীং তয়াং তশোইনা, পুক্নীং ঈরাঙ লাওদুনা জপ তৌরবা, অদু ওইরবাদ মহাক অদু মাঙননবগী মশক ওইবা জাতিবু ফংখি। হায়বদি—নরক তাই। মাঙননবগী মশক ওইবা গতি ফংখি হায়বদি—অনিত্য ওইবা মতম অমদা শোয়দনা মাঙলগদোবা মপোকপু হায়বনি ॥ ৯ ॥ তুংদা করি থোক্লগদগে হায়বা খল্লমা, যত্রবা মহৈ অদু পায়না, মাহুদা গুম্মাংখিদুনা জপ তৌরবদি জাপক অদু নরক তাই মাহুদা তাখিদুনা অতৎ অথম লৈতনা অরাবা চিন্তাগী ঈপাক্ত লুপ্লি ॥ ১০ ॥ ঐ নংনা নীঙজিবনি শোয়দনা থুংলনগনি হায়দুনা সংকল্প তৌদুনা জপ তৌরিব, অদুগা মানা তৌরিবা জপ অদুদমি থরায় হকচাং লুপ্পা তৌদবনা, মহাক্নী জপ অদু মপুং ফাহন্দ্রবা, হায়বাদ মহৈ অদু ফংহন্দ্রবা অদু ওইরবদি জাপক ( জপ তৌরিবা মী ) অদু নরক তাই ॥ ১১ ॥ যুধিষ্ঠিরনা হায় :—ঈবুঙো !

---

※ টীকা— প্রমাণ অমদা হায়রগা ভরত কৌথা রাজর্ষি অমনা, মামা রায়া ফুংশিজনা রোকনা শজী অমা মাঙখিবদগী শজীদুগী রাখল্লা শজী শজী শজী হায়না শোম্দুনা মথরায় থাখিদুনা মহাক্নী জীব ( আত্মা ) না শজীগী হকচাংদা চঙখিদুনা মহাক শজী ওইদুনা পোকখি। মতৌ অমা থম্মনা পুক্নীং অমী লোমদনা জপ অদু তৌখিবগী মহৈবুদি, শজী ওইরবদু মহাক মহাক্নমুক্নী মপোক নীঙশিংখি। অদুবু শজী শরীরদুগী লাম্নোকপাদি ঙমদ্রে। মাদুনি নরক তাবা হায়বদু।—ফাম্বাক্লাম।

## যুধিষ্ঠির উবাচ

অনিবৃত্তং পরং যত্তদব্যক্তং ব্রহ্মণি স্থিতম্ ।　তদ্ভূতো জাপকঃ তস্মাৎ জন্মমাত্রমিহার্হতি ॥১২॥

## ভীষ্ম উবাচ

দুষ্টা জ্ঞানেন নিরয়া বহবঃ সমুদাহৃতাঃ ।　প্রশস্তং জাপকত্বং চ দোষাশ্চৈতে তদাত্মকাঃ ॥ ১৩ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি জাপকোপাখ্যানে সংবাদে চতুর্নবত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।।

—(০)—

করিগুম্বা মতমদা মাঙগদোবা মশক ফোংগদোবা নৈত্রবা, সনাতন অব্যক্ত ওইরবা ব্রহ্ম যাগী ব্রহ্মগায়ত্রীবু জপ তৌবতদা পুক্নীং চঙলক্লিবা মহাক (জাপক) অদুগা অনিত্য ওইরবা সংসার অসিদা, হায়বদি হকচাংসিদা চঙলক্লিবদি করিগীনো ? হায়বদি করিগীদমক্তা মহাক্না পুনর্জন্ম অদি ফংলরিবনো ? নামজপ—মন্ত্রজপ তৌবিবসি পোকপ শিবগী-সংসার অসিদা হন্না হন্না লাক্লবগী-দমক্তরা ? ॥ ১২ ॥ ভীষ্মনা হায় :— নিংথৌ ! জাপক অমা ওইবা, নাম-মন্ত্র জপ তৌবা হায়বসি য়াম্না ফবা য়ানি । অদুবু অপাম্বা কল্লকপা, মিহৌবগা লোয়ননা শোম্নবদি ব্রহ্মগায়ত্রী মন্ত্রনি হায়দুনসু মাদো, দূষিত ওইরবা, দোষযুক্ত ওইরবা মন্ত্রনি । মাদুতনা মরম ওইদুনা য়ুম দূষিত ওইরবা সংসার অসিদা, দূষিত ওইরবা হকচাং অসিদা জাপকনা জীবশিনা চঙচকপনি পোক্লবনি । তোঙাল তোঙাম্বা মপোক (যোনি) কয়া কয়া পোকথি হায়বগী য়াম্না নঙোম্না হায়গ্রে । জাপকসাধক অমা ওইবা হায়বসি অফবা পোংনি । অদুবু হায়গ্রিবা কাম, রাগ-নচিংবা দোষনা দূষিত ওই ।। ১৩ ॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা জাপকোপাখ্যানেগী চামগা মরিফুত্তরামরিশুবা অধ্যায় লোইরে ।

—(০)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## পঞ্চনবত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

"পরমধাম কংননবগী অধিকার লৈরবা জাপককী মঙ্গমদদি স্বর্গসু নরকনি"
হায়না তাকপা

( চামগামরিফুতরামঙাগুবা অধ্যায় )

### যুধিষ্ঠির উবাচ

কীদৃশং নিরয়ংযান্তি জাপকো বর্ণয়স্বমে। কৌতূহলংহি রাজন্ মেংতৎ ভবানৃবক্তু মর্হ তি ॥ ১ ॥

### ভীষ্ম উবাচ

ধর্মস্যাংশপ্রসূতোঽহসি ধর্ম্মিষ্ঠোঽহসি স্বভাবতঃ। ধর্ম্মলাশ্রয়ং বাক্যং শৃণুষ্বা বাহিতোঽনঘ ॥২ ॥
অমূণি যানিস্থানানি দেবানাং পরমাত্মনাম্ নানা সংস্থানবর্ণানি নানা রূপফলানি চ ॥৩॥
দিব্যানি কামচারীণি বিমানানি সভাস্তথা আক্রীড়া বিবিধা রাজন্ পদ্মস্তশ্চৈব কাঞ্চনাঃ। ৪।
চতুর্ণাং লোক পালানাং শুক্রস্যাথ বৃহস্পতেঃ। মরুতাং বিশ্বদেবানাং সাধ্যানামাশ্বনোরপি। ৫॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হায় :— ঈবুধৌ। মাগী মাগী তোঙাল তোঙবা দোষগী মতুং ইন্না জাপকশিংনা করম করম্বা নিরয় ( নরক ) বু কংবগে ? মাসিগী মরমদা ঐভোন্দা তাকপিয়ু মাসিবু খঙনিং-মনা পুক্নীংসি মথুম-মরাঙ হোরে। অদুনা মাসি শোয়দনা তাকপিয়ু।১।। ভীষ্মনা হায় :— পাপকী শরুক য়াওদ্রবা নিংথৌ ! নংদি ধর্ম্মগী অংশদগী পোকপনি। পোকপদগী নপানা ধর্ম্মদা পুক্নীং চঙবা হায়বদো অদুম ওইজরক্রবনি। অদুনা ধর্ম্ম পুম্নগী মুল ওইরবা বেদ অমদি পরমাত্মাগী সম্বন্ধ ওইবা য়াশিংসি তাও ।।২।। থোইদোক্না জ্ঞানবান ওইরবা দেবতাশিংগী হায়নরিবা থাম ( লৈকম ) শিং অদুগী মওং মতৌ মচু অমত্ত মায়দে, তোঙাল তোঙাল্লি। মহৈ ( ফল ) শীনবসু অমত্ত মায়দে। দেবতা ( লাই ) শিংগী মাগী মাগী লৈকম ( য়ুম মন্দির ) দা নীঙক নীঙকপা মতুংইন্না মথন্ত পাইজবা চচ্চবা নীঙথিজরবা বিমান ( রথ অপাইবী ) অদুগা নীংথিজরবা সভা মন্দির কয়া কয়া লৈরি। নিংথৌ মখোয়গী লৈকম অদুদা মথম মখা অয়াবা শাঙ্কুম অদুগা সনাগী মঙ্গাল থন্না শাংলবা পুখ্রী কয়া কয়া লৈ।৩-৪।। ঈবুঙো ! নিংথৌ ! বরুণ, কুবের, ইন্দ্র,

রুদ্রাদিত্যবসূনাংচ তথান্যেষাং দিবৌকসাম্ ।" এতেবৈনিরয়াস্তাত স্থানস্য পরমাত্মনঃ ॥৬॥
অভয়ং চানিমিত্তংচ ন তৎক্লেশসমাবৃতম্ দ্বাভ্যাংমুক্তং বিনির্মুক্তমষ্টাভিষ্টাভিস্ত্রিভিরেবচ ॥ ৭ ॥
চতুর্লক্ষণবর্জংতু চতুষ্কারণবর্জিতম্ । অপ্রহর্ষমনানন্দ মশোকংবিগতক্লমম্ ॥ ৮ ॥
কালঃ সম্পচ্যতে তত্র কালস্তত্র ন বৈপ্রভুঃ । স কালস্য প্রভু রাজন্ স্বর্গস্যাপিতথেশ্বরঃ ॥ ৯ ॥

যমরাজ হায়রিবা লোকপাল মরি অসি, অদুগা শুক্র, বৃহস্পতি, মুংশিং নিফুমাপল, বিশ্বেদেব, সাধ্যশিং অশ্বিনী কুমার, রুদ্র, আদিত্য ( আদিতিগী মচাশিং ) বসু ( বসুদেবতা নিপাল ) অসিন-চিংবা দেবতাশিংগী লৈনবিবা লোকশিং অসি পবমাত্মাগী লৈফমগা য়েংনরুরবদি নিরয়মক্তনি, হায়বদি লৈখা তারবা মকম্নি, নরকনি ॥ ৫-৬ ॥ পরমাত্মাগী অথোইবা ধাম অদুদি মাঙ তাগনি, মশক হোংখিগনি হায়বগী অকিবা চিংনফম করিমতা লৈতে । করিনেনো হায়ববু হায়রিবা পরমধাম অসিদি করিগুম্বা কারণ ( মরম ) অমনা শেমখিবা ধাম নত্তে । মশা মশা মথন্তনা শুইজখিরা ভাক্তনি । অতৈ অতৈ দেবতাশিংগীগুম্বা আবিদ্যা মায়া অশাউবা কল্লক য়েংথিনবা, অপাম্বা পোশক্ত পুক্লীং কা হেন্না চঙবা হায়না কৌবা অরাবা দোষ ময়াম অসিনা ঈকোয় কোয়শিনবা অদুগুম্বা থাম নত্তে, পরমাত্মাগী ধাম অদুদি । ঐগী মাগী, পাম্মি পামদে, অরা-চুংডাই অসিনচিংবা অনী থোকপা রাথলগী কারণ ওইদুনা লৈরিবা সত্ত-রজ-তম হায়বা মায়াগুণ অহুম অসি মকম অত্তদদি লৈতে । অদুগা হায়বিবা পরমাত্মাগী ধাম অসিদি ভুত, ইন্দ্রিয়, পুক্লীং, বুদ্ধি উপাসনা, কর্ম, প্রাণ অদুগা আবিদ্যা হায়রিবা পুরী নিপাল অসিদগীসু মুক্ত ওইদুনা তোঙাম্না লৈগ্রবনি । মকম অদুদা, জ্ঞাতঃ ( অখঙবা মী ) জ্ঞান, অদুগা জ্ঞেয় ( খঙদবা বিষয় ) অহুম অসিসু লৈত্রবনি ॥ ৭ ॥ অসিত্ত নত্রি—হায়রিবা পরমধাম অসিদি দৃষ্টি, ( উবা ) শ্রুতি ( তাবা ), মতি ( রাখল ) বিজ্ঞাপ্তি ( মুন্না খঙজিনবা ) হায়বা লক্ষণশিং অসিসু য়াওদবনি । জ্ঞানগী কারণ ওইদুনা লৈরিবা প্রত্যক্ষ, অনুমান, উপমান, শব্দ হায়না কৌবা প্রমাণ মখল মরি অসিদগীসু তোঙাম্না লৈজবা পরমধামনি । মকম অদুদি, অপাম্বা বিষয়দু পোশকপু ফংলগ হরাউব, পোশকদু ভোগ তৌবগী চুংডাইবা, হায়বা অদু ফাওবা য়াওদবনি । থবক তৌরুবগী রাবা চোকথবা অসিনচিংবসু ঈরাও য়াওদবা অদুগুম্বা মকম্নি ॥ ৮ ॥ নিংথৌ ! কাল ( মতম ) হায়বা পোশক অদসু পরমাত্মাগী পরমধাম অসিদগী পোকখিবনি । জগত্তা লৈরিবা পোচৈ পুম্নমক কালগী মথা পোনবা ভাক্তনি অদুবু পরমধাম অত্তদদি কাল হায়বা লাইদুনা পোশক অমত্তবু মথা পোলহনবা ঙমদে । পরমাত্মা মহাত্তি কালগীসু মপুনি, স্বর্গগীসু ঈশ্বরনি ॥ ৯ ॥ আত্মকৈবল্যবু ফংলবা অদুগুম্বা মী মহাক অদুতনা মকম অদু য়৷না চংখিদুনা করিগুম্বা হীরমগী অরাবা অমত্ত য়াওদনা, ইনুং চুংডাইনা লৈখোকই । অদুগুম্বা পরমধামগী স্বরূপতি হায়রিবা অসিনি । অদুনা হায় হায়গ্রিবা, চুংডাইবা

আত্মকেবলতাম্প্রাপ্তস্তত্রগত্বা ন শোচতি। ঈদৃশং পরমং স্থানং নিরয়াস্তে চ তাদৃশাঃ ॥ ১০ ॥
এতে তে নিরয়াঃ প্রোক্তাঃ সর্ব এব যথা তথম্। তস্যস্থানবরস্যেহ সর্বে নিরয়সংজ্ঞিতাঃ ॥ ১১ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি জাপকথ্যানে পঞ্চনবত্যধিকশততমোধ্যায়ঃ।

—(•)—

সম্পত্তি মথল মথয়া তিন্নবা লোকশিং অহু কাওবা, পরমাত্মাগী পরমধাম অসিগা পান্দয়রুরবদি, লৈখা তাবা লোকনি, নিরয়নি, নরকনি ॥ ১০ ॥ নিংথৌ! ঐনা নঙোন্দা নৎক মথল মথলগী হীরম অসি নঙোন্দা তাহল্লবনি। পরংব্রহ্ম, পরমাত্মাগী ধাম অহুগা হায়নরুরবদি দেবতা অতৈগী লোকশিং অহু নরকনি হায়বা য়াই—অসিতনি ॥ ১১ ॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চাবনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা জাপকোখ্যানগী চাবগা মরিফুতরামঙাগুবা অধ্যায় লোইরে।

মনসশ্চ সমাধিস্তে বর্দ্ধতামহরহঃ শুভে । তৎকর্ণেক্ষিত তত্তো দেবী মধুরং প্রত্যভাষত ॥১৩॥
ইদং চৈব পরং প্রাহ দেবী তৎপ্রিয়কাম্যয়া । নিরয়ং নৈব যাতাসি যত্র যাতা দ্বিজর্ষভাঃ ॥১৪॥
যাস্যাসি ব্রহ্মণঃ স্থানমনিমিত্তমনিন্দিতম্ । সাধয়ে ভবিতা চৈতৎ যন্ময়াঽহমিহার্থিনা ॥১৫॥
নিয়তো জপ চৈকাগ্রো ধর্ম্মস্ত্বাং সমুপৈষ্যতি । কালো মৃত্যুর্যমশ্চৈব সমায়াস্যন্তি তেঽন্তিকম্ ॥ ১৬॥

## ভীষ্ম উবাচ

ভবিতা চ বিবাদোঽত্র তব তেষাং চ ধর্ম্মতঃ এবমুক্ত্বা ভগবতী জগাম ভবনং স্বকম্ ॥ ১৭ ॥
ব্রাহ্মণোঽপি জপন্নাস্তে দিব্যং বর্ষশতং তথা । সদা দান্তো জিতক্রোধঃ সত্যসন্ধোঽনসূয়কঃ ॥ ১৮ ॥
সমাপ্তে নিয়মে তস্মিন্নথ বিপ্রস্য ধীমতঃ সাক্ষাৎ প্রীতস্তদা ধর্ম্মো দর্শয়ামাস তং দ্বিজম্ ॥১৯॥

## ধর্ম্ম উবাচ

দ্বিজাতে পশ্য মাং ধর্ম্মমহং ত্বাং দ্রষ্টুমাগতঃ । জপ্যস্যাস্য ফলং যত্তৎ সম্প্রাপ্তং তচ্চ মে শৃণু ॥২০॥
জিতা লোকাস্ত্বয়া সর্ব্বে যে দিব্যা যে চ মানুষাঃ । দেবানাং নিলয়ান্ সাধো সর্ব্বানুৎক্রম্য যাস্যসি ॥২১॥
প্রাণত্যাগং কুরু মুনে, গচ্ছ লোকান্ যথেপ্সিতান্ ত্যক্ত্বাত্মনা শরীরং চ ততো লোকানবাপ্স্যসি ॥২২॥

---

অদুস্থ শোযদনা কঙ্গনি । নংনা নিরিবশিং অদুস্থ শোয়দনা কৈনবা ঐস্থ কম্না হোৎনগনি । নহাক নিয়ম নাইনা, পুক্নীং অনী, লোঙদনা তত্তন জপ তৌদুনা অদুম লৈয়্রু । ধর্ম্ম হায়বদুনা মশানা অদুম নত্তোন্দা লাকচবনি । কাল, মৃত্যু অদুগা যম হায়বা অদুমক্ত নংগী নকাক্ত লাক্কনি । মথোয়গা নংহাক্কা ধর্মগী মরমদা তর্ক তৌনরথিনি ॥ ৩-১৬ ॥ ভীষ্মনা হায় :— নিংথৌ ! ব্রা খয়সি হায়রমলগা ভগবতী সাবিত্রী দেবী অদু মহাক্কী লৈকম তাম্র চৎখি । জাপক ব্রাহ্মণ অদুস্থু লাইগী চহীদা, চহী চাম চুপ্পা জপ তৌদুনা লৈখি ॥ ১৭ ॥ মহাক মতম পুম্বদা পুক্নীংবু অদুগা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা থমখি । অশাউবা হাযবদুবুস্থু মহাক্না মায়থীবা পীখ্রে । মহাক্না তৌখিব য়াশকশিং অদু থাজৈশেংনা চুম্না ভাকদুনা লৈখি । কনাগুম্বা মী অমতগী দোষবু মহাক্না য়েংশিল্লবা উৎরবা লৈত্তে । বুদ্ধিমান ওইরবা ব্রাহ্মণ অসিগী নিয়ম অদুনা লোইরবা তুংদা, মীগী ব্রতনিয়ম অদুদা ওহে'ক্না পেন্‌থ্রদুনা ভগবান্ ধর্ম্মনা সাক্ষাৎ মূর্ত্তি নাইনা মাগী মনাক্তা লাকদুনা দর্শন পীখি ॥ ১৮–১৯ ॥ ধর্ম্মনা হায় :— ব্রাহ্মণ অথোইব ! নং ঐঙোন্দ, য়ে থংলকউ ঐসে ধর্ম্ম হায়বা লাইহুনি । ঐ নঙোন্দা ঈশকিসে উহন্‌গে লাকপনি । নহাক্না তৌখিবা জপ অসিগী মহৈশিং অদো ঐ হায়বে তাও ॥২০॥ ব্রাহ্মণ ! নহাক্না মীরমলেন লাইরমলেন লোক অনীমকপু জয় তৌরে । অদুনা সাধু ! মী লাই অনীমক্কী লোকতগীস্থ হেন্দোকখিদ্রবা মাতুংদগীস্থু মথক থোংবা লোকতা চৌকরগনি ॥ ২১ ॥ অদুনা থরায়সে থাদোক্ল্লমলো, চৎনীংবা লোক অদুদা চৎল্লো । হকচাং অসি থাদোক্ল্লমলবা, তুংদা নহাক মহাপুণ্যলোক অদুদা চৌকরগনি ॥২২॥ ব্রাহ্মণনা হায় :— ধর্ম

### ব্রাহ্মণ উবাচ

কিং নু লোকৈর্হি মে ধর্ম, গচ্ছ ত্বং চ যথাসুখম্‌ বহুদুঃখসুখংদেহং নোৎসৃজেহয়মহংবিভো ॥ ২৩ ॥

### ধর্ম উবাচ

অবশ্যংভোহ শরীরং তে ত্যক্তব্যং মুনিপুঙ্গব। স্বর্গমারোহ ভো বিপ্র, কিং বাবৈ রোচতেহনঘ ॥২৪॥

### ব্রাহ্মণ উবাচ

ন রোচয়ে স্বর্গবাসং বিনাদেহমহং বিভো। গচ্ছ ধর্ম ন মে শ্রদ্ধা, স্বর্গংগন্তুংবিনাত্মনা ॥ ২৫ ॥

### ধর্ম উবাচ

অলং দেহে মনঃকৃত্বা, ত্যক্ত্বা দেহং সুখীভব। গচ্ছ লোকানরজসে যত্রগত্বা ন শোচসি ॥ ২৬ ॥

### ব্রাহ্মণ উবাচ

রমেজপন্‌ মহাভাগ কিংনু লোকৈঃ সনাতনৈঃ সশরীরেণ গন্তব্যং ময়া স্বর্গং ন মা বিভো ॥২৭ ॥

### ধর্ম উবাচ

যদি ত্বং নেচ্ছসে ত্যক্তুং শরীরং পশ্য বৈ দ্বিজ এষ কালস্তথা মৃত্যু র্যমশ্চত্বামুপাগতাঃ ॥ ২৮ ॥

---

লোক অহুনা কৈদৌনগনি ! মফম অসিদগী চুংঙাইনা লেঙবিগে, মথা তাবিজু প্রভু। ঐ ( আত্মা ) না হকচাং অসিগা লোয়ননা অন্না-চুংঙাই কয় কয়া ফংামন্নরক্রবনি অং.। ঐ হকচাং অসিবু থাদোকপা ওমজরোই ॥ ২৩ ॥ ধর্মনা হায় :— পাপকী শরুক লেশমাত্র য়াওদ্রবা ! মুনি ওথোইবা ! ফনা হায়গুনসু নহাক হকচাং অসিদি শোয়দনা থাদোকপা তাই। ব্রাহ্মণ ওথোইবা ! হৌজিক হকচাং অসি থাদোক্লগা স্বর্গ কাগো। নংনা হকচাংসিবু অসুক য়াম্না পাম্লিবসিবু করিগীনো ? মরম হায়ু ॥ ২৪ ॥ ব্রাহ্মণন হায় :— প্রভু ! হকচাং অসি য়াওদনা ঐ স্বর্গদা লৈবা পামজদে। অহুনা হে ধর্মদেব ! মথা তাবিবগনু, মফমসিদগী থুনা লেঙবিগো। হকচাং অসি থাদোক্লগা ঐ স্বর্গলোকতুদা মীকূপ অমা কাওবা লৈনিংদে ॥ ২৫ ॥ ধর্মনা হায় :— ন ! হকচাং অসিদা পুক্নীংবু অহুক য়াম্না আসক্তি থম্ব চুগদে। হকচাং অসি থাদোক্লগা নহাক (আত্ম) ননীং ওয়া চুংঙাইব ফংঙ্গবো। রজোগুণগী শরুক করিমত য়াওদ্রবা মফত্রবা লোক অহুদা চৎগো। মাহু হেক য়োবদা নহাক অরাবা হায়বহু মশক থ গ্নরোই ॥ ২৬ ॥ ব্রাহ্মণনা হায় : পুকচেল চাউবা ! চুংঙাইবগীদমক্তা ওইরবদি ঐ অপ তৌবসিদা য়াম্না চুংঙাইজর। মাসিদগী হেনথা চুংঙাইবা অমা পামজদে। সনাতন ওইবা, অমাঙ অত কৈত্রবনি হায়রিবা লোক ( থাম ) শিং অহুনা কৈদোনগনি ? ভগবন্‌ ! মাসিহম তাকপিয়ু, ঐ ( আত্মা ) হকচাংসিগা লোয়ননা স্বর্গলোক অহুদা য়োথিবা চৎথিবা য়াগদ্রা ? ॥ ২৭ ॥ ধর্মনা হায় :— ব্রাহ্মণ ! নংগী হকচাং অসি থাদোক্নী ত্রবদি, কালগা মৃত্যুগা যমগ ডাওনো ॥ ২৮ ॥ ভী[illegible] :— নিংথৌ !

অথ বৈবস্বতঃ কালো মৃত্যুশ্চ ত্রিতয়ং বিভো। ব্রাহ্মণং তং মহাভাগমুপগম্যেদমব্রুবন্ ॥২৯ ॥

### যম উবাচ

তপসোঽস্য সুতপ্তস্য তথা সুচরিতস্য চ। ফলপ্রাপ্তিস্তবশ্রেষ্ঠা যথোঽহং ত্বামুপক্রুবে ॥ ৩০ ॥

### কালউবাচ

যথাবদস্য জপ্যস্য ফলংপ্রাপ্তমনুত্তমম্। কালস্তে স্বর্গমারোঢ়ুংকালোঽহংত্বামুপাগতঃ ॥ ৩১ ॥

### মৃত্যুরুবাচ

মৃত্যু মাং বিধি ধর্মজ্ঞ রূপিণং স্বয়মাগতম্। কালেন চোদিতা বিপ্র ত্বাং নেতুমদ্য বৈ ॥ ৩২ ॥

### ব্রাহ্মণ উবাচ

স্বাগতং সূর্য্যপুত্রায় কালায় চ মহাত্মনে মৃত্যবে চাথ ধর্ম্মায় কিং কার্য্যং করবাণি বঃ ॥ ৩৩॥

### ভীষ্ম উবাচ

অর্ঘ্যং পাদ্যং চ দত্বা স তেভ্যস্তত্রসমাগমে। অব্রবীৎ পরমপ্রীতঃ স্বশক্ত্যা কিং করোমি বঃ ।৩৪

---

ধর্মনা চৎপ্রব তুংদা যমগা কালগা মৃত্যুগা অহুম অসি লাকতুনা ব্রাহ্মণহুদা হায়রৈ ॥ ২৯ ॥ যমনা হায় :— ব্রাহ্মণ ! নংনা তৌরিবা শেংলবা জপকী মশক ওইরবা তপস্যা অসিনা অতুগা নীঙ্-থিজরবা আচার ব্যবহার অসিনা থোইদোক হেন্দোক্লবা মহৈবু নংনা কংলগনি। যমরাজ হায়রমু ঐনি। ঐনা নঙোন্দা রাসে হাযগে লাকপনি ॥ ৩০ ॥ কালনা হায়রকই :— ব্রাহ্মণ অথোইবা। নহাক্না তৌরিবা জপযজ্ঞ অসিগী মতীক চাবা মহৈ অদো কংলে অতুনা নহাক স্বর্গ কাবা মতীক চারে। মাতুগী মতম লাক্লে। মতম ( কাল ) হায়রবদো ঐহাক্নি. ঐ মাহু নঙোন্দা তক্নে লাকপনি ॥ ৩১ ॥ মৃত্যু কৌবা লাইহুনসু অসুম্না হায়রকই— ধর্মগী তত্ত্ব মুম্না খঙলবা ব্রাহ্মণ ! মৃত্যু হায়রবদো ঐসিনি খঙঙ্। অশিবা ( মৃত্যু ) হায়হুনা মূর্ত্তি নাইনা লাক-লিবসিনি। ব্রাহ্মণ অথোবা ! কাল হায়বসিনা ইঙ্কিল্লকতুনা ঐহাক লাকপনি ঐ নংবু পুরগে হায়না লাক্লিবসিনি ॥ ৩২ ॥ ব্রাহ্মণহুনা অসুম্না হাযরকই সূর্য্যপুত্র যম ! পুকচেল চাউরবা কাল ! অতুগা মীচঙ মীথাইদবা মৃত্যু ! জীবগী অকবত খল্লবা ধর্ম ! পুম্নমকপু ঐনা স্বাগত তৌজরি। তাকপিযু, ময়ামগীদমক্ত ননাইবু করি তৌজো হায়বগে ? ॥ ৩৩ ॥ ভীষ্মনা হায় :— নিংথৌ ! ধর্ম, কাল, যম, মৃত্যু মরি অসিনা লাকপদা ব্রাহ্মণ অতুনা আসন অমমম্ থারগা পাদ্য আর্ঘ্যনচিংবা কৎলগা, য়াম্ন নুংঙাইনা ব্রাহ্মণহু অসুম্না হায়রকই :— দেবতা মরিমক ! ঐনা ঐগী লৈজবা শক্তিগী মতুংদা দেবতাশিংগী করি সেবা তৌজো হায়বগে ? ॥ ৩৪ ॥ অসুম্না তাঙমহিরৈ মতমসিমক্তদা. তীর্থ চৎকে লাকপা নিংথৌ ইক্ষ্বাকুসু ময়াম্ন লৈরিবা মফম অতুদা

তস্মিন্নেবাথ কালে তু তীর্থযাত্রামুপাগতঃ। ইক্ষ্বাকুরগমত্তত্র সমেত যত্র তে বিভো ॥ ৩৫ ॥
সর্ব্বানেব তু রাজর্ষিঃ সম্পূজ্যাথ প্রণম্য চ। কুশলপ্রশ্নমকরোৎ সর্বেষাং রাজসত্তম ॥ ৩৬ ॥
তস্মৈ সোথাসনং দত্ত্বা পাদ্যমর্ঘ্যং তথৈব চ অব্রবীৎ ব্রাহ্মণো বাক্যং কৃত্বাকুশলস বিদম্ ॥৩৭॥
স্বাগতং তে মহারাজ ব্রূহি যৎ যদি হেচ্ছসি স্বশক্ত্যা কিং করোমীহ তৎ ভবান্ প্রব্রবীতু মাম্ ॥৩৮॥

## রাজোবাচ

রাজাহং ব্রাহ্মণশ্চ ত্বং তব সৎকর্ম্মসংস্থিতঃ দদানি বস্তু কিংচিত্তে প্রথিতং তৎবদস্ব মে ॥ ৩৯ ॥

## ব্রাহ্মণ উবাচ

দ্বিবিধ ব্রাহ্মণা রাজন্ ধর্মশ্চ দ্বিবিধঃস্মৃতঃ প্রবৃত্তাশ্চ নিবৃত্তশ্চ বিবৃত্তোহহংপ্র তগ্রহাৎ ॥ ৪০ ॥
তেভ্যঃ প্রযচ্ছ দানানি যে প্রবৃত্তা নরাধপ। অহং ন প্রতিগৃহ্নামি কিমষ্টং কং দদামিতে
ব্রূহি ত্বং নৃপতিশ্রেষ্ঠ তপসাসাধয়ামিকিম্ ॥ ৪ ॥

---

েক লাকই ॥ ৩৫ ॥ নিংথৌ অথোইবা, রাজর্ষি ইক্ষ্বাকুনা লৈনমজিবা মফাম অদু উবদা অমমমদা চঙ চঙতুনা খুবমৃশি অমমমগী তোঙাল তোঙাম্ন এঙ্গল ওইবগী পাউ ক নি ॥ ৩৬ ॥ ব্রাহ্মণতুনসু নিংথৌগী অর্ঘ্য পাদ্য আসনচিংবা লানশল কংশিল্লগ অস্নুম্না হায়লবই ॥ ৩৭ ॥ মহারাজ! মহারাজবু তশাম স্বাগত তৌজবে মহারাজগী পুক্নাংদা লৈরিবা অপাম্ব পুন্নমক্তো মামগী মাংসদা শমুক্ত হায়দাকপিরকউ। ঐসু ঐগী লৈজবা শাক্তগী মতুং ইন্না মহারাজগী বরি তৌজৌ হায়্রবগে তাকপিয়ু ॥ ৩৮ ॥ নিংথৌনা হায়বনই :— ব্রাহ্মণ! ঐদি ক্ষত্রিয় নিংথৌনি। অদুগা ব্রাহ্মণ নহাক্তি কর্ম তকপু পাঙথোক্লবা মীশক অমনি। তুনা ঐ ব্রাহ্মণদা ধন থরদ দান তৌবনীঙঙি অদুনা অমল থমনব মণিরত্ন অমত্তং হায়রিয়ু হচগে ॥ ৩৯ ॥ ব্রাহ্মণন হায় :— হে রাজ। ব্রাহ্মণ হায়বসি মখল অনীনি। অদুগুম্বলতুনা ধর্মসু মখল অনীনি প্রকৃতি ধর্ম হায়বা অমা, নিবৃত্তি ধর্ম হায়ব অমা। ঐদ অতোপ্পা অমগী মচমদগী দান লৌবা হায়বা ধর্মদগী নিবৃত্ত ওইরে, মাদাবতুনা লৈজরবা ব্রাহ্মণ অমনি ॥ ৪০ ॥ নিংথৌ! লৈরিবা ব্রাহ্মণশিং অসিদা দান তৌবিয়ু মথোয় অসিদি প্রবৃত্তি মার্গদা লৈরিবা মকুনি অদুগা ঐদি প্রবৃত্ত মার্গদা লৈতবনা কুিয়রুম্বা দান অমত্ত লৌজরোই। নিংথৌ অথোইবা! মতমসিদ নিংথৌ নহাক্না পা থিরিবসি করিনো? করি কনদৌরজো হায়রবগে? তাকপিয়ু, জপ তপস্যাগী শক্তিনা নিংথৌ নহাক্কী তৌঙমদবা করম্বা থবক অমত্তং পাংথোকচৌ হায়রবগে ॥ ৪১ ॥ নিংথৌনা হায় :— ব্রাহ্মণ অথোইবা! ঐদি ক্ষত্রিয়নি। মী অমগী মথমদা

## রাজোবাচ

ক্ষত্রিয়োঽহং ন জানামি দেহীতি বচনং ক্বচিৎ। প্রযচ্ছ যুদ্ধমিত্যেবংবাদিনঃ স্মো দ্বিজোত্তম ॥৪২॥

## ব্রাহ্মণ উবাচ

তুষ্যসি স্বধর্ম্মেণ তথা তুষ্টা বয়ং নৃপ। অন্যোন্যস্যান্তরং নাস্তি যদিষ্টং তৎসমাচর ॥৪৩॥

## রাজোবাচ

স্বশক্ত্যাহং দদানীতি ত্বয়া পূর্ব্বমুদাহৃতম্ যাচে ত্বাং দীয়তাং মহ্যং জপ্যস্যাস্য ফলং দ্বিজ ॥৪৪॥

## ব্রাহ্মণ উবাচ

যুদ্ধং মম সদা বাণী যাচতীতি বিকত্থসে। ন যুদ্ধং ময়া সার্দ্ধং কিমর্থং যাচসে পুনঃ ॥৪৫॥

## রাজোবাচ

বাগ্বজ্রা ব্রাহ্মণাঃ প্রোক্তাঃ ক্ষত্রিয়া বাহুজীবিনঃ বাগ্যুদ্ধং তদিদং তীব্রং মম বিপ্র ত্বয়া সহ ॥৪৬॥

## ব্রাহ্মণ উবাচ

সৈবাদ্যাপি প্রতিজ্ঞা মে স্বশক্ত্যা কিং প্রদীয়তাম্ ব্রূহি দাস্যামি রাজেন্দ্র বিভবে সতি মা চিরম্ ॥৪৭॥

---

পীবিয়ু হায়বা রৈহৈসি চীন্দ পঞ্জদি নিবা হাযবসি ক্ষত্রিয় ঐথোয়না হায়বা ভারবদা লালগী ভিক্ষা হাপ্নন্ লাল পীযু হাযবসি নত্তন পীয়ু হাযবসি অতে বিষয় অমদ থক শৌজিন্নদে ॥ ৪২ ॥ ব্রাহ্মণনা হায নিংথৌ! নহাক্না নিংথৌ ধর্ম্মদ (ক্ষত্রিয় ধর্ম্মদা) পঞ্জনা লৈবদুগুম্না ঐসু ঐগী ধর্ম্মদা পেঞ্জনা লৈজবি। অচুনা ঐথোয় অনীগী মরক্তা থোইদোক্ত থেংনবা লৈতে। অচুনা, নিংথৌ নহাক্না অপাম্বদো তৌবিবে ॥৪৩॥ নিংথৌনা হায়। ঐগী লৈজবা তপস্যাগী শক্তিগী মতুং ইন্না দান তৌগে হাযনা নহাক্না ঐঙোন্দা অহানবা হায়বিখ্রে। অচুনা, ব্রাহ্মণ, নহাক্না হক তৌবক্রিবা জপধ্যান পুন্নমকতুগী মহৈ পুন্নমকতু ঐঙোন্দা পীনবিরো ॥৪৪॥ ব্রাহ্মণনা হায়: নহাক্তি অচৌ অচৌবা রাঙাক্ত চাঙবার। কনাগুম্বা অমগী মফমদগী নিবা তারিবদি লাল পীয়ু হাযগনা নিবা নত্তুন: করিগুম্বা পোৎশক অমতা চীন অসিনা কনাগুম্বা কনাগুম্বী অমগী মফমদা লিংকত্রি হায়বিবি। অসিগুম্বা অচৌবা রাঙাং অসি যান্না নাপল তৌবা, থোয়বগী রাঙাং ভাক্তনি। অস্মুন্না তৌজক ঐঙোন্দগীদি লালগী ভিক্ষা করিগী নিদ্রে? ॥৪৫॥ নিংথৌনা হায়রকই:— ব্রাহ্মণ! ব্রাহ্মণশিংগী রাঙাং বাহৈদ বজ্রদগীসু চেন্না কল্লি। অদুগা ক্ষত্রিয়গী পাঙ্গলদি পাম্বোমগী পাঙ্গলা। অচুনা, ব্রাহ্মণ নহাক্না ঐগা অনীগী মরক্তা বাগযুদ্ধ (রাহৈগী লাল) অমা থোক্লরে ॥৪৬॥ ব্রাহ্মণনা হায়:— নিংথৌ অথোইবা! ঐগী রাশক অদো হৌজিক কাওদ্রা লৈবি। ঐগী লৈরবা শক্তি অসিগী মতুং ইন্না নিংথৌ নহাক্না করি তৌজো হায়বগে? জপধ্যানগী শক্তি অসিতনা, মহারাজনা অসি পাম্মি হায়না চীন্দা হক্ত

## রাজোবাচ

যত্তৎবর্ষশতংপূর্ণং জাপ্যং বৈ জপতাত্বয়া। ফলংপ্রাপ্তং তৎ প্রযচ্ছ মম দিৎসুর্ভবান্ যদি ॥ ৪৮ ॥

## ব্রাহ্মণ উবাচ

পরমং গৃহ্যতাং তস্য ফলং যজ্জপিতং ময়া। অর্দ্ধংত্বমবিচারেণ ফলংতস্য হ্যবাপ্নুহি ॥ ৪৯ ॥

অথবা সর্বমেবেহ জামকং যাপকং ফলম্। রাজন্ প্রাপ্নুহি কামং ত্বং যদি সর্বমিহেচ্ছসি ॥ ৫০ ॥

## রাজোবাচ

কৃতংসর্বেণ ভদ্রং তে জপ্যংযৎযাচিতং ময়া স্বস্তি তেঽস্তু গমিষ্যামি কিন্তুতস্য ফলংবদ ॥ ৫১ ॥

## ব্রাহ্মণ উবাচ

ফলপ্রাপ্তিং ন জানামি দত্তং যজ্জপিতং ময়া। অয়ংধর্মশ্চ কালশ্চ যমোমৃত্যুশ্চ সাক্ষিণঃ ॥ ৫২ ॥

## রাজোবাজ

অজ্ঞাতমস্য ধর্মস্য ফলংকিংমে করিষ্যতি। ফলংব্রবীষিধর্মস্য ন চেজ্জপ্যকৃতা মাম্।

প্রাপ্নোতু তং ফলংবিপ্রো নাহমিচ্ছে সসংশয়ম্ ॥৫৩॥

---

হায়দোকপিরকপদো ঐ কচ্চগে, হায়দোকপীরকউ ॥ ৪৭ ॥ নিংথৌনা হায়—মুনি ! নহাক্না ঐ ভোন্দা করিগুম্বা অমা শোয়দনা পীগনি হায়না রাশকপ্রবদি, করে মুনি, বাহ্মণ ! নহাক্না চঙী চাম চুপ্না তৌরকপ জপ অদুগী মহৈদো ঐভোন্দা লোয়্না পীয়ু ॥ ৪৮ ॥ ব্রহ্মণনা হায় :- নিংথৌ ! ঐনা তৌখ্রিবা জপ ধ্যান অদুগী ফববা মহৈদো লৌবিয়ু। ঐনা তৌখ্রিবা জপ অদুগী মহৈ তংথায় অমদি নহাক্না রাথল বিচার ঈতৌ তৌদনা লেবিবা য়ানি। অদুগা ঐগী জপ অদুগী মহৈ অদো মপুংফানা লৌবিবা পাম্লবদি নীঙবিবা মতুং ইন্না লোইনা লৌবিবা য়ানি। ৪৯-৫০। নিংথৌনা হায় :—ব্রাহ্মণ ! ঐনা জপকী মহৈবু মপুংফানা কংজরে, মুংঙ ইজরে। করায়নো, কৰিপোংনো তাকপিরো ? ॥৫১॥ ব্রাহ্মণনা হায় :—নিংথৌ ! জপকী মহৈদি করি করম্না ফংবিগনি ? মাসি ঐ ঈশানক খঙজদ্রে। অদুবু ঐনা তৌখ্রিব জপ পুম্নমক্কু নিংথৌনা পীজরে। ধর্ম যম, মৃত্যু অদুগা কাল মরি অসিনা সাক্ষী ওইসনু ॥ ৫২॥ নিংথৌনা হায় :— ব্রহ্মণ ! জপগী মহৈ (ফল) অদু হৌজিক ফাওবা ব্রাহ্মণ নহাক্না হায়দোকত্রে। মকম খঙদবা মশক খঙদবা অদুগুম্বা মহৈ অদুবুদি করি থবক্তা কাম্নগনি ? অদুগুম্বা মকম খঙদবা মহৈ-অদো ব্রাহ্মণ নশাদা শাগোম্লনা অদুম লৈহৌরসনু। ঐ, মকম মরাং খঙদবা অদুগুম্বা মহৈ অদো পামজদ্রে ॥৫৩॥ ব্রাহ্মণনা হায় :— নিংথৌ ! নহাক্তি অচৌবা অকনবগী [illegible] ঙাঙবিরি।

## ব্রাহ্মণ উবাচ

নাদদেহং পরবক্তব্যাং দত্তং চাস্য ফলং ময়া । বাক্যং প্রমাণং রাজর্ষে মমাদ্য ভবচৈবহি ॥৫৪॥
নাভিসন্ধির্ময়া জপ্যে কৃতপূর্ব্বঃ কদাচন । জপস্যরাজ শার্দূল কথং বেৎস্যম্যহংফলম্ ॥৫৫
দদস্বেতি ত্বয়া চোক্তং দদানীতি ময়া তথা । ন বাচং দূষয়িষ্যামি সত্যং রক্ষ স্থিরোভব । ৫৬।
অথৈবং বদতো মেহদ্য বচনং ন করির্য্যসি মহানধর্ম্মে। ভবিতা তব রাজন্ মৃষা কৃতঃ ।৫৭॥
ন যুক্তংতু মৃষা বাণী ত্বয়া বক্তুমরিন্দব । তথা ময়া প্যভিহিতং মিথ্যা কর্ত্তুং নশক্যতে ।৫৮॥
সংশ্রুতং ময়া পূর্ব্বং দদ'নীতাবিচারিতম্ । তৎ গৃহীত্বাবিচারেণ যদি সত্যে স্থিতো ভবান ।৫৯
ইহাগম্যহি সাংরাজন্ জাপ্যংফলময়াচথাঃ তস্মোনিস্পৃষ্টং গৃহ্ণীষ্বভব সত্যেস্থিরোপি চ ॥৬০॥

ফবে ঐস্ন ঐগী জপকী মহৈপুম্বা নিংথৌ নঙোন্দা পীগ্রে অহুনা ঐ অতোপ্পা অমমুক তাক্সরবোট । ঐথোয় অনীমক মাগী মাগী হায়দোকখিববু ( রাশকপু) ঙাক্রসি ॥ ৫৪ ॥ নিংথৌ অথোইবা ! ঐনা জপ তৌবা হৌবদগী লোয়বা ফাওবদা কবিগুম্বা পোৎশক অমত পামজবা তৌথিদে । নিষ্কাম জপধ্যাননি ঐনা তৌজখিবদি । অহুগা জপ (থোল্লিবহুগী) মহৈনা করিনা ওরগদৌরিবনো ? মাহু ঐ খঙদে ॥ ৫৫ ॥ “পীয়ূ” হায়না নিংথৌ নহাক্না তাকপিখি । “লৌবিয়ু” হায়না ঐনস্নু হায়দোকখ্রে চী·দা । ঐদি চৌন্দগী অমুক্তং হায়দোকথ্রবদে৷ মাহুনা লোইরে । অম অমা অমুক হোংবা যাদ্রে । অহুনা নিংথৌ! নহাকস্নু জ্ঞান তাকপিবা ঙম্বা মীশক অমা ওইনা নশাগী রাশকপু ঙাক্লবা তৌবিয়ু । অহুগী তু দা মুংঙাইনা পোথাবিয়ু ॥ ৫৬ । নিংথৌ ! অহুক য়াম্না শেংনা হায়জবা ফাওবদ নিংথৌ নহাক্না হায়বিখিবা মতুং ইন্না থবক তৌবিদ্রবদি পাপ পুবিগনি, পাপী ওইগনি ॥ ৫৭ ॥ য়েক্লবা ঙম্বা ! অকনবা ! নিংথৌ নহাকুম্বা অমদা রাশক ঙাক্তবা, হায়নখিবা রাবু থঙইবিদ্রবনি হায়বসি মতীক চাদে ফজদে । থুাইদগী চাউবা মীনম্বদি হায়দোকখিবা রাবু মীনস্না তাহনবা হায়বা অসিনি ॥ ৫৮ ॥ ঐদি করিগুম্বা রাথল অমা ঈতৌ তৌদনা পীনি হায়না রাশকথোকখ্রে । অহুনা নিংথৌ নহাকস্নু করিগুম্বা রাথল বিচার অমমুক তৌথদনা মহৈ অহু লোনবা তৌবিরে। । নিংথৌ ! নশানা নশাবু সত্যবাদী অমনি হায়না খ·বিরবদি হায়খিবদো শোযদনা তৌকম থোকই ॥৫৯॥ নিংথৌ ! নিংথৌ নশানা মফম অসিদা থোঙ থোংনা লাক্তুনা ঐঙোন্দা জপকী মহৈ পীয়ু হায়না নিবিরৈ । অহুদা ঐপু খুদক্তা পীজদে । অহুনা মাহু হৌজিক্তি লোদবা ঈয়া য়াদে । অচুম্বা, অরেপ্পা সত্যগী লম্বীদা চংপীয়ু ॥ ৬০ ॥ মীনম্বা ঙাঙবা মীদি ইহলোক পরলোক অনীমক্তা মুংঙাইবা ঈফং ফংদে । প্রেতলোকতা লৈগ্রবা মাপূর্বপূরুষশিং অহুবুস্নু লালহনবা অহুগা পেলহনবা ঙমদে,

নায়ং লোকোঽস্তিন পরো ন চপূর্ব্বান্ স তারয়েৎ। কুত এবজনিষ্যাংস্তু মৃষাবাদপরায়ণঃ ॥ ৬১ ॥
ন যজ্ঞাধ্যয়নে দানং নিয়মাস্তরয়ন্তিহি। যথা সত্যং পরে লোকে তথেহ পুরুষর্ষভ ॥ ৬২ ॥
তপাংসি যানি চীর্ণানি চরিষ্যন্তি চযৎ তপঃ। শতৈঃ শতসহস্রৈশ্চতৈঃ সত্যান্ন বিশিষ্যতে ॥৬৩ ॥
সত্যমেবাক্ষরং ব্রহ্ম সত্যমেবাক্ষরং তপঃ। সত্যমেবাক্ষরো যজ্ঞঃ সত্যমেবাক্ষরংশ্রুতম্ ॥ ৬৪ ॥
সত্যং বেদেষু জাগর্ত্তি ফলং সত্যে পরং স্মৃতম্। সত্যাৎ ধর্মোদমশ্চৈব সর্বংসত্যে প্রতিষ্ঠিতম্ ৬৫
সত্যং বেদাস্তথাঙ্গানি সত্যং বিদ্যাস্তথা বিধিঃ। ব্রতচর্য্যা তথা সত্য মোঙ্কারঃ সত্যমেব চ ॥৬৬॥
প্রাণিনাং জননং সত্যম্ সত্যা সন্ততিরেবচ। সত্যেন বায়ুরভ্যেতি তপতে রবিঃ। ৬৭॥
সত্যেন চাগ্নির্দহতি স্বর্গঃ সত্যেপ্রতিষ্ঠিতঃ সত্যং যজ্ঞস্তপোবেদাঃ স্তোভা মন্ত্রাঃ সরস্বতী ।৬৮॥

---

অহুনদি, হৌজিক্কী অহুগা মমাংঙৈগী অহল-লমনশিং অহুবু পেলংনবা ঙমত্রবদা মতুংদা ওই-রক পোক্রকখিগদৌরিবা মচা মশূশিংবুদি নহাক্না করম হায়না পেলহনগদৌরিবনো ? ॥৬১ ॥ নিপা অথোইবা ! পরলোকতা অচুম্বা হায়বহুনা জীবশিংগী উদ্ধার তৌবহুগুম্না যাগযজ্ঞনা, বেদগী পাঠ অধ্যয়ননা, দান ধর্মনা অহুগা ব্রতনিয়মনা অহুম্না উদ্ধার তৌবা ঙমদে ॥ ৬২ ॥ তাইবং মীনা হেক তৌবা ঙম্বা তপস্যামথৈ তৌরিবা, অহুগা মতুংদসু তৌরক্কদবা, অহুগা হায়রিবা তপস্যাশিং অহুবু শরুক চাম হেন্না নম্রগা শরুক লখা হেন্না তৌরবসু মাহুগী মহৈনা অহুগা মহুগী মাহাত্ম্য (মহিমা) না সত্য (অচুম্ব)গী মগুণবু অহুগা মহত্ত্বু হেনবা ঙমদে ॥ ৬৩ ॥ অমাঙ অতা লৈত্রবা অবিনাশী ব্রহ্ম হায়রিবসে সত্য মাবুনি। সত্যতনা অমাঙ অতা লৈত্রব তপস্যা হায়বহুনি। সত্যতনা অমাঙ অতা লৈত্রবা যজ্ঞনি সত্যতনা অমাঙ অতা লৈত্রবা সনাতন বেদ হায়বহু ওইরিবনি ॥৬৪॥ বেদশিংগী মরক্তা সত্য মাতনি জাগরণ তৌহুনা লৈরিবা সত্যগী যাহমাবুনি বেদশিংনা শক্লিবসে। থ্বাইদগী হেন্না অচুম্বা মহৈ (সত্য ফল) পীবদি সত্য মাতনা পী। ধর্ম্ম অহুগ ইন্দ্রিযশিংবু থুহুম চনবা হাযবসি সত্য মাতনা সিদ্ধ ওইহনগদৌরিবনি। জগৎপুম্বসি সত্য মহাক্না পুরিবনি। সত্যগী মথক্তা বিশ্ব জগৎ অসি নন্দুনা লৈরিবনি ॥৬৫॥ সত্য (অচুম্ব) হায়বহুতনা বেদসু ওইবিবনি। বেদাঙ্গসু ওইবিবনি। সত্য হায়বহুতনা বিদ্যা অমদি বিধি ওইরিবনি। সত্যতনা ব্রতনি, সত্যতনা আচরণনি, আচার বিচারনি। সত্যতনা ওঁকারনি ॥৬৬॥ জীবপানবা (থরায়পানবা) শিংগী জন্মদাতা ( মপোকপীরিবা পিতা অহু সত্য'ন হায়বদি পিতা মাতা অসিন'চংবা মিংশিং অসি সত্যদা থোনবা মক্তনি। সত্যতনা সন্ততিনি মচা মশূনি। বায়ুদা সত্য লৈবমা শীংলিবনি। সূর্য্যদা লৈবা সত্যতনা সূর্য্য (নুমিৎ) না তেজ (মঙাল মৈশা) পীক্লিবনি ॥ ৬৭ ॥ মৈনা চাক্লিবসি সত্যননি। স্বর্গ লোক লৈবিবসি সত্যননি। যজ্ঞ, দান, তপস্যা, বেদ, স্তোম, মন্ত্র, সরস্বতী —পুম্নমক্কগী সত্য (অচুম্বা) হায়বহুগী মশক

তুলা মারোপিতো ধর্ম্মঃ সত্যংচৈবেতিনঃ শ্রুতম্। সমকক্ষাং তুলয়তো যতঃ সত্যং ততোঽধিকম্॥৬৯

যতো ধর্ম্মস্ততঃ সত্যং সর্বংসত্যেন বর্ধতে। কিমর্থমনৃতং কর্ম কর্ত্তুং রাজংস্ত্বমিচ্ছসি॥৭০॥

সত্যেকুরুস্থিরং ভাবং মারাজন্ন নৃতং কৃথাঃ। কস্মাত্ত্বমনৃতা বাক্যং দেহীতি কুরুচৈহশুভম্।৭১

যদি জপ্যফলং দত্তং ময়া নৈষিষ্যসেনপ। ধর্মেভ্যঃ সম্পরিভ্রষ্টোলোকং ন স্নুচরিষ্যসি॥৭২

সংশ্রুত্যযোনদিৎ সেত যাচিত্বা যশ্চনেচ্ছতি উভাবা নৃতিকাবে তৌনমৃষা কর্ত্তুমর্হসি ৭৩।

## রাজোবাচ

যোদ্ধব্যং রক্ষিতব্য চ ক্ষত্রধর্ম্মঃ কিল দ্বিজ। দাতারঃ ক্ষত্রিয়াঃ প্রোক্তা গৃহ্ণীয়াং ভবতঃ কথম্। ৭৪

## ব্রাহ্মণ উবাচ

ন চ্ছন্দয়ামি তেরাজন্না পিতেগৃহমাজব্রজম্ ইহাগয্যতু অচিত্য ন গৃহ্ণীষে পুনঃ কথম্ ॥ ৭৫॥

---

মমিং নক্ক'ম *॥৬৮॥ ধর্ম্ম অমদি সত্যগু নাকল অমমমদা পালদা থাঙ্গত্তুনা ওনবদা সত্যনা নৈবা মায়গৈত্তনা লুমথত্নুনা নৈ হায়না ঐনা তায় ॥৬৯॥ ধর্মনা নৈবা মফমদা সত্য নৈ। ধর্ম নৈতবা মফমদা সত্য নৈতে। করিগুম্বা পোৎ নত্রগা বিষয অমদা বৃদ্ধি (উন্নত) (চাওথৎপা) লাক্লিবসি পোৎ নত্রগা বিষয অমদা সত্য নৈরিবননি। নত্রবদি চাওথৎলরোই-দোবনি। নিংথৌ! অদুগুম্বা সত্যবু থাদোক্তুনা অসত্য (অরেপ্পা থমদবা, মীনম্বা) গী আশ্রয় কদ্ভিগী লৌগদৌরিবনো? ॥৭০॥ মহারাজ :লেঙদব হোংদবা (অচুম্বা)দা পুক্নীংবু লেঙদনা থম্বীয়ু। মীনম্বা লমচৎ চংপিগু। লৌবিরোইদোবা নৈরবদি, করিগীদমক মহারাজনা "পীয়ু" হায়বা য়াহৈ মীনমতুনা শিজিন্নবিরিবনো? ওইদবা, ওইরোইদোবা অমঙ্গগী মশক ওইরবা য় হৈ অসি কৈদৌনা শিজিন্নবিরম্মিবনো? ॥ ৭১॥ নিংথৌ ঐনা পীরিবা জপকী মহৈ আসবু লৌবিত্রবদি মহারাজগী আত্মাতুনা ধর্ম্মগী লীকলম কাযনা চাকথ্রবনিনি। ইশ্বরা তৌম্নবা দেহ কয়া কয়াদা কোয়চৎ চৎতুনা নৈথ্রগদবনি ॥ ৭২ ॥ পীগনি হায়না য়াশক্নগা পীদবা, অদুগা লৌগনি হায়না হায়বগা লৌদবা মীশক অনীসিমক নরকগামীন, অদুগা মিথ্যাবাদীনি, লৌনমহৈবা মীশকনি। অদুনা ঐগী য়াশকপুম্নু অদুগা মহারাজগী য়াশকক অনী অসি মিথ্যা ওইহনবীগনু ॥ ৭৩ ॥ নিংথৌনা হায:- ব্রহ্মণ! ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্মদি প্রজাশিংবু য়োকপা অদুগা লাল অসিতনি। ক্ষত্রিয়দি দাতানি, দাতব্য নত্তে। অদুনা করম্না ব্রাহ্মণ নঙে ন্দগী দান লৌগদৌরিবনো? ॥ ৭৪॥ ব্রাহ্মণনা হায় .—নিংথৌ। অহানবদা ঐনা নিংথৌ নঙোন্দা দান লৌবিয়ু হায়না থক হায়জখিদে।

---

* টীকা—সত্য য়াওদবা যজ্ঞ অদু যজ্ঞ নত্তেং সত্য যাওদবা দান অদু থাঙ্গেশেংবা দান নত্তে। সত্য হায়বদি অচুম্বা হায়বনি। অচুম্বগী শমুক থিত্তং হৃদবদা পোশক থাঙ্গেশেংবা পোশক মশাদু ওইবা ঙমদে। ঈশ্বিংগী শরুক থিত্তং য়ানখিবদা শঙ্গোম অদু থাঙ্গেশেংবা অশেংবা অচম্বা শঙ্গোম নত্তে। মীনম্বা অরানবা য়াওবা সরস্বতী (বাণী) অদু থাঙ্গেশেংবা বাণী নত্তে।—কালাচাঁদ

### ধর্ম উবাচ

অবিবাদোঽস্তু যুবয়োর্বিত্তং মাং ধর্ম্মমাগতম্। দ্বিজোদানফলৈর্যতক্তো রাজা সত্যফলেন চ ॥৭৬॥

### স্বর্গ উবাচ

স্বর্গং মাং বিদ্ধিরাজেন্দ্র রূপিণং স্বয়মাগতম্। অবিবাদোঽস্তু যুবয়োরুভৌ তুল্যফলৌযুবাম্ ॥৭৭।

### রাজোবাচ

কৃতং স্বর্গেণ মে কার্য্যংগচ্ছ স্বর্গ যথাগতম্। বিপ্রোযদীচ্ছতে গন্তুং চীর্ণং গৃহ্নাতু মেফলম্॥ ৭৮ ॥

### ব্রাহ্মণ উবাচ

বাল্যে যদি স্যাদজ্ঞান্ম য়া হস্তঃ প্রসারিতঃ নিবৃত্ত লক্ষণং ধর্ম মুপাসে সংহিতাং জপন্ ।৭৯॥
নিবৃত্তং মাং চিরাত্রাজন্ বিপ্রলোভয় সে কথং: স্বেন কার্য্যং করিষ্যামি ত্বত্তো নেচ্ছে ফলংনৃপ।
তপঃস্বাধ্যায়শীলোঽহং নিবৃত্তশ্চ প্রতিগ্রহাৎ ॥ ৮০ ॥

---

অছুগা পীগে হায়তুনা ঐনা মহারাজগীদা ঈথোঙথোংনা লাকথিবসু নত্তে। নিংথৌ নশানা ঐগীসিদা লাকতুনা পীয়ু হায়না নিবিরবনি। অছুগা পীজবা মতমদা অমুক লৌররোই হায়বসি করিনো? মীনম্বা (অসত্য) নত্রা? ॥৭৫॥ রাসি তাবদা ধর্মনা হায়রকই নিংথৌগা ব্রাহ্মণগা অনী থৎনবীগনু। ধর্ম হায়বদো ঐনি, মুত্তি নাইনা লাকলিবসিনি হায়না থঙবিয়ু। ব্রাহ্মণ নহাক দান ফল শোয়দনা ফংবা ওইরসনু, ক্ষত্রিয় নিংথৌ নহাকসু অসত্য ভাঙবগী দোষ কোকতুনা সত্যবাদী অমা ওইবগী মহৈ ফংলসনু ॥৭৬॥ স্বর্গনা হায়:- নিংথৌ! ঐসি স্বর্গ হায়বা লাইহুনি হাযনা থঙবিয়ু। স্বর্গ হাযবতুনা তাইবং হকচাং (মুত্তি) লোইনা লাক্রবনি হায়না থাজবিয়ু! নখোয় অনীমক থৎনগনু। নখোয অনীমক অমনা অমদগী হন্দদনা চপ মান্নবা মহৈ ফংমিন্নরে ॥৭৭॥ নিংথৌনা হায়:- ঐঙোন্দা স্বর্গগী থোইদোকপা প্রয়োজন (দরকার) লৈতে। স্বর্গ! হান্নগী মফমতুদা, লৈফমদা লেঙবিয়ো। ব্রাহ্মণ অসিনা করিগুম্বা স্বর্গ কাবীনিঙলবসু ঐনা তৌনা তৌথিবা পুণ্য কর্মগী মহৈ অদু ফংবিগ্রসনু ॥৭৮॥ ব্রাহ্মণনা হায়:- থঙদ্রিবৈঙদা অঙাং ওইবিবৈঙদা, ঐনা, কনাগুম্বা অমগী মফমদা কবিগুম্বা অমা নিগদৌবগী থুং তি থোক্লম্বা যাই— মাতুদি ঐ কাউরে হৌজিক্তি সংহিতা-গায়ত্রীমন্ত্রগী জপ তৌনা নিবৃতি মার্গ ধর্মগী উপাসনা তৌত্তনা লৈরি ॥৭৯। নিংথৌ! ঐ অসি নিবৃত্তি মার্গগী যাত্রিকনি। অছুবু করিগীনো, মতম অসুক চঙনা ঐবু নমতুনা লোভী ওইবা মীশক অমা নমতুনা ওইহনগদবগী হোৎননীরিবা নিংথৌ! ঐ ঈশামক্তা, ঈথুত্তা ঈথৌ তৌগনি। ঐ নিংথৌ নঙোন্দা করিমত নিখিদে। লৌসু ,লৌনীঙদে ঐ মীঙোন্দগী ভিক্ষানিবনচিংবসি তোকতুনা নিবৃত্তিমার্গদা চঙতুনা স্বাধ্যায়দা পুক্নীং চঙতুনা লৈগ্রবনি ।৮০। নিংথৌনা হায়:— ব্রাহ্মণ! নহাক্না নশাগী জপগী

যদি বিপ্রবিসৃষ্টং তে জপ্যস্য ফলমুত্তমম্। আবয়োর্যৎ ফলং কিঞ্চিৎ সহিতং নৌ তদস্ত্বিহ। ৮১ ॥
দ্বিজাঃ প্রতিগ্রহেযুক্তা দাতারো রাজবংশজাঃ যদি ধর্মঃশ্রুতো বিপ্রসদৈব ফলমস্তু নৌ ॥ ৮২ ॥
মা বা ভূৎ সহভোজ্যং নৌ মদীয়ং ফলমাপ্নুহি। প্রতীচ্ছ মৎকৃতং ধর্মং যদি তেমষ্যনুগ্রহঃ ॥ ৮৩ ॥

## ভীষ্ম উবাচ

ততো বিকৃতবেষৌ দ্বৌ পুরুষৌ সমুপস্থিতৌ। গৃহীত্বান্যোন্যমাবেষ্ট্য কুচৈলাবূচতুর্বচঃ ॥৮৪॥
নমেধারয়সীত্যেকো ধারয়মীতি চৎপরঃ। ইহাস্তি নৌ বিবাদোঽয়ময়ং রাজানুশাসকঃ ॥৮৫ ॥
সত্যং ব্রবীম্যহমিদং নমে ধারয়তে ভবান্। অনৃতং বদসীতু ত্বমৃণ তে ধারয়াম্যহম্ ॥ ৮৬ ॥
তাবুভৌ সুভৃশং তপ্তৌ রাজনমিদমূচতুঃ পরীক্ষ্যত্বং যথাস্যাবো নাবামিহ বিগর্হিতৌ ॥৮৭॥

---

মহৈ অদু ঐঙোন্দা নীবিরবদি ব্রাহ্মণ নহাক্কীসু কান্নবা লৌরিবা ঐগীসু কান্নবা, ঐখোয় অনী মক্না মহৈ ফংমিন্নবা য়ানবা অদুগা চপ মান্নবী পুণ্য ফংমিন্নবা য়ানবা অসুম্না শীনবীয়ু। ঐখোয় অনীগী চপমান্নবা অধিকারদুগা লোয়ননা মহৈ অদু চপমান্ননা ভোগ তৌবা য়াননবা শীনবীয়ু ॥ ৮১ ॥ ব্রাহ্মণগীদি দান লৌবগী অধিকার লৈ। ক্ষত্রিয়শিংগী অধিকারনা দান তৌবদা পীবা নত্তনা লৌবগী অধিকার লৈতে। ধর্ম অসে ব্রাহ্মণ নংাকসু তাবিখণ্ডবিরিগনি। অদুনা ব্রাহ্মণ অথোইবা। ঐখোয় অনীগী ভসিগী থবক অসিনা ঐখোয় অনীমক্তা চপমান্ননা মহৈ পীবা য়াননবা তৌনি ॥ ৮২ ॥ মাসি য়াবিনীভদ্রবদি ঐখোয় অনীমক মক্কম অমতদা য়ুম্ অমতদা লৈমিন্নদুনা কর্মগী ফল ভোগ তৌমিন্নবগী থোইদোকপা কান্নবা (দরকার) লৈতে। হায়রিবা অবস্থা অসিদা ব্রাহ্মণ ঐবু চানবিববদি ঐনা তৌজখিবা সৎকর্ম্মশিংগী মহৈ পুম্নমক অদো লোইনা লৌবিয়ু। ঐনা করিগুম্বা কালদা করিগুম্বা ধর্মগী থবক অমা তৌখিবা লৈরবসু মাদুগী মহৈদুসু ব্রাহ্মণনা অদুম লৌশিনবীয়ু ॥ ৮৩ ॥ ভীষ্মনা হায়:— নিংথৌ! মসুম্ন ভাওরিবৈ মতমদা মকমদুমক্তদা অওকপা ফিকির্বা ফংলবা ফীজোল শেৎপা নিপা অনী থত্তহৌদনা থুংডরে। মথোয় অনীদু অমগা অমগা মথুৎকা মথুৎকা পায়নদুনা ফাজিন্নদুনা লাকই অমনা বিকৃত, অমা বিরূপ কৌই। মখোয় অনীদুনা অসুম্না হায়নরকই ॥৮৪ ॥ অমনা হায়:— ভাঈ। নঙোন্দা ঐগী তানাখিবা কবিমতা লৈতে। নং ঐগী লমন তোন্দে! অমী শুবদুনা হায়:—নত্তে, নত্তে ঐ নংগী লমন তোল্লি, শিংদবা ঙম্লোই। মাদু তাবদা অহানবদুনা হায়রকই ঐখোয় অনীগী খৎনবা অসে নিংথৌতনা বিচার তৌবিগদবনি ॥ ৮৫ ॥ অনীশুবদুনা হায়:— ঐদি চান্না হায়জরিবসিনি! নংগী নথক্তা ঐগী লমন করিমত্তা লৈতে। অহানবদুনা হায়:— নংদি মীনম্বা রা ঙাঙলে। ঐ নংগী লমন তোল্লি ॥ ৮৬ ॥ মখোয় অদু মতৌ অসুম্না খৎন খৎননা নিংথৌসিগী নাক্ত থুংলবনি। মখোয় অনীনা নিংথৌদুদা অসুম্না হায়রৈ—

## বিরূপ উবাচ

ধারয়ামি নরব্যাঘ্র বিকৃতস্যেহগোঃ ফলম্ দদতশ্চ ন গৃহ্লাতি বিকৃতো মেমহীপতে ॥ ৮৮ ॥

## বিকৃত উবাচ

ন মে ধারয়তে কিঞ্চৎ বিরূপোহয়ং নরাধিপ মিথ্যাব্রবীত্যয়ংহি ত্বাং সত্ত্বাভাসংনরাধিপ ॥ ৮৯॥

## রাজোবাচ

বিরূপ কিংধাযযতে ভবানস্য ব্রবীতুমে। শ্রুত্বা তথা করিষ্যেহর্মিতিমে ধীয়তে মনঃ ॥ ৯০ ॥

## বিরূপ উবাচ

শৃণু্যাবহিতো রাজন্ যথৈতৎ ধারয়াম্যহম্। বিকৃতস্যাস্য রাজর্ষে নিখিলেনরাধিপ ॥ ৯.॥
অনেন ধর্মপ্রাপ্ত্যর্থং শুভাদত্তা পুরানঘ। ধেণু্র্বিপ্রায় রাজর্ষে তপঃস্বাধ্যাশীলিনে ॥ ৯২ ॥
তস্যাশ্চায়ং ময়ারাজন্ ফলমভ্যেত্য যাচিতঃ বিকৃতেন চ মেদত্তং বিশুদ্ধেনাস্তরাত্মনা ॥ ৯৫ ॥
ততোমে সুকৃতং কর্ম কৃতমাত্মবিশুদ্ধয়ে গাবৌ চ কপিলে ক্রীত্বা বৎসলেবহুদোহনে ॥৯৪ ॥

---

মহাবাজ! ঐখোয় অনীনা য়েৎন থৎনরিবসে চুম্না বিচাব অমুক্তা তৌবিবম্মু। অতুগা ঐখোয অনীগী মরক্তা অমতনস্মু দোষ (মরাল লৈবা) ওইবা মীশক ওইদনবা বিচার তৌবিয়ু ॥৮৭॥ বিরূপনা হায়:— মহারাজ। বিকৃত হায়বা নিপা অসিনা তৌবা গোদানগী মহৈদো লমনতোম্ব-শিংবগী মওং ওইনা ঐভোন্দা পীরি। মহারাজগী নাক অসিদা থমজবি লৈপাক্নমপু। মাগী তোনখবা লমন্দো মহারাজগী মাঙদা শিংজবগে। অতুদা মহারাজ! বিকৃত হায়ব নিপ-সিনা লৌ হায়বা য়াদ্দি ॥ ৮৮ ॥ বিকৃতনা হায়:— মহারাজ। বিরূপ হায়াববসিনা ঐগী ঐগী করিমত্তা তোনখি লাকাথবা লৈতে মহারাজগী মাঙ মক্তদা মহাক মীনম্বা ভাঙলি, মহাক্ত হায়রিবসি চুম্বোই নীঙবনি। থাজৈশেংবদি লাম্লি, মীনম্বনি ॥ ৮৯ ॥ নিংথৌনা হায়:—বিরূপ নংগী নণক্তা বিকৃতগী করম্বা লমন লৈখি? হায়ু, মাতু তাবগা ঐ বিচার তৌগে। ঐগী মতদা মাসি লৈ ॥ ৯০ ॥ বিরূপনা হায:—মহারাজ। চনাভন্ত ন অমুক্তা তাবিয়ু। বিকৃতগী শেল ঐনা তৌম্লিবনে মতৌ করম্না তৌম্লবনো হাযবদো। ঐ মপুংফানা অমুক্তা লাজগে ॥ ৯১ ॥ পাপকী শরুক যাওদ্রবা নিংথৌ! বিকৃত হাযবসিনা ধর্মগী থবক অমত্তং তৌগে হায়তুনা তপস্য বল্লব, বেদপাঠ তৌবা অদুগা তম্বতদা পূম্নমক চঙশবা ব্রাহ্মণ অমদা নীঙথিজরবী শম্বী অমা দান তৌই ॥ ৯২ ॥ মতম অতুদা ঐনা বিকৃত অসি মযুমদা চৎতুনা মানা তৌরিবা গোদান অতুগী মহৈ (ফল) অতু ঐভোন্দা পীরে ॥ ৯৩ ॥ অতুগী তুংদা ঐসু আত্মশুদ্ধিগী দমক পুণ্য কর্মগী অনুষ্ঠান অমা তৌজৈ। মহারাজ! ঐসু শঙ্গোম য়াম্না মোকপী, মচাগা লোয়ননা শক্ মোং মানবী অনীথক উঞ্ছ বৃত্তিদা লৈবা ব্রাহ্মণ অমদা বিধি কায়দনা ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়ননা

তে চোঙ্কবৃত্তয়ে রাজন্ ময়া সম্প্রবর্জিতে । যথাবিধি যথাশ্রদ্ধং তদস্যাহং পুনঃ প্রভো ॥ ৯৫ ॥
ইহাস্তেব গৃহীত্বাতু প্রযচ্ছে দ্বিগুণং ফলম্ । এবং স্যাৎ পুরুষব্যাঘ্র কঃশুদ্ধঃ কোঽত্রদোষবান্॥৯৬
এবং বিবদমানৌস্বত্ত্ামিহা ত্যাগতৌনৃপ । কুরু ধর্ম ধর্মং বা বিনয়েনৌ সমাদধ ॥ ৯৭ ॥
যদি নেচ্ছতি মেদানং যথাদত্তমনেনবৈ । ভবানত্রস্থিরো ভূত্বা মার্গে স্থাপয়িতাত্বনৌ ॥ ৯৮ ॥

রাজোবাচ

দীয়মানং ন গৃহ্ণাসি ঋণং কস্মাত্ত্বমদ্যবৈ । যথৈব তেঽভ্যর্থুজ্ঞাতং তথা গৃহ্ণীষ মাচিরম্ । ৯৯ ।

বিরূত উবাচ

ধারয়ানীত্য নেনোক্তং দদামীতি তথাময়া । নায়ং মে ধারমত্যস্ত গচ্ছতাং যত্রবাঞ্ছতি ॥১০০॥

রাজোবাচ

দদতোঽস্য ন গৃহ্ণাসি বিষযং প্রতিভাতিমে । দণ্ড্যোহিত্বং মম মতো নাস্ত্যত্রখলুসংশয়ঃ ॥১০১॥

দান তৌজে । মহারাজ? ঐনা লৌরুবা গোদানগী মহৈ অদু ঐনা অমুক বিরূত অসিদা শিংজিল্লগে হায়না খন্দুনা অসি ঐনা মাঙোন্দা হায়জরুই । নিংথৌ ! বিকৃতাসদগী লৌরুবা গোদানগী মহৈ অদু দূনা লাকখৎতুন শিংলগে হায়না হায়জববনি । মহারাজ । অসিগুম্বা অবস্থা অসিদ কনানা লান্বা কনানা চুম্বগে হায়বদু অমুক্তা লেপ্পিরম্মু ॥ ৯৬ ॥ মহারাজ ! মসিগী মরমদা খংন খংনদুনা ঐখোয় অনীসি মহারাজগী নাকতাগ্না লাকচরিবসিনি । মাসি মহারাজনা মাসি লাল্লি, মাসি চুম্মি হায়বদো অমুক্তা লেপ্পিযু । লাম্ন লেপ্পিগেব নত্রগা চুম্না লেপ্পিগেরা মহারাজনা লেপ্পিবদো হেক্তা য়াজবগে । খংনরিবাসত তাকনবীয়ু । ঐখোয় অনীসিবু অচুম্বগী লম্বীদা অমুক্তা চংহনবীয়ু ॥ ৯৭ ॥ বিকৃত হায়বসিনা ঐঙোন্দা তৌথিবা দান অদুগুম্না মহাক্না ঐঙোন্দগী অমুক লৌশগ্নীংদ্রবদ মহারাজনা য়াম্না চনীঙতানা অমুক্তা খক্সবীরগ, ঐখোয় অনীবু অচুম্বা লম্বীদা অমুক্তা চিংশিনবীয়ু ॥ ৯৮ ॥ নিংথৌংমা হায় বিকৃত ! নঙোন্দগী বিরূপ সিনা লৌ থব দান অদু নগাক্না অমুক হন্দোক্রগে হায়রি । মাসিদা নংনা য়াত্রবসি করিগীনো ? বিরূপ হায়বসিনা নংনা পীখিবদু হবাউ হবাউনা লৌথিবদুগুম্না মহাক্না অমুক শিংজরগে হাযবসিদা নংসু হরাউ হরাউ লৌ ত্রবা কনগীনো ? লৌ খীনগদু ॥ ৯৯ ॥ বিকৃতনা হায় :- মহারাজ ! বিরূপনা হায় মহাক ঐগী ( বিবৃতগী ) লমন তৌল্লি হায়না অদুবু মহারাজ ! ঐ মঙোন্দা শেল পুথোক্তে, দান তৌবনি । অদুনা মঙোন্দগী ঐগী থোইদোকপা ফংকম শেলথুম করিমত্তা লৈতে । অদুনা মহাকনা চংখিনীঙবা লমদা চংখিবা য়াগনি ॥ ১০০॥ নিংথৌনা হায়ঃ- বিকৃত ! নিপা (বিরূপ) অসিনা নংঙোন্দা পীরক্কদোরিবসে নংনা মঙোন্দা পীখিবা নপোৎ অদুনি । অদুবু নংনা লৌ হায়বা য়াত্রিবা করিগীনো ? ঐনা খনবদি মাসি চুগদে, হোনদে ।

## বিকৃত উবাচ

ময়াস্য দত্তং রাজর্ষে গৃহ্ণীয়াং তৎ কথং পুনঃ । কামমত্রাপরাধো মে দণ্ডমাজ্ঞাপয় প্রভো ॥১০২॥

## বিরূপ উবাচ

দীয়মানং যদি ময়া নেষিষ্যসি কথঞ্চন । নিয়ংস্যতি নৃপতিরয়ং ধর্মানুশাসকঃ ॥ ১০৩ ॥

## বিকৃত উবাচ

ত্বং ময়া যাচিতেনেহ দত্তং কথমিহাদ্য তৎ । গৃহ্ণীয়াং গচ্ছতু ভবানভ্যনুজ্ঞাং দদানি তে ॥ ১০৪ ॥

শ্রুতমেতত্ত্বয়া রাজন্ননয়োঃ কথিতং দ্বয়োঃ প্রতিজ্ঞাতং ময়া যত্তে, তৎ গৃহাণাবচারিতম্ ॥১০৫

## রাজোবাচ

প্রস্তুতম্ সুমহৎ কার্য্যমনয়োর্গহ্বরং ময়া । জাপকস্য দৃঢ়ীকারঃ কথমেতৎ ভবিষ্যতি ॥ ১০৬ ॥

যদি তাবন্ন গৃহ্ণামি ব্রাহ্মণেনা পবর্জ্জিতম্ । কথং নলিপ্যেয়মহং পাপেণ মহতাদ্য বৈ॥১০৭ ॥

---

অরানবা থবক তৌরবনিনা দণ্ডনীয় (দণ্ড ফংবা য়ারবা) ওইবা মীশক অমা ওইবে । মাসিদা করি অমতা চিংননীঙায় লৈত্রে ॥১০১ ॥ বিকৃতনা হায়ঃ— রাজর্ষি ঐনা মঙোন্দা পীবদি দাননি, পুথোকপা নত্তে, অমুক লোথোকে হায়ত্তনা থমাজনবসু নত্তে । তৌথোকথ্রবা দানবু করম্না অমুক লৌশিনগদগে ? ফরে মাসি ঐগী ইরানসু ওইরসনু । অচুবু ইরাল লৈনা লৈনা, অপরাধী অমা ওইনা, অপরাধ লৈবগী লৈবা ঐ পীথ্রবা দান অমুক লোথোকপতদি মঙম্মবোই । মহারাজ ! দণ্ড ফংননবগী শেমশাজরে করি দাণ্ড (দণ্ড) নো য়াথং পীনবীরো ॥ ০২ ॥ বিরূপনা হায ঃ— বিকৃত ? ঐনা পীবা পোৎপু নংনা লৌররোই হাযববদি রজেনীতি থঙবা নিংথৌনা নংবু কারাগার (কৈশুম) দা ক্ষাজন্দূনা থমাথিতারে ॥ ১০৩॥ বিকৃতনা হায় ঃ— বিরূপ ! নংনা হায়্না নিরগা ঐনা কোম্না দান তৌবনি । নংনা নশানা য়াদনা ঐনা নমচুনা পীরবদি রা অমনি। ঐনা থম্মোয় শোক্না পীথোকথ্রবা দান অদু ঐনা করম্না অমুক লৌশিনগনি ? নঙোন্দগী ঐগী কংনীংঙাই করিমতা লৈতে ঐ নংবু চৎথ্রে হাযরিবসিন নংনা চৎনীংবা মফমদা চৎথ্রো ॥১০৪ ॥ ব্রাহ্মণনা হায়:— বাজন । মহারাজ মথোয় অনীগী রাসি তাবিরেদনা ঐসু মহারাজদা পীগে কৎক শাযনা রাশকথ্রবনি ! অচুনা মহারাজনা অম অমা থনবিদনা ঐগী দান অসি লৌবীয় ॥ ১০৫ ॥ নিংথৌ । মপুক্রী দা অসুম্না থল্লকই— অনী আসগী লুথ্রবা কৃপথ্রবা রাথোক অমা ঐগী মাঙদা থোক্লরে, অমরোমদা জাপক ব্রাহ্মণ অসিগা ঐগা অনীগী মরক্তা থোক্লিবা বিবাদ অসিসু রায়েনফম থঙদনা হায়গী মওংদা অসুম মরৈরি ॥ ১০৬ ॥ ব্রাহ্মণ অসিনা ঐঙোন্দা পীরিবা পোৎশক অসি লৌদবগী পুগদৌরবা পাপ অসিদগী করম্না নাম্থোকতুনা লৈগনি ? ॥ ১০৭ ॥ অসিগী তুংদা রাজর্ষি ইক্ষ্বাকুনা অনীহুদা অসুম্না হায়রকই ঃ— মথোয়

ত্তোচোবাচ স রাজর্ষি: কৃতকার্য্যোগমিষ্যথ: । নেদানীং মামিহাসাদ্ধ রাজধর্ম্মো ভবেন্মৃষা ॥১০৮
স্বধর্ম্মঃ পরিপাল্যস্তু রাজ্ঞা মিতি বিনিশ্চয়ঃ বিপ্রধর্ম্মশ্চ গহনো মামনাত্মান মাবিশৎ ॥ ১০৯ ॥

ব্রাহ্মণ উবাচ

গৃহাণ ধারয়েহং চ যাচিতং সংশ্রুতম্ ময়া নচেৎ প্রহীষ্যসে রাজন্ শপিষ্যে ত্বাং নসংশয়ঃ॥১১০

রাজোবাচ

ধিগ্ রাজধর্ম্মং যস্যায়ং কার্য্যস্যেহ বিনিশ্চয়: । ইত্যর্থং মে গহীতব্যম্ কথং তুল্যং ভবেদিতি॥১১১
এষ পানিরপুর্বং হৈ নিক্ষেপার্থং প্রসারিতঃ । যন্মে ধারয়সে বিপ্র তাদদানীং প্রদীয়তাম্ ॥১১২

ব্রাহ্মণ উবাচ

সংহিতাং জপতা যাবান্ গুণ: কশ্চিৎ কৃতো ময়া তৎ সর্বং প্রতিগৃহ্ণীষ যদি কিং চিদিহাস্তিয়ে॥১১৩

রাজোবাচ

জলমেতন্নিপতিতং মমপানৌ দ্বিজোত্তম । সাম সমমস্তু সহৈবাস্তু প্রতি গৃহ্নাতু বৈ ভবান্॥১১৪

---

অনী, বিবাদ অসিগী ফলাফল খণ্ডলবা মতুংদা মকম অসিদগী চৎখিগদবনি । ঐগী ঈফমদগী রাথোক অসিগী মীমাংসা অমা তান্ত্রিবমখৈ মকম অসিদগী চৎখিবা য়াদে ॥ ১০৮ ॥ মিংথৌনা মাগী মথৌ শোয়দনা পাঙথোক্কদবনি হায়বগী শাস্ত্রগী প্রমাণনি, সিদ্ধান্তনি । অমরোমদা আত্মা (মশা) বু থুত্নম চনবা ভমজদবা ক্ষত্রিয় ঐগী থম্মোয়দা ব্রাহ্মণ ধর্ম্মমা চঙশিল্লকলি ॥১০৯ ॥ ব্রাহ্মণনা হায় ঃ— মহারাজ ! মহারাজনা পোশক অমা ঐভোন্দা পীযু হায়না তাকপিখি । ঐসু মাহু শোয়দনা কৎকনি হায়না রাশকচথি । পোশক অদো মপু পানগ্রবা হায়বত্তু ওইহনা ঐনা যায়া চোকশিন্না ভাকশেন্দুনা থমজরি । মাহু লৌথোকপিররে। । অদুগা মহারাজ লৌবিররোই মহায়রবদি ঐ মহারাজদা শাপ তৌজব তারে ॥ ১১০ ॥ নিংথৌনা হায়:— রাজধর্মবু ঐনা হন্না হন্না ধিক্কার তৌরি । রাজধর্মগী শাখিরবা পরিণাম (মহৈ) অদো ভসি ঐভোন্দা থুংলসি। ব্রাহ্মণসিগা ঐগা চপমান্নরা ফলভাগী (মহৈ চপমান্নন) ওইগদগে হায়বগী উদেশ্যদা ঐ দান অসি লৌবা তারবনি ॥ ১১১ ॥ ব্রাহ্মণ ! ঐগী খুৎসে করিগুম্বা পোৎ নিননবা লৌননবা কনাগী মকমদা কবিগুম্ব তিংথোকত্রিবনি। অদুসু ভসিগী ব্রাহ্মণ নংগী মাভদা দান অহু লৌননবা খুৎ অসি তিংথোকলি । পোশক্তো হৌজিমক খুৎ তিংথোকচরিঙৈ অসিদা হাপ্পিরো ॥ ১১২॥ ব্রাহ্মণনা হায় :— নিংথৌ । ঐনা সংহিতাজপ তৌহনা হেক কংজখিবা পুণ্যপুম্বা অদুগা অতৈ পুণ্য কর্ম থর তৌজখিবগী মহৈ পুম্বমু লৌবীয়ু কচ্চরে ॥১১৩॥ নিংথৌনা হায় ঃ- ব্রাহ্মণ অথোইবা ! ঐগী খুৎতা সংকল্প তৌবদগী ঈশিং হাপখিবগী খুৎ অসি হৌজিক কাওবা চোৎলি । ব্রাহ্মণগা ঐগা ঐখোয় অনীগী পুণ্য কর্ম্মশিংগী

## বিরূপ উবাচ

কামক্রোধৌ বিদ্ধিনৌ ত্বমাবাভ্যাং কারিতো ভবান্ ।
সহেতি চ যদুক্তং তে সমা লোক স্তবাস্য চ ॥ ১১৫ ॥

নায়ং ধারয়তে কিঞ্চিজ্জিজ্ঞাসা ত্বংকৃতেকৃতা । কালো ধর্মস্তথা মৃত্যুঃ কামক্রোধৌ যথাবুবাম্ ॥১১৬
সর্বমন্যোন্যক্কর্ষে নিঘৃষ্টং পশ্যতস্তবি । গচ্ছ .লাকান্ জিতান্ স্বেন কর্মণাযত্র বাঞ্ছসি ॥১১৭
জাপকানাং ফলা বাপ্তির্ময়াতে সম্প্রদদর্শিতা । গতিঃস্থানংচ লোকাশ্চ জাপকেন যথা জিতাঃ ॥১১৮
প্রযাতি সংহিতাধ্যায়ী ব্রহ্মাণং পরমেষ্ঠিনম্ । অথবাগ্নিং সমাযতি সূর্য্যথাবিশতেহপিবা ।১১৯ ॥
স তৈজসেনভাবেন যদি তত্র রমত্যাত । গুণাংস্তেষাং সমাধত্তে রাগেন প্রতিমোহিতঃ ॥১২০

মহৈ অহ্ তিমরগা চপমান্নবা য়েন্নসি । লে'য়না লোয়ননা পুণ্যাগী ফল অত্ত ফংমিয়সি । অত্তুনা ব্রাহ্মণস্থ ঐগী দান অদো লৌবিরো । ১১৪ । বিরূপনা হায়ঃ- মহাবাক্স! বিকৃতগা ঐগা ঐথোযগী অনীসে কাম ক্রোধ হায়বা অনীত্থান হায়না থঙবীযু হৌজিক তৌনরিবা বাদ বিবাদ অনী অসি ঐথোয অনীতনা থোকল্লিবনি । মহাবাজনা হৌজিক হাযবিখ্রিবদো ফরে । মহাবাজগা ব্রাহ্মণসিগা মহৈ চপ-চপ মান্নবা ফংমিন্নরগনি ॥ ১১৫ । ঐগী লোযনশক্রিশা মরূপ অসিনা ঐঙোন্দগী থোইদোকপা শেল পুথিবস্থ লৈতে । অত্থগা ঐনস্থ মঙোন্দগী করিমত তোঞ্জত্রে । কাল, ধর্ম, মৃত্যু কাম, ক্রোধ অত্থগা বাহ্মণ নিংথৌ অনীস্থ পূন্নমক অসে অমনা অমগী য়াকা ঙাইহুনা লৈনরকপা ঙাক্লি । হৌজিক্তি মানা মানা তৌবা কর্ম্মগী মতুংইন্না অপাম অপান্বা লোকত' চংপিথো । ১১৬ ১১৭ । ভীষ্মনা হায়ঃ- নিংথৌ যুধিষ্ঠির! জাপক-শিগা ফংবা মহৈ অসি কবিনো হায়বত্থগী নিবৃত্ত থবদং থুদম য়ান্নী ওইনা ন ঙান্দা হায়রবনি । জাপকশিংনা ফংবা গতি (খুভম). মথোয়গী করম্বা মক্ষমদগী অধিকার, করম করম্বা লোকনা মথোযদা ফংবদা লায়না থোকপা পূন্নমক অসি মতু দা হায়রকে ॥ ১ ৮ ॥ বেদমন্ত্র সংহিতাবু পাঠ অমদি জপ তৌবশিংনা পরমেষ্ঠি ব্রহ্ম গী লোকতা নত্রগা অগ্নি লোকতা নত্রগা সূর্য্য-লোকত চংথি ॥ ১১৯ ॥ অত্থগা জাপক ব্রাহ্মণ অত্থ-। তৈজস শরীর মঙাস্তগী মমক ওইবা হকচাং )দা হায়রিবা লোকশিং অসিদা খুংঙাইহুনা লৈথোক্লবদি, মশা মশাগী গুণশিংবু মশা মশাগী মন্নুংদা পুহুনা লৈ ॥ ১২০ ॥ মতৌ অস্নুম্না সংহিতাগী জপ তৌবা মী অত্থনা রাগ অমগা লোয়ননা জপ তৌরবদি মহাক অদো চন্দ্রলোক, বায়ুলোক, ভূমিলোক অমদি অন্তরিক্ষ লোককী মতীকচাবা হকচাং পুহুনা মক্ষম অত্থদা লৈরুই । লৈরম লৈরম্বা মী (জীব) শিংহুগী

এবং সোমে তথা বায়ৌ ভূম্যাকাশ শরীরগঃ　　সরাগস্তত্র বসতি গুণাংস্তেষাং সমাচরন্ ॥ ১২১ ॥
অথ তত্র বিরাগী স গচ্ছতি ত্বথ সংশয়ম্ ।　　পরমব্যয়মিচ্ছন্ স তমেবাবিশতে পুনঃ ॥ ১২২ ॥
অমৃতাচ্চামৃতং প্রাপ্তঃ শান্তীভূতো নিরাত্মবান্ । ব্রহ্মভূতঃসনির্দ্বন্দ্বঃ সখীশান্তো নিরাময়ঃ ॥ ১২৩ ॥
ব্রহ্মস্থান মনাবর্ত্তমেকমক্ষরসংজ্ঞকম্　　অদুঃখমজরং শান্তং স্থানং তৎ প্রতিপদ্যতে ॥ ১২৪ ॥
চতুর্ভির্লক্ষণৈর্হীনং তথা ষড়্ভিঃ সষোড়শৈঃ ।　পুরুষং তমতিক্রম্য আকাশং প্রতিপদ্যতে ॥ ১২৫
অথ নেচ্ছতি রাগাত্মা সর্বং তদবিধিতিষ্ঠতি　　যচ্চ প্রার্থযতে তচ্চ মনসাপ্রতিপদ্যতে ॥ ১২৬ ॥

---

আচবণ ব্যবহারগী মতু'ইন্না নত্রগা মতৌ তমছুনা লৈরুই ॥ ১২১ ॥ লৈরম্বা জীবশিং অদুগী তৌবম্লিবা মওং অদুদ চিংনবা মুংঙাইতবা পোক্লিবদি, অদুনা মফম অদুদা লৈবদা হৈনিংদবা হৈনদবা পোক্লবদি অমাঙঅতা লৈতবা মোক্ষ (মুক্তি) বু পাম্ল পাম্ল পরমেষ্ঠী ব্রহ্মা মক্তদা চঙথি থুপথি ॥১২২ । অতৈ অতৈ লোকক্তা য়েং•রুববদি পবমেষ্ঠি ভাববু ফংবা হায়বসিদি অমৃতগী মশকনি । মাসিদস্মু হেনবা অমৃত অমবু অমুক কেবল্যগী মশক ওইরবা অমৃতবু ফংতুনা মতু দা মহাক শান্তি ওববা অহংকাব যাওদবা, অনীথোকপগী লৈত্রব , ঈমুং মুংঙাইতনা লৈবা শান্তিগী মশক ওইববা অরা অনা য়াওদবা ব্রহ্মাগী স্বরূপপু ফংখি ॥ ১২৩ ॥ অরাবতনা পোপশিব লৈত্রবা অদুগুম্বা বেন্মময দেহদা জীব (জীবাত্মা) অদুনা চঙখি । অদুগুম্বা গতি অদুবু জাপক ব্রাহ্মণ অদুনা ফংথি ॥ ১২৪ ॥ জাপক ব্রাহ্মণনা হৌজিক হায়খ্রিবা পরমেষ্ঠী (সগুণব্রহ্ম) দগীসু মথক্তা লৈবা আকাশগী মশক ওইবা, নিগুণ ব্রহ্মস্বরূপপু ফংখ অদুগুম্বা নির্গুণ ব্রহ্মধাম অদুদা প্রত্যক্ষ, অনুমান, উপমান, শাব্দ প্রমাণ মরি অসিনা য়োবা ঙমদে (প্রমাণ মরি অসিনা সিদ্ধ তৌবা ঙম্ব , পুথোকপা ঙম্বা ধাম নত্তে । অরাম থোরাংবা, অরাবা শুমহৎপা, অহল ওইরকপা শিবা হায়রিবা ঈপোম তরুক অসি মফম অদুদা চৌবা ঙমদে । জ্ঞান, ইন্দ্রিয় মঙা, কর্ম ইন্দ্রিয় মঙা, থরায মঙা, পুক্লাং হ যবিবা মচাক তরা তরুক অসিনস্মু মফম অদুদা য়োবা ঙম্বা নত্তে ॥ ১২৫ । অদুগা কনাগুম্বা- জাপক ব্রাহ্মণ অমগী পুক্লীংদা বিষয়ভোগগী ইচ্ছা অমা পোক্লবস্মু অদুগা নিগুণব্রহ্ম পদবীদুমকপু ফংনিংদ্রবস্মু, মহাক পুণ্যলোকপুম্বগী অধিষ্ঠাতা (হর্ত্তাকর্ত্তা ) ওইবা ঙম্মি । মপুক্লীংদা পোৎ অসিমতং ফংগে হায়না নীংবদো, হেক্তা শোয়দনা ফংবা ঙম্মি ॥১২৬॥ মাসি নত্রগস্মু মহাকনা মহা উত্তম ওইরবা লোকশিং অসিবু নরক কুম্না থম্নোকখিদুনা লোকশিং অসিগী ঐশ্বর্যা করিমতা পামখিদনা চৎগ্রবস্মু নির্গুণ

অথবা চেচ্ছতে লোকান্ সর্ব্বান্ নিরয়সংজ্ঞিতান্ । নিস্পৃহঃ সর্ব্বতোমুক্তস্তত্র বৈ রমতে সুখম্ ॥১২৭
এবমেষা মহারাজ জাপকস্য গতির্যথা । এতত্তে সর্ব্বমাখ্যাতং কিংভূয়ঃ শ্রোতুমিচ্ছসি ॥ ১২৮ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বনি মোক্ষধর্ম্ম পর্ব্বণি জাপকোপাখ্যানে ষণ্ণবত্যধিকশততমোধ্যায়ঃ ।

—(•)—

ব্রহ্মধাম অদুবু ফংদুনা মকম অদুদা করিগুম্বা হীরমগী অরা-অনা য়াওদনা লুংঙাইনা লৈথি । ॥ ১২৭॥ মহারাজ ! মতৌ অসুমা জাপককী গতি অদু হায়রবনি । মাদুগী প্রমাণ পুম্নমক ঐনা নীরবনি । হৌজিক করি অমুক তানীঙলি ? ॥১২৮॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা জাপকোপাখ্যানগী চামগা মরিফুত্তরাতরুকশুবা অধ্যায় লোইরে ।

—(•)—

# মণিপুরী মহাভারত

## সপ্তনবত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

( চামগামরিফুতরাতরেৎশুবা অধ্যায় )

জাপক ব্রাহ্মণগা ইক্ষ্বাকুগা অনীগী স্বগতি ওইথিবগী মতাং

### যুধি র উবাচ

কিমুত্তরং তদা'তৌম্ম চক্রেতুস্তস্য ভাষিতে। ব্রাহ্মণো বাথবা রাজা তন্মে ব্রূহি পিতামহ ॥ ১ ॥
অথবা তৌগতৌতত্র যদেতৎ কীর্তিতং ত্বয়া। সংবাদোবাতয়োঃকোঽভূৎ কিংবাতৌতত্রচক্রতুঃ ॥ ২ ॥

### ভীষ্ম উবাচ

তথেত্যেবং প্রতিশ্রুত্য ধর্মং সম্পূজ্য চ প্রভো। যমং কালং চ মৃত্যুং চ স্বর্গং সম্পূজ্য চার্হতঃ ॥৩॥
পূর্ব্বং যে চাপরে তত্র সমেতা ব্রাহ্মণর্ষভাঃ সর্ব্বান্ সম্পূজ্যশিরসা রাজানং সোঽব্রবীদ্বিজঃ ॥৪ ॥
ফলেনানেন সংযুক্তো রাজর্ষেগচ্ছ মুচ্যতাম। ভবতা চাভ্যনুজ্ঞাতো জপেয়ং ভূয়এব হ ॥ ৫ ॥
বরশ্চ মম পূর্ব্বংহি দত্তোদেব্যা মহাবল। শ্রদ্ধাতে জপতো নিত্যং ভবিত্বিতি বিশাম্পতে ॥ ৬ ॥

যুধি রনা হংঙি :-- ঈবুধৌ! বিরূপনা হায়খিবা র অদুদা ব্রাহ্মণ অদুগা নিংথৌ ইক্ষ্বাকু অনী অসি কন্দোনখ্রে? মথোয় অনীনা করি পাউথুম পীখি? মাত্ত ঈবুধৌনা অমুক্তগ, লৌথবিয়ু ১ সদ্যো মুক্তি, ক্রমমুক্তি অদুগা লোকান্তরপ্রাপ্তি অসুম হায়না ঈবুধৌনা অহুম থোক্লা তাকপিখি। হায়বিবা গতি অহুম অসিগী মরুদা করম্বা গতিবু অনী অদুনা ফংথিবগে? ।২॥ ভীষ্মনা হায — নিংথৌ। অদুদগী দ যাম্না ফবা অসুম হায়দুনা ব্রাহ্মণ অদুনা ধর্ম, যম, মৃত্যু অদুগ স্বর্গ দেবতাশিংদুগী সেবা পূজা নিংথিনা তৌখি। মৈরম্রিব ব্রাহ্মণশিং অদুগ মফম অদুদা অনৌব লাক্লবা ব্রাহ্মণশিং অদুগী মতাক চানা সেবা পূজা নৌভথিনা তৌরগা ব্রাহ্মণ অদুনা মকোক নেম্না নিংথৌদা অসুম্না হায়নকই ।৩ ৪॥ রাজর্ষি! নহে অসিগা লোয়ননা ( তিম্না ) থোইদোক হেন্দোক্লবা গতি ( ধাম ) অদু ফংবিরু অদুগা নিংথৌ। নহাক্কী য়াথং লৌরগা ঐ অমুরক হন্না জপ তৌরুবগে ।।৫॥ কল্লব! প্রজা পুম্ববু পশিন্বা। দেবী সাবিত্রীনা ঈমাওদা লেপদুনা অসুম্না হায়খি — জপতা মতম কুইনা নংগী ভক্তি শ্রদ্ধা অহু জপত লৈবা ওইরসনু। ৬॥ নিংথৌনা হায় :- ব্রাহ্মণ! জপ তৌবগী ফলদি ঐনা লৌথোক্লবনিনা জপ তৌবগী ফলদি লৈররোই।

## রাজোবাচ

যদ্যেবমফলাসিদ্ধিঃ শ্রদ্ধা চ জপিতুং তব। গচ্ছবিপ্র ময়া সার্দ্ধং জাপকং ফলমাপ্নুহি ॥৭॥

## ব্রাহ্মণ উবাচ

কৃতঃ প্রযত্নঃ সুমহান্ সর্ব্বেষাং সন্নিধাবিহ। সহ তুল্যফলাবাবাং গচ্ছাবো যত্র নৌগতিঃ ॥ ৮ ॥

## ভীষ্ম উবাচ

ব্যবসায়ং তয়োস্তত্র বিদিত্বা ত্রিদশেশ্বরঃ। সহদেবৈরুপযযৌ লোকপালৈস্তথৈবচ ॥ ৯ ॥
সাধ্যশ্চ বিশ্বেমরুতো বাদ্যানি সুমহান্তি চ। নদ্যঃ শৈলাঃ সমুদ্রাশ্চ তীর্থানি বিবিধানিচ ॥১০॥
তপাংসি সংযোগবিধির্বেদাঃ স্তোভাঃ সরস্বতী নারদঃ পর্বতশ্চৈব বিশ্বাবসু হাহাহুহূঃ ॥ ১১ ॥
গন্ধর্ব্বশ্চিত্রসেনশ্চ পরিবারগণৈর্যুতঃ। নাগাসিদ্ধাশ্চমুনয়ো দেবদেবঃ প্রজাপতি ॥ ১২ ॥
বিষ্ণুঃ সহস্রশীর্ষশ্চ দেবোহ চিন্ত্যঃ সমাগমৎ। অবাদ্যন্তান্তরিক্ষেচ ভের্য্যস্তূর্যাণি বাবিতো ॥১৩॥
পুষ্পবর্ষাণি তত্র তেষাং মহাত্মনাম্। ননৃতুশ্চাপ্সরস স্তত্র তত্র সমন্ততঃ ॥ ১৪ ॥

---

অদুগা জপ লৌবদা লেঙদবী শ্রদ্ধা অদু লৈবত্তগী জপ তৌখগে হায়না থল্লবদি ঐগা লোয়ননা চৎসি। অদুগা জপকী ফল মতীক চানা ফংঙুসি ॥ ৭ ॥ ব্রাহ্মণনা হায :— মহারাজ! ঐনা মফম অসিদা থাইগী মাঙদ নিংথৌ নঙোন্দা জপকী ফল পীগদবগী যায় কন্না হোৎনখি। অদুগা হৌজিক নিংথৌ নহাক্কা লোয়ননা মহৈদুবু ভোগ তৌবা তারি। অদুনা এখোয অনী চপ মান্নবা ফল অদু ফংমিন্নসি। অদুনা, চৎসি ঐনা মথা জপ অমুক তৌথবগী মহৈ অদুসু ফংমিন্নরসি ৮। ভীষ্মনা হায :— নিংথৌ! যুধিষ্ঠির! নখোয় অনীনা লেপ্পখিবা যানখিবদু উর-খঙলদুনা, মখোয অনীনা জপ তৌবা চৎনখিবা মফম অদুদা লোকপাল দেবতা পুন্নমক, দেবরাজ ইন্দ্রন-চিংবা দেবতা পুন্নমক মফম অদুদা লাকতুনা কুপ্নে য়োলবে। দেবতাশিং অদুগা লোয়ননা সাধ্যাশিং, বিশ্বেদেবশিং, মরুৎ দেবতাশিংসু থুংলরে শং, শেল যন্ত্র কয়া কয়া খোংলি, য়ৈরি। চীঙনান তুরেল সমুদ্র, তীর্থ মথল মুক্তি নাইন থুংলবে ॥ ৯-১০ ॥ তপস্যা, সংযোগ বিধি, বেদ, স্তোভ কৌবা সামবেদগী ঈশৈগী হাপ চনবা শরুক, সরস্বতী, নারদ, পর্বত, বিশ্বাবসু হাহা হূহু, পরিবারগা লোয়না চিত্রসেন গন্ধর্ব, নাগ, সিদ্ধ, মুনি, দেবাধি দেব, প্রজাপতি, ব্রহ্মা, মকোশিং অবা পানবা শেষনাগ অদুগা অচিন্ত্য শাক্ত পুরা বিষ্ণু ফাওবা মফম অদুদা লাকৈ। মতম অসিদা নোংমদোন থক্তা খোংলকপা, পুং শেলনচিংবা বাদ্য যন্ত্রশিং মখোয়না পুমনিল নিল্লি ॥ ১১—১৩ ॥ তিল্লিবা ফাম্লবা মহাত্মাশিং অদুগী মথক্তা নোংমদোন্দগী পুষ্পবৃষ্টি তোরকই ॥ ১৪ ॥ অদুগী তুংদা মশক মওং নাইনা স্বর্গনা ব্রাহ্মণ অদুনা অসুম্না হায়রকই— "হে পুকচেল চাউরবা লাইবক ফবা। নহাক সিদ্ধ ওইরে" নিংথৌ ইক্ষ্বাকুদসু অসুম্না হায়রকই— নিংথৌ!

অথস্বর্গস্তথারূপী ব্রাহ্মণং বাক্যমব্রবীৎ । সংসিদ্ধস্ত্বং মহাভাগত্বং চ সিদ্ধস্তথ নৃপঃ ॥১৫॥
অথ তৌসহিতৌ রাজন্নন্যোন্যস্য বিধিনাততঃ বিষয়প্রতিসংহারমুভাবেব প্রচক্রতুঃ ॥ ১৬ ॥
প্রাণাপ্রাণৌ তথোদানং সমানং ব্যানমেব চ । এবং তৌ মনাসি স্থাপ্যাদধতুঃ প্রাণয়োজনং ॥১৭॥
উপস্থিতকৃতৌ তৌ চ নাসিকা গ্রমধো ভ্রুবোঃ ভ্রুকুট্যা চৈয় মনসা শনৈর্ধাবয়তস্তদা ॥ ১৮ ॥
নিশ্চেষ্টাভ্যাং শরীরাভ্যাং স্থিরদৃষ্টি সমাহিতৌ । জিতাত্মানৌ তথাঽধ্যায় মুর্দ্ধন্যাত্মানামেবচ ॥১৯॥
তালুদেশমথোদ্দাল্য ব্রাহ্মণস্য মহাত্মনঃ । জ্যোতির্জ্বালা সুমহতী জগাম ত্রিদিবংতো ॥ ২০॥
হাহাকারস্তথা দিক্ষু সর্ব্বেষাং সুমহানভুৎ তজ্জ্যোতিঃস্তুয়মানং স্ম ব্রহ্মানম্ প্রাবিশত্তদা ॥২১
ততঃ স্বাগতমিত্যাহ তৎ তেজঃ প্রপিতামহঃ । প্রাদেশমাত্রং পুরুষং প্রত্যুৎগম্যবিশাম্পতে ॥২২॥
ভুয়শ্চৈবাপরং প্রাহ বচনং মধুবংতদা । জাপকৈস্তুল্যফলতা যোগানাং নাত্র সংশয়ঃ ॥২৩ ॥

---

নহাকসু সিদ্ধ পুরুষ ওইবে " ॥ ১৫ ॥ অতুদগীদি নিংথৌ যুধিষ্ঠির ! মখায় অনীসি অমনা অমগী উপকার তৌনহন', মথোয অনী অমত ওইত্রে মথেয অনীমক মতম অমতদা পুক্লীং কৌবা ইন্দ্রিযবু সাংসারিক বিষয়দগী তোঙান্না হন্দোকহনখি ॥ ১৬ ॥ অতুগী তুংদা প্রাণ, অপান উদান, সমান, ব্যান প্রাণবায়ু মঙা অসিবু থম্নোয়দা পুশিন থোমজিনখি । অস্থুম্না তুমিন্না ফমথিহনা পুক্লীং কৌবা ইন্দ্রিয়বু প্রাণ অপান অনীমক্তা তিন্নহনখি । পীশূমগী মথাদা, নাতোলগী মতোন্দা মীংফম থমহনা, মথোয অনীনা পুক্লীংগা লোয়ননা প্রাণ অপান অনীবু পীস্থুম অনীগী কারক্তা ময়ায় চপচানা থমখি ১৭—১৮ ॥ ॥ মতৌ অস্থুম্না পুক্লীংবু জয় তৌহনা মীংফম মফম অমতদা লেঙদনা থম্নগা নিংথৌ ব্রাহ্মণ অনীহনা প্রাণবায়ুগা লোযননা পুক্লীংবু সুষুম্না শিংলিগী মরল লম্বীদা পুথংলকথুনা ব্রহ্মরন্ধ্রদা থম্ম । অচদগী অনী অসি সমাধিদ শেঙদনা লৈখি মথোয অনীমকী হকচাং অশিবগী মতৌগুন লেঙা ওৎপা তৌদনা তুমিন্না লৈখি ॥ ১৯ ॥ মতম অসিদা মহাত্মা ওইরবা ব্রাহ্মণ অচুগী ব্রহ্মরন্ধ্রা অতু থিগাইহনা, মঙাল্লগী মশক ওইবা লংলবা লৈবি শা নোংমদোনলোমদা পাইথংখি ॥ ২০ ॥ অচুগী তুংদা মাযগৈ পুম্নমক্তা পুম্নিন নিম্নরকই । জাপক ব্রাহ্মণচুগী ব্রহ্মরন্ধ্রদগী হাইদাকবকপা মঙাল অচুগী মফম অহ্দা ফমহনা লৈরবা দেবতাশিং অচৌ মখুৎ লোয়্না লোয়্নহনা স্তুতি তৌখি ! নিংথৌ । অতুদগীদি জাপমুক্তা রাংবা পুরুষ অমা মঙাল অচুগী মত্তোল ফাওবা হায়গৎথিহনা ব্রহ্মাগী নাক্ত য়ৌখি । ব্রহ্মানা থোরক্তুনা মাবু হবাউ হবাউনা স্বাগত তৌখি । ২১-২২ ॥ ব্রহ্মানা তেজতগী মশক ওইবা পুরুষ অচুবু স্বাগত তৌবিরবা তুংদা নীচথিনা রাহেনা মাঙোন্দ অস্থুম্না হায়খি- ব্রাহ্মণ ! যোগীঋষিশিংনা সাধন তৌহনা ফংবা পদবী (ধাম) অচুনী জাপকশিংনসু হায়বদি জপ তৌরিবশিং অহ্দসু লায়না ফংবা ওম্মি ॥ ২৩ ॥ যোগীশিংনা ফংনখিবা ধাম

যোগস্থ তাবদেতেভ্যঃ প্রত্যক্ষং ফলদর্শনম্ জাপকানাং বিশিষ্টং তু প্রত্যুত্থানং সমাহিতম্ ॥২৪
উচ্যতাং ময়িচেত্যুক্ত্বা চৈতন্যং সততঃ পুনঃ। অথাস্যং প্রাববিশাস্য ব্রাহ্মণো বিগতজ্বরঃ ॥২৫॥
রাজাপ্যেতেন বিধিনা ভগবন্তং পিতামহম্ যথৈব দ্বিজশার্দূলস্তথৈব প্রাবিশত্তদা ॥ ২৬ ॥
স্বয়ম্ভুবমথো দেবা অভিবাদ্য ততোহব্রুবন্। জাপকানাং বিশিষ্টং তু প্রত্যুত্থানম্ সমাহিতম্ ॥২৭॥
জাপকার্থময়ং যত্নো যদর্থংবয়মাগতাঃ কৃতপূজাবিমৌ তুল্যৌত্বয়াতুল্যফলাবিথৌ ॥২৮ ॥
যোগজাপকয়োর্দৃষ্টং ফলং সুমহদত্ভবে। সর্ব্বাল্লোকানতিক্রম্য গচ্ছেতাং যত্র বাঞ্ছতম্। ২৯।

ব্রহ্মোবাচ

মহাস্মৃতিং পাঠেৎযস্তু তথৈবানুস্মৃতিং শুভাম্ তাবপ্যেতেন বিধিনা গচ্ছেতাং মৎসলোকতাম্ ॥৩০ ॥

---

অদো হৌজিক লৈরিবা ভাবকশিং অসিনা প্রত্যক্ষ ওইনা কয়ারক উৎপ্রবনি। অদুনা ঐনা ঙসি হৌজিক হোগৎতুনা ঈথুং তিংথোকতুনা নংবু স্বাগত তৌবদি যোগীশিংনা ফংবা ধাম অদুদগীসু জাপক ওইবা ব্রাহ্মণশিংনা ফংবা মহৈনা হেল্লি হায়বদু থজগদ্গে হায়বগীদমকনি ॥২৪॥ নহাক্ সুংঙাইনা ঐগী হকচাংসুংদা চঙকউ হায়দুনা ব্রহ্মানা ব্রহ্মান দুদা তত্ত্বজ্ঞান পীখি। জ্ঞান অদুগী পান্থেনা ব্রাহ্মণ অদু মঙ স্তুগী মশক ওইনা ব্রহ্মাগী য়াম্নংদ চঙশিনখি ॥ ১৫ ॥ নিংথৌ ইক্ষ্বাকুসু জাপক ব্রাহ্মণ অদুগা মহে চপ মান্নবা ফংমিন্নবদগী জাপক ব্রহ্মাণ অদুনা তৌবগুম্না ব্রহ্মাগী গর্ভসুদা চঙখি ॥ ১৬ ॥ অদুগী তুংদা ব্রহ্মাদা দেবশিংনা অসুম্না হায়খি ভগবন্। নহাক্ক হৌগৎতুনা হাম্না থুং তিংথোক্তুনা জপক ( জপ তৌব ) ব্রাহ্মণ অদুবু চেন্থোকতুনা ওকপিখি। অদুদ যোগী তপস্বীশিং দগীসু নাম জপ তৌবা জাপকশিং যে ব্র হায়না থল্লে ॥ ১৭ ॥ জাপক ব্রাহ্মণ অসিদা সংগতি পীংগ হায়বগীদমক ব্রহ্মানশাম্না বম্না হোংনাবংখ। কনানা হেনবগে যেংগে হায়দুনা ঐথোয়সু কুম্মে যেবা লাকপান। হৌজিক্তি নিংথৌ ইক্ষ্বাকুগা জাপক ব্রহ্মাণ সগা অনীমক্না অথোক্ত আহেন নাইদনা চপ মান্নবা মহৈ ফংলে। অনীমকপু চপমান্নবা স্বাগত সম্মান তৌবিখি ॥ ৮ ॥ ঙসি ঐ শ যদনা যাগী অমদি জাপক অনীগী মহৈদি কনানা হেনবগে হায়দনা ঈমিৎ ন্না উজরে। পূর্বা চৎনা ইন্দ্রিয় শুদ্ধম চম্না জপ তৌবা মথোয অদুদি মাখায়দন যৌন বা হম্মদা হেক্তা যৌথিবা ঙম্মি ॥ ২৯ ॥ ব্রহ্মানা হায লইবাম পূম্নমক। মহাস্মৃতি অদুগা অনুস্মৃতিগী পাঠ তৌবা জপ তৌবা মথোয অদুদি ঐগী সালোক্যবু ফংবা ঙাম্মণ যোগগী ভক্ত যোগীশিং অদুসু হৌজিক হায়রিবা অবস্থ অসি ফংবা ঙম্ম মসদা বরিমতা চিংনিঙা লৈত্রবন। হৌজিক্তি ময়ামসু অপাম অপাম্বা সিদ্ধিগী

---

* টীকা :— ভক্তনা ভগবানগী মকমদগী মথোযগী ভক্ত সাধনা পাম্বরি মুক্তি মথল মঙাগী মত্তুংদা অমনি। মঙা অদুদি :— সামুজ্য ( তিন্নখিবা ), সালোক্য ( মঙান অমত্তদা লৈমিন্নবা হায়বসি উনবা ), সামীপ্য ( মনাক্ত লৈবা ), সারূপ্য ( মশক অমতা ওইমিন্নখিবা ) সার্ষ্টি অধিকার চপ মান্নবা ফংমিংবা )। —কালাচাঁদ

যশ্চ যোগে ভবেৎভক্তঃ সোঽপি নাস্ত্যত্র সংশয়ঃ । বিধিনানেন দেহান্তে মম লোকানবাপ্নুযাৎ ॥৩১ ॥

## ভীষ্ম উবাচ

ইত্যুক্ত্বা সতদা দেবস্তত্রৈবান্তরধীয়ত । আমন্ত্র্য চ ততো দেবা যযুঃ স্বংস্বং নিবেশনম্ ॥৩২ ॥
তে চ সর্ব্বে মহাত্মনে ধর্মংসংকৃত্য তত্রবৈ । পৃষ্ঠতোঽনুযযুঃ রাজন্ সর্বে সুপ্রীতচেতসঃ ॥৩৩ ॥
এতৎ ফলং জাপকানাং গতিশ্চৈষা প্রকীর্ত্তিতা । যথাশ্রুতং মহারাজ ! কিং ভূয়ঃ শ্রোতুমিচ্ছসি ৩৪

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
জাপকোপাখ্যানে সংবাদে সপ্তনবত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ ।

—(০)—

দমক লৈফম লৈফমদা চনখ্রে । ঐনা ময়ামগী নীংবাপুম্বা থংননবা হোৎনগনি ॥ ৩০ - ৩১ ॥
ভীষ্মনা হায় :— নিংথৌ ! অসি হায়রম্মগা ব্রহ্মণ অসি দেবতাশিংগী মনক্তগী অন্তর্ধান ফংথি । দেবতাশিংসু মগী মাগী ময়ুমদ হল্লখি ॥ ৩১ ॥ নিংথৌ ! কুম্মে অদু যেংবা লাকপা মহাত্মাশিং অদুসু ধর্ম কৌবা লাহ অদুগী সন্মানসৎকার তৌদুনা মাবু মাগথানা পূরগা ধর্মদুগী মতুংদা তপ্প তপ্পা চল্লখি ॥ ৩৩ ॥ মহারাজ ! ঐনা তাখিবদুগী মতুংইন্না জাপক ব্রাহ্মণশিংনা ফংখিবা ধাম গতি অদুগী মরমদা লীরবনি । হৌজিক করি অমুক তানীডলি ? ॥ ৩৪ ॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা
মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা জাপকোপাখ্যানেগী চামগা মরিফুতরাতুবেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ।

—(০)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## অষ্টনবত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

( চামগামরিফুতরানিপালশুবা অধ্যায় )

বৃহস্পতিগা মনুগা ঙাওনবা মতাং

### যুধিষ্ঠির উবাচ

কিং ফলং জ্ঞানযোগস্য বেদানাং নিয়মস্য চ। ভূতাত্মা চ কথং জ্ঞেয়স্তন্মে ব্রূহি পিতামহ ॥১॥

### ভীষ্ম উবাচ

অত্রাপ্যুদাহরন্তী মমিতিহাসং পুরাতনম্। মনোঃপ্রজাপতের্বাদং মহর্ষে বৃহস্পতেঃ। ২॥
প্রজাপতিং শ্রেষ্ঠতমং প্রজানাং। দেবর্ষি সংঘপ্রবরো মহর্ষিঃ।
বৃহস্পতিঃ প্রশ্নমিমঃ পুরাণম। পপচ্ছশিষ্যোঽথ গুরুং প্রণম্য ।৩।
যৎকারণং যত্রবিধিঃ প্রবৃত্তো। জ্ঞানে ফলংযৎ প্রবদন্তিবিপ্রাঃ।
যন্মন্ত্রশব্দৈরকৃত প্রকাশং। তদুচ্যতাংমে ভগবন্ যথাবৎ ।৪।
যচ্চার্থশাস্ত্রা গমমন্ত্রবিদ্ভিঃ। যজ্ঞৈরনেকৈরথ গোপ্রদানৈঃ

**যুধিষ্ঠিরনা হংঙি :**— ঈবুধৌ ! জ্ঞান যোগকী অদুগা বেদদা হায়রিবা নিয়মাশং অসি পালন তৌবগী করি মহেনো ? থবাযপানবা হকচাংদুংদা ইদৈলিরবা পরমাত্মাগী জ্ঞান অসি করম খঙগনি ? মাসি ঐঙোন্দা অমুক্তা হায়বিয়ু ॥ ১ ॥ ভীষ্মনা হায় : - নিংথৌ হিংলবা বিষয় অসিদা কুইরবা ইতিহ সগী রারী থুদই ওইনা বৃহস্পতিগা মনুগা অনীগী সংবাদ অদু হেক্ হেক্ লৌনৈ ॥ ২ ॥ মতম অমগী নানি দেবতাশিং অমুগা ঋষিশিংগী মগুলী অমদা মহর্ষি অথোইব বৃহস্পতিনা প্রজাপতিশিংগী মনুংদা অথোইবা অমা ওইনা লৈরবা মনুদা শিষ্যগী মওংদা খুরমজুনা অস্থুম্না হংখি॥৩॥ ভগবন্। জগৎপুম্নমকী আদিকারণ ওইরিবা, অদুগুম্বা মহাক্কী দনক্ত অসুক য়াম্বা বৈদিক কর্ম যাগযজ্ঞ চিবা তৌনরিবা, জ্ঞানী ব্রাহ্মণশিংনা অধ্যাত্মিক জ্ঞানগী মহৈদি পরমাত্মা মহাক্কি হায়নরিবা, বেদরমন্ত্রশিংমক্কসু বেদ বেদান্ত কয়ানসু মাগী তত্ত্বপু মপুংফানা খঙবা ঙমদে হায়রিবা অদুগুম্বা নিত্যবস্তু ওইবা মহাক্কী মরমদা ঈবুধৌনা অমুক্তা তাক্পিয়ু ॥৪॥ অর্থশাস্ত্র আগমনিগম অদুগা মন্ত্রযন্ত্র লোইনা হেৎখঙবা বিদ্বান্ পণ্ডিতশিংনা মথল মথা অয়াম্বা পূজাভজন সাধন উপাসনা মথল মথা তৌনরিবা অমিগী অরোইবা মহৈদি

ফলংমুহূর্ত্তৈর্যদুপাস্যতে চ　　কিং তৎকথংবা ভবিতা ক্ব বা তৎ । ৫

মহী মহীজাঃ পবনোঽন্তরিক্ষং　　লোকসংশ্চ জলংদিবং চ
দিবৌকসশ্চাপিযতঃ প্রসূতা　　স্তচ্চ্যতাম্ মে ভগবন্ পুরাণম্ ।৬।

জ্ঞানং যতঃ প্রার্থযতে নবো বৈ ।　　স্ততস্তদর্থা ভবতি প্রবৃত্তিঃ ।
নচাপ্যহংবেদ পরং পুরাণং　　মিথ্যাপ্রবৃত্তিং চকথংনু কুর্য্যাম্ ॥ ৭॥

ঋকসামসংঘাংশ্চ যজুংসি চাপি ।　　চ্ছন্দাংসি নক্ষত্রগতিং নিরুক্তম্ ॥
অধীত্য চ ব্যাকরণং সংকল্পং　　শিক্ষাং চ ভূতপ্রবৃত্তিং ন বেদ্মি ॥ ৮ ॥

সমে ভবান্ শংসতু সর্বমেতৎ ।　　সামান্য শব্দৈশ্চবিশেষণৈশ্চ ।
স মে ভবান্ শংসতু তাবদেত　　জ্জ্ঞানে কনং কমনি বা সদান্তি ॥ ৯ ॥

যথাচ দেহাচ্চবতে শরীরা　　পুনঃ শরীরং চ যথাভ্যুপৈতি

মনুরুবাচ

যৎ সংপ্রিয়ং যস্য সুখং তদাহু　　স্তদেব দুঃখ প্রবদন্ত্যনিষ্টম্ ॥ ১০ ॥

---

মচংক্র হায়ন-নিবা নিত্যতত্ত্ব ওইবা মহাক সিসবু কনিনো ? করম ফংবগে ; কদাযদা লৈবগে ? ভগবন ! পৃথিবী (লৈপাক), পার্থিব লৈপাক্তগী মশক ওনবা পোৎ) বায়ু, আকাশ, ঈশিংদা জীব, ইশিং নোংদোন, অদুগা দেবাদেবী কযা কয় মাডোম্দগী থোকখিবা পোকখিব, হায়', মহাক্কী মমাংদা অতেগুম্না পোৎ লৈবমদবা মহাক অদুবু কনানো নত্রগা কারনো ? মাসি ঐডোম্দা অমুক্তং নাথৈশেংনা তাকপিয়ু ॥ ৬॥ তাইবং মীওইবনা পাম্নবিবা তাম্নবিবা পোৎ অসি মানা মহৌশানা মশক উত্রবা, নত্রগা মগুণ খঙথবা অদুগ মাগী কবিগুম্বা থবক অমদা যাম্না কাম্নরগনি হায়না খনবা অতগুম্বা পোৎশিং স্মতুতবুন । অদুবু ঐদি অদুগুম্বা থাইদগী হেন্না কান্নববা মাগী মরমদদি ঐ করিমত্তা খঙদ্রে । অদুদি অদুগুম্বা মহাকপু থিননবা ফংননবা তোৎনবাস অরেম্বা কান্নদবা নত্রে ? অতগুম্বা মহাক অদুবু ফংনবা কবিগী হোৎনজরুগনি ? কডভরোইদোবা পোৎপু ফংগে হায়না তান্নকবগী কবি কান্নবি ? ॥৭॥ ঐনা ঋক্ সাম, যকুর্বেদগী ছন্দগী হায়বদি অথর্ববেদগী; নক্ষত্রশিংসিগী গতিগী, নিরুক্ত ব্যাকরণ কল্প অমদি শিক্ষাগী অধ্যয়ন নীঙথিনা তোক্সত্রবনি অদুবু আকাশনচিংবা পঞ্চমহাভূতশিং অসিগী থুংশেমদা করি করিনা মচাক ওইখিবগে হায়বত্তদি খঙজদ্রি । ৮। মরম অদুনা সামান্য (অচুম্বা ময়াম্না খঙগদবা) রানা অদুগা বিশেষ ওইবা (তোতে খা-থোইদোকপা) রানা ঐনা হংজবিবাসি তাকপীয়ু । তত্ত্বজ্ঞাম্না করম্বা পোৎশক ফংবগে ? কর্ম অমা সম্পূর্ণ ওইনা তোরগা করম্বা সম্পূর্ণ ওইবা মহৈ ফংবগে হকচাংসি ঐনি হায়না খল্লম্বা জীবাত্মাসিনা হকচাংসিদগী করম্না পোকথিবগে, অতোপ্পা দেহদা

## মনুরুবাচ

এভির্বিমুক্তঃ পরমাবিবেশ　　এতৎকৃতে কর্ম্মবিধিঃ প্রবৃত্তঃ।
কামাত্মকাংশ্ছন্দতি কর্ম্মযোগ　　এভির্বিমুক্তঃ পরমাদদীত ॥ ১৩ ॥
আত্মাদিভিঃ কর্ম্মভিরিন্ধ্যমানো　　ধর্মে প্রবৃত্তো দ্যুতিমান্ সুখার্থী।
পরং হি কর্ম্মপথাদপেতম্　　নিরাশীষং ব্রহ্মপরং হ্যবৈতি ॥ ১৪ ॥
প্রজাঃ সৃষ্টা মনসা কর্ম্মণাচ　　দ্বাবেবৈতৌ সৎ পথৌ লোকজুষ্টৌ।
দৃষ্টং কর্ম্ম শাশ্বতং চান্তবচ্চ।　　মনস্ত্যাগঃ কারণং নান্যদস্তি ॥ ১৫ ॥
স্বেনাত্মনা চক্ষুরিব প্রণেতা　　নিশাত্যয়ে তমসা সংবৃতাত্মা।
জ্ঞানং তু বিজ্ঞানগুণেন যুক্তং।　　কর্ম্মাশুভং পশ্যতি বর্জ্জনীয়ম ॥ ১৬ ॥

তাইবং মীনা কামনা পুম্নমক্তদগী লাম্নোয়কতুনা হায়বদি নিষ্কাম ওইনা শুভ কর্ম্ম খুদিংমক তৌতুনা পরব্রহ্ম-পবমাত্মাবু ফংননবা হোৎনগদবনি। পরমাত্মা বু উদ্দেশ্য ওইনা থম্বদগী হেন্না করিগুম্বা পোৎ অমবু উদ্দেশ্য ওইনা থমতুনা কর্ম্ম তৌরোইদৌবনি। হায়বিবা উদ্দেশ্য অসিগী-দমক্তা কর্ম্ম তৌনবনি। বৈদদা বিধান তৌবিবা যজ্ঞনচিংবা কর্ম্মশিংদুদি স্বর্গনচিংবদা উদ্দেশ্য থমতুনা তৌনৈ। মাদুদি কর্ম্মগী লাংদা মশানা মশাবু থুহজবনি। মরমদি অদুগুম্বা মীশিংদুগী মপুক্লীং অদু বিষয় ভোগদা চঙশিন নপশিন্দুনা লৈরি। থাঙ্গশেংবদি স্বর্গনচিংবদা থমলিবা কামনাশিংদুদগীসু মুক্ত ওইদুনা পরংব্রহ্ম পবমাত্মাবু ফংননবগীদ কর্ম্ম তৌগদবনি ॥ ১৩ ॥ মহৈ ফংননবগী বাখল অমদি অপাম্বা য়াওদনা সন্ধ্যাউপাসনানচিংবা নিত্য কর্ম্মশিংদু তৌদুনা কাম রাগ-নচিংবা দোষ পুম্বা কোকখিদুনা পুক্লীং অসিনা উফুম্না কুপ্তবা লংলবা মিংশেলগী মতৌগুম্নবা ঈয়ং লংলবা মতংদুদ, মহাক (পুক্লীং) অসি অচুম অয়ান অনীগী মজ্ঞাম্না মশা পুম্বা পুমলং লংখিদুনা নিত্য ওইবা আনন্দবু ফংনিংঙকতুনা কর্ম্ম মার্গদগী অমদি সংসারগী কামনাশিংদগী লাম্নোকখিদুনা পর ব্রহ্ম পরমাত্মাগা উনবা ভাঙনবা ঔম্মি ॥ ১৪ ॥ ব্রহ্মানা অহান্বদা মন (পুক্লীং) গা কর্ম্ম অনী অসিগা লোয়ননা প্রজাগী সৃষ্টি তৌখি। মরম অদুনা, মতম অদুদগী হৌনা হায়বদি সৃষ্টি দগী হৌনা মনগা কর্ম্মগা অনী অসিনা অকব লম্বী তাকই। তাকপত নত্তনা অনীসিমক সন্মার্গ (অফবা লম্বী) গী মশক্রি। কর্ম্ম অনীনি—অমনা সনাতন কর্ম্ম, অমনা বিনাশী কর্ম্মনি। হায়বদি অমনা লেঙঙবোইদবা কর্ম্মনি, অমনা মাঙখিগদবা কর্ম্মনি। পুক্লীংনা শাগৎখ্রিবা মহৈদুগী আশা থাদোকতুনা তৌবা কর্ম্মদু সনাতন কর্ম্মনি। মাদু পরব্রহ্মবু ফংননবগী নত্তনা করিগুম্বা পোলক অমগীদমক ওইদে ॥ ১৫ ॥ অহিংনা হৌথ্রবা, অমম্বগী কুয়োম্না হায়দোকথ্রবা অদুগা মীত্তা উবগী মঙাল লাকপা হৌরবদা, চৎপদা লম্বীদা খোঙদা চৈনা পীগদবা তিংখংনচিংবা উরক-পদুগুম্না, জ্ঞানগী মঙাম্না লাক্রবদা পুনশিদা অকায়বা পীগদবা, তিংখংগী মশক ওইবা থাদোকদবা

সর্পান্ কুশগ্রাণি তথোদপানম্
জ্ঞাত্বা মনুষ্যাঃ পরিবর্জয়ন্তি।
অজ্ঞান তত্তত্র পতন্তি কেচিৎ
জ্ঞানে ফলং পশ্য যথা বিশিষ্টম্ ॥১৭॥

কৃৎস্নস্তু মন্ত্রো বিধিবৎ প্রযুক্তো
যথা যথোক্তাস্ত্বিহ দক্ষিণাশ্চ।
অন্নপ্রদানং মনসঃ সমাধিঃ
পঞ্চাত্মকং কর্মফলং বদন্তি ॥১৮॥

গুণাত্মকং কর্ম বদন্তি বেদা
তস্মান্মন্ত্রো মন্ত্রপূর্বং হি কর্ম।
বিধিবিধেয়ং মন সোপপত্তি
ফলস্য ভোক্তা তথা শরীরী ॥১৯॥

শব্দাশ্চ রূপাণি রসাশ্চ পুণ্যাঃ
স্পর্শশ্চ গন্ধাশ্চ শুভাস্তথৈব।
নরোন সংস্থানগতেঃ প্রভুঃস্যা
দেতৎ ফলং সিদ্ধ্যতি কর্মলোকে ॥ ২০ ॥

---

ওইবা ফত্রব কর্ম (অশুভ কর্ম) শিংছু ময়েক লানা উবা ফংঙ ॥ ৬ ॥ লম্বীদা চংপা মতমদা লম্বীদা লিল, ত্তিংথং, তুম্বানচিংবা লৈরম্ব উবগা লম্বীচংপা মীনা মশাবু কঞ্জ্রনা থাইদাকছুং। চংখি। অদুগা লুবব কুহ (গুহ) উবগা থৈদোকতুনা চংদৈ। মাহবু উদনা চংপ মীনা মদুদা তারগা তুবগ অকনবা চৈনা ফংহি, মথরায় ফাওব থানৈ। অদুনা জ্ঞানযোগকী মীংনা উব মহৈ হায়ববু মাহুনা অতুম ওইহল্লু ॥ ৭॥ বিধি কায়দনা মন্ত্রগী উচ্চরণ তৌনা বেদগী বিধানগী মতুং ইন্না যজ্ঞনচিংবা শুভ কর্ম তৌবা, মতীক চানা ভমজবা দান দক্ষিণা তৌবা, অন্নদান তৌবা পীজপীথকপা অদুগা পুক্নীং অনী লেপ্তদনা কর্ম তৌবা হায়রিবা অঙ্গ মঙা আসনা মপুং ফারবা যজ্ঞ কর্ম তুতনা পামজবা মতৌ অদু পুম্নী অসুম্না অশিংব অথুবা বিদ্বানশিংনা হায় ॥১৮॥ বেদনা হায়রিবদি গুণ অহুম খেন্ননা লৈবদগী কর্ম মথল অহুম্নি। সাত্ত্বিক কর্ম, রাজসিক কর্ম অদুগা তামসিক কর্ম। অদুনা মন্ত্রশিংসু হায়রিবা গুণ অহুম আস খেন্ননা লৈবনা, মথল অহুম্নি। অদুগা মন্ত্র উচ্চারণ তৌরগা বৈদিক যাগযজ্ঞনচিংব কর্মশিং অসি তৌনরিবনি। অসুম্না কর্মশিংগী বিধি, বিধেয় (তৌগদবা কর্ম) বিধান মথোয় অসিসু অদুগা পুক্নীংনা পামজরিবা মহৈ অদুসু মাহবু ভোগ তৌগদৌরিবা কর্তা অদুসু লোইনা মথল অহুম অহুম থোক্না থায়রি ॥ ১৯ ॥ কর্মগী মহৈ হায়ববু রূপ, রস, গন্ধ স্পর্শ শব্দ মথোয় মঙা অসিতন অদুবু হকচাং অসিবু পুক্তন, লৈরিবা তাইবং মীসিনা মথোয় অদু লোইন তংংনা ফংবা উমদে। কর্মগী মহৈ অদু ফংননবা, চাননবা চাননবা ফংলিবা লৌরিবা হকচাংসিদা কর্মতুগী মহৈ ফংবা কর্ম ফল প্রাপ্তি হায়বদুদি দৈবগী মথা পোনবনি। লাইনা তম্বনি। ঐনা হায়বা ভম্বা নত্তে মহৈদু ফংননমা কর্ম অদু তৌরবমিনা মহৈদুমক ফংবা তাবে হায়বা য়াদে ॥২০॥ জীবসিনা হকচাংগী মপু-দা তৌরম্বা অদ ফত্ত কর্ম খুদিংমকতুগী মহৈশিং অদু হকচাংসিদগী লাম্হোকথ্রগা অতোপ অতোপ্পা দেহদা মহৈশিং অদু

যৎ যচ্ছরীরেণ করোতি কর্ম
শরীরযুক্তঃ সমুপাশ্নুতে তৎ
শরীরমেবা যতনং সুখস্য
দুঃখস্য চাপ্যাযতনং শরীরম্ ॥২১॥
বাচা তু তৎ কর্ম করোতি কিঞ্চিৎ
বাচৈব সর্বং সমুপাশ্নুতে তৎ
মনস্তুতৎ কর্ম করোতি কিঞ্চিৎ
মনঃস্থ এবাযদুপাশ্নুতেতৎ ॥২২॥
যথ যথা কর্মগুণং ফলার্থী
করোত্যয়ং কর্মফলে নিবিষ্টঃ
তথা তথায়ং গুণসম্প্রযুক্তঃ
শুভাশুভং কর্মফলং ভুনক্তি ॥২৩॥
মৎস্যো যথা স্রোত ইবাভিপাতী
তথা কৃতং পূর্বমুপৈতকর্ম
শুভে ত্বসৌ তুষ্যতি দুস্কৃতেতু
নতুষ্যতে বৈ পরমঃ শরীরী ॥ ২৪।
যতো জগৎ সর্বমিদং প্রসূতম্
জ্ঞাত্বাত্মবন্তো ব্যতিযান্তিযৎ তৎ
যন্মন্ত্রশব্দৈবকৃতপ্রকাশং .
তদুচ্যমানং শৃণুমে পরং যৎ ॥ ২৫ ॥
রসৈর্বিমুক্তং বিবিধৈশ্চ গন্ধৈ
রশব্দম স্পার্শ মরূপবচ্চ
অগ্রাহ্যমব্যক্তমবর্ণ মেকং
পঞ্চপ্রকারান সসৃজে প্রজানম ॥ ২৬ ॥

চাকচ। মরমদি অব শু ত ইনচ বা কর্মগী মহৈবু চাবম্ব, চাবিবা, চাকগদোরিব মফমদি চকচা সিতনা ওইবনি ॥ ২১ ॥ বাচৈ তনা তে থিবা ধর্মগী মহৈবু ব টৈতনা ফ ভি। পুক্নী-তনা তৌথবা কর্মগী মহৈবু পুক্নী না ভাগ তৌই। মতম অদুদা জীবাসন পুক্নীগা লায়নবা মহৈ অত্তবু ভোগ তৌই ॥ ২২ ॥ কর্মগা ফলবু পাম্বলিংনা মথোযগী আত্মা সাত্ত্বিক রাজসিক অমদি ত মাসিক দেহদা লোবৈদে তৌথি তৌগবা কর্মতুগী মতু ইম্না লাকপা সাত্ত্বিক, রাজসিক অমদি তামসিক ওইবা মহৈ (ফল) অদুবু ফং ঙ ॥ ২৩ ॥ ঙানা ঈশংগী ঈচেলগী মতুং ইম্না অসুম মথং মথং তাউগবঙপহুগুম্না জীবশিনা সাত্ত্বিক রাজসিক অমদি তামসিক গতি (মার্গ) না, মথং মথং চেন্নবক্লে মাসমু কর্মগী গতি কর্মগীত তৌই। অদুকী মপোক্তা তৌরিবা সাত্ত্বিক, রাজসিক অদুগা তামসিক কর্ম মযাম তৌ রবসি, সাত্ত্বনচিংবা দেহদা চঙভু নবনি। জীব শনা অথোইবা সাত্ত্বিক দেহদা চঙদুনা পোকলুবনাদ অদুগা অফবা মহৈ চাকরবদি মহৈদু অমবু ওইববসু অমবু ওইবসু মঙোন্দা সন্তোষ (অপেনবা) হাযবঙ লাকই কান্নদব ফঙল ওহরোইদোবা পোশক মহৈ ওইনা লাক্লবদি রায, সুংঙাইতে, পেন্দে ॥ ২৪ ॥ মঙোন্দগী উরিবা জগৎ পুম্বসি পোক্লক্লিবা, মহাক অদুবু মুম্না খঙলবা জ্ঞানী জীব অদুনা (মী অদুনা) স সার অসিবু কান্নমতনা অথোইবা মফম (পরমপদবী) বু ফংথি। অদুগা বেদগী মন্ত্রমক্তা মহাক্কী তাত্ত্বিক ওইবা স্বরূপ মুম্না খঙহনদবা, অদুগুম্বা থাইদগী হেনবা পোশক অদুগী মরমদসু ঐ হায়গে তাও ॥২৫॥ হায়রিবা চীন্না হায়দোকপদা রাববা পোশক অদুদি, মহাক্কী মথল মথা য়ামলব রস, গন্ধনচিংবা অসি নৈতে

নস্ত্রী পুমান্ নাপি নপুংসকং চ
পশ্যন্তি যং ব্রহ্মবিদো মনুষ্যা

ন সন্ন চাসৎ সদসচ্চ তন্ন
তদক্ষরং ন ক্ষরতীতি বিদ্ধি ॥ ২৭ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বনি মোক্ষধর্ম পর্বণি বৃহস্পতিসংবাদে অষ্টনবত্যধিকশততমোধ্যায়ঃ ।

—(০)—

শব্দ, স্পর্শ, রূপসু লৈজদে। পুরুষীংনা বুদ্ধিনা, চীয়া মাবু উবা শোকউবা ওয়দে। মহাক্তি অসিনি হায়না কোওদোকপা য়াবা ( ব্যক্ত ) ওইবা পোং নত্তে, হায়বদি অব্যক্তনি। মাগুম্বা অনী শুবা অমা লৈত্রবনি। রূপ রংগ করিমত্তা য়াওদবনি। মশাগী য়াওপ্রবসু, মহাক্ত সংসারগী উরিব পোং খুদিংমক্তা রূপ রস গন্ধনচিংবা বিষয়শিং অসি পীবি। ২৬ ॥ মহাক্তি নিপাসু নত্তে সুপীসু নত্তে। নপুংসকসু নত্তে। সৎ অসৎ অনীমক্তা পুংবা সদসৎ হায়বত্তসু নত্তে। ব্রহ্মজ্ঞানী ওইবা কনা কনাগুম্বা মীওনা মহাকপু উবা ফংভি মহাক্তী অমাঙবা রাথবা, হেনগংলকপা করিমত্তা লৈত্তে। অক্ষমক্তনা মহাকপু অবিনাশী ( অমাঙ অত্তা লৈতবা ) পরব্রহ্ম পরমাত্মা অক্ষর হায়না কৌনৈ। মাসি নীঙথিনা খঙজিল্লু ॥ ২৭ ॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা বৃহস্পতি সংবাদগী চামগা মরিফুতরানিপালগুবা অধ্যায় লোইরে।

—(০)—

# মণিপুরী মহাভারত

## নবনবত্যধিকশততমোঽধ্যায়ঃ

( চামগামরিফুতরামাপলশুবা অধ্যায় )

**মনু বৃহস্পতি সংবাদ মথং**

মনুরুবাচ

অক্ষরাৎ খংততো বায়ুস্ততো জ্যোতিস্ততো জলম্ । জলাৎ প্রসূতা জগতী জগত্যাং জায়তে জগৎ॥১

এতৈঃ শরীরৈর্জলমেবগত্বা জলাচ্চতেজঃ পবনোঽন্তরিক্ষম্

স্থাৎ বৈনিবর্ত্তন্তি ন ভাবিনস্তে, মোক্ষংচতেবৈ পরমাপ্নুবন্তি ॥ ২ ॥

নোষ্ণং ন শীতং মৃদুনাপিতীক্ষ্ণং, নাম্লং কষায়ং মধুরং ন তিক্তম্ ।

নশব্দবন্নাপিচ গন্ধবন্তন্নরূপবত্তৎ পরমস্বভাবম্ ॥ ৩ ॥

মনুনা হায়ঃ— বৃহস্পতি । অমাঙ অতা মশক হোংবা লৈতবা মঙোন্দগী আকাশ, আকাশদগী বায়ু, বায়ুদগী অগ্নি, অগ্নিদগী ঈশিং, ঈশিংদগী লৈপাক, অসুম্না মথং মথং পোকথরকই । হৌরিবা পৃথিবী ( লৈপাক ) সিদগী পার্থিব জগৎ ( লৈপাক্ত শাবা, লৈপাক্তা মরম ওইবা ) অসি পোক্‌থ্রবনি ॥ ১ ॥ হৌজিক হায়খ্রবা হকচাংশিং হায়রবদি আকাশগী মশক ওইবা, বায়ুগী মশক ওইব, অগ্নিগী মশক ওইবা, ঈশিংগী মশক ওইবা হকচাংশিং অসিগা লোয়ননা জীব পানব পুন্নমক ঈশিংদ প্রলয় ওই অদুদগীদ ঈশিং অদুদগী অমুক অগ্নিদা, অগ্নিদগী বায়ুদা, বায়ুদগী আকাশদা অদুগা আকাশদগী অমুকসু গো জক হায়খ্রবা ক্রম অদু ঈকায় কায়দনা সৃষ্টিশিং অদু মথং মথং লাকই । জ্ঞানী ভক্তশিংনাদি হৌজিক হায়রিবা ক্রম অসিদগী নাপ্পে কংলাদ্‌হোকখিদুনা চক্র অসিদা অমুক চঙঙকুনা পরব্রহ্ম পরমাত্মাদা চংখি, তিগ্নি । অদুদগীদি জ্ঞানী ভক্ত অদু পোকপা শিবগী সংসারগী কর্মচক্র অসিদা অমুক তারদ্রে | ২ ॥ পুন্নমক্তগী তোঙাম্বা ( পর ) আত্ম ( পরমাত্ম ) মাগী তত্ত্বদ ঈংসু ঈংদে, শাসু শাদে । থোৎসু থোত্তে, কনসু কন্দে । অথুব্বা, অয়াকপা, এখাবা অশীনবা, অশাবনচিংবা মহাও অমত্তা য়াওদে । অদুনা গুণশিংসি লৈতবনা নির্গুণনি, নির্বিকারনি মঙোন্দা রূপ, রস, গন্ধ স্পর্শ শব্দ করিমত লৈত্তে ! অদুনা মপানগী জগত্তদ লৈবা তাইবং মীনা মাবু লৈতে হায় ॥ ৩ ॥ উনশানা স্পর্শগী, জিহ্ব ( লৈ ) না রসগী, মীৎনা রূপকী, অনুভূতি অদু

স্পর্শংত্বচুর্বেদ রসং চজিহ্বা ঘ্রাণং চ গন্ধান্ শ্রবণৌচ শব্দান্ ।
রূপাণি চক্ষুর্ন চতৎ পরংযৎ গৃহ্নন্ত্যনধ্যাত্মবিদো মনুষ্যাঃ ॥ ৪ ॥
নিবর্ত্তয়িত্বা রসনাং রসেভ্যো ঘ্রাণং চ গন্ধাচ্ছ্রবণৌ চ শব্দাৎ ।
স্পর্শাৎ ত্বচং রূপগুণাৎতু চক্ষুস্ততঃ পরং পশ্যতি স্বং স্বভাবম্ ॥ ৫ ॥
যতো গৃহীত্বাহি করোতি যচ্চ, যস্মিংশ্চ তামারভতে প্রবৃত্তিম্ ।
যস্মিংশ্চ যৎযেন চ যশ্চ কর্ত্তা যৎ কারণংতে সমুদায়মাহুঃ ॥ ৬ ॥
যৎ বাপ্যভূৎ ব্যাপকং সাধকংচ, যন্মন্ত্রবৎ স্থাস্যতি চাপিলোকে ।
যঃ সর্বহেতুঃ পরমাত্মকারী, তৎ কারণং কার্য্যমতো যদন্যৎ ॥ ৭

---

পুক্লাংদা পী । মপানগী মীৎনা চিংবা ইন্দ্রিয়শিং অসিনা পরমাত্মাবু সাক্ষাৎকোর তৌবা ঙমদে-য়াদে । অধ্যাত্মজ্ঞান য়াওদবা মীনা পরমাত্মাগী তত্ত্ববু উবা থঙবা ঙমদে ॥৪॥ মরম অদুনা জিহবা ( লৈ ) রস ( মহাও ) দগী, নাতোনবু মনম ( গন্ধ ) দগী, উনশাবু স্পর্শ ( শোকপা ) দগী নাকো বু শব্দ ( খোজেল ) দগী, মীৎপু রূপ (মশক মওং) দগী মমায় ওন্থোকতল্লগা, আত্ম রোমদা অন্তর্মুখি ওইহল্লকপা অদুগুম্বা মহাক অদুনা আত্ম মাগী হৌরকফম পরমাত্মা ( পরমাত্মা ) বু সাক্ষাৎকার ( থেংনবা উনবা ) তৌবা ঙম্মি ॥ ৫ ॥ মহর্ষিশিংনা অস্নুম্না হায়বৈ :— অদুম অদুগুম্বা কারণনা অদুম অদুগুম্বা মহৈ ( ফল ) গী উদ্দেশ্যনা অদুম অদুগুম্বা মফম মথমনা অদুম অদুগুম্বা চাৎবা চাৎদগীবমক অদুম অদুগুম্বা অপাম্বা কল্লকপদগী, থবক অদুদা প্রবৃত্ত ( চঙঙকপা ) ওইদুনা হায়বাদ প্রবৃত্ত মার্গদা আশ্রয় লৌদুনা কর্ত্তা অদুনা থবক অদুবু তৌরিবান । তায়খিবশিং অসিগী পুল্লপ মপুম কারণ অদুবুনি । পরমাত্মা হায়বিদা * ॥৬॥ পরমাত্মা মাতনা পরমকারণনি । শ্রুতিগী মতুং ইন্না ব্যাপক ( শীংথুংনা কূপলিল্লবা মহাক ), বাপ্য ( কূপশিনগদোরিবা পোৎ ) অদুগা, কূপশিনবা থবক্তচিংবগী সাধন ( থুংলায় ), লোক পুম্নমক্তা শীংথুনা লৈরিব, থাইদগী অরাংবদা তে ঙাম্না মথন্ত লৈরিবা পোৎ পুম্নাংবী কারণ ওইদুনা লৈরিবা থবক পুম্নমক মতম অমতদা মৎন্তনা তৌরিবা মাতনা পরমকারণ ওইবিবান অদুগুম্না পরমাত্মানা হেক লৈরিবা পুম্না কার্য্যনি ॥ ৭ ॥ তাইবং মীনা মানা মানা তৌখিব কর্ম্মগী মতুং ইন্না তোঙ লতোঙান্ন মফম মতাংদা

* টীকা :— কারণ তোঙাল তোঙানবা পুম্নমক্কীগী অনাদি কারণ ( সর্ব্ব কারণ ) ওইবা মহাক ( পোৎ ) অদুবুনি পরমাত্মা হায়রিবসি । খুদম ওইনা হায়রবদা, ফিগী উপদান কারণ লংনি । লংগী উপাদান কারণ লশিংনি । লশিংগী উপাদান কারণ লৈপাক্কী । লৈপাক্কী উপাদান কারণ ঈশিংনি । ঈশিংগী উপাদান কারণ মৈনি । মৈগী ঈশিংনি । ঈশাংগী নুংশিংনি । নুংশিংকী আকাশনি । আকাশগী কারণ পুক্লাং । অদুম তৌদুনা কার্য্য ওইরম ওইরমলগা কারণ ওইদুনা চৎথি । কারণ ওইরমলগা কার্য্য ওইদুনা চৎপি । কার্য ওইরম ওইরমগা কারন ওইবদা চৎথি । কার্য্য ওইরম্বা পোৎতুনা কারণ অমুক ওই । মান্নৈ মীনা কার্য্য ওইবা মতমদা হায়বদি ফী ওইত্রিডেম ফীদু ওইনমনা মচাকল্লি লংনি । লং অসি অহানবদা কার্য্য ওইরমনি । মতম অদুদা লশিংনা কারণ ওইরম্মি । কার্য্য অমুক ওইরম্লোইদোবা কারণ মহাক অদু পরমেশ্বরনি ।—কালাচাঁদ ।

যথা হি কশ্চিৎ সুকৃতৈর্মনুষ্যঃ, শুভাশুভং প্রাপ্নুতেহ থাবিরোধাৎ
এবং শরীরেষু শুভাশুভেষু স্বকর্মজৈজ্ঞানমিদং নিবদ্ধম্ ॥ ৮ ॥
যথাপ্রদীপ্তঃ পুরতঃ প্রদীপঃ প্রকাশমন্যস্য করোতি দীপ্যন্ ।
তথেহ পঞ্চেন্দ্রিয়দীপবৃক্ষাঃ, জ্ঞানপ্রদীপ্তাঃ পরতন্ত্র এব ॥ ৯ ॥
যথাচ রাজ্ঞা বহবোহ্যমাত্যাঃ পৃথক্ প্রমাণং প্রবদন্তি যুক্তাঃ ।
তৎবচ্ছরীরেষু ভবন্তি পঞ্চ, জ্ঞানৈকদেশঃ পরমং স তেভ্যঃ ॥ ১০ ॥

যথার্চিষোঽগ্নেঃ পবনস্য বেগো মরীচয়োঽর্কস্য নদীষু চাপঃ ।
গচ্ছন্তি চায়ান্তিচ সংচরন্ত্যা স্তৎবচ্ছরীরাণি শরীরিণাং তু ॥ ১১ ॥
যথাচ কশ্চি পরশুং গৃহীত্বাঃ ধূমং ন পশ্যেজ্জ্বলনংচ কাষ্ঠে ।
তৎবচ্ছ শীরোদর পাণি পাদম্ ছিত্বান পশ্যন্তিততো যদন্যৎ ॥ ১২॥

---

কর্মশিংগী মহৈ চারুবা ফংলবদুগুম্না, মান মানা তৌখিব তৌরিবা কর্মতুগী মতীক মপা চাবা অফ ফত্ত মহৈশিংতুবু থাইদগী হেম্বা, মযায ওইবা, থাইদগী হন্নবা দেহশিংগী মহুংদা, থম্মোয়দা ফু হুনা লৈবিদা, পম্মোযগী মশক ওংবা জ্ঞানতুনা ভোগ তৌতুনা, কনা অমতনা অথিংতা পীডমদনা লৈব ॥ ৮ ॥ থাবগৎলবপা থাউমৈনা মশাবুসু উহনবা অতৈ পোচ্চৈ পুম্নমকপুসু ডানহনবা — উহনহুতা, হকচাংগী মশক ওইবা উপ মী অসিগী মথক্তা ইন্দ্রিয় মডা, চেতনাগী মশক ওইরবা জ্ঞানগী মডাম্না মহুং মপান পূমডাল ডাশহল্লি ॥ ৯ ॥ তোশান তোডাম্ব থবক ( মথৌ ) কী বিভাগতা লাপথ্রবা মন্ত্রীশিংনা মানা মানা তৌবিবা থবক অহবু নিংথৌদা থডহনবহুগুম্না, হকচাংদা লৈরিবা ইন্দ্রিয় মডা অসি হমমম্না, মানা মানা তৌবিবা পুরিবা বিষযশিং অহবু নিংথৌগী মশক ওইববা বুদ্ধিদা হেক হেক থডহল্লি মন্ত্রীশিংগী মহুংদা নিংথৌনা হুথোইবা ওইন লৈবহুগুম্না মন্ত্রীগী মশক ওইরবা মন্ত্রীশিং অহবু থবক্ত হঙ্কিল্লি ॥ ১০ ॥ মৈগী মৈরিশিনা, মুংশংকী শাকুনা নুমিৎকী মডালশিংনা অংগা তুরেলদা চেল্লিবা ঈশংশিনা হঙৎ হন্দা চৎতুনা লেজওৎতুনা লৈবহুগুম্না দেহধারীশিংগী ( আত্মাশিংগী ) দেহ ( হকচাং ) শিং অসি, হঙৎ হন্দা চেত্থোক চেঙ্কিল. অকা অকুম তৌতুনা ডাক লৈবিবনি ॥ ১১ ॥ কনাগুম্বা অমনা শীংহেডনা বক্লব উ অনবু ককপ-থাযবা মতমদা মহাক্না উকক অহুগী মহুংদা করিগুম্বা মতমদা মৈ লৈরম্বসু উরোই, মৈথু লৈরম্বসু উরোই । করিগুম্বা মতমদা মপান্দা চোংথোরকপা মৈরীক মৈথু-চিংবদি থর উবা য়াই মতৌ অহুগুম্না আত্মাশক্তি উরবসু, মহাক্না লৈরিবগী মপান্দা থোডথুং কাওবা উরবঙু আত্মা মহাক্না লৈরিবসি হকচাংগী করম্বা মফমদনো। য়েংগে হায়না হকচাং অসিবু হোগায় থিনগাইতুনা, ককতুনা য়েংলবসু করিগুম্বদা য়েংবা থিবা ওমলোই । অহুনা হকচাংগী মহুংদা লৈরিবা আত্মাসে হবচাং হাংদোকতুনা

তানেব কাষ্ঠানি যথাবি মথ্য ধূমং চপশ্যোজ্জ্বলনং চ যোগাৎ।
তৎবৎ সবুদ্ধিঃ সমমিন্দ্রিয়াত্মা বুধঃ পয়ং পশ্যতিতং স্বভাবম্ ॥ ১৩ ॥
যথাত্মন্নে'হঙ্গং পতিতং পৃথিব্যাং। স্বপ্নান্তরে পশ্যতি চাত্মনোহন্যাৎ ॥
শ্রোত্রাদিযুক্তঃ সুমনাঃ সুবুদ্ধিঃ। লিঙ্গাত্তথাগচ্ছতি লিঙ্গ মন্যৎ ॥১৪ ॥
উৎপত্তিবৃদ্ধিব্যয়সন্নিপাতৈ র্ন যুজ্যতেবৃসৌঃ পরমঃ শরীরী।
অনেন লিঙ্গে নতু লিঙ্গমন্যৎ। গচ্ছত্য তু দৃষ্টঃ ফলসংনিযোৎ ॥ ১৫ ॥
ন চক্ষুষা পশ্যতি রূপমাত্মনো, ন চাপি সংস্পর্শমুপৈতি কিঞ্চিৎ।
ন চাপি তৈঃ সাধযতেতু কার্য্যং তে তং ন পশ্যন্তি স পশ্যতেতান্ ॥ ১৬॥

য়েংলবস্থ উরোই ফংলোই। আত্মাগা হকচাংসিগা কবিমতা মরী লৈনদে। হকচাং মচুং'সদা লৈত্রবল' হকচাংগী মপান্দবু লৈরত্রা হায়না থল্লকনি ॥১২॥ অদুগ ; উকক্ অদুবু শীঙজঙদা থংখায় থায়বা থংকক ককপগী মচুত্তা, বিধি কায়দনা চনীং তানা মান্দনস্থ অমনা তপ্না তপ্না লৈরবদি, তরুবদি উ অদুগী মচুংদা লৈস্থ উগনি মৈথুবুস্থ উগনি। মতৌ অদুগুম্বা তপ্না তপনা বিধি কায়দনা তরুব'দ শাস্ত্রগী তত্বগা লৈনরবস্থ হকচাংগী মচুংদা লৈরিবা আত্ম সিবু সাক্ষাৎকার তৌব। ঙমগনি ॥ ১৩ ॥ মঙদা তাইব' মীনা মাগী মশামক্কী মঙক্পু কনাগুম্বনা কপ্তুনা হকচা'দগী তোঙা'ম্না লৈমায়থক্তা তাব উবদুগুম্না, (তাইবংদদি মাবু উবা ঙমলোয়) ইন্দ্রিয় তরা, থরায় মঙা, পুক্নী', বুদ্ধ তত্ব তরাত্তবেৎ অসিগী সংষ্টি ( মপৈ মপুম ) ওইয়বা হকচাংসিবু আত্মাগী মশক মুর্ত্তি ওহবিবা জ্ঞান অত্তুনা, জ্ঞান মশা মঙোন্দগী ( আত্মজ্ঞান মঙোন্দগী ) তোঙাম লৈহল্লগা ওনশিন্দুনা য়েংলক্লিবা কবিনো হায়দুনা লৈনরক্লিবা অদুগুম্বা জ্ঞানবু লোইন্নিবা অশিংবা তাইবংমী ( মনুষ্য ) অদুতনা মশাগী হকচা'বু তোঙাম্বান হায়না উই [illegible] গুম্বা বুদ্ধি জ্ঞানবু লোইদবা অপাঙবনা উন্নিবা হক-চাংসিবু মামক্কি হায়না শেরায়না খ'ল্ল। অদুগা হকচাংসিদগী তোঙানবা "ঐ" কায়বা অমা লৈরি হায়না থঙদবা, হকচাংসিমক ঐনি হায়না উ'বা, খল্লিবা মহাক অতু হবচাং অমদগী হকচাং অমদা [illegible] চংতুনা ঙাক লৈ ॥১৪॥ "আত্ম" হায়বসিগ হকচাং ( দেহ ) হায়বসিগ [illegible] অনীসি তোঙ'ল তোঙাম্না লৈবনিগুম্না আত্মা হাযব পোশবতুগা হবচা' ( দেহ ) হাযব পোশক মগস্থ তোঙ'ল তোঙা'ল্ল। আত্মা মশানা লৈরিবা, মহাক মশাগক্কস্থ মতম অয়াম্বা মামক্কি হায়না শে-রাম্নবা লৌম্নিবা হকচাং অসিদা লাক্লিব পোকপা শিবা, নোয়বা কংবা, রাংবা নেম্বা অসিনচিংবা দোম্নশিং অসিদা আত্মা মহাক্তি ঈচঙ চঙদ্রবনি। অদুবু জ্ঞান অসি লৈত্তবা অপঙবা মীদি মমাং-লৈগী মপোক্ত তৌখিবা কর্ম্মগী সংস্কারশিং অদুনা লম্নী ওইদুনা দেহ অমদগী দেহ অমদা চঙ চঙদুনা লৈ ॥ ১৫ ॥ শাদোং উম শাবা মপানগী মীৎ অসিগী পাইম্বনা কনা অমতনা আত্ম বু উবা-থিবা

যথা সমীপে জ্বলতোঽনলস্য সংভাপজং রূপমুপৈতি কশ্চিৎ
নচান্তরং রূপ গুণং বিভর্ত্তি তথৈবতৎ দৃশ্যতি রূপমস্য ॥ ১৭ ॥

তথা মনুষ্যঃ পরিমুচ্য কায়- মদৃশ্যমন্যৎ বিশতে শরীরম্ ।
বিসৃজ্য ভূতেষু মহৎসু দেহম্ তদ শ্রয়ং চৈব বিভর্ত্তি রূপম্ ॥ ১৮ ॥

খং বায়ুমগ্নিং সলিলং তথোর্বীং সমন্ততোঽভ্যাবিশতে শরীরী
নানাশ্রয়া কর্ম্মসু বর্ত্তমানাঃ শ্রোত্রাদয়াঃ পঞ্চ গুণান্ শ্রয়ন্তে ॥ ১৯ ॥

---

ওমদে। উনশাসিনা মাগী স্পর্শবু খঙবা ওমদে। হায়রিবা ভাবতি মপানগী ইন্দ্রিয়শিংসিগী পাম্বেনা আত্মাবু খঙনা উনবগী থবক অমত কনানসু পায়থৎপা ওমদে ইন্দ্রিয়শিং অসিনা মাবু শোকউ থেংঙ্বা ওয় নত্তে। ইন্দ্রিয়শিংসিনদি মাবু উবা শোকপা ওমদে। অদুগা মহ রূপদি ইন্দ্রিয়শিংসিবু ইহো হোনা উই॥ ৬॥ প্রমাণ অমদি যোৎপু মৈনাক্তা নত্রগা মৈঙদা থম্মুরবদি মৈদুগ তিঙ্গবদগী য়োৎ অদুসু শোদোবকই, মহী চেল্লকই। মৈগী দাহিকা শক্তিদুগীসু শরুক থর য়োৎ-তুদা লাবই অদবু মৈগী থাক্লেংবা মহুংগী গুণ অদুবু লোবা পুবা ওমদে। হায়বদি মৈদি মৈ ওইনা চাক্লম্মি, মৈ ওইনা মুৎখি। যোৎতুংগী যোৎ ( মৈপাক ) ওইনা লোইশিনখি। মতৌদুগুম্না আত্মাগী স্বরূপতি চৈতন্যভাব ওইনা ( জ্ঞান ওইনা ) লৈরিবা ইন্দ্রিয়শিংগী মপৈ অসিদি হকচাংসিদা মতম খবদং লৈবস্ততনি। থাক্লেংবদি ইন্দ্রিয় মপৈ অসিদি সচেতন নত্তে। মৈনাক্ত মৈনুংদা লৈরিবা য়োৎশিংনচিংবদুনা মতম খবদং মগী রূপ অমা ওইনা মতম খরদ উৎলম্মি ॥১৭॥ মতৌ অমুম্না তইবং মীনা ( আত্মানা ) মপানগী অউবা হকচাংবু থাদোক্লগা, অতোপ্পা উদবা হকচাং অমদা চঙবা মতম অদুদা অহানবগী অউবা অচৌবা হকচাংসিবু পঞ্চমহাভূতশিংগা উননবগী-দমক্তা, থাদোক্লগা অতোপ্পা হকচাং অদুদা আত্মানা অশ্রয় লৌই। লৌবিবা হকচাংদো আত্মা মহাক্কী স্বরূপনি হায়না লৌই ॥ ১৮ ॥ হকচাং সবু মা মশামক্ত হায়না থজ্জনা "ঐ" নি হায়বসি হকচাংসিদা পানশিন্দুনা লৈরিবা দেহাভিমানী ওইরবা জীবসিনা, মানা নহালমথৈ ঐ হায়রমলিবা হকচাংসিবু থাদোকপা মতমদা, হকচাংসিদা লৈরম্বা আকাশগী শরুক অদুনা মওং তোঙাল তোঙানবদা তুংদুনা লৈবা মহাকাশদা, বায়ুগী অংশনা মহাবায়ুদা, অগ্নিগী অংশনা মহাগ্নিদা, ঈশিংগী অংশনা ঈশিংদা লৈপাক্কী অংশনা লৈপাক্তা থুপখি লোইশিনখি। অদুগা, মৈ-ঈশিংনচিবা পঞ্চ-ভূতশিংদা আশ্রয় লৌদুনা লৈরমলিবা শ্রোত্র ( নাকোং-তানবগী থৌৎলায় ) হায়বা তত্ত্বশিংসিদি

শ্রোত্রংখতো ঘ্রাণমথো পৃথিব্যা তেজোময়ং রূপমথো রসং চ
জলাশ্রয়ং স্বেদমুক্তং রসং চ । বায়্বাত্মকঃ স্পর্শকৃতো গুণশ্চ ॥ ২০ ॥

মহৎসু ভূতেষু বসন্তি পঞ্চ পঞ্চেন্দ্রিয়ার্থাশ্চ তথেন্দ্রিয়াণি ।
সর্ব্বাণি চৈতানিমনোঽনু গানি । বুদ্ধিং মনোঽন্বেতি মতিং স্বভাবম্ ॥ ২১॥

শুভাশুভং কর্ম কৃতং যদস্যৎ । তদেব প্রত্যাদদতে স্বদেহে ।
মনোঽ নুবর্ত্তন্তি পরাবরাণি । জলৌকসঃ স্রোত ইবাঽনুকূলম্ ॥ ২২ ॥

থুপথি মাঙথিব য়াওদনা, মাগী মাগী মথৌ ( কর্ম ) দা অদুম চঙনথি অসুম্না চঙথিদুনা অতোপ্পা হকচাং অমদা লৈরম্বা মৈ ঈশিংনচিংবা ভূতশিং অদুদা আশ্রয় তৌথি ॥ ১৯ ॥ আকাশদগী নাকোং, লৈপাক্তগী পোকথিবা নাতোল, অদুগা রূপ ( মশক ) বিপাক ( মুনথিগদবা মশক ওনথিগদবা, তুমথিবা ) অনী—হায়রিবা মথোয় অসি তেজগী মশকমক্তনি । দুগাং অদুগা মহাও (লৈ) মথোয অসি ঈশিংদা আশ্রয লৌই । স্পর্শ ( শোকপা ) বু লৌবিবা ইন্দ্রিয ( উনশা ) অদগা স্পর্শ ( শোকপা ) হাযবা অসীসিনা বাযু ( নুংশিৎ ) দা আশ্রিত নি, হাযবদি আশ্রয় লৌই ॥২০॥ ইন্দ্রিয মঙাগী রূপ-রসনচিংবা বিষয় মঙা অসি ইন্দ্রিয়শিং মশামকসু কুপনা পীরু লৈরিবনি । রূপ রস শব্দনচিংবা বিযয়শিং অদুগা আকাশনচিংবা ভুত অদুগা মীৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিং মথোয় পুম্নমক্কী পুক্নীং কৌবা মহাক্কী খোঙলোয় সেবক কুম্বনি । অদুগা পুক্নীং হায়রিবা মহাক অসিসু বুদ্ধি গী মতুং ইন্নৈ । অদুগা বুদ্ধি মহাকমকসু আত্মাগী আশ্রয়দা চঙদুনা লৈ ॥ ২১ ॥ হায়রিবা জীবাত্মা অসিনা মমাঙৈগী তৌথিবা কর্ম্মশিংদুনা পৈখৎখিবা অনৌরা হকচাং অমদা হেক চঙঙক-পদা তৌথিবা কর্ম্মশিংদুগী অফ ফত্ত মহৈ অদু মথং মথং চাবা হৌই । ঈশিংদা লৈবা ঙানচিংবা জলজন্তুশিংনা ঈশিংদুগী চেল্লিবা ঈচেলদুগী মতুংদ তাউথবা অদুগুম্বা পূর্ব্বজন্মদা তৌ থবা অফ-ফত্ত কর্ম্মশিংদুনা পুক্নীংগী মতুং ইন্না ইন্না তাউথরক্লি । হায়বদি পুক্নীংদুনা পীবা মহৈশিং অদু চা-চাদুনা লাক্লি ॥ ২২ ॥ য়াম্না কম্না থুনা চেনবা ঈথক্তা তোংবা মীনা তোর্ব্বান্দা নাকন্দা হৌবা উপান্বীশিং বু তুংলোম্দা কম্না চেন্‌থিবগুম উবদুগুম্না, হকচাংদুংদা ঈরেঙ লেঙদনা লৈবা আত্মাসিনা বুদ্ধিগী তোঙাল তোঙাম্বা বিকারশিংগা লোয়ননা লৈবদগী মশা মথন্তবু বিকার ( মশক ওনবা ) ফংবগুম্না উজৈ । মশাদা অউবশিংনসু অদুম উই । মতৌ অদুগুম্না আত্মতত্ত্বশিংসু তোঙাল তোঙাম্বা বিবেকক্কী অদুগা পাঞ্চভৌতিক হকচাংসিগী সংসর্গদগী কোয়রৈ লৈদুনা লৈবগুম উই ।

চলং যথা দৃষ্টিপথং পরৈতি
সূক্ষ্মং মহৎ রূপমিবা বিভাতি।
স্বরূপমালোচয়তে চ রূপম্।
পরং যথা বুদ্ধিং পথং পরৈতি ॥ ২৩ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বনি মোক্ষধর্ম পর্বণি
মনুবৃহস্পতিসংবাদে নবনবত্যধিকশততমোধ্যায়ঃ।

—(•)—

অতুনা লেঙত্রবী অতুগ: কোয়রৈ লৈত্রবী শুদ্ধ ( শেংলবা ) বুদ্ধিতমা আত্মাগী মঙালবু কংবা উবা ওয়ে ॥ ২৩ ॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চাননা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা
মোক্ষধর্ম্ম পর্ব্বদা মনুবৃহস্পাতি সংবাদগী চামগা মরিফুতরামাপলগুবা অধ্যায় লোইরে।

—(•)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## দ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

( চনীশুবা অধ্যায় )

হকচাং-ইন্দ্রিয়-মন-বুদ্ধি মখোয় অসিদগী তোঙান্ন লৈবা আত্মা কৌবা পোশক অমনা লৈবগী তাকৃপা.

মনুরুবাচ

যদিন্দ্রিয়ৈস্তূপহিতং পুরস্তাৎ প্রাপ্তানগুণান্ সংস্মরতে চিরায়।
তেম্বিন্দ্রিয়েষূপহতেষু পশ্চাৎ সবুদ্বিরূপঃ পরমঃ স্বভাবঃ ॥ ১ ॥
যথেন্দ্রিয়ার্থান্ যুগপৎ সমস্তা ন্নোপেক্ষত কৃৎস্নমতুল্যকালম্।
যথাচলং সঞ্চরতে চ বিদ্বাং স্তস্মাৎ স একঃ পরমঃ শরীরী ॥২॥

মনুনা হায়ঃ— বৃহস্পতি ! বু'দ্ধগা লোয়ননা লৈমিন্নবনা বুদ্ধিযুক্তগী মশক লোববা "জীব কৌবা চেতনা তত্ত্ব ( খঙবা হাযবা ) অমা লৈরিবসে মাসিনা ইন্দ্রিয়শিংগী পাম্বৈনা, অা-মতম কুইনা, মমাংতৈদগী ভোগ তৌরকপা বিষয়শিং অদুবু অতোপ্পা মতম অমদা নীঙশিংও। মতম অদুদদি থাযরিবা বিষয়শিংঙনা হৌজিকী ইন্দ্রিয়শিংসিগা সম্বন্ধ থমত্রবসু বুদ্ধিগী মহু দা সংস্কার অমা ওইনা হায়বদি চুংবা অদুগুম্না য়েক্তুনা লৈহৌই। অদুনা নীঙাশিংবনি। (হায বিবা প্রমাণ অসিনা "বুদ্ধি" হায়ববী অসিমক্তদগী তোঙানবা, বুদ্ধি মামকপু প্রকাশ তৌবা (ফোঙদাকপা) চেতনা কৌবা পোশক অমা লৈ হায়বসি মশানা সিদ্ধ ওইরে) ॥ ১ ॥ হায়রিবা চেতনা হায়বা তত্ত্ব অসি মতম অমদ নত্রগা মতম অয়াম্বদা, হৌত্রবা ওইথকদোবা পোং অয়াম্বদো, মতুদি করম্বা পোংশিংনো হায়বদা, হন্দকী মপোক অসিদা নত্রগা নহালমুক্কী মপোক কয়াদা উত্রব, অদুগুম্বা পোংশিং অদুনা লৈত্তরিবা বুদ্ধি মহাকপু ইংায লাইনা থওইদবা তৌবিদে, কাওথোক্তে, অতোপনচুন বুদ্ধি মবু প্রকাশত্ত (ড়ানশ) ও হল্ল। অমগা অমগা থাদোক্নত্রবা, ঈশন শন্নচুনা লৈরবা অবস্থা অদুমদা হায়বদি ভূত, ভবিষ্যৎ বর্ত্তমান অবস্থা অদুমসিদা মহাক্তি হঙ্কং হন্দা কোযচৎ চৎতুনা লৈ। * অদুন মাদি ( অত্ম ) অমগী

টীকাঃ— 'আত্মা' হাযববু কোচৎ চংপা হায়বনি। মে ঈশিং মুংথিৎ আকাশ লৈপাক মঙা অসিগী মথক্তা লৈরিবা মন, বুদ্ধি আত্মা হায়রিবা অতম অসিমক মশক উদবা মতুনি। অদুবু অমদগী অমদা কোযৌ য়োঙম্বা সর্বব্যাপক ওইবা ওইবা ওইরবদি মৈ ঈশিং মুংশিং, আকাশ, লৈপাক, মন বুদ্ধি আত্মা—মথো অসিগী মতুংদা আত্মা মতুনি। মপোয় নিপান্না ওইংবা হকচাং মপুম ত'সগী লাগীদি আত্মা কৌবা মহান্নি। — ক লাচাঁদ।

রজসত্তমঃস্বমথথো তৃতীয়ং গচ্ছত্যসৌ স্থানগুণানৃষিরূপান্ ।
তথেন্দ্রিয়াণ্যাবিশতে শরীরী হুতাশনং বায়ুরিবেন্দ্রনস্থম্ । ৩ ।
ন চক্ষুষা পশ্যতি রূপমাত্মনো ন পশ্যতি স্পর্শনমিন্দ্রিয়েন্দ্রিয়ম্ ।
নশোত্রলিঙ্গংশ্রবণেন দর্শনম তথা কৃতং পশ্যতিতৎ বিনশ্যতি ।।৪ ॥
শ্রোত্রাদীনি ন পশ্যন্তি স্বংস্বমাত্মানমাত্মনা । সর্বজ্ঞঃ সর্ব্বদর্শী চ সর্বজ্ঞত্বানি পশ্যতি ॥ ৫॥
যথা হিমবতঃ পার্শ্বং পৃষ্ঠং চন্দ্রমসো যথা । ন দৃষ্টপূর্বং মনুষ্যৈর্ন চতন্নাস্তিতাবতা ॥৬ ॥

---

কোয়ৌ য়োবনা সর্বজ্ঞ ওইনা সর্ব সাক্ষী ওই, হকচাং মপুমসিগী মপু ওই ॥ ২ ॥ জাগরিত অবস্থানচিংবা বুদ্ধিগী লৈরিবা অবস্থা অহুম অসি সত্ব রজ তম গুণ অহুম অসিনা মরম ওইহুনা থায়দোকখিবনি । হায়রিবা অবস্থা অহুম অসিগা সম্বন্ধ লৈনবা অরাবা হুংহাইবনচিংবা লৈরিবা গুণশিং অসি অমনা অমদগী য়াম্না বিলক্ষণ ওইনা লৈনৈ । হায়রিবা গুণশিং অসিবু আত্মানা বুদ্ধিনা পাম্বৈ ওইহনা তোঙাল ঙাতোম্না অনুভব তৌই । ইন্দ্রিয়শিং অসিদা জীবাত্মানা আবেশ (প্রবেশ) তৌহুনা লৈবিবসিদি প্রমাণ ঙমদা হায়রগা উদা ( শীঙনা ) চুরবা রায়রবা মৈদা হুংশিংনা চঙহুনা মৈহুবু চেন্না অমুক চাকথংহনবগুম্বনি । অহুগুম্না আত্মানা ইন্দ্রিয়শিংদা চেতনা শক্তি পী ॥ ৩ ॥ তাইবংমীনা মপানগী চর্মনেত্র উনশাগী) মীংনা আত্মাগী দর্শন তৌবা উনশা কৌবা ইন্দ্রিয়গী পাম্বৈনা আত্মাবু স্পর্শ তৌবা ( শোকপা ) ঙমদে । মরম্দি মহাক্তি ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কীসু ইন্দ্রিয়নি । হায়বদি আত্মা মহাক্তি ইন্দ্রিয়শিংমক্কীসু প্রকাশক ( ঙালহনবা ) ওইবা পোশক অমনি । অহুগুম্বা আত্মাগী রূপতি মপানগী নাকোংনা থুংলায় ওইহুনসু উবা উবা তাবা ঙম্ব নত্তে মরমদি আত্মা মশামক্তা তাননবগী বিষয় শব্দ হায়বহু লৈতে । অহুনা জ্ঞান তানা নীঙথিনা তৌবা বিচারগী পাম্বনা আত্মাগী সাক্ষাৎকার ( উবা ) ওইবা মতমহুদা অউবা মীতগী তৌরক্লিবা সাধনা পুম্নমক্তা সাক্ষাৎকাব হায়বা মশামক্না বাধা পী ॥ ৪ ॥ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিং অসিনা মশা মশানা মশা মশাবু থঙজবা ঙমদে । অহুগা আত্মা দ সর্বজ্ঞনি, লোইনা খঙবনি । সর্ব্বসাক্ষীনি ; তৌরিবা অরোনবা অথুপ্পা থবক পুম্নমক মঙোম্দদি ঈহো হোনা উম্বিবনি ॥ ৫ ॥ মীশিংনা মথোয়না উরিবা হিমায়লগী নাকল নাম্বু অহুগা থাগী নাকল নামবু উবা ঙমদে । অহুবু, উদবনিনা হিমালয়গী অহুগা থাগী নাকল নাম লৈতে হায়বদি য়াদে । মতৌ অমুম্না ভূত ( অচেতন জীব পুম্নমক্কী মনুংদা চঙশিন্দুনা অন্তর্যামী জ্ঞান স্বরূপ ওইবা আত্মাদি য়াম্না কুপ্না পীক্লা লৈবনি । পীকমনখিবনা উদবনি । অহুনা বুদ্ধি

তদ্বৎ ভূতেষু ভূতাত্মা সূক্ষ্মো জ্ঞানাত্মবানসৌ। অদৃষ্টি পূর্বশ্চক্ষুভ্যাং ন চাসৌনাস্তিতাবতা ॥ ৭ ॥
পশ্যন্নপিযথাসূক্ষ্ম জগৎ সোমেনবিন্দতি। এবস্তিন চোৎপন্নং ন চ তত্র পরায়ণম্ ॥ ৮ ॥
রূপবন্তমরূপত্বাত্তদয়াস্তমনে বুধাঃ। ধিযাসমনুপশ্যন্তি তৎগতাঃ সবিতুর্গতিম্ ॥ ৯ ॥
তথা বুদ্ধিপ্রদীপেন দূরস্থং সুবিপশ্চিতঃ। প্রত্যাষন্নং নিণীষন্তিজ্ঞেয়ং জ্ঞানাভিসংহিতম ॥ ১০ ॥
নহি খল্বনুপায়েন কশ্চিদর্থোঽভিসিদ্ধ্যতি। সূত্রজালৈর্যথামৎস্যান্ বধ্নন্তি জলজীবিনঃ ॥ ১১ ॥
মৃগৈর্মৃগাণাংগ্রহণং পক্ষিণাং পক্ষিভির্যথা। গজ গাং চ গজৈরেব জ্ঞেযং জ্ঞানেনগৃহ্যতে ॥ ১২ ॥
অহিরেবহ্যহেঃ পাদ ন পশ্যতীতি হি নঃ শ্রুতম্। তদ্বমূর্তিষুমূর্তিস্থং জ্ঞেয়ং জ্ঞানেন পশ্যতি ॥ ১৩ ॥

---

পৌন নাস্তীকশিংনা লৈতে হায়। অমনা হায়বগ লৈগদবা নত্তে, অমনা হায়রগা লৈরোইদোবা নত্তে ॥ ৬-৭ ॥ থাদ তারিবা মমি ( কলঙ্ক ) অসে, পৃথিবীগী মমিনি অদুবু তারিবা মমি অসি উবগা ; মাস পৃথবীগী মমিম্নি হায়না পাক খঙদে। অসিগুম্না "ঐ" নি হায়বা জ্ঞান মূর্ত্তি অসিদা আত্মাগী জ্ঞান অদু লৈতে। মরম অদুনা তাইবং মী অয়াম্বনা আত্মা মঙোন্দ পরায়ণ ওইরুবা, পূর্ত্নী চঙবা ঙমদে ॥ ৮ ॥ রূপবান্ ( মশক নাইবা ) ওইবা পোং থুদিংমক পোকত্রিবগি থোরকত্রিবগী মমাঙদা অদুগ মাঙথ্রবা মুংথ্রবা মতুংদ রূপহীন ( মশক মওং লৈতবা ) ওই'থ। নিয়ম অসিগী মতুং ইম্না বুদ্ধিমান জ্ঞানবান ওইবা পণ্ডিতশিং মাঙথ্রবা পাং অদুগী মশক মওং নাইদবা মতৌদুবু নিশ্চয় তৌনবকপগুম্না সুমিৎনা পোকত্রিবগী মমাঙদা অদুগ। তাপ্রব মতু দা সুমিৎকী উদয ( থোকপা ) অদুগা অস্ত ( তাথিবা ) অনীসনা মরম ওইদুনা বৈজ্ঞনিক বিদ্বান ওইবশিংনা বুদ্ধিগী পাম্বেনা সুমিৎকী মশক উদবা গতিবু অনুমান প্রমাণনা ফাবা লেপ্পবদুগুম্না, অশিংবা মীনা বুদ্ধিগী মশক ওইরব' লৈরা পাযদুন, ইন্দ্রিয়শিংনা লাম্বা কংদ্রব', ব্রহ্মবু সাক্ষাৎকার তৌই। মশামক্না শংশংনা উননবা হোৎনৈ উস্নু উনৈ অদুগা মপান্দা উ'ববা বিশ্বজগৎ অসিবু ব্রহ্ম মঙোন্দা ভুংহনখিনবা লুপহনথিনবা হোৎনৈ ॥ ৯ ১০ ॥ চপচাবা হোনবা, অচুম্বা উপায় নত্তনা কবিগুম্বা পোং নত্রগা বিষয় অমত্তা লেপ্পবা সিদ্ধ তৌব ঙমদে। ঈশিংদা লৈবা ভানা জীবকা ওইবশিংনা থোরীনা লংনা লাং ( ঈল ) শাদুনা ভাশংবু ফাবদুগুম্না অদুগা শজীশিং থাজিন্দুনা শজিবু, উচেকশিং থাজিন্দুন উচেকপু, শামুশিং থাক্রন্দুনা শমুবু ফাবদুগুম্না, খঙগেতাম্নরিবা পোৎতুবু খঙবা ( জ্ঞান ) শায়নদুনা পম্বে ওইদুনা ফংগদোরিবনি, ফংগদোরিবনি ॥ ১১-১২ ॥ ফিলগী মথোঙদি লিলতনা খঙিঙ হায়বসি ঐথোয়না তায়। অদুগুম্না তাইবং মীতন' হকচাংগুংদা লৈব, থাইদগী তেম্না থংকম থোকপা আত্মাগী তত্ত্বদি তাইবং মীগী হকচাংতদ আত্মাবান্ ওইবা ওম্বা তাইবং মীতনা জ্ঞানগী পাম্বেনা জ্ঞেয় ওইবা ( খঙগদবা বিষয় ওইবা ) আত্মাবু মশক খঙিঙ। অদুনা দেহ থুদদা লৈবা জ্ঞেয়গী তত্ত্বগী জ্ঞাতাদি

নোৎসহন্তে যথা বেত্তুমিন্দ্রিয়ৈরিন্দ্রিয়াণ্যপি। তথৈবেহপরাবুদ্ধিঃ পরং বোধ্যং নপশ্যতি ॥ ১৪ ॥
যথা চন্দ্রে হ্যমাবস্যামলিঙ্গত্বান্ন দৃশ্যতে। ন চ নাশোঽস্যভবতি তথাবিদ্ধি শরীরিণম্ ॥ ১৫ ॥
ক্ষীণকোশো হ্যমাবস্যাং চন্দ্রমা ন প্রকাশতে। তৎবন্মূর্ত্তিবিমুক্তোঽসৌ শরীরীনোপলভ্যতে ॥ ১৬ ॥
যথাঽঽকাশান্তরং প্রাপ্য চন্দ্রমা ভ্রাজতে পুনঃ তদ্বল্লিঙ্গান্তরং প্রাপ্য শরীরী ভ্রাজতে পুনঃ ॥ ১৭ ॥
জন্মবৃদ্ধিক্ষয়শ্চাস্য প্রত্যক্ষেণোপালভ্যতে। সা চান্দ্রমসীবৃত্তির্নতুতস্য শরীরিণঃ ॥ ১৮ ॥

---

তাইবংমীতনা ওইগদবনি ॥ ৩ ॥ অসি হায় হায়দুনা, ইন্দ্রিয়শিং অসিনা অতোপ্পগী ইন্দ্রিয়শিংগী পাঙ্গৈনা আত্মতত্ত্বদি খঙবা ঙমদে। মতৌ অদুগুম্না মফম অসিদ, হায়বদি দেহ অসিদা পরা বুদ্ধি ( দেহসিবু আত্মমক্কি "ঐ" নি হায়না খল্লবা ) মহাক্কা আত্মতত্ত্ববু খঙদে, হায়বদি আত্মাবু উবা ঙমদে। জ্ঞাতা কনা কনাগুম্বতনা বুদ্ধিগী পাঙ্গৈতনা আত্মাবু সাক্ষাৎকার তৌই ॥ ১৪ ॥ অমাবস্যাদা প্রকাশ যাওদবা থাবু উবা ফংদে। অদুগা থাদুদি অদুম্মক মরৈ, মাঙদে মতৌ অদুগুম্না তকপাংকুংদা লৈবিবা আত্মা অসিগী মরমদসু অদুম তৌনা অদুম মথঙঙ্। হায়বদি আত্মা হায়বসি অদৃশ্যমান ( উবা যাদবা ) ওইবা পোশক অমা ওইরবসু মহাক্কী মাঙবা অদুগা লৈতবা হায়বদু থক লৈতে, অদুম মরৈ। অসুম হায়না, অদুম খঙগদবনি ॥ ১৫ ॥ চন্দ্রমানা অমাবস্যাগী কুম্মিত্তা মহাক্কী ঙানকম মফম অদুদগী নাম্মোকতুনা চংথিবনা মাবু কনানসু মাদুদি উদে, অদুগুম্না দেহবু পুদুনা লৈবিবা দেহধারী আত্মাসি দেহদগী তেংঙান তাখিবনা লৈনা লৈনা লৈতবা ওইনা লৈ ॥ ১৬ ॥ উবমদবা থা অদুন মাগী প্রকাশ কোংদোকক্ষম আকাশগী শরুক অতুদা হেক্ত প্রকাশিত ( কোঙদাক্লবা ) ওইবকই। অদুগুম্না মফম অমদা অজ্ঞান কুপদুনা লৈবা অনাত্মানা প্রকাশ পীবা যাবা দেহ অমগী মপাদা ( মনুংদা ) হেক থোকউ তারুবদা অনাত্মা ওইবা তোকতুনা আত্মা ওইনা খঙবা উবা যাবা পোশক অম ওইনা হেক্ত মরৈ ॥ ১৭ ॥ থোরকপা, পক্ষ অনীদা অথোই অহন নাইনা, উহিবা কুমিৎ থুদিং থর থর হন্থরকপা, হেনগৎলকপা ওইনা উরিবসি চন্দ্রমণ্ডলদা মপান্দা উজবনি। চন্দ্র মশাদদি পরিবর্ত্তন করিমত্ত লৈতে মতৌ অসিগুম্না চাউখৎলকপা পীকশিল কংশিল্লকপ ওইনা উনিবসি মপানগী হকচা সিত্তদনি, দেহগী মপু দেহী ( আত্ম ) মঙোন্দদি পরিবর্ত্তা করিমত লৈতে ॥ ৮ ॥ তন্যক্ত আত্মানা দেহনুংদা চঙদুনা ব্যক্ত ওইরকপা মতমদা হায়বদি ব্যক্তিবু পুথোকপা মতমদা দেহ অসে অবস্থা তোঙান তোঙানবদা অসুম থব থব চাওখৎলকই। শৈশবতগী বাল্য, বাল্যদগী, কৌমার কৌমারদগী পৌগণ্ড, পৌগণ্ডদগী কৈশোর্য্য, কৈশোর্যাদগী, যৌবন, অসুম্না অবস্থা তোঙান তোঙান্নদ মথং মথং মপানগী দেহনা কাখৎলকই। অদুবু, অদুঙৈগী মী মশক অদুদি অমত্তনি হায়বসিমদি অদুম মথঙিঙ। মতৌ অদুগুম্না অমাবস্যাগী মতুংদা মথং মথং চাওখৎলকপা থাবু থা মশাদুমতনি

উৎপত্তিবৃদ্ধিবয়সা যথা স ইতি গৃহ্যতে। চন্দ্র এবত্বমাবাস্যাং তথা ভাবতি মূর্ত্তিমান্ ॥ ১৯ ॥
নোপসর্পংবিমুঞ্চংবা শশিনং দৃশ্যতেতমঃ। বিসৃজংশ্চোপসর্পংশ্চ তৎবৎ পশ্যশরীরিণং ॥ ২০
যথা চন্দ্রার্কসংযুক্তং তমস্তদুপলভ্যতে। তদ্বচ্ছরীরসংযুক্তঃ শরীরীত্যুপলভ্যতে ॥ ২১॥
যথাচন্দ্রার্কনির্ম্মুক্তঃ স রাহুর্নোপলভ্যতে। তদ্বচ্ছরীরনির্মুক্তঃ শরীরী নোপলভ্যতে ॥ ২২ ॥
যথা চন্দ্রো হ্যমাবস্যাং নক্ষত্রৈর্যুজ্যতেগতঃ। তদ্বচ্ছরীরনির্মুক্তং ফলৈর্যুজ্যতি কর্ম্মণঃ ॥ ২৩ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বনি মোক্ষধর্ম পর্বণি
মনুবৃহস্পতিসংবাদে দ্বিশততমোধ্যায়ঃ।

—(•)—

হায়বসি অতুম মথডিও, অদুগুম্না দেহগী মপু দেহসিবু পূরিবা দেহী অসিবু ঈকায খায়দনা ঈহোং হোংদনা অতুম মরৈ। অসুম হায়না খঙগদবনি ॥ ১৯ ॥ অমম্বগী মশক ওইবা রাহুনা চন্দ্রমারোম চঙশিল্লকঅবদা চন্দ্রমাগী মথক্ত তারব মতমদা থানা মাগা শয়দনা মপা লাম্বোক্ত না চৎখিবদুবু থক উনদে। রাহুনদুম্ উম্বা থাদোকপিরকপগুম উবি অদুগুম্না জীব আত্মাসিনা হকচাংসিদা চঙক্লবসু হকচাংসিবু অসুমসুম থাদোকতুনা চৎখিবসি থক উনদে ॥ ১০ ॥ সূর্য্যগ্রহণগী মতমদা চন্দ্রমানা সূর্য্যগা তিন্নবগা সূর্য্যদা ছায়াগী মশক ওইবা রাহুনা তাবদু উই। মতৌ অদুগুম্না হকচাংগা তিন্নবা নৈবা ওইনা উবা মতমদা আত্মাগী উপলব্ধি (নৈ হায়না থঙবা পূক্নীংদা ফাওবা) হায়বত্ত পোকই ॥ ২১ ॥ চন্দ্রমানা সূর্য্যদগী তোঙান্না তাব মতমদা সূর্য্যগী মথক্তা তায়া রাহুগী উপলব্ধি (নৈ হায়না পূক্নীংদা ফাওবা) অদু নৈতে। অদুগুম্না হকচাংদগী তোঙান্না তাব মতমদা হায়বদি হকচাংসুংদা নৈরিবা আত্মানা হকচাংদগী তোঙান্না নৈথিবা মতমদা, হকচাং য়াওদনা আত্মা মথন্তগী উপলব্ধি (নৈ হায়না ফাওবা) অদু নৈতে ॥ ২২ ॥ অমাবস্যা লাম্বোকখ্রবা মতুংদা চন্দ্রমানা নক্ষত্রশিংগা সংযুক্ত (তিন্নবা) ওই। অসিগুম্না, জীব আত্মানা হকচাংসিবু থাদোক্লবা মতুংদা মানা তৌরম্বা কর্ম্মশিং অদুগী সংস্কারনা অতোপ্পা দেহ অমদা হেক্তুনক চঙথি। অদুনা তৌরম্বা কর্ম্ম শংদুগী মহৈগী মতৌগুম্ন অতোপ্প দেহদা আত্মনা চঙথি ॥ ২৩ ॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মনুবৃহস্পতি সংবাদগী চনীশুবা অধ্যায় লোইরে।

—(•)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## একাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

( চামগা অমা শুবা অধ্যায় )

আত্মা অমগা পরমাত্মাগী সাক্ষাৎকার তৌননবগী পান্থৈ

**মনুরুবাচ**

যথা ব্যক্তমিদং শেতে স্বপ্নে চরতি চেতনম্। জ্ঞানমিন্দ্রিয় সংযুক্তং তদ্বৎ প্রেত্য ভবাভবৌ ॥১॥
যথাম্ভসি প্রসন্নেতু রূপং পশ্যতি চক্ষুষা। তদ্বৎ প্রসন্নেন্দ্রিয়ত্বাজ্জ্ঞেয়ং জ্ঞানেন পশ্যতি ॥২॥
স এব লুলিতে তস্মিন্ যথা রূপং নপশ্যতি। তথাস্ত্রিয়াকুলী ভাবে জ্ঞেয়ং জ্ঞানে নপশ্যতি ॥৩॥
অবুদ্ধি বজ্ঞানকৃতা অবুদ্ধ্যা কৃষ্যতে মনঃ। দুষ্টস্য মনসঃ পঞ্চ সম্প্রত্যমস্তি মানসাঃ ॥ ৪ ॥
অজ্ঞানতৃপ্তো বিষয়েম্ব বগাঢ়ো নতৃপ্যতে অদৃষ্টবচ্চ ভূতাত্মা বিষয়েভ্যোনিবর্ত্ততে ॥৫॥

---

মনুনা হায়ঃ— বৃহস্পতি। স্বপ্না বস্থাদা মপানগী অচৌবা অউবা হকচাং অসিনা তুমিন্না তাহনা কুমত্তুনা লৈববন্তু মনু'গী সূক্ষ্মশরীর ( লিঙ্গ শরীর ) না কোয়চৎ চৎতুনা লৈবত্থগুম্ন হকচাসিবু থাদোক্লমলগা জ্ঞা'গী মশক ওইরবা আত্মা ( জীবাত্মা ) না ইন্দ্রিয়শিংসিগা লোয়ননা অতোপ্পা হকচাং অম লৌথি নত্রগা সুষুপ্ত অবস্থাদা লৈথিবগুম্না মুক্ত ( লাম্লোকথিবা ) অতুম মওইগ্রে ॥১॥ লংলবা লেঙদ্রবা ঈশিংদা মীনা মমিবু উবগুম মন ( পুক্নীং ) গা লোয়ননা ইন্দ্রিয়শিং অসিনা অমোৎপা য়াওদনা তুমিন্না লেঙদনা লৈবা মতমদা আত্মাগী সাক্ষাৎকার ওই। হায়বদি থাঙ্গৈশেংনা উপলব্ধ ( উবা খঙবা ফাওবা ) ওই ॥২॥ মমি মশক লৈনা লৈনা, পুমলেং লেঙবা ঈশিংদা মশাগী মমিত্তবু মীনা উদবগুম্না পুক্নীংগা লে যননা ইন্দ্রিয়শিং য়াম্না চঞ্চল ওইনা লৈবা মতমদা বুদ্ধি ( জ্ঞান ) গী মনুংদা জ্ঞেয় ( খঙকম উকম থোকপা ) ওইনা আত্মাগী দর্শন ফংবা ঙম্মদে ॥৩॥ তুংগী মাঙগী. অকঙ্কত্তগী বিবেকনা. লৈত্তবদগী বুদ্ধি অসি ভ্রষ্ট ওইরবত্তদদি মান ( পুক্নীং ) কৌবা ইন্দ্রিয় অসি রাগদ্বেষনচিংবা দোষগী লা'দা থুক্ক অ সগুম্না পুক্নী'সিনা দূষিত ( দোষ লৈরবা মাংথোক্লবা ) ওইরবদা মহাক্কী মথাদা লৈবা জ্ঞানেন্দ্রিয় কর্মেন্দ্রিয় পুম্নমক দূষিত ওইরকই ॥৪॥ জ্ঞানত্তনা পেঞ্জবা ফংদ্রবা, অজ্ঞানতা ডহাক ডহাক পেঞ্জত্তুনা লৈরবা মী অত্তদি সংসারগী বিষয়শিং অসিগী মপান নাইদ্রবা লুরবা ঈপাকত্তা শুপত্তুনা লৈর কাওবদা পেঞ্জবা থৌরাংবা কোকপা ফংলোই। জীবাত্মাসে প্রারব্ধ ( পরসংস্কারগা মরী লৈনবা ) মখা পোনখিবনা বিষয়ভোগকী ইচ্ছাদগী হম্না হম্না সংসার অসিদা পোকলৈ শিরৈ ॥৫॥ পাপত্তনা মরম (কারণ) ওইত্তনা সংস রদা

তর্ষচ্ছেদো ন ভবতি পুরুষস্যেহ কল্মষাৎ। নিবর্ত্ততে তথা তর্ষঃ পাপমন্তগতং যদা ॥৬॥
বিষয়ৈস্তু সংসর্গাচ্ছাশ্বতস্য তু সংশ্রয়াৎ। মনসা চান্যথা কাঙ্ক্ষন্ পরং ন প্রতিপদ্যতে ॥৭॥
জ্ঞানমুৎপদ্যতে পুংসাং ক্ষয়াৎ পাপস্য কর্মণঃ যথাদর্শতলে প্রখ্যে পশ্যত্যাত্মানমাত্মনি ॥ ৮ ॥
প্রসৃতৈরিন্দ্রিয়ৈর্দুঃখী তৈরেব নিয়তৈঃ সুখী। তস্মাদিন্দ্রিয় রূপেভ্যো যচ্ছেদাত্মানমাত্মনা ॥ ৯ ॥
ইন্দ্রিয়েভ্যো মনঃ পূর্ব্বং বুদ্ধিঃ পরতরাঃ ততঃ। বুদ্ধেঃ পরতরং জ্ঞানং জ্ঞানাৎপরতরং মহৎ ॥ ১০ ॥
অব্যক্তাৎ প্রসৃতং জ্ঞানং ততো বুদ্ধিস্ততো মনঃ। মনঃ শ্রোত্রাদিভির্যুক্তং শব্দাদীন্ সাধুপশ্যতি। ১১
যস্তাংস্ত্যজতি শব্দাদীন্ সর্ব্বাশ্চ ব্যক্তয়স্তথা। বিমুঞ্চেৎ প্রকৃতান্ গ্রামাংস্তান্ মুক্ত্বা মৃতমশ্নুতে। ১২
উদ্যন্ হি সবিতা যদ্বৎ সৃজতে রশ্মিমণ্ডলম্। স এবাস্তমুপাগচ্ছংস্তদেবাত্মনি যচ্ছতি ।১৩

---

পোক্লবা জীবসিগী অরাম খোৱাংবগী অন্ত ( অরোইবা ) লৈতে। পাপশিং অহুনা লোইথিবদা খোৱাংবহুস্ হেক লোইথি কোকথি ॥ ৬ ॥ রূপ রসনচিংবা বিষয়শিং অসিতনা শেষ সংসারসিদা মশামক্লা অমুক হন্না হন্না লেমজিন শাগৎ-থুগাইহুনস্তা লৈবা তাইবং মীন., পুক্নীংগী পাম্বেনা সাধন সাধ্যহুগী ওম্ন তৈনবা ভোগশিংহুগী ইচ্ছ আশাত তৌগনা লৈবনা পরব্রহ্ম পরমাত্মাবু ফংবা উবা ঙমদে ॥৭॥ পাপ কর্ম্মশিংহুগী অন্ত ( অরোইবা ) হেক ওইবদা তাইবং মীগী থম্মোয়দা অশেংবা জ্ঞানগী উদয় ( থোরকপা ) হেক্তা ওইরকই। প্রমাণদি অমোৎপ উফুল থাংজ্রবা মিংশেল্দা মি অসি তরু তরুনা উবা অহুগুম্বনি ॥৮॥ বিষয়ারোমদা অসুম ইন্দ্রিয়শিং অসিবু শন্দোক-ফন্দোক-হন্দনা লৈরবদি তাইবং মীসি মশাগী অরাবা শন্নক্ত হেনগৎহন্দুনা লৈ। মথোয়সিবু খোমজিন্দুনা অহুক্কা মতীক শন্দোক শন্দোকহন্দনা লৈরবদি মশাং য়ামহন্দ্রবতদা নুংঙাইবা ফংঙি মরম অহুনা ইন্দ্রিয়শিং বিষয়শিংসিদগী বুদ্ধিগী পাম্বেনা পুক্নী ( মন ) অসিবু থি হুনা থমগদবনি ॥৯॥ ইন্দ্রিয়শিংদগী মন ( পুক্নীং ) না হেনবনি। পুক্নী দগী বুদ্ধিনা হেনবনি। বুদ্ধিদগী জ্ঞাননা হেনবনি। পরমাত্মানা জ্ঞানদগী হেন্দোক্না লৈবনি॥১০॥ অব্যক্ত (মশক মঙা ফোংদোক্তব ) পরমাত্মাদগী জ্ঞানগী বিস্তার ( শন্দোক-ফন্দোকপা ) ওইথি। জ্ঞানদগী বুদ্ধি, বুদ্ধিদগী মন ( পুক্নীং ) পোকথিবনি। অহুগুম্বা মন ( পুক্নীং ) ন নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়ননা শব্দ-চিংবা বিষয়শিংবু তশেংনা অনুভব তৌই ॥ ১১॥ রূপ রসনচিংবা বিষয়শিংবু, মখোয়সিগী আশ্রয় ওইনা লৈ রবা মৈ ঈশিংনচিংবা ব্যক্ত তত্ত্বশিংসিবু মপানগী চাউথোক্ত উববা মহাভূতশিংসিবু অহুগা প্রকৃতিগী গুণ থিদিকপু থাদোক্লবা, হায়বদি, মখোয়গী সম্বন্ধসিবু ককথৎলবা মী মহাক অহুদি অমৃতগী মশক ওইবা পরমাত্মাবু ফংবা ঙম্মি। ১২। থোরকপা মতমদা ভুমিংনা মাগী মশেক মঙাল পুম্বা শন্দোরকপা অহুগা ভাথিবা মতমদা মাগী মশেক মঙাল পুম্বা খোমজিন্দুনা পুথিবহুগুম্বা জীবাত্মাসিদ্‌ হকচাংহুংসিদা চঙকপা মতমদগী ইন্দ্রিয়শিংসিদগী বৃত্তি শক্তিগী মশক ওইরবা মঙালশিং তনা রূপ রসনচিংবা বিষয়শিংবু

অন্তরাত্মা তথা দেহমাবিশ্যেন্দ্রিয় রশ্মিভিঃ।  প্রাপ্যেন্দ্রিয় গুণান্ পঞ্চ সোঽস্তমাবৃত্য গচ্ছতি।।১৪
প্রণীতং কর্ম্মণা মার্গং নীয়মানঃ পুনঃ পুনঃ।  প্রাপ্নোত্যয়ং কর্মফলং প্রবৃত্তং ধর্মমাপ্তবান্ ।।১৫
বিষয়া বিনিবর্ত্তন্তে নিরাহরিস্য নিরাহরিস্য দেহিনঃ।  রসবর্জং রসোঽপ্যস্য দৃষ্ট্বা নিবর্ত্ততে ।।১৬
বুদ্ধিঃ কর্মগুণৈ হীনা যদা মনাসি বর্ত্ততে।  তদা সম্পদ্যতেব্রহ্ম তথৈব প্রলয়ং গতম্ ।।১৭
অস্পর্শনম শৃণ্বানমনা স্বাদমদর্শবম্।  অঘ্রাণমমিতকংচ সত্বং প্রবিশতে পরম্ ।১৮।।
মনস্যা কৃতয়োর্মগ্রা মনস্তুভিগতংগতিম্  মতিস্তুভিগতা জ্ঞানং জ্ঞানংচা ভগতং পরম্ ।।১৯।।
নেন্দ্রিয়ৈর্মনসঃ সিদ্ধির্ন বুদ্ধি বুধ্যতে নরঃ।  নবুদ্ধির্বুধ্যতেংব্যক্তং সূক্ষ্মংত্বেতানির্শ্যতি। ২০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্ত্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
মনুবৃহস্পতি সংবাদে একাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ।।

—(০)—

লৌশিন্দুনা ঙাক্ লৈবা অদুগা তকচাংসি থাদোকতুনা চৎখিবা মতমদা হায়রিবশিংসিবু লোইশিন-থোমজিন্দুনা হকচাংসিদগী থোকখি-চৎখি ॥ ১৩-১৪ ॥ প্রবৃত্তি প্রধান ( চঙশিন্নবা মরূ ওইবা ) পাপপুণ্যগী মশক ওইবা আশয়বু লৌরবা অদুগুম্বা জীবাত্ম অদুদি কর্মগী পাম্বৈনা কর্ম মার্গদা চঙ্গৎ-শন্দা চংতুনা ঙাক লৈরি। হায়ব দ সংসার অসিদ চঙথোক চঙশিন তৌতনা লৈ। অদুনা সংকার চক্র অসিদা চ'থোক চঙশিন তৌদুনা অবা নুংঙাইগী ঙহাক ঙহাকী মহৈ চাদুনা লৈরি ॥১৫॥ ইন্দ্রিয়শিং অসিনা মপানগী বিষয়শিং অসিবু থাদোক্লবদা বিষযশিং অদু মথং মথং চৎলাখি। অদুবু থাদোকখ্রবশি তুদা আসক্তিদি অদুম মপোপ ইকায কায়দনা অদুম মরৈবৌই। অদুবু পরমাত্মগী সাক্ষাৎকার ওইরবা মতুংদদি আসক্তিদু অদুম লাপথোকচ'খ ॥১৬॥ বুদ্ধিসিনা কর্মদগী পোকপা গুণশিং অসিদগী নাম্বোকখিদুনা থম্মোয় ( হৃদয় ) দা তুংদুনা লৈখি। মতম অদুদা জীবাত্মাসি ব্রহ্মদা থুপখি। হায়বদি ব্রহ্মবু ফংবা ঙম্মি ॥১৭॥ পরব্রহ্ম পরমাত্মা মহাক্তি স্পর্শ ( শোকপা ) থেংবগী অনুভূতি ), শ্রবণ ( তাবা ) রসন ( মহাও লৌবা ). ঘ্রান ( মনম লৌবা ), দর্শন ( উবা ) অদুগা সংকল্পসু বিকল্পসু য়াওদবনি। অদুনা অশেংবা বুদ্ধিতনা পরমাত্মাদা চঙবা ঙম্মি। ১৮।। রূপ রস শব্দনচিংবা বিষয়গী মশক ওইনা আকৃতি ( মওং ) শিং অসি। পুক্নীং কৌবা ইন্দ্রিয় মস্তোন্দা হেক লোইশিনখি ।১৯। পাম্বৈনা ওইবোই, ইন্দ্রিয়শিং পুক্নীংগী সিদ্ধিদ ইন্দ্রিয়শিংগী অসিনা, পুক্নীংনা কল্পি পাম্বগে হায়বদু মথোয় থঙদে। হায়বাদ পুক্নীংগী তত্ত্ববু মীৎ নাকোংনাচিংবা ইন্দ্রিয়শিং অসিনা থঙদে। মন ( পুক্নীং ) হায়বা অসিনসু বুদ্ধি ( জ্ঞান ) বু মশক থঙদে অদুগা অব্যক্ত ওইবা আত্মানদি মথোয়সিবু লোইনা থঙলি ॥২০॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা
মোক্ষধর্মদা মনুবৃহস্পতি সংবাদগী চনীগা অমা শুবা অধ্যায় লোইরে ।।

—(০)—

# মণিপুরী মহাভারত

## দ্ব্যধিকাদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

( চানীগী অনীশুবা অধ্যায় )

**পরব্রহ্ম ফংননবগী উপায় তাকপা**

### মনুরুবাচ

দুঃখোপঘাতে শারীরে মানসে চাপ্যুপস্থিতে। যস্মিন্ন শক্যতে কর্ত্তুং যত্নস্তং নানুচিন্তয়েৎ ॥ ১ ॥
ভৈষজ্যমেতদ্দুঃখস্য যদেতন্নানুচিন্তয়েৎ। চিন্ত্যমানংহি চাভ্যেতি ভূয়শ্চাপি প্রবর্ত্ততে ॥ ২ ॥
প্রজ্ঞয়া মানসং দুঃখং হন্যাচ্ছারীরমৌষধৈঃ। এতৎবিজ্ঞান সামর্থ্যং ন বালৈঃসমতামিয়াৎ ॥ ৩ ॥
অনিত্যং যৌবনং রূপং জীবিতংদ্রব্যসংচয়ঃ। আরোগ্যং প্রিয়সংবাসো গৃধ্যেৎ তত্র ন পণ্ডিতঃ। ৪
ন জানপদিকং দুঃখ মেকঃ শোচিতুমর্হতি। অশোচন্ প্রতিকুর্বীত যদি পশ্যেদুপক্রমম্ ॥ ৫ ॥

---

**মনুনা হায় ঃ—** বৃহস্পতি ! পুক্নীংগী ওইরবসু হকচাংগী ওইরবসু অরাবা অমনা তাইবং মী অমগী মথক্তা হেক লাক্লবা, অদুগা অরাবা অদুনা লৈবদগী করিগুম্বা সাধন অমত তৌবা য়ারকত্রবা অদু ওইরবদি, অরাবদো, অদুগা অরাবদু পীরিবা পোশক অদো সুকখন থম্লুরনু। মরমদি মাঙবু অসুম খন্দুনা চিন্তা তৌদুনা লৈরবদি অরাবদু মুত্তি নাইনা মাঙদা চোংথরকই। অদুগা অসুমসুম পাকথোক চউথোরকই ॥ ২ ॥ অদুনা মানসিক দুঃখ অদু বুদ্ধি অমদি বিচাবগী পাম্বৈনা অদুগা শারীরিক দুঃখ ( হকচাংগী অরাবা রোগ ) বুনা মপানগী তীদাক্না লাপথোকহনগদৌবনি। মাসিনা বিজ্ঞানগী সামর্থ্যনি। অরাবদা তারগা অঙাংগী মতৌগুম্না কপলোইদৌবনি ॥ ৩ ॥ মথোক কারক্পা, শক, পুংশি, ধনসম্পত্তি, হকচাং নাদ-রেক্ত। লৈবা, চান্নবা লুংশিন্নবগা, লৈমিন্নবা, তিন্নবা অসি পুম্নমকসি অনিত্যমক্তনি। বিবেক লৈবা মীনা মথোয় অসিদা আসক্তি থক থম্মুরোইদৌবনি ॥ ৪ ॥ অরাবা থুদোংথিবা অদুনা দেশ পুম্নমক্কী ওইনা থোক্লবদি মাদুগীদমক লনাই ওইনা থক রাপ্লোইদৌবনি। অদুগা অরাবদু কোক্লবা য়াবা করিগুম্বা উপায় অমা লৈগদবা ওইরবদি, রাংনা লৈগদৌবগী মতুত্তা অরাবদু লৌজিক্কী উপায়দু কোক্লনবা হোৎনগদবনি ॥ ৫ ॥ পুনশি অসিদা লুংঙাইবগী মশীংদগী অরাবগী মশিংনা য়াম্ব হেল্লি হায়বসিদা করিমত্ত চীংননীঙায় লৈতে। সংসারগী বিষয়দা য়াম্না কা হেন্না আসক্ত ওইরবদি মী মথোক অদু শুমহৎপগী

সুখাৎ বহুতরং দুঃখং জীবিতে নাস্তি সংশয়ঃ। স্নিগ্ধস্য চেন্দ্রিয়ার্থেষু মোহান্মরণ মপ্রিয়ম্ ॥ ৬ ॥
পরিত্যজতি যো দুঃখং সুখং বাপ্যুভয়ং নরঃ অভ্যেতি ব্রহ্ম সোহত্যন্তং নতে শোচন্তি পাণ্ডিতাঃ ॥ ৭
দুঃখমর্থা হি যুজ্যন্তে পালনেন চতে সুখম্ দুঃখেন চাধিগম্যন্তে নাশমেষাং নচিন্তয়েৎ ॥ ৮ ॥
জ্ঞানং জ্ঞেয়া ভিনির্বৃত্তং বিদ্ধ জ্ঞান গুণং মনঃ প্রজ্ঞাকরণ স যুক্তং ততো বুদ্ধিঃ প্রবর্ত্ততে ॥৯ ॥
যদা কর্মগুণৈর্হীনবুদ্ধির্মনসি বর্ত্ততে তদা প্রজ্ঞায়তে ব্রহ্ম ধ্যানযোগসমাধিপ ॥ ১০ ॥
সেয়ং গুণবতী বুদ্ধির্গুণেম্ববাভিবর্ত্ততে। অপবাদভিনিসৃত্য গিরেঃ শৃঙ্গাদিবোদকম্। ১১ ॥
যদানির্গুণ মাপ্নোতি ধ্যানং মনসি পুর্ব্বজম্। তদা প্রজ্ঞায়তে ব্রহ্ম নিকষং নিকষং যথা ॥১২॥
মনস্ত্বপহৃতং পূর্ব্বমিন্দ্রিয়ার্থানি দর্শকম্। স সম্যক্গুনাপেক্ষিনির্গুণস্য নিদর্শকম্ ॥ ১৩॥

মথাপোনখিদুনা শিবগা চপ মান্নবা জরাববু থাওতুনা লৈবা তাই ॥৬॥ অবাবা মুংঙাইবা অনী-মকপু থাদোক্লবা নত্রগা চপ মান্নবা উরবা মী মহাক অদুদি অমাঙবা লৈত্রবা ব্রহ্মাবু ফংবা ঙম্মি। অদুনা জ্ঞানী ওইবা মীনা অরাবা থক তৌবোইদবনি ॥ ৭॥ রূপ রসনচিংবা বিষযশিং অসিদি তানশিনবদ বায। তানশিন্নিবদু অমুক ঙনবদা মাদুনা চেন্ন অমুক রায। ফংবদসু রায। অদুন, অদুগুম্বা বিষয দৃঢ়না মাঙখবদুদা অশংবা মীনা থক শাথিনা রারোইদৌবনি।৮॥ বৃহস্পতি। নংনা মাসংদ খঙফম থোকই মাদুদি—জ্ঞেয (খঙফম থোতপা) গী মশক ওইবা পরমাত্মাদগী জ্ঞান পোকপনি। পুক্নীং (মন) হাযব সঙ্গ্নগী গুণ (কার্য্য) অমনি। হায়রবা পুক্নীং অসিনা জ্ঞানেন্দ্রিয়শিং হেক তিন্নন লৈবা মতমদুদা বুদ্ধি অসি কর্মদ চঙঙকপা হৌই।৯॥ বুদ্ধি অসিনা কর্ম সংস্কারগা লৈনিন্নদবা মতমদা থম্মে যদা তুমিন্না থুপ্তুনা লৈ। মতমদুনক্তদা ধ্যানযোগদগী পোকপা সমাধিদ, ব্রহ্মগী মুংঙাইবদু ফংডি।১০ নত্রবদি বাংলবা চীঙদোল্দগী চেন্থবকপা ঈশিংনা অঙম্বদা অসুমসুম চেন্থখবদুগুম্ন, গুণ চেল্লবী, অরা বা থাক্ত লৈরম্বী বুদ্ধিদুনা অজ্ঞানগী মশক ওইববা ঙামথবা হন্থবা মফমগা তিন্নরুবদগী পরমাত্মাদগী কায়নবকতুনা রূপ রস-ন চংবা গুণগী মাযগৈবোমদা অসুম চন্থবকই ॥ ১ ॥ অদুবু কনাগুম্বা সাধকনা পুন্নমক্কী ঈহান হানবা রূপ রসনচিংবা গুণ অমত্তা য়াওবমদ্রবা ধ্যান তৌনীঙায পইব ধ্যয তত্ত্ব অদুবু অশেংবা ধ্যানগী পরৈম্বনা হায়বাদ ধ্যানযোগনা ময়ম ওহদুনা থম্মোহদা ফবা উবা ঙম্মু মতমদুংক্তদা মুংথোদা ফেঙবা তকপা সনাগী মতৌগুম্না ঈবং লংবা ব্রহ্মাগী মঙাল অদু হাযবদি ব্রহ্মজ্ঞান অদু হেক্ত পোক্লকই ॥ ১২ ॥ অদুবু ইন্দ্রিয়শিংগী বিষয়শিংতবু উৎপা উৎনী ব। পুক্নীং হাযবসিনা অহানবদগী বিষয়শিংগী মাযগৈয়োমদা চঙবা হৌথিবা মতম অদুদগী রূপ রসনচিংবা বিষয়গুণবুত থন্থনা লৈবা অদুগা মখোয় নত্তুনা ঙহাক্ত লৈবা ঙমদবা পোশক অমা ওইনা লৈথ্রবনা নিগুণ তত্ত্বগী নাযবদি ব্রহ্মতত্ত্বগী দর্শন ফংহনবা ঙমখিদে ॥ ১৩ ॥ রূপ রসনচিংবা বিষয গুণ অসোমদা

সর্বাণ্যেতানি সংবর্য্য দ্বারাণি মনসিস্থিতঃ। মনস্যেবাগ্নিবৎ কৃত্বা তৎপরং প্রতিপদ্যতে ॥১৪॥
যথা মহান্তি ভূতানি নিবর্ত্তন্তে গুণক্ষয়ে। তথেন্দ্রিয়াণ্যুপাদায় বুদ্ধির্মনসি বর্ত্ততে ॥১৫॥
যদামনসি সাবুদ্ধির্বর্ত্ততেহন্তরচারিণী ব্যবসায় গুণোপেতে তদাসম্পদ্যতে মনঃ ।১৬।
গুণবদ্ভির্গুণোপেতং যদা ধ্যানগুণং মনঃ। তদা সর্বান্ গুণান্ হিত্বা নির্গুণং প্রতিপদ্যতে ॥১৭॥
অব্যক্তস্যেহ বিজ্ঞানে নাস্তিতুল্যং নিদর্শনম্। যত্র নাস্তি পদন্যাসঃ কস্তং বিষয়মাপ্নুয়াৎ ॥ ১৮
তপসাচানুমানেন গুণৈর্জাত্যা শ্রুতেন চ। নিনীষেৎ পরমংব্রহ্ম বিশুদ্ধেনান্তরাত্মনা ১৯।
গুণহীনোহি মার্গং বহিঃ সমনুবর্ত্ততে। গুণাভাবাৎ প্রকৃত্যাবা নিস্তর্কং জ্ঞেয়সম্মিতম্ ॥২০।

শেরাম্না চৎথিদোরিবা পুক্নী বু ফাজিলহৌহ্না পুক্নীংহৃদা সংকল্পতনা লেঙদনা লৈহ্না, হায়বদি পুক্নীং হায়বা মাতবু থমহ্ন, বিষয়গী গুণশিং হৃবু থম্মোয়দা পুল্লপা কাজিন কোনশিন্দুনা, কনাগুম্বা অশিংবা সাধকনা, হায়রিবা অহস্থা অসিদগীসু রাংমদ লৈবা পরমাত্মাবু, পরমাত্মগী মঙালবু ফংবা ঙম্মি ॥ ১৪ ॥ গুণশিং অহুগী ক্ষয় ( মুংথিবা মাঙথিবা ) ওইরবা মতমহৃদা মথোযবু পুরম্বা লৈ ঈশিংনচিংবা পঞ্চভূতশিংসিগী মশানা অদুম্মক হন্দোকথিবহুগুম্না বুদ্ধি হায়বাসিনা ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু খোংজিনথিহনা থম্মোয়দা তুংহন লৈথি। ৫। চপচাবা মও দা লেপতুনা লৈরবা নিচয়াত্মকা ওইরবা বুদ্ধিসিনা অপুমুর্খী ওইহনা হায়বদি মপাল্লামদ ওম্বাবক্তা বহির্মুখী ওইদহুনা থম্মোযদা লেঙদনা লৈবা মতমহৃদা পুক্নীং হারবসি তশেংনা তরু তরুন লৈথি ॥১৬॥ মতম অহুদা রূপ রস শব্দনচিংবা গুণশিংগা তিম্নরিবা ইন্দ্রিয়শিং অসিগী সম্বন্ধদ মথোয়না কোয়শিন্দুনা লৈরম্বা পুক্নীং অসি ধ্যানযোগ পোকহনব গুণশিং অতুতগা তিম্নবা লৈথিবা মত হু ক্তদা গুণ পুম্নমক অহ থাদোক্লমহ্না নির্গুণব্রহ্মাগী পদবীবু ফংগ্রি ॥ ১৭ ॥ অতুগুম্বা গুণ য়াওদ্রবা অব্যক্ত ব্রহ্মবু খঙহনগে হায়বগীবমক হায়বদি উহনগে হায়ননবগী সংসবসিদা করিগুম্বা মতীক চাবা চপ চা দৃষ্টান্ত ( খুদম ) অমত লৈতে। মতম অহুদা তাইবংমীগী তর্ক বিতর্কগী রাঙাং রাহৈনা য়োবা ঙমদে ( যতো বাচো নিবর্ত্তন্ত )। অহুগুম্বা ব্রহ্মতত্ত্ব কৌবা পোশক অহুনা ভাষণগী বিষয় ওইগদৌবিবনো ॥ ৮॥ মরম অহুনা, তপস্যানা, অনুমানন শাসত্রগি বা গুণনা, জাতি জাতিহুনা চৎনরকপা ধর্মশিং অহুবু চপ চানা চুম্নাঙাকপনা, অহুগা শাস্ত্র শাবু চুম্না তম্বু লৈনবনা, থম্মে য়সিবু শেংদক্লগা, মাহুনা পাম্বে ওইহুনা পরংব্রহ্মবু ফংনব তুমিম্না হোৎনগদবনি ॥ ১৯ ॥ হায়ব্রিবা তপস্যান চংবা গুণশিং অস য়াওদবা ত হইবং মীনা মপান্তদ লৈহুনা মপানগী চৎনরিবা তম্বীসিতদা চৎতুনা লৈনৈ। হায়রিব থাইদগী ব্রহ্ম খঙলনবগী বিষয় ওইবা পরমাত্মা হায়রিবসিদি গুণশিংসিগা বাগুম্বদা তিম্নবা লৈতবনিনা মশানা তর্ক বিতর্কগী রাংহদা লৈ ॥ ২০ ॥ অকংবা উশিংগী মহুংদা লৈনা চৎতুনা লৈবহুগুম্না বুদ্ধি হায়রিবা অসিবু রূপ রস শব্দ স্পর্শ গন্ধ কৌবা গুণশিং অসিদা

নৈর্গুণ্যাৎ ব্রহ্ম চাপ্নোতি সগুণত্বানি বর্ত্ততে। গুণপ্রচারিনী বুদ্ধির্হুতাশন ইবেন্ধনে।২১॥
যথাপঞ্চ বিমুক্তানি ইন্দ্রিয়ানি স্বকর্মাভিঃ। তথাহি পরমংব্রহ্ম বিমুক্তং প্রকৃতেঃ পরম্॥২২।
এবং প্রকৃতিতঃ সর্ব্বে প্রবর্ত্তন্তে শারীরিনঃ নিবর্ত্তন্তে নিবৃত্তৌ চ স্বর্গে চৈবো পয়ান্তি চ ২৩॥
পুরুষঃ প্রকৃতি বুদ্ধিবিষয়াশ্চেন্দ্রিয়াণি চ। অহংকারোঽভিমানংচ সমুহো ভূত সংজ্ঞকঃ।২৪॥
এতস্যাদ্য প্রবৃত্তিস্তু প্রধানাৎ সম্প্রবর্ত্তত। দ্বিতীয়া মিথুনব্যক্তিমবিশেষান্নিযচ্ছতি।২৫॥
ধর্মাদুৎকৃষ্যতে শ্রেয়স্তথাশ্রেয়োঽপ্যধর্মতঃ। রাগবান্ প্রকৃতিং হেয়তি বিরক্তো জ্ঞানবান্ ভবেৎ।২৬

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বনি মোক্ষধর্ম পর্বণি
মনুবৃহস্পতিসংবাদে দ্ব্যধিকাশততমোধ্যায়ঃ

—(০)—

---

ইন্ধং ইন্দা চৎতুনা নৈ। মহাক্কা হায়রিবা গুণশিং অসিবু হেক থাদেকপা মতমতুদা মশামকসু নিগুণ ওইরগনিনা বেহ্মবু অতুম মফংলে। অতুগা হায়রিবা বিষয়গুণ অসিদা আসক্ত ওইতুনা লোরবসৈ গুণশিংসিগা তিন্নরা নৈনিবনা নিগুণ ওইবা ব্রহ্ম ফংবা উবা ঙমদে, মাদুংক্তনসু ফংদতুনা হন্দাবকপনি ॥ ১ ॥ ইন্দ্রিয় মঙা অসনা মাগী মাগী বিষয় ( কার্য ) শিং অসিদগী তোঙান্না নৈবতুগুন্না পরব্রহ্ম পরমাত্মাসু প্রকৃতদগী তোঙান্না নৈ ॥ ১১ ॥ মতৌ অসুম্না জীব পানবা পুন্নমক প্রকৃতিদগী পোকপনি, মতম মতমগী মতুং ইন্না প্রকৃতিন্দা থুপথিব ঙাক্তনি। থুগথিবা ( শিথিবা ) অতগী মতুংদা মখোয় অতু মানা মানা তৌরকপা তৌথিবা পুণ্য পাপ কর্মশিং তুগী মহৈ ওইনা স্বর্গ নত্রগা নরকতা চৎথি ॥ ১৩ ॥ পুরুষ, প্রকৃতি, বুদ্ধি, বিষয় ( ভূত ) মঙা, ইন্দ্রিয় তরা, অহঙ্কার ( ঐ হায়বা য়াখল ), মন ( পুক্নীং ) পঞ্চ মহাভূত, হায়বিবা তত্ত্ব কুনমঙা অসিগী মপৈ অতুবু থরায পান্না জীব হায়না অতুম থঙনত্রে ॥ ১৪ ॥ বুদ্ধি অতুগা তত্ত্ব মপৈ অসগী ইহান হানবা সৃষ্টি অসি প্রকৃতিদগী ওইথি। অতুগী তুংদগীদি, মথংগী সৃষ্টিনা নিপা নুপী, লাব অমোমশিংগী সম্ভোগ ( মৈথুন ) দগী মথং মথংগী সৃষ্টি অতুম মওইপ্রবনি ॥ ১০ ॥ ধর্ম তৌবগা মঙ্গলগী বৃদ্ধি ওই অধর্ম্ম তৌলগা তাইবংমী মশাগী অমঙ্গল ওই বিরাগদা আসক্তি থম্নবা মীনা প্রকৃতিবু অতুম মফংঙি। বিরক্ত বিরাগী ওইবা মীনা আত্মজ্ঞান ফংতুনা মুক্ত ( লাম্বেকপা ) হায়বত ওই ॥ ২৬ ॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা
মনুবৃহস্পতি সংবাদগী চনীগা অনীশুবা অধ্যায় লোইরে।

—(০)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## ত্র্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ।

( চনীগাঅহুমশুবা অধ্যায় )

### মনুবৃহস্পতি সংবাদগী অরোইবা

#### মনুরুবাচ

যদা তৈঃ পঞ্চভিঃপঞ্চযুক্তানিমনসাসহ। অথ তৎ দ্রক্ষ্যতেব্রহ্ম মণৌসূত্রমিবার্পিতম্ ॥ ১ ॥

তদেব চ যথা সূত্রং সুবর্ণে বর্ত্ততে পুনঃ। মুক্তাস্বথ প্রবালেষু মৃন্ময়ে রাজতে তথা ॥ ২ ॥

তৎবৎ গোহশ্বমনুষ্যেষু তদ্বদ্ধস্তিমৃগাদিষু। তৎবৎ কীটপতঙ্গেষু প্রসক্তাত্মাস্বকর্মভিঃ ॥ ৩ ॥

যেনযেন শরীরেণ যদ্যৎকর্ম করোত্যয়ম্। তেনতেন শরীরেণ তৎতৎ ফলমুপাশ্নুতে ॥ ৪ ॥

যাথহ্যেকরসা ভূমিরোষধ্যর্থানুসারিণী তথা কর্মানুগা বুদ্ধিরন্তরাত্মানুদর্শিনী ॥ ৫ ॥

---

মনুনা হায়ঃ— বৃহস্পতি! তাইবং মীনা শব্দন চবা মিথ মঙাবু, জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙাবু, অদুগা পুক্নীংবু থুদুম মখাদা থম্লবা মতমদুদা তোঙান তোঙানবা লৈবলুশিংদা ঈকিন্ত তেম্মদুনা লৈরবা লংজাগী মতৌগুম্না, মফম পুম্বদা শীনথুংনা লৈরব ব্রহ্মগী সাক্ষাৎকার তৌবা ঙাম্ম ॥ ১ ॥ লেংলিবা লংজা অদুন, লৈপাক্তা মিংশেলগী, মণি মচু মচুগী, পোহালগী লৈকলুশিংদ ফজনা তেঙাল তোঙালবা মচু মওং পুদুনা লৈবগুম্না পরমাত্ম অমতনা শল, শগোল, তইবংমী, শামু, শজী, কৌজেং হারৌ তীলকাঙ্‌ পৃম্নমক্কী হকচাংশিংদা মতম অমতদা মযামসিবু লেংশিন্দুনা শীনথুংনা লৈরি। বিষয়াদ আসক্ত ওইরবা জীবশিংসিনা, কাগী মাগী কমগী মতুং ইম্না তোঙাল তোঙানবা হকচাংগী মওং শংবু চোংচোংদুনা লৌব। ২-৩ ॥ জীবসিনা অদুম ওইবা হকচাংদা চঙ্‌চঙ্‌দুনা, অদুম অদুম ওইবা তৌরু তৌরুবা কর্ম অদুগী মতু ইম্না অদুম অদুম ওইবা কর্মশিংদুগী মহৈবু অদুম অদুম ওইবা হকচাংদা চঙ্‌চঙ্‌দুনা চার ॥ ৪ ॥ লৈপাক্ত রস অমত মরৈরবসু মাঙান্দা থারুব লংশিল্লুবা মক্না অদুগী মতুং ইম্না তোঙান তোঙানবা রস (মহাও মনম) পোকপদুগী মতৌগুম্বা অন্তরাত্মাদগী থোরকপা বুদ্ধি অসিনা মমাংদৈগী মপোকশিংগী তৌরকপা কর্মগী মতুং ইম্না কর্মসংস্কার ওইনা মহৈ অদুবু অতোপ অতোপ্পা হকচাংদা চঙ চঙদুনা ভোগ তৌরুনবা অতোপ অতোপ্পা হকচাংদ চঙিঙ ॥ ৫ ॥ ঈশান হানবদা তাইবংমীদা বিষয়গী জ্ঞান অসি ফাওই, পোকই। অদুদগী পুক্নীংদা বিষয় অদুবু ফংনিংবগী ইচ্ছা অমা

জ্ঞানপূর্বা ভবেল্লিপ্সালিপ্সাপূর্বাভিসংধিতা। অভিসন্ধিপূর্বকং কর্ম কর্মমূলং ততঃফলম্ ॥৬॥
ফলং কর্মাত্মকং বিদ্যাৎ কর্ম জ্ঞেয়াত্মকং তথা। জ্ঞেয়ং জ্ঞানাত্মকং বিদ্যাজ্জ্ঞানংসদসদাত্মকম্ ॥৭॥
জ্ঞানানাং চ ফলানাং চ জ্ঞেয়ানাং কর্মণাংতথা। ক্ষয়ান্তে সৎফলং বিদ্যাজ্জ্ঞানংজ্ঞেয়প্রতিষ্ঠিতম্ ॥৮॥
মহদ্ধি পরমং ভূতংসৎ প্রপশ্যন্তি যোগিনঃ। অবুধ্যাস্তং ন পশ্যান্ত হ্যাত্মস্থংগুণবুদ্ধয়ঃ ॥৯॥
পৃথিবীরূপতোরূপমপামিহমহত্তরম্। অদ্ভ্যোমহত্তরং তেজস্তেজসঃ পবনো মহান্ ॥ ১০ ॥
পবনাচ্চ মহৎব্যোম তস্মাৎ পরতরংমনঃ। মনসো মহতী বুদ্ধি বুর্দ্ধেঃ কালো মহান্স্মৃতঃ ॥১১ ॥
কালাৎ স ভগবান্ বিষ্ণুর্যস্য সর্ব্বমিদং জগৎ। নাদির্ন মধ্যং নৈবান্তস্তস্য দেবস্যবিদ্যতে ॥ ১২ ॥

---

পোক্লকই। অদুগা তুংদা "থবক অসি সিদ্ধ ওইহল্লগে, পোশক কংননবা তৌরগে" অসুম্না নিশ্চয় অম তৌরগা মাদু পাঙথোক্লনবা থবক (সাধ্য) তৌবা পায়বা হোরক্লে। থবক অদু লোইরে হায়না খল্লনা, মাদু ফাওবনা পীবা মহৈ অদু ফংঙি। ॥ ৭ ॥ মতৌ অসুম্না, মহৈ অদুবুসু কর্মগী মওং অমনি হায়না খঙঙ্। কর্মদুবুনা লাক্লদোরিবা মহৈগী মশক ওইরবা পদার্থ (পোশক) অদুনি হায়না অসুম মখঙঙ্। খঙগদোরিবা, খঙগদবা জ্ঞেয় অদুবুনা জ্ঞান অদুগী স্বরূপনি হায়না খঙঙ্। জ্ঞানগী মওং অদুবুনা কার্যকারণ অনীমক্কী স্বরূপনি হায়না খঙঙ্ ॥ ৭ ॥ জ্ঞান, ফল, জ্ঞেয় (খঙগদোরিবা) অদুগা কর্ম হুৎরিবশিংসিগী অন্ত হেক ওইবদ ফংগদোবা অদোনা মহৈ (ফল)গী মশক ওইনা লেমহৌবা শরুক অমা ওইনা লৈহৌই। মাদুবু নহাক্না জ্ঞেয়গী শরুত্তদা শীংথুংনা লৈবিবা জ্ঞানগী মশক ওইনা পরমাত্মমক্কী মশাক্কি হায়না খঙঙ্ ॥ ৮ ॥ অদুগুম্বা অথোইবা মহান্ তত্ত্ববু যোগীশিংতনা উবা ফংঙি। বিষয়দা পুক্নীং চঙলবা অজ্ঞানী ওইরবা তাইমংমীনা মশাগী হকচাংহুংদা বিরাজমান ওইদুনা লৈরবা পরমাত্মা মাগী দর্শন ফংবা ঙমদ্রি ॥ ৯ ॥ জগৎ অসিদা, লৈপাক্কী মশকতগী ঈশিং মশক মগুণনা চাওবা হেনবনি। ঈশিংগী মশক মগুণদগী মৈগী মশক মগুণনা মহান্ ওইবনি। মৈ (তেজ) দগী নুংশিৎকী মশক মগুণনা মহান্ (চাউবা) ওইবা হেনবনি। নুংশিত্তগী আকাশনা পাকচাউবা, মগুণদসু হেনবনি। আকাশদগী পুক্নীং (মন)না হেল্লি, হায়বদি শীকপা (কূপা) হেনবনি, গুণদসু হেনবনি। পুক্নীংদগী বুদ্ধিন বুদ্ধদগী কালনা হায়বদি প্রকৃতিনা চাউবা হেনবনি। কাল (মতম) হায়বদুদগীসু ভগবান্ বিষ্ণুনা চাউবা হেল্লি। হায়বদি মপান্নাইদবা, কূপা (শীকপা) খ্বাইদগী অথোইবা, অদুগা পাকচাউবা ওইবা হেল্লি। উরিবা-উদবা জগৎ পুম্নসে মানা শেম্বনি। মহান্ ওইরবা ভগবান্ বিষ্ণুগী আদি, মধ্য, অন্ত করিমত্তা লৈতে ॥ ১০-১২ ॥ অহোবা, মরক, অরোইবা লৈতবন, পরংব্রহ্ম পরমাত্মা মহাক্তি অবিনাশীনি, অমাং-অতাংশিবা লৈতবনি। অদুনা অন্নাবা মখল-মখলগী রাংমদনি।

অনাদিত্বাদমধ্যত্বাদনন্তত্বাচ্চ সোঽব্যয়ঃ । অত্যেতি সর্বদুঃখানি দুঃখং হ্যন্তবদুচ্যতে ॥ ১৩ ॥

তৎ ব্রহ্ম পরমং প্রোক্তং তদ্ধাম পরমং পদম্ । তৎ গত্বা কালবিষয়াৎ বিমুক্তা মোক্ষমাশ্রিতাঃ ॥ ১৪ ॥

গুণেষ্বেতে প্রকাশন্তে নির্গুণত্বাৎ ততঃ পরম্ । নিবৃত্তিলক্ষণো ধর্মস্তথানন্ত্যায় কল্পতে ॥ ১৫ ॥

ঋচো যজূংষি সামানি শরীরাণি ব্যপাশ্রিতাঃ । জিহ্বাগ্রেষু প্রবর্ত্তন্তে যত্নসাধ্যা বিনাশিনঃ ॥ ১৬ ॥

ন চৈবমিষ্যতে ব্রহ্ম শরীরাশ্রয়সম্ভবম্ । ন যত্নসাধ্যং তৎ ব্রহ্ম নাদি মধ্যং ন চান্তবৎ ॥ ১৭ ॥

ঋচামাদিস্তথা সাম্নাং যজুষামাদিরুচ্যতে । অন্তশ্চাদিমতাং দৃষ্টো ন চাদির্ব্রহ্মণঃ স্মৃতঃ ॥ ১৮ ॥

অনাদিত্বাদনন্তত্বাত্তদনন্তমথাব্যয়ম্ । অব্যয়ত্বাচ্চ নির্দুঃখং দ্বন্দ্বাভাবস্ততঃ পরম্ ॥ ১৯ ॥

---

১রমদি অমাং অতা নাইবা পোশক্তনা অরাবগী মশক ওই ॥ ১৩॥ অবিনাশী ওইবা বিষ্ণু মহাক্তনি পরব্রহ্ম ওইরিবসি। অদুনা, বিষ্ণু মহাকপু পরব্রহ্ম হায়না কৌনৈ। মহাক্তনা পরমধামনি, মহাক্তনা পরমপদনি, অরোইবা অথোইবা থুভমনি। মহাকপু খঙলবা উববা, ক লবত্তদা জীবনা কালগী রাজ্যদগী মুক্ত ওইখিদুনা মোক্ষধাম ( অরানবা থুকম ) দা লৈরুই ॥১৪॥ ক্ষাব পুনবা হাৎপনচিংবদা য়াওজম্নিবা জীব ( জীবাত্মা ) অসিদি গুণতনা তাদুনা শারিবা কার্যরূপ হকচাং অসিগী সম্বন্ধদগী ব্যক্ত ( মশক মও· নাইবা ) ওইনা লৈবি। অদুগ পরমাত্মা মহাক্তি নির্গুণ ওইবা মরম্না হায়রিবা জীবসিদগী য়াম্না তোঙাত্তানা লৈরিবনি। অদুনা নিবৃত্তিগী মশক ওইবা ধর্ম্ম ( নিষ্কাম কর্ম ) তনা অমাং অতা লৈত্রবা মাগী অপাঙ অতা লৈতবা থামবু য়োহনবা, কংহনবা ঙম্মি ॥১৫॥ ঋগ্‌বেদ, যজুর্বেদ, সামবেদ ঙখোয়সিবু তম্বা নৈনবা, পঠন পাঠনগী মতমদা জীব অসি হকচাংসিদা আশ্রয় লৌদুনা লৈ। অদুগা মতম অদুগা জিহ্বা (লৈ) গী অগ্রভাগ ( মত্তোন ) দা, ব্যক্ত ওইবকই। অদুনা মহাক্তি যত্ন ( পরিশ্রম ) তৌরগা ফংবা উবনি। অদুগা অমুকম্তু মুংথি মাঙথি। হায়বদি মাগী মুংথবা মঙথিবসি মাগী মহৌশাগীনি ॥১৬॥ অদুগা পরব্রহ্ম পরমাত্ম মহাক্তি মত্তৌ অসুম্না হকচাংসিদা আশ্রয় লৌদুনা ফোঙদোক্লকলবস্তু বেদ তম্বগুম্না হোৎনরগা থোকহনগদবা পুথোক্লদবা নত্তে মরমদি আদি লৈত্তে, মধ্য লৈত্তে অদুগা মাগী অন্ত ( অরোইবা লৈত্তে। অসিদগী তৌবগ অসিদা লোইরে হায়নীঙাই লৈতবনা যত্নসাধ্য নত্তে, হোৎরগা শারগা পুথোকতুনা উৎপ য়াবা পোৎ নত্তে ॥১৭॥ ঋগ্‌ হায়রিবা অসি যজু অদুগা সামগী আদিনি হায়রি। অদুবু হায়রিব ঋগ্‌ অসিমকী অহৌবা মক্তম অরোইবা মকম লৈরি অদুগা ব্রহ্ম পরমাত্মা মহাকীদি করিগুম্বা আদি মধ্য অন্ত অমত্তা লৈত্তে ॥১৮॥ অনাদি ( অহৌবা লৈতবা ), অনন্ত ( অরোইবা লৈতবা ) ওইবা মরম্না অমাঙ্খতা লৈতবা অমদি লৈহনবা য়াদবনি মরম অদুনা অরাবা-দুংঙাইবগী শরুক অসি ঈয়াও য়াওদবনি। মঙোন্দা দুংঙাইবা অরাবা, চাউবা [illegible] অসিনচিংবা অনীথোক্লা

অদৃষ্টত্বোঽপ্যপারাচ্চ প্রতিসংখ্যেয়শ্চ কর্মণঃ। নত্তেন মর্ত্যাঃপশ্যন্তি যেনগচ্ছন্তিতৎপদম্ ॥ ২০ ॥
বিষয়েষু চ সংসর্গাচ্ছশ্বতস্য চ দর্শনাৎ। মনসা চান্যদাকাঙ্ক্ষন্ পরাংনপ্রতিপ্রত্যতে ॥ ২১ ॥
গুণান্ যদিহপশ্যন্তি তদিচ্ছন্ত্যপরে জনাঃ। পরং নৈবাভিকাঙ্ক্ষন্তি নির্গুণত্বাৎগুণিনঃ ॥২২॥
গুণৈর্যস্ত্ববরৈর্যুক্তঃ কথংবিদ্যাৎ পরান্ গুণান। অনুমানাদ্ধি গন্তব্যঃগুণৈরবয়বৈঃ পরম্ ॥২৩
সূক্ষ্মেণ মনসা বিদ্মো বাচা, বক্তুং'ন শক্নুমঃ। মনো হিমনসা গ্রাহ্য দর্শনেন চ দর্শনম্ ॥২৪॥

---

নৈবগী স্বস্বভাব অসি ঙৈয়ৈ লৈতবনি অদুনা মহাক্তি পুন্নমক্তগী আ-রাংমদা লৈবনি ॥১৯॥ অদুবু মরায়বকথীবা, তোকম থওদবা, অদুগা মহৈ পীবা বিষয়তদা পুক্কীং শুপ্পা অসিনচিংবনা মরম ওইদুনা পরমাত্মাবুসু কংথিবগী লম্বী অদু তাইবংমীনা উবা ফংনদ্রি ॥২০॥ তাইবং মীগী আসক্তি (কম পামশিনবা) অসি রূপরমনচিংবা সংসারগী বিষয়শিং অসিত্তদা লৈ। মরমদি সংসারগী সুংঙাইবসিদি বিষয়শিং অসিত্তনা পী। সুংঙাইবা হায়বসিমক্তবু সংসারগী বিষয় নত্তনা অত্তৈনা পীবা ঙমদে হায়বসে মখোয়গী ধারণা (ভাবনা যাখল) নি। মতম পুম্বদা তাইবং মীনা সংসারগী ঙহাক্কী সুংঙাইবা অসিত মপাম্মি। অদুনা মখোয়না পরংব্রহ্ম পরমাত্মাবু সাক্ষাৎকার তৌবগী সুংঙাইবদু থোইনা থল্লদে ॥ ১॥ সংসারী ওইবা মীনা বিষয়শিংবু পাম্লিবসি অমদা লেপ্পা ঙমদ্রি। অউ অউরা মীকুপ খুদিংগী লাম্মুরি-পাম্মুরি। থাদেগী আনন্দময় পরব্রহ্ম পরমাত্মাদুবু দি মঙ ফাওবা মঙু দ্রি। মাদুদি করিননো হায়বদা, তাইবং মীনা পাম্বদি রূপরমনচিংবা গুণ অসি লৈবা সগুণ ওইবা পদার্থ (পোৎ) শিং অদুবুত্তনিনা নির্গুণ ওইবা পরংব্রহ্মাবু পাম্মুদবনি ॥ ২২ ॥ ঙহাক্কী ওইবা, কাম্রবা মচু মহাওশিংসিত্তনা পুক্কীং চঙলবশিংদুনদি নিত্যসুখময় ওইবা মতম লৈবথিবিক্ত অমাঙ অত্তা লৈররোইদোবা নহাকপুদি কদায়দগী নীঙশিংবিরুরনি? অরেপ্পদা মৈথুত মউরগ. অনুমাননা মকম অদুদা মৈসু লৈ হায়না লেপ্পবা পুথোকপা অদুগুম্না নিত্য গুণশিংবু পুথোকরগা গুণশিং অদুনা লৈরিবা মতম অদুদা নিত্য ওইবা পরব্রহ্ম মহাক্কী সত্তা (লৈবা) অদুবুসু পুথোকনৈ ॥১৩॥ ধ্যানযোগত্তনা ঐথোয়না, শেংলবা কুপ্পবা মন (পুক্কীং) ইন্দ্রিয়না পরমত্মাগী স্বরূপপু অনুভব তৌবদ ঙম্ম। অদুবু কংদোই হায়না হংবদা, মওং অসিনি হায়না তাকপদু রাহৈনা হায়দোকপা য়াদে, ঙমদে। মানসিক বিষয়নিনা মন (পুক্কীং) তনা মাদুবু লৌই * জ্ঞেয়দি জ্ঞানত্তনা লৌগদবনি থঙগদবনি ॥ ২৪ ॥

---

*টীকা— প্রমাণ অমদা হায়রগা নাকোং কৌবা ইন্দ্রিয়গী বিষয় শব্দ হায়বসি নাকোংত্তনা লৌই; অতৈ মমায়বা ইন্দ্রিয় অমনা লৌবা ঙমদে। মত্তৌ অদুগুম্না পরমাত্মাগী স্বরূপতি মানসিক বিষয় অমনিনা হায়বদি পুক্কীং কৌবা ইন্দ্রিয়তগী বিষয়নিনা। পুক্কীংত্তনা লৌগনি বাগিন্দ্রিয়না (চীম্না-লৈত্তোম্না) লৌবা ঙবা বিষয় নত্তে। হায়বদি পরমাত্মাগী স্বরূপপু বর্ণন তৌবদি পুক্কীংত্তনা তৌবা ঙদ্দি। ইন্দ্রিয় অতৈ অমনা ঙমদে।—কালাচাঁদ।

জ্ঞানেন নির্মলীকৃত্য বুদ্ধিং বুদ্ধ্যা মনস্তথা। মনসা চেন্দ্রিয়গ্রামমক্ষরং প্রতিপদ্যতে ॥২৫॥

বুদ্ধিপ্রবীণো মনসাসমৃদ্ধো নিরাশিষং নির্গুণমভ্যুপৈতি।
পরংত্যজন্তীহবিলোড়্যমানা হুতাশনং বায়ুরিবেন্ধনস্থম্। ২৬।
গুণাদানে বিপ্রযোগে চ তেষাং মনঃ সদা বুদ্ধিপরাবরাভ্যাম্।
অনেনৈব বিধিনাসম্প্রবৃত্তো গুণাপায়ে ব্রহ্ম শরীরমেতি। ২৭ ॥
অব্যক্তাত্মা পুরুষো ব্যক্তকর্ম সোঽব্যক্তত্বং গচ্ছতি হ্যন্তকালে।
তৈবিবায়ং চেন্দ্রিয়ৈবধর্মানৈ-ম্রায়ন্তির্বা নির্ত্ততেহকামরূপঃ । ২৮ ॥

মরম অদুনা জ্ঞানগী পাম্বৈনা বুদ্ধিবু বুদ্ধিগী পাম্বৈনা পূক্নীংবু অদুগা পূক্নীংগী পাম্বৈনা ইন্দ্রয় পুন্নমবপু ( ইন্দ্রিয়মপৈবু ) তশেং তশে না থম্নগা অমাঙ অতা লৈত্রবা পরংব্রহ্ম পরমাত্মাবু উবা ফংবা ঙম্মি ॥ ২৫ ॥ বুদ্ধিদা যাম্না হৈশিংবনা, হায়বদি, শেংলবী, কুপ্লনী. মচীন তুম্নবী বুদ্ধিবু লোইবা, মানসিক শক্তিনা তিল্লবা, অদুগুম্বা সাধক পুরুষতনা ইচ্ছা পুন্নমক্তগী রাংমদা লৈরবা নির্গুব্রহ্ম পরমাত্মাবু ফংবা থঙবা ঙম্মি। প্রণাশ অমদা হায়রগা মুংশিংনা উ ( শীং ) গী মনুংদা লৈবা মশক উবদা মৈবু অমুক থাগৎ হোগৎ কামথৎলমদন থদোক্লমদুনা অদুম চংখি। মতৌ অদুগুম্না সংসারগী বিষয় কামনাতনা মথুম মরাঙ্ হৌরবা তাইবং মীনা, মশাগী দেহমুংদা লৈবা মশক উদবা পরংব্রহ্ম পরমাত্মাবু থাদোক-হন্দোক্লমলগা মশক উবা ইন্দ্রিয় বিষয় অম-রোমদা মমায় লৈশিনখি। মাবু থঙগে ফংগে হায়বমক্ত থন্দে হোৎনগে হায়দে ॥ ২৬ ॥ সাধক অমনা সাধন ( থুৎলায় ) গী মশক ওইরবা গুণশক্তিশিংবু পায়থৎলি-লোই। অদুগা সংসারিক পদার্থ ( সংসারগী পোচৈ ) শিং অসিদগী পূক্নীংবু হান্দাকহল্লি, মমায় লৈথোকহল্লি। মতম অদুমক্তদা, মহাক্কী পূক্নীং অদু, বুদ্ধিনা পীরকপা অফব ফত্তবা রাথল তোঙাল তোঙানবদগী লান্থোকখিদুনা হায়বদি রাথল অম-অম যাওদনা মতম পুম্বদা ঈশে শেংনা তরুতরুনা লৈ। মতৌ অসুম্না সাধনা তৌবা সাধকনা মশামক গুণ পুন্নমক্তগী নির্গত ( লান্থোকখিবা ) ওইদুনা হায়বদি নির্গুণ ওইখিদুনা নির্গুণ ওইবা পরব্রহ্ম পরমাত্মাবু উনা ঙম্মি ॥ ২৭ ॥ পুরুষগী আত্মাদ হায়বদি স্বরূপতা অব্যক্তনি, মশক মওং নাইদবনি। অদুগা মাগী কর্মদ হকচা সিমক্কী মশক লৌদুনা লৈরি ব্যক্ত ওইবি। মরম অদুনা হয়েং অরোইবা তুমিত্তা অব্যক্ত ওইবা মওংদা চঙ্খি। অদুগা, সংসারগী বিষয়বাসনাতনা মশক ওইহনগ্রবা জীব ( জীবাত্মা ) অসিনা, নোংম নোংমগী বিষয়াতনা মপাঙ্গল চাউথৎলক্লিবা ইন্দ্রিয়শিং অসিগা অমত ওইনিন্নখিদুনা সংসার অসিদা অমুক লাকই পোক্লে। হায়বদি পাঞ্চভৌতিক ওইবা দেহসিবু অমুক পুক্লে ॥ ২৮ ॥ ইন্দ্রিয় পুন্নমকসিগা তিন্নদুনা তারোৎ খাদানদুনা, দেহধারী ওইবা দেহী আত্মা ( জীবাত্মা )

সর্বৈরয়ং চেন্দ্রিয়ৈঃ সম্প্রযুক্তো দেহং প্রাপ্তঃ পঞ্চভূতাশ্রয়ঃ স্যাৎ।
সামর্থ্যাৎ গচ্ছতি কর্মণেহ হীনস্তেন পরমেনাব্যয়েন ॥ ২৯ ॥
পৃথ্ব্যাং নরঃ পশ্যতি নান্তমস্যা হ্যন্তশ্চাস্যা ভবিতা, চেতি বিদ্ধি।
পরং নয়ন্তীহ বিলোড্যমানং যথা প্লবং বায়ুরিবার্ণবস্থম্ ॥ ৩০ ॥
দিবাকরো গুণমুপলভ্য নির্গুণো যথা ভবেদপগতরশ্মিমাগুলঃ।
তথাহ্যসৌ মুনিরিহ নির্বিশেষবান-স নির্গুণং প্রবিশতি ব্রহ্মচাব্যয়ম্ ॥ ৩১ ॥

অ সমাপ পঞ্চভূতনা শাবা দেহ ( হকচাং ) অসিদা আশ্রিত ওইদুনা, আশ্রয় লৌদুনা লৈখি। অদুদগীদি মহাক অসিজ্ঞন উপাসনানচিংবগী পাম্বে য়াওদমদি, মপানগী কর্ম তৌবতনা পরমাত্মা মহাকপু উব ফংবা উম্মকলে। অদুনা মহাক পুনশি চুপ্পা দেহলুং অসিদা পরমাত্মা মহাকপু ঈউউদনা, ঈফং-ফংদুনা অদুম লৈরম্মি, অচুম মচৎখি * ॥ ২৯॥ ভূডল ( পৃথিবী কৌবা মরোল ) অসিদা লৈরিবা তাইবং মীনা পৃথিবীগী অরোইববু উদিদ হায়ববু, মাগী অরোইবা অমদি অচুম মরৈরি হায়বসি খঙঙু। প্রমাণ অমদা হায়রগা, সমুদ্রগী রাং চাউববা ঈথকশিংনা চোংথোক চোংশিন, হাইগং হাইথ তৌরবা হীজাও ( জাহাজ ) বু ঈচেলগী মতুংইন্না শীংপিনরুপা মু শিংনা তোর্ব্বান্দা থুংহল্লবদুগুম্না, সংসার ঈপাকসিদা ঈরুপ-ঈবোয়লকদুনা তাউথরকপা তাইবং মীবু অনুকল ( ভুংইগ্না চৎপিবা ) বাতাবরণ ( অচৎক ওশা-লৈকম চাযমগী 'অবস্থা' ) না ঈপাক অসিগী তোর্ব্বান্দা থুংহল্লে ॥ ৩০ ॥ জগৎ পুম্নমকপু ঙ লংহল্লম্বা মুংনা মঙালগী মশক ওইরবা গুণ শক্তি অদুম্পায়না পায়ন, লৈমা লৈনা, অন্তাচলগোদা লাকপা-তারকপা মতমদা শঙ্গোক্লম্বা মশেক মঙালশিংদুবু তাশিন খোমজিন্দুনা নির্গুণ ওইনা লৈখিবদুগুম্না ভেদভাব পুম্নমক্তুগী মশাবু লোইশিন খোমজিনগ্রবা মহাপুরুষ মুনিশিন, অবিনাশী ওইবা নির্গুণব্রহ্মদা চঙখি ॥ ৩১ ॥

কদাযদগীপু লাকুবা, ঈতত্তুদুনা লৈরিবা,
পুণ্য চেনবগী অরোইবা, জমথুংফম মানা ওইরিব,
মশানা মশাবু পোকহনবা, পুম্নমক্কী হৌফম লোইফম ওইবা,

*টীকা :— অদুনা তাইবংমীগী তাওলবা মপোক ( হকচাং ) অসিদা লৈরম্মি তায়রবগী করিমতা কান্নবা কংদনা মফম থঙদনা মফম অমদা দেহ অমদা অমুক চঙখি। মফম অদুদহ অদুমঙার। হৌজিক তৌরিবশিন হৌজিক লৈরিবা জীব, অসিহ মতৌ অম্রা দেহ মপোক কন্না কন্নাবু থাদোকলমদুনা হৌজিকহ ঐগী আগী হায়বা নাংদা থদুনা অমুকহ মরৈরি —কালাচাঁদ।

অনাগতং সুকৃতবতাং পরাংগতিং স্বয়ম্ভুবম্ প্রভবনিধানমব্যয়ম্ ।
সনাতনং যদমৃতমব্যয়ং ধ্রুবং নিচায্য তৎপরমমৃতত্বমশ্নুতে ॥ ৩২ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
মনুবৃহস্পতি সংবাদে ত্র্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥

—(০)—

অমাঙ্ অতা লৈতবা, মতমনা লৈত্রিবৈঙদগী লৈরক্লবা,
শিদবা পোক্লবা লেঙ্দবা, পরমাত্মাগী জ্ঞানবু শেংলবা,
ফংলগ মীনা লেঙ্দ্রবা, খুভম ফংথি থোইন শেংলবা ॥ ৩০ ॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামমা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিবর্ব্বদা
মোক্ষধর্মদা মনুবৃহস্পপতি সংবাদগী চনীগাঅহুমশুবা অধ্যায় লোইবে ॥

—(০)—

# মণিপুরী মহাভারত

## চতুরধিকাদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

( চানীগা মরিশুবা অধ্যায় )

ভগবান কৃষ্ণদা অচচ্চত্ত পুন্নগী হৌরকফম অমদি মহিমা হায়বা

### যুধিষ্ঠির উবাচ

পিতামহ মহাপ্রাজ্ঞ পুণ্ডরীকাক্ষ মচ্যুতম্ । কর্ত্ত রমকৃতং বিষ্ণুং ভুতানাং প্রভবাপ্যয়ম্ ॥ ১ ॥
নারায়ণং হৃষীকেশং গোবিন্দমপরাজিতম্ । তত্ত্বেন ভরতশ্রেষ্ঠ শ্রোতুমিচ্ছামি কেশবম্ ॥ ২ ॥

### ভীষ্ম উবাচ

শ্রুতোঽয়মর্থো রামস্য জামদগ্ন্যস্য জল্পতঃ নারদস্যচ দেবর্ষেঃ কৃষ্ণদ্বৈপায়ণস্য জল্পতঃ । ৩ ।
অসিতো দেবলস্তাত বাল্মীকিশ্চ মহাতপাঃ মার্কণ্ডেয়শ্চ গোবিন্দে কথয়ন্ত্যেদ্ভুতং মহৎ ॥ ৪ ॥
কেশবো ভরত শ্রেষ্ঠ ভগবান ঈশ্বরঃ প্রভুঃ পুরুষ সর্বমিত্যেব শ্রূয়তে বাহুধা বিভুঃ ॥ ৫ ॥

যুধিষ্ঠিরনা হায় :— ভরত শাগৈগী অথোহবা । মহাজ্ঞানী ওইরবা ঈবুধৌ । থম্বাল লৈনা মীত্তা তারব ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ হায়বাস মহাক্কী মহিমা শাক্তদগী মাত্রা অমফাওবা হন্থত্রবা, পদ্মমকপু শেঙ্বা, নিত্য ওইবা, বনা অনঙনা মাবু শেমদবা বফম পুম্নমক্কী শীনথুংনা লৈবা, অচচ্চত্ত পুংমক্কা শেপ্রকফম লোইফম অনীমাক্ক মহাক্কু বনাগুম্বা অমগী মফমদগী পরাজয় ফংদ্রবান মহাক অসিবু নারায়ণ হৃষীকেশ, গোবিন্দ, কেশব অসিনাচিংবা নাম কয়া কয়ানা কৌনবি থজনবি । ঐ মহাক্কী স্বরূপপু তত্ত্বগ লোয়ননা তাজনীঙ ঙ ॥ ১-২ ॥ ভীষ্মনা হায় :— যুধিষ্ঠির । ঐনা বিষয় অসিগী মরমদা লৈনবত্ত জমদাগ্নগী মচা পরশুরাম, দেবর্ষি নারদ অত্তুগা কৃষ্ণ দ্বৈপায়ন ব্যাসগী মফমদগী তাখি ॥ ৩ ॥ ঈবুঙো, নিংথৌ । অসিত, দেবল, মহাতপস্বী বাল্মীকি অত্তুগা মহর্ষি মার্কণ্ডেয় মথোয়সিগী মচীশদগীসু শ্রীগোবিন্দগী মহিমাগী তত্ত্ব অসি মুন্ন তাখ্রবনি ॥ ৪ ॥ ভরতশ্রেষ্ঠ, যুধিষ্ঠির । ভগবান শ্রীকৃষ্ণ হায়বসে জগৎ পুম্নমক্কা ঈশ্বর ( মপু ) নি, প্রভুনি । শ্রুতিদসু "পুরুষ এবেদং সর্ব্বং যৎভুতম্" অসিনচিংবা বচন কয়া কয়ানা সর্বব্যাপী ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মহিমা শাক্তগী নিরূপণ তৌদুনা লোইখ্রবনি ॥ ৫ ॥ পাঙ্গল্লবা । যুধিষ্ঠির । শাঙ্গলীরুং

কিন্তুং যানি বিষ্ণুর্লোকে ব্রাহ্মণা শার্ঙ্গধন্বনি । মাহাত্ম্যানি মহাবাহো শৃণু তানি যুধিষ্ঠির ॥ ৬ ॥
যানি চাহুর্মনুষ্যেন্দ্র যে পুরাণ বিদো জনাঃ । কর্মাণি তেহ গোবিন্দে কীর্ত্তয়িষ্যামি তানহম্ ॥৭॥
মহাভুতানি ভূতাত্মা মহাত্মা পুরুষোত্তমঃ । বায়ুর্জ্যোতিস্তথা চাপঃখং চগাং চাম্বকল্পয়ং ॥ ৮ ॥
সস্‌ষ্ট্বা পৃথিবীং চৈব সর্বভূতেশ্বরঃ প্রভুঃ । অপেস্বব ভবনং চক্রে মহাত্মা পুরুষোত্তমঃ ॥ ৯ ॥
সর্বতেজোময়স্তস্মিন্ শযানঃ পুরুষোত্তমঃ । সোহগ্রজং সর্বভূতানাং সংকর্ষণ সকল্পয়ৎ॥১০ ॥
আশ্রয়ং সর্বভূতানাং মনসেতীহ শুশ্রুম । স ধারয়তি ভূতানি উভে ভূতভবিষ্যতী ।১১ ॥
ততস্তস্মিন্ মহাবাহৌ প্রার্ভূত মহাত্মনি । ভাস্করপ্রতিমং দিব্য নাভ্যাং পদ্মমজায়ত ।।১২ ।
সতত্রীভগবান্ দেবঃ পুষ্কর ভ্রাজযন্ দিশঃ । ব্রহ্মা সমভবৎ তাত সর্বতপিতামহ ।১৩।
তস্মিন্নপি মহাবাহৌ প্রাতুর্ভূতে মহাত্মনি । তবসা পূর্বজোজজ্ঞে মধুর্নাম মহাসুরঃ ।।১৪ ॥
তমুগ্রমগ্রকর্মাণ মুগ্রং কর্ম সমাস্থতম্ । ব্রহ্মণোপচিতং কুর্বন্ জঘান পুরুষোত্তমঃ ॥১৫॥

পায়বা শ্রীকৃষ্ণগী মহিমশী মরমদা অথত্তবা ব্রাহ্মণশিংনা হায়নবদো, ঐ অমুক হায়গে মুম্না তাও ॥ ৬ ॥ নিংথৌ ! পুরাণ খঙবা হৈবশিংনা শ্রীগোবিন্দগী লীলা ময়াম্বু অতুগা চবিত্রবু বর্ণন তৌরম্বদো অতুগা তৌনরিব স ঐ হায়গে মুম্ন তাও ॥ ৭॥ অচচ্চত্ত পুম্বগী অ.ত্মা ওইবিব, মহাত্মা ওইরবা পুরুষোত্তমমা আকাশ, বায়ু, অগ্নি, জল ( ঈশিং ) অতুগা পৃথিবী ( লৈপাক ) মঙা অসিবু শেম্মি ॥৮॥ অচচ্চত্ত পুম্বগী মবুঙো, প্রভু, মহাত্মা, পুরুষোত্তমমা পৃথিবী অসিবু শেম্নগা ঈশিংদা মহাক্কী লৈফম শেমখি ॥ ৯ ॥ ঈশিংথক্ অতুদা মহাক্কী চেপকম ( তুম্ফম ) শেমখি । অতুগুম্বা শয্যাথক্তা চেপ্ন চেপ্না তেজতনা মশাপুম্বা পুমথল থল্লবা, পুরুষোত্তম শ্রীকৃষ্ণনা পুক্নীংদা জীব পানবা পুম্নমক ঋযাম্বা ওইনা অতুগা আশ্রয়গী মশক ওইমা সংকর্ষনবু শেমখি । অসুম হায়না ঐনা তাখি ।১০ই। হায়রিবা সংকর্ষণ অসি অচচ্চত্ত পুম্নমকপু মথন্তনা পুই । অতুগা মহাক অসি হৌরবা লাক্কদৌধিবা পুম্নমক্কী আধারনি ॥ মপাংম্বোম পাঙল চাউরবা মহাত্মা স বর্ষণকী আবির্ভাবকী মতুংদা শ্রীহরিগী খোয়দৌদগী মশেক মঙাম্না শল্লবা থম্বাল অমা চোংথোকখি । থম্বাল অসি নুমিৎকী মতৌগুম্না পুমলং লংঙি ।।১১-১২।। ঈবুংঙো । যুধিষ্ঠির ! থম্বাল অতুগী মশেক মঙাম্না গাযগৈ তরাসি পুমলং লংঙি । থম্বালঅদগী জীবনপানবা পুম্নমক্কী পিতামহ ভগবান ব্রহ্মা আবির্ভূত ওইখি । ১৩ ॥ ব্রহ্মাগী আবির্ভাব ওইরবদা মকম অতুদা তমোগুণদগী অসুর পুম্নমক্কী ঈহান হানবা মধু কৌবা চাউরবা কল্লবা অসুর ( হিংচাবা ) অমনা পোকখি ॥ ১৪ ॥ মাগী স্বভাব অতু য়াম্না তমথিরবা লাকঙম ক্কাঙমদবা মতৌ অমা ওইখি । অকিবগী মশক কর্ম তৌবঙমা মাগী মথৌনি অতুগুম্বা অকিবগী মশক ওইরবা অসুর অতুবু ভগবান ব্রহ্মাগী কর্ম্মদা পনবনি থন্দুনা ব্রহ্মাগীদমক্তা শ্রীবিষ্ণুনা হাৎখি ।।১৫।। নিংথৌ । মধু কৌবা হিংচাবদু হাৎপিথিবগীদমক্ত লাই

তস্য তাতবধাৎ সর্ব্বেদেবদানবমানবাঃ মাধুস্দনমিত্যাহু ঋষভং সর্বসাত্ত্বতাম্ ॥১৬॥
ব্রহ্মাহ্সস্থজে পুত্রান্ মানসান্ দক্ষসপ্তমান্ । মরীচিমত্র্যঙ্গরসং পুলস্ত্য পুলহং ক্রতুম্ ॥১৭॥
মরীচিঃ কাশ্যপং তাত পুত্রমগ্রজমগ্রজঃ । মানস জনযামাস তৈজসং ব্রহ্মবিত্তমম্ ।১৮।
অঙ্গুষ্ঠাৎ সস্জব্রহ্মা মরীচেরপি পূর্বজম্ সোঽভবৎ ভরতশ্রেষ্ঠ দক্ষোনাম প্রজাপতিঃ ॥ ১৯ ॥
তস্য পূর্বমজায়ন্ত দশতিস্রশ্চ ভারত । প্রজাপতেস্তু তিরস্ত সাং জ্যেষ্ঠাভবৎ দিতিঃ ॥ ২০ ॥
সর্বধর্মবিশেষজ্ঞঃ পুণ্যকীর্তি মহাযশাঃ । মরীচঃ কশ্যপস্ত ত সর্বাসাং ভবৎপতিঃ ॥ ২১ ॥
উৎপাদ্যতু মহাভাগস্তাস সংজ্ঞা দশ । দাদৌ ধর্মায় ধর্মজ্ঞো দক্ষ এব প্রজাপতিঃ ।২২॥
ধর্মস্য বসবঃ পুত্রা রুদ্রাশ্চা- ততেজসঃ বিশ্বেদেবাশ্চ সাধ্যাশ্চ মরুত্বন্তশ্চ ভারত ।২৩॥
অ শ্চ যবীযস্তস্তাভোঽন্যাঃ সপ্তবিংশতিঃ সোমস্তাসাং মহাভাগঃ সর্বাসামবভবৎপতিঃ ।২৪॥
ই স্ত ব্যজাযন্ত গন্ধর্বাংস্তুরগান দ্বিজান । গাশ্চ কিং পুরুষান্মস্যান্মাস্ত জ্ঞাংশ্চ বনস্পতীন্ ॥ ৫ ।

~~ ~ ~~

'ও চাবা অদুগা মর্ত্ত্যলোককী মী পুন্নমক্ক সাত্বত বংশগী মনিগী মশক ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু মধু-সূদন হায়না কৌনখি ॥ ১৬ ॥ অদুগী তুংদা ব্রহ্মানা পুক্কী দগী মানস পুত্র তরেৎপু পুথোকখি, পোকহনখি। মথোকচুগী অদু দা দক্ষপ্রজাপতি থাবগা ব্রহ্মাগী মচা তরেৎনি তরুক্কী মমিংদি মথংগী শৎনা মরীচি, অত্রি, অঙ্গিরা, পুলস্ত্য, পুলহ ক্রতু কৌই ॥ ১৭॥ তরুক অসিগী থাউগী অহম্না মরীচিনি মরীচিনা মাগী পুক্কীংদগী ব্রহ্মাতত্ত্ব খঙবগী মহুংদা থাইদগী ময়থোইবা কশ্যপপু পুথোকখি, পোকহনখি মহাক মসি যাম্না তেজ লৈবা ব্রাহ্মণনি ॥ ১৮ ॥ ভরত শাগেগী অথোইবা! দক্ষবু দি ব্রহ্মানা মাগী খুবীদগী পুথোকখি, পোকহনখি। মহাক্তি মরীচিদগীসু হান্না পোকখিবনি। অতুনা মহাকপু প্রজাপতি হায়না কৌনখি মতুংদা দক্ষপ্রজাপতি হায়না কৌনখি ॥ ১৯॥ ভরতনন্দন! প্রজাপতি দক্ষগী মচানুপী তরাহুমদোই পোকই দিতিনা খাইগী অহল্লি ॥ ২০ ॥ মদুগী তুংদা ধর্মগী ভুবু মুং শঙলবা পুকচেল চউবা প্রজাপতি দক্ষনা অমুক মচানুপী কন্যা অমা ত। পোকখি। হান্না হায়খিবা মচানুপী তরাহুমদোই অদুগী মথা ভাক্তুনি। পুন্নমক অসিগী বিবাহ বিধি কাযদনা লোইনা পাংথোকখি ॥ ২১ ॥ ভরতনন্দন! ধর্মগী মচাশিংদি বসু নপাল তেজ কল্লবা রুদ্র, বিশ্বদেব, সাধ্যশিং মরুৎশিং—মথোয় অসিনি ॥ ২৩ ॥ অদুগী তুংদা দক্ষপ্রজাপতিগী তোঙানবা মচানুপী কুন্থরেৎ অমুক পোকখি হান্না হায়খিবা কন্যাশিং অদুগী মথ ভাক্তুনি। পুকচেল চাউববা সোমনা মথোয় পুন্নমক অদিগী পতিনি অসি নত্তবা অতৈ দক্ষগী মচানুপী য়াম্ন লৈরম্মি। মথোযশিং অসিনা গন্ধর্বশিং, শগোল, উচেকশিং, শঙ্গীশিং, কিম্পুরুষশিং ঙা ময়াম লৈপাক্ত হৌগদবা পাম্বী কযা কযাবু অদুগা বনস্পতি ( উপাম্বী ) কযা কযাবু মচা ওইনা পোকখি ॥ ২৪-২৫ ॥ অদিতিনা দেবতাশিংগী মহুংদা অথোইবা মপ ঙল কল্লবা আদিত্যশিংবু

আদিত্যানদিতি র্জজ্ঞে দেবশ্রেষ্ঠান্ মহাবলান্. তেষাং বিষ্ণুর্বামনোহভূৎ গোবিন্দশ্চাভূবৎ প্রভুঃ ॥২৬
তস্যবিক্রমণাচ্চাপি দেবানাং শ্রীর্ব্যবর্ধত। দানবাশ্চ পরাভূতাদৈত্যেয়ী চাসুরী প্রজা ॥ ২৭ ॥
বিপ্রচিত্তি প্রধানাংশ্চ দানবানসৃজৎ দনুঃ দিতিস্তু সর্বাণ সুরান্ মহাসত্বান্ অজীজনৎ ॥ ২৮॥
অহোরাত্রং চ কালং চ যথার্তু মধুসূদনঃ। পূর্ব্বাহ্নং চাপরাহ্নং চ সধমেবানুকল্পয়ৎ ॥২৯ ॥
প্রধ্যায় সোহসৃজন্মেঘাংস্তথাস্থাবর জঙ্গমান্। পৃথিবীং .সাহসৃজৎ বিশ্বাং সহিতাং ভূরিতেজসা ॥৩০ ॥
ততঃ কৃষ্ণো মহাভাগঃ পুনরেব যুধিষ্ঠির। ব্রাহ্মণানং শতং শ্রেষ্ঠং মুখাদেবাসৃজৎ প্রভুঃ ॥৩১ ।
বাহুভ্যাং ক্ষত্রিয়শতং বৈশ্যানাসুরতঃ শতম্। পদ্ভ্যাং শূদ্রশতং চৈব কেশবো ভরতর্ষভ ।৩২।।
স এবং চতুরোবর্ণান্ সমুৎপাদ্য মহাতপঃ অধ্যক্ষং সর্ব্বভূতানা' ধাতারম করোৎ স্বয়ম্ ।।৩৩।।
বেদবিদ্যাবিধাতারং ব্রাহ্মণমমিতদ্যুতিম্। ভূতমাতৃগণাধ্যক্ষং বিরূপাক্ষং চ সোহসৃজৎ ।।৩৪।

পোকখি। আদিত্যশিং অসিগী মচুংদা অথোইবা মকম পুম্বদা শীনথুংনা ঈয়ৌ য়ৌঙম্বা ভগবান গোবিন্দমক্ বামন ওইনা আদিত্যশিংগী মবক্ত পোকখি ।২৬। মহাক্কী পাঙ্গল অমদি যোগশাক্তিনা চরণ অহুম পুথোকতুনা অহুগা বিরাট মুর্ত্তি পুথোকপিতুনা মরোল অহুম্ মথন্তুনা শীনথুংনা কুপতুনা দেবতাশিংনা অম্মান অংগ শ্রী ( সম্পত্তি ) বু মথং মথং চাওখৎহনখি। বলীনচিংবা কল্লবা দৈত্য দানব কয়া বয়াবু মায়থীন পীগি। দৈত্য দানব অসুর পুম্মক মায়থীবা ফংখি। ২৬।। দনুনা দানব মযাম পোকখি। দানবশিংগী মচুংদা বিপ্রচিত্তিনচিংবনা মরু ওইবা দানবনি। দিতিনা অসুরশিংগী অহুগা মতীক মগুণ মপাঙ্গল চাউরবা দৈত্যশিংগী মমানি ।।২৮। শ্রীমধুসূদননা অয়ুক নুংথিল অহিং, ঋতুগী মতুং ইন্না কাল ( মতম ) পূর্বাহ্ন ( নুমিৎ য়ুংত্রিবৈভে ), অপরাহ্ন ( নুমিৎ য়ুংবা মতুং ) অসিনচিংবা মতমগী বিভাগ পুম্মক্কী ব্যবস্থা তৌখি ॥২৯ ॥ শ্রীমধুসূদন মশামক্না মশাগী সংকল্পদগী নোং মযাম অচচত্ত থরায় পানবশিং অহুগা হৈপাল লৈপালনচিংবা পোৎ মথল মথম থল্লবী পৃথিবীসিবু শেমখি ॥ ৩০। যুধিষ্ঠির ! অহুগী তুংদা পুকচেল চাউরবা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রাহ্মণ চাম চামবু মহাক্কী চীন্দগী (য়াদুংদগী) শেমখি ।৩১। ভরত শাগৈগী অথোইবা নিংথৌ ! হায়রিবা শ্রীকেশব মধুসূদননা ক্ষত্রিয চাম চামবু মাগী মপান্বোম অনীদগী পোকহনখি বৈশ্য চাম চামবু ফৈগল অনীদগী, অহুগা শূদ্র চাম চামবু খোঙ অনীদগী পুথোকখি, পোকহনখি ॥ ৩২ ॥ মত্তৌ অসুম্না মহাতেজ কল্লবা শ্রীহরিনা ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ মরিবু মশাদগী পুথোকতুনা মশাক্না বিধাতা ( ব্রহ্মা )বু অচচত্ত পুম্বগী অধ্যক্ষ (লুচিংবা ) ওইখি ॥ ৩৩ ॥ হায়রিবা বিধাতা অসিমক্না বেদ বিদ্যাবু পুবা তেজ লৈরবা ব্রহ্মাত্মক ওইখি। অহুদগী শ্রীহরিনা বিরূপাক্ষ ( রুদ্র ) বু শেমলগা ভূত-প্রেত পুম্মক্কী অহুগা মাতৃগণগী অধ্যক্ষ হাপখি ॥৩৪ ॥ অচচত্ত পুম্মক্কী আত্মাগী মশক্ক ওইরবা

শাসিতারং চ পাপানাং পিতৃণাং সদবর্ত্তিণম্। অসৃজৎ সর্বভূতাত্মা নিধিপং চ ধনেশ্বরম্ ।।৩৫।।
যাদসামসৃজন্নাথং বরুণং চ জলেশ্বরম্। বাসবং সর্বদেবানামধ্যক্ষ মকরোৎ প্রভুঃ। ৩৬।
যাবত্তাবদভূচ্ছ্রদ্ধা দেহং ধারয়িতুং নৃণাম্ তাবত্তাবদজীবংস্তে নাসীৎ যমকৃতং ভয়ম্ ॥ ৩৭ ॥
ন চৈষাং মৈথুনো ধর্ম্মো বভূব ভরতৰ্ষভ। সংকল্পাদেব চৈষ্ঠেযামপত্য মুপপদ্যতে ॥ ৩৮ ॥
ততস্ত্রেতাযুগে কালে সংস্পর্শাজ্জায়তে প্রজা। ন হ্যভূন্মৈথুনো ধর্ম্মস্তেষামপি জনাধিপঃ ॥ ৩৯ ॥
দ্বাপরে মৈথুনো ধর্ম্মঃ প্রজানামভবন্নৃপ। তথাকালযগে রাজন্ দ্বন্দ্বমাপেদিরে জনাঃ ॥ ৪০ ॥
এষ ভূতপতিস্তাত স্বধ্যক্ষশ্চ তথোচ্যতে। নির্পেক্ষ.শ্চ কৌন্তেয়কীর্ত্তয়িষ্যামিতচ্ছৃণ্ ।।৪১।।
দক্ষিণাপথজন্মানঃ সর্বে নরাবরান্ধ্রকাঃ। গুহাঃ পূলিন্দ ঃ শবরাশ্চুচুকা মদ্রকৈঃসহ ॥ ৪২ ॥
উত্তরাপথজন্মানঃ কীর্ত্তয়িষ্যামি তানপি। যৌনকাম্বোজগান্ধারাঃ কিরাতার্ব্বরৈঃ সহ ॥ ৪৩ ॥

শ্রীহরিনা পাপীশিংবু দণ্ডি পীবা পিতৃলোককী লুচিংবা ওইনা যমরাজবু হাপখি অদুগা হী য়াই লন-পুন্নমকী মপু ওইনবা ধনাধ্যক্ষ ওইনা কুবেরবু শেমখি, পুথোকখি ॥ ৩৫ ॥ মতৌ অসুম্না শ্রীহরিনা জলজন্তুশিংগী অধ্যক্ষ ওইনব বরুণ দেববু শেমখি পুথোকখি। ভগবান্ শ্রীহরিসিমক্না লাইয়ামগী নিংথৌ ওইনা ইন্দ্রবু শেমদুনা হাপখি ॥৩৬॥ তাইবং মীনা তাইবং মীনা তাইবং হকচাং পুদুনা লৈনিংলিবা মতম পুম্বা মহাকসু হিংদুন দুমক লৈগনি। মতোম্দা যমরাজগী মৃত্যুগা অনীগী মত্ত লৈতে ॥ ৩৭ ॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা! ঈহান হায়দা, অহাম্বা যুগতা নিপা নুপীগী মশাদা সমাগম ( সম্ভোগ ) গী প্রবৃত্তি ( থবক অমদি রাথল ) করিমতা লৈনরমদে। স'কল্প ( নীওথিবা ) তদগী মচা মশূ পোক্লরম্মি ( নিপা নুপী তিন্ন থোংনবদগী নত্তে ) ॥ ৩৮ ॥ অদুগী তু'দা ত্রেতা গীদি হকচা'গা হকচাংগা থিন্নং শোক্ল-থে'বদগী মচা মশূ পাক্লরম্মি। মতম অদুদ প্রজাশিংদা মৈথুন ধর্মগী প্রচার ব্যবহার করিমত লৈনরমদে ॥ ৩৯ ॥ নিংথৌ! দ্বাপর যুগতগী মৈথুনক্রিয়াগী আরম্ভ ( হৌবা ) ওইখি। কলিযুগ চঙঙমদাইদা দ্বাপরগী মমৈদ্ধরাইদগীদি মসিগী নিয়ম অসি কনা চংনরকপা হৌথি। কলিযুগ চঙঙকপদগীদি তৌদবা য়াত্রবা থবক অম ওইনা অদুম চংনরক্লি ॥৪০॥ ঈবুঙো, কুন্তীনন্দন! উরিবা কৃষ্ণ হায়বসে, অচচ্চত্ত জীব পুম্বগী অংবৈগী মবুঙোনি অদুগা বিশ্বজগৎ পুম্বগী অধ্যক্ষনি। অদুনা অধ্যক্ষ পুন্নমকী মথক্ত লৈবা মহাধ্যক্ষনি হৌজিক্তি নংগী নকমদা, নরককী অরাবা থুদোং থীববু উরুগদৌরিবশিং অদুগী মরমদা হায়গে, মুম্না তাও।৪ ॥ নিংথৌ! দক্ষিণ ভারত লোমদা পোকপা অন্ধ্র, গুহ. পুলিন্দ, শবর, চুচক. মদ্রক মথোয় অসি ম্লেচ্ছমক্তনি * ॥৪২॥ ঈবুঙো! নিংথৌ! উত্তর ভারততা লৈবা ম্লেচ্ছ জাতি মথৈগী রা হায়গে তাও যৌন, কাম্বোজ, গান্ধার,

* টীকা :— অশেং অমা' অদুক য়াম্না কুপনা য়েংদবা, প্রাতঃ মধ্য সায়ং কালগী বেদনিধিগী মতুং ইন্না নিত্য কর্ম থোইনা তৌদবা, আচার বিচার চাহৈ চাহৈদবনচিংবগী নিয়মদা থোইনা চচলদবা অসিগুম্বা মথোবদুবু ম্লেচ্ছ হায়না অদুম খওনখিবনি।

ততোবর্ষশতে পূর্ণেভগবাঁল্লোক ভাবনঃ। প্রত্যক্ষশ্চকার বিপ্রাত্মাঋষেঃ পরমসৌহৃদং ॥৫৩॥
তমাগতং জগন্নাথং সর্বকারণকারণম্। অখিলামরমৌল্যগ্রকৃষ্যারুণ পদদ্বয়ম্ ।৫৪।।
বৈনতেয়পদস্পর্শকিরণপোষিতজানুকম্। পীতাম্বরলসৎ কাঞ্চীদানবদ্ধকটীতটম্ ।৫৫।
শ্রীবৎস বক্ষসং চারুমণিকৌস্তুভকন্ধরম্। মন্দস্মিতমুখাম্ভোজং চলদায়তলোচনম্ ।।৫৬।।
নম্রচাপানুকরণনম্রভ্রূযুগশোভিতম্ নানারত্নমণিরাজ স্ফুরন্মকরকুণ্ডলম্ । ৫৭।।
ইন্দ্রনীলনিভাঙ্গং তং বেসুংমুকুটোজ্জলম্। দেবৈবিন্দ্রপুরোগৈশ্চ ঋষসংঘৈরাভিষ্টুতম ।।৫৮
নারদো জয়শব্দেন প্রণম্য শিরসা হরিম্ ততঃ সভগবাঞ্ছ্রীমান্ মেঘগম্ভীরয়া গিরা।
প্রাহেশঃ সর্বভূতানাং নারদং পতিতংক্ষিতৌ ॥ ৫৯ ॥

শ্রীভগবানুবাচ

ভদ্রমস্তু ঋষে তুভ্যং বরং বরয় সুব্রত। যত্তেমনসি সুব্যক্তমস্তি চ প্রদদামিতৎ ।।৬০।।

ভীষ্ম উবাচ

এবমেবং জয়শব্দেন প্রসাদেত্যাতুরো মুনিঃ প্রোবাচ হৃদি স ন্নাঢ় শঙ্খচক্রগদাধরম্ । ৬১

---

॥ ৪৯ ॥ অমমাঙৈগী বানি—পরমার্থদৃষ্টিগী মশক ওইরবা দেবর্ষি নারদনা ভূমণ্ডল আসগী তীর্থ পুম্বদা কোযনা চৎতুনা সরম্ম ॥ ৫০ ॥ কোয়রাওনববা মিৎস্না মীংলু অনীদা অমরোদগী অমরোমদা চক্ষং চন্দ লেঙলিবা হাইফেৎ লুকথবকপা লীরু অনীগী মতোগুম্বা পীশূম অনীনা মায়থোং থম্বালত্তগী ফজ্জবরু অমুক ত্তেনগংহল্ল। মথল মথল মনিরত্ন হাীয়াইনা থাম্নবা মকর ঙা মওং মাল্লবা কুণ্ডল নাইন অনীনা যেৎলোম ওয়রোম নাপ্পা অনীনা ঈরং ঈরং লংনা হাইহুম্না নীঙথিজ্জাব। শ্রীহরিগী অঙ্গকাম্বিদ (চকচাংগী কুচু মশোক্ত) চন্দ্রনীলমনিগুম্ শংবান্নে। পাম্বোম অনীদা ত ল্ (পাম্বোম ফানী) গী কোকথম্ভ্র মুতুপকী তগুপ তরেংবা মঙান্ন মায়গৈ পুম্বদা হাইদোরক্লি। ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংন ঈকোয কোযনা স্তুত তোর। ভগবান শ্রীহরিগী তগুপ তরেংবা মুত্তিব হেক উবদা জয় হায়বা রাতৈবু চন্না চদা হায়রগা মকোক লোন্থনা নারদ মুনিনা খুৎ লোম্ননা খুরমথি ॥ ৫৪-৫৮। অতুগী তুংদা নারদনা লৈমায়থক্তা দণ্ডবৎ শানা খুকপত্তুনা লৈবত্ন উবদা অচ্চেন্তা পুম্বগী স্বামী শ্রীভগবান্ নারাযণনা লেম্নবা নোংগী মখোলগুম্ য়ুম্দা ঙংলবা খোম্বোক্লা নারদদা হায়রকই ।। ৫৯ । শ্রীভগবান্না হায় :— নীঙথিবা ব্রত তপস্যাবু তৌরবা দেবর্ষি ! মঙ্গল ওইয়ু। বর নিয়ু। নহাকী পুম্নীংদা থাল্লবা পাম্লিবদো হায়দোরউ, পীগে। নংগী নীংবহু থুংহনগে ।।৬০। ভীষ্মনা হায় :— যুধিষ্ঠির ! শ্রীহরিগী প্রেমতনা ঙাওরবা, রারবা, আতুর তারবা নারদনা থম্মোয শোক্লা চন্না চন্না জয় লাওহবা, মাগী থম্মো যদা ততুনা ঙান্থোইহনা লৈবরা, শঙ্খ-চক্র-গদ পদ্মধারী ওইব, ভগবান্ শ্রীহরিদা অস্তুম্না হায়রকই :— প্রভু ! চাম্বয়ু, পেনৃবিয়ু। হে

বিরক্ষিতং জগন্নাথ ময়াজ্ঞাতং ত্বয়া চ্যুত। তৎ প্রসীদ হৃষীকেশ শ্রোতুমিচ্ছামি তদ্ধরে ॥৬২॥
ততঃ স্ময়ন্ মহাবিষ্ণু বভ্যভাষত নারদম্। নির্দ্বন্দ্বা নিরহঙ্কারা শুচয়ঃ শুদ্ধলোচনাঃ ॥৬৩॥
তে মাং পশ্যন্তি সততংতান্ পৃচ্ছ যদিচ্ছসি। যে যোগিনস্তে মহাপ্রাজ্ঞা মদংশা যে ব্যবস্থিতাঃ।
তেষাং প্রসাদং দেবর্ষে মৎ প্রসাদমবৈহি তৎ ॥ ৬৪ ॥
ইত্যুক্ত্বা স জগন্নাথ ভগবান্ ভূত ভাবনঃ। তস্মাৎ ব্রজ হৃষীকেশং কৃষ্ণং দেবকিনন্দনম্ ॥৬৫
এতমারাধ্য গোবিন্দং গতা মুক্তিং মহর্ষয়ঃ। এষ কর্ত্তা বিকর্ত্তা চ সর্বকারণ কারণম্ ॥৬৬।
ময়াপ্যেতচ্ছ্রুতং রাজন্ নারদাত্তু নিবোধতৎ স্বয়মেব সমাচষ্ট নারদো ভগবান্ মুনিঃ ॥৬৭।
সংস্তু সংসারবিঘাতকারণং ভবন্তি যে বিষ্ণু মনস্যমানসাঃ।
তে যান্তি সাযুজ্যমতীব দুর্লভং ইতীব নিত্যংহৃদিবর্ণয়ন্তি ॥ ৬৮ ॥

জগন্নাথ, হে অচ্যুত, হে হৃষীকেশ, হে হরি, ঐনা হায়জনীংবদি ঈবুঙো নংনা খঙবিরম্নে। তাক-পিবিবতুনি ঐনা তাজনী'ব'দ, মমীইবু চাহিয়ু মধুসূদন ॥ ৬১-৬২ ॥ মোমোন নোকপনা থোইনা চৈন্না নীঙথিজববা মহাবিষ্ণুনা নারদদ অসুম্না হায়রকই—অঈংবা, অশাব', অরাবা মুংঙাইবা হাযবা অসিনচি'বা অনীথোকপা রাথদগী লাম্নোরক্রবা, অহংকার ( ঐ হায়বা রাখল ) যাওদ্রবা শেংলবা করিগুম্বা দোষ অগদিনত্তবা রাখল য়াওদ্রবা দৃষ্টি ( মীৎয়েং ) পুরিবা, অদুগুম্বা মহাত্মানা ঐগী থাজৈংশেংবা স্বরূপপু সাক্ষাৎকাব তৌই অদুনা নারদ ! অদুগুম্বা জ্ঞানী মহাত্মাশিংগী মফমদা নংনা খঙনীঙ হায়নীংলিবদো হংও। মখোয়না চপ চানা তাক্লক হায়রক্লনি ॥ ৬৩ ॥ দেবর্ষি। পুকচেল শেংলবা যোগী মহাজ্ঞানী ওইবা মহাক অদো ঐগী অংশনি। মখোয়না তাকপ্দো ঐনা তাকপনি হায়ন লৌ। অদুগুম্বা জ্ঞানী যোগীনা চানবীবদো, মখোয়না তৌবিবা কৃপা অদে ঐনা তৌবিবা কৃপানি হায়না খঙও ॥ ৬৪ ॥ অসি হায়রম্মগা অচচ্চত্ত পুম্নমকী হৌরকফম ভগবান শ্রীহরি অদু মফমদুদগী খঙহৌদনা লেঙখোকখি। অদুনা যুধিষ্ঠির ! মহাকসু ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী স্বামী, ভগবান দেবকী নন্দনসিগী চরণদা আশ্রয় লৌজো ॥৬৫॥ অসুম ওইবা ভগবান শ্রীগোবিন্দগী আরাধনাবু ভক্তি শ্রদ্ধাগ লোয়ননা তৌজবদগী মহর্ষি যোগী জ্ঞানী কয়া কয়ানা অরানবা থুডম ফংজখি। মহাক অসিত্তনা জগৎপুম্বগী সৃষ্টী কর্ত্তানি ( অশেম্বা মপু ন ), জগৎপু অমুমুক প্রলয়দা চঙহনখ্রিবসু মহাক অসিনি। ( মাগী হকচাংমুংদা লোইশিন খোমজিন-চমথিবত্তবু প্রলয় কৌবনি )। কারণ পুম্নমকী ঈহান হানবা কারণ দ মহাক্নি ॥ ৬৬ ॥ নিংথৌ রাসি ঐসু নারদজীদগী তাবনি। নংসু দেবর্ষি মঙোন্দগী তাবা য়াই। ভগবান নারদ মুনিনা মশামক্না রা অসি ঐঙোন্দা হায়বিখিবনি। ৬৭॥ সংসারগী বন্ধন পুম্নমক্নগী লাম্নোক্লনবগী কারণ ওইবা ভগবান শ্রীবিষ্ণুগী অরাধনাবু পুক্নীং অনী লোঙদনা তৌজবা অদুগুম্বা ভক্তত্তনা সাযুজ্য চৌব

দেবং দেবর্ষিরাচষ্ট নারদঃ সর্বলোকদৃক্ ॥ ৬৯ ॥

নারদোঽপ্যথ কৃষ্ণস্য পরং মেনে নরাধিপ । শাশ্বতত্বং মহাবাহো যথাবৎ ভরতর্ষভ ॥৭০॥

এষ মেষ মহাবাহুঃ কেশবঃ সত্যবিক্রমঃ । অচিন্ত্যঃ পুণ্ডরীকাক্ষো নৈষ কেবল মানুষঃ ।৭১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বনি মোক্ষধর্ম পর্বণি

সর্বভূতোৎপত্তিকথনে চতুরধিকদ্ব্যাশততমোধ্যায়ঃ ।

—(০)—

মে ক্ষবু * ফংবা ভস্মি । রা অসি মতম পুম্বদা ঐগী থম্মোয়দা চুহনা চুহনা লৈরি । ঋষিশিংনসু রা অসি ঐভোন্দা তত্তনা হায়রিবনি ।৬৮। জগৎ পুম্বগী মতুং মপান লোইনা উরবা দেবর্ষি নারদনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মহিমাবু তাকপিখিবনি ।। ৬৯। ভরত শাগৈগী অথোইবা, কল্লবা নিংথৌ ! শ্রীনারদজীনা শ্রীকৃষ্ণগী পরমাত্মা, পরমেশ্বরভাবপু চপ মান্নবা খঙবনি ।।৭০। যুধিষ্ঠীর ! ননাক্তা লৈরিবা, থাঙ্গৈশেংনা শক্তিমান ওইবা থম্বাল মীৎতা তারবা, কল্লবাকেশব, মধুসুদন কৃষ্ণসে পরমেশ্বর, পরমাত্মা হায়বতুগী সাকার মুর্ত্তিনি । মহাক অসিবু চুমগী সাধারণ তাইবং মী অমনি হায়না খনগনু ৭১।

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা

সর্বভূতোৎকথনগী চনীগা মরিশুবা অধ্যায় লোইরে ।

—(০)—

* টীকা— মুক্তি চায়বানি মথল মঙানি । সাযুজ্য ( অমত্তা ওইনা তিন্নখিবা ), সালোক্য ( লোক অমত্তদা হুনদুনা লৈখিবা ), সামীপ্য ( মনাক্ত লৈখিবা ) সাষ্টিথ্য । য়ায়া মকশিন্নখিবা অদুগা সার্ষ্টি ( ভাবহ্ ভাবত্তা অমত্তা ওইমিন্নবা ) ।—কালাচাঁদ ।

# "মণিপুরী মহাভারত"

## পঞ্চাধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ।

( চনীগা মঙাশুবা অধ্যায় )

### ব্রহ্মাগী বংশাবলী হায়বা মতাং

### যুধিষ্ঠির উবাচ

কে পূর্ব্বমাসন্ পতয়ঃ প্রজানাং ভরতর্ষভ । কচর্ষয়ো মহাভাগা দিক্ষু প্রত্যেকশঃ স্মৃতাঃ ॥১ ॥

### ভীষ্ম উবাচ

শ্রূয়তাং ভরতশ্রেষ্ঠ যন্মাং ত্বং পরিপৃচ্ছসি । প্রজানাং পতয়ো যেঽস্মিন্ দিক্ষু যে চর্ষয়ঃ স্মৃতাঃ ॥২ ॥

একঃ স্বয়ম্ভূর্ভগবানাদ্যো ব্রহ্মা সনাতনঃ । ব্রহ্মণঃ সপ্ত বৈ পুত্রা মহাত্মানঃ স্বয়ম্ভুবঃ ॥ ৩ ॥

মরীচিরত্র্যাঙ্গিরসৌ পুলস্ত্য পুলহঃ ক্রতুঃ । বসিষ্ঠশ্চ মহাভাগঃ সদৃশো বৈ স্বয়ম্ভুবা ॥ ৪ ॥

সপ্তব্রহ্মাণ ইত্যেতে পুরাণে নিশ্চয়ং গতাঃ । অত উর্দ্ধং প্রবক্ষ্যামি সর্ব্বানেব প্রজাপতীন ॥৫ ॥

অত্রিবংশসমুৎপন্নো ব্রহ্মযোনিঃ সনাতনঃ প্রাচীনবর্হি ভগবাংস্তস্মাৎ প্রাচেতসা দশ ।৬ ॥

দশানাং তনয়স্ত্বেকো দক্ষো নাম প্রজাপতিঃ । তস্য দ্বে নামনী লোকে দক্ষঃ ক ইতি চোচ্যতে ॥৭ ॥

~ ~ ~ ~ ~ ~ ~ ~ ~

যুধিষ্ঠিরনা হায় ঃ— ভরতশ্রেষ্ঠগী অথোইবা ঈবুধৌ ! মমাংডেদা কনা কনানা প্রজাপতি ওইখি ? কনম্ করম্বা মাযহৈগেন। ঋষি কনা কনাগী মায়কৈগ লম্নি হায়না থজনবগে । । ১ ॥ ভীষ্মনা হায় কুরু শাকৈগী মিথো অথোইবা ! জগৎ অসিদা লৈখিবা প্রজাপতিশিং অমগী করম করম্ব মাযকৈগে পুক্তন লৈবম্ব ঋষিশিংনো হায়বতগা মরম্দা ঐ লোইনা হায়থরক্কে তাও । ২ ॥ অহানবদা লৈরম্বসি সনাতন ওইবা ( মতম্পুম্বদা লৈবা ) মথন্ত পোকচবা ( স্বয়ম্ভূ ) ভগবান্ ব্রহ্মা ওংঙনি ব্রহ্মাদগী পোকখিবা (থোকখিবা) মচা তরেংনি ।। ৩ । মখোয়গী মাংদ মরীচি, অত্রি, অঙ্গিরা, পুলস্ত্য পুলহ ক্রতু অমগা পুক্চেল্ চাউবা বসিষ্ঠ মথায় অদুনা মখোয় অমম্মা স্বয়ম্ভূ ব্রহ্মামক্ষা মাম্না শক্তি লৈবামক্তনি । ।। ৪ । পুরাণদা ব্রহ্মা তরেৎ অসিনি হায়না লেপ্পপ্রবনি । ঐ হৌজিক্, প্রজাপতি পুম্নমক্কী বংশাবলী হায়বা হৌরগে । ৫ । অত্রিগী বংশদা অহানবদা পোক্খিবদি সনাতন ওইবা ব্রহ্ম যানি ভগবান্ প্রাচীনবর্হিনি। মহোক্নগী প্রাচেতস কৌবা প্রজাপতি তরা মথং-মথং পোকখি । ৬।। তরা অমগী মচুংদা, দক্ষ হায়বসি মথন্তনা অফাওবা ওইখি । মাগী মমিং অনীনি— 'দক্ষ"

মরীচেঃ কশ্যপঃ পুত্রস্তস্য দ্বেনামনী স্মৃতে। অরিষ্টনেমিরিত্যেকে কশ্যপেত্যপরে বিদুঃ ॥ ৮ ॥
অত্রেশ্চৌরসঃ শ্রীমান্ রাজাসোমশ্চ বীর্য্যবান্। সহস্র যশ্চ দিব্যানাং যুগানাং পর্য্যুপাসিতা। ৯ ॥
অর্যমা চৈবভগবান্ যেচাস্য তনয়া বিভো। ত্রতে প্রদেশাঃ কথিতা ভুবনানাং প্রভাবনাঃ ।১০॥
শশবিন্দোশ্চ ভার্য্যাণাং সহস্রানি দশাচুৎত। একৈকস্যাং সহস্রংতু তনয়া নামভূত্তদা। ।১১ ॥
এবং শতসহস্রনাং শতংতস্য মহাত্মনঃ। পুত্রানাং চনতে কিংচিদি চ্ছন্ত্যন্যং প্রজাপতিম্ ।।১২ ॥
প্রজাযাচক্ষতে বিপ্রাঃ পুরানাঃ শাশবিন্দবীম্। স বৃষ্ণিবংশ প্রভবো মহাবংশঃ প্রজাপতেঃ ॥ ১৩ ॥
এতে প্রজানাং পতয়ঃ সমুদ্দিষ্টা সশস্বিনঃ। অতঃ পরংপ্রবক্ষ্যামি দেবাংস্ত্রিভুবনেশ্বারান্ ।।১৪ ॥
ভর্গো হংশশ্চর্যমা চৈবমিত্রোথ বরুণস্তথা। সবিতা চৈব ধাতা চবিবস্বাংশ্চ মহাবলঃ ॥ ১৫ ॥
ত্বষ্টা পূষ্বা তথৈবেন্দ্রো দ্বাদশো বিষ্ণুরুচ্যতে। ইত্যেতেদ্বাদশাদিত্যাঃ কপশ্যস্যাত্মসম্ভবাঃ ॥ ১৬ ॥
নাসত্যশ্চৈ দস্রশ্চ স্মৃতৌ দ্বাবশ্বিনাবপি। মার্ত্তণ্ডস্যাত্মজাবেতাবষ্টমস্য মহাত্মনঃ ॥ ১৭ ॥

---

হায়বা অমা, "কৎ" হায়বা অমা ॥ ৭ ॥ মরীচিগী মচানা কশ্যপ হায়রিবসিনি। মাগী মমিংমু. অনীনি অমনা অরিষ্টনেমি, অতোপ্পনা কশ্যপ হায়না খাইনা খঙনরিবসিনি ॥ ৮। অত্রিগী মচাদি শান্নবা, নীঙথিজরবা নিংথৌ সোম হায়রিবসিনি। মহাক্না লাইগী চহীদা ম্হি লিশিং তবা চুপ্পা ভগবানগী উপাসনা তৌখি ॥ ৯॥ নিংথৌ! ভগবান অর্য্যমঃ অমুগ মাগী মচাশিং অমু খাইদা উপদেশ আদেশ পীগন্বা শেম্বা শাবা থোকৃনবদা য়াম্না হৈবা খঙবা ঙাক্কনি হায়নৈ ॥ ১০ ॥ ধর্ম্মগী লম্বীদগী করিমম হন্দ্রবা, লেঙজ্রবা যুধিষ্ঠির! শশবিন্দুগী লোয়নবী লিশিং তরানি। মখোয় অমমমদগী মচা লিশিং অমমম্ পোক্‌খি। মতৌ অসুম্না মহাত্মা অসিগী মচা কেটি অমা পোক্‌খি। মখোয় অসি নতুনা মহাক্না অতৈ অতোপ্পা প্রজাপতি অম ফংবগী (পোক্‌পগী) আশা অমতা তৌখিদ্রে ॥ ১১—১২ ॥ অদুনা, মমাংঙৈগী পুরাণ হৈবা খঙদা ব্রহ্মণশিংনা প্রজ ময়াম্না পোক্‌প হৌখিবসি শশবিন্দুগী হাক্তকগীদি হায়নৈ। প্রজাপতিবগী অসিগুম্বা পাবচউবা বংশ অসিনা বৃষ্ণিবংশ হায়বা কাওববা বংশ অদুবু পোক্‌হনখিবনি ॥ ১৩ ॥ যুধিষ্ঠির প্রজাশিং অসি পোক্‌খি-পোক্‌খিবগী রারী থরদ ঐনা নীশ্রে। তৌঙ্গিক্ ঐনা অমুক্ হায়গদৌরিবদ লোক কচুমু শাসন তৌবা দেবতাশিং অসিগী পরিচয় অদুনি ॥১৪ ॥ ভগ, অংশ, অর্যমা, মিত্র বরুণ, সবিতা, ধাতা, মহাবলী বিবস্বান্, ত্বষ্টা পূষা, ইন্দ্র অমগা তরানিথোই গুবদা বিষ্ণু—। আদিত্য তরানিথোই অসি, অদিতি কশ্যপ অনীগী মচা ঙাক্কনি। ১৫—১৬॥ নাসত্যগা দস্র অনী অসি অশ্বিনীকুমারনি হায়নৈ। অদুনা মখোয় অনীস অশ্বিনীকুমার কুমার অনী (অশ্বিনীগী মচা অনী) হায়রগা অদুম্ খঙনগ্রে। অনীসিগী মপাদি নিপালশুবা আদিত্য বিবস্বান্ (সূর্য্য দেব) নি ॥ ১৭ ॥

তে চ পূর্বং সুরাশ্চেতি দ্বিবিধাঃ পিতরঃ স্মৃতাঃ। ত্বষ্টুশ্চৈবাত্মজঃ শ্রীমান্ বিশ্বরূপো মহাযশাঃ ॥১৮॥
অজৈকপদহির্বুধ্ন্যো বিরূপাক্ষোথ রৈবত। হরশ্চ বহুরূপশ্চ ত্র্যম্বকশ্চ সুরেশ্বরঃ ॥ ১৯ ॥
সাবিত্রশ্চ জয়ন্তশ্চ পিনাকী চাপরাজিতঃ। পূর্বমেব মহাভাগা বসবোঽষ্টৌ প্রকীর্তিতাঃ ॥২০॥
এত এবংবিধা দেবা মনোরেব প্রজাপতেঃ। তে চ পূর্বং সুরাশ্চেতি দ্বিবিধঃ পিতরঃ স্মৃতাঃ ॥ ২১ ॥
শীলযৌবন তস্ত্বন্যস্তথান্যঃ সিদ্ধসাধ্যয়োঃ। ঋষয়ো মরুতশ্চৈব দেবানাং চোদিতো গণঃ ॥ ২২ ॥
এবমেতে সমাম্নাতা বিশ্বেদেবাস্তথাশ্বিনৌ। আদিত্যাঃ ক্ষত্রিয়াংস্তেষাং বিশশ্চ মরুতস্তথা ॥২৩॥
অশ্বিনৌতু স্মৃতৌ শূদ্রৌ তপস্যুগ্রেসমাস্থিতৌ। স্মৃতাস্ত্বঙ্গিরসো দেবাব্রাহ্মণা ইতি নিশ্চয়ঃ ॥ ২৪ ॥
ইত্যেতৎসর্বদেবানাং চাতুর্বর্ণ্যং প্রকীর্তিতম্। এতান্ বৈ প্রাতরুত্থায় দেবান যস্তু প্রকীর্তয়েৎ ॥২৫॥
স্বজাদন্যকৃতাচ্চৈব সর্বপাপা প্রমুচ্যতে। যবক্রীতোঽথ রৈভ্যশ্চঅর্বাবসুপরাবসূ ॥ ২৬ ॥
ঔশিজশ্চৈব কক্ষীবান্‌বল বলশ্চাঙ্গিরসঃ সুতাঃ ঋষির্মেধাতিথেঃ পুত্রঃ কণ্বো বর্হিষদস্তথা ॥ ২৭ ॥

হায়রিবা দেবতাশিং অসিনা পিতর মথল্ অনী থোক্লা লৈবা ওইনা খঙনখ্রে। ত্বষ্টাগী মচানা শ্রীমান্ বিশ্বরূপ হায়বনিনি ॥ ৮ ॥ অজৈকপদ, অহির্বুধ্ন্য, বিরূপাক্ষ, রৈবত, বহুরূপ, ত্র্যম্বক, সুরেশ্বর, সাবিত্র, জয়ন্ত, পিনাকী অমসুং অপারাজিত— মখোয় অসি রুদ্র তরামাথোইনি। মহাভাগ ওইরবা বসু নিপালগী রাদি হায়রবনি ॥ ১৯-২০ ॥ অসুম্না, হায়রিবা দবতাশিং অসে প্রজাপতি মনুগী মচা ওক্লনি। হায়না হায়রিবা দেবতাশিং অমসুং লৌকিক হায়রিবা দেবতাশিং অসিগী পিতর কাংলুপ্ অনীনি হায়না য়ানখ্রে-খঙনখ্রে ॥ ২১ ॥ দেবতা (লাই) শিংগী মরক্তসু লমচৎ-শাজৎ ফজবা অমসুং মাঙথবা হন্দবা, লৈতবা যৌবনগী অবস্থানা মখোয় যগী ওইবা অসিগুম্বা কাংলুপ্ অমা, অমসুং কাংলুপ অমনা সিদ্ধ সাধ্যশিংমক্তনা ওই। ঋতু অমসুং মরুৎ অনী অসি লাইশিংগী কাংলুপ অনীমুগী মমিংনি ॥ ২২ ॥ মতৌ অসুম্না বিশ্বেদেব অশ্বিনীকুমার হায়রিবা অসিসু দেবতাশিংগী গণগী মমিনি দেবতাশিং অসিগী মনুংদা আদিত্যশিংনা ক্ষত্রিয়, মরুৎশিংনা বৈশ্য হায়নৈ। ২৩। কঠোরবা তপস্যাদা পুক্নীং চঙবনা লৈবা অশ্বিনীকুমার ( নাসত্য-দস্র ) শনীসি শূদ্রনি হায়নৈ। অঙ্গিরাগী গোত্রদগী থোকখিবা মখোয় ব্রাহ্মণনি হায়না যানৈ। বিদ্বান্ পণ্ডিতশিংগী সিদ্ধান্তনি ॥ ২৪ ॥ মরম্ অসিনা স্বর্গগী লাইশিংগী মনুংদসু বর্গ মরি অসি লৈ হায়বসি হায়রবসিনি অয়ুক্ য়াহৌরকপদা বর্ণ মরিগী দেবতাশিং অসিশক পাক্লবদি মী মহাক্ অমুনা মশানা তৌখিবা অমসুং কত্তবা সঙ্গদগী তৌরবা পাপ পুম্বা কোকই ॥ ২৫ ॥ যবক্রীত, রৈভ্য, অর্বাবসু, পরাবসু, ঔশিজ, কাক্ষীবান্, অমসুং বল— মখোয় অসিনা অঙ্গিরাগী মচানি ॥ ২৬ ॥ ঈবুঙো! যুধিষ্ঠির! মেধাতিথিগী মচা কণ্বমুনি, বর্হিষদ, অমসুং ত্রিলোকপু পুথোকপা ভম্বা সপ্তর্ষিশিং—মখোয় অসিনা লোংপোক্ মায়কৈদা

ত্রৈলোক্যভাবনা স্তাভ প্রাচ্যাংসপ্তর্ষয়স্তথা । উন্মুচো বিমুচশ্চৈব স্বস্ত্যাত্রেয়শ্চবীর্য্যবান্ ॥২৮॥
প্রমুচশ্চেধ্মবাহশ্চভগবাংশ্চ দৃঢ়ব্রতঃ । মিত্রাবরুণয়োঃ পুত্রস্তথাগস্ত্যঃ প্রতাপবান্ ॥ ২৯ ॥
এতেব্রহ্মর্ষয়ো নিত্যমাস্থিতা দক্ষিণাং দিশম্ । উষঙ্গুঃ কবষো ধৌম্যঃ পরিব্যাধশ্চবীর্য্যবান্ ॥ ৩০॥
একতশ্চ দ্বিতশ্চ ত্রিতশ্চৈব মহর্ষয়ঃ । অত্রেঃ পুত্রশ্চভগবাংস্তথা সারস্বত প্রভুঃ ॥ ৩১ ॥
এতেচৈবমহাত্মনঃ পশ্চিমমাশ্রিতাদিশম্ । আত্রেয়শ্চবসিষ্ঠশ্চ কশ্যপশ্চ মহানৃষিঃ ॥ ৩২ ॥
গৌতমোঽথভরদ্বাজো বিশ্বামিত্রোঽথকৌশিকঃ । তথৈব পুত্রোভগবানৃচীকস্যমহাত্মনঃ ॥ ৩৩ ॥
জমদগ্নিশ্চ সপ্তৈতে উদীচীমাশ্রিতাদিশম্ । এতেপ্রতিদিশংসর্বেকীর্ত্তিতাস্তিগ্মতেজসঃ ॥ ৩৪ ॥
সাক্ষীভূতামহাত্মানো ভুবনানাং প্রভাবনাঃ । এবমেতে মহাত্মানঃস্থিতাঃ প্রত্যেকশো দিশম্ ॥৩৫॥
এতেষাং কীর্ত্তনং কৃত্বা সর্বপাপৈর্বিমুচ্যতে । যস্যাং যস্যাং দিশিহ্যেতেতাং দিশিং শরণংগতঃ ।
মুচ্যতে সর্বপাপেভ্যঃ স্বস্তিমাংশ্চগৃহান ব্রজেৎ ॥ ৩৬ ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বনি মোক্ষধর্মপর্ব্বণি
ব্রহ্মাংশাবনীকথনে পঞ্চাধিকদ্বিশততমোধ্যায়ঃ

লে ॥২৭॥ উন্মুচ, বিমুচ, কল্লবা স্বস্ত্যাত্রেয়, প্রমুচ, ইধ্মবাহ, মরুচেৎনা কল্লবা ব্রতবু পালন তৌনা মিত্রাবরুণগী মচা প্রতাপ কল্ল ভগবান্ অগস্ত্য হায়রিবা ব্রহ্মর্ষিশিং অসিনা মথা মায়গৈ পুত্থনা লৈরি ॥ ২৮-২৯ ॥ উপঙ্গু, কবষ, ধৌম্য, কল্লবা পরিব্যাধ মথোয় অসিনা অতুগা ॥ ৩০ ॥ একত, দ্বিত, ত্রিত অতুগা অত্রিগী মচা প্রভাব চাউরবা সারস্বত হায়রিবা মতৌক মগুণ চাউরবা ঋষিশিংসিনা নোংচুপ মায়গৈবু পুত্থনা লৈরি ॥ ৩০-৩১ ॥ আত্রেয়, বসিষ্ঠ মহর্ষি কশ্যপ, গৌতম, ভরদ্বাজ, কুশিকব শগী বিশ্বামিত্র অতুগা মহাত্মা ওইরবা ঋচীককী মচা ভগবান্ জমদগ্নি মথোয় অসিনা অরাং মায়গৈবু পুত্থনা লৈরি=৩২-৩৩ ॥ মায়গৈ খুদিংদা লৈরিবা মহাত্মা ওইরবা ঋষিশিং অসিগী মমিং মথা লোইনা হায়রবনি । মহাত্মাশিং অসে লোক পুন্নমকপু অসুম ওইহনগে হায়ন শেংনা হুম্নবা মর্ত্যলোককী মী খুদিংনা লোম্না থুপ্না তৌবা কর্ম পুন্নমকী সাক্ষী ওইদুনা লৈরবা ঙাক্তনি । মথোয়গী থম্মোয়দি য়াম্না পাবচ উবনি । মতৌ অসুম্না মথোয়না মায়গৈ পুন্নদা লৈরিবনি ॥ ৩৪-৩৫ ॥ মথোয়সিগী গুণগান তৌরবা মী মহাক অতোঁদ পাপ পুন্নমক্তগী নান্দ্রোকই । চৎনীং চৎনীংবা মায়গৈদা লমদ, ম য়গৈ মায়গৈতবু পুরিবা মথোয়সিবু নীঙশিং নীঙশিং চৎথ্রবা অদুগা যুমদা হল্লকপা মতমগী মায়গৈদা মায়গৈতবু পুরিবা ঋষিশিং অসিবু নীঙশিং নীঙশিংনা হল্লক্লবদি য়াত্রক মী মহাক অতু যৈথায় থিংগাইবা লৈতনা চৎথি হল্লক্ল ॥ ৩৬॥ .

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা প্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা ব্রহ্মবংশাবলী তাকপা মতাংগী চনীগা মঙাগুবা অধ্যায় লোইরে ।

—(•)—

# "মণিপুরী মহাভারত"

## ষডধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

( চনীগাতরুককুবা অধ্যায় )

### ভগবান্ বিষ্ণুগী বরাহ অবতার বর্ণন

### যুধিষ্ঠির উবাচ

পিতামহ মহাপ্রাজ্ঞ যুধি সত্যপরাক্রমঃ। শ্রোতুমিচ্ছামি কার্থ্স্ন্যেন কৃষ্ণমব্যয়মীশ্বরম্ ।১।
যচ্চাস্য তেজঃ সুমহৎ যচ্চ কর্ম পুরা কৃতম। তন্মে যথাতত্ত্বং ব্রূহি ত্বং পুরুষর্ষভ ॥ ২ ॥
তির্য্যগ্‌যোনিগতং রূপং কথং ধারিতবান্ প্রভুঃ। কেনকার্য্যনিসর্গেণ তমাখ্যাহি মহাবল ॥ ৩ ॥

### ভীষ্ম উবাচ

পুরাহং মৃগয়াং যাতো মার্কণ্ডেয়াশ্রমেস্থিতঃ। তত্রাপশ্যং মুনিগণান্ সমাসীনান্ সহস্রশঃ ॥ ৪॥
ততস্তে মধুপর্কেণ পূজাং চক্রুরথোমমি প্রতিগৃহ্য চতাং পূজাং প্রত্যনন্দমৃষীনহম্ ॥৫ ॥
কথৈষা কথিতা তত্র কশ্যপেন মহর্ষিণা। মনঃ প্রহ্লাদিনীং দিব্যাং তামিহৈকমনাঃ শৃণু ৬ ॥
পুরা দানব মুখ্যা হি ক্রোধলোভ সমন্বিতাঃ বলেন মত্তাং শতশো নরকাদ্যা মহাসুরাঃ ॥ ৭ ॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়:— লালফমদা ঈচম চম্বা পাঙ্গল থোনাবু ফুদোকওম্ব, মহাজ্ঞানী ঈবুধো ! পরমেশ্বরদি খঙজরে। মপুংফানা মাগী মহিমাবু তাজনীঙ্ভি ॥ ১১ ॥ নিপা অথোইবা ! মহাকী তেজদি লাবতমফাঙমদবনি। মমাঙৈগী যুগশিংদা মানা তৌথিবা মহাকীর্মলীলাশি তু ঐ তাজনীঙ্ভি ! অদুনা মাদু মথং শীংনা চপ চান -অমুক্ত লৌথবিরকউ ॥২ ॥ কল্পবা ঈবুধো ! জগৎ পুম্বগী স্বামী ওইরবা মহাক্না করিগীদমক্ত শ-ডুদগী হম্বা মপোক্না অবতার লৌথবনো ? মাসি ঐঙোন্দা হায়বিয়ু ॥ ৩ ॥ ভীষ্মনা হায়:— নিংথৌ ! অ-মমাংঙৈগী রানি. ঐ নোংমা বনদা ইথক্ত মৃগয়া চংলি অসুম চংপদা মর্কণ্ডেয় ঋষগী অশ্রমদা থুংঙি। মফমদুদ মুনি ঋষিং লিশিংমুক্না ফমতুনা লৈবতু উই ॥ ৪ ॥ ঐনা মখোয়গী নাক্ত চঙশনখিবদা মখোয়না মধুপর্ক খন্না পুখোরকতুনা ঐঙোন্দা আতিথ্য সংকার তৌখ ঐসু মখোয়গী অতিথি সংকার অদুবু য়ায়া . লুঙইনা হরাও হরাওনা লৌই ॥৫ ॥ মতম অদুদা, পুরীংদা য়ায়া সুংডাইবগী ইপোম হৌহনবা কুইরবা ল্যাইগী রারী অমা লীরকই। রারীদো ঐ অমুক নঙোন্দ লীগে তাও ॥ ৬॥ মমাংঙৈদা নরকাসুরনচংবা মরু ওইবা দৈত্যদানব কয়া বয়ানা মপাঙ্গল অশাউবা অমদি অপাম্বা মিংহৌবা

তথৈব চান্যে বহবো দানবা যুদ্ধ দুর্মদাঃ। নসহন্তেস্ম দেবানাং সমৃদ্ধিং তামনুত্তমাম্ ॥ ৮ ॥
দানবৈরর্দ্যমানাস্তু দেবা দেবর্ষয়স্তথা। নশর্ম লেভিরে রাজন্ বিশমানাস্ততস্ততঃ ॥ ৯ ॥
পৃথিবী মার্ত্তরূপাংতে সমপশ্যন্ দেবৌকসঃ। দানবৈরভিসংস্তীর্ণাং ঘোররূপৈর্মহাবলৈঃ ॥১০॥
ভারার্ত্তামপহৃষ্টাংচ দুঃখিতাং সংনিমজ্জতীম্। অথাদিতেয়াঃ সংত্রস্তাব্রহ্মান মিদমব্রুবন্ ॥ ১১
কথং শক্ষ্যামহে ব্রহ্মন্! দানবৈরভিমর্দনম্ স্বয়ম্ভুস্ত সুবাচেদং নিসৃষ্টোঽত্র বিধির্ময়া ॥ ১২
তে বরেণাভিসম্পন্ন বলেন চ মদেনচ। নাববুধ্যা স্তু সম্মূঢা বিষ্ণুমব্যাক্তসর্শনম্ ॥১৩
বরাহরূপিণং দেবমধৃষ্যমমরৈরপি। এষ বেগেন গত্বাহি যত্রতে দানবাধমাঃ ॥ ১৪
অন্তর্ভূমিগতা ঘোরা নিবসন্তি সহস্রশঃ। সমযিষ্যামি তচ্ছ্রুত্বা জহৃষুঃ সুরসত্তমাঃ ॥ ১৫
ততো বিষ্ণুর্মহাতেজা বারাহং রূপমাস্থিতঃ। অন্তর্ভূমিং সম্প্রবিশ্য জগাম দিতিজান্ প্রতি ॥ ১৬

লোইনা ময়াই কানখি ॥ ৭ ॥ মখোয় থরত্থ নত্তবা অতৈ অতৈ লান্দা লাকঙম কাঙবত্রবা দানব লিশিং লিশিং অত্থসু ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংগী মচাক মরল চাওথংপা অমদি সম্পত্তিশিং উবদা কল্লক-মিহৌবনা মাত্থ উত্থনা খাঙত্থনা লৈবা ওম্মকত্রে ॥ ৮ ॥ নিংথৌ! মখোয়না নৈরকপদা, তৌশিল-লকপা অত্যাচারদা লাইয়াম অসি খাঙবা ওম্মকত্রে। পোথাকম থঙত্তকত্রে। মখোয়না আক্রমণ তৌশিল্লকপদা কোয়চেন চেন্দুনা খাঙনয়ে, লোৎনরে ॥৯ ॥ মর্ত্ত্য লোক পূম্বদসু অক্বিবগী মশক ফংলবা শাওং শাদা পূরবা দানবশিং অসিনা চীক্ল চায়নবা ওম্মকত্রে। পৃথিবী মাতা অসিমক ফত্রবা মখোয়গী অত্যাচারগী ভার অত্থ পুত্থনা খাঙত্থনা লৈবা ওম্মকত্রে। অবস্থা অসি স্বর্গগী লাইয়ামশিংনা উরে ॥ ১০॥ মহা অত্যাচারগী ভার অসি পুবা ওমদত্থনা, করিমত্তা হুংঙাইকম পোথাকম থঙদনা পৃথিবী মাতাসে ঈপাক ঈশুংদা লুপত্থনা থুপত্থনা লৈত্রে। মাসি উবদা আদি-তিগী মচা মথৈনা কিবনা থক থক নীকত্থনা ব্রহ্মাজীগী নাক্তা চৎত্থনা অসুম্না হায়খি :—॥১১॥ ব্রহ্মন্! পিতামহ! দিতিগী মচা দানবশিংনা ঐখোয়বু নৈরিবসে ঐখোয় খাঙবা ওম্মকত্রে। মাসি তাবদা স্বয়ম্ভু ব্রহ্মানা মখোয়দা অসুম্না হায়রকই—"দেবতা পুম্নমক! মখোয়সি গাঙখি তুমখিননবা উপায় এনা তৌত্থনা শেমত্থনা লৈরবনি ॥১২॥ দানবশিং অসে ববদানদগী মত্ত ওইত্থনা নাপন্ন লুতোন কায়ম্না লৈরবনি পঙলবশিংসিমা অব্যক্ত স্বরূপ ভগবান শ্রীবিষ্ণুগী ব্যক্ত শক্তিবু মখোয়না মশক খঙত্রত্থনা লৈরবনি। মহাক্কী শক্তিদি মখোয়াদ হায়রুমু, লাইয়াম নখোয়না ফাওবা খঙবা ওম্বা নত্তে। মখোয়বু তুম্না মাঙহনগে হায়বগীদমক্তা ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুনা ওক্কী মূর্ত্তি লৌত্থনা লৈরবনি ॥১৩ই ॥ দৈত্য দানব লিশিং লিশিংনা পাতালদা লৈরি মখোয় অসিবু বরাহ মূর্ত্তি পুরবা বিষ্ণু ভগবানা তুম্না মাঙহনবিগদৌরি।" রাসি দেবতা পুম্নমক হুংঙাই হবাউ-মনগ্রত্থনা ঈপা পাথৎত্রে ॥ ১৪-১৫ ॥ অসোমদা ভগবান শ্রীবিষ্ণু এক্কী মূর্ত্তি পুত্থনা শাফু কম্না পাতালহুংদা চোংথখি। দৈত্যশিংগী মনাক্ত চপ লেপ্লুই ॥ ১৬ ॥ লোকত লৈতবা, অলৌকিক

দৃষ্ট্বা চ সহিতা সর্বে দৈত্যাঃ সত্ত্বমমানুষম্ । প্রসহ্য তরসা সর্বে সংতস্থুঃ কালমোহিতাঃ ॥ ১৭
ততস্তে সমভিক্রুত্য বরাহং জগৃহুঃ সমম্ । সংক্রুদ্ধাশ্চ বরাহং তং ব্যকর্ষন্তসমন্ততঃ ॥ ১৮
দানবেন্দ্রা মহাকায়া মহাবীর্য্যবলোচ্ছ্রিতাঃ । নাশক্নুবংশ্চ কিঞ্চিত্তে তস্য কর্তুং তদাবিভো ॥ ১৯
ততোহগচ্ছং বিস্ময়ং তে দানবেন্দ্রা ভয়ং তথা । সংশয়ং গতমাত্মানং মেনিরে চ সহস্রশঃ ॥ ২০
ততোদেবাধিদেবাঃ স যোগাত্মা যোগসারথিঃ । যোগমাস্থায় ভগবা স্তদা ভরতসত্তম ॥ ২১
বিননাদ মহানাদং ক্ষোভয়ন্ দৈত্যদানবান্ । স নাদিতা যেন লোকাঃ সর্বাশ্চৈব দিশো দশ॥২২
তেনসংনাদশব্দেন লোকানাং ক্ষোভ আগমৎ সংত্রস্তাশ্চ ভৃশং লোকে দেবাঃ শক্রপুরোগমাঃ ॥২৩
নির্বিচেষ্টং জগচ্চাপি বভূবাতিভৃশং তদা । স্থাবরং জগমং চৈব তেন নাদেন মোহিতম্ ॥ ২৪
ততস্তে দানবাঃ সর্বে তেন নাদেন ভীষিতাঃ । পেতুর্গতাসবশ্চৈব বিষ্ণুতেজঃপ্রমোহিতাঃ ॥ ২৫

---

ওইব অমুক্ত উ থদ্রিবা মহাজীবদবু উবদ থোয়রবা নাপল চাউরবা দৈত্যদানবশিংনা থেংনগদবগী মপান্থোন মপান্থেম তিংদুনা চপ চপ লেংতুনা শেম শাদুনা লৈখি। মরমদি মখোয়গী অন্তকাল হায়দুনা মখোয়বু শুন্দাংতুনা থমগ্রবনি ॥ ১৭ ॥ মখোয়সু বরাহ দেববু উবদা থোইদোক্না শাউনা থাওং-থাওং হায়দুনা চেনশিল্লকতুনা মখোয় অদুক য়াম্বা দানবশিং অদুনা মথুৎশিং অদু তিংথোরকতুনা মায়গৈ মরিদা কোংশিল্লকতুনা বরাহ দেববু ফারে। অদুদগী মখোয় ময়াম্না বরাহ দেববু ঈনখা চিংবা হৌরক্লে ॥ ১৮ ॥ অদুবু নিংথৌ! অদুক কল্লবা মশা মউ রাং চাউয়বা মখোয় ময়ামদুনা বরাহ দেববু থোওফম নাম ফাওবা লেওহনবা ওমথিদ্রে, করিমত্তা শোকপা য়াথিদ্রে॥১৯॥ মাদু উবদা দৈত্যদানব ময়ামদুগী থম্মোয়দা অকিবা, চিংনবা, অওকপা পোকখ্রে। দৈত্যদানব লিশিং লিশিং অদো অমুক হিংদুনা লৈথিগনি হায়বগী আশা থাদোক্লরক্লে ॥ ২০ ॥ ভরত শাগেগী অথোইবা নিংথৌ! অসিগী তুংদা যোগগী মশক ওইরবা, যোগবু শেম্লিনা দেবতা পূম্নমক্কীসু দেবতা ওইরবা বরাহ মূর্ত্তিধারী ভগবাননা দৈত্যদানবশিংবু মিপাইহনগে হায়বগীদমক্ত যোগাসনদা ফমদুনা কনাগুম্বনা অমুক্ত তাথিদ্রিবা খোল্ল ওবু জগৎ পুম্বসি পুমনমক নিংনা লাউথি। খোল্লাও অদুগী প্রতিধ্বনিনা মরোল অদুম, মাযগৈ তবামক পুম্নমক নিনথি ॥ ২১-২২ ॥ অকিবগী মশক ওইরবা খোল্ল উ অদুনা মরোল তরেং থোইবেল মশা পাইথি। স্বর্গ লাকতা ইন্দ্রনচিংবা দেবতা পূম্নমক্সু কিবনা থক থক নীক্লথি ॥ ২৩ ॥ সিংহনাদ অদুদা শুন্দাংথিদুনা অচচ্চত্ত পুম্বা তুমিন তুমিন লৈনথি। চেক-মোক মক্ত লাওনথিদ্রে। উনা-রানা ফাওবা চপ চপ লপথি লেওওংথিদ্রে ॥ ২৪ ॥ অদুগী তুংদা দানবশিং অদু ভগবানগী খোল্লাউ অদুদা কিমনপ্রদুনা পাথৎনথিদুনা মথয়ায় য়াওদনা লৈমায়থক্তা তুংনথি। মখোয় পুম্নমক অদু ভগবান্ বিষ্ণুগী তেজনা পুমতুম শুন্দাংথিদুনা মকম মরাং থওদনা তুকক তুকাই চন্দুনা তুমিন তুমিন কাইথনথি ॥ ২৫ ॥ রসাতল

রসাতলগতশ্চাপি বরাহস্ত্রিদশ দ্বিষাম্। খুরৈর্বিদৃবিয়ামাস মাংসমেদোঽস্থিসংচয়ান্॥ ২৬
নাদেন তেন মহতা সনাতন ইতি স্মৃতঃ। পদ্মনাভো মহাযোগী ভূতাচার্য্যঃ সভূতরাট্॥ ২৭
ততোদেবগণাঃ সর্ব্বে পিতামহমুপাব্রবন্। তত্রগত্বামহাত্মান মূচুশ্চৈব জগৎপতিম্॥ ২৮
নাদোঽয়ং কীদৃশো দেব নৈতং বিদ্ম স্বয়ং প্রভো।
কোঽসৌহি কস্যবা নাদো যেনবিহ্বলিতং জগৎ॥ ২৯
দেবাশ্চ দানবাশ্চৈব মোহিতাস্তস্য তেজসা। এতস্মিন্নন্তরে বিষ্ণুর্ব্বারাহরূপমস্থিতঃ॥ ৩০

পিতামহ উবাচ

নিহত্য দানবতীন্ মহাবর্ষ্মা মহাবলঃ। এষ দেব মহাযোগী ভূতাত্মা ভূতভাবনঃ॥ ৩১॥
সর্ব্বভূতেশ্বরো যোগী মুনিরাত্মা তথ ত্মাঃ। স্থী র ভবত কৃষ্ণোঽয়ং সর্ব্ববিঘ্নবিনাশনঃ॥৩২॥

---

ফাওবা চথখিহনা ভগবান বরাহ দেনা দেবতাশিংগী য়েক্রবা দানবশিংবু খুঁজল লোংখুমনা থিনগাই শেগাইহ্নদা মখোয়গী শিংগী নাচী, ঈনাহি মতং বগশিংগী মপৈ মপৈ তাহনা লৈখ॥ ২৬॥ জীব পানবা পুম্নমকী আচার্য্য অমগা স্বামী ওইরবা, মহাযোগী পদ্মনাভ ভগবান্ বিষ্ণুসি, অাকবগী মশক ওইরবা সিংহনাদ অদু লাউথির্বদগী "সনাতন" * অসুম হায়না খঙনখ্রে॥ ২৭॥ খোল্লাউ অসি তবদা দেবতা পুম্নমক্ জগৎ শেম্বা পিতামহ ব্রহ্মাগী নাক্ত চৎখি। মখোয়না অসুম্না হায়রুই — হে দেব! প্রভু! হৌজিক্কী খোল্লাউ অদুবু কবিনো? অকনবা কনাগী খোল্লাউনো? অদুগা করিগীনো অসুক কম্না লাউথ্রিবা! খোল্লাউ অদুনা বিশ্বজগৎ পুম্বা থক থক নীক্লখ্রে। দেবতা দানব পুম্বা মহাক্কী তেজনা পুমগুম গুঙ্গাৎতুনা থমখ্রে॥ ২৮-২৯½॥ মহাবাহু! নিংথৌ! অসুম্না হায়নরিঙৈদা বরাহরূপী ভগবান্সি ঈপাক ঈনুংদগী চোংথোরকই। মতম অদুদা, মহর্ষিশিংনা স্তুতি তৌখি॥ ৩০॥ পিতামহ ব্রহ্মানা হায়:— দেবতা পুম্নমক! যেংঙু! রাং চাউরবা থোইনা কল্লবা, মহাযোগী, অচচ্ছত্ত পুম্ববু পোকপিব, জীব পানবা পুম্নমকী আত্মা, ভগবান বিষ্ণু অসে, দৈত্যদানব পুম্নমকপু তুম্না হাৎলগা লেংলক্লে॥৩১॥ মহাক অসে জীব পানবা পুম্নমকী ঈশ্বর (মপু) নি। মহাযোগীনি, মহামুনিনি, আত্মাগীসু আত্মানি। মহাক দৈথায়বা অপনবা পুম্নমকপু কোকহনবা শ্রীকৃষ্ণ হায়বহুনি। অদুনা নখোয পাখৎবসু, তপথো॥ ৩২॥ ভগথৈ লৈতবা, লোইবা লৈতবা, লোইবা থম্বা লৈতবা মশেক মডাম থল্লবা মহাতেজ কল্লবা, লাইথক কবা হায়দুগী চঙঙকম থোরকফম মাগী মথক্তা অহেনবা অম লৈত্রবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণসে হিংচা-

---

* টীকা:— সনা হায়বগী অর্থদি মকম মতম পুম্নমক্ত হায়বনি। সদা হায়বদি সনা হায়বনি। তন হায়বদি শীনখুংনা লৈবা লৈগদবা হায়বনি। তন (বিস্তারে) ধাতুদগীনি। মকম মতম পুম্বদা শীনখুংনা লৈবদি আকাশ নি। আকাশগী গুণদি শব্দনি-নাদনি। অদুনা মকম অসিদা সনাতন হায়বসি সনাতন নাদব্রহ্মগা লোয়ননা খোল্লাউ হায়বসু য়াই। মরমদি হন্দা হায়বদি বেদদা দুগী মহৎ তত্ব ওইনে। অদোমদা পুরবসু কল্লিসু হায়দে।—কালাচাদ।

কৃত্বা কর্মাতিসাধ্বেতদশক্যমমিত্র প্রভুঃ
ঈমাযাতঃ স্বমাত্মানং মহাভাগো মহাদ্যুতিঃ ॥ ৩৩

পদ্মনাভো মহাযোগী মহাত্মা ভূতভাবনঃ।
ন সন্তাপোন ভীঃ কার্য্যাশোকো বা সুরসত্তমাঃ ॥৩৪

বিধিরেব প্রভাবশ্চ কালঃ সংক্ষয়কারকঃ।
লোকান্ ধারয়তাতেনমাদো মুক্তো মহাত্মনা ॥৩৫

স এব হি মহাবাহুঃ সর্বলোকনমস্কৃতঃ।
অচ্যুতঃ পুণ্ডরীকাক্ষঃ সর্বভূতাদিরীশ্বরঃ। ৩৬

## যুধিষ্ঠির উবাচ

পিতামহ মহাপ্রাজ্ঞ সর্বশাস্ত্রবিশারদ।
প্রয়াণ কালে কিংতপ্যং মোক্ষভিস্তত্ত্বচিন্তকৈঃ ॥৩৭

কিমনুস্মরন্ কুরুশ্রেষ্ঠ মরনে পর্যুপস্থিতে।
প্রাপ্নুযাৎ পরমাংসিদ্ধিং শ্রোতুমিচ্ছামি তত্ত্বতঃ ॥৩৮

## ভীষ্ম উবাচ

সংযুক্তিমহিতঃ সূক্ষ্ম উক্তঃ প্রশ্নস্ত্বমানঘ।
শৃণম্বাবহিতো রাজন্! নারদেন পুরা শ্রুতম্ ॥৩৯

শ্রীবংসাঙ্কং জগৎবীজমনন্তং লোকসাক্ষিণন্।
পুরা নারায়ণং দেবং নারদঃ পরিপৃষ্টবান্ ॥৪০

## নারদ উবাচ

ত্বামক্ষরং পরং ব্রহ্ম নির্গুণং তমসঃ পরম্।
আহুর্বেদ্যং পরং ধাম ব্রহ্মাদিকমলোৎভবম্ ॥ ৪১

---

য়াইতম্বা পুন্নমকপু উদ্ধার তৌবিবন্নগা অসোমদা লেঙলক্রে ॥৩৩॥ দেবতা অথোইবশা। মহাযোগী জীব পাম্বা পুম্ববু পোকপিবা, পাদ্মনভ ভগবানূনি মাসে। অছুনা অরাবা অকিবা, চিংনবা পুম্ব থাদোকউ ॥ ৩৪ ॥ বিধি বিধাতা হায়ববু মহাক্নি, প্রভাব ( শক্তি ) হায়ববু মহাকসিনি। সংহার তৌরবা কাল হাযবা লাইদো মহাকসিনি। পরমাত্মাসিনা জগৎ পুন্নমকপু ভাকে, অরাবদগী কনবিগে হায়বগীদমক অকিবগী মশক ফংলবা সিংহনাদ তৌখিবনি। হৌজিক লাউথ্রিবদো মহা-পুরুষ অসিনি ॥ ৩৫ ॥ মহাক অসিনা অচচ্চত্ত পুন্নমক্কী আদিকারণনি জগৎ পুম্বনা মাগী মাগী রাথরা ফংবা, পাম্বা নাম মুত্তিদা খুকয়রিবদো মহাক অসিনি। কল্লব, থম্বাল মীত্তা তারবা অচ্যুত শ্রীকৃষ্ণ হায়বদো মহাক অসিনি ॥ ৩৬ ॥ যুধিষ্ঠিরনা হায :— শস্ত্র পুন্নমক্কী জ্ঞানদা লোইনা খঙলবা, মহাজ্ঞানী ঈবুধো। অরানবা খুভয় ফ নি ব সাধক ভক্তশিনা অন্তকালদ করম্বা মন্ত্রবু শোনফম থাকপগে? ॥ ৩৭ ॥ কুরু শাগৈগী অথোইবা! শিরংদাই মতম্না ওইনক্লবদা কনাবু নীংজবা মীনা অথোইবা সিদ্ধিবু ফংবগে? পোকপগী মহৈ য়ায়খিবগে? মাহ্ন ঐনা থাজেংশেংনা তাজনীংঙি ॥৩৮॥ ভীষ্মনা হায় :— নিংথৌ পাপ থওদ্রবা। নংনা হন্দক হংলিবসিদি থাইদগী হেন্না হংফম থোকপা, কুপথ্রবা শেংলবা রাহংনি মাহ ঐ হায়গে মুন্না তাও ॥ ৩৯ ॥ থবাক শ্রীবৎস খুদম্না লৈত্তে বা জীব পুম্বগী মূল কারণ ( মরু ) মহাক্কী অন্ত লৈতবা, জগৎ পুম্বগী সাক্ষী ওইবা ভগবান নারায়ণ মশামক্ত নারদনা, ঙসি নংনা হংলিবস্ন্না হংখি ॥ ৪০ ॥ নারদনা হায় :— ভগবন্! মহর্ষিশিংনা হাযনৈ—মহাক্নি অবিনাশী ( অমাঙ অতা লৈতবা ) নি। পরব্রহ্ম,

ভগবন্ ভূতভব্যেশ শ্রধানৈর্জিতেন্দ্রিয়ৈঃ । কথং তর্কৈর্বিচিন্ত্যোহসি যোগিভির্মোক্ষকাঙ্ক্ষিভিঃ ।৪২
কিং চজপ্যং জপেন্নিত্যং কল্যমুত্থায় মানবঃ । কথং যুঞ্জন্ সদা ধ্যায়েৎ ব্রুহি তত্ত্বং সনাতনম্ ।।৪৩
শ্রুত্বা তস্য তু দেবর্ষের্বাক্যং বাচস্পতিস্বয়ম্ । প্রোবাচ ভগবান্ বিষ্ণুর্নারদং বরদঃ প্রভুঃ ॥ ৪৪

## শ্রীভগবানুবাচ

হন্ত তে কথয়িষ্যামি ইমাং দিব্যামনুস্মৃতিম্ । যামধীত্য প্রয়াণেতু মদভাবায়োপপদ্যতে ॥ ৪৫
ওঁকার মগ্রতঃ কৃত্বা মাংনমস্কৃত্যনারদ । একাগ্রঃ প্রযতোভূত্বা ইমং মন্ত্রমুদীরয়েৎ ॥ ৪৬
ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়েতি । ইত্যুক্তো নারদঃ প্রাহ প্রাঞ্জলিঃ প্রণতঃস্থিতঃ ॥ ৪৭
সর্বেদেবেশ্বরং বিষ্ণুং সর্ব্বাত্মানং হরিং প্রভুম্

## নারদ উবাচ

অব্যক্তং শাশ্বতং দেবং প্রভবং পুরুষোত্তমম্ । ৪৮
প্রপদ্যে প্রাঞ্জলির্বিষ্ণুমক্ষরং পরমং পদম্ । পুরাণং প্রভবং নিত্যমক্ষয়ং লোকসাক্ষিণম্ ॥ ৪৯

---

নির্গুণ, অজ্ঞানগী অমম্বা তমোগুণদগী রাংমদা লৈবা, বিশ্বা পুম্বগী মপু, থাইদগী হেনবা লমথুংকম, ব্রহ্মাগী পোক্লকম, ঈহান হানবা কমল ( থম্বাল ) ক্লমকীসু হৌরকফম, হৌপ্রবা লাকদোবিবা পোৎ পুম্বগী স্বামী ( মপু ) নি। ভূতভবিষ্যৎ বর্ত্তমানগী স্বামী হে পরমেশ্বর! নত্তোপ্প ভক্তি শ্রদ্ধা থমজববা, সংসারগী অরাবদগী লাম্বোক্লীংলবা, যোগী সাধকশিংহুনা নংগী কথম্বা স্বরূপপু ধ্যান তৌগদগে? ।।৪০-৪২। তাইবং মীনা হুমিৎ থুদিং অয়ুক য়াহৌরকপদা যোগশিংনা করম্বা মওংদা ধ্যান তৌগদগে? সনাতন ওইবা তত্ত্বগী বর্ণন অত্থ তৌবিয়ু। ৪৩। দেবর্ষি নারদগী রা অসি তাবদা বাণী ( রাঙাং ভারা ) পুম্নমক্কী অধিপতি, বর পীনহৈবা, ভগবান্ বিষ্ণুনা নাবদদা অসুম্না হায়বকই। ৪৪। শ্রীভগবান্‌না হায়:— দেবর্ষি! ঐনা যাম্না হরাউ হুংঙাইনা নংগী নমাঙদা মহাদিব্য ওইবা, অনুস্মৃতি অসি ঐ হায়রগে। মাসিবু অন্তকালদা শোল্লবদি মী অত্থ স্বরূপমক ওই ।।৪৫।। নারদ। অহানবদা ওঁকারগী উচ্চারণ তৌরগা ঐবু নাঁওহনা খুরুমগনি অত্থদগী লুক্লীং অনী লোঙদনা, হায়মদি অতৈ অমা থম্দনা "ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়" অসুম্না মন্ত্র অসি শোনগদৌরবনি ।।৪৬।। ভগবান্‌না অসুম্না হায়রবদা নাবদনা যুৎ লোম্নহনা নোল্লুক্না থুরুম্ খুরুম্‌না হৌগৎলি। ৪৭ অত্থদগী দেবতা পুম্নমক্কী দেবতা ওইরবা আত্মা পুম্নমক্কী আত্ম ওইরবা পাপ পুম্না কোকপিহৈরবা ভগবান্ বিষ্ণুদা নারদনা অসুম্না হায়রকই ।৪৮।। নারদনা হায়, পুরাণ পুরুষ ওইরবা পোৎ থুদিংগী পোক্লকম ওইবা, নিত্য, অক্ষয় ( অমাঙ-তা লৈতবা ) জগৎ পুম্নগী সাক্ষী, থম্বাল লৈনাগুম ফজনা মিত্তা তারবা, ভক্তগী মথা পোনবিবা বিষ্ণুগী চরণদা ঐনা অংশ্রয় লোজরি ।৪৯। লোক পুম্নমক্কী স্বামী, অঙাকপা মপু, নয়ন লিশিং অমা পানবা ( হায়বদি

প্রপদ্যে পুণ্ডরীকাক্ষমীশ্বরং ভক্তানুকম্পিনম্ লোকনাথং সহস্রাক্ষমক্ষরং পরমং পদম্ ॥৫০
স্রষ্টারং সর্বলোকানামনন্তং বিশ্বতোমুখম্ । ভগবন্তং প্রপন্নোঽস্মি ভূতভব্যভবং প্রভুম্ ॥ ৫১
পদ্মনাভং হৃষীকেশং প্রপদ্যে সত্যমচ্যুতম্ । হিরণ্যগর্ভমমৃতং ভূগর্ভং পরতঃ পরম্ ॥৫২
প্রভোঃ প্রভুমনাদ্যন্তং প্রপদ্যেতং রবিপ্রভম্ । সহস্রশীর্ষং পুরুষং মহর্ষিতত্ত্ব ভাবনম্ ॥ ৫৩
প্রপদ্যে সূক্ষ্ম মচলং বরেণ্যমভয়পদম্ । নারায়ণং পুরাণর্ষিং যোগাত্মানং সনাতনম্ ॥ ৫৪
স স্থানং সর্বতত্ত্বানাং প্রপদ্যে ধ্রুবমীশ্বরম্ যঃ প্রভুঃ সর্বভূতানাং যেন সর্বমিদং ততম্ ॥৫৫
চরাচরগুরুর্বিষ্ণুঃ সমেদেবঃ প্রসীদতু । যস্মাৎচেৎপদ্যতে ব্রহ্মা পদ্মযোনিঃ পিতামহঃ ॥৫৬
ব্রহ্মযোনির্হি বিশ্বাত্মা সমে বিষ্ণুঃ প্রসীদতু । যঃ পুরা প্রলয়ে প্রাপ্তেনষ্টেস্থাবর জঙ্গমে ।
ব্রহ্মাদিষু প্রলীনেষু নষ্টে লোকে পরাবরে ॥ ৫৭
আভূতসম্প্লবে চৈব প্রলীনে প্রকৃতৌ মহান্ একস্তিষ্ঠতি বিশ্বাত্মা সমে বিষ্ণুঃ প্রসীদতু ॥৫৮

---

মতম অমতদা লোইনা উবিবা ), ভুত ভবিষ্যৎ বর্ত্তমানগী মপু ওইরিবা অহুগুম্বা অঙকপা অথোইবা থুভমবু পীনবৈবা ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুগী চরণদা ঐনা আশ্রয় লৌজরি ।।৫০।। লোক পুম্নমক্কী স্বামী ওইরিবা, ভাকপিবা মপুস্নু ওইরিবা মীৎ লিশিং অমা পাল্লিবা, ভূৎভবিষ্য বর্ত্তমানবু লোইনা থঙলি উরিষা, অঙকপগী মশক ওইরবা ভগবান্ বিষ্ণুগী চরণদা আশ্রয় লৌজরি, চঙজরি ।।৫১।। লোক পুম্নমকপু শেম্বিরিবা ভমথৈ লৈতবা, মায়গৈ পুম্বা মায় ওনবা, থোইদৌদ থম্বাল শাংঙম্বা, সত্যগী মশক ওইব, হৃষীকেশ ( ইন্দ্রিয়শিংগী মপু ) হিরণ্যগর্ভ, পৃথিবীবু গর্ভদা পুঙম্বা বিষ্ণুগী আশ্রয়দা চঙজরি ।৫২। প্রভুগীসু প্রভু ওইবা, আদি অন্ত লৈতবা, নুমীৎকী মঙাল পুঙম্বা কোক লিশিং অমা পাম্বা মহর্ষি মহাপুরুষ ওইবা তত্ত্বতনা ওইহনবা য়াবা বিষ্ণুগী চরণদা আশ্রয় লৌজরি ॥৫৩॥ কূপ্পবা, লেঙদবা, মঙ্গলগী মশক ওইবা. কিহন্দবা, পুরাণ ঋষি নারায়ণ ওইবা, যোগতন মাগী অত্মা ওইবা, মতম পুম্বদা লেঙদনা লৈবা বিষ্ণুগী চরণদা আশ্রয় লৌজরি ॥ ৫৪ । তত্ত্ব খিবক্কী তুংনক্কম ওইবা, উম্বিবা পুম্বা মঙোন্দগী শন্দোকখিব, লেঙত্রবা ঈশ্বরগী মশক ওইবা বিষ্ণুগী চরণদা আশ্রয় লৌজরি ।৫৫ অচচ্চত্ত পুম্বগী গুরু ওইরিবা, মঙোন্দগী পদ্মযোনি পিতামহ ব্রহ্মানা পোকখবা অতগুম্বা বিষ্ণুনা ঐবু চান্বিসনু ।৫৬। ব্রহ্মাগী পোক্নফম বিশ্বজগৎকী আত্মা . জগৎ পুম্বনা প্রলয়দা চঙত্রবদা মহাক্তদি লৈহৌবা বিষ্ণু মহাক্না ঐবু চান্বিসনু পেনবিসনু মমাঙৈদা মহাপ্রলয়গী মতমদা অচচ্চত্ত পুম্বা মুঙত্রবদা ব্রহ্মানচিংবা দেবতা কাওবা লৈ খিত্রহন্দ সংসারগী অচৌ অপীক পোৎ পুম্নমক মশক উথিত্রবদা, মৈ-ঈশিংনচিংবা মহাভূত পুম্বা থুপত্রবদা মহাতত্ত্বসু প্রকৃতিদ প্রলীন ওইত্রবদা মহাক মথন্তুদি মমৈহৌরবা বিশ্বাত্মা ওইবা বিষ্ণুনা ঐবু চানবিসনু পেনবিসনু ।৫৭ ৫৮।। মখি, মখি, অনী, মঙা, অনী ময়েক তরেৎ অসিনা শাব

চতুর্ভিশ্চ চতুর্ভিশ্চ দ্বাভ্যাং পঞ্চভিরেবচ । হূয়তেচ পুনর্দ্বাভ্যাং সমেবিষ্ণুঃ প্রসীদতু ॥ ৫৯॥
পর্জ্জন্যঃ পৃথিবী সস্যং কালো ধর্ম্মঃক্রিয়া ক্রিয়ে গুণাকরঃ সমে বভ্রুর্বাসুদেবঃ প্রসীদতু ॥৬০
অগ্নীষোমার্কতারাণাং ব্রহ্মরুদ্রেন্দ্র যোগিণাম্ । যস্তে জয়তি তেজাংসি সমে বিষ্ণুঃ প্রসীদতু ॥৬১ ॥
যোগাবাস নমস্তভ্যং সর্ব্বাবাস বরপ্রদ । যজ্ঞগর্ভং হিরণ্যাঙ্গং পঞ্চযজ্ঞ নমস্তুতে ॥ ৬২
চতুর্ম্মূর্ত্তে পরং ধাম লক্ষ্ম্যাবাস পরার্চ্চিত । সর্ব্বাবাস নমস্তেঽস্তু বাসুদেব প্রধানকৃৎ ॥৬৩
অজস্রমগম পন্থা হ্যমুর্ত্তির্বিশ্বমূর্ত্তধৃক্ । বিকর্ত্তঃ পঞ্চকালজ্ঞ নমস্তে জ্ঞানসাগর ॥৬৪
অব্যক্তাৎ ব্যক্তমুৎপন্নং ব্যক্তাৎযস্তু পরোঽক্ষয়ঃ । যস্মাৎ পরতরং নাস্তি তমস্মি শরণং গতঃ ॥৬৫

মন্ত্রনা মহাক্কীদমক্তা আহুতি পীনরিবা বিষ্ণু মহাক্না ঐবু পেন্থিসনু * ॥ ৫৯ ॥ থোং, পৃথিবী, মহৈনরোং, কাল, ধর্ম, কর্ম, কর্ম অভাব ( লৈতবা ) পুন্নমক অসিনা মাগী মশক ওইবা গুণ পুন্নমক্কী তুংনকম শংবান্নরবা কুচু পুবা, ভগবান বাসুদেবম। ঐবু চানবি পেন্থিসনু ॥ ৬০ ॥ অগ্নী, চন্দ্রমা, সূর্য্য নক্ষত্র, ব্রহ্ম, রুদ্র, ইন্দ্র অহুগা যোগীশিংগী তেজবু নথস্তগী তেজনা মমহৎপা ভগবান বিষ্ণুনা ঐবু চানবিসনু ॥ ৬১॥ যোগগী লৈকম ! থুরুমজৈ নংবু। থাইগী লৈকম বর পীনহৈবা ! যজ্ঞ পুম্ববু গর্ভদা পুঙম্বা ! সনাগী কুচু পুঙম্বা, পঞ্চ যজ্ঞগী মশক ওইবা ! পরমেশ্বর ! থুরুমজৈ নংবু হন্না হন্না ॥ ৬২ ॥ হে বিষ্ণু নহাক্তি, শ্রীকৃষ্ণ, বলভদ্র, প্রদ্যুম্ন, অনিরুদ্ধ অসুম হায়না রূপমরি পুঙম্বনি। নংগী থাইগী অহেনবা ধামনি, লক্ষ্মীগী লৈফম্নি, থাইনা থাইদগী হেন্না পূজা তৌননীঙাইনি, জগৎকী তুংনকম লৈফম্নি, প্রকৃতিমকপু পুথোকপা নহাক্নি। হে বাসুদেব ! থুরুমজৈ নহাকপু হন্না হন্না ॥৬৩॥ হে বিষ্ণু ! নহাক্তি মতম লৈবা থিবিক্ত লৈবনা পোকপা হায়বা লৈতবনি। মী থাইনা য়োঙমদবা লমথুংকম্নি, মশামক নিরাকার ওইথবসু বিশ্বজগৎকী পোৎ থুদিংবু সাকার ওইহল্লি। নিরাকার ওইনা ওইনা জগৎপু পুন্নি। সংসার তৌরিব রূপ হায়ববু নহাক্না ওইবনি। প্রাতঃ সঙ্কর ( ময়ক্কী মতম ), মধ্যাহ্ন, অপরাহ্ন, সায়ংকাল হায়বা মতম মঙা অসিসু নংনা উহনবনি। মাসিগী তত্ত্ব থঙবদি নহাক্নি। হে জ্ঞানগী ঈপাক থুরুমজৈ নহাকপু হন্না হন্না ॥ ৬৪ ॥ অব্যক্ত পরমাত্মা ওইবা নঙোন্দগী, ব্যক্ত ( মশক মওং নাইবা, মশক উবা ) জগৎ অসি থোকখ্রবনি চত্ননা বাক্তদগীসু তেংঙানবা নহাক্নি। অমাঙব লৈতবা, নঙোন্দগী হেনবা চৌন্নম পুম্বদা অথোইবা ওইবা অমত্তা জগৎ ব্রহ্মাণ্ডদা লৈত্রবনি। হে ভগবান বিষ্ণু ! থুরুমজৈ নঙোন্দা হন্না হন্না ॥ ৬৫ ॥ মহাতত্ত্ব প্রকৃতি অনী অমিদি জড়নি অশিবনি।

* টীকা :— বিষ্ণুগী আহুতি ( হোম ) ত্রৌবদা অহানবদা ময়েক মরি অহুগী তুংদা অমুক মরি অহুগী তুংদা অনী অহুগী তুংদা মঙা অহুদগীদি অমুক মঙা অহুগী তুংদা অনী অসুম্না ময়েক তন্নাতন্নেৎনা শাবা মন্ত্র থীনৈ। ৪+৪+২+৫+২+১৭ অসিনি। মন্ত্রদি :— "অশ্রাবয় অস্তুশ্রৌষৎযজমে যজামহে বষট্" । + কালাচাঁদ।

ন প্রধান্যে ন চ মহান্ পুরুষশ্চেতনো হ্যজঃ । অনয়োর্য পরস্তরঃ তমস্মি শরণংগতঃ ॥৬৬
চিন্তয়ন্তোহি যং নিত্যং ব্রহ্মেশানাদয়ঃ প্রভুম্ । নিশ্চযং নাধিগচ্ছন্তি তমস্মিশরণংগতঃ ॥৬৭
জিতেন্দ্রিযা মহাত্মানো জ্ঞান ধ্যান পরায়ণাঃ যং প্রাপ্য ন বর্ত্তন্তে তমস্মি শরণংগতঃ ॥ ৬৮
এবগংশেন জগৎ সর্বয়বষ্টভ্য বিভুঃ স্থিতঃ অগ্রাহ্যো নির্গুণো নিত্যস্তমস্মি শরণংগতং ॥৬৯
সোমোর্কাগ্নিময়ং তেজো যা চ তারাময়ী দ্যুতিঃ । দিবি সংজায়তে যোহয়ং স মহাত্মা প্রসীদতু ॥৭০
গুনাদিনির্গুণশ্চাদ্যো লক্ষ্মীষাংশ্চেতনোহ্যজঃ । সূক্ষ্মঃ সর্বগতো যোগী সমহাত্মা প্রসীদতু ॥ ৭১
সাংখ্যযোগাশ্চরে চান্যে সিদ্ধাশ্চ পরমর্ষয়ঃ । যং চিদিত্বা বিমুচ্যন্তে স মহাত্মা প্রসীদতু ॥ ৭২
অব্যক্তং সর্বধিষ্ঠাতা হ্যচিন্ত্যঃ সদসৎপরঃ আস্থিতিঃ প্রকৃতিশ্রেষ্ঠঃ স মহাত্মা প্রসীদতু ॥৭৩

পুরুষতনা চেতননি, পোকপা লৈতবনি । মাঙথিগদবা, মাঙরোইদবা অনীসদগীসু তোঙান্ন লৈব মহাবিলক্ষণ ওইবা নহাক্নি । হে পুরুযোত্তম! থুরুমজৈ নঙোন্দা হন্না হন্না ॥ ৬৬ ॥ ব্রহ্মা, শিবনচিংবা দেবতা পুম্নমক্না অহিং থুংথিলদা নংবু ধ্যান তৌহনা নংগী স্বরূপ তত্ত্ববু পুথোক্নদবগী হোৎনবি, অদুবু নিশ্চয় করিমত্তা তৌবা ঙমদে । অদুম ওইবা অজ্ঞেয় ( খঙমদবা ) ওইবা পরমাত্মা নঙোন্দা চঙজরি ॥৬৭॥ নহাকপু ফংলবা উরবা তুংদা, জ্ঞান লৈববা ধ্যান যোগদা পুক্নীং চঙলবা ইন্দ্রিয় খুত্থম চল্লবা, মহাত্মাশিংগুনা পোকপা শিবগী অমুক হন্না অবাগমন ( হঙ্গৎ হন্দা চৎপা লাকপা ) তৌরদ্রে । অদুগুম্বা ভগবান শ্রীহরি নংগী চরণদা চঙজরি ॥ ৬৮ ॥ মফম মতম পুম্বদা শীনথুংনা লৈঙম্বা । বিশ্বজগৎ পুম্বসি নংগী পীক্রবা শরুক অমতদা নপতুনা লৈরি । করিগুম্বা ইন্দ্রিয় অমত্তনা নংবু লাম্বা শোকপা ঙম্বা নত্তে । নির্গুণ নিত্য ওইবা পরমাত্মা নংগী চরণদা চঙজরি ॥ ৬৯ ॥ আকাশদা ঙাল্লবা জ্যোতি (মঙাল) পুরিবা নুমিৎ থা থরাম্নিচাকনচিংবশিংসিনা নংগী ঙমখৈ লৈত্রবা স্বরূপকী পীক্রবা শরূক অমমম ওতহুনা লৈরি । থম্নক্ম থোকপ্রবা শক্তিনা নহাকী ওইবা হে পরমাত্মন ! ননাইবু পেনবিযু চান বযু ॥ ৭০ ॥ মশাদি নির্গুণ ওইবগ জগৎকী পোৎ থুদিংগী রূপ রসনচিংবা গুণ পুম্নমকী পোক্নকফমদি ওইবা দেহ খুদ দা লৈবা প্রকৃতি পুরুষশিং অসিগী আদি পুরুষ ওইরিবা সম্পত্তি ( লক্ষ্মী ) পুম্নমকী স্বামী চেতনা শক্তি ওইরিবা, পোকপ লৈতব খাইদগী পীক্রবা কুপলবা পরমাণুগী মশক ওইবা চাউরকপদা বিশ্বজগৎ পুম্বা মাগী মগু দা হাপ্প চম্ব মফম অমতদা লেঙদনা লৈরগ মফম পুম্বা পুমযৌ যৌঙবা পোৎ থুদিংগা তিন্ননা লৈবদগী মহাযোগী ওইয়া মহাত্মা শ্রীহরিনা ঐঙোন্দা পেন্নিবা নুংশিবিবা ওইসনু ॥ ৭১ ॥ জ্ঞানযোগী, কর্মযোগী কয়া কযানা, সিদ্ধপুরুষ মহর্ষি কয়া কযানা মাবু মাগী তত্ত্ববু খঙজরবা সংসারদগী জীবমুক্ত ওইখিবা, অদুগুবা পরমাত্মা শ্রীহরিনা পেন্নিবা চান্নিবা ওইসনু ॥ ৭২ ॥ অব্যক্ত ( মশক মওং নাইদবা ) ওইনা পুম্নমকী তুংনফম ওইরিবা অসিমক্নি হায়না লায়না লেপকম খঙনফম থম্নকম

ক্ষেত্রজ্ঞঃ পঞ্চধাভুঙ্‌ক্তে প্রকৃতিং পঞ্চভির্মুখৈঃ। মহান্ গুণাংশ্চ যো ভুঙ্‌ক্তে স মহাত্মা প্রসীদতু ॥৭৪
সূর্য্যমধ্যে স্থিতঃ সোমস্তস্য মধ্যেচ যা স্থিতা। ভূতবাহ্যাচযা দীপ্তি মহাত্মা প্রসীদতু ॥ ৭৫
নমস্তে সর্বতঃ সর্ব সর্বতোঽক্ষিশিরোমুখঃ। নির্বিকার নমস্তেঽস্তু সাক্ষীক্ষেত্রে হ্যবস্থিতঃ ॥৭৬
অতীন্দ্রিয় নমস্তুভ্যং লিঙ্গৈর্ব্যক্তৈর্ন মীয়সে। যে চত্বাংনাভিজানন্তি সংসারে সংসরন্তিতে ॥৭৭
কামক্রোধবিনির্মুক্তা রাগদ্বেষবিবর্জিতাঃ নান্যভক্ত বিজানন্তি ন পুনর্নারকা দ্বিজ ঃ ॥৭৮

থম্নকম খোক্তবা, লৈবা-লৈতবা অনীদগী রাংমদা লৈবা, অসিদা শোয়দনা মরৈরে, অহুদদি লৈতে হায়বা ওয়ববা নিরাধাব ওইবা প্রকৃতিগা তিম্নদনা প্রকৃতিবু পুহনা প্রকৃতগী মহুংদা মহালক্ষ্ণ ওইনা লৈবা মহাত্মা শ্রীহরিনা ঐঙোন্দা পেম্বিবা চাম্বিব ওইসনু ॥ ৭৩ ॥ দেহ খুদিংদা জীবাত্মা ওইনা ইন্দ্রিয় মঙাগী মশক ওইরবা চীন্‌শংনা রূপ রস শব্দনচিংবা বিষয়শিংবু তত্তনা ভোগ তৌবিবা, মাগী কৃরিমত্তা অবাং-অপা লৈত্রবসু অরাম খৌরাংবা পুন শম্নহনা দেহহুংদা দেহী ওইদুন বিষয়পদার্থশিংবু ভোগ তৌবগুম লৈরিবা অঙকপগী মশক ওইরবা ভগবান্ মহাত্মা শ্রীহরিনা ঐঙোন্দা পেম্বিবা ওইরসনু ॥৭৪॥ সূর্য্যমণ্ডলগী মহুংদা সোমগী মশক ওইদুনা লৈরিদা অদুগুম্বা সোম (চন্দ্র) গী মহুংদা থীংতুনা লৈবিবা অলৌকিক দীপ্তি (মঙাল) অদুসু মহাত্মা ওইরিবা অদুগুম্বা পরমাত্মা শ্রীহরিনা ঐঙোন্দা পেম্বিবা থৌশিনবিবা ওইসনু ॥ ৭৫ ॥ তোঙাল তোঙাম্বা রূপ রস পুনরিবা শীং পুম্নমক অসিগী অমত্তা ওইবা শক্রোন পঞ্চম্বা নহাকপু মায়গৈ পুম্বদগী ওইশিজরকতুনা খুংলোম্নন খুরুমজরি। মকম খুদিংদা আকাশদা তাউ রবা পাক উদবা, পরমাণু খুদিংদা লৈরিবা জীব খুদিংগী খোঙ খুং মীৎ-নাকোং পুম্বা নহাক্কী তাক্ত ওইবনা মকম পুম্বদা খোঙগী খোঙমক্ত, খুংকী খুংমক্ত মীৎকী মীৎমক্তং চীনগী চীনমক্ত তারগুম্ব। হোংবতদি মরৈত্রবা হে নির্বিকার। ক্ষেত্র (দেহ) খুদিংদা সবান্তর্যামী সাক্ষী ওইদুনা লৈরিবা শ্রীহরি মঙোন্দা হম্না হম্না খুরুমজরি ॥ ৭৬ ॥ মীৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিং অমদি ইন্দ্রিয় শক্তিশিংদগীসু রাংগদা লৈবা, মঙোন্দা হম্না হম্না খুরুমজরি। সংসারগী অউবা পোংশকসিনা প্রমাণ তৌদুনা তাকওমদবা * অদুনা নংগী তত্ত্বজ্ঞান মপূং ফংবদি ওইথোক্তবনি। নংবু খঙদবা ঐখোয় জীব পুম্নমক্না সংসারগী চক্রসিদগী লাম্থোকপা ঙম্মদ্রি ॥ ৭৭ ॥ অপাম্বা অশাউবা য়াওত্রবা কল্লক যেংথিবা লৈত্রবা নংবু মত্তনা জতে অমা খঙত্রবা অদুগুম্বা নংগী ঐকান্তিক ভক্তশিংঙনা নহাকপু হাইকেৎ খঙজৈ। সংসারবিষয়শিংদা আসক্ত ওইরবশিংনদি নংগী মঙাল মরীক অম ফাওবা ফংদে ॥ ৭৮ ॥ অনী খোকপা রাখব্দগী রাংমদা লৈত্রবা, নিষ্কাম কর্মযোগগী ওইবা, জ্ঞানগী মৈমুংনা কামক্রোধনচিংবা

* টীকা :— অনিত্য ওইবা হকচাংমুংসিদা লৈবা জীবনা নিত্য ওইবা মাগী মরমদা মৈনবা অছুগা অয়েংপা গি ছাত্ত পীবসি উত্তম ওমনবনি। অদুনা হৈর হৈরবা দার্শনিকশিংনা অমনা অমগী মতপু খণ্ডন তৌরগা মাগী মতপু অচুবনি হায়না অমনা কক্নরিবথে স্থাপন তৌবতনি। —কালাচাঁদ।

নিষ্কৈবল্যপদং তাত কাঙ্ক্ষেহং পরমংতব । একীভাবত্বয়া মেহস্তু ন জন্ম ভবেৎ পুনঃ ॥ ৯৪
ত্বৎবুদ্ধিস্ত্বংগতপ্রাণস্ত্বংভক্তস্তৎ পরায়ণঃ । ত্বমেবাহং স্মরিষ্যামি মরণে পর্য্যুপস্থিতে ॥ ৯৫
পূর্বদেহকৃতা যে মে ব্যাধয়ঃ প্রবিশন্তু মাম্ । অর্দয়ন্তুচ দুঃখানিঋণং মে প্রতিমুঞ্চন্তু ॥ ৯৬
অনুধ্যাতোহসি দেবেশ ন জন্ম ভবেৎ পুনঃ । তস্মাৎব্রবীমি কর্মাণি ঋণং যেন ভবেন্নিহ ॥ ৯৭
উপতিষ্ঠন্তু মাংসর্বে ব্যাধয়ঃ পূর্বসঞ্চিতাঃ । অনৃণো গন্তুমিচ্ছামি তৎ বিষ্ণোঃ পরমং পদম্ ॥ ৯৮

শ্রীভগবানুবাচ

অহং ভগবতস্তস্য মমাচাসৌ সনাতনঃ তস্যাহং ন প্রণশ্যামি স চমেন প্রণশ্যতি ॥ ৯৯
কর্মেন্দ্রিয়ানি সংযম্য পঞ্চবুদ্ধিনিন্দ্রিয়ানিচ । দশেন্দ্রিয়াণি মনসি অহংকারে তথা মনঃ ॥১০০॥

---

মমক্তা অয়োইবা মুক্তিগী আকঙ্ক্ষ তৌজরি । নহাক্তা ঐগা একীভাব ( অমত্ত ওইনিংঙ্গবগী মওং ) দা লৈমিন্নবা হায়বদো ওইরসনু । পোকপিবা লৈতবা নংগা অমত্তা ওইনিংঙ্গবদি ঐঙ্গু সংসারদা অমুক লাকপা পোকপা হায়বহ্ তৌররোই ॥ ৯৪ ॥ অন্তকালনা ওইরকপা মতমদা ঐগী বুদ্ধি অসিনা নঙোন্তদা চঙশিনখিসনু । ঐগী প্রাণবায়ু অসি মহাবায়ুগী মশক ওইরবা নঙোন্দা তিনবা ওইরসনু । পুনসি চুপ্পা নঙোন্দা ঐগী ভক্তিভাব অসি লেঙদনা লৈবা হায়বহ্ ওইরসনু । শিরম-দাই যৌবফাওবদা নংগী অশ্রযদ চঙজবা হায়বসে কাউহনবিগনু মাহুদা হৈনখিনবা হৌজক্তুগী হৌনা খুদিং খুদিং নংগী আশ্রযদ চঙজবা হায়বসে কাউহনবিগনু ॥ ৯৫ পূর্বজন্মগী দেহদা আত্মা ঐনা লৈরিবৈঙ মতমদা তৌখিবা পাপ কর্মশিং অদুগী মহৈনা লাকদবা ওইনকদবা রোগব্যাধিনাচংবা অরাবা খুদোংথীব ময়াম অদো হৌজিক লাকহৌরসনু, ঐবু য়াম্না অরাবা পীহৌরসনু । পূর্বজন্মদা তৌলহৌবা লমন ময়াম অদো হন্দক্কী মপোক অসিদা শিংবা লোইখ্রসনু ॥ ৯৬ ॥ হে দেবতা-শিংগী ঈশ্বর ! হে পরমেশ্বর ! ঐনা নঙোন্দা চঙজ হায়জরিবসিগী মরম দ ঐবু অমুক হন্না সসাব অসিদা পোকহনবিরনু অসিনি । আত্মা ঐবু পঞ্চভৌতিক দেহসিদা অমুক থাডনবিরক্লগনু হায়জরিবা অমনা ঐগী কর্মগী মথাক লৈহনবিরগনু । হন্দক্কী মপোক কনাগুম্বা অমত্তগী করিগুম্বা লমন অমত্ত তৌলহনবিরগনু অসিনি ॥ ৯৭॥ পূর্বজন্মদা ঐনা পৈথৎলম্ব কর্মশিংহ্ অদুগা মাহুগী মহৈশিংহ্ লোইনা লাকহনবিরে মাহু লোইনা থাডহ্না লমন কোকচহৌনগে । লমন ময়ামহ্ শিংদোক্লম্মগা থুয়া তুংশিংনা পরমাত্ম নংঙোন্দ চঙজরক্লগে ॥৯৮ ॥ শ্রীভগবান্না হায় :— ঐদি মরায়বক করবা অংগুম্বা ভক্তশিংগীনি । অহংগুম্বা শরণাগত ভক্তশিং অদুদগী ঐগী লেঙত্রবা মঙ্গলনি । অহংগুম্ব ভক্তগী মমাঙদা ঐ উহন্দনা, নিরাকার ওইনা লৈবা ঙমদে । অদুগা মহাকসু ঐঙোন্দগী থক মাঙথিবা য়ারোই । হায়বদি ঐনা মাবু শোয়দনা উগনি ॥ ৯৯ ॥ সাধকশিংনা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা কর্মেন্দ্রিয় মঙা, ইন্দ্রিয় তরা অসিবু সংযম তৌরগা, লাকশিন্নগা মন ( পুক্নীং ) বা

অহংকারং তথাবুদ্ধৌ, বুদ্ধিমাত্মানি যোজয়েৎ । যত্তবুদ্ধীন্দ্রিয়ঃ পশ্যন্ বুদ্ধ্যা বুদ্ধ্যেৎ পরংপরং ॥ ১০১
মমায়মিতি যস্যাহং যেন সর্বমিদং ততম্ । আত্মানাত্মনি সংযোজ্য পরমাত্মানমনুস্মরেৎ ॥ ১০২
ততো বুদ্ধেঃ পরং বুদ্ধ্যাদন্ততেনপুনর্ভবম্ । মরণে সমনুপ্রাপ্তে যশ্চৈবং মামনুস্মরেৎ ॥ ১০৩
অপিপাপ সমাচারঃ স যাতি পরমাং গতিম্ । ওঁ নমো ভগবতে তস্মৈ দেহিনাং পরমাত্মনে ॥ ১০৪
নারায়ণায় ভক্তানা মেকানিষ্ঠায় শাশ্বতে শ্যাম মনুস্মৃতিং দিব্যাং বৈষ্ণবীং সুসমাহিতঃ ॥ ১০৫
স্বপান্ বিবুধ্যাংশ্চ পঠন্ যত্র তত্র সমভ্যসেৎ পৌর্ণমাস্যা মমায়ংচ দ্বাদশ্যাংচ বিশেষতঃ ॥ ১০৬
শ্রাবয়েচ্ছুদধানাংশ্চ ভক্তাংশ্চ বিশেষতঃ । যদহংকারমাশ্রিত্য যজ্ঞদানতপক্রিয় ॥ ১০৭

---

লোইনা কাজিন্দুনা থমগদবনি ॥ ১০০ ॥ ইন্দ্রিয় মশাবু খুদম চন্দুনা আত্মা বুদ্ধিগী পাস্নৈবা, মপানগী হকচাংদগী পর ( তোঙানবা ) ওইবা, হায়বদি মৈ-ঈশিং-নুংশিৎ আকাশ লৈপাক্কী তোঙাম্বা, রূপ রস গন্ধ স্পর্শ শব্দ, মখোয়দগীসু পর ( তোঙানবা ) ওইবা মন ( পুক্নীং ) লৈ । মসিদগী তোঙানবা ( পর ) ওইবা বুদ্ধি হায়বদু লৈ মাসিদগী তোঙানব আত্মা হায়বদু লৈ । মাসিদগীসু পর ওইবা পরাত্মা ( পরমাত্মা ) লৈ । অদুনা মহাশক্তি পরাৎপর ( পরদগীসু পর ) পরমেশ্বর মহাকপু বুদ্ধিতনা অনুভব তৌগদবনি ॥ ১০১ ॥ পরমেশ্বরসি ঐ ( আত্মা ) গীনি, ঐ (আত্মা) সু পরমেশ্বর মাগীনি । অসুম হায়না ঐগী মাগী হায়বা মায়াগী রাখল (বুদ্ধি) অসি আত্মা পরাত্মা অনীগী বিষয়তদা শীজিন্নবা তারে । অদু ওইরবদি আত্মাবু স্মরন তৌবত থাক্লনি অসিগুম্বা স্মরণগী অভ্যাস অসি ততনা তৌগদবনি ॥ ১০২ ॥ অদুদগীসু তোঙানবা মহাকপু নীঙলবদি পুনর্জন্ম অমুক ওইদ্রে । অসুম্না অন্তকালদা স্মরণ তৌগদবনি ॥১০৩॥ মৃত্যুকালদা অসুম্না ঐবু নীঙশিংথিবা মহাক অদুদি অহানবগী মপোক্তা পাপ চারী ওইববসু ঐগী পরমধাম অদুবু লোয়দনা ফংঙনি । অদুনা মাসি নীংশিংনা ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায হায়বসি লোনগদবনি ॥ ১০৪ ॥ মাসি লাইরৈবাক্কী ওইব অনুস্মৃতি বিদ্যা হায়বনি । মাসি মী পুম্নমক্না থরায় হকচাং অমত্তা অমত্তা ওইনা তুম্বা হীপ্পা চাবা থকপা লাইরিক তম্বা পাবদসু, কম্বা চৎপদা অদুম লোনগদবনি । মাদুম তৌরবদি হযেং অন্তকাল ফাওবদা লৈনবক্নি ॥ ১০৫॥ পুর্ণিমা, অমাবস্যা বিশেষ ওইনা দ্বাদশী তিথিদ , ঐগোন্দা ভক্তি শ্রদ্ধা থম্বা ভক্তশিংগী মফমদা লোন্দুনা তাহনগদনি ॥১০৬ ॥ কনাগুম্বদা অহংকারগী মথন্তা যজ্ঞদান তপস্যা তৌববা, অদু ওইরবদি মাদুগী মহৈদি কংডি, অদুবু মাদুনা সংসারগী পোকপা শিবগী লাংদগীদি নাম্নোকপা য়ারোই । নাম্নোকপদি লায়রদুনা মাদুনা তৌরিবা যজমান মহাকপু পোকপা শিবগী লাংদা অমুকতুম হেন্না থাদগনি ॥১০৭॥ পিতৃলোক-মাতৃলোককী পূজা তর্পণনচিংবা তৌবদা, পঠন-পাঠন হোম যজনচিংব তৌবদা বলি বৈশ্বদেব পূজাদা অগ্নিদা করিগুম্বা আহুতি দান তৌবা মতমদা ঐবু নিংশিংনা অনুস্মৃতি মন্ত্র অসিবু

কুর্ব্বংস্তৎফলমাপ্নোতি পুনরাবর্ত্তনং ভুবং । অভ্যর্চ্চয়ন্ পিতৄন্ দেবান্ পঠঞ্জুহ্বন্ বলিংদদৎ ॥১০৮
জ্বলদগ্নিং স্মরেৎ যো মাং সযাতি পরমাংগতিম্ । যজ্ঞোদানং তপশ্চৈব পাবনানি মনীষিনাম্ ॥ ১০৯
যজ্ঞং দানং তপস্তস্মাৎ কুর্য্যাদাশীর্ব্বিবর্জিতঃ নম ইত্যেব যো ব্রূয়ান্মদ্ভক্তঃ শ্রদ্ধয়ান্বিতঃ ॥ ১১০
তস্যাক্ষয়ো ভবল্লোকঃ শ্বপাকস্যাপি নারদ । কিং পুনর্যে যজন্তে মাং সাধকা বিধি পূর্ব্বকম্ ॥ ১১১
শ্রদ্ধাবন্তো যতাত্মানস্তে মাং যান্তি মদাশ্রিতাঃ । কর্ম্মাণ্যাদ্যন্তবন্তীহ মদ্ভক্তো নান্তমশ্নুতে ॥ ১১২
মামেব তস্মাদ্দেবর্ষে ধ্যাহি নিত্যমবিশ্রিতঃ তথাপ্স্যা স ততঃ সিদ্ধিং দ্রক্ষ্যস্যেতৎপদং মম ॥ ১১৩
অজ্ঞানায়চ যোজ্ঞানং দদাৎ ধর্ম্মোপদেশতঃ । কৃৎস্নাংবা পৃথিবীং দদ্যাৎ তেনতুল্যংচ তৎফলম্॥১১৪
তস্মাৎ প্রদেয়ং সাধুভ্যো জন্মবন্ধ ভয়াপহম্ । এবং দত্ত্বা নরশ্রেষ্ঠ শ্রেয়ো বীর্য্যং ন বিন্দতি ॥ ১১৫

পাঠ তৌবগা মী মহাক অহুদি ঐগী পরমধাম পরম গতি ( অথোইবা থুডম ) বু ফংঙি ॥ ১০৮ ॥ যজ্ঞদান তপস্যা হায়বদি জ্ঞানী পুরুষশিংগী থম্মোয় হকচাং থেংনবগী পাদ্বৈনি । মরম অদুনা মথেয় ও নিবু নিম্বাম ভাবতা হায়বাদ মহৈ পামদবা, মহৈ ফংনবগী রাথল তৌরুদনা তৌগদবনি ॥ ১০৯ ॥ নারদ ! অতৈ মন্ত্রস্ত মপুং ফানা শোনবা ভমন্ত্রবস্তু ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায় হায়বসিগী মদুংদা "নমঃ" হায়বা রাহৈ অসিত্তনসু ঐবু নীংশিংদুনা শোম্লবদি চাণ্ডাল ফাওবসু অমাঙ অতা লৈত্রবা মফম অহু ফংবা ঙম্মি ॥ ১১০ ॥ অসিগুম্বা মন্ত্র অসিবু শোম্ম শোম্মা নীঙশিংলিবা মহাক অহুদগীদি ফনা য়াম্না হন্থরবা মপোক্তা পোক্লবসু অমাঙ অতা লৈত্রবা লোক অহুম মবৈ অহুনদি, বিধি কায়দনা ঐবু নীংশিংনা সেবা পূজাগা লোযননা অহুস্মৃতি মন্ত্র শাস্ত্রব ব্রাহ্মণনচিংবা মী মহাক অদুগীদি করি অমুক হায়রুরগনি ॥১১১॥ থরায় হকচাং অমত্তা ওইনা পুন্নীং ইন্দ্রিয় পুম্বা যাজিন্দুনা উপাসনা তৌরিবা মী মহাক অহুদি অতৈ অগদ চৎলুদনা ঐঙোন্দা অহুম মচঙলক্লে ॥১১২ ॥ দেবর্ষি নারদ । সংসারগী মপানগী কর্ম অদুগা কর্মদুগী ফল ( মহৈ ) শিংসে অহৌবা অবোইবা নাইবমক্তনি । অদুগা ঐগী ভক্ত ওইবা মীশিংদুদ অবোইবা নাইবা অনিত্য ওইবা মহৈবু চাদে, ফংদে অদুগ মশাক্না মাহু ফংসু ফংলিদে অদুনা নহাক অতনবা থাংনাকতুনা মহৈগী রাথল থাদোকতুনা ঐগী ধ্যানত তৌদুনা লৈয়ু । মাহুতনা নহাক সিদ্ধি ফঙ্গনি । অদুদগীদ নহাক ঐগী অথোইবা থুডম পরমধাম অদুবু উগনি অদুগা থুংগনি ॥ ১১৩ ॥ ধর্মগী পাউতাক পীদুনা থঙ্গদবশিং থডননবা জ্ঞানবু দান তৌরিবা মহাক অদুগা পৃথিবী পুম্নমকপু ফুকতুনা দান তৌরিবা মহাক অদুগা অনী অসিগী মদুংদা জ্ঞান দান তৌরিবা মহাক অদুনা ফংবা মহৈনা আ-যাম্না হেনবনি ॥ ১১৪॥ নিপা অথোইবা, নারদ ! মরম অদুনা সাধু-বৈষ্ণবশিংগী মফমদা পোকপা শিবগী অকা অপুন্নবাসদগী লাম্থোক্লনব জ্ঞানগী উপদেশ অদো অদুত পীগদবনি । অসিগুম্ব' জ্ঞান দান অসিবু বিদ্যাদান হায়রিবদো । অসিগুম্বা দানগী দাতা ওইরিবা মহাক অদুদি মতম পুম্বদা মঙ্গল ওইবা অমদি শারীরিকশাক্ত ( হকচাংগী পাঙ্গল ) অনীমক ফং ॥ ৫১১ ॥ ঐ

অশ্বমেধসহস্রাণাং সহস্রং যঃসমাচরেৎ। নাসৌ পরমবাপ্নোতি মদ্ভক্তৈর্যদবাপ্যতে ॥ ১১৬

## ভীষ্ম উবাচ

এবং পৃষ্টঃ পুরা তেন নারদেন সুরর্ষিণা। যদুবাচ পুরা শম্ভুস্তং তব সুব্রত ॥ ১১৭
স্বমপ্যেকমনা ভূত্বা ধ্যাহিধ্যেয়ং গুণাতিগম্। ভজস্ব সর্বভাবেন পরমাত্মন মব্যয়ম্ ॥ ১১৮
শ্রুত্বৈতন্নারদো বাক্যং দিব্যং নারায়ণেরিতম্ অত্যন্তভক্তিমান্ দেব একান্তত্বমুপেয়িবান্ ॥ ১১৯
নারায়ণ স্বর্ষিং দেবং দশবর্ষাণ্যনন্যভাক্। ইদং জপন্বৈ প্রাপ্নোতি তৎ বিষ্ণোঃ পরমং পদম ॥ ২০
কিংতস্য বহুভির্মন্ত্রৈর্ভক্তস্য জনার্দনে। নমো নারায়ণায়েতি মন্ত্রঃ সবার্থসধকঃ ॥ ১২১
ইমাং রহস্যাং পরমামনুস্মৃতি মধীত্য বুদ্ধিং লভতেচ নৈষ্ঠিকীম্।
বিহায়ত্বঃখান্যবমুচ্য সঙ্কটাৎসবীতরাগোবিচরেন্মহী মিমাম্ ॥ ১২২

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বনি মোক্ষধর্মপর্ব্বণি
ব্রহ্মবংশাবলীকথনে ষড়ধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

(বাসুদেব) গী ঐকান্তিক ভক্তিমান ওইবা ভক্তশিংনা কংবা পদবী (থুভম) অদুদি অশ্বমেধ যজ্ঞ লিশিং তরারক তৌবা মী অদুনসু ফংদে॥১ ৬॥ ভীষ্মনা হায়:— রাশক চেৎলবা, ব্রত কল্লবা যুধিষ্ঠির! মতৌ অসুম্না মমাতৈদা দেবর্ষি নারদনা হংলবদা মহাদেবগী মশক ওইরবা ভগবান্ শ্রীনারায়ণ বিষ্ণুনা তাকখিবশিং অদু ঐনা নত্তোন্দা অমুক তাহল্লবনি ॥ ১ ৭॥ নহাকসু থরায় হক্চাং অমত্তা ওইনা নির্গুণ পরমাত্মা শ্রীবাসুদেবগী ধ্যান তৌ ॥ ১১৮॥ ভগবান নারায়ণ শ্রীবিষ্ণুগী রাসি তাবদগী থোইনা ভক্তিমান ওইরবা দেবর্ষি নারদসু শ্রীভগবানগী মফমদা লেঙত্রবী মচীন অনী লোঙত্রবী ভক্তি থমখি ॥ ১১৯॥ অত্তোপ্পা অমা থন্দনা চহী তরা চুপ্প ঋষি অথোইব: নারায়ণ দেবগী ধ্যান তৌনা তৌনা মন্ত্র অসিবু জপ তৌরিবা মী মহাক অদুদি ভগবান শ্রীবিষ্ণুগী নাক্ত অদুম ময়োথ্রে ॥ ১২০॥ ভগবান জনার্দনগী মফমদা লেঙত্রবা ভক্তিবু থম্মিবা মহাক অদুগী মফমদা দেবী দেব অতৈ অতৈগী মন্ত্রশিংনা কৈদৌননি। ওঁ নমো নারায়ণায় হায়বা মন্ত্র অসি মনোরথ (নীঙজবা) পুম্বা সিদ্ধ ওইনবগী মশক্তি ॥ ১২১॥ অসুম ওইবা থোইদোক্লা রসহ্মময় লোম্না থুপ্প থমগদবা ওইবা অনুস্মৃতি বিদ্যা অসিগী স্বাধ্যায় তৌরবা মী অদুদি শ্রীভগবানগী মফমদা লেঙত্রবী ভক্তিবু ফংবা ওন্মি। মহাক অদুদি অরাবা পুম্বা কোকতুনা, থুদোংথীবা পুম্ন-মক্তগী নান্থোকতুনা, স সারগী বিষয়গী অপান্থ, মিথৌবা পুম্বা থাদোকতুনা মনীং মথা তম্না কোয়চৎ চৎতুনা মপুনসি লেনখি ॥ ১২২ ॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা ব্রহ্মবংশাবলী তাকপা মত্তাংগী চনীগা তরুকতুবা অধ্যায় লোইরে।